# য়ামাঙ-য়ানবা
## ( ফোৱার্ড )

তশেংবমক নব জীবন ট্রষ্টনা "ভিলেজ স্বরাজ" গী মরমদা মহাত্মা গান্ধী-জীগী অইবা কয়া গঙ্গংতুনা লাইবিল অমগী মওঙদা ফোঙলিবসি হুংঙাইবা অমসুং থাগৎপা য়াবা থবক্কি। ফোঙলিবসিদা লোৱায়গী ওইবা পুন্সিগী মরীদা লৌউ-শীঙউবা, খুঙ্গংগী খুৎশা। হৈবগী থবক ষন মচা লৌবা, চখোক চৎশিনগী খাডী, বেসিক শিক্ষা. হকচাং ফনবা অমসুং ঈশিং-নুংশিৎ শেংনবা অসিনচিংবা তোঙান তোঙানবা মওং কয়াদা গান্ধীজীনা পীরম্বা মত য়াওরি। ঐখোয়না ভারত্তা য়াজনীতি অমসুং অর্থনীতিগা শক্তিসী মক্কম অমত্তদা লৈতহুনা মচেৎ মচেৎ চাইথোক্লনবা পঞ্চায়েটি বাজ অসি লিংননবা কন্না হোৎনরিঙৈ মতম অহুদা লাইরিক অসি ওফিসিয়েল অমসুং নন ওফিসিয়েল ওইবা কর্মী ময়ামদা চপ থান্নবা থাদোকপা য়াদ্রবা মমল যাম্লবা ওইখি। কম্যুনিটি ডেভলপমেন্টকী আন্দো-লন অসি নোংচুপলোমগী গণতন্ত্রবু মপুম ওইনা পুশিল্লকপগী প্রোগ্রাম মথল কর্মনি হায়না ঐখোয়না শুবথন থম্লোইদবনি, মসি ভারতকী ফিভম অমসুং চৎনবী য়েংহুনা কান্নবা মতুং ইন্না লিংনবনি। মরম অসিনা আন্দোলন অসি য়াওননবা ট্রেনিং লৌরবা কর্মী, পুন্নমক গান্ধীজীগী লোৱায় নৌনা শেমগৎ-নবগী মথল মথা য়াম্লবা মওঙশিংসিগী মপুংফাবা জ্ঞান লৈগদবনি হায়বসি য়াইদগী থোইদোকপা মরু ওইবা য়ানি। ভারতকী নোনা শেমগৎনবগী থোরাঙদা গান্ধীজীগী থবক্কী জ্ঞান অমসুং পান্দমশিং অসিবু ঐখোয়না থৌশাদ্রবা মত্রগা নাথৈহুনা লংনবা অহু ওইরবদি ঐখোয়গী গণতন্ত্রগী য়াওন অমা চৎলবা য়ুম্ফমদা পুরক্লবা হোৎনরিবসিদা থোইদোক্না খুদোংথীবা ওইগনি।

হৌজিক্কী মতমগী ইন্দস্ট্রিয়েলাইজেশন (থবক ইথাং চাওখৎহনবগী থবক) টী মরমদা গান্ধীজীগীদি চৎনাখদ্রবা থায়নগী মত্তা হুংঙাইহনবনি হায়না থনবা

লাল্লি। অওইবমক, মতুমক ওইনা মানা মেচিনরী নিদা শীজিন্নববু য়াদবা নত্তে, মানা কম্না য়াদ্রিবদি "মেচিনগীদমক ঙাক্না পামশিনবা" হন্দুরুনি। খুঙ্গংশিংগী খুৎ-হৈবা লীশীং লখাদা পীবা ঙম্বা মেশিন মচাশিংসু হেন্না ফগৎহনবদুদি মানা অরাম্না তৌই। অচৌবা কারখানাশিংনা পোং য়াম্না থোকহনবগী মহুত্তা মীয়াম্না মাগী মাগী ময়ুমদা, শিঙ্গডদা থবক শূদুনা পোথোক য়াম্বা পুথোকহন্নবদু মানা কম্না প্রচাব তৌই। ভাবতকী থবক শূবা ঙম্লিবা মী খুদিংমকপু থবক মপুং ফানা শূহন্নিঙবনা গান্ধীজী থোইদোক্লি। মোযবাঙ্গিরকই মতৌক চাবা মওঙ-নিয়ম অমদা লৈবাক্কী কাচিন কোয়া ফাওবদা খুঙ্গংগা অমস্তুং শিন্নাইকমগা ইন্দস্ট্রি-শিংসি শেমগৎলবতদা হায়রবিবা অপাম্পসি নঙবা থুংগানি হায়না মানা তৎতনা লৌই। করিগুম্বা অর্থনীতিগী প্লানিং (খুঙং গীবাং) অসিনা লৌরাই-খৌরাইগী থবক লৈত্রবা মীগী শক্তিশিং অসিবু মপুঙফানা শীজিন্নবা ঙমদ্রবদি থৌরাঙ অদু মন্না চেৎপা অমস্তুং মাথন্না য়াবদু কৌবা যাবোহ চবা হেল্লিবা অমস্তুং থবক শূফম লৈত্রবা মী অমদা গান্ধীজীনা হায়খি. "চুনগদব থৌরাঙ মতুদা ঈশ্বরমক্তম্ থৌনা ফনা চোংথোরক্কদবদি থবক তৎতনা শূহনবা অমস্তুং চীঞ্জাকনা অশূম্ল ওইনা পীবগী মাশক লৈববতদা ওইগনি"। ( সেলেকসনস ফ্রোম গান্ধী, থোম-জিনবা এন, কে, বোস, ৪৯ )। অসিগুম্বা মীপুম তিংনা থবক পীবগী আদর্শ অসিবু মীশিংদি তৎতনা হেক্সংলক্লিবা, চাওথৎপা থাক্তি য়ৌদ্রিবা অদুগুম্বা লৈবাকশিং অদুগীদমক্তদি শেল-থুম চাওগৎনবগী মবীদা মন্ন শোক্লা ফরবা থৌরাঙ (প্লানিং) নি হায়বসি নোংচুপলোমগী অর্থ শাস্ত্র হৈরবা মীশিঙনা য়ান-রবনি প্রোঃ গোলব্রৈটকী মতম্ভু 'মীপুম তিংনা থবক পীবা ঙম্বা থৌশীলনা পোথোক্তি য়াম্না থোকহন্নবা থবক ফংদবা মীস্থ য়াওবা অদুগুম্বা থৌরাংদগী হেন্না পাম্মনিংঙাইনি,' ( দি এফ্লুয়েন্ট সোসাইটি লাঃ ১৫৫ )

গ্রাম পঞ্চায়েট লিংখৎলগা বাঙ্গাতি অমস্থু অর্থনীতিগী শক্তিশিংসি কেন্দ্রদগী মচেৎ মচেৎ চাইথননবা মহাত্মা গান্ধীনা য়াম্না কম্না প্রচার তৌবিরমই।

পঞ্চায়েৎকী নিয়ম অসি ভারত্তা বৈজ্ঞানিক ওইনা শেমগৎলবদি, লৈবাক্কী কাচিন কোযাগী সমাজগী অমসুং শেনথুমগী ফিভম চেংহননবতা নত্তনা মীয়ৈ-বাক্কা ল৷ন্দাবক্কনি হায়না৷ কিনবদগীসু জাতি-রক্ষাগী মতাংদা লাম্মীগী শক্তিবু হেন্না মপাঙ্গল কলহনবা ওইগনি হায়বসি মহাক্কী শেংলবা মতনি (আচার্য্য বিনোবা ভাবেনসু গ্রামদানগী খোংদা কো-ওপরেটিভ কম্যুনিটিগী যুম্ফমদা ভারতকী খুঙ্গং মযাম অসি থুনমক শেমগৎপগী কান্নবা লৈবে হায়না অকনবা মত পীরি ) বিকেন্দ্রীয গনতন্ত্র (ডিসেন্ট্রেলাইজড ডিমোক্রেসী) নত্রগা৷ পঞ্চায়েত রাজগী আদর্শ অসিবু মথা যুগক৷ (মযাই ওইবা যুগকা) মত্তা তাউবা ইথক-ইরাংগী প্রস্তাব ওইনা শী'খানবোইদবনি৷ নোংচুপকী হৌজিক্কী অর্থনীতি অমসুং রাজনৈতিক ব্রাগন্দা নৈনকবা গন্নকর্বদ হৌজক য়ানরিবা বিকেন্দ্রীয় সংস্থান-শিংনা মবা চেংপ৷ সরকার অমগী গনতান্ত্রিক সরকার শেমগৎপদা অন্নাবা ওইগনি৷ "মী ওইবগী থাজবসি সমাজগী থোদাংদা অমুকহন্না মথায় হাপকৎকদবনি," প্রোঃ জোডনা হায, "লৈবাক অমবু (ষ্টেট অমবু) মচেং মচেং ককথৎকদবনি অমসুং মাতুগী থবক ঈংখাঙসু যেঙ্গোকদব৷ (মোর্ডান পোলিটিকেল থিওরি, লঃ ১২০—২১)৷ প্রোঃ বোলনা মাগী "ফেবিয়ন সোস্যলিজম" দা নিংথিনা ইরি মতুদি ইচম চম্ব৷ মুপ৷ মুপীশিংগী মরক্তা শরা শন্দোক্তুনা অপুনবা থবক্কী শক্তি পীশিন্নব-গীদমক - "অপীক-অপীকপ৷ গনতান্ত্রিক সরকাবগী মথক্তা ঐখোয়গী সমাজ অসি শেমগৎনবা হোৎনগদবনি৷" পারেপফম অসিদগী, হৌজিক ভারতকী কাচিন কোয়াদা থন্নায় হকচা৷ য়াওনা কন্না প্রচার তৌতুনা পঞ্চায়তা রাজগী চাং য়েংলিবসি গান্ধীজীনা পাম্বিরবা "ভিলেজ-স্বরাজ" (গ্রাম-স্বরাজ) গী পম্বুংকম-লোমদা থাংজিল্লকপা অচুম্বা খোংথাংনি৷

পুন্নমক মথক্তা, গান্ধীজীদ পোৎ-চৈগী মপানগী মঙ্গনজা তোংহুনা সমাজগা অমসুং শেল-থুমগা মরীদা শান্তি ফংবতবু পাম্বা নত্তে হায়বসি ঐখোয়গী পুক্নিংদা মযেক শেংনা থংগদবনি৷ চন্না হিংবা ব্রাংনা থনবা হায়বা

আদর্শ অসিবু মতম চুপ্পদা মানা ৱাংনা পাঙ্গন্তুনা থম্লি অমসুং হেন্না থাক হাইগংপা পুন্সি অমা তানবগীদমক থবক তৌবি অমসুং কবিসু লৈতনা থাক হেঙ্গৎনা হিংননবগীদমক্তুং হাংনবা নত্তে। "লৈবাকমচা তাবা (সভ্যতা) হায়বসিগী ৱাহয়না তাবিবা তশেংবা ৱাখন্দা", গান্ধীজীনা টিকা পীবিরি, "মশাং য়ামখৎপদা নত্তে, তৌইগুম্বস্ত অচেৎপা ৱাখল অমসুং মশা মথন্তনা হৈনিংবগা লোয়ননা অৱাংপা, অপান্বা পুম্বগী ঙমখৈ লেপ্পবুনি।"

লাইববথীবনা মবম ওইদুনা, অসিগুম্বা শেল-থুমগা মবী লৈনবা পুন্সিগী অচুম অবানগী ৱাখল অমসুং ধর্মগী মাযকৈ কযাব তত্তনা থৌশাবিবক্তবনা মীওইবা জাতিগী অশেংবা যাইফ-মবাং কাযবদুদা অমাঙবা ফাওবা থোকহল্লি। শেল-থুমগী ফিভম অসি পাক চাউনা শন্দোক্লবা অমসুং থুনা চাওখৎননবা হায়দুনা হৌজিক মতমগী অর্থশাস্ত্র হৈবশিংনা "পোৎকী শেল্লেপকী মথক্তা" "মীগী শক্তিবুস্থ শেল্লেপ ওইনা" হাপকৎপসি থুনমক দবকাব লৈবে হায়না অকনবা মত পীনবে। প্রোঃ স্কুমপিটবনা য়াম্না চুম্না যেংলক্তুনা হায়বি মতুদি শেল থুমগী থবক অমসুং রাজনৈতিক গনতন্ত্র অসি থুনা মায পাক্লবগীদমক্তি "মতিকচানা থৌ ঙম্বা অমসুং মবমচৎ ফজবা মাওইবগী মতীক চাবা মীশাং লৈগদবনি"। (কেপিটেলিজম, সোস্যালিজম অমসুং ডেমোক্রেসী) মথাগী ৱাহয়শিংসিদা মিষ্টব ক্রোসলেণ্ডনা ৱাখল অসিগা চপ মান্নবা শাফু থোক্লা ফোঙদোকলি ঃ

"কমদৌনা মুংঙাইনা হিংগদগে হাযবা পুম্বা ঐখোয়বু তম্বীগদবা মমল লৈববা পুম্বা মাংখবে হাযবদং ফংননবগীদমক্তদি ঐখোয়না অৱাং-অপা লৈত্রবা যুগ অদুদা চঙনিংদে।" (ফ্যাচব ওফ সোস্যালজম লাঃ ৫২৯) মরম অসিনা গান্ধীজীগী মঙ ওৎরিবা অনৌবা ভারত অমা শেমগৎনবগী থৌনাফবা অকনবা থবক পায়খৎপিবিবা ওফিসিয়েল অমসুং নন-ওফিসিয়েল ওইবা কর্মী পুম্নমক্তা অসিগুম্বা মীওইবগী অমসুং ধর্মগী অচুম-অবানগী মাযকৈ কয়া শুরবা ঐখোয়গী থৌরাঙ অসিবু পুক্লিঙদা ন্তুনা নংশিংগদবনি।

নিউ দিল্লী

১৩। ১১। ১৯৬২

শ্রীমন নারায়ন

# ৱাহৌদোক

মমাংঙৈদা ইতিহাসতা মীওইবা জাতিগী লিংজেল মান্নবগী আদর্শনা পৃথিবীগী রাজনীতি হৈবা, বিজ্ঞান হৈবা, লাইরিক হৈবা অমসুং মীচম পুম্বগী পুক্নিং চপ মান্ননা ঙসি অম্মুপ বন্না চিংশিল্লিবসিগুম্না থক চিংশিনখিদ্রি। শ্রীঅরবিন্দগী ৱাহৈ "ঙসিদি মীওইবা জাতিগী লিংজেল মান্নবগী আদর্শ অসি চাং ৱাৎনা ওইরবসু চেন্না ওইববসু ঐখোযগী জ্ঞানতাবগী মাঙ থাবগী লময়ানবা ওইরে। যুগ অসিগী বুদ্ধি লৌশিংগী অমসুং পোৎ-চৈগী ফীভম পুম্নমক নিঙথীনা শেম-শারে অমসুং যুগ অসিদা নমতুনা মথৌ তৌহল্লে, থোইদোক হেন্দোক্না বিজ্ঞানগী অনৌবা পুথোবক্কিবা মাতুনা ঐখোরগী পৃথিবীবু পীক্‌শিনহনখে। মতুংদি মাগী খ্বাইদগী চাওরবা নিংথৌ পানবা নৈবাকশিং অতুসু হৌজিক্কীদি দেশ অমত্তগী প্রদেশশিংদগী চেন্না চাউহন্দ্রে * অর্নোল্ড টোইনবীনা য়াম্না চুম্না খিরক্নি, "পোৎ-চৈ শাবগী বিজ্ঞান্দা নোংচুপলোমগী মথৌ মরিংজেন্না, ঐখোয়না শৈরেং ওইনা হায়নরি, 'লমগী অরাপ্পবু মরু ফংনা মাঙহল্লে' অমসুং মতম অসিমক্তদা ইতিহাসনুং অহানবা লামায়মক্তদা মীওইবা জাতিবু পুম্মুং মুথৎনবা খুংলায়সু মীওইবগী মখুত্তা পায়হল্লে............ অতুপ থুনা ঐখোয়গী একতা থম্বা লিংজেল মান্নবগী দরকার লৈরে হায়বতুদি ৱাখলগী ইথক ইরাং হোৱা অমসুং পৃথিবীগী মক্তম অসিমক্তনি। মসিবু ইপিপ্রামদা অশম্বা পাওবৌ ওইনা ইনরে "পৃথিবী অমা নত্ত্রগা তিঙ্গাকোক"। হৌজিক এতোমগী যুগ অসিদা লানবু পুরা মুথৎহৌদ্রবদি লালনা ঐখোয় মীওইববু মুথৎখ্রগনি হায়বসি ঙসি রাজনীতি খঙবা মুপা অমসুং মুপী পুম্নমকনা য়াম্না শেংনা খঙলবা ৱানি। † পিটিরিম শোরোকিন্না মীনা মতৌ

---

* ডি অইডিয়েল ওফ হিউমেন ইউনিটি।

† ৱান ৱার্ল্ড এণ্ড ইন্দিয়া, টোইনবীগী কোটেশন পুম্নমক লাইরিকসিদগীনি।

তন্বা য়াদ্রবা মরোন্দা পৃথিবীসিনা থেংনরিবা হৌজিক্কী ল্লাথোক ময়ামগী মরমদা হায়রি, মাতুদি "লালগী অশোক অপন্দগী হাথরকপা ঈনা অমস্তু মাঙ তাক্লবগী এটোমিক ক্রেস্কেন্সটিনশিংনা বিহনবদগী মীওইবা জাতিনা নীংবা কায়তুনা অমস্তুং শিবা কিদনা শিনবা লাল অতুদগী লাম্থোক্লবা লম্বী অমা থিবা লাক্লরি। মিংচং থিবা মীশিংগী মহুত্তা মীওইবনা পুক্নিংববু পায়রে। লানগী মহুত্তা শান্তি পায়রে। তুক্কচবগী মহুত্তা মুংশিববু হৌরাংনরে। তাইবংপনা চারাংনবগী মহুত্তা ইচিক হুম্বা, মথং মনাও নাইবা পায়রে। মী য়াওদবা মে চংগী সভ্যতাগী ঈ থৈরবা কিজেং কিগায় ময়াম অসিবুদি মীওইবগী হকচাংগীদমক থাক হেন্নংনা ল্লাংবা, লৌশিং হেন্না শিংবা, হেন্না লুরবা পুক্নিংগী কুষ্টি বলানচিংববু পায়া মঙ মঙনরক্লে। ইপং পংনা হৈ শিংবা শাজতুনা মথন্তবু অশিবগী লাংদা ইস্নিনবদগী অমস্তুং "তৌগদ্রা তৌরোইদ্রা" হায়বা মীমুংশি য়াওদ্রবা ল্লাথোক বয়া থেংনবা তাবদগী, মমাংথৈং-দগী অমুক হেন্না মু শাথীনা অমুক থিগৎহল্লি হি বা ১সু শিবা নাইদবা হায়বসিগী মরমদা অরেপ্পা লৈতনা। *

হৌজিক মীহাৎনবগী খুৎলায়না বয়া শীংনরিবা মীওইবা জাতিসিনা মতম চানা অচুম্বা চৎথোকপা হেক শোয়খিবদা পূম্নাঙ মা বগী ফিভমদা তাগনি। মীওইবগী পুন্সি অসিবু বয়নবা লম্বীদি পৃথিবীগী সরকার অমা লিংলবতদা ওইগনি। লাল তোবপগী থাম্নবনা মসিমবু তঙাইফদবা ওইহল্লি। পৃথিবীগী অশেংবা সরকার অমত্তং লিংবদা হৌজিক মতমগী লৈবিবা লৈবাকশিংগী জাতীয় সর্ব্বভৌমত্ব অসিবু মুথৎথিবা তাবনি।

জাতিশিংগী সর্ব্বভৌমত্বশিংসি ইবায় লায়না হেক থাদোকনবা য়ারোইদবনা পৃথিবীগী ওইবা সরকার অমত্তং বমদৌনা লিংগদগে হায়বসি মরু ওইবা ল্লাহং অমনি। গান্ধীজীগুম্না হায়বা ভমগদবা রাজনীতি হৈবা মী লৈরবস্থু য়াম্না য়াম্মোই "স্বরাজ ফংববুদি বিশ্ব-জগৎকী জাতি খুদিংমক মরী লৈনবা অতুগীদমক্তা ঐখোয়-দি শেম শাতুনা থৌবাং তৌরে হায়দোকপদা ওইথোক্লে। ইদবা অমস্তুং মসিদগী হেন্না

* রিকনষ্ট্রকসন ওফ হিউমেনিটি।

অচৌবা অমা ঐ.দি উদে...... .. স্বার্থ ত্যাগকী ময়েক্না তাবা ফলদি মী অমনা মাগী কাংলুপ অমগীদমকতা বলি কংলি, কা লুপ অতুনা জিলা অমগী, জিলা অতুনা প্রদেশকাম্মক, প্রদেশ অতুনা জাতি অতুগী, জাতি অতুনা পৃথিবীগী কন-বগীদমক কখোক্লে।" হায়বনি। অর্নেল্ড টোইনবীনা কুপ্না য়ে তুনা হায়বি, "এটোমগী যুগ অসিদা ঐখোয়না পামলিবা রাজনীতি হৈবশি গী লিংজেন্দি শোয়দনমক অশোক্কা লিংজেন্দু (অ হিংসাতু) ওইগদবনি। ঐখোয়না একতা য়াও-দনা কবিগুম্বা অমত্তা লীশাংশিংনা কুইনা চথবা ঙমলে।ই। তৌইগুম্বস্ থাদোবপা য়াত্রবা পান্দম (লক্ষ্য) অসি ফ ননবা হোৎনবসি ঐখোয়না নম্ফুদা হোৎনবস্ তুং কোইনা হোৎনবা ঙম্মোই। নম্ফু নত্তবা ধর্ম্ম ইনবতনা, ঐখোযগী মতম্দা, মী-ওইবা জাতিগী লি জেল মান্নবা পুবক্লবা অমত্ত ঙায়বা পাম্বেনি। এতোমগী যুগ (এটোমিক এজ) অসিদা 'লিংজেল মান্নদনা • ম্ফুদা শীজিন্নবদি, মশা মথন্তবু মা -তাকহনবা নত্তনা করিস্থ ফল ফংলোই। হৌজিক্কী যুগসিদা, অ বা, অতুগা লোয়ননা বুদ্ধি অমস্থ জ্ঞাননা অশোক্না মাগী মতমদা, মাগী জ্ঞান্তগী মতুংইন্নবা ইন্সিল্লবগুম্না, নীতি অমগী য়াথ পীবি।" মতৌ অস্থম্না হিংসাগী লম্ব সি মীওই-বগীদমক মতম চুপ্না থি জিনখ্রে হায়বসি শেংলবনি। শ্রীভাবতন কুমারাপাজ "ভিলেজিয়ম" গী ব্লাহৌদোক্লা মহাত্মা গান্ধীজীনা কুপ্না নৈনবিরি, "ঐখোয়গী মীয়োলগী লাঙ্গাও অনিতুনা অসিগুম্বা শেল থুমগী ফিভমদা হায়ঙমদবা অহোবা অৱাৎপা থোবহনখ্রে হায়বসি প্রমান ওইরে। মতা চানা, লাঙ্গাওশি অতুনা ঐঙোন্দদি তুংগী লাঙ্গাওশি গী হিসাব বায়বনি হায়না প্রমান ফংই। "হৌজিক অসি অহি সাগী যুগ চ লক্লে হায়বা য়াদ্রিববা? তাইবং অসিনা অসিগুম্বা অহিং সাগী লোইবা নাইরবোইদবা লঙ্গে অশোমদা তপ্না তপ্না চঙশিনবা নত্তনা অতোপ্পা লম্বী অমা অমুক খম্নি ঙাই লৈত্রবনি, অতুবু পৃথিবীগী লৌশিংশিংলবা রাজ-নীতিজ্ঞশিংনদি মসিবু তুক্কচবগুম হঙ্গোইবগুন য়েংনরি। গান্ধজীনা থাজবি মতুদি ভাবতনা পাংথোক্কদবা অবেপ্পা শন্দোক্লি ঙাই ব্লাখল লৈরে। মহাত্মা হায়বিন্নি: "মিকপথোক্লবা অমস্থং নিংখা তন্নবা ভাবতবী শান্তিগী য়ায়ফ পাওজেল অমা

অল্লাবনা নাহেল্লিবা তাইবংদা চেঙ্খোক্কদবা লৈরে ।" অতোপ্পা মতমদা মানা হায়বিখি, "ঐগী থম্মোইগী থুপ্লবা কাচিন্দা ফাওরি ……। মদুদি তাইবং অসি ঈ চুপথোকতুনা শিগদবা লায়নানা নারে । তাইবংনা থোক্লবা লম্বী অমা থিবা লাক্লবি, অমসুং ঐনা ইথন্তদা থাজবগা লোয়ননা চীরোল তৌজরি মদুদি চৎ-নরবা তাইবংদা লম্বীদু উৎননবগী খুদোংচাবদু লিরবা ভারত লৈবাক্কী ওইরগনি । অর্নোল্ড টোইনবীগী মতুংইন্না "ভারতকী তোপ-তোপ্পা অবদানদি মাগী পুক্লিং অমসুং থম্মোই চাউবসিনা ওইগনি……… অমসুং মসি ঐনা থাজে, তুংগী হৌরক্লিবা নহারোল মীরোলশিংনা য়ানরক্কনি, হঙ্গংনা য়েংলুবদা অপুনবা মীওইবা জাতিদা পীরকপা ভারতকী তরু তক্লবা দাননি হায়বসি খ নরক্কন ।"

পৃথিবীগী সরকার অমগী থোংদা পৃথবীগী শান্তি লিংবসি, লান্মীগী শক্তিনা থৎনবা পুম্বগী তাইশিন্নখা অরোইবা য়ানবা অমা ওইরিবা মতম অদু ফাওবদ অর্থ য়াওদবা মঙ অমা ওইনা লৈখিগনি । শাক্ত শীজন্নবসি, ঐখোয়না মতম কুইনা লেংলোয়দবা শক্তিদু পান্নবদি মপুং ফানা চৎনররোইদবনি । পৃথিবীগী সংযুক্ত রাষ্ট্র অমা, মচাক ওইংদোরিবা ষ্টেটশং অদু চাউরবসু পীক্লবসু মান্নবা অমসু মচিন মনাও ওইবগী য়ুম্ফমদা শেম্নবদি পৃথিবী শান্তি পুরক্লবগীদমক লম্বী শাংনা মায়গৈ অদোমদা চংশিনবা ভুম্বা য়াই । পৃথিবীগী সরকার অমা লিংলগা মথন্তনা শান্তিগী গ্যারেন্টি পীবদি ভুমলোই । লানগী হৌরবফম মরুদি জাতি-শিংগী থৎন-চৈনবা থোকহল্লিবা সমাজগী অর্থনীতিগী নিয়মদা লৈ । পৃথিবীগী ওইবা সভা অমনা, মরম অসিনা, অশেংবা গণতন্ত্রগী থবক তৌবা অমসুং মওং খুদিংমক্তা মীবু নৈহৎপগী নিয়ম মুথৎপগী থবক অসি শোয়হল্লোইদবনি । অশেংবা গণতন্ত্রগী থবক্তা তেংবা লিবদি অপিক-অপিকপা ইউনিট (ষ্টেট) শিং অতুনি, অমসুং মতুতনা মী অমমমগী মপুং ফানা চাওখৎননবা য়ুম্ফম পীরিবনি । থরা হেন্না চাওবা সভানা মখোয়গী থবক তৌরকপদা চাং মান্ননবা অমসুং লম থাইদোক-থাইজিন তৌরকপনা মী অমমমগী অমসুং থরা হেন্না পীকপা সভাগী অধিকারবু ঙথিংবা পিরকপসু য়াই। মখোয়গী অরোইবা

য়াময়পী শক্তি অসি খুগাম্নরগা অপিক অপিকপা শরুক (ইউনিট) কয়া শেম-গৎননবগীদমক তঙাইকপ্রবা থরক্লি। অদু নত্রবদি বিশ্ব-শান্তি পম্বৎক্নম অতুমক নিঙবা কায়বা থোকরনগনি অমসুং পৃথিবীগী সরকারসু পুডমদবা ম্লাথোক-ম্লাগামগী চাং হেনমন্দুনা অন্নাবা ওইংনগনি। মরম অসিনা তংঙায় কপ্রবা হেনকপ্রবা থম্লিঙাই হায়ববু ময়ারদগী শক্তি চাইথোরক্লবা রাজনীতিগী ইউনিট ময়াম শেম্বসিনি। মীওইবনা থবক ভৌবগা ফংলকপা জ্ঞাননা অচুম্বসি চাং য়েংলরনি মতুদি মীওইবগী অপুনবা পুন্সি ইউনিট মচা-মচা অমসুং খরা পীক-থবা সংস্থানশিংদা হেন্না পুক্নিং চংশিল্লবতদা হেন্না নুংঙাইবা, মথল মথা য়াম্বা অমসুং অওনবা নাইরা অমসুং মহয় য়ানবা পুন্সি ওইগনি। মশেক-মঙাল থোকপা পুন্সিদি মক্ক ওইনা অপিকপা ইউনিটশিংদদনি। ময়াম পুন্সিনবা পুন্সিহুনা মগন্তা পাক চাউববা এরিয়াদা চাইগায়ক্সবনদি মীয়ামগী মরা লৈন-বদসু ম্লাংলি পোং থোকহনবদসু ঞাংলি।

থায়নগী গ্রীক সহরশিংগী ষ্টেট অমসুং ভারতকী গ্রাম্য গণতান্ত্রশিংনা মায়গৈ শুন। চাওথংপা শেল-থুমগীদসু অমসুং চুং-কিবাল চাবা লিংনবা পুন্সিগীসু খুদম শেংনা পীরমই।

পণ্ডিত জবাহরলাল নেহরুনা ইবিখি

"খুঙ্গংগী মশানা ঙাকচবা সরকারগী পথাপ অসিমক আর্য্য জাতিগী লৈবাক ঙাকপগী যুম্ফমনি। মঙোন্দা পাঙ্গল পীবম্লিবহুবু মসিননি, খুঙ্গংগী বিধান সভাশিং অদুনা মথোয়গা মনিঙ তম্বহু অসুপকী মতিক চিংনরমই মতুদি সিপাহী অমত্তনা হুকুম য়াওদমা খুল্লক্তা চংবা যারমদে। নীসি সাবদা ইরি প্রজা কনাগুম্বা অমনা পফিসার অমগী মথক্তা ঞাকংলবদি নিংথৌনা 'ও ফসারগী মী চংদা নত্তনা প্রজাগী মীচংদা লেপকদবনি; প্রজা ময়ামনা ম্লাকংলবপা ওইরবদি ও.ফসার অদু লৌ-থোক্কদবনি, 'মরমর্দি,' নীতি সাবনা হায়রি ওফিস কাবগী চাওথোক্লিংবা ময়ায় থক্তুনা ঙাওদবা বনা লৈবগে? ঙসি ঐথোয়গী ইথক্তা লমচৎ ফজদনা অমসুং

শাসন লান্না তৌরিবা ওফিসারশিংগী মপৈসিদা পানশিনবগুম উরিবা অশিংবা রাহয়নি।"

× × × ×

"থেংলবদা ইংশোক ১৮৩০দা ভারত্তা লৈরম্বা বৃটিশ গবর্ণর, সার চর্লস মেট কলফমা খুঙ্গংগী কাংলুপশিং অসিবু মথাগী অম্মুম্না হায়রমই ঃ

"খুঙ্গংগী কাংলুপশিংসি পীক্লবা রিপব্লিক ( গণতান্ত্রিক লম ) নি ; মখোয়গী মনুংদগী ফংজৈ অমস্তুং অয়াম্বা কাংলুপনা মপালগা মবী লৈনদনা নিংতম্না লৈজৈ। করিগুম্বা অমত্তনা পুন্সি শাংদ্রবা মফমসিদা মখোযদি পুন্সি শাংনা উই। খুঙ্গংগী কাংলুপ ময়ামগী অপুনবসিনা তোগান-তোগানবা ষ্টেট অমমম মগন্তগী মনুংদা শেমজৈ..... চাং য়াম্না মখোযগী মুংঙাইনবগী মচাক ফংই অমস্তুং মীথা পোন্দবা অমস্তুং নিং-থা তম্বগী অযাম্বা নুঙাইবা শরুকস্তু হেঙ্গংহনবা ওই।"

"হায়রিবা শীংথানবগী রা অসিদা থায়নগী খুঙ্গংগী চংনবীতুবু মপুং ফানা উহল্লি। খুংলং-ইশৈনা পুমনিন নিল্লম্বগী শক্তম অদু ঐখোয়না উই। চিংন-নিঙাই লৈতে, খুঙ্গংগী চাং য়াম্না নিং-তম্বা অমস্তুং অতৈ অফবা শক্তম শরুওং কয়াস্থ লৈরমই.........অমুক নৌনা শাগংপা অমস্তুং অমুক পোকহনবদু (খুনগী গণতান্ত্রিক) গী হৌজিক ফাওবা ঐখোয়না হোংনগদবা রাংলি।" *

গান্ধীজীনা পাম্লিবা খুঙ্গংগী স্বরাজগী শক্তম অসি থায়নগী খুঙ্গংগী পঞ্চায়েটশিংবু মোংফমদগী হিংগংহনবা নত্তে তৌইগুম্বস্তুং হৌজিক্কী মতমগী পৃথিবীদা নিংতম্বা খুঙ্গং ওইনম্না অনৌবা শেমগংপগী রানি। গ্রাম-স্বরাজ হায়বসি রাজনীতি, অর্থনীতি অমস্তুং সমাজ বিজ্ঞানগী থবক ইংখাংদা অহিংসাগী থৌওম্বগী শক্তম তাহনবনি।

গান্ধীজীগী মত মতুংইন্না, পান্দম্লিংঙাই ওইবা সমাজ হায়বসি ষ্টেট য়াওদবা (সরকার লৈতবা) গণতন্ত্রনি, নিংথৌ পান্দবা জ্ঞান তারবগী ফিভমনি, মফম

* গ্লিমসেস ওফ রার্ল্ড হিষ্টরী

অদুদা সমাজগী পুক্সিংদু অস্থুপকী মতীক মপুং ফাখে, মতুংদি মশা মথন্তনা নিয়ম লেপচখে । "পান্দম্নিংঙাই ওইবা ষ্টেট্তা, রাজনীতিগী শক্তি লৈত্রে মবমদি মফমতুদা ষ্টেট লৈত্রে।" গান্ধীজীনা থাজবিথি মতুংদি পান্দম্নিঙাই অমগী মপুং ফাবা থংবা হায়রসি ওইথোক্কবনি। অদুম ওইনমক "পান্দম অদু ইউক্লীডকী লৈইগা পান্দম ন, লৈইগী মবাক লৈতে অদুবু ঙসি ফাওবদা কনা অমত্তনা মদু চিংবা য়াদ্রি অমস্তুং থংনা নম্নবোই চপ মান্নবনি পান্দম্নিঙাই ওইবা লৈই অদু পুক্রিদা থম্লগা ঐরোসন। জ্যামিতিদা চাওংহপ ঙম্নবি।" রাজনীতিগী লৌবুক্তা ষ্টেট লৈতবা গণতন্ত্রগী পান্দমগী থাজবগা মনাক নকশিন্নববা গ্রাম-স্বরাজ অসি মনা ঐরোযদা পীবমই। রাস্যন থৌদা যম্মা রাংপা সবকাবদুবু খুাইদগী ফবা সবকাবনি হায়না মনা থাজৈ। কম্যুনিষ্টগী দর্শন (ফি-লোস-ও-ফি) গী মতুং-ইনা, অরোইবা মতাংগী 'ষ্টেট অদু মথন্তা মমি শামজগিবা (খুইথখিবা) নি।" তৌইগুম্বস্তুং রুশিয়াগী টুটেলিটেরিয়ান ষ্টেটদি শক্তি পুম্নমক ষ্টেট্তা পুল্লপ পুন-শিল্লি। কবিগুম্বা মতমদা ষ্টেট অদু মথন্তা মমি শামজথিগনি হায়রসি অরুবা রাফমনি। মহাত্মা গান্ধীদি থৌঙম্বা আদর্শবাদী ( পান্দম্ফম ) ওইবা মবমনা, ষ্টেট লৈতবা গণতন্ত্রগী পান্দমগী থবক ওইনা কান্নবদু থংবিগি, খুঙ্গংগী স্বরাজ হায়বসি পীবিবমই, মসিদি "ষ্টেট মথন্তা খুইথবদু নত্তে" তৌইগুম্বস্তুং ষ্টেটকী শক্তিশিংদু চাইথোকপনি"। মতৌ অস্থুম্না, গ্রাম স্বরাজ হায়বসি থাজবা যাবা থৌবাং অমগী ফোংদোক্লবা পান্দমনিঙাই অমনি, "ষ্টেট অমনা মথন্তা খুইথজখিবা" হায়বা লাপথুবা পম্বুংফম অদুগুম্বা নত্তে।

হৌজিক্কী গণতন্ত্র অসিদি ইলেকসন্না মযায (কেন্দ্র) ওইবনি, দলনা মথক্তা শাসন তৌবনি, শক্তি তান্নবনি, চযেংনববা খুজীল থৌবাংদা ( মেকানিজমদা ) কেন্দ্র ওইহনবনি কেপিটেলিষ্ট, সোস্যালিষ্ট অমস্তুং কমিউনিষ্ট কী নীতি ওইনিংবা অমা ওইবসমু রাযেল থৌদাগী শক্তিশিংদু মথম অমত্তদা (ময়ায়তদা) পৈশিন্দুনা থমবসিনা হৌজিক্কী রাজনীতিগী পথাপতা বোক চাউনবা অমস্তুং তোল হায়-

নবসি থোকহল্লে। মী অমমমমু মপু অমগী নমুনাদা ভোটার ওইহল্লবস্মু মতুংদদি অমুক মখোয়বু থৌশাবিদ্রে। মগোব মশানা মশাগী মহুৎ শিঙ্গরে মরক মরক্তা থোকপা ইলেকসনগী ভোট পীগনবা অমস্মুং ভোট হেক পীখিবদা মথংগী অমুক ইলেকসন য়োৗদ্রিবা ফাওবা ভুক্ষন্দুনা লৈখরগনি। মী অমমমনা অকক্লবা মতম অমদা থবক অমুক্তং পাংখোক্লিবসি রাজনীতিগী থবক্তনি। ময়ায়দদা শক্তি পায়-শিন্নবা পার্টিগী নিয়মনা পীরকপা লম্বীতুদনি মাবু ভৌহল্লিবসি অমস্মুং ময়ায়দা পৈশাগী শক্তি পায়শিল্লবা পার্টিগী নিয়মনা পীরকপা লম্বীতুদনি মাবু ভৌহল্লিবসি অমস্মুং ময়ায়দা পৈশাগী শক্তি পায়শিল্লবা কাবুগী খুংনাই ওইরবা পাউজেল চেগী লুচিংবস্মুনি। সবকারগী নীতিগী মও' শেম্বদা মী অমগী ৱা শিত্তং লৈ নত্রগা শুরলৈ নৈতে। য়াইফবা সরবার অমদা নত্রগা মী অমনা পুমগুপ গুপ্তা (টুটেলিটেরিয়ান) সবকার অমদা মী অমবু পংথহল্লি, লোন থোকহন্দে মীওইবগী মওংদা হকচা দি তাম্থোকপিববা শাগুম ওইহল্লি।

গান্ধীজীনা ভাবত্তা অশেংবা গণতন্ত্র অমবু থবক পুহনবদু পামবিরমই। মরম অদুনা মহাক্না মুন্না য়েংতুনা হাযবিরমই—"অশেংবা গণতন্ত্র হায়বসিদি মী কুন্দ, ময়ায়দা ফমতুনা লৈবগা থবক তৌবা ঙমদে। মসিগীদি মখাদগী খুল খুদিংগী মীশিংনা থবক ভৌংনকপা তাই।" খুঙ্গ স্বরাজদা, খুঙ্গং অদুদি ময়ায়দগী শক্তি চাইথরক্লবা মবমনা, মপুংফানা শক্তি শিন্নরবা পিক্লবা রাজ-নীতি ইউনিট লৈবনিনা, মী খুদিংমক্না সরবাবদুদা হাবথেংননা হা ঙাংনবগী খুদোং চাবদু লৈবে। খুঙ্গংগী সবকার অদু পঞ্চায়েট অমনা শীল লাংগনি; পঞ্চায়েট অতুগী মী মঙা লৈগনি, চহী খুদিংগী খুঙ্গংগী সা-বালক ভোটনা খনগনি, ভোটাব ওইবগী অধিকারস্মু মুপীস্মু মুপাস্মু গ্রাইদগী য়ামদবা অথিংবা নিয়মগী মগুণ লৈগনি। মতুগী আইন তমস্মুং বিচাবগী শক্তিশিং লৈগনি। পঞ্চায়েট অতুনা আইন শেম্বা, বিচার তৌবা অমসুং লৈবাক ঙাকপগী থবক-শিং পুন্না তৌগনি মরমদি মতুদা দণ্ড পীবগী নিয়মদি লৈরোই।

অসিগুম্বা নিয়ম চংপা সরকার অমগী মগাদ প্রজাশিং অদু মশানা মশাবু ব্রারকচবা ওইগনি, সরকারনা খুতুম চনবা ওই বাই, থবক খুদিংমক্কী সরকারদদা তাইনবা অতুগী মহুত্তা থবক তৌনবগী শক্তি শিন্নববা অমসুং ময়ামগী থবক পুবদা থবক ব্রাংনা মথৌ মশক খংলবা মী ওইগনি।

অশেংবা ডিমোক্রেসী হায়বদি স্বরাজ অমনা অশেংবা রাজনীতিগী নিয়মগী অরেইবা মত পীবা ঙম্নবা প্রজাশিংগী মপু ফাবা নিংতম্বা ফংনবা অমসুং গুঅসিম্বা মী ওই অমগী চাওখৎপা যারদু চাওখৎহন্নবা থবক তৌই।

গান্ধীজীনা থাজবিবিবা ভিলেজ স্বরাজ হায়বসি মতৌ অসুম্না যাম্না মশা শেলবা অমসুং নুপা থোক্লবা গণতন্ত্রনি, মসিনা হৌজিক মতমগী রাজনীতিগী চৎনবীদগী অন্না অনা ফংলবা মী কয়াগী শোয়দনা লাযবন্নবা লাইয়েংদু পীরি। অসিগুম্বা নমুনাগী মযাযগী শক্তি চাইথোক্লবা, শেংলবা গণতন্ত্রগী গ্রাইফ-পাউজেল অমা মীওইবা পুম্বগী পীগনি।

গান্ধীজীদদি রাজনীতি শক্তিনা মথন্তগী অবোয়বা শক্তি ওইজদে, তৌই-গুম্বসু মী অমবু পুন্সগী মাযগে খুদংদা কিংম হেন্না ফগৎননবা পান্বে কয়াগী মসুংদা মসিবু চমত্তং ওইদনি। মরম অসিনা, মানা কুপ্না যেংতুনা মাগী মমিং চংলবা লাষ্ট উইল এণ্ড টেষ্টামেণ্ট" কৌবা লাইরক্তা ইরব মদুদি ভারতকী রাজনৈতিক স্বরাজ ফংলসু, মাগী ফংগদব 'সমাজগী ধর্ম্ম অমসুং পুক্লিংগী অমসুং অর্থনীতিগী স্বরাজ ফংগদবা হৌজি স্থ নৈবি মসনা খুঙ্গং লিশীং চা তরেংমা সহরশিদগী তোঙান্না উবিবসি শোক্কদবনি মসিনা গ্রাম স্বরাজ হায়বদি পঞ্চায়েং রাজগী শক্তম অমা অমসু থৌরম পবে অমা য়েক্কুনা পীরি, মদু অতোঙ্গা রাহযদা হাযববদি অতি সা নীতি চংপা মশানা পুজবা ঙম্বা অমসুং খুইদগী মপুং ফাববা রাজনৈতিক শক্তিগা লোযনরবা অর্থনীতিগী ইউনিট ওইহনবা হায়বনি। গান্ধীজীনা পাম্বিবিবা গ্রাম স্বরাজ অসিদি মীওইবদা কেন্দ্র ওইবনি

লোংচুপলোমগী পৈশাদা েগ্র ওইবা অর্থনীতিগী মায়দে। অহানবা অসিনা অহিংসা অর্থনীতিন, মশোনা অসিনা মশীবা অর্থনীতিনি।

গান্ধীজীনা পাম্লিং গ্রাম স্বরাজগী খুদিল থোবাং তৌবদা মহৌশানা খাইদগী মকোক থোংবা কগা নৈগদৌরিবা কম্মিশিংগা মযৌ ওাকপগা, মানা হায়ব, মহুদি খুলগী কম্মি শংনা খুৎশিংদুবু শেমগৎকনি মশানা পেঙ্গননবা মশাবু থাকপা ঙম্মনবা লৌ উহনগনি, খুৎশা হৈবগী থবক তম্বগনি, কম্মিশিংনা মহৈ তম্নীগনি অমসুং মথোযগী মনুংদা হকচাং কত্তবা অমসুং অনাবা লৈহনবা, চংদননবা যৌবা পানগৎকনি অমসুং নযা তালিম ( অনৌবা শিক্ষা ) গী মতুংইন্না পোকপগী শিবা ফাওবা খুঙ্গাশিংবু লাইবিক ওম্বিনবা থৌবাং তৌগনি।

তাইবংগী শান্তি পাম্বা পৃথিবীগী রাজনীতি হৈবশিংনা মথক্তগী মপোং ফাওবগী থৌবা তৌননবা হোৎনগন মতুমা গান্ধীজীনা প্রস্তাব তৌবি মখোংঙলোমদগী মথকলোমদা থবক তৌগৎননবা। মামা মবম অসিনা হায়বি "নিংতম্বা হায়বসি মখোংলোমদগী হৌবক্তদবনি। মতৌ অসুম্না খুঙ্গং খুদিংমক্তা মপূখানা শক্তি লৈবা নত্রগা পঞ্চায়েৎ নৈগদবনি। মবম অসিনা মসিগী মতুং ইন্নবপদা খুঙ্গ খুদিংমক মশানা মশাগী পোৎলুম পুজবা ঙমগদবনি অমসুং মথোযগী ওইবা থবক থৌরম কযাগী থৌবাং তৌবা ঙম্মদগী হেন্দোক্তুনা পৃথিবী পুম্বগী শক্তিবু মশা কঞ্জনবা শিংবা ঙম্মবা ফাওবা হোৎনগদবনি। মপান্দগী অকনবা লান লাক্লবসু মশাবু কঞ্জননবা মহৈ তমগদবনি অমসু মশক ঙাংচনবা হোৎনবদা শিননবা ফাওবা শেম শাগদবনি। মতৌ অসুম্না অবোইবদদি ইউনিট অমা ওইবিবসি মী অমমমহুনি।" গান্ধীজীগী মফমদদি "মশানা মশাবু রায়েঙ্গবা হায়বগী অর্থসিবু মীবৈবাক্তীবা নত্রগা মজাতিগীবা সবকারনা লাকশিন্দুনা থম্মদুদগী নাম্থোকপা মখংশিংনা হোৎনবদুনি হায়না লৌই। নিংতম্লবা সবকার অদুবু অরাবা থৌদৌ ওইগনি কবিগুম্না প্রজাশিংদুনা পুম্নগী নিয়ম খুদিংমক্তী পথাপ শেম্বিবে। সরকার অদুবু ঙাইদুনা লৈববদি ভিলেজ স্বরাজদা ইরোই লোয়বা শক্তি অসি

মীপুম খুদিংদা লৈ। মী অদুনা "ভিলেজ স্বরাজ"গী মপুং ফাবা শক্তম অদু শশনা উনিংলবদি মহাক্না অহানবদা "স্বরাজ" অসি লৌশিংবা ফংখিবা) তাই। মী অমনা ওইবিবা অদু পুম্নমক অহৈব পানবা সম্পুর্ণ ওইহনবনি। মতৌ অসুম্না ভিলেজ স্বরাজ অসিনা স্বরাজগী নিংজেংগী মিংশেন ইগনি মহুনা মহুদা য়াওরিবা মী খুদিংগা নোংমগী পুক্নিং মথক শেংলা উগনি। মসম অসিনা খুংগী থৌমাশিংনা (বম্মীশিংনা) ইরম চানবগা মশেংবগী পুক্নিং চংবহু অশেংবা শিক্ষাদা। পুল্লপ পীশনগদবা। শিক্ষা অদুন চাং মাপ্পনা চাও-খংহনগদবনি "এচ" অহুম অসি 'হেড' লোব, হার্ট অমস্মাই অমসুং 'হ্যাণ্ড'= খুৎ। নঈ-তালিম (অনৌবা শিক্ষা) অসি গান্ধীজীগী তপস্যাগা (লাইনিংগী) মহেয়নি। গান্ধী অসি চাং চপ মান্নবা 'এচ' অহুমগী মপুং ফানবা শাইওননি (অবতারনি)। অসি সাগী মায়াই অসি নঈ তালিমগা থৌবাং পুম্মক্না শিন্নদুনা লৈ মহুনা খুংগং-ইহৌগা মতম লগা অউ লগা হবটা, পুক্নিং অমসুং থবাইগী মাযৈগে শুনা চাওখৎহনবদা পান্দম্ফম ওই। নঈ তালিম (অনৌবা শিক্ষা) গা পরিংদা শেংলবা শিক্ষাগা মরু ওইবা খুদমা থৌবাংগা লোয়ননা। ভিলেজ-স্বরাজ লেমগৎপদা নাগ বকশিংসি মরু ওইবা মবল অমা ওইগনি।

খুঙ্গংগী স্বরাজ হাযবসি মীবু কেন্দ্র ওইনা লৌবনি, মী অতোপ্পবু নৈহৎপা যাওদে, মযামগী শক্তি চাইথোক্লবনি, ইচম চম্ব। খুঙ্গংগী শেল-থুম শীজিন্নবগী মওংনি। পুন্সিগী চংদবা যাদবা লেৎপা চাবনচবা মরু ওইবসি ফনবা মশানা হৈনিংনা গোংথোকপা নাগরিক খুদিংমক্পু মপুং ফানা থবক শৃকম পীহুনা থবক শুদিংহনবা অমসুং মশাগী থবক মশানা পুজব উন্নবব, থবক শৃংনৎনি।

লৌকিক মতমগী শেল থুমগী নীতি পথাপ অসি মরম্নাই মুণ্ডংলবা অরাংপগী শক্তি চাং হেনগৎলবা, চাং য়াম্না নীতি শাস্ত্রগা (চৎনবীগী পথাপ) অর্থ শাস্ত্রগা (শেল শিজিন্নবগী পথাপ) কায়নবা মেচিনগী বিদাদা ওৎথোকপা, মক্কম অমত্তদা পৈশিনবা, চযেৎ থায়েৎনবা সভা মযাম লিংবা ওই। মথোয় অদু

থবক ফংদবগী ৱাথোক, থবক ৱাংপা, চাকনিবগী থবক, মীবু নৈহৎপা, কৈথেল মুন্নবগী অঙাওবা লমজেল অমসুং পোৎ-চাক ফংনবগী লম লৌশিনবা অসিন চিংবনা মশক থীহল্লি। অঙম তান্নবা চক্রি থাংনবা অমসুং কাংবু নাইনা খৎনবা অসিনচিংবনা শারিবা লংলাশিংবু অসুম অসুম চাশিল্লকই। মখোয়না মী অমমমসু মীনাইগী শীংদা চনশিল্লি, মীওইববু মেচিনগী চিঙ্গাক হুম্নবা খুৎ ভাক্তা ওইহল্লি, মী অদুবু মেচিন শরুক মচেৎ অমগী থাক্তা হল্হহল্লি। মী অদুগী ফজরবা জ্ঞান তাবগী মতৌ অদু থৱায় মাংহনবা থবক অমত্তদা হঞ্জিল হঞ্জিল শুহনবিবনা ময়েং তাখি, মদুগী মহুয় ওইনা মী অদু লমচৎ য়াওদ্রবা সিনেমা ঠিয়েটারদা, য়ুগী দুকান্দা অমসুং ওক্তবী মকোন্দা পোখানবগীদমক, কারখানাগী চোকথরবা ১সুং তমথীরবা থবক্তগী নাম্থোক্লবগী চেনশিল্ল। সমাজ অসিবু খুদোং চাবা ফংবা অমসুং খুদোং চাবা ফংদবা, ইনাক খুনবা অমসুং লায়রবা অসুম্না নাকপাক তানা তথ্বায় থায়দোবই। ঙসি উরিবা শেলথুমগী মরমদা অসুপ য়াম্না চাং মাম্নদবসি থক লৈরমদে হৌজিক লুপা লখা কোটি পায়বা মীদুনা পান্দফম য়াওদনা কে মৌদুনতা লৈরি অমসুং থবক কন্না শুজ-নোমজরিবা কাংবু অদুনা শরুদা উনশানা কুপ্পফাওবা ৱানা থোকচরি। থাক ৱাংনা বিজ্ঞানগী থুংশাহৈবগী থবক্তা চাওখৎলবা ইউ, কে অমসুং ইউ, এস, এগুম্বা চাওখৎলবা লৈবাক কয়াগীসু থবক ফংনদবগা ৱাথোক অসি কোক্লনবা হোৎনগদবা ৱাংলি, মতৌ মসিমক ভারতকী নীংশিংবা থোক্তুবর্দদি মরু ওইনা লৌউ শীংউদুনা হিংজরক্লিবা খুল লাখ তরেৎতা চাইনা তারিবা মীশীং য়ামথবা প্রজাশিংগী মরক্তা ডিগ্রী ১০ ফাওবা য়াবমখৈ চাউথোকহন্দুনা দান তৌরক্লি।

'ভিলেজ স্বরাজ' অসি গান্ধীজীনা পুন্সি চুপ্পা খিরকপগী মহয়নি, মসিনা মাগী থম্মোয়বু চরা হেল্লবা ভারতকী মী লাখ কয়াগা লোয়নবদু তাক্ল অমসুং ভারতকীদং নত্তনা পৃথিবীগী অল্লা-অনা পুম্বা শোয়বা লৈত্তনা লায়থোকহনবা ঙম্লগদবা মন্ত্র শোল্লবা যন্ত্র অমা ওইনা মহক্লা হোদোকপিরকখি, পৃথিবীগী

# অয়াওবা

| অধ্যায় | লামায় |
|---|---|
| রামাঙ যানবা | (i) |
| রাহৌদোক | (i) |
| ১। স্বরাজগী অর্থ | ১ |
| ২। আদর্শনীয় সমাজ অমগী শক্তম | ১০ |
| ৩। লম্বী কদোমদা আশা | ১৫ |
| ৪। সহব অমসুং খুঙ্গং | [illegible] |
| ৫। খুঙ্গং স্বরাজ | [illegible] |
| ৬। খুঙ্গং স্বরাজগী মক্ত ওইবা পথাপ | [illegible] |
| (১) মীওইবগী সর্ব্বভৌমত্ব লোইনা শীজিন্নবা | [illegible] |
| (২) চরা নোংখন্নবা থবক | [illegible] |
| (৩) মান্নবা | [illegible] |
| (৪) থাজনা শিন্নবা | [illegible] |
| (৫) মযামদগী শক্তি চাইথোকপা | [illegible] |
| (৬) স্বদেশী | |
| (৭) মশানা পাঞ্জবা ভস্বা | [illegible] |
| (৮) থবক শূমিন্নবা | |
| (৯) সত্যাগ্রহ | [illegible] |
| (১০) ধর্ম্ম পূম্বগী মান্নবা | [illegible] |
| (১১) পঞ্চায়েৎ-রাজ | [illegible] |
| (১২) অনৌবা শিক্ষা | [illegible] |

অধ্যায় লামায়

---

# অরানবা চুমথোকপা

লাইব্রিক অসিদা লামাই মশীং খবদা ২৮১দগী ৩২৪ অসি ২০৯ দগী ২৫২ ওইনা অমসুং ৩৬৫ দগী ৩৮৮ অসি ২৯৩ দগী ৩১৫ ওইনা লৌবীয়ু।

# পাবিরিবশিংদা

ঐগী অইববু কন্না পাবিবিবশিংদা অমসু মাড়ুদা হ'ন্নায যাওবা অতৈদা ঐনা হাযনিঙবদি চানবা চানদবা যাওবন্দা ঐগী মবি লৈনজদে। অচুম্বগী মতুং ইন্না ঐনা থিবকপদা রাখল কযাসু থাদোকখ্রে অমসুং অনৌবা কযা খঙহৌবে। চহীদা ঐসি অহল ওইববসু, পুক্লিংদদি ঐসি চাউবা লেপ্লে হাযনা ফাওদ্রি নত্রগা ঐগী তোংশাশিংসি শীদোক্কবা (কীস্তববা) মতমদা ওইগনি। ঐগা মবী লৈনবিবা হাযববু অচুম্বা হাযবা ঐগী ঈশ্বরগী খোল্লাউদা হাযবা ইনগনি হাযনা মিকুপ খুদিঙদা ঐগী থৌবাঙ লোযববা শেম শাবসিনি অমসুং কনাগুম্বনা, মবম অসিদগী, ঐগী খুৎই অসিদা রাখল মান্নদবা কবিগুম্বা থেংনরবা মতমদা অতুম ওইনমক ঐগী পুন্নিঙগী অশেংবা ফিভমদা লাজবা লৈর-বদি, হিবম অমত্তুদা অকোনবা ইবডু মানা নিঙগীনা খনগদবনি।

এম, কে, গান্ধী

হরিজন, ২৯-৪-৩৩, লা° ১

অধ্যায ১

# স্বরাজগী অর্থ

স্বরাজ হায়বসি পবিত্র ওইরবা শেংলবা ৱাহয অমনি, বৈদিক শব্দনি, ফোঙদোক্লিবা অর্থদি ইশানা ৱাযেঞ্জবা, ইশানা খূত্থুম চঞ্জবা হাযবনি, তোয়না অর্থ লৌনবিবা "নিঙ্‌তম্বা" হায়রে হায়থুনা মনিঙ্‌মখা পঙ্‌তৌ তৌবা খূত্থুম চনবগী নিযম লৈতবথুদি নত্তে। ১

লৈবাক খুঁদিঙমক্তা চাবা, থকপা, নিংশাস্বর তোনবদা মতিক চাজাংগুম্না ফগে ফৌ, ফংলোই তোকউ জাতি খুদিংমক্তা মবন্নাইগী থবক থৌবাঙ্‌ শীঞ্জবা মতীক চাজে। ২

স্বরাজ হাযবগা ঐনা লৌরিবদি ভাবত্তা পোকপা নত্রগা খুন্দাররবা মাখোযগী মখুৎমক্তা ভাবতকী সেবা তৌজরিবা অমসুং ভোটাব অমনম ওইনা মিং চঞ্জববা সা-বালক ওইরবা নুপী নুপাগী খুাইদগী অযাম্বা মীশীঙনা যাববা ভাবতকী সরকাব অত্থুবুনি······ অশেংবা স্ববাজদি মী খবতনা শাসন মুল্লগা পুরকপা যাদে. তৌই-গুম্বসু তৌব-ঙম্বগী শক্তিথু মীযাম্না মুল্লগা থীনা ঙাওনববা সবকাব অমবু থিংবা, থবক লেপ্তনবা হাযবনি। ৱাহয অমদা, স্বরাজ হাযবসি মীযাম্বু মাগী-মাগী তৌব-ঙম্বা শক্তিথু খল চানা থম্নবা অমসুং সরকারবু থিংনবা জ্ঞানগী শিক্ষা পীববতদা ফংগদবনি। ৩

রাজনৈতিক স্বরাজ হায়বসি বৃটিশকী হাওস ওফ কমন্স নত্রগা রুশিয়াগী সোভিযেৎ-রুল নত্রগা ইটালীগী ফেসিষ্ট রুল নত্রগা জর্ম্মনীগী নাজীরুলগী মতৌ তম্ববুনি হায়না ঐনা লৌদে। মাখোয়গী প্রতিভাগা

(লোয়ননা পিরকপা মগুণগা) চুনজবা নীতি-নিয়ম মাখোয়গী লৈজে। ঐখোয়গীসু মাদু লৈগদবনি। মাদু করি করি ওইগদগে হায়বদুদি ঐনা হায়বা ভম্বগী ৱাংমদা লৈখ্রে। ঐনা মাদুবু হান্না তাকচখ্রে রামরাজ্যগুম হায়বদি মীয়ামগী শেংলবা পুক্নিঙগী ৱাশক্কগী ফংলকপা প্রজাগী সার্বভৌমত্ব ওইবা অথোইবা নিঙ-তম্বা হায়বদুনি। ৪

স্বায়ত শাসন হায়বদি ইশানা ৱায়েন থৌদাজবা সরকার লিঙবা হাযবসি মপুংফানা ঐখোয়গী পুক্নিঙগী পাঙ্গম্বগী শাথীরবা খুদোংথীবা পুম্বব নমথবা ভম্বা পাঙ্গম্বগী মপান তাংবনি। অঙইব-মক্তি, নিঙ তম্বা সরকার ফংননবা কন্ননবা অকনবা থবক থৌরাঙ তৎতনা পায়খৎকদবনি, মাদুবু নত্রবদি মমিং ফাওবা মতীক চাদে। অদুনা ঐনা ৱাহয়না অমসুং থবক্কা উৎননবা হোৎনরক্লি, মাদুদি রাজনৈতিক স্বরাজ হায়বদি মুপী মুপা ময়ামগী নিঙ-তম্বা সরকার অদুনা মী অমমমগী নিঙ-তম্বা শাসন্দগী হেন্না ফবা নত্তে, অমসুং মরম অদুনা, স্বরাজ হায়বসি নীতি অদুমক্তনা ফংহনগদবনি ; হায়বগী অর্থবু স্বরাজ হায়বসি মী খুদিঙগী মশানা ৱায়েন থৌদা ভমজবা ওইগদবনি।

ইশানা ৱায়েঙ্গবা হায়বগী অর্থদি মীরৈবাক্কী মীনা ৱায়েনবা নত্রগা জাতি মশানা ৱায়েঙ্গবা ওইরবসু সরকার অমগী অথিংবা খিবিক্কগী নিঙ-তম্নবা তত্তনা হোৎনবা হায়বনি। ইশানা ৱায়েঙ্গরবা স্বরাজ শাসন লিংলে হায়দুনা পুন্সিগী থৌদাং অকুপ্পা ফাওবা সরকারগী থৌদা ভাইদুনতা লৈগনি হায়রবদি স্বরাজ হায়বসি অন্নাবা থৌদো অমনি। ৬

ঐগী স্বরাজদি ঐখোয়গী লৈবাকমচা ভাবগী (সভ্যতা) গী স্বভাব অহু তেক্ক কায়দনা থম্লবনি। অনৌবা হিরম কয়া ঐনা ইনিঙবনি অহুবু মাহু পুম্বা ভারতকী ওইবা প্লেটদা ইবা তাবনি। ঐনা নোংচুপলোমগী মতৌ কয়াবু মতীক চাবা শেন্দোয়গা লোয়ননা শিংবা ঙম্লগদবা লৈরবদি হরাও-হরাওনা পুরুবা পামই। ৭

প্রজাগী অয়াম্বা মশীংনা মরৈবাক নিঙ্বা, রাজভক্তি লৈবা, মরম্নাইগী কান্নবা পাম্বা পুম্বগী মথক্তা জাতিগী ফগদবতবু অথোইবা অপাম্বনি থাজরবতদা স্বরাজবু ঙাকশেন্দুনা থম্বা ঙমগনি। স্বরাজ হায়বগী অর্থদি অয়াম্বা মশীংনা শেম্বা সরকার হায়বনি। হেন্না য়াম্বা মীশিঙ্না অত্যাচারী ওইরবা মশাগী ওইজবা থিরগা অহু ওইরবদি মাখোয়গী সরকার অহু (অরাজক) অহন-পান্দবা মতৌ নত্তনা করিস্থ নত্তে। ৮

ঐগী পাম্লিধা স্বরাজ অসিদদি জাতি অমসুং ধর্ম্ম খেন্নবগী য়া লৈতে। অহুগা লাইরিক হৈবা নত্রগা ইনাকখুনবা কনাগীসু পিবাফম ওইরোই। স্বরাজ অসি মী পুম্নমক্কীনি লৌমী, মরু ওইনা খোঙতেকপা, মিত্তাঙবা, চরা হেল্লবা থৌমী লাখ কয়াগী শরুক চপ চানা থুংবা ওইগদবনি। ৯

ভারতকী স্বরাজসিদি মীশিঙ্ য়াম্বা কাঙ্বু হিন্দুতগী ওইগনি হায়নৈ। মাহুপ লানবা ৱাদি অমা অমুক লৈররোই। মাহুনা চুম্বা তারবদি ঐ অমা মাহুবু স্বরাজ কৌবা ঙম্লরোই অমসুং ঐগী লুচিং মথাদা শক্তি পুম্বা খোমজিন্দুনা মাহুগা লানথেংনগনি, মরমদি

হিন্দ হায়বসি ঐঙোন্দদি মী পুম্নমক্কী অপুনবা স্বরাজনি, সতাগী শাসননি। ১০

স্বরাজ হায়বসিনা ঐখোয়বু লৈবাকমচা হেন্না তাহন্নবা, পুকচেল হন্না শেংদোক্নবা অমসুং ঐখোয়গী সভ্যতাবু হেন্না মন্না চেংহন্নবগী অর্থদা লৌনদ্রবদি স্বরাজ অদু মমল করিসু লৈত্রে। ঐখোয়গী সভ্যতাগী মরু ওইবদি প্রজাগী অমসুং সরকারগী থবক ইশ্বাও পুম্বদা অরাংবা থাক্কী ফজবা আশা পীববুনি। ১১

পূর্ণ স্বরাজ পূর্ণ হায়বদি মপূ ফাবা মরমদি পূর্ণ স্বরাজদা নিংথৌ মচা অনগী অধিকার লৈবা অদুগ লৌমী অমগীসু, ইনাক-খুনবা লৌরান চাবা অমগী অধিকার লৈরিবা অদুগ লৌ-ইখেংল লৈজদবা লৈপাক লৈমগী সেবা তৌরিবা লৌউবা মীগীসু, হিন্দুগী লৈরিবা অদুগ পাঙনগীসু, পাশী অমসুং খৃষ্টিয়ানগী লৈরিবা অধিকার অদুগ জৈনগীসু, জীউ অমসু সীখ শিংগীসু চপ মান্নবা অধিকাব লৈগনি জাতি ভেদা-ভেদগী খেন্নবা অমসুং থাক খেন্নবা করিসু লৈরোই। ১২

স্বরাজ হায়রিবা ব্রাহয়গী মনুংগী ভাবার্থ অসিমক্না তাকচবে অমসুং মাসি ফংনবা পাম্বৈদুসু ঐখোয়না সত্য অমসুং অহিংসাগী ওইগনি হায়না ব্রাশক লৌনখে স্বরাজ অদুদা মীচঙ-মীথায় নাইবা, অমগী কান্নবগা অমগীদা অমাঙবা ওইবা য়াবা পুম্নমক হান্নবা থিংজুনা থনখ্রবনি। ১৩

ঐনা মঙ মঙলিবা পামজরিবা স্বরাজ অসিদি লায়রবশিংগী স্বরাজনি। যুবরাজশিংনা অমসুং ইনাকখুনবশিংনা ফংলিবা খুদোংচাবা

মুংঙাইবত্থু মীচম মরক্কী প্রজা অমনস্থু চপ মান্নবা ফংগদবনি তৌইগুম্বস্নং মাখোয়গী মতৌগুম্না কোম্ন ঙাক্তা ফংগনি হায়বদি নত্তে। মাত্থু মুংঙাইবগীদমক পোৎচঙ ওইদে। নখোয়গী নত্রগা ঐগীদি মাত্থু মাঙ্খ্রবনি হায়বা য়াই। তৌইগুম্বস্থু হিনবগী অচম্বা খুদোং-চাবা, মতেং পূম্নমক্তি ইনাক খুনবশিনা ফংলিবত্থুগা চপ মান্নবা নখোয় পূম্বনা ফংগদবনি। হাযরিবা নীতিসিগী মখাদা নখোয়পূম্বনু খুদোংচাবা পূম্বসি ফংহনগনি হায়বসিবু গ্যাবেন্টি পীদ্রিবমখৈদি স্বরাজ্ঞ অত্তবু পূর্ণ স্বরাজ নত্তে হাযবসিদা ঐগী চিনবা করিস্থ লৈতে। ১৪

স্বরাজগী অর্থদি ভারতকী শক-শযাঙ্ পূম্নমক মুক্তি ফংবা হায়বনি। পূর্ণ স্বরাজনা শঙ্হাল্লিবস্থ খোঙ্তেকপবু মখোঙ্দা চুম্না চৎহনববা, লোনথোক্লবদু ব্বা নিঙ্থীনা ঙাঙ্বা হৌহনবগী ফীভমদা লৈবা হায়বনি। ১৫

সত্য অমস্থ অহিংসাগী পান্বৈনা পূর্ণ স্বরাজ ফংবা হায়বগী অর্থদি জাতি অসিগী খ্বাইদগী তোল্লবা ফুরূপ অমস্থং কাঙ্বু অত্থু ফাওবগী করিগুম্বা শাগৈ-সলাইগী খেন্নবা লৈতনা মপুংফানা নিঙ্-তম্বা ফংবা হাযবনি। স্বরাজ হায়রিবসিদা করিগুম্বা মন্থংচনদবা থক লৈতে। মরম আসিনা স্বরাজ অসি মী অমমমগী মন্থং অমস্থং মপানগী অধিকার মরী লোইনা লৈনৈ। ইউক্লিডকী রাহয়না তাবা চপ চাবা লৈই অমা পুথোকপদা থক য়োদবগুম্ থবকনা নীতি অসিদগী রাৎহৌগদবতনি। মরম অত্থুনা তশেংনা মপুং ফানা নিঙ্-তম্বা পূর্ণ-স্বরাজ ফংবা হাযবসিদি সত্য অমস্থ অহিংসা থবক ওইনা চঙ্শিন্নবতনা মপুং ফাগদবনি। ১৬

মাসি পূম্নমক ঐখোযনা পূর্ণ স্ববাজগী অর্থবু লৌরিবা মরো অমসুং পাম্লিবা মপাম অতুগী মখা পোল্লে। ঐখোয়না প্রজা মীয়ামগী মনুংদা মীকপ থোক্লে, মখোয়গী মনুংদা শেংলবা মরম্লাই অধিকারগী লৌশিং পোক্লে হায়না লৌরবদি অমসুং পৃথিবী পুম্বগী মায়োক্তা মাখোযগী স্বার্থতু ঙাক্লবা শক্তি লৈববদি অমসুং পূর্ণ স্বরাজ ফংবনা ঐখোয়না সমাজগী মনুংদা থাক মান্নরবদি লৈবাক মনুং অমসুং মপান্দগী লাহল্লোবা কোক্লে লৌরবদি অমসুং শেন-থুমগী ফীভমদা মীয়াম্মক্কী চাং তম্না চাওখৎলবদি, রাজনৈতিক শক্তি অতুবু হাক-থেংননা শীজিন্নতুনা ওইরবসু ঐখোয়গী পাম্লিবা লক্ষ্য অতু ফংবা ঙমগনি। ১৭

স্বরাজগী মরমদা ঐগী থাজরিবা মওংসি লান্দবা ওইসনু। মসিদি মীবৈবাক্লা খুতুম চনবদগীসু পুরা ইনিঙ্-তম্বনি ; শেল থুমগা মরমদসু কনাগী মখা পোল্লবনি মরম অসিনা মায়গৈ অমরোমদা রাজনীতিগী নিঙতম্লে ; মায়গৈ অমরোমদসু আর্থিক্কী। মসিগী অমুক মায়গৈ অনি লৈরি। মায়গৈ অমরোমদা আধ্যাত্মিক অমসুং সামাজিক, ঈচেল তিন্নরিবা অতুনা খ্বাইদগী ম্লাংলবা থাক। ধর্মগা পন্থ ুংতুনি। মাতুদা হিন্দু ধর্ম্ম, ইস্লাম্ খৃষ্টিয়ান অসিনচিংবা য়াওরে, পুম্নমক মাগী মাগী থাজনবীদা অথোইবা ওইজগনি·········মাসিবু ঐখোযনা কাচিন-কোয়া মান্নরবা স্বরাজ অসিদি ঐখোয় পুম্নমক্লা অচেৎপা ম্লাখলগা লোয়ননা তকশিনবা, সত্য অমসুং অহিংসা ঙাক্লা থবক নোম্লবতদা ফংগনি। অশেংবা গনতন্ত্র নত্রগা মীয়ামগী স্বরাজ হায়বসি হিংসা অমসুং অসত্যগী লম্বীদা ফংবা থক য়ারোই, মরমদি

ইচম চম্না হায়রবদা মহৌশাগী ওইবা থাজনবা মতুংইন্না য়েক্লবশিংবু নমথবা নত্রগা খত্তোকপনচিংবা তৌহুনা য়েক্লবা লৈতনবা হিংসা অমসুং অরানবা পাম্বে শীজিন্নরকনি। মাহুনদি মীপুমগী নিঙ-তম-হনবদি ওইহল্লে। মী থুদিংনা মপুংফানা নিঙতম্বা ফংজগদবদি অমোংপা পক্ত্রবা অহিংসাগী শাসন মতমদতা ফংগনি। ১৯

অহিংসা-নীতিদা লিংবা স্বরাজদা প্রজাশিংনা মাগী মাগী অধি-কার মশক খঙবগী কান্নবা করিসু লৈরোই তৌইগুম্বসু প্রজাশিংনা মাগী মাগী মথৌ মশক খঙবতদি তঙাইফদবনি। মাগী মাগী হক (অধিকার) তান্নবগী মথৌদি শুকলৈ লৈরোই, অমসুং অশেংবা অধিকারদি মাগী মাগী মথৌশিংহু পাঙথোরকপদগী তুং ইঙ্গরকপনি। মরম অসিদগী মাখোয়না লৈরিবা মরৈবাক্কী সেবা তৌরিবা মাখোয় অহুদদা নাগরিক অমগী ফংফম থোকপা অধিকারশিংহু মহৌশাগী নিয়ম ওইনা থোকচরকই। মতম অহুদা অহুগুম্বা মশানা থোক-চরকপা অধিকারশিংহু মাখোয় মশা মশানা ধর্ম্ম কায়দনা পাঙথোকপা ওমই। মী থুদিংমক্না মীনম্বা ঙাঙজনবা নত্রগা গুণ্ডামী তৌনবগী অধিকার লোইনা লৈ। অহুবু অহুগুম্বা অধিকারহু শীজিন্নরক্লবদা মী মশামক্কীসু সমাজগীসু অনিমক্তা মাঙন-তাক্লবা ঙাক্তা ওই। তৌইগুম্বসুং সত্য অমসুং অহিংসা ঙাক্না থবক তৌরিবা মী অহুদি মহৌশানা সন্মান লাকই। সন্মান অহুনা মী অহুবু অমুক অধিকার কয়াগী মতীক চাহল্লকই। নিয়ম চুম্না মথৌ পাংথোকপদগী ফংলকপা অধিকারশিংহু প্রজাশিংহুনা সমাজগী সেবাগীদমক্তা শীজিন্নত্রে। প্রজাগী স্বরাজ হায়বগী অর্থদি মী থুদিঙনা মশাবু মশানা রায়েঙ্গজবশিংগী

পুল্লপ তিনশিনবত্নবু খঙই। অমস্তুং অসিগুম্বা স্বরাজ অসিদি প্রজা-শিংনা নাগরিক অমমম ওইনা মথৌ পাঙথোরক্লবদদা লাকই। মসিদা কনানম্ভ মাগী ফংফম থোকপা লৈ হায়বসি খম্ভনরুদে। খল্লকই, মাত্নদি মথৌ হেন্না নিঙথিনা পাঙথোকপগী ভাইফদবা মতম লাক্লবা মতমদতনি। ২০

অহিংসা নীতি চৎপা স্বরাজ অমদা কনাগুম্বা মী অমত্তম্ভ কনাগুম্বগী যেক্লবা ওইদে, মুপী মুপা খুদিংনা মীয়ামগী পুন্না ফনবগী-দমক মথৌ থুংবত্ন পাঙথোক্কুনা ভমজবা শরুক য়ারকই, মাখোয় পুম্বা ইবা পাবা ভমই, নোংম নোংমগী মাখোয়গী লৌশিংস্থ শিং-গৎলকপদা থংই। অনাবা অমস্তুং লায়নাম্ভ খম থেংনা ময়েং তাই। ভিক্ষা নিত্নুনা হিংবা মী লৈতে অমস্তুং কুলী ওইনবগী থবক কনাম্ভ ফংদ্রে। অসিগুম্বা মণ্ডগী শাসন মখাদা জ্বার শান্নবা, য়ু থকপা অমস্তুং ওক্কবা শাক্তৎ চৎপা নত্রগা জাৎ ফবা-ফত্তবগী হঙ্গোইনবগী মফম শুকলৈ লৈতে। ইনাকখুনবশিংনা মাখোয়গী শেল থুম অদু য়াম্না হৈ শিংনা অমস্তুং প্রজাগী কান্নগদবা থবক্কদা শীজিন্নগনি; কৈদৌউদম্ভ অরেম্বদা অমস্তুং মাখোয়গী মুংঙাইবা মথোই কানবা অমস্তুং তাইবংগী কান্নদবা মনুংঙাইদা চাদিঙ তৌরোই। ইনাকখুনবা মী খুজোক অমত্তংনা মণিমুক্তা থান্নবা কোনুংশিংদা মুংঙাইনা লৈবা অমস্তুং মী লাখ কয়ানা মুংশিৎ-মুংশা ফংদনা অন্নাবা ফীভমদা উচেক মকোনগুম্বা য়ুমদা লৈবদি করিগুম্বদা থোক্লোই। অহিংসা নীতি চৎপা স্বরাজ্যদা অতাবী অধিকারদগী হেনজিন্না খোপচিনবা তৌরোই; অমরোমদস্ত কনাগুম্বনা মরম চাদবা পোৎকী মপু

ওইরোই। নিংথীনা শেমগৎ-শাগৎনবা ষ্টেট অমদা নমজা-হাজানবগী থবকসি শৃকওই ওইথোক্রোই অমসুং কনাগুম্বনা নমথুনা মুন্দুনা লৌখ্রু হায়বগীদমক মাদুবু অমুক হন্দোকহন্নবগীদমক পুলিশকী শক্তি শীজিন্নবীবু দরকার লৈরোই। ২১

অধ্যায় ২

# আদর্শনীয় সমাজ অমগী শক্তম্

(নঙ্গ দিল্লীগী ভঙ্গী কোলোনীদা ফম্বা হুমিদাংবাইরমগী প্রার্থনা সভা অমদা শকখিবা ইশৈ অমগী ভবার্থদা গান্ধীজীনা মাগী স্বতন্ত্র ভারতকী শক্তম্ অহু থেংনখি। মাহুব্ গান্ধীজীনা ইংলিশনা হন্দোক্লগা লোর্ড থাখি। মাহু মথাগী অসিনি)।

We are inhabitants of a country
        Where there is no sorrow and no suffering
Where there is no illusion nor anguish,
        No delusion nor desire,
Where flows the Ganges of love
        and the whole creation is full of joy,
Where all minds flow in one direction,
        and where there is no occasion for tense of time,

All have their wants satisfied ;
Here all barter is just,
Here all are cast in the same mould,
Here is no lack nor care,

No selfishness in any shape or form,
No high no low, no master no slave ;
All is light, yet no burning heat,
That country is within you
It is Swaraj, Swadeshi,
The home within you
Victory ! Victory ! Victory !
He knows it who longs for it.

অর্থ— লৈবাক অমগী দেশবাশীনি ঐখোয়
মফমত্থদা লৈতে পূক্লিং-হকচাংগী অন্না-না
মফমত্থদা লৈতে মায়া নত্রগা চৈনা,
লৈতে লৌনম নত্রগা অপাম্বা,
মফমত্থদা চেল্লি মুংশিনবগী গঙ্গা
অমস্তুং শেমগৎপা পূম্বা মুংঙাইবনা থল্লি,
মফমত্থদা পূক্লিং পুম্বা মায়গৈ অমত্তদা চেল্লি
অমস্তুং মফমত্থদা লৈতে মতমগী অরুবা থৌথোক
মযামগী অন্নাৎপস্থ মনিঙ থুংজৈ,
মফমসিদা পোৎকা পোৎকা ওন্নবা পুম্বা অচুম্বনি
মফমসিদা মীপুম্বা উকম অমত্তদগী থোকপনি,
মফমসিদা লৈত্তে থৌশাদবা নত্রগা চেকশিনবা,
ওইজথিবা লৈতে করিগুম্বা মওঙ্ অমদা নত্রগা অমদা
অচোবা লৈতে অপীকপা লৈতে, লৈতে অমনা মপু অমনা
মনাই ,

পুন্নমক মণ্ডান্নি ; অহুবু লৈতে অচাকপা মৈশা,
লৈবাক অহুমক নঙোন্দা লৈরে—
মাহুনি স্বরাজ, স্বদেশী,
নঙোন্দা লৈন্নিবা য়ুমহুনি
য়াইফরে, য়াইফরে, য়াইফরে ॥
মীহুনা মাসিবু খঙই মাসিগী খোৌরাংজবা মহাক্না।

( মসিদা চৎলিবা ভাব অসিমক গান্ধীজীনা পান্নিবা তুংগী ভারতকী শক্তমনি। )

জাতি খেন্নবা লৈতবা কাঙলুপ খায়দনা সমাজ অমগী শরুক অমনি, মাহুদা তোমখিন্না পিকপা চাউবা কাঙবু লৈতে অহুবু চাং মান্নুনা য়াইমরন্না থাক্না লৈগনি। অচৌবা লৈতে অপিকপা লৈতে ; থবক পুম্বা মান্নুনা ফংগনি ; মরল হেন্না লৈবা মীনা লৈতবা মীগী সেবা তৌননবা খুদোং হেন্না ফংগনি লম্নাই খুদোং চাবা লোৌকম লৈরোই মীয়ামগী থাজনফম অমা ওইনা লৈগনি ; করি-গুম্বা মী অমগী থবক ইঙখাং খনবা মতমদা মরম্নাইগী চাওখৎনবগী য়াখতনা ইনশিন্দুনা খনবা ওইরোই তৌইগুম্বসুং সমাজগী সেবা তৌরকপদা মশাগী মগুণ ফোংদোকচরকপা অমসুং মশানা হৈনজবগী জ্ঞান তারকপদগী ওইগনি।

মকম অসিদা থবক পুন্নমক থাক মান্নবা অমসুং জাত মান্নব ওইগনি, অহান্নমনগী হাক্তকগী হৈনরকপগী শরুক অহু লম্নাই মীওই অমগী তোংজবা ওইরগনি খন্দুনা থাদোকপা কখোকপগ মহুত্তা মীরোন মথাং মথাংগী মতুং ইন্না চাওখৎলকনি অমসুং মকম

খাক্তনা থমগনি। সমাজ সেবাগী নিয়ম অসিনা অথিংবা লৈতবা অমসুং মথায় য়াওজবা অত্তম তারবগী মতৌ শিনখ্রগনি মী খুদিং-মক্কা পোথোনবা মতম মরাং করিবা কংহুনা, খুদোংচাবা রাজ্জা মহৈ মশিং ভত্তা অমসুং হরাওজবা কংহুনা থবক শুবা মী তাক্তা ওইগনি। তাইবত্ত আসি মুসগী শিল্পাইবমগী হৈ-শিংবা পোথোক্তা ওৎপায়নবা অমসুং থাইই তাজবা অমনি, অপীকপা চাংদা পুন্না লৌ উমিন্নবা, তাইবত্ত অমনি মাচুদা কাত্তম্ থরিবা জাতি খায়বা লৈত্রবা। অরোইবদা মাসি খাদেংগী তাইবত্তপান অমনি মাচুদা শেল থুম তানবগী লম্বী পুন্নমক নকশিন্নরকই অচুবু মী অমমগী নিত্তসবগী ওসখৈদি মপান নাইদে; খুনা খুনা হোংলকপা ইন্নাংগী-দমক্তি মী খুদিংমক্কী দায়ীনি; সমাজগী অফ-ফত্তবী দায়ীত্ব মাথোয় পুন্নমক্কীনি। মহৈ মহৈ মসুংদা য়ানবা মতুংইন্না অধিকার অমসুং থৌদাং লেপ্পগনি; মচেৎ অমগা মপূম অহুগা য়েৎনিনিত্তাই লৈরোই; জাতীয়তাবাদকীদমক্তা করিগুম্বদা মিৎয়েং খুজিন্নকপগী খুদোংথীবা লৈরোই, লম্নাইগী ওইজবা থিবা, নত্রগা মংবু লাকথুবা নত্রগা অন্তর্জাতীয়তাবাদ অসি অন্নম অন্নম মথত্ত মাত্তজথিগনি মফমদুদা মশক নাইদবা মীয়ামগী মশেন মরাংবা মত্তান ওইনা অপূনবা ওইবা মতৌদু মাত্তথিগনি। ২

লৈবাক অসিদা ভিক্তা নিদুনা হিংবা মী নত্রগা চাক্লিবা মী লৈরোই, নত্রগা অচৌবা অপিকপা মী খাররোই, শেজ্জাও পায়বা মীয়াম্বু কুলী ওইনা নেকপা ৯ম্বা নত্রগা শেল লৈজবা চরা নামতং চাবদগী মীগী থৌমী মুপাগী মফমদা মুপীশিংসি থাজনফম অমনি হায়না চপ মান্নবা

ইকাই-খুম্নবদু লৈগনি, অমসুং মুপীগীসু মুপাগীসু পুকচেল শেংবা অমসুং লমচৎ ফজবদ্ মিহৌনবগা লোয়ননা ঙাকশেনগদবনি। ধর্ম্ম পুম্নমক্তী মুপাশিংনা মাখোয়গী ধর্ম্ম-পত্নি নত্তবী মুপী পুম্নমকপু চহীগী মতাঙ মতুংইন্না মমা ওইনা, মচল ওইনা নত্রগা মচানুপী ওইনা খনগদবনি। মফমসিদা শোক্ত পন্ন য়াদবা হায়বগী লৈরোই অমসুং ধর্ম্মগী থাজবা পুম্নমক্তী ইকাইখুম্নবা চপ মান্নবা লৈগনি। মী পুম্নমক চাউথোক্না, হরাওনা অমসুং মশানা হৈনিংনা থবাই হিংননবা খুংনা থবক শুগদবনি। ঐনা ফমুংদা ঙাইহাক তিংথোক্তুনা পোথাবা নত্রগা থন্নায় পীবিরিবা মুংশাদা ঙাইহাক ফমদুনা মুংঙাইজবগীদমক্তি ঐণী ন্না তাবিন্নিবা অমসুং ন্নাহৈশিংসি পাবিন্নবা মীশিংনা ঐবু ঙাকপিগনি। ৩

অধ্যায় ৩

# লম্বী কদোমদা আশা ?

## শিনফমগী মরম

শিনফমগী মরমসি, ঐদি কি, মাওইবগী তমথীবা অভিশাপ অমা ওইখৎলক্লি। শিনফমগী মরম অসি নখোয়না অরানবা লম্বীদা হোৎনজবা ওস্বা-ওমদবগী মতু পূনা ইল্লে, মীবৈবাক্কী কৈথেলশিংডু নখোয়গীদমক থোও হাদোক্লুনা থম্লি, লাম্বা পাম্বিনবা মীস্থু মশী য়াংলি। মাগী মরমদি ইংলণ্ডমক্তদা নোংম-নোংমগী মচাকশিংসি অস্থুক অস্থুক য়াংশিল্লক্লে, থবক ফংদবা মীগী মশী অসি নিতিগী হেক্কংলক্লি। ভারতনা লোযকোট তৌবা (শীজিন্নদবা) হায়বসিদি পীকথ্রবা মহীকনা চীকচবগুম্বনি। ইংলণ্ডগী লৈবাকসিনা ভারতঃ কুম্বা অচৌবা লৈবাক অমা ওইরম্লবদি লৈবাক থুংনা কারখানা লিংবদগী কান্নবা ফংগনি হায়না আশা তৌনিঙই লৈরম্মোই। অওইবমক, ভারতনা, অতৈ জাতিশিংবু (লৈবাকশিংবু) এক্সপ্লোইট তৌবা হৌরক্লবদি তৌবস্থ তৌরক্কদৌরিবনি ভারতসিবু কারখানানা শিষ্টুংনা লৈখ্রবদি মাদুনা অতৈ লৈবাকশিংগী অভিশাপ ওইরগনি, পৃথিবীগী তমথীনা য়াবা ওইরগনি। অদুদি ঐনা করিগীনো ভারতপু ইন্দস্ট্রিলাইজেশন, তৌননবা খন্দুনা অতৈ জাতিশিংবু য়াহনগদৌরিবা? থোক্লগদৌরিবা অন্নাবা ফীভম্ অদু নখোয় উত্রা? হায়বদি ঐখোয়গী

শুফম ফংজত্রবা মী কোটি ৩০গী থবক ফংলগনি, অদু বু লাখ ৩০ দং লৈজবা ইংলণ্ডগী মীদি. কনাস্থু শুফম ফংলরোই, থোইদোক্লা অৱাবা ফিবম অমা ওইগনি মাদুনা ইংলণ্ডগী খ্বাইদগী ৱাথল লৈবা মীশিংগী চম্মবা ৱাফম অমা থোকহন্লোইদ্রা ?

উদ্যোগ (শিনফম) গী ভুংগী ফিবমসি অমম্বা লৈরি। ইংলণ্ডগীদি আমেরিকা, জাপান, ফ্রান্স অমসুং জর্মননচিংবদা লাম্বা পাবা ওম্বা মতীক চাবা মী কয়া লৈখ্রে। ভারতা মিল (কোল কারখানা) থবদং লৈবতনা ইংলণ্ডনা থাদোকপা ওম্লিবনি ; মরম অসিদগী ভারতনু হিরম অসিদা মিং পাঙলক্রে খা আফ্রিকা কাওবা মাগী মহৌশাগী থুংশেমগী ভূ-খোং অমসুং মীয়ামগী শক্তি মরলগা লোয়নবা মিং পাঙলকখিগনি। তৌবঙ্লবা অদুজী জাতি অসি আফ্রিকাগা পাক চাউরবা জাতিসিগী মমাংদা অশেংবা পীক্লবা পিশীগা চপ মান্নবা উরগনি। নখোয়না হায়নিঙগনি মাখোয় অসি পুকচেল চাউরবা হিংচাবনি। মাখোয় থাঙ্গেশেংনা পুকচেল চাওই ; হিংচাবদি নত্তে ; চহি খরগী ভুংদদি নোংচুপকী জাতিশিংনা মাখোয়গী লম্লোনপোৎকীদমক আফ্রিকাদা চাক্তাফম ওইবদু লেপচরক্লগনি। নোংচুপ কাঙবুগী ইন্দস্ট্রিগী মরমসিনা অমম্বদা লৈরক্লবদি, মাদুদগী হেন্না শাথীনা ভারতকীম্থু অমম্বা ওইরোইদ্রা ?

হৌজিক্কী চরাংনরিবসিগী মরম করিনো ? মাসিগী মরাদি ই চুম্না নীংজিননি, মাসি ঐদি হায়নিংদে, খরা শোনবা জাতিবু খরা হেন্না কনবা জাতিনা নৈবা—মদু নত্তে, পোকমিন্নবী লৈবাকশিংবু পোকামিন্নবী লৈবাকশিংনা নৈবিবনি। কোন কারখানাবু ঐনা কন্না

য়ানিঙ্লবগী মরূ ওইবা মরমদি অসিনি, মাতুদি হায়খিব্রা নোং-চুপকী জাতিশিংনা অতৈবু এক্সপ্লোইট তৌবা ওন্নগী থুংলাইদি মেচিন কোলতগী পাম্বেননি। মশামক্তবুদি মাতু উনা শাবা পোং ওইবতু য়াই অতুবু মাতু অকবা মরমগী নত্রগা ফত্তবা মরমগী ওইখিবা য়াই। তৌইগুম্বসুং মাসি ইরায় লাঙ্গনা ফত্তবা মরমগীদমক ওন-থোক্লিমি হায়বসি ঐখোয়না উরিবসিজাই। ২

অওইবনি, নোংচুপ জাতিগীদি ইন্দষ্ট্রিজগী মরমদা মীবু এক্স-প্লোইট তৌবদসু কা হেন্দুনা লৈরক্লবনি। মাসিগী মরূ ওইবা মরমদি মাসিগী মশা পুম্নমক পুমফং ফত্তবনি ফজবা য়াহয় য়াতা কয়ানা ঐখোয়বু লৌনমহল্লোইদবনি। জহাজ অমসুং টেলিগ্রাফকী মরমদদি ঐগী য়েংনিঙ্বা কন্নিবতু লৈতে। মাখোয়দি লৈজবা য়াই, ডন্নিব-মখৈ, অতুগা ইন্দষ্ট্রিয়েলিজমগী নিয়মদি য়াওবিজবা অমসুং মাসিগী অর্থ অফবা ওাক্তা হনবিদবা। মাখোয়দি অয়োই অথম নাইবা নত্তে। মাখোয়দি মীওইবা জাতিগী লুংজাই য়াইফনবগীমক্তদি মতম কুইনা লেংদনা লৈরগদবা থাদোক্লবা য়াত্রবনি। ষ্টিম ( মবিন—জহাজবু খওনরি ) অমসুং ইলেকষ্ট্রিকসিটিগী কাম্নবতু ঐখোয়মা খওলে ; অতুনা ঐখোয়না কমদৌনা ইন্দষ্ট্রিয়েলিজমগী নিয়ম চওহল্লোই-দবগে হায়বতু ঐখোয়না খওদোক্লগা মাখোয়বু মকম মতম চানা শীজিন্নগদবনি ঐখোয়গী থৌরাং হায়ববু, মরম অসিদগী, চওবা তাবা মমল পুম্বা চওক্রশতু ইন্দষ্ট্রিয়েলিজম অসিবু মুথংপা তাবনি। ৩

অব্বাইদা য়াম্না জ্ঞান তারবা কাওবু থোরক্রে ; মাতুনা অসি-গুম্বা পেনবা নাইদবা পোং-চৈ লন-থুম পাম্বদং ওইবা অমসুং মাতুগী

ফলনা মায়গৈ অমবোমদা লান তৌহূনতা লৈবা তাবা সভ্যতা মওঙ অসিবু থাজনরক্কে। তৌইগুম্বস্সু অফববু ওইরবস্সু ফত্তববু ওইরবস্সু কবিগীনো নোংচুপনা পুবিবা রাখল মতুংইন্না ভারতস্সু ইন্দস্ট্রিয়েল ষ্টেট ওইহনগদৌরিবা ? নোংচুপ লৈবাক্কী সভ্যতাসিদি সহরতগী ওইবা সভ্যতানি। ইংলণ্ড নত্রগা ইটালীগুম্বা অপীকপা লৈবাকশিংতনা মাখোয়গী নীতিবু সহব শেম্নবগী নীতিদা পুজরকপা যাই। লৈবাক চাউই হাযরবস্সু আমেরিকাদি খ্বাইদগী মীশীং য়াম-দবা মবমনা ওইবা যাই অতোপ্পা অমা তৌবা ঙমদবা যাই। তৌই-গুম্বস্সুং কনাগুম্বা অমনা খনবা শোন্দনা ঙমগনি মাহুদি মহৌশাগী অরিবা থৃঙ্গংগী ওইবা মনাংৎ লৈঙ্গবা মীশীংস্সু যান্না যাম্বা অচৌবা লৈবাক অমনদি পাউখুম পীবি, মাগী উদেশ্যদি, কান্নদে, নোংচুপকী ফিন্দমগী মতৌ তম্ফম থোক্কে। ফিবম অমদা তোপ্পা লৈজবা তোঙানবা লৈবাক্কী মতৌহূ, কানস্সু কান্নদবদা অতোপ্পদা লৈবা লৈবাক অমনা মতৌ তমলুবগী করি কান্নে ? মী অমগী মচিঞ্চাক ওইবহূ অতোপ্পা মী অমগীদি তত্তনা হু ওইরি। লৈবাক অমগী ভৌগলিক অবস্থা মতুংইন্না মাগী কৃষ্টি-কলাগী মচাব তৌবদা মরুওইবা শরূক লৈরি-বনি। শামতুগী কোট অমবু মেরুগী লৈবাকশিংদা লৈরিবা দরকার অতুদগী য়ান্না পাথবা মওঙদা বিষুবরেখাগী লমশিংনা পান্নবা তাবনি।

হৌজিক্কী রারিবসি চিংনবা লৈতনা থাঙমদবনি। মীঙোন্দগী নিবা হায়বসি তোক্লগদবনি। অতুবু ইন্দস্ট্রিয়েলাইজেশননদি করিস্সু কান্নবা ওইরোই। যণগাড়ী শীজিন্নবদগী করিগুম্বা যন্ত্রবা অমত্তস্সু

লৈতে। মাসি ঐখোযগী ওইজবা থিবা অমসু ঐখোযগী থংনগা খুনগীদমক খন্থবিবা ৱাংপগী মন্নংদা লৈরে। যুমলোন্নববু ঐখোয়না হুংশিন্দ্রবদি, হোংদোক হো জিন লৈত্রে, অতুম ওইনমক আন্দোলন মাত্তনা ঐখোয়গী অফবা অমা হেক্তা ওইগনি। ৫

ঐগী শক্তি লৈরবদি অসিমক নীতি অত্থু মুথংলমগনবনি। ঐনা খৃাইদগী তমথিববা শিনি ভাই ওইবা খুংলায অত্থু ফাওবা শীজিন্নরমগনি মাত্থনা নীতিত্থু মাওহনবা ওমগনি হায়না ঐনা থাজ-কন্নবদি। ঐনা যাংজদে মবমদি অসিগুম্বা খুংলাই শীজিন্নকবসিনা তৌক্তিক্তী শাসকশিংবু মাওহনবদি ওম্বা যাই হায়ববু মাগী নীতি-ত্থদি মতম কুইনা হিংগৌগনি। মীগী লীচংপুদি থৌশান্দ্রগা মী অত্থত্থবু মাওহনগনি হায়না হোংনরিবা কাওবৃত্থনা লীচং অমা শেম-গৎলক্তুনা মাখোযনা লান্না থাজবা মীশিংবু মাওহনখিব্রা অত্থদগী হেন্না ফত্তে, ফত্তব মীশিংদু শিখিবদা লীচংশিংদু লোয়নখ্রগনি হায়না খল্লি। ৬

অচৌবা থৌবাওদা মীযাম শিন থুংনা কোল কাবখানা লিংব-সিনা কান্নবমক ওইনা খুল্লাশিংবু তপ্পা নত্রগা থুনা মাওহনগগী লম্বীদা প্পুরকই— মবমদি পোং-চৈ যোনবা অতাও-অহোং তান্নবা হায়বা অমা তাক্তবা যাদে। মগম অসিনা, খুঙ্গংশিংগী শেংপা-চাবা কোন্নজবা, মরু ওইনা শীজিন্নগদবা পোত্তং শাজবা মায়গৈ অসোমদা ঐখোয়না পূক্লিও চণ্ডগদবনি। অসিগুম্বা নিয়ম চংপা ইন্দস্ট্রি লিংবা ওইরবদি, পোচেশিংদু শাবা যাবা, শাননবা শীজিন্নগা যাবা অদুগুম্বা মেচিন অমদি খুংজু-খুংলাইদু খুনগী শিন্দীশিংনা

শমজিন্নবা য়াই। মাখোয়না মেচিনশিং অদুনা মরম ওইদুনা অতোপ্পগী থ ক হাৎহনবদি শীজিন্নবিদবা তাই। ৭

করিগুম্বা লৈবাক অমগীদমক অচৌবা কারখানা লিংবগী চৎনবী তসনা কান্নবা ফংহনগনি হায়বসি ঐদি থাজবা লৈতে। ভারতকী-দক কুম্ন মতৌ অসুম্না হেন্না কান্নরোই। অওইবমক, ঐনা থাজে মাতদি মিঙ-অম্নবা ভারতনা ইচম চম্বা অহুবু পূকচেল চাউরবা পুন্সিগী নিয়ম পায়খৎতুনা অমসুং পৃথিবীগী মীয়ামগা শান্তি ওইনা লৈমিন্নতুনা ভেংথা নাওইরিবা পৃথিবীগী মফমদা ভারতনা মথৌ মীংথিবা পাঙথোকপা ওমগনি। ইনাকখুনবা লাইতবু নিঙবা জাতিশা ঐখোয়দা খোঙলৈ থুনা তকশিল্লক্রুবদা চয়েৎ-খোয়েৎনরবা পুন্সিসিদা অৱাংবা থাক্কী হ্বাখল থনবদি শুকয়া য়ারোই। পুন্সিগী চীঙ-লেম্বা গুণ পুম্নমক্তি ঐখোয়না পুকচেল চাউনা হিংনবগী কলা অহু হৈরবতদা ৎ ইথোকপা ওইগনি।

অসিগুম্বা ইচম-চম্না হিংবসি তোপ-তোপ্না লৈবা জাতি অমগী দক ওইবা য়াবরা, অহুম ওইনমক ভৌগলিক এলাকাদা পাক-ইবা মীশিংদসু য়াম্বা ওইরি পৃথিবীগী লৈমায়সিদা অহুগা য়া ওবা থুৎলাই পান্দুনা অমসুং মতমগী কে-মৌরবা অমসুং ইরাং কন্নবা মরক অসিদা থাজগদ্রবা অমগী চিংনবা হ্বাখন্দা ইকোং ফোংবা হ্বাং অমনি। পাউথুমদি ইতিং ভিংবা অমসুং ইচম চম্বনি। অচম্বা প্রজ্ঞাদা হিংবসি মতীকচারবদি, অহু ওইরবদি হোৎনবা থৌরাংসু মতীক চাবনি, মী অমত্তং নত্ত্রগা কাঙবু অমত্তংনা ওইরবসু হোৎনবা তংবনি। ৮

ইউরোপকী সভ্যতাসিদি চিংনবা লৈতনা ইউরোপকী মীশিংগীদমক্তদি মতীক মপা চাজবনি অত্তবু ঐখোয়না মতৌ-তৌনবা হোৎনরুরবদি ভারতকী অমাংবনি হায়না অর্থ লৌগনি। মাসি হায়রে হায়তুনা ঐখোয়না লৌশিনবা গুন্না অফবা কবিগুন্না অমবু লৌশিন্নরোই মতৌ তৌন্নরোই হায়বদি নত্তে; মতৌ অতুম্না মাসিমস্ত হাযবা নত্তে মাতুদি ইউরোপকী মীশিং ফাওবনস্থ মখোয়গী মতৌ তৌনবা যাবা ফত্তবা অমবু হেক্তা থাদোক্কন্ন হায়বস্থ নত্তে। মপাম্বোংগী পোৎ-চৈগী মতেংনা মুংঙাইবা হেন্নবা তৎতনা থিজিনবা অমস্তুং মাতুগী মুংঙাইবগী শরুক্তা চাং হেঙ্গৎহনবসি অসিগুম্বা ফত্তবনি, মাতুদি ঐনা চাওথোক্লা হায়রি মাতুদি ইউরোপকী মীশিংনা মাখোধ মশামকপু অনৌবা মীৎয়েংদা নৌনা য়েংবা তাবনি। অনৌবা সভ্যতা শেমগৎপা তাবনি করিগুম্বা মখোযনা মীনাই ওইজরিবা মুংঙাইবা হরাও তৌনম্ব শিংসিগী পোৎলুমদগী মখোযনা মাগু তাকপা ওইনিংঙ্গবদি। ঐনা পাম্নিবা মপা অসি লানবস্ন যাই অত্তবু ঐনা খংই মাতুদি ভারতকী-দমক্তদি “সনা মানবা যাও মতু” অসিগী মতুং ইন্নবদা শোয়ৎব্রবা মীশি অমদা শিবা তাই। নোংচুপকী দার্শনিক অমগী পাউরৌ plain living and high thinking' (চম্না লৈবা অমস্তুং ৱাংনা খনবা) হাযবসি ঐখোযগী থম্মোয়দা য়েক্কুনা থমলি। গুসিদি মী লাখ কয়ানা থাক ৱাংনা ছিংবা হায়বসি ফংলরোই শোয়ৎব্রবনি অমস্তুং ঐখোয় খরতনা কারবার অমা ওইনা অন্নাবা খাংলিবা মীয়ামগীদমক্তা খনবিবা শারি অরেম্বদা থবক ৱাংনা ছিংনবা তাম্নরি থিনরি, থাক ৱাংনা রাখন খনবত্তুদি মাগুহনথে্। ৯

ঐখোয়গী অয়াম্বা মীনা হায়নবা ঐনা তাখে, মাহুদি আমেরিকাগী মরল-মথুমশিংসি ঐখোয়না ফংগনি, অহুগা থৌবাগুগী লম্বীদি তোঙাল্লি ঐনা থৌনা ফনা হায়রি, মহুদি অসিগুম্বা থৌরাং অসি হোৎনববু তারবদি, মায়থীনবা হান্ননা অভিশাপ তৌহুনা লৈজরবনি। মীৎনা কুপ্পা অমদা ঐখোয়সি হেক্তা "লৌশিং-শিংবা, অঙৈং-অশা মান্নবা অমসুং খংশাউ শাওবা ......... খক য়ারোই মিলগী মৈখু থোক্তদগী মৈখু অকিবা ফংনা মন্নবা কারখানাগী নিনখোংবনা কিনরবা মফম অহুদা ঈশ্বর লৈ হায়না থাজবা ফাওবা ওইথোক্কে, লম অহুগী লম্বী শাড়োক্তা খোঃলৈ থ না ইঞ্জিনশিংনা কাহু কারল চংলি, মী থম্না থম্না তোংলবা গাড়ীসু মশীঙ খঙদনা নম নমহুনা চিংলি, তোংলিবা মীশিং অহুসু করিসু খঙদে, মফম অয়াম্বদা মখোয়না তুংইন্না চংলিবহু করি করিনো, মীশিং অহু অয়াম্বা মতমদা জ্ঞান ইতা তাদে, অমসুং মখোয়গী পুক্নিংদি মফম মরাং খঙদনা উপু মনুংদা পঙনম নমশিন্দুনা হাপচিনবা পোৎচৈগুম্বা গাড়ীদা রাইচিন্না নম্নহুনা তোংবনা চাওখৎপা খক য়াদ্রে, মখোয় মশামকপু হায়ঙমদ্রবা অঙকপা কয়াগী মরক্তা থেংনজরে, গুম্নবদি অঙকপশিংহু মখোয়না তকথোক্কদোবগী হোৎনৈ ১সুং মতৌ অহুগুম্না অঙকপাশিংহুনসু মখোয়বু তকথোক্নবা হোৎনরি লম্মন খুম্বা ওইনা। ঐনা হিরমশিংসিবু পন্দুনা ঙাঙলি মরমদি মখোয়শিংসি বাস্তবিক-বিকাশকী (পোৎচৈ চাওখৎপগী) থুদম ওইনা লৌনৈ। অহুবু মখোয়দ নদি ঐখোয়গী হুংঙাইবদা মরীক পীকখ্রবা শরুক অমত্তসু তেংবাং ওইদে। ১০

পণ্ডিত নেহরুনদি ইন্দষ্ট্রি লিংবগী নীতি পামই, মরমদি মানা খল্লি মদুদি সমাজবাদ লিংলবা মতমদা শেঙ্গাও পায়বা কাঙবুগী

. দোষ পুম্নমক কোক্লগনি । ঐগী লম্লাইগী মত্তি ইণ্ডট্রি লিংবগী নীতি অসিগী মশাগা কোম্নজরবা ফত্তবা দোষ কয়া লৈজৈ, সমাজবাদকী অপূনবা শক্তিনা মাখোয়বু মক্ল ফংনা মুথৎপা ঙমলোই । ১১

ঐনা রুশিয়ারোমদা য়েংবা মতমদা মফম অদুদদি ইন্দষ্ট্রিঙাক্তা চলাইবগী থাকসি খম থেংনা লাই ওইহনবগী খুবম য়োরবনি, অদুবু মাদুদা লৈরিবা মীওইবগী পুন্সিদুনা ঐবু অপাম্বা পোকহনবা ঙমদে । বাইবলগী ৱারোল অমা লৈ, "মী অমনা পৃথিবী পুম্বগী মপু ওইজগা ফংলগা মথ্বায়বু মাঙথ্রবদি করি কান্নে ? হৌজিক মতমগী ৱাহয়দা হায়রগা, মী অমগী ফংফম থোকপা মাঙহনবা হায়বসি মীওইবগী সম্মানগী ইকাই খুম্নবগী লৈখা তাবা হায়বনি অমসুং মেচিন অমগী করিস্নু লৈত্রবা চাকাগী হুইয়া অমা ওল্লক্রবনি । ঐদি লৈবাক্কী মী খুদিংমকপু মপুংফানা থৌনা ফবা ওইহল্লিংই, সমাজগী মন্নংদা চাওথৎলবা মী অমমম ওইহন্নিংই । খুঙ্গং পুন্নমক চাবা শেংপা কোম্নজবা ওইগদবনি । মী অমনা অহিংসাগী নীতিসিদা থস্কপু তৌবা তারবদি পান্নিবা ফল অসিগীদমক অতে লম্বী অমা অমুক লৈবা উত্রে । হৌজিক ঐগীদি থাজবা অসি লেঙদনা লৈরবনি । ১২

ভারতপু নোংচুপকী মতৌ ইন্দষ্ট্রিয়েলিজম অসি লৌখৎত্তনবা ঈশ্বরমক্তা থিংবি । আর্থিক সম্রাজ্যবাদী ওইবা পীক্লবা দ্বীপমচা অমগী লৈবাক (ইংলণ্ড) না ঙসি পৃথিবী অসিবু য়োৎফিলং থাংজিন্দুনা থম্লি । করিগুম্বা মী কোটি ৩০ লৈবা জাতি অমনা অদুগুম্বা শেল থুমগী থৌরমদা মীবু চাহৎপা নীতি শিঁজিন্নরমলবদি তাইবঙ

পুম্বসি ইকোক কোল্লা লুট তৌবিরমদ্‌না কৌজেং-হারৌ চোংবগুম চোংলমগনি । ১৩

ভারতকী মরাইবকসিদি নোংচুপলোমগী হিংচা য়াইতল্লবা ঈ তৈরবা লম্বী তুংইন্দুনা খক লৈত্তে, মাদ্‌গীদমক ভারতনা চোকথরবা মতৌ উৎলি, অদুবু মাগী মরাইবক্তি ইচম চম্বা অমস্তুং লাইগী ওইবা পুন্সিদগী থোরকপা শান্তিগী লম্বী ঈ তৈদবা লম্বী লীশাংশিংনা লৈ । ভারতকী মথ্বায়সি মাঙলকপা য়াবা খুদোং থীবদা লৈরে । মাসি মাঙখিবস্তু য়ারোই অমস্তুং হিংবস্তু পাক ওমজদ্রে । মরম অদুনা ভারতনা অন্দে-মান্দেনা অমস্তুং পাম্বৈ লৈত্রবগুমনা হায়ফম থোক্কে, "নোংচুপ কাংবুনা পাশিল্লকপা চেনশিল্লকপসিদগী ঐ নাম্থোকপা ওমদ্রে ।" ভারতনা মশাগীদমক অমস্তুং পৃথিবী পুম্বগীদমক মাদ্‌ মতীক চানা পাঙ্গল কণ্ডদুনা থিংগদবনি । ১৪

আদর্শ অমা ওইনা মেচিনগী মপোং মচৈ পুম্নমকসি চৎনররোই হায়বা ওম্মোইদ্রা ?

আদর্শ ওইনা, অদুম ওইনমক, মেচিনগী মপোং মচৈ পুম্নমক ঐদি চৎনররোই হায়বা ওমগনি, ঐনা মসিগী মশা অসিমক ফাওবা য়াদবা ওম্বা অদুগুম্না, মসিনা ঐখোয়গী অরানবা খুবম থিবদা তেংবাংবা নত্তে, আম্বাগী মপুং ফাবা নিংতম্বা ফংনবদা থিবদা তেংবাংবা নত্তে । মায়গৈ অদোমদগী ঐনা মেচিনগী মপোং মচৈ পুম্নমক য়াদবা ওমঙ্গৈ, অদুবু মেচিনদি অদুম্মক লৈখিগনি, মরমদি হকচাংগুম্না মখোয়গীস্তু তঙাঙ্গৈফদবা লৈ । হকচাং অসিমক, ঐনা নখোয়দা ায়খিবগুম্না মেকানিজমগী শেংলবা শরুক অমনি, অদুবু মাসিনা

আম্মাগী খ্বাইদগী থাক খ্লাংনা পাইখৎচগদবহুদা অপনবা-য়েংখায়বা থোক্লবদি, মাসিমকত্থ য়াদবা (থাদোকপা) তাই। ১৫

মেচিনশিংগী মকম লৈরে, মাসিন্থ লৈবা তাবনি। তৌই-গুম্বসুং মীওইবনা কান্নবা মতুংইন্না থবক শূবা তারিবত্নগী মহন্তা শিজিন্নগে হায়বদি য়াকম থোক্তে। চাওখৎনবা লাঙ্গোল অমবু অক্ষবা পোং অমা কৌই। অত্থু করিগুম্বা লাইগী নোংদম অমদগী খুদোং-চাবা ফংহনা কনাগুম্বা মী অমনা মাগী অনৌবা পুথোকপা মেচিন্না ভারতকী লৌবুক পূম্বা লোইনা থোইদোক্তুনা লৌউবদগী থোকপা পোথোকপুম্বা দখন তৌখ্রবা অত্থুগা মী লাখ কয়ানা থবক অতৈন্থ তৌনিঙ্ঘাই লৈত্রবদি মাথোয় চন্না হেনবা তাই অমসুং অতনবা ওইখিত্নুনা মাথোয় পূম্বা অপঙবা ওইখ্রগনি অয়াম্বনা হৌজিক ওই-রিবা অসুম্না। অদু ওইরবদি পুংজা খূদিংগী খুদোংথীবা অসুম অসুম হেক্কংলক্তুনা লৈবাক অসি মীনা পায়ত্রবা ফীবম অমদা লৈথা তাখ্রগনি।

য়ুমথোং খূদিংনা লৈবা য়াবা চাওখৎপা মওংগী মেচিন পূম্ববু ভরামনা অপাম্বা উৎলমগনি, অদুবু লৌমী-শিনমী লাখ কয়াবু শূন-নবা থবকতি পীদনা ইলেক্ট্রিকনা থৌবা অরেংয়োৎ পানশিন্দুনা মীগী খুৎনা শূজরম্বা থবকী মথৌ মুনবিবদি এনা থওই মাত্থ অপরাধ (মরান) অমনি। ১৬

মেচিনগী পোৎচৈ শীজিন্নবদি আইন্না য়াই মাদুনা মীয়ামগী সেবা থরদং তৌরবদি। ১৭

ভারতকী নিদুনা হিংবা অমগুং তন্দে-মান্দে তৌরিবসিবু ক্রোক-

হুনবা গুমগনি হায়রবদি মেচিনবু পাকথোক শথোক্লগ লীক্লিবদু, ঐনু, য়ারমগনি। ঐনা হৈবাকথে, মাদুদি কুনা লম নাইথসিতনা লায়রবা রেক্লবা অমম্বু থবক অমদি শেন-শুম য়াক্লাসী অরোবা কোক্লরগী, অথুবা খুৎলোইবা পাষেনি। তরোং অসিগি মখল য়াক্লগী মেচিন মায়ামগী অপীকপা মতেং অমদি ঐগী লমাইগী সোথুক্লবা লয়রিদি তাক্লকী তোপ-তোক্লা কিবমশিংগা চুমনা চাওখৎলগা কংনবা ঐনা চাং য়েক্লে। ১৮

নথোয় মেচিনগী মরী লৈনবা পুক্লা পামক্লবরা ?

ঐগী রুক্লচিক্লা লীয়িবা পাউথুমদি "নত্তে"। অদুবু, মীশুরশি য়াওনা মরীং পংনবা হেস্থনবদি ঐ পামদে। মেচিনদা মায় পাক্লবদি হায়রুপ্লা মীয়ামদা ইন্ডান ভাগ্না উত্‌দুনা মিংথকহনবদি ঐ য়াজে। মাক্লগা-তাক্লবা মেচিন পুম্নমক্লপু তাইশিল্লবা কয়া য়াদবা মত্তা ঐ লৈ। তৌইগুম্বস্নং ইচম চম্বা খুৎশু-খুৎলাই, য়োৎথাক্ত অমস্নং মী- অমগী মথৌবু কনবা শিনশক লাখ কয়াগী পোৎলুমু য়াংহনবা হুম্বা. অদুগুম্বা মেচিনদুবুদি ঐনা তম্বা মনা শোয়দবা পামগনি। ১৯

ঐনা য়ানিংজিবদি মেচিনগীদমক কংঙাওবদুনি, মেচিন অদুমক পুদি নত্তে। থবক-চাওথোকপা য়াম্মনববু কমনবনি হায়রিবদুনি মাথোক্লগী মওংনি। মীশিংসিনা 'থবক শিংখ্রুন্দবদুনা' অমুম-অমুম চখিবা তাক্লকই, মাদুনা মীয়াম লিশিং লিশিংবু মথৌ লৈহন্দ্রে অমস্নং চয়া হেন্নুনা শিংহনবা লম্বী সোক্লকা লংথোকপশিনরক্লে। ঐনা মতম অমত্তং থবক শিংখ্রুন্দবা পামই, অদুবু মচেং-মকায় তানা নত্তে,

তৌরিগদবসু মী পুম্নমক্কী ওইরে। মৈরা চুংশিনবদা ঐখোয়পামদি অদুবু মী থবতগী মখুংতদা নক্তনদ্রে মী পুম্নমক্কী মমুত্তা মৈহৌলবা তাই। ওসি মেচিনদা মী থবতবু মীয়ামগী নমকনবা তোঙমবদা তেংবাংবদি, মেচিনগী তুংদা লৈরিবা ইন্দ্রিয়শিং পাজন্দ পুম্নমক থোমী শিন্নীশিংবু কন্নরিবা বিষ্প্রেম যাওবা নত্তে, তৌইগদবসুং কয়াম চাউবা লায়রবনি। ঐনা খুং অনি চংদুনা ওয়মথৈ হোৎনরিবা থবক্কী মশেমগৎশিংসিগী পুবা ওইগদবনি।

অছু ওইরবদি নখোয়না অসিগুম্বা মেচিনগী মরমদা য়াদহুন্না লাম্থেংনবা নত্তে, শেংনা উরবা ফাওবা মরমশিং অসিতম্মী মরীদনি।

ঐনা চিংনবা, বৈতন্না হায়বা ওমই 'হোয়' ; অছুবু ঐনা মাসিমদি হাপচিনবা পামই মাছুদি বিজ্ঞাননা পুথোরকপা অচুম্বা অমসুং অনৌবা পোৎ-চৈ পুম্নমক্কসি ইহান হামবদা পোৎলোৌ কা-রাম্বগী, খুৎলায় ওইরিবশিং তোকপা তাই। অছুদগী শিন্নীশিংবু মতম হেন্না শূন্নরা তৌরোইদবনি, মেচিন্দুনা মখোয়বু ওৎপি নৈ-বিবগী মহুত্তা তেংবাংবিবা ওইগদবনি। ঐগী লক্ষ্যদি, মেচিনেরী পুম্ববু মুখৎপা নত্তে, মশীং য়ামহন্নবা হায়রবনি।

'মরে য়েৎনবা ওইনা য়েৎনরবদি, চয়েৎনরিবা, ইলেক্ট্রিকী মেচিনেরী পুম্বা থারোকপা তাই হায়রবা উরগনি।'

মাসি থারোকখিবা তারে অছুবু ঐনা নাথৈ শেংনা খঙনবা য়াবা অমা শেমগনি। খ্বাইদগী মরু ওইবা রাথলদি মীওইবনি। মেচিনদা মীওইবগী হকচাং কারাৎশিংবু চাদবনা থ্রুক থ্রুক

কংশিনজক্লাইদবনি। খুদমগীদমক্তি বৃদ্ধি তানা থাদোকদবশিংহু ঐনা হায়মনি। সিঙ্গয় সুইং মেচিনগী মতাং লৌরসি। নৌনা পুথোরকপা কান্নবা পোৎ থরগী মনুংদা অমনি, অমসুং মাসি পুথোরকপগী মরমদসু মুংঙাইরবা য়ারী অমা লৈরি। সিঙ্গয়গী মুপীনা য়াম্না মতম চঙনা থাঙবা কন্না মথৎনা ফি ভূবা, মরাক তাইবা হোৎনবদ নোংমা সিঙ্গয়না উখি, অমসুং মাগী মুপীদবু মুংশিবদগী মতেং ওইনবা, অরেম্বদা মতম চঙদননবা সুইং মেচিন পুথোকখি। সিঙ্গয়না, অদুম ওইনমক, মাগী মুপীতগী মতেং ওইবতা নত্তনা সুইং মেচিন অমত্তং লৈজবা ওন্বা মী খুদিংমক্তা থবক শিংহন্ত্রে।

'অদুবু মসিগীদমক কারখানা অমা লিংদুনা সিঙ্গয় সুইং মেচিন ময়াম শাননবা হোৎনবা য়ারমই, অমসুং ইচম চন্বা মওংদা ইলেক্ট্রিক পাব্বসু হোৎনরম্বা য়াই।

অদুবু চপচাবা সোস্যালিষ্ট অমনি, অদুনা হায়রি অদুগুম্বা কারখানাশিং অদু নেশনেলাইজ তৌগদবনি নত্রগা ষ্টেটনা কন্ট্রোল তৌগদবনি। মাথোয়না পোৎশিংদু যজনবা অমসুং আদর্শ অমা ওইনবা তৌগদবনি। শেন্দোংগীদমক নত্তনা মীওইবা জাতিগী কান্নবগীদমকনি, পুক্লিংগী রাশক্তি হেন্না কারায়গী মতম্তা মুংশিবনা শিনগল্লবনি। মাসি ঐনা পাম্বা থবক্তা মওং অমনি। পৈশা তান্নবগী অত্তাওবা লগজেন অসি লেপ্পগদবনি, অমসুং থবক শূবা মীশিংদা থাজবা পীগদবনি হিংবা য়ানবা অস্থম্বা পীবতা নত্তনা নোংমগী লেপ্তনা ওনিত্তাই ইচম চম্বা থবক কন্নদং শূহনবগী ভাবসু নত্তে। মেচিন অদু হায়রিবা শর্তশিংসিদদি, থবক শূম্বিবা মীদুগী মতেং ওইরগনি, ষ্টেট

অদ্‌না নত্রগা মী অদ্‌না মপু ওইজরবা মতমদা। হৌজিক অঙাওবা লমজেন অসি লেপথ্রগনি, থৌমী অমদি শিম্মীশিংনা ফজবা অমস্নং আদর্শ ওইবা মওংদা (ঐনা হায়খিবা মতুংইন্না) থবক শূগনি।। মাসি ঐগী পুন্সিদা লৈবা নিয়ম ঙাকলোইদবশিংগী মন্নুংদা হীরম অমনি। স্নুইং মেচিন অসিগী মতুংদা মুংসিবা হায়রবা অমা লৈ। মী অমমমগী রাখল অসি খ্বাইদগী থাক রাংবা রাখলনি। মী অমগী থবক শিংহন্দব হায়বসি মরু ওইবা লাইনিং অমা ওইগদবনি, অমস্নং পুকচেল শেংলবা মীওইবা জাতিগী ফগদবা রাখন অমস্নং পোৎলৌ কা-রাম্বগী নক্তনা পৃক্রিওগী ফিরেপ ওইগদবনি। ২০

'নখোয় হৌজিক্কী মেচিনগী যুগ অসিবু তাখীরে, ঐ উই।'

মাতু হায়বা তারবদি ঐগী মতশিংবু ফাগি তৌবা তারে। ঐদি অসিগুম্বা মেচিনবু য়াদবা নত্তে, অতুবু ঐনা মপুং ফানা কন্না যাদ্রিবদি মেচিননা ঐখোয়গী মপু ওইবা মতমতুদনি।

'নখোয় ভারতপু ইন্দস্ত্রিগী লম ওইহন্নরোইদ্রা?

ঐদি ওইহন্নমগনি অওইবনি, ঐগী হায়খিবা সর্ভশিং অতুগী মতুংইন্না খুলগী লৈকাইপুম্বা, কাংবু পুম্বা নৌনা থন্নাই পাঙ্গল কলহনগদবনি। ভারতকী খুঙ্গংশিংনা পোৎচৈ শারগা সহরশিংগী অরাৎ-অপা মেনথৎনবা পীনৈ। ঐখোয়গা সহরশিংসিনা মীরৈবাক্কী কৈথেল ওইরক্লবা মতমদা ভারত অসি লায়র-চুথবা হেক্কিয়ক্লে অমস্নং মীরৈবাক্কী অহোংবা পোৎচৈ ফিরোল ময়াম অফবস্নু নক্তবা অতু মপৈ মপৈ ওইনা মমল হোঙনা পৈশিন্নবা হৈথরকপাদগী ঐখোয়গী খুঙ্গংশিংদু চিথখিতুনা পুমকং-কংশিল্লক্লে।

'নখোয় অহু ওইরবদি মহৌশাগী শেল-থুম চাওখৎনবা লম্বীদা অমুক তুং-হন্না চৎলগন্দ্রা ?'

চুমই, অহু নত্রবদি ঐ শোয়দনা সহরদা হনখ্রগনি। ঐম্ভু থৌনা কনা অচৌবা কারবার তৌরুবা ওম্বা মীনি, অহুগুম্বা অপাম্ব ঐনা থাদেকে হায়না থাদোক্লবনি, ত্যাগী অমগুম্বা নত্তে, তৌই-গুম্বস্তুং মরমদি ঐগী থমোইদা অকনবা মাহুবু য়ানিংদবা অমা লৈ। মবমদি হৌজিক নিতিগী চথরিবা জাতিবু লুট তৌরিবসিদ ঐম্ভু য়াওকবা তাগদৌরি। অহুবু ঐনা ভারতকী থুঙ্গংসিদা অতোপ্পা লম্বীদা ইন্দষ্ট্রিয়েলাইজেশস তৌবা হোৎনরি। ২১

মতম থরদং য়ানরবদি মেচিনেরীনা মীওইবগী চত্তগদবা পোং পুম্নমক পীবা যাই, অহুম ওইনমক, পোখোকশিংহুদি তোপ-তোপ্পা মফম থরতদা পৈশিন্দুনা থম্বা য়াই, মরম অহুনা নখোয়না পোংশিংঅহু ফংন নবা চাং মান্নবা য়েন্নবা কোইচেল চেনবা তাই, মাদুদাপোংকী দর-কার লৈবা মফমশিংহুদা পোংশিংহু থোক্লবা শারবা অমস্তুং মথং মনাও ইনা য়েন্নরবা, অহু ওইরবদি লৌনম্বা-মীনম্বা থরা য়াৎকনি, কনানম্ভ কান্নদবা আশা তৌররোই......পোং থোকহনবা অমস্তুং য়েন্থোকপা অনিমক নফম ঃমম অহুতগী ওইরক্লবদি পোং থুনা পুখোক্লিংবা করাম্বগী মিহৌবদু, মতম ককতনা অমস্তুং মমল ওইনিংবা অমদা হেক্তা মাঙজখ্রগনি। অরে অথম লৈত্রবা শেল-থুমগী মরমদা হৌজিক য়ানরিবা অরুবা কয়া য়াথোক কয়া, অসিম্ভু, অরোইবা ফিবমদা য়েৌরকপা য়ারমগনি.........হোয়নে, মরাম্মক্লা পোং য়াম্না থোকপা হংওইবমক্লি......অহুবু মীয়াম্না পোংয়াম পুখোকপা হায়বহু

অধ্যায় ৪

# সহর অমসুং লরাই-থরাই

পৃথিবীসিদা রাখল থন্নবগী লম্বী অনি হৌজিকমক চংনরি। অমনবা পৃথিবীসিবু সহর ওাক্তা ওইনা খায়দোকপা পামই অমসুং অতোপ্পা অমনা লরাই-থৌরাই ওইনা। খুঙ্গংগী সভতাগা সহরগীগা পূরা ওন্নতৈনৈ। অগানবগীনা মেচিন অমসুং ইন্দষ্ট্রিয়েলাইজেশনদা তোং-বনি অকোনবগীনা খুংকী পোথোক্তা তোংবনি। ঐখোয়গী অপাম্বদি অকোনবগীসিদা হেন্না লৈথ্রবনি।

পূন্নমক্তা অরোইবদা, ইন্দষ্ট্রি শন্দোকপা অমসুং পাক-চাউনা পোং থোকহনবা হায়বসিমক চাংদম্নহনা য়েংবদা অনৌবা মথলগী মচাওখৎনি। মাসিনা মীওইবগী মুংভাইবগী চাং কয়াই ফাওবা হেঙ্গৎ-করিগুম্বা ঐখোয় খঙদে, তৌইগুদসুং ঐখোয়না মাসি ফাওবদি থঙলে মাহুৎ মাসিনা পৃথিবীগী অনৌবা লাঙ্গাও পূন্নমক হৌরক্লগী মকনি। অনিশুবা লাঙ্গাও অসি ফাওবা লোইদ্রি অমসুং মাসিনা করিগুম্বা লোইথিরা থেক্লসু অহনগুবা লাঙ্গাও অমা লাকখিনি হায়বসি ঐখোয়না তারি। ঐখোয়গী লৈবাকনা হৌজিক মুংভাই-ত্রগ রারিবা অসুন্না মমাংঙৈদা খক তৌরমদে। সহরগী মীশিংনা শেন্দোং য়াম্না ফংলম্বা য়াই অমসুং তলন চাউনা চারম্বা য়াই, অনোম্মন য়াম্না ফংলবা য়াই, অহু পূন্নমক অহ খুঙ্গগী ঈ চুপ্পদগী ফংবা ওইরমগনি। ঐখোয়না লুপা লখা কোটি পৈশিনবদু পামহৌ

মতম চুপ্পদা থবক্তদমক্তা পৈশাদদা তাইনবদ্ পামদে। ঐখোয়না লৈবাক সেবাগীদমক থৱায় ফাওবা থাবগী থৌরাং তৌরবদি পৈশাদি করিস্থ ওইদ্রে। ঐখোয়গী থাজবা চেংনা থমগদবনি, ঐখোয় ইশামক ইশাগীদমক অচুম্বা চৎপা ওইজগদবনি। থাজবশিংসিবু লৈরবদি জাতিগী শেঙ্গাও লুপা কোটি-৬০০গী অমা শেমনবা ঐখোয়না খুঙ্গং অমমমগী শেঙ্গাও লুপা লাখ ৩০গা থম্বা ঙমগনি। মাদু তৌবদা মরূ ওইবদি, কান্নবা করনো হায়রবু খুঙ্গংশিংগী শেৎপা চাবা ৱাত্তবা মীপান তাংদবা ওইহনগনি। তৌইগুম্বসুং নখোয় থওউ, মশানা মশাগী পোৎলুম পুজবা ঙম্বা হায়রিবা ঐগী ৱাথল অসি পুকচেল পীকপগী মত্তে। ঐগী মশানা মশাগ পোৎলুম পুজবা ঙম্বা হায়বসিদা মশাগী ওইজবা থিবা অমসুং ঙক কনবগী করিগুম্বা খুদোং লৈরোই। ১

ঐখোয়বু ভারতকী সহরশিংদা উরিবা শেল-থুমনা লৌনম নমথাক তৌবা য়ারোই। শেন-থুম অদু ইংলণ্ড নত্রগা আমেরিকাগীদগী লাকপা নত্তে। মাদু খ্বাইদগী লায়রবা প্রজাশিংগী মৈদগী লাকপনি। ভারত্তা খুঙ্গং লৈরিবসি লাখ তরেৎলোম ওইগনি হায়নৈ। মতুগী থরদি ইচম চম্না তাকথোকরে। মী লীশিং কয়া চরা হেন্দুনা বেঙ্গলদা কলিকটাদা অমদি অতৈ মফমদা অনাবনা শিথিত্রবতুগী হিসাব কনা অমত্তনা খঙবা লৈতে। সরকারী হিসাব লাইব্রিকনা খুম্ভাশিংনা করি করি ঙরাবা খাংলিবগে হায়বতুগী করিমত্তা উৎপা ঙাদে। অতুবু ঐদি খুজা অমা ওইবনিনা খুলশিংগী ফিবমশিংতু থওই। খুলগী শেল-থুমগী ফিবম ঐ থওই

ঐনা নখোয়দা হায়রিবসিনি মাছুদি মথকলোমদগী তকশিল্লকপনা মথাদা লৈবশিংবু শিবা ফাওবা তকথায়বনি।

হৌজিক দরকার লৈরিবা হায়ববু মাখোয়বু শৌগৎলিবা মরম পূম্নমক শীদোকপনি। ২

বোম্বেগী মিলশিংদা (কল কারখানাশিংদা) থবক শুরিবা মী পুম্বসি মীনাইগী যিভম্দা তাৎক্লবনি। কল কারখানাশিংদা থবক য়াওরিবী মুপীশিংগী ফিবমদি থরায় শোকপা মওংনি। মিলশিংসি লৈরমত্রবদি মুপীশিংসি চম্না হেঞ্জরম্লোইদবনি। মেচিনবু পাম্বগী ঈয়াংসি লৈবাকসিদা ভস্নম হেঙ্গৎলক্লবদি ভারত অসি মুংঙাইফম খঙত্রবা লৈবাক অমা ওইরগনি। মাসিমদি খ্বাইনা হায়নরকপগা ওৎরে হায়না লৌনবা তাই অদুবু ঐনদি হায়দবা য়াদ্রে মাছুদি মাঞ্চেষ্টরগী মপাজল য়াওদবা ফিরোলগীদমক মাঞ্চেষ্টরদা পৈশা থাখিবনা ভারত্তা মিল মশীং হেঙ্গৎপদগী য়াম্না হেন্না ঐখোয়গীদমক্তি ফৈ। মাঞ্চেষ্টরগী ফিরোল শীজিন্নরুরগা পৈশাদং মাঙজে; অদুবু ভারত্তা মাঞ্চেষ্টর অমা নৌনা লিংখৎলবদি ঐখোয়গী ঈনা মমল ওইখ্রগনি, মরমদি ঐখোয়গী পূক্নিংগী মীওইবা মতৌ অসি মাঙখ্রগনি, ঐনা ঐগী ৱাঙাংসিগী শৌগৎনবা প্রমাণ ওইনা পীজরি— মিল চলাইরিবা-পৈশিল্লিবা কাংবু অহুনা পৈশা লৈবা মী অতৈগী হেঙ্গৎনা মুংঙাই য়াইফবগী মওংগ্ন নত্তে। আমেরিকাগী "রোকেফেলারদগী ভারতকী "রোকেফেলার" না হেন্না ফগনি হায়না ভাবনা শাবদি অপঙবা তাগনি। লায়রবা ভারতনা স্বরাজ ফংবা ওমগনি অদুবু নত্তবা শাজৎ চৎতুনা ভারত্তা ইনাক খুল্লগা স্বরাজ অমুক

ফংবদি য়াম্না অন্নাবা ওইগনি। ঐনা কি ভারতকী ইনাকখুনব-শিংনা ব্রিটিশ সরকারবু শৌগৎলিবা ওইরিবদি মুপী-মুপাগী লমচৎতা পাপ লৈবনি। অনিমক হু ঙাক্তনি। লিলনা চীকপগীদি অনি-সিদগী হুম্বনি, মরমদি লিলগী মুনা শোকপদি হুকচাংতবুনি; অনিসিনা মাঙবদি হুকচাংসু, পুক্লিংসু, থরাইগনি। মরম অসিনা কোল-কারখানা চাওখৎহনবগী আশানা ঐখোয়বু পেলহনবদু কান্নদে। ৩

লায়রবা খুন্নাশিংবু মী রৈবাক্কী সরকারনা অমসুং ইরৈবাক্কী সহরবাসীশিংনা ওৎপি নৈবিরি। মাখোয়না চীপ্লাক থোকহল্লে অহুবু চানিঙাই ফংজদে। মাখোয়না শঙ্গোম থোকহল্লে অহুবু চানিঙাই ফংজদে। মাখোয়না শঙ্গোম থোকহল্লে অহুবু মাখোয়গা অঙাংশিংদি থকপা ফংদনা লেপ্পরি। মাসি তৌবিমল থংদবনি। মী খুদিংমক মতিক চাবা হিদাক লাংথক ফংগদবনি। ৪

হৌজিক কালগী সহর তরানিথোইগী মনুংদা তম্থাই অনদি মশাগী ওইফম থোকপদগী হেনমন্না চাওখৎখ্রে অমসুং খুন্নংশিংগী পুন্সিগী মশক ওইরিবা ঈ পুম্নক ফাওবা থৌরমগী হৌজিকমক চিংথোকপিরি......সহরশিংগী থেইজং খাংচংনবা অয়ানবা থক কয়ানা খুন্নংগী মীশিংবু ইতৎ-তক্তনা হিংবদা অমসুং মনিং তনজবদা কিহনবি। ৫

পৃথিবী পুম্বদা লাঙাও থোক্লবা পুম্বগী দায়িসি সহরগী মীতগিনি, লৌবাই থৌরাইদা লৈরিবা খুন্নাশিংগী থক নত্তে। ৬

সহর মথং মথং হেন্সংলকপদি ঐনা ফওগনি হায়না লৌই,

মীওইবগী অমসুং পৃথিবীগী লাইবক থীশনি ইংলণ্ডগী অমসুং ভঙাই-ফদনা ভারতকী লাইবক থীবনি। বৃটিশনা ভারতপু মাখোয়গী সহর-শিংগী মতেংনা মাঙহল্লি। সহরশিংনা খুঙ্গংশিংবু মাঙহল্লি। খুঙ্গংশিংগী ঈনা বিনামাটি ( সিমেণ্ট ) ওইরগা সহরশিং শক্তম অসি শানরি। হৌজিক সহর মযামগী শিংলিদা চেল্লিবা ঈ অসি এৈনা অমুক খুঙ্গংগী ঈ তুংফমদা চেলহনবত্থ পামই। ৭

নখোয়না সহরশিং অসিবু নীতগী হকচাঙদা পোমথোবকপা য়াযরোঙ খে হৈনতমনি হায়। হৌজিক অপোম্বশিংসি কৈদৌগা তারি ?

নখোয়না ডাক্তর অমদা হংলবদি অপোম্বত্থ কমদৌবা তাবগে হায়বত্থ মনা হায়ংক্কনি মতুংবু থাওনা লেনখাযবরা নত্রগা প্লাষ্টার নপশিল্পশিনবরা নত্রগা মোলোম তৈশিনববা তৌগনি। এডবার্ড কার্পেটারনা হায়খি সভ্যতা হায়বসি অনাবা অমনি লায়যেংবা তাবনি। অচৌবা সহর ময়াম হেক্ষংলকপদি লায়না অত্থ খুদম ফাওবকপনি। নেচর অসি মহৌশা লাইরেম্বীসি লায়যেংবা হৈবী অমা ওইবনা লম্বী অসিবু প্রাকৃতিক সাধাবন সংস্কার ময়ামগী শেংদোকপা অমনা শেং-দোকপত্থ এৈখ মহৌশানা অহুম্মক য়াম্লই। সহরবাসীশিংগী থমোই-শিংসি খুঙ্গংদা মপাল-মবা তারবদি, মখোয়না অশেংনা খুঙ্গংগীদমক মুংশিনা খনবিরবদি অতৈ মবম পুন্নমক মশানা মথন্তু তুং ইঙ্কবক্কনি। অপোম্বত্থ মথন্তা নায়কোকচখ্রগনি। ৮

এৈনা থাজবে অমসুং এৈনা য়াম্না তোযনা হঞ্জিন হঞ্জিন মশীঙ খঙদনা হায়খ্রে, মাত্থদি ভারত অসি সহর খরতগী মমুংদা লৈগদবা নত্তে তৌইগুম্বসুং মাসিগী খুঙ্গং ৭,০০০০০ কী মমুংদা লৈগনি।

তৌইগুম্বসুং ঐখোয সহরদা লৈবশিংনা থাজৈ মাতুদি ভারত অসি মাগী সহরশিংগী মনুংদা লৈগনি অতুগা খুঙ্গংশিংসিদি ঐখোয়গী অন্নাংপা মেন্নবা অমসুং সেবা তৌননবা শেম্বনি। লায়রবা মীশিং অতুগী চাবা ওক্লবা লৈবরা শেং চানবা ফি লৈবরা অমসুং নোংজু মুংশা কঞ্জনবা থাঙপোকশঙ অমত্তুং লৈবরা লৈতবরা থিজিনবি-বগী ফিবম ফাওবা ঐখোযগী ঈবৈ লৈতে। ৯

ঐনা থেংনরে মাতুদি সহবগী মীশিংসিনা মহৌশাদগী খুঙ্গংগী মীবু চাহৎপি, অওইবমক মাখোয়না হিংজরিবদি লায়রবা লৌবাইগী মীশিংসি লৈবগী মপান্দগীনি। বৃটিশকী ওফিসার কয়ানা ভারতকী প্রজাশিংগী মরমদা কয়ামুক ইরমই। অতুবু ঐনা খঙবদদি মাখোয় কনা অমত্তনা ভারতকী খুনগী মীশিংসি থরাই অমসুং হক্চাং য়োক-চনবা মতীক চাই হায়বসি ইরমদে। ওন্নৎতৈনবদা মাখোয়না য়ারমই মাতুদি মীশিংগী অয়াম্বা শকক্তি চরা হেন্নিং হেন্নিংনা হিংই; চামদা তরাদি নপুক থন্না চাবা ফংদে, অমসুং লেঙ্খোরিবা মী লাখ ময়ামতুদি অমোৎপা থুম খরগা মোরোক খরগা অমসুং চেঙওৌ নত্রগা হরাই খরগদা পেঞ্জবা তম্বা তাই।

নখোয় শোয়দনমক খঙবা য়াই মাদুদি ঐখোয়গী ইরক্তগী কনাগুম্বা অমবু তীঞ্জপক্তু চাহনা হিংননবা হোৎনৌ হায়রবদি, ঐখোয়না আশা তৌরা শৃকক্তম ওম্মোই মাতুদি মহাক অদু থা অমদগী হেন্না পুন্সিবা য়াই অমসুং রাখল খন্নবা পাঙ্গল লৈগনি। অদুবু ঐখোয়গী খুনগী মীশিংদি ফিবম অদুদা ইকায় কায়দনা নোংম-নোংমগী অদুমক চত্থরক্লি। ১০

মী চাম্মদা ৭৫দি লৌমীনি করিগুম্বা ঐখোয়না মাখোয়গী পোখোক অছু অয়াম্বা লৌথোকপিরবা নত্রগা অতোপ্পবু লৌবা য়াহল্ল-বদি স্বরাজ্যগী গুণ অদু লৈবা ঙম্মোই। ১১

সহরশিংদি মরম্নাইগীদমক চেকশিন্নবা ওম্বগী পাঙ্গন্দু লৈজে। ঐখোয়না অমুক মায় ওনশিনগদবা মকমদি খূঙ্গংশিংদনি। মাখোয়না থাজরম্বা, লাম্না থাজবা লৈজরম্বা মিংয়েং খুরম্বা অদু ঐখোয়না মাঙ-হনখিবা কোকহনখিবা তাবনি, অমংং অতোপ্পা মওঙদা হোংদোকপা নত্তনা ঐখোয়বু মাখোযগী মরক্তা লৈশিনগদবনি মাখোয়গী অন্নাবা শিঙ্কা শন্দোক্তুনা অমসুং ব্রাখল লৈবা ঈ-পাউ শন্দোক্তুনা হান্নগী ফত্তবদু কোকহনবা ওমগনি। ১২

আদর্শ ওইননবা শেম্বা য়াবা খুঙ্গাশিং ঐখোয়না ফংলে, খুঙ্গাশিং অসি মাখোয়গী হকচাঙ ফনবগী মরমদা অমসুং কমদোনা অমসুং করি করি চা থক্কদগে হায়বদা পুক্নিং চঙনিঙদবা মরিং মরাংবছুদি নত্তে। ঐখোয়দি, মাখোয় অয়াম্বগুম্বা, হেক্তা থোংজিনবা হেক্তা চাশিনবা হেক্তা লৈশিনবছু তৌগনুশি। ইচম চম্না মাসি পামই মাছু পামদে হায়বদছু ঐখোয়না হেক্তা তুং ইনশিনগনুসি, অদুবু অপাম পামদ অদুগী মন্নুং হুৎনা চঙশিন্দুনা মরম থিজিনশি। ১৩

মুংশা মবক্তা থবক কন্না শূরিবা, কোন্নবা মখাঙদা খুদমনা গুরিবা খুঙ্গাশিংগী মরক্তা ঐখোয়বুসু শক খঙহনগদবনি অমসুং মাখোয়না ইরজশিনবা, ফি শূজিনবা, কোল-শীক চামশিনবা অমসুং মাখোয়গী শা-ষণনা ঈশিং থকপা লৈওলশিনবা পুত্রীছুগী ঈশিং ঐখোয়না কমদোনা থকনিঙবগে হায়বছুসু য়েংশি। অদুদগী অমসুং

ঐখোয়না মীয়ামগী মহৃৎশিনবা তংশেনা ওইবারা মতমদদুগী, ঐনা হৌজিক ইরিবা অসিমক্কুম্বা খুঙ্গাশিংদুনা ঝা খুদিংমক্তা পুক্নিঙ চঙনা ভারক্কনি। ১৪

মাখোয়না মাখোয়গী মনামশীং অশং-অমান, শেন ইচঙ চঙদনা থাবা য়াই অমসুং হকচাঙ ফনস্থ থম্বা য়াই হায়বসি ঐখোয়না উংননবা খুদোংচাবা ফংলে। মনা মশীঙ অদু মাখোয়না মৈদা থোংদোকখত্রবা মতমদদি চিঙ্গাক্কী কান্নবা মচি ( ভিতামিন ) পুম্নমক মাঙহনখত্র হায়বদুস্থ ঐখোয়না মাখোয়দা উৎপা তাই। ১৫

মতৌ করন্না মতম, হকচাং অমসুং শেল অরেম্বদা মাংহল্লোই-দবগে হায়বত্থ ঐখোয়না মাহৌয়দা তম্বিবা তাই। লিঙনেন কটনবা ঐখোয়গী খুঙ্গংশিংসিবু অমাং অশোয়গী থৈপনি হায়। ঐখোয়গী খুনগী মীশিংসি অশেংবা মুংশিংতনা পূমকোয় কোয়শিন্দুনা লৈর-বস্থ অশেংবা মুংশিংতি থক ফংজদে: তগৎ-তগৎ তেকপা চীঙ্গাক্না কোয়শিন্দুনা লৈরববু মাখোয়না অতেকপা চিঙ্গাক থক চাজদে। চিঙ্গাক্কী মরমসিদা ঐনা ধর্ম্ম শন্দোকপা মী অমগুম্না ঝা ঙাংলি, মরমদি ঐগী অপাম্বা শন্দোক্লিবদি খুঙ্গংশিংসি লোইনা ফজহনবা পামই। ১৬

ঙসি ওইরিবা ভারতকী খুলশিংসি, মহৌশাস্থ অত্থুম্মক ওই-রম্বত্রা ওইরমদত্রা হায়না পুথোকপদা কান্নবা শেন্দোং করিস্থ লৈতে। খুঙ্গংশিংসিনা কৈদৌঙৈদস্থ হেন্না ফগৎপগী ফিবমদা লৈরমত্রবদি, মাত্থ ঐখোয়না অস্থুম চাউথোকচরিবা থায়নগী অরিবা কৃষ্টি-মনাৎ অত্থগী মঙান ভাবতনি তৌইগুম্বস্থং মাখোয়ত্থ কৈদৌঙৈদস্থ হেন্না

ফগৎপা ওইরমগ্রবদি, কমদৌনা ঐখোয়না ভসি ফাওবা ঐখোয়গী অকোয়বদা উরিবা অপৎপা, অপুম্বগী মওদা চৎচা কয়া মখোয়না হিংলক্লিবা। ...... মরৈবাকপু হুৎশিবা মী খুদিংমক্কী মথৌদি অসিগুম্বা অপৎপা অপুম্বসি থিংগদগে নত্রগা, মাসিস্থু অঙ্কানি, মাদুদি সহবশিংদা বনাওম্বা অমনা হেত্তা লৈবদা হৈনবা অদুগুম্না ভারতকি খুঙ্গংশিংসিংস্থু বনগুম্বা অমনা হেক্তা লংবনা লৈনিংবা মওংদা নৌনা শেমগৎবদনি। অওইবমক, মসি লৈবাকনিংবা দেশভক্ত খুদিংমক্কী থৌদনি। খুন্দা লৈবা মীশিংসিবু মমল পীদুনা হুন্দোকপা (মুক্তি পীবা) ভমদনা যাই, লৌরাইগী সভাতাগী হুদিং লাক্ক, মী কোটি অমমতবু নত্তে, কেটি মস্তদু যেংবনবা খুঙ্গং লাখ ৭ (তরেৎ) অসিনা নিথিনা চাং নাইনা চাংখৎলবা সহব লাখ তরেৎ ওইংক্লগনি। ভারতকী লাইবকসি ফবগদবা ওইববস্থু মাহু নোংমতদা লাক্কদবদি নত্তে খুঙ্গং অমস্থং খুঙ্গাশিংবু তকথোকপা অমস্থং লেমগৌবা মখলশিংভুবু সহব অমস্থং সহববাসী ওস্থোকপদা মতম শানা চংগনি। ১৭

খুঙ্গং শেমগৎপগী আন্দোলন অসি সহবদা লৈবা মীশিংগী খুন্দা লৈবশিংগীস্থু ফজরবা শিন্থা অমনি। সহরদগী চোংথোরক্লিবা অনোম্বা মীশিং (থৌমীশিং) অদুনা খুঙ্গংগী রাখল চাংথোকহনবা তাই অমস্থং খুঙ্গাশিংগী মতৌ অমতুনা ইচম চম্বা পুন্সিদা হিংনবা হোৎনবগী কলা ( মহৈ ) অদুবু তম্মোবা ফংগনি। মাসি হায়রে হায়দুনা খুঙ্গাশিং অদুগুম্না চরা হেল্লু হায়বা নত্তে। তৌইগুম্বস্থং

মাসিনা শেংনা খঙহল্লি মাদুদি থাযনগী পুন্সি মওঙ অদুদা মরু ওইবা অযোংবা অমা পুবক্কদবনি। ১৮

তৌগদবা থবক্কী লম্বী হাযববু মাখোযগী মরক্তা ফম্মিন্নরুবা অমস্তুং পুক্লিঙদা চেৎনা থাজবগা লোযননা থবক পাঙথোকমিন্নবা, মাখোযগী ব্রাইশিংপা মীগুম্না, নর্শকুম্না, মনাইগুম্না, মাখোয়গী লুচিংবা শাগদবা নত্তে, অমস্তুং হান্না পুক্লিং শেম্নম্বা অমস্তুং লৈজরম্বা মরল মথুমগী ব্রাখল পুম্নমক কাউথোকখ্রগদবনি। মিৎকুপ খরগীদমক্তি স্ববাজগী ব্রাখল ফাওবা ঐখোয কাউবশি, অমম্ভং তশেংনা লৈজবা ইবল-ইথুম পুম্বম্ব কাউগদবনি, মাদু লৈবনা খো থাং খুদিঙদা ঐখোয়বু যেৎলি ওৎলি। মাখোযদু লৈবে। লৈরিবা মফমদুদা চাউরবা সমস্যা অসিবু থোকহন্নবা শান্নবা কাঙবু অমস্তু যাওরে। হৌজিকস্তু মতুংদা ঐখোযগী পস্থুংফমদু যৌরবদস্তু ঐখোযনা খুঙংশিং খরা হম্বা থবকশিংদু পাঙথোকপগা লম্বাদা চংলি। অওইবনি, খুঙংগী থবক মযামসিবু পাঙথোক্লবদি মাহুমক্তা ঐখোযবু পস্থুংফম মনাক্তা হেন্না হেন্না নক্না চি শিন্নক্কনি। ১৯

সহব অমস্তু খুঙ্গং অনিগী মরক্তা যান্না পুক্লিং হকচাং ব্রাখল শেংনা মপুং ফানা মবী লৈনগদবদি সহরশি তনা মথৌ মশক খঙনবা, মাখোযনা তৌকনা অক্নবা থবক অদুমক খুল্লাশিংনা লৈজবা মচাক মরলতগী মতেনা তরুল্লবতদা ওইগদবনি। সহরগী অঙাংশিংনা মাগী মাগী তোকম থোকপা অচৌবা অথোইবা শেমগৎ শাগৎপগী মথৌশিং পাঙথোকপদগী মাখোয়গী মহৈ অমা হৈরকপা য়াগনি, মাহুনা খুঙ্গং-শিংগা হাকথেংনবা দরকাব লৈবা মথৌশিংন্থু পাংথোকপা ওম্নবা। ২০

ঐখোয় পুম্বা খুঙ্গং ৗ সভ্যতাগী উত্তরাধিকারী (কংফম থোকপা) ওাক্তনি। ঐখোয়গী লৈবাক্কা পাক চাউরিবা, মীশীঙ য়াম্লিবা, লৈফম অমস্তুং লৈবাকসিগী ঈশিং-নুংশিৎ অসি ঐগী মত্তা লৌব্বাইগী সভ্যতাগীদমক্তা লাইনা তম্লক্লবনি। মাসীগী দোষস্তু খ্বাইনা ইফোং-ফোংনা থঙনরে, অত্থবু মাতুগী অমত্তস্তু লাযয়েংবা য়াদ্রবনি। মাসিগী মক্ক ফুক্তোকপা অমস্‌ং সহরগী সভ্যতানা মহুৎ শিল্লিনবনি ঐঙোন্দদি, ঐখোয়না মীশীঙ কোটি ৩০দগী লাখ ৩০ নত্রগা কোটি ৩ ফাওবদং হম্বননবা অকনবা থবক পাযখত্রিবমখৈদি; ওইথোক্লোইদবা ওইনা থোকই। মরম অসিনা ঐনা খনবা মাতুগী লায়কোক্লবা হিদাক্তি ঐখোয়না হৌজিক্কা লব্বাইগী ফিবম মতম কুইনা ইংহন্নবা অমস্তুং ঐখোয়না শেংনা থবক পায়খৎপা অসিনি। ২১

অধ্যায ৫

# খুঙ্গং স্বরাজ

## খুঙ্গংগী লৈফম

ঐখোয়না খুঙ্গংগী সেবা তৌবা হায়বদি স্বরাজ লিংখৎপা তাই। অতৈ পূম্বদি অতনবগী মঙ নত্তনা কবিস্থ নত্তে। ১

খুঙ্গংবু মাঙখ্রবদি ভারতস্থ মাঙ-তাক্লবনি। ভারত হায়বা অমমুক লৈরবোই। মাগী (ভারত) কী মবন্নাইগী উদেশ্য অহু পৃথিবীদা মাঙখিবা তারবনি। ২

ভারত মশামক্কা চপ মান্নবা লিথবা খুঙ্গশিসিগা অতুগা মী-রৈবাক্কী মখা পোন্দুনা শেমগংখ্রবা ভারতকী সহরশিংগা অনিসিগী মরক্তগী ঐখোযনা অপাম্বা অমবু খঙ্গবা তাই। ওসি সহরশিংনা খুঙ্গংশিংবু নেৎশিনবিবে অমসুং লক্ট্রী কাযবগুম মচেং মচেং তানা কায়হনা পুম্মাক মাঙবদু যোনা ঈ চুপ্লিরি। ঐগী খাদিগী মাখলসিদা ঐঙোন্দা হায়রি মাদুদি সহরশিংনা খুঙ্গংশিংগী মপু শাবা তোকখিবগা শোয়দনা সহরশিংনা খুঙ্গংশিংগী সেবা থরমখেদি তৌবা ঙমই। খুঙ্গংশিংবু নৈৎপিবা হাযবসি মথস্তনা খুং লিংজরবা হিংসানি। ঐখোয়না অহিংসাগী নীতিদা স্বরাজ শেমগৎপা তারবদি, ঐখোয়না খুঙ্গংশিংসিগী মতীক চাবা মফমদু ঐখোয়না পীবা অই। ৩

ঐগী পুক্নিংদা থাজবা পোকই মাদুদি করিগুম্বা ভারতনা অশেংবা স্বরাজ ফংলবদি অমসুং ভারতকী থোঙ ওইনা পৃথিবীগীসু

অহু ওইরবদি, খোঙলৈ থুনরা নত্রা তপ্পরা অচুম্বসি খঙনরকনি মাহুদি মীশিংনা খুঙ্গংশিংদা লৈবা তারগনি, সহরদা লৈররোই, খাং-পোকশংদা লৈনরগনি, ফুরা-দলানদা লৈনররোই। মী কোটি কয়া কয়ানা সহর অমস্থং দলান্দা অমগা অমগা শান্তি ওইনা লৈমিন্নবা খক ওন্নররোই। অহুগীদি মাখোয়গী মতং লৌননবা চাক্ষফমস্থ লৈররোই, হিংসা অমস্থং অন্যায়গী লম্বীদা চংনরকপা তাই।

ঐনা লৌরি মাহুদি সত্য অমস্থং অহিংসা নত্তনা মীওইবা জাতিগী মাং তাকপা নত্তনা অতৈ করিস্থ ওইররোই। লৌরায়গী য়ুদ্বানগী ইচম-চম্বা, ইতিং তিংবদগী ঐখোয়না সত্য অমস্থং অহিং-সাবু শেংনা খংবা ওমগনি অমস্থং অচম্বা তুররিংবা অসিমক তরেংদগী নিংথিনা ফংগনি অমস্থং পুম্নমকতু অরেংনা অর্থ পীজররুগনি। ওসিগী পৃথিবীসিনা অরাম্বা লম্বীদা অস্থম অস্থম চত্থিবগীদমক ঐনা কিগা করিস্থ লৈররোই। ভারতস্থ লম্বীহুদা চংখিবা য়াই অমস্থং নৈরাস্থ না মথৌমক ওইনা মৈরিগী অকোয়বদা লৈনা লৈনা কোইপাই পাং-হুনা অকিবা ফংনা জগোয় শারম্নগা মৈদা তাকহঙ্গে হায়বা পাউরো লৈবগুম শিখিবা য়াই। তৌইগুম্বস্থং অসিগুম্বা অভিশাপসিদগী ভারতপু কন্নবা অমস্থং ভারতকী থোং ওইনা পৃথিবীবু কন্ননবা ঐগী অরোইবা স্থংশাশোর হোনবা ফাওবদি হোংনদবা য়াত্রবা ইথৌনি। ৪

## খুঙ্গংগী স্বরাজ

খুঙ্গংগী স্বরাজ হায়বসি ঐগী ৱাথন্নদি মাসি মপুং ফারবা গণতন্ত্রনি, মাগী মরূ ওইবা পোৎচঙগীদমকস্থ খুৎলোম্নবা কনাগী মথা পোন্দে, অহুম ওইনমক খুল অমগা অমগদি মরী লৈননা মথা পোল্লগনি,

হীরম কয়ামুক্তদমক মখা পোল্লবসিগী কান্নবা লৈ। মতৌ অম্দুম্না খুঙ্গং খুঙ্গংগী অহানবা চংগদবদি চাননবা মহৈ মরোং থোকহনবা অনম্সুং ফিগীদমক লশিং অসিনি। শা-ষণগীদমক অথাকপা লম লৈগনি, ময়ামগী পোত্থাফম অমসুং অহল্লোন অমসুং নহারোল অত্তাং-শিংগী শান্নফম লম্পাক লৈগনি। মাত্থদগী লম অহু হেন্না লেম্মৌ-রবাদি মাত্থদা গঙ্গা, হিদাকমনা, কবা অমসুং অসিগুম্বশিংসি নত্তবা পৈশা ফংগদবা মহৈ মরোং থাগনি। খুঙ্গং মশানা খুঙ্গংগী থিয়েটার হোল, স্কুল অমসুং পব্লিক হোল চলাইজগনি। ঈশিং অরাবা পীননবা ঈশিংগী থৌরাং মরম্নাইগী হোৎনজগনি। মাসি নিংথীনা ডাক-শেন্নবা পুখ্রী অমসুং গুহাশিংনা থবক পাঙথোকপা য়াগনি। শিক্ষা পীবদি বেসিক পাঠ্যগী অরোইবা ক্লাস ফাওবা কমপলশরী ওইগনি। হেক ভান্নিবমখৈ থবক ইথ্বাং তৌবা পুম্নমক কো-ওপরেটিভগী য়ুম্ফমদা তৌগনি। হৌজিক ঐখোয়গী ইরক্তা লৈরিবা অমাংবানি হায়রা উপাধি পীবিরবা অসিগুম্বা কাম্নিগুম্বা শাগে-জাং লৈরোই। অত্ত-গ্রহংগী অমসুং অসহযোগকী হৈ-শিংবা নীতিগা লোয়নবা অহিং সাব্র খুঙ্গংগী কৈরোই লৈকাইগীদমক আইননা য়ারবা লানওং ওইগনি। খুঙ্গংগী মিংজন লাইব্রিক্তগী পালি নাইনা থম্নবা মীনা খুঙ্গংগী ডাক-শেনবগী থবকসি তত্তাইফদবা ওইনা তৌগনি। মমিংতা ওইনা মতীক-মণ্ডল লৈবা মীওই শুরবা খুম্নাশিং মুপী মুপাশিংনা চাহি খুদিংগী শা ৫/৫ থল্লুনা পঞ্চায়েৎ অমমম শেন্নগা মাত্থনা খুঙ্গংগী শাসন তৌগনি। য়াখোয়গী তৌবা ভম্বা মথৌ শক্তি অমসুং এলাকা তোপম্না তোক্না লৈগনি। য়াম্নবা মতুংইন্না দণ্ড পীননবগী নিয়ম লৈতবনিনা পঞ্চায়েৎ

অসিনা আইন শেম্বা, বিচার তৌবা অমসুং হায়েন থৌদাবগী থবকসু পুন্না চহি অমগীদমক্তদি তৌরগনি। করিগুম্বা খুল অমা ভসিন্নি হেক্তা গণতান্ত্রিক সরকার থম্বা য়ারে, কমানসু ওৎ-নৈবা তৌদনা, হৌজিক সরকারমক্তগীসু মাসিগী পাংথোকপা ওম্লিবা মরী হায়রবু প্রজাদগী ( খুঙংশিংদগী ) খাজনা লৌখংপদা হায়হৌরে। খুঙং মশেল নৈনগদবা মরী অমসুং কেন্দ্রগা মরী নৈনগদবা মরীসি করি-তৌনবা অমা লৈগত্রা মাতুগীদি এনা চাং য়েংগ্নি। এগী মত্তি খুঙংগী সরকার অমগী চাউরবা পাদম অমত্তং শীবতনি। মাসিদা মী খুদিংগী মনিং তম্বা য়াবা মপুংফাবা গণতন্ত্রগী মশক্তু নৈরে। মী খুদিংমক মাগী মাগী সরকার অদুগী রাজ মিস্ত্রীনি। অহিংসাগী আইনদা মাবু অমসুং মাগী সরকারবু হায়েন থৌদারিবনি। মহাত্মা অমসুং মাগী খুলনা পৃথিবীগী শক্তিবু শীগনবা ঙমই মরমদি খুঙা খুদিংমক্তা মাগী অমসুং মাগী খুলগী ইজ্জৎ ঙাক্তনবা শিবা ফাওবা ঙমনবা খাজনবগী আইনদা থত্তা হায়েল্লি।

হৌজিক য়েল্লিবা মওং অসিদা পোকপদগী য়াওজনবা করিগুম্বা লোম নত্রগা গুণনা ওইথোক্লোইদবা করিসু নৈতে। অদিগুম্বা খুঙং অমগী আদর্শ শেম্বদা পুন্সিদুগী থবক ওইবা য়াই। অশেংবা গণতন্ত্রবু অমসুং খুঙংগী পুন্সিবু মুংশিবা কনাগুম্বা অমনা খুল অমবু হেক্তা লৌখংপা ঙমই, মাদুবু মাগী সংসার অমা ওইনা অমসুং অরেপ্পা মতৌ ওইনা থবক তৌ, মানা শোক্কদা অমবা হোৎনমমা মহে থংগনি। মানা অমুক্তদা খুলগী অদুগী শাই-শিংবা, লং-থাইবা, চৌকিদার, হিসাব য়েনবা অমসুং খুলগী ওজা ওইদুনা থবক হৌবা

ঙমগনি। মী অমত্তনা মনাক্তা লাকত্রবস্মু মাদি ৱাইশিংপা অমসুং মোইথাপ নাইবা অমা ওইজদ্রুনা পেঞ্জবা ঙমগনি। ৫

## পান্দমনিঙাই ওইবা খুল

খুল মশা মথন্তনা হকচাং ফনবগীদমক্তা মপুং ফানা থবক তৌজবা ঙম্বহ্ আদর্শ ওইবা ভারতকা খুল অমা ওহগদবনি। খুল অত্তুগী মাইল ৫না কোযবা লমদগী ফংবা মপোং-মচৈতনা শাঞ্জবা নুংশিং-নুংশা চংহনবা ঙম্বা মঙাল নিংথনা চংহনবা য়াবা খাংপোক-শং কয়া লৈগনি। যুমশিং অত্তুগী অমুক মতীক চাবা ইংখোল লৈগনি; মাতুনা যুম্বুহ্নুনা মনা মশী থাজদ্রুনা ইমুগী চাননবা অমসুং মাখোযগী যঙ্গোল অমসু শাফম চনবা ওইগদবনি। খুলগী লম্বী সোড়ক পুম্বা হেক ঙম্বমথৈ উফুল হৌহল্লোইদগনি। খুল অদুগী ঈশিং শোক্লবা পুখ্রী গুহানচিংবা মী পুম্নমক্তা শোকপা যাবা লৈগনি মীয়ামগী লাইখুবক্ষম যুম (মন্দির), মীযাম তিন্নদুনা ৱা তান্নফম য়ুম, ষন শঙ্জিক চাফম অপুনবা লম্পাক ময়ামগী ওইবা যঙ্গোম শঙ (কো-ওপরেটিভ ড়ায়রী), প্রাইমারী অমসুং সেক্রেণ্ডরী লৈগনি, মাদুদা থবক ইংখাং শুবা তম্বগী মক ওইবা হিরম অমা ওইগনি, খুল অদুগী থৎন-চৈনবগী ৱায়েন চৈরাক পীনবা পঞ্চায়েট অমসু লৈগনি। চানবা মক-মরাং, মনা মশিং হৈরা অমসুং অনাইরং ফি মশানা থোকহল্লগনি। মাসিনি ঐগী পান্দমনিঙাই ওইবা খুল অমগী চাউরাকপা মত......ঐনা থাজবা লৈ মাদুদি ৱাখল লৌশিং লৈবা মী অমনা লুচিংবিরবদি মী অমমমনা তাঞ্জবা ঙম্বা শেন্দগী শরুক অনি হেন্না থোকহনবা ঙমগনি। ঐখোয়গী খুলশিংদা হিরম

খুদিংদা অরাৎ-অপা লৈতনা পোৎ থোক্লফম লৈ, মাদু খুদিংমক ললোনবগীসু মভীক চাবনিদি হায়বা য়াদে, অদুগা খূল অদুগী শীজিন্নবদা কোম্লজবদি ওমই। খুইদগী খুদোংথিবা অরাবদি খুলগী মীশিংনা মরাইবক ফগৎনবসিদা অওকপা ফংনা হৈনিংবা পোক্লিব-সিনি।

ঐগী পান্দম্লিঙাই ওইবা খুলসিদদি লৌশিং লৈবা মী য়াওগদবনি। মাখোয়দুদি শা ষনগুম্বা মোৎনা অমসুং অমম্বদা লৈগদবা নত্তে (মুপী মুপা পূম্নমক মনিং তমগনি অমসুং মশাগী অচুম্বদুগীদমক পৃথিবীগী কনাগুম্বগা লাম্বা ওমগনি। মফমসিদা প্লেগ, কোলেরা, লাইথোকপনচিংবা পাপকী থবক তৌরোই মা খুদিংমক্সা মানা মানা ওমজবা থবক্কু মখুৎনা চাং নাইনা শৃদুনা দান তৌবা তাই······মাসিসু ওমনিঙাইনি রেলওয়ে চলাইবা, ডাকখানা, টেলিগ্রাফ······অমসুং অসিগুম্বা অতৈ কয়া······। ৭

অধ্যায় ৬

# খুঙ্গং স্বরাজগী মরু ওইবা পথাপ

## ১। মীওইবগী অথোইবা শক্তি লোইনা শীজিন্নবা।

থিগদোবিবা পোলাইদি মীওইবগী পুন্সি অমস্তুং ৱাখল অনিমক পূন্না চাওখৎতুনা হুণ্ডাইবা হায়বসিনি। ঐনা মফম অসিদা গুণ-বাচক (মগুণ ফোংবা) ৱাখলগী ওইবা হায়বিদুসি ধর্মগী ৱাখলগা অমত্তনি। ময়ামগী শক্তিদু ময়ামদা চাইথোক্লবা ফংগনি। ময়ামদা পূন্সিনবা নিয়ম অসিগা অতোপ্পা সমাজগী ফিরমগা নাতৈ চানদে।

২

ঐগী মত্তদি ভারতকী অর্থি অমস্তা শেমগৎপা অমস্তু পৃথি-বীগীস্তু ৱাকম অসিদা মঃ অসুন্না ওইগদবনি মাহুদি মা অমত্তু নিয়ম অসিগী মখাদা চংনবা অমস্তু শেংনবা ৱাৎপগীদমক অরাবা থালোইদবনি মনপোমদা হায়বগা চরা অনিমক চাবা থুংনবা থবক শুফম মী খুংনক্কী ফংগদবনি। পুন্সিগী মক ওইনা চংগদবা শোং থোকহন্নবগী পান্থোংশং অমত্তু মীয়ামগা য়ানবা অমগী মখাদা থম্বা ভন্নবতদা তাইবংগী ওইনা আদর্শ অসিবু য়ানগনি। পোৎশিং অসি ঈশ্বরগী ঈশিং অমসু মুখশিংকুম্না মরাং কায়না মমল তিংদনা ফং-গদবনি নত্রগা ফংহনগদবনি, মী অতৈবু ওৎ-নৈনবগীদমক পোৎশিং অসিবু চখোক চংশিনবগী খাড়ী ওইহল্লোইদবনি পোৎশিং অসিবু কারিগুম্বা লৈবাক জাতি নত্রগা মী কাওবু অমত্তনা মপু শাবদি

অন্যায়নি ধর্ম্ম কাযবনি। মুডাইবা লৈবা লৈবাক অসিদদা নত্তনা পৃথিবীগী অতৈ লৈবাকশিংদসু ঐখোয়না উরিবা লায়র-চুদৎনবগী ফিবম অসিগী মরূদি চনায লায়না নিয়ম অসিবু থৌওইদবদগানি। ৩

আধ্যাত্মিক গুনর শীথানবদা অমস্তা থৌশাদবা অর্থ-নীতি অতুদি অসতানি, অচম্বা যাওদ্রানি। অন্তর্জাতিক বাবসাযদা চাং অমা কক্তুনা থম্বনবা আধ্যাত্মিকগী মগুণ অমা থৌদোকপা হায়বসি নত্তনা অর্থ-নীতিগী পরমদা অচৌবা মগী অচুম্বা পথাপ শন্দোকপা হায়বসি করিস্ত নত্তে। ৪

মীওইবা পুম্নমক্না শননবগী অধিকার লৈ, মবম অসিনা মাতুগা মরী লৈননা মশাক চানচ-থাকচনবা, কাংবা মফমদা, মথম্তবু ফিজেং থোক্তনবা অমস্তা মাং শাতনবা থিক্তনা চাগনবনি। ৫

'হায়রিদ্রদ' শন ক্য হায়দি পৃথিবীগী ধর্ম্ম চাহুরিক থুদিনক্তা কেন্দ্র ওইনা মাওংদা পাউচক ওইরে। নিথিনা চাউথংনবা, মবাংশা মথুংদা অমগী মিনপী থনকদি কেয়-দনমক পৃথিবীগী মথদা খুদিং অহবা মচা ক তুইহনদনি অওই-বমক্তি, লৈবাক অমগী চাওথংপা অমসু, শান্তি লৈবগী পরিস্থিতি লৈবাক্তুদা লৈবিবা শেপ্পাও পাযবশিংগী মশীং যাম্বদা নত্তে, মী-য়ামগী মতম্দা চবা তেনবা লৈতবদা থওনগনি। ৬

করিগুম্বা থৌরাং অমা মাতুনা পোৎ-চৈ শানবা মচাকশিংগ মাংহননবা অমসুং য়াম্না মরু ওইবা অমসু, হেম্না পাঙ্গল কনবা মী-ওইবগী পাঙ্গলবু থৌশাদ্রবা অহু ওইরবদি মাহু মীনা পাংশোয়

নাইরোইদবশি, করিগুম্বা মতমদা মীওইবগী থাক মান্নবা শেমগৎপা ওম্মোই ।

অশেংবা য়োরবদি ভারতকী মীগী পাঙ্গল পুন্নমক অফবদা শীজিন্নরবতদা ওইগনি । ৭

অসুম কুইনা ঐগোয়না থবকসু শূদনা চীঙ্গাকসু লৈতনা তৌবা ওম্বা মুপা মুপী অমগী মতৌগুম্না চরা অনি অনি চারক্লিবা অমসুং পোত্থারিবসি ইকাইনিংঙাইনি । ৮

শা উচেকমক্কী মতৌগুম্না মী খুদিংমক্কী পুন্সিগী চংদবা য়াদবা পোৎশিংদা চপ মান্নবা অধিকার লৈ। অধিকার খুদিংমক্কী লাম্বা ওইবা তৌগদবা মথৌ অমসুং মাহুব্ য়েথায়না পীরকপা খুদিংমক থিংননবা মপা চাবা লায়য়েং নত্রগা হিদাক লৈফম থোকপদগী, ইরায় লায়না হায়বা য়াই মাহুদি মহৌশাগী ওইবা চাং মান্নবা ফংফম থোকপহু ফংননবা মথৌ পাংথোকপা অমসুং অয়েৎপা পুম্বা য়োক্লবা থেংনবা হায়বসিতনি । মথৌ তাবা থবক তৌবা হায়বদি ঐগী ইখোং-ইখুৎনা থবক শূবা হায়বদি মাহুগী অয়েৎপদা লায়য়েংবা হায়বদি ঐনা থবক শূবগী সহয় ফংহন্দবা মীহুগা থবক তৌমিন্নদবা হায়বতনি । ৯

## ২। চরা নোংথন্নবা থবক

মী অমনা খুৎনা থবক শূত্রবদি, কমদৌনা চাক চাবগী অধিকার ফংগদৌরিবনো ? ১০

মুপী মুপা খুদিংমক হিংননবা থবক নোম্বা তাই······মাসিগী অর্থদি মশাফবা মী খুদিংমক মতীক [চোনা মচীঙ্গাকীদমক থবক

শূগদবনি, অমসুং মাখোয়গী রাখল খনবা ওম্বগী পাঙ্গলহ্ হিংননবা লম্বী অমা ফংননবা তৎতনা হোৎনগদবনি নত্রগা মীওইবা জাতিগী সেবাদা লাইবক ফবা অমা পুশিল্লকুবা রাখলগা লোয়ননা অওম্বা তৌগদবনি। নিয়ম অসি মফম খুদিঙদা ভাক্কা চৎলবদি, মী পুম্ন-মক মাল্লবা হায়বহ্ ওইগনি, কনা অমত্তসু চরা হেল্লরোই অমসুং পৃথিবীসু পাপ কয়াদগী কনবা ঙম্লগনি······ মশা হৈনিংনা নিয়ম-শিংহ্ ইল্লগনি অহ্নগা মশা মউ ফবগী মুংভাইবা মাহ্নগা লোয়ননা মপুং ফারবা শান্তি ফংগনি অমসু' সেবাগী পাঙ্গল তৌবা ওম্বহ্নসু চাওখৎং লকই······ঐগী মন্ত্রা নিয়ম অসিমক গীতাগী অহুমশুবা অধ্যায়দসু য়াওরি·········“যজ্ঞগী’ ( শ্লোক ১৩ ) হায়বহ্ ঐখোযগী হুমাংমননা ফংজবা অশেংবা চিঙ্গাক্লি। মী অমনা মচিঙ্গাক্কীদনক মতীক চানা কম্না নোমজবহ্নবু গীতাদা যজ্ঞ হায়না খাযদোক্লি। ( মী পুম্বগী সেবা, লাইগী সেবা, অহুমক যজ্ঞনি—গান্ধী ভাষ্য )।

লাইরিক পাবদগী লৌশিং শিংলকই হায়না খনবসি পুম্নান লাম্না থাজবা অন্ধবিশ্বাসনি। অরানবসি ঐখোয়না হুন্দোকখি-গদবনি। লাইরিক পাবগী মফমসু পুন্সিসিদা লৈজে, অহ্নবু মথন্তগী ওইবা মফমদদা কান্নজবনি। খুৎনা থবক শূবা থাদোকপমখে লাইরিক্কী জ্ঞান লৌশিং অহ্নদং নৈনহ্না লৈবা তারবদি, ঐখোয়না মাহ্ থিংনবা আন্দোলন তৌবা তাই ঐখোয়গী অয়াম্বা মতমদি হকচাংনা খুৎনা থবক নোম্বদা শীজিন্নগদবনি, অমসুং লাইরিক পাবগীদি মতম থরদং থমগদবনি। ঙসিদি ভারত অসিনা ইনাক থরা খুনবা অমসুং অচৌ-অশাং কোনরবা কাংবুশিং খুৎনা থবক শূববু হম্ববা মীৎয়েংনা

য়েংলি, হৌজিক মাসি য়াম্না দয়কারনি মাদুদি খুৎনা থবক শূবনি লেমজফমনি হায়বসিদা কন্না তকশিনবা। অশেংবা পুক্নিংগী লৌশিংসি চাওখৎহনগে হায়রবদি মী অমনা মশাবু কান্নবা হকচাংগী থবক থবদা শীজিন্নজগদবনি। ১১

চাবা ফংদ্রবা মী লাখং কয়ানা হাযরি শৈরেং পীগু—চিঙ্গাক্কী মগুণ হেঙ্গৎহনবা, অদুবু মাখোয়দা পীবিনবা লৈতে। মখোযনা মাদু তানগদবনি। মাখোয়না মাদু মাখোয়গী পীশুমগী হুমা তনা তানগদবনি। ১২

বুদ্ধি লৌশিংগী থবক্কী মরু ওইবা কান্নবসু লৈ অমসু চনবা লৈতবা শীজিন্নফমদি পুক্নিংগী থবক্কী থৌবান্দনি। অদুবু ঐনা হায়লি-বদি হকচাংনা থবক শূ-নোম্বগী কান্নবদনি। কনামত্তসু, ঐনা লাউঁবা, মাসিগী নিযমসিদগী নিংতম্না লৈরোইদবনি। ১৩

ঈশ্বরনা তাইব মীবু মচিঙ্গাক তাম্নবগীদমক থবক শূজননবা শেম্বিরক্নগা হাযবিবমই মাদুদি থবকতি শূদনা চাবতা থালবা মাখোয় অদু হুরানবনি। ১৪

## ৩। মান্নবা

মী পুম্নমক্কী খুদোং চাবসি চপ মান্নবা ফংগদবনি। খুদোং চাবসি ফংলগা মী খুদিংমক্কা ধর্ম্মগী থবক্তা চাওখচনবা হৈস্নু লৈজে।

১৫

অশেংবা অর্থ-শাস্ত্রদি কৈদৌউদসু থ্বাইদগী থাক য়াংবা নীতি শাস্ত্রগী থাকতা য়ৈথারবা ওইদে, অচুম্বা নীতি ( ধর্ম্ম ) শাস্ত্রনা মমিংগী মতীক চাবা অকবা অর্থ-শাস্ত্র অমমম ওইবগুম্না। করিগুম্বা অর্থ শাস্ত্র

অমনা ইনাক খুনগগী লাই ( কুবেরবু ) নিঙননবা পাউতাক পীরবা, অশোনবা লাররবশিংবু মরল তিংহনুনা অকনবশিংবু লন-থুম পৈশিনবা ওনবা অহুংবা অর্থ শাস্ত্রহ্ মীনবনি অমসুং অশিংবগীদমক ওইবা বিজ্ঞাননি ( সাইন্সনি )। মাহুদি শিংবগী অর্থ শাস্ত্রনবনি। অচুম্বা অর্থ শাস্ত্রদি, অমরোমদা সমাজিক ন্যায়গীদমক মীচং চাই, খ্বাইদগী পাঙ্গল শোন্নবা মীওই ফাওবগী অকনদু চাং মান্নবা পুরকই লৈবাকমচা তারবা চাওখৎপা থাকী পুন্সি ফংহনবনা শেরনি চাই ওইদে। ১৬

ঐনা মীওই পুম্নমকগী চা মান্নবা ফিবম অমা পুরকপদু পানই। ১৭

ঐগী আদর্শদি চাং মান্নবা পেংং যেম্নোকপনি, তৌইগুম্বসু হেক যেংবা ঙম্বা যাওবদদি, মাসি চপ চানা খংবা যাত্রি। মরম অসিনা ঐ ইশামক্তা চাং মান্নবা যোম্নোকপগী থবকসিদা খুং থাবা লাক্তরি। ১৮

আর্থিক সমতা (শেলম্ফমগী চাং মান্নবসি) অহিংসাগী স্বরাজদা মক ওইবা থোঙ অমনি। শেম্ফমগী ফিবম মান্নবা হোৎনবা হায়বগী অর্থদি শেন্নেপকা খুংশুগা অনিগী মরক্তা থেন্নবহ্ মতম কক্তনা মুথৎপা হায়বনি। মাসিগী অর্থবু মী খরদনা ইনাক খুন্দুনা লৈবাক্তা লম্ফম পুম্নমক মাথোয়গী মখুত্তা পায়শিনবহ্ অমরোমদা তেম্নথরকপা, অমসুং অমবোমদনা মপুক থন্নবা ফি খুংজবা মী লাখ কয়াব থাক হাংখৎহনবা হায়বনি। করিগুম্বা সরকার অমগী অহিংসা প্রথা অসি ইনাক খুনবগা চদংনবা কাংবুগা অনিগী মরক্তা লৈরিবা

চাউনা খেন্নবসিনা অথাং কন্না লৈরিবমখৈদি য়াম্না শেংলবা ওই-থোক্কবনি। নয়ী দিল্লীগী কোন্নুং ময়াম অসিগা অন্নাবগী মশক ওইরবা লায়রবা, থৌমীশিংগী খাংপোকশং (উচেক মকোন) শিংসিগা খেন্নবা লৈরিবসি নিং তম্নবা ভারত্তা নোংমা ফাওবা লৈবা য়ারোই, লায়রবশিংসিন্ন লৈবাকসিগী খ্বাইদগী ইনাক খুনবা মী অমনা ফংলিবা শক্তি অদু মীয়ামগী ফননবা মশানা হৈনিংনা কখোরক্ত্রবদি নোংমদি হিংসাগী আন্দোলন তৌরকপা তাই হায়বসি শোয়দ্রবনি। মাসিদা মরিং-মরাংবা নাথৈশেংনা উদবা হিরম কয়ানা হৈথরক্লবস্ ঐগী ট্রষ্টিসিপ (থাজনবা অমা থম্বা) অসি চেংনা থাজরি। মাসিদা হেক থুনা ফল তাবা হাযবসি খরা লুই, অচুম্বনি। অতুবু ইংশোক ১৯২০ দা ঐখোয়গী পুক্লিংদা লেপ্লখ্রে মাতুদি চপ য়ুংনা ভম্নবা লম্বীসি কাখৎনবা চেংনা খন্নবা তাই। ১৯

## ৪। ট্রষ্টিসিপ (থাজনা শিজন্নফম)

অশেংবমক্লি চাং মান্ননা য়েন্থোকপা হায়বসিগী পাউতাক অসিগী মন্নদা লৈগদবনি ইনাকখুনবশিংগী অহেনবা মরল মথুমগী থাজনা শিন্নফম। মরমদি পাউতাক মতুংইন্না মাখোয়গী য়ুমলোম্নবশিংদগী ইনাকখুনবশিংনা লুপা অমত্তসু হেন্না মপু ওইবা য়ারোই। মাসি কমদৌনা চৎহনগনি? অহিংসানন্না? নত্ত্রগা ইনাকখুনবশিংগী মরল অহু মুনগদ্রা? মাসি তৌবদা হিংসাগী পান্থৈ থিরকপা মশানা ভারে। অতুসু অসিগুম্বা হিংসা থবক অসিদগী সমাজনা কান্নবা তোংজবদি লৈতে। সমাজত্তু হেন্না লায়রবা ওইগনি, মরমদি শেন্থুম

কমদৌনা শীজিন্নগদগে থগুবা মী কয়া খুদোল ( মতেং ) অতু মাংজবা তাগনি। মরম অসিনা অহিংসাগী লম্বী অসিনা ময়েক শেংনা ফবা হেন্নি। ইনাকখুনবশিংতু মাখোয়গী মরল-মথুমগী মপুং ওইনা অতুম্মক লৈহনগনি, মাতুদগী মাগী দরকার মতুংইন্না মরম চানা মশাগীদমক শী-জিন্নগনি অমস্তুং অরেম্বশিং অতুদি সমাজ ওইনা শীজিন্নবা ওইনা মশানা ময়ামগী ট্রষ্টি ওইনা লৈগনি। নৈনরিবা ব্রাফম অসিদা ট্রষ্ট অতুগী পুকচেল শেংবতু য়াওরি।

অদুম ওইনমক, হেক ভুম্বমখৈ হোৎনরবদসু, ব্রাগী ব্রা শেংনা হায়রবদা ইনাক খুনবশিংসিনা লাযরবশিংগী মমা মপা (অভিভাবক) ওইবিরক্লবদি অমস্তুং লাযববশিংসিবু তেন্না নৈহৎপিরক্লবা অমস্তুং চদৎনদুনা শিরবদি, করি তৌবা তাই ? পাখোং অসিগী ফল তাননবা হোৎনবদা এৌনা মণ্ডাল অনা ফংই অহিংসাদা সহযোগতা অমস্তুং মী-য়ামগী আন্দোলনদা অচম্বা লম্বী ওইনা অমস্তুং শোয়রবা পাম্বৈ ওইনা। ইনাক খুদবশিংনা লাওববশিংগা থবক তৌমিন্নদনা সমাজ অমদা পৈশা পৈশিনবা থক ভমলোই। ব্রাথল অসি নৈনববদি অমস্তুং লাযববা প্রজা থুংনা শন্দোকখ্রবদি, মাখোয পাঙ্গল কনবা ওইরগনি অমস্তুং পোৎথুং চাং মান্নহন্দদুনা নৈহৎপিরিবা, চরা তেন্দুনা শিহনগদেরিবা অসিদগী কমদৌনা মশাবু নাম্বোকচবা য়াগদগে হায়বদু হোৎনবা হৈরগনি। ২০

## ৫। ময়ায়দগী চাইথোরকপা

এৌনা প্রস্তাব তৌবি মাদুদি, ভারতনা অহিংসাগী লম্বী পরেংদা মথ এৎং চথরকপা তারবদি, পোৎ য়ান্না কেন্দ্রগী চাইথোকদবা লৈ।

ময়ায়দা পৈশিন্দুনা থম্বা হায়বসি পুলিশকী শক্তি য়াওদনদি ওাক-শেনবা, কুইনা হিংহনবা ওমলোই। অচম্বা লায়রবগী ইমুংশিংগীদি করিগুম্বা পোৎ পুথোকখিনবা লৈতে অদুনা পুলিশকী মথৌ লৈতে, ইনাক খুনবশিংগী কোন্নুংশিংগীদমক্তদি ডাকুনা পোৎ-চৈ পুথোক-খিগদবদগী ওাকথোক্লবা অকনবা পুলিশকী দরকার লৈ। মতৌ অম্না অচৌবা কারখানাশিংগীম্নুনি। সহর ওল্লবা, খুৎস্নু-খুৎলাই শুরবা মিলিটরী লৈরবা, ঈশিং লম্বী অমস্নুং নোংথক লম্বা লৈরবা ভারত্তগীদি লৌরাইতনা পুনশিন্দুনা শেম্বা ভারতনা মীরৈবাক্না লান্দা-রকপদগী অরাবা য়াম্না হন্থগনি। ২১

কারখানাগী সভ্যতাদা নখোয়না অহিংসা নীতি শেমগৎ-শাগৎপা ওম্লোই, অদুবু মখোংদা লেপচবা ওম্লবা খুলাশিংদদি শাগৎপা ওম-গনি। লৌরাইগী অর্থনীতিনা, ঐনা মাদুবু থাজকুবা মতুংইন্না মীবু ওৎ-নৈবা পুম্বসি কোকথোকপি, অমস্নুং মী মাংহনবা হায়বসি 'হিংসাগী মরূনি ( মচিনি )। ২২

## ৬। স্বদেশী

স্বদেশী হায়বসি তাইবংগী আইননি। মী অমগী অহানবা মথৌনি য়ুম্লোন্নববু জেংবাংবনি। মাসিনা বিদেশী অমবু তুক্কচবা নত্রগা লৈবাকমচা মশেন্নগী মন্নুংদা মীচং-মীখায় নায়বদু লৈহন্দে। সেবা তৌবা ওম্বগী ঐখোয়গী শক্তিসিগী শেংলবা ওমথৈ লৈ। ঐখোয়গী য়ুমলোন্নববু অন্নাবা ফাওবা থাংদুনা ঐখোয়না সেবা তৌবা ওমই। ঐখোয় খুদিংমক্না য়ুমলোন্নবশিংদুদা মাগী তৌগদবা মথৌ অদু চপ চপ

চানা তৌদুনা তেংবাংনরবদি, কনাগুম্বা মী অমত্তনা মাগী মতেং নিঙ্গরকপা মতমদা তাবিদনিঙাই লৈরোই। মরম অসিনা য়ুম্লোম্নবা মীবু মতেং পাংলিবা মীদু পৃথিবীবু সেবা তৌরবনি। অওইবমক ওইনা স্বদেশী হায়বসিদা মশাগী মরল্লাইগীগা অতোপ্পগীগা অনিগী মরক্তা খেন্নবা লৈতে। মী অমনা মাগী য়ুমলোন্নবগী সেবা তৌবা হায়বসি পৃথিবীসিগী সেবা হায়বনি। তশেংবনি পৃথিবীসিবু সেবা তৌননবা ঐখোয়দা হাংদোক্লবা লম্বানি। পৃথিবী অসিবু মী অদুনা মাগী ইমুং মনুংগুম্না খল্লবদি মানা মাগী লৈকমন্দগা থক লেং- থোক্নুনা তাইবং পুম্বগী সেবা ঙম্বগী পাঙ্গলসু লৈরে। মানা মাগী য়ুম্লোম্নবগী সেবা তৌরবতদা শক্তি অসি শীংশিন্নবা ঙমই। টোট্টোইনা মখা চত্থরি অমসুং হায়রি—হৌজিকমক ঐখোয়না মী অতোপ্পশিংগা মনঙ্গন্দা তোংলি, ঐখোয়না কুমথবতন্দসু মতাক চারবনি। চপ মান্নবা পোং অমবু মথম অনদা থম্বতনি। কনাগুম্বা অমত্তনা মশাবু মতেং পাংজদনা মীগী সেবা তৌবা ঙমদে অমসুং কনাগুম্বা অমনা মরল্লাইতগী চাবা থকপা ল্লাংতনবদং হোৎনরগা অতোপ্পা মীগী মতেং পাংউদ্রবদি মশাগীসু মাংজে পাক চাউনা পৃথিবীগীসু মাংই। মাসিগী মরমসি য়াম্না শেংলবনি। অহিংবা মী পুম্নমক ইমুং-মনুং শাক্তনি, অতোপ্পা কাংবুগী অননা হায়গদি কনাগুম্বা মী অমনা হেক তৌরকপা থবক খুদিংমক্তু পৃথিবীসিদা কান্নবা নত্রগা মাংনবা ওই। ঐখোয়না মাসি উবা ঙমদে, ঐখোয়দি অনকপদং উবা ঙম্বা মরমনা। করিগুম্বা থবক অমত্তংগী অফ-ফজ মহয় অহু পৃথিবীসিদা শীংথানিঙাই ওই- দবা য়াই। অহুবু মহয় অদুদি শুকলেং লেংদনা শুককোক কোক্তনা

অদুম্মক লৈ অমসুং অচুম্বগীদমক লৈরিবা জ্ঞান অসিনা ঐখোয়বু ইথৌ মশক খংবা ওইহনগদবনি।

স্বদেশী হায়বসিনা, মরম অসিদগী কনাগুম্বা বিদেশী অমত্তংগী কান্নদবা থবক খক ওইদে। অতুম ওইনমক স্বদেশী অসিনা পৃথিবীগী মফম খুদিংমক য়োৌবদি মশাগী হৌনশা ওইনা ঙম্ফম ওইদে। পৃথিবীসিবু সেবা তৌনবা হোৎনবদা কনা অমত্তনা পৃথিবীসিবু সেবা তৌবা ঙমদে। মাগী য়ুম্লোন্নবদা তেংবাংলিবা মী অতুতনা মাসি হায়বগী অধিকার লৈ, "পূন্নমক ঐগী মরি-মতানি'। অতুবু কনাগুম্বনা "পূন্নমক ঐগী মরি-মতানি' দি হায়রগা মাগী য়ুম্লোননবু থৌশানিন্ন-বদি মথন্ত পেঙ্গবদা তাবে, মহাক মথন্তমক লৈজববনি। ২৩

৭। মশানা পাঙ্গবা ঙম্বা

সমাজগী খুংচিং অমা মাতু খুল অমা নত্রগা থবক শীনবা ঙম্বা মী য়ামদবা কাংবু অমগী ওইগনি মাতুনা, আদর্শ ওইনা, মশানা খুংচিং অমা ওইনা পাঙ্গবা ঙমগদবনি ( মাখোয়গী মরু ওইবা চাবা-শেংপগী মরমদা মশানা পূজবা ঙম্বা ওইগনি। ২৪

খুজপ খুদিংগী অহানবা মংম্লাই চাননবা চিঙ্গাক থোকহনবা অমসুং ফিগদমক লশিং থোকহনবা অসিনি। ২৫

খদ্দরগী ( মৈতৈরংগী ) মরু ওইবা মমুংগী রাখন্দি খুল খুদিং-মক মশানা শেংপা-চংপগী পোংলুম পূজবা ঙম্বা হায়বনি। ২৬

মশানা পূজবা খাদি হায়বসি লং নাইরিবা মী মশানা লশিং থাজবা নত্রগা খুল খুদিংমক্তা থোকহন্ত্রবদি থক ওইথোকলোই। হায়বগী অর্থদি মৈতৈরংগী মরমদা মশানা পূজবা ঙম্বা হায়বসিদং

ওইহনবা তাবদা লশিং অসি মফম অমত্তদা নক্তনা মফম খুদিংমক্তা ফংহনবা তাই হায়বনি। ২৭

খুল খুদিংমক মশানা মশাগী পুন্সবা ওয়বা অমসুং থবক পুম্বা শীজবা ওয়বা হোংনবা তাই। পৃথিবী পুম্বগা লাম্লেংনবা তারবা ফাওবা মশাবু ওাকথোকচগদবনি। ২৮

## ৮। থবক শূমিন্নবা

মীওইবনা থবক তৌমিন্নহুনা হিংগনি অমসুং ময়াম ফননবা থবক শূমিন্নগনি। ২৮

হেক ওম্লিবখৈ পাকনা থবক খুদিংমক পুন্না শূমিন্নবগী নিয়মদা খুজিন তৌগনি। ৩০

থবক শূমিন্নবগী নিয়ম অসি লৌমীগীদমক্তদি য়ান্না হেন্না কান্নে ......খাস-লেও ওইবা ষ্টেটকী লম অহু ; মরম অসিনা, চাথোক খাইদগী হেন্না থোকহনবা ওমই মীযান্না পুন্না থবক শূমিন্নবা মতমদা মাসিমদি নিংশিংগদবনি মাহুদি থবক শূমিন্নবা হায়বসি য়ান্না চেক-শিন্না অহিংসাগী নিয়মদা শীজিন্নগদবনি। ৩১

## ৯। সত্যগ্রহ

খুলগী কৈরোই-লৈকাইশিংগী ধর্ম্মনা যাবা লানওদি অহিংসা নীতিদা দোষ লৈত্রবা নিযম মতুংইন্না সত্যগ্রহ তৌবা অমসুং অসহযোগ আন্দোলননি। ৩২

## ১০। ধর্ম্ম পুম্বগী মান্নবা

ধর্ম্ম পুন্নমক্কী মরূদদি অমত্তনি, অকুপ্পা অচার-বিচারদা অমসুং মপাম্লোংগী চংনবীদা মথংস কয়া থোক্লা খেন্নরবসু উপান অমত্তগী মনা ময়াম ফাওবা খেন্নবগুম্বনি। উনা খুদিংগী তোঙানবা অমসুং

মশক শেংলবা মওং অমমম লৈঙ্গে অদুবু পাম্বী অমত্তগী মউদগী চোংখৎলকপনি, পাম্বী অদুগী মচাক-মগুণগা মরী লৈনরিবনি। অমুকস্থ উনা অনিথক চপ মান্নবা থক ওইদে। অদুবু মাখোয় মশেন্দি করি-গুম্বদা খৎনদে। মাদুগী মহুত্তা মাখোয়না পুন্না ম্নংশিৎকী ইপোম অমত্তদা জগোয় শামিন্নৈ অমস্থং ম্নংশিরবা মান্নরবা মাখোল পুন্না থোকহল্লি। ৩৩

পৃথিবীগী মন্ন ওইবা ধর্ম্ম থাজবা পুন্নমকসি সত্যগী মঙাল ফোংদোক্লবা ঙাক্লা ওইনা তৌই, অদুবু পুন্নমক অদু মপুং ফাদবা মীওইবা ঙাক্তনা তাকপা চাউবাকপা লম্বা ওইনা তৌবনা ময়াম অদু মপুং ফাদবগী অমস্থং অসত্য ওইবা কয়া য়ানশিনবগী রাখন্দু পোকহল্লি। মরম অসিনা মী অমনা মাগী ধর্ম্মদা থাজবা অমস্থং সম্মান থম্বগুম অতোপ্পা মীগী ধর্ম্ম পুন্নমকতস্থ চপ মান্ননা তৌগদবনি। ৩৪

ধর্ম্ম খুদিংমক্কা মাগী মাগী মতাক চানা অমস্থ মান্নবা মফম লৈ। ঐখোয় পুন্নমক চাউরবা উজাও অমথক্কা মনা ঙাক্তনি, উ অদুগী মউ অদুদি পৃথিবগী লুখ্রবা চনি, য়েৌনা লুখ্রবনা মাগী মরূসিবু দনানস্থ নাকান্না লেংবা ঙমদে। খুদিংদগী নল্লবা ম্নংশিৎনস্থ মফম লেংহনবা ঙমদে। ৩৫

## ১১। পঞ্চায়েত রাজ

খুলগী সরকারদি মী ৫না শাবা পঞ্চায়েৎ অমনা পুগনি। পঞ্চায়েৎ অসিবু চহি খুদিংগী ওইনা অঙাং নম্রবা ম্নপী ম্নপা খুঙ্গাশিংনা ভোট পীনহুনা খনগনি। খুঙ্গাশিং অদুগী ভোট থাদবা য়ানবগী চম্নবা অকক্লবা মগুন খরদং লৈগনি। ৩৬

দণ্ড পীবগী নিয়মদি লৌনরিবা রাখলসিদদি য়াওজবনিনা

পঞ্চায়েৎ অসিনা মথোৎ পুবা চহী অমগীদমক্তদি আইন শেম্বা সভা বিচার তৌবগী থবক, শাসন পুবগী থবক পুন্নমক পুন্না পুগনি। ৩৭

মুপা নত্রগা মুপী মণ্ডাগী পঞ্চায়েৎ খুদিংমক অতু খুঞ্জা ঙাক্না ওইবা নত্রগা খুলগী মরমদা পুক্নিং চংবা মী ওইবা মরমনা ইউনিট (খুচিং) অমা ওইনা লৈগনি।

অসিগুম্বা খনবা পঞ্চায়েৎ অনিনা অমুক পুন্নগা থবক তৌবা কাংবু অমমুক শেমগনি। মাখোয়গী মন্নুংদগী খঙ্গৎপা লুচিংবা অমনা মকোক ওইগনি।

অসিগুম্বা পঞ্চাযেৎ ১০০ (চাম) লৈরবা মতমদা ফাষ্ট গ্রেড লিডর য়াম্থে লৈরগনি মাখোযনা মাখোযগী মন্নুংদগী ভমথংগী লুচিংবা (সেকেণ্ড গ্রেড লিডর) খনগনি অসুম্না মথং মথং, অহানবগী লুচিং পুরেনশিংহুনা ভমথং পুরেনশিংগী মথাদা থবক তৌগনি। সামান্তর ওইবা (লাম্বা মান্নবা) পঞ্চায়েৎ চনিগী কা বুশিংনা মতৌ তমহুনা মথং মথং শমথরকপনা ভারত শীষ্টনা শেম্মকনি, লুচি পুরেন খনবগী নিযমদা ভমথং পুবেলশিংহু অমুক মহুৎশিন্নকপা পঞ্চাযেৎ- শিংনা খনগনি। সেকেণ্ড গ্রেড লুচিংবশিংনা পুন্না ভারতকী সেবা তৌগনি অমসুং মথল নথা কয়া থোক্না মাগী মাগী মরমগী তৌগনি। সেকেণ্ড গ্রেড লিডরশিংনা মাখোযনা পান্নকপা মতুংইন্না মাখোয়গী মন্নুংদগী চীফ অমা খনবা য়াই; মানা, মুংঙাইরিঙৈ মতমদা কাংবু পুম্বব হুকুম তৌগনি অমসুং গ্রুপ পুম্বগী নিয়ম লেপকনি। ৩৮

## ১২। নঈ তালিম (অনৌবা শিক্ষা)

শিক্ষা হায়বদি ঐনা অর্থ লৌরি অঙাং অমসুং অহন্দা লৈরিবা খাইদগী ফবা মগুণশিংহু মায়গৈ শুনা চিংথোকপা হবচাংগী পুক্নিংগী

১স্নং ধর্ম্মগী লিংজেলগী। ঋাহয়তনা হায়বনদি লাইরিক্তং ওইনা তম্বনদি শিক্ষাগী অয়োবী য়োদবতা নত্তনা অহোবা ফাওবা য়োত্রবনি। লাইরিক হায়বসি মুপা অমদি মুপী অমনা শিক্ষা ফংননবগী পাম্বৈদং ওইবনি। লাইরিক হায়বসি মথস্তদদি শিক্ষা লৈজদে। মরম অসিনা এৈনা অঙাংগী শিক্ষা পীবসি কান্নগদবা থৃৎকী থবক, মাহ্বগী তম্বিবা হোবা মতম্মক্তগী পোৎ থোকহনবা ঙম্বা মথল অতুগা হৌমিন্নগনি। মতৌ অস্নুম্না স্কুল পুম্নমক মশানা পুজবা ঙম্বা ওইগনি, শর্ত্ত অমদি লৈ মাহ্বদি স্কুলগী অঙাংশিংনা শারকপশিংদু ষ্টেট সরকারনা লৌবিগনি। ৩৯

অধ্যায় ৭

# চরা নোংখন্নবা শূবা

ঈশ্বরগী ওইবা আইন, মাহুদি মী পুম্নমক্না মখুৎনা শূহ্না নোংমনা চরা তানগদবনি, মাসি অহানবদা আমেরিকানা লেখক টি, এম কেণ্ডেরিফনা নিংথিনা খুৎ থাখি, টৌলষ্টোইনা মাসিবু মীয়াম খংনবা শন্দোকখি। ঐগী মত্তা হায়খিব্রা নিযম অসিমক শ্রীমদ্ভাগবত গীতাগী অহুমশুবা অধ্যাযদা শেংনা পনখ্রে, মাহুনা ঐখোযদা হাযবি, মহুদি কনাগুম্বনা যজ্ঞদা কত্তনা চাবিবা পোৎ অদু হুরান্দুনা চাবনি। মসিদা হায়রিবা যজ্ঞসি চবা নোংখন্নবা শূববু খঙনবা ওমই।

বুদ্ধিনম্বু আদর্শ ওইবা লম্বাংসিদা তাক্লি। মশাগী মখুৎনা থবক শূদবা মী অমনা কমদৌনা চাবগী অধিকার ফংগদৌরিবনো? বাইবলনা হাযরি—'নঙগী পিশুমর্গা হুমাংদা নংগী তল, নংনা চাগদবনি।' লা পতি অমনা কুইনা পুন্সিবা য়ারোই, পুন্সিংসিদা থুনা চোকথরক্কনি, মানবু ফমুংদদা ওন থোইহ্নুনা লৈরবদি, চাক চাবা ফাওবা মতেং পাংবিবা তারকই। মরম অসিনা চাক লাম্ববু থেম্নবা হকচাং শাজেল তৌজে, অমুক চাক চাবা যাননবা মশানা মশাবু মতেং পাংজো। মী খুদিংমক ঈনাক থুনবা ওইরস্থ লায়রববু ওইরবস্থ মতে অস্থমা মওং অমা নত্ত্রগা অমদা হকচাং শাজেল তৌবা তাববদি পোথোক চাথোক হেঙ্গৎনবা হায়বদি চাবা নোংখন্নবা থবক শূবরোমদ করিগী ওন্থোক্লিব্রনো? লৌমী অমত্তবু কনা অমত্তনা স্বদ-সাধন তৌ নত্ত্রগা মশল শাজেলগী তৌ হায়দে। মীওইবগী শরুক তরাগী মাপন্দগী

হেনবনা লৈপাক শৃতুনা ( তৌবা, খোইবা ) পাল্লি। লেঙ্খোরিবা তরাশুবা শকক অতুদ দগা মীশীং য়াম্না হেনখ্রবা মাখোয়গী মতৌ তমতুনা থবক শূবনদি, য়াম্দ্রবদা মাখোয়গী চরা তাঞ্জবা ফাওবদংগী অতু ওইববদি পৃথিবীসি কনাদা হেন্না নুঙাইবা, হেন্না মশা ফবা অমসুং হেন্না শান্তি লৈবা ওইরমগদবনো ?

শেল্লেপ কায়বগা থৌমী ওইবগা যেংনবা লৈবিবসি পৃথিবী শীন্থুলবনি, লায়রব্না ইনাক খুনবদ্ কল্লকঈ। মী পুম্নমক চাননবা থবক শূম্নিববদি, থাক খেন্নবসি মুথৎনখ্রগনি; ইনাক খুনবশিংতু অতুম্মক লৈগনি, অতুবু মাখোযনা মাখোযগী মবল-মথুমগী অশেংবা ওইনা লৈজগনি; মরল অতু পল্লিককী কান্নবগীদমক শীজিন্নরগনি।

চাননবা থবক শূবা হায়বসি মী অমদা মখল মখা যাম্লবা লাইগী নোংদমনি (ববনি) মানা অহিংসা নীতি ঙাক্ক চৎকদবনি, সত্য নিংগদবনি, ব্রহ্মচর্য্য হাযবা মহৌশা খুৎশেমগী থবক ( প্রাকৃতিক কর্ম্ম ) অতু ঙাক্লা চৎকদবনি। থবক অসিমক্তী তশেংনা লৌউবা থবক্তগা মরু ওইনা মশী লৈনগদবনি। অতুবু হৌড়িকমক্তি মী খুদিংমক থবক অসিদা খুৎ থাবা ঙম্বগী ফিবমদা লৈত্র। মী অমনা লৌউবগীদমক লৈপাক খোইবগী মহুত্তা লং নাইবা, ফি শাবা নত্রগা উ-শূবা নত্রগা য়োৎশূবা য়াই, মতৌ তম্লিংঙাই অমা ওইগনি। মী খুদিংমক মশাগী রাইশিংপা অমা ওইগনি। তকথোকপা লৌথোকপা হায়বসি চাবগুম্না কান্নবনি অমসুং মী খুদিংমক্তা মশাগী ফত্তবা শেংদোকচবা হায়বসি খ্বাইদগী ফবা থবক্লি। মাসিবু ওইথোক্লবদি ইমুং খুদিংনা মশাগী কমদৌনা রাইশিংপগে হায়বতু য়েংগদবনি।

চহি ফন্না য়াম্লক্লে এৈনা পুক্লিংদা ফাওরক্লিবা, মাতুদি রাইশিংপবু

তোঙানবা কাংবু অমনা চৎনবক্লিগা সমাজ অসিগী মরু করিগুম্বা শাথীনা লানবা অমা লৈবে। ঐখোযনা অভাং ওইরিবৈদগী হৌনা ঐখোয় পুম্বা রাইশিংপা ওাক্তনি হাযনা পুক্নিংদা চেৎনা থাজহৌগ-দবনি অমসুং খ্বাইদগী লাযখ্রা লম্বীসিদা থবক তৌবসিনা, মাসিবু ভাব তারবা মী খুদিংগী মফমদদি রাইশিংপা অমগা মতৌগুম্না চন্না নোংখয়নবা থবক শূবতু হৌবকদবনি। রাইশিংপগী থবকসিনা রাখল লৌশিং তানা লৈনবগা মী পুন্নমক্কী মান্নবা মগুন অহুবু অশেংবো মওংদা য়ানবা ভমগনি। ১

মী পুন্নমক চানবগীদমক থবক লোইনা শুনববা, অতৈ তমুক শুদ্রবা, অহু ওইববদি মতৌ চানা চঁঞ্জাক লৈগনি অমসুং মী পুমনমক্কী অহাংবা মতম মতৌ চানা লৈগনি। অহু ওইববদি ঐখোযনা অকোযবদা উবা অসুমনা করিগুম্বা মীশী যাম্বগী অন্না অনাগী অমদি অসিগুম্ব অন্নাগী খোঞ্জেল থোক্লক্লেহৈ। অসগুম্বা থবক অসি থাক খ্বাইদগী রাবা ত্যাগনি (যজ্ঞনি)। মীওইবনা, চিননি ভাই লৈত্রবনি, ইকচানা নত্রগা পূক্নিনা থবক অতৈ কয়া তৌগনি, অহুবু মাসি পূম্বা মীযামগী ফননবা নুংশিবগা থবক ওাক্তা ওইগনি। অহু ওইরবদি ইনাকখুনবা লায়ববা, অচৌবা অপীকপা, শোকপা য়াবা য়াদবা সুকলৈবু লৈববোই।

মাসি য়োঁভমত্রবা পন্থংযমনি, পান্দমনি। মরম অদুনা ঐখোযনা মাসিগীদমক হোৎনবসি থক লেপ্পা যাদে। যজ্ঞ অসিগী নিযম পুন্নমক হায়বসি ঐখোযনা হিংবগী আইন কানুন পুন্নমক ঐখোযনা মপূং ফানা ওাকপহু ওমত্রবসু ঐখোয়না নোংমগী চন্না তানবগী-দমক্তদি মতীক চানা নোমলি, খৃৎনা থবক শূরি, ঐখোয়না পান্দম অসিগী মায়গৈ তত্তনা চংশিনগদবনি।

ঐখোয়না অহুম্না তৌরম্লবদি, ঐখোয়গী অন্নাংপা শরুক অহু হন্থরমগনি, ঐখোয়গী চিঙ্গাকস্থ ইচম চম্বা ওইরমগনি। ঐখোয়না হিংননবদং চাগদবনি, চাননবদং হিংগদবা নত্তে। হায়রিবসিবু চপ চানা থাজবা ওমদবা মী অহুবু মাগী চানবা তানবগীদমক ছমাং তানা নোমহল্লু, অহু ওইরবদি মানা শুজবদগী ফংজবা পোৎ অহু মানা খ্বাইদগী হেন্না হাওনা চাজবা ফংনবা লম্বী অহু মানা ফংলগনি, মশা ফবস্থ হেঙ্গৎলগনি, মানা শীজিন্নবদগী হন্দোকপা লেমহৌবা কযাস্থ মানা থেংনজরগনি। ২

মীসি রাখলগী থবক শূরগা চানবা তানবদি ওমগ্রব্রা ? ওমদবা নত্তে। হকচাংগী চংগদবা পোৎতি হবচাংনা শূরগা পীবা তাই। "সীজরগীহু সীজরদা পীয়ু" হযমসিদা নিংথিনা নাতে চানা পাল্লে হায়বা য়াই। ইচম চম্বা পূর্ক্কগী হায়বদি লৌশিংগী থবক শূবসি থব্রায়গীদমক্তনি অমসুং মরম্নাই পেঙ্খনবগীদমক্তনি। মাহুগীদমক্তনি। মাহুগীদমক অন্নামল তানবগী রাফম লৈতে। আদর্শনীয় ওইবা লৈবাক অমদা ডাক্তর, উবিলগুম্বা মাখোয় অসি মশাগী মুংঙাইনবা নত্তনা সমাজগী কান্নবা মরু ওইনা থবক তৌগদবনি। চন্না নোংখৎনবা থবক শূবগী আইন অসিবু মরম ওক্তুনা হেক ইনবত্ত্দা সমাজ অমা শেমগৎনবগী মনা-মনিল নাইদবা আন্দোলন অমা ওইজরক্কনি। মী মশেন হিংননবগী লান শোক্লবগী মহুত্তা মী মশেন হিংননবগী লান শোক্লবগী মহুত্তা মী মশেন তেংবাংনবা লাননা মহুৎ শিন্নবত্ত্দা মীওইবগী ভার ওইবা হায়বহু ওইগনি। শা-ঙাগী আইনগী মহুত্তা মীওইবগী আইন্না মহুৎ শিনগনি। ৩

ঐবু শেরান্নবা লৌবিগনু। রাখল লৌশিংগী থবকপু ঐনা

মমল হংহংখ্রবা নত্তে। মাসিনা হকচাংগী থবক্তগী হেন্না মগুন লৈবা য়াই, তোঙ্গনন্না লৈরিবমক্তি অদুবু মাসিনা হকচাংনা থবক নোম্বগী মহুৎশিনবদি থক ওঙ্গোই, ওমন্না ওমদে, রাখলগী চাঞ্জাক্লা ঐথোয়না চারিবা মন্না-মরাংদগী হেন্না মগুন লৈরবস্না মহুৎশিনবতাদি শুকন্নম ওমত্রে। অওইবমক্তি লৈপাকতগী থোকপা পোৎথোক চীঞ্জাক্লচিংবা য়াওদনদি লৌশিংগী মগুন লৈবদু ৎইথোক্তবনি। ৪

রাখল তৌনা, হৈ-শিংনা নোংমগী চন্না ফংনবা থবক শূরি-বদুনা সমাজ সেবাগী খ্বাইদগী থাক রাংবদু নোংমতদা হেক্তা ওই খুৎনা থবক শূবনা সমাজগী সেবা ওইবদা মাহুগী মন্নুংদা শেংলবা ভাবার্থ অমা লৈরি হায়বসি উৎননবা খুৎনা শূবা হায়বগী মমাংদা হৈ-শিংনা হায়রবা মগুন ফোংবা রাহয়-লৈতেং অমা হাপ্পিরনি। অদু নত্তবনি খুৎনা হেক শূবা মী মথৈ সমাজগী সেবা তৌরিগনি হায়গদৌরি। মহাকন্না লম্বী অমরোমদদি তৌবিবনি, অদুবু সক্ষম-সিদা খংনরিবসিদি মাহুদগী য়ান্না হেন্না মগুন লৈবা থবকপুনি। মী অমনা মশানা মীয়ামগী যনগগীদমক্তা থবক শূরবদি সমাজগী সেলা তৌরবনি অমন্নুং মাবু মতীকচাবা মগুন লৈরবা মীনি। মরম অসিনা অসিগুম্বা নোংমগী চন্না নোংথন্নবা শূরিবা থবক অদুগা সমাজগী সেবাগা খেন্নবা করিন্না লৈত্রে। ৫

খুদংশিংদা হক্তিনবা হায়বগী অর্থদি মচু তানা, মশানা হৈ-নিংনা চন্না চোংথন্নবা থবক শূবগী মথৌ অমন্নুং মাসিনা পুন্নিবা অর্থ পুম্ববু পুক্লিংনা থাজনা য়ারে হায়রবনি। অদুবু স্নেৎকনবা মীনা হায়রি, "ভারতকী অশুং লাখ কন্না কন্না খুদংসিদা লৈরি অদুবু মাথোয়দু চন্নী তৎনা হিংবগী কিম্বমগুাক্তা লৌরি।" অন্নাবনি, মাসি

চুম্মনখ্রবা ম্নানি। লাইবক ফবদি ঐথোয়না খুঙই মাহুদি হৈনিংবা হায়বা ইনবা হায়বহু মাথোয়গী লৈতে। মাথোয়না ওয়য়বদি কচাংনা থবক শূবহু থাদোক্লমগনি, লৈকমদং ফংলবদি খ্বাইদগী নকপা সহরদা চেনখত্তুনা লৈরমগনি। তঙাইফদনা মপু অমগী য়াথং ইনবা হায়বসিনা মীনাই ওইবগী মতৌনি, হৈনিংনা মপা অমগী য়াথং ইনবা হায়বসিনা মচা ওইবগী অফবা মগুননি। মতৌ অস্মুন্না তঙাইফদনা হায়বা ইন্দুনা চন্না তানবগী থবক শূবসিনা লায়রবা, অনাবা অমসুং পেন্দবা হায়বহু পোকহল্লি। মসি মীনাই ওইবগী ফীবম অমনি। হৈনিংনা য়াথং ইন্না থবক শূবা হায়বসিনা অপেন। পোকহল্লি অমসুং হকচাং ফহল্লি। অমসুং হকচাং ফবসিদি অশেংবা লন হায়বদো, সনা লুপা মচেৎশিং অসিদি অশেংবা লন কৌদে। ৬

## চাকনিবা

কনাগুম্বা মশা মউ ফবা মুপা অমা পুকচেল শেংনা থবক থক শূব্রগা মাবু লেম্না চাক পীজবগী ম্নাখন্দা ঐগী অহিংসানা থক খাংবা ঙম্লোই, ঐগী শক্তি লৈরম্নবদি, সদাব্রত হায়হুনা মীবু লেম্না চাক পীজবসি থিংলমগনি। মাসিনা জাতি অমবু লৈথা তাহল্লি অমসুং মাসিনা অতনবা, নোম্লিংদবা, ওইদবা শিজিন্নবা অমসুং মরল লৈবা ফাওবা ওইহল্লি। অসিগুম্বা মফম চাদবদা দান তৌবসিনা, পোৎকী ওইনম্ব ধর্ম্মগী ওইনস্থ লৈবাকী করিগুম্বা লন অমত্তা হেনগৎহনবা ওইদে অমসুং দান তৌরিবা মীহুদা মীনম্বা মগুন অহুম পী। দান কৎলিবা মী অহুনা মহে তফম অমদি শিন্দমশান্নচিংবা ফহুনা মাহুদা থবক শূরিবা মুপাশিংদা তক্ল-তক্লনা

পীজ পিথক তৌরবদি কয়াদা ফজবা অশিংবা থবক ওইরমগ্নবা! ঐনা ইশামক্না থাজবদি অরেং নক্রগা লং নাইবা য়াবা করিগুম্বা থৌরাং অমগী থবক্না আদর্শ ওইবা শিনফম ওইগনি। তৌইগুম্বস্নং করিগুম্বা মখোয়গী তরেংসি লৈত্রবস্থ অতোপ্পা থবক অমা খজ্বুবা য়াই, ঙাক্কদবা নিয়ম হায়রববু "থবক লৈত্রবদি চাকস্থ লৈত্রে" অসিনি। ৭

ঐনা খল্লি চাকনিববু পূকনিং থৌগৎপা ফত্তে হায়রিঙৈদা কনাগুম্বা কর্মী অমত্তবু থবক্কা চীঙ্গাক পীরগা থাবা নত্তনা ঐনা থক থারোই। মী অত্থনা থবক তৌত্রবদি ঐনা মাবু চাক পীজদনা থাদোকখিগনি। থোঙত্তেক-থুত্তেকপা নক্রগা মীওই চাদবা মশানা থবক শূবা ঙমদবশিং অত্থগীদি ষ্টেটনা য়োকপি-থাকপিগদবনি। অত্থম ওইনমক তশেংনা মমিং তাঙবা শাজিন্নবা কয়াস্থ কোয়না চত্থনা লৈরি। মমিং তাঙবা মী কয়ানা মরম চাদনা পৈশা ফংদ্রনা ইনাকখুনবা য়াওনরে। মাসিগুম্বগী অপাম্বসিদা ময়াই কাহনবগী মহুত্তা মাখোয়বু এসাইলম অমদা থম্বিখিবনা হেন্না কৈ। ৮

নথোয়না মীঙোন্দগী দান নিবা অমস্নং লৌবসি থক য়ারোই-দবনি, চাননবগীদমক্তি হুমাং তানা শূদ্রনা তানবনা হেন্না ফবনি। ৯

অধ্যায় ৮

# মান্নবা

সমাজ হায়বসি ঐগী মত্তা ঐখোয় পুম্বা চপ মান্ননা পোক্লকই। অদুনা অধিকারসু চপ মান্ননা লৈ, অদুবু তৌবা ঙম্বগী শক্তি ইমান মান্নদে। পোংকী হৌনশা ওইনা মাসি ওইথোক্কে। খুদমদি, মী পুম্নমক হাংবা মান্নদে, নত্রগা কুচু নত্রগা লৌশিংগী চাংনচিংবসু মান্নদে! মরম অসিনা পোংকী হৌনশা ওইনা মী খরনা শেম্বুম তানবা ঙমই অতৈনা ঙমদে। লৌশিং শিবা মীনা শেল হেল্লা পায়গনি, অমসুং মাখোয়গী লৌশিং অদু থবক অসিগীদমক শিজিন্নগনি। থৌজান হৈবগা লোয়ননা মাখোয়গী লৌশিং অদু শীজিন্নবিরবদি, মাখোযনা ষ্টেট অমগী থবক্তু পাংথোকনবনি। অসিগুম্বা মীশিংনা অতৈ সর্ত্ত য়াওদনা ট্রাষ্টি অমা ওইনা লৈরগনি। লৌশিং হেল্লা লৈবা মী অমনা শেল হেল্লা তানবদু ঐনা য়াগনি, ঐনা মাঁগী লৌশিং অদুবু নংথবদু তেংবোই। তৌইগুম্বসুং মগী চাগাগা শেঙ্গাও অদু মপা হমগা পৈশা থোবপা মচা ময়ামগী পৈশানা ইমুং মন্নুংগী শেঙ্গাওদা পুনবগুম ষ্টেটকী যননবগীদমক্তা শিজিন্নগনি। ১

পোং চপ মান্ননা য়েন্নবগী অশেংবা থৌরাং মওংদি মী খুদিংমকী মহৌশাগী চংকম থোকপা পুম্বা ফংগনি, হেল্লা থক ফংলোই। খুদমদি, মী অমনা চাকতুম্বগী মৈ শোনবনা য়াম পৌল্লা অমত্তচঙগদরা লৈ, অতোপ্পা মী অংনা পাউও অমগী চাংদা চাই, মবানিমক মনিঙ থংনা কংনবগী ফিবমদা লৈগনি। আদর্শ পুরকনবা

হোৎনবদা সমাজগী চৎনবী পুন্নমকসি নৌনা অমুক শেমগৎপা তারবনি। অহিংসা নীতিদা লিংবা করিগুম্বা সমাজ অমনা অতোপ্পা আদর্শ অমবু অমুক য়েকখৎপা ওস্মোই। পান্দম অসি ঐখোয়না থঙবা য়োবা ওমদবা য়াই, অহুবু খল অসিদি পূর্ত্তিংদা তত্তনা খনগদবনি অমসুং মাহুগী মনাক য়োননবা তত্তনা থবক নোমগদবনি। ঐখোয়গী পন্থ ক্রম য়োননবা চাওখৎলকপা মতমহুদা ঐখোয়গী অপেনবা অমসুং মুংঙাইবা ফংগনি, মাহুগী থাক ফৎত্রবসু ঐখোয়না অহিংসা নীতি চৎপা সমাজ অমা ওইনবনা পাংশিনবা ওমগনি। ২

মাম্নবা চাগা

নখোয়গী অফবা বুদ্ধি লৌশিং অদু পাউণ্ড, শিলিং পেনিদা ওম্মোকপগী মহুত্তা লৈবাক্কী সেবাদা নেশিল্লকউ। নখোয়না ডাক্তর ওইরবদি ভারত্তা নখোয়গী হৈশিংবদু শীজিন্নকম থোকপা মতীক চাবা লায়না মরাও কায়না লৈ। নখোয়না উকিল ওইরবদি ভারত্তসু খৎন-চৈনবা য়াম্না মতীক চানা লৈ। নখোয়না ইঞ্জিনিয়ার ওইরবদি পান্দম্নবা য়াবা ঐখোয়গী প্রজাশিংনা পুজ-থাংজবা ওম্বা অদুবু হুকচাং ফনা লৈবা য়াবা অশেংবা মুংশিৎ মতীক চানা চঙগদবা মওংগী যুম শাবিয়ু। নখোয়না অমুরিবদু শীংথানবা য়াবা থবক্তা ওম্মোরক্ত্রবদি করিসু কান্নদে। প্রশ্নসি হংলকপা মরুপ অদু চার্টার্ড একাউন্টেন্ট অমনি অমসুং অদুদদি গান্ধীজীনা মঙোন্দা হায়খি) কঙ্গ্রেস অমসুং শাখা সভাশিংগী হিসাব চেক তৌননবা মফম খুদিংদা একাউন্টেন্টশিংগীদমক শাথিনা দরকার লৈ। ভারত্তা লাকউ ঐনা নংবু মতীক চানা থবক পীগনি অমসুং নোংমগী শিকি অমা

অসেংবান মীগনি মায়ুনা 'ভারততা লাখ কয়া কংগ্রেসকী মায়াম এয়া কাল্লগনি। ৩

আইননা অভ্যাস তৌরিবা মীনা (উকিলনা) নোংমগী অনোয়ন হায়রসি, মুলগী উপূবা অমনা কংবা অনোয়মনদগী হেয়া লৌনিংগুম থোক্কে। ৪

ভারতনা আদর্শনীয় ওইবা প্রজি অমদা নিংঙোা হিংগনবসি পৃথিবীনা কল্লকরমগনি, তদি (অমোংপা শেংবা), ডাক্তর, উকিল, দুকান্দার অমসুং অতৈ থবক তৌবশিংনা নোংমগী পুক্নিং শেংনা শূবগী অশূমন চপ মান্নবা কুংলমগনি। ইণ্ডিয়ান সোসাইটিনা পম্বুংকম থক য়েংবা ওত্রোই অদুবু ভারত মচা খুদিংমক্না পম্বুংকম অদু য়েংনবা তত্তনা হোৎনবসি মথৌ ওইরবনি অতেদি কায়দে, ভারতনা করিগুম্বা হুংঙাইবা লৈবাক অমা ওইরম্বা তাত্রবদি। ৫

অধ্যায় ৯

# ট্রষ্টিসিপকী থিওরী (থাজনফমগী নিয়ম)

রাখলমক্তবু কন্সিল্লবা আইন-প্রাক্তিক্তগী, নত্রগা লম্যোন-ইতিক্রগী নত্রগা কারখানাদগী ঐগী পৈশা য়ামনা লৈরবা থোক্লবদি, মদুদা ঐনা শেংয়দনা খঙগনি মাদুদি লন-থুম গুম্বদু ঐগী নত্তে, ঐগী ওইরিবা হায়রবু য়ামনা চাঙ-লেবা শূন্সি অমগী অধিকার অদুত্তনি, অতৈ মী লাখ কয়ানা ফংনরিবা অসিদগী হেন্নংনা ঐনা মুংঙাই-থোক্লোই। পৈশাগী অরেবা শুরুকু ঐগী কাঙবুগীনি অমসুং মাখোয়গী ফনবগীদমক চাদিং তৌগনি।

জমিদার অমসুং ইণ্ডিয়ান, ইণ্ডিয়াগী নিংথৌশিংগী সম্পত্তিগী মতাংদা সমাজবাদকী নীতি অসি ভারতা হৌদোকমরক্লবা মতমদুদা ঐনা হায়খিবা নীতি অসি কন্না নিয়ম ওইনা প্রচার তৌরকপনি। খুদোংচাবা লৌরিবা কাংবুশিংবু মখোয়না মাঙহনগনি। মখোয়না মখোয়গী মিহোৎবা অমসুং মখোয়গী ওইনিংবা মদু থাদোকপা ঐনা পায়রই ১সুং মাখোয়না কুমথরকুনা মশানা নোমলগা চিক্লাক, তান্নুনা হিংলবা মী-ওইশিংগী থাক্তা দৈবদু মখোয়না পাম্মী। শিন্নীশিংনা খঙজরবনি মদুদি ইনাকখুনবশিংদগী মখোয়গী লনথুমগী মপু ওইবদনা মীয়ামশিংনা লন-থুমশিংদুগী হেক্লা অশেংবা মপু হায়বদি থবকী শক্তীনা।

মীওই কয়ানা থাজনীংঙাই ওইব য়াবগে। হায়বসিদি হায়খিবা পরিতাবা অসিগী মতুংইন্না, মরু ওইদে। নিয়ম অসিনা চুমলবদি মীশিং

য়াম্না নত্রগা অমখক্তনা নিয়ম ভাঙ্গা হিংই হিংদে মহু মরু ওইবা (রাজম) নত্তে। রাহং অসিদি থাজবদা লৈরে। নহাক্না অহিংশাদা থাজয়বদি মসিবু ইন্নবা হোৎনগদবনি মহুদা মায় পাকপা য়াই নত্রগা মায়থীবা য়াই— মহুগী চিংনফম লৈতে। ঐখোয়গী বুদ্ধিনা লাম্ব ভমদবা পোৎ করিগু য়াওদে, তৌইগুম্বস্নং নভনদি য়াম্না শূই হায়বা য়াই। ১

থাজনবা (ট্রষ্টশিপ) অসিবু নহাক্না আইনগী মওনি হায়বা য়াই। তৌইগুম্বস্নং মীগুই পুম্বনা মসিবু লাইনিং ওইনা হোৎনরবা অমস্তং মশিবু শীজিন্নবা হোৎনরবদি তাইবংপালদা লৈরিবা পুন্সি অসি হুজিক্কী ফিভম অসিদগী য়াম্না হেন্না ফুংশিবনা লাঙ্গোনগনি। ইউক্লিড্‌সকী বিন্দুগী মরমদা পিবা পরিভাষাগুম মপুং ফাবা থাজনব য়াব হায়গা অসিদি রাখলতনি অমস্তং ফংবদা ওইথোক্তবনি। অহুবু ঐখোয়না হোৎনরবদি (অমগা অমগা) মাম্নবগী মতৌ অহু হেন্নহুম খঙ্‌লকনি ...... মসি ঐগী চেৎলবা থাজবনি মাহুদি করিগুম্বা হিংসানা খুংলাই ওইহুনা ষ্টেটনা কেপিটেলিজমবু হিংনবা হোৎনরবদি মাহুনক (গাক্ক অহুংক) হিংসা ওইগনি অমস্তং অহিংসাবু করিগুম্বদস্ত চাংখংহনা ...... ষ্টেটনা পুনশিনবা অমসুং তিন্নবা মস্তুঙ্গা লৈগা হিংসাগী মশকনি। প্রজা (নাগরিক ১) দি থখায় পাম্লি অহুবু ষ্টেটতী থখায় পান্দবা মেশ্চিনম্নি, মসিনা হিংসাবু গোংদোকপা (মহুৎশিন্দোকপা) ভমদে (হিংসা অসি) মাসিনা হিংহুনা লৈ। ক্কী মরম ওই। অহুংগীনি ঐনা 'থাজনফম' গী আদর্শ অসিবু পাম্নিবা। ষ্টেটনা হিংশা অসি ভম্বমখৈ (কন্না)

প্রজাগী মায়োক্তা শীজিন্নরকপা য়াই মশি মতম পূর্বদা কীনিঙডাইনি। মরি লৈনবা মীওইশিংনা করিগুম্বা থাজবা য়াবা ওইনা থবক তৌরবদি

অশোংনমক য়াম্না -হরাউগনি তৌইগুম্বমতুং মাখোয়না মায় থীবা তারবদি ষ্টেটনা খ্বাইদগী তাবা য়াবা হিংশাগা লোয়নননা মখোয়গী লৈরিবা ( সম্পতি ) পূম্বদু মুনবা য়াই ... (মরম অসিননি রাউগু টেবল কনফরেন্সতা এনা হায়খিব্রদো শিন্নখিব্রা শেন্দোই খুদিংমক কুম্না য়েংবা দরকারনি অমসুং মুনবগী ওদর ফাওবা দরকার মতুং ইন্না চংই মতুদা শেমদোকপা চংবা য়াই চংদবা য়াই থবক্কী মতুং- ইন্না। এনা পামজবদি ষ্টেটকী মথুত্তা পুন্নমক পুনশিনবা ( গুপ্পম ) নত্তে, মাতুগী মহুত্তা থাজনবগী ভাব হুদু শন্দোকপনি মরমদি লাইই ওইবা ( ওর্ণসিপ ) না ষ্টেট ওইবা ( ওনর্সিপতগী ) য়ান্না তানা খুদোং থিনীডাই ওই। অতুম ওইনমক মসি তৌদবা য়াদবা ওইরবদি খ্বাইদগী তাবা মওংদা ষ্টেট ওনর্সিপপু এনা সমর্থন তৌই। ২

হৌজিক্কী মতমদা, সমাজবু অহিংসাগী লম্বীদা তুং শিনবা অমদি চলায়বা ওইথোক্তে হায়নবসি চৎনবা অমা ওইরে। এ মাদুদা য়েংপা পাম্মী। ইমুং অমদা কনাগুম্বা মপা অমনা লম হেনবা মচাবু থুপাক্লা থারে; মাদুদা মচানা থুম্বগী করিস্থ থনদে। হায়রিবা চৈনা অদুগী মরমনা নত্তে মহাক্ন মপাগী বা ইনালিবদু তৌইগুম্বসুং মদু নিংবকায়রবা মুংশিবা অদুগী ভাব ... ... ... এগী মত্তদি মসি সমাজ অমনা চংকদবা লম্বী অদুগী খুদমনি। ইমুং অমগী মরমদা চুম্বা অদো সমাজগীসু চুম্মী অমসুং চুমগদবনি সমাজুদ্রি অচৌবা ইমুংনি। ৩

অহিংসা হায়বসি মীওই অমগী মশাগী ধর্ম্ম নত্তে ঐগী মত্তা। মসিমু সমাজগী ধর্ম্মনি অতৈ লিচৎ শাম্নৎকুম শেমগৎপা য়াবা। অশেংনমক সমাজগী মনুংদা লৈবা মীওংগী মরক্তা চৎনরিবা অহিংশাগী লিচৎ অহুনা সমাজবু মপুং ফানা হিংহল্লিগনি। ঐনা হায়রিবদি মসিবু খরা হেন্না পাকথোকহনবনি লৈবাক্কী অমম্বুং সংসারগী থাক কাওবা য়োনা। ৪

ঐগী 'থাঞ্জনবগী' নিয়ম অসিদি লৈত্রহনা মহৎশিনবা নত্তে অমদি কন্গিগুম্বা মনুংগী লোনম নমথাকনু নত্তু। অতোপ্পা নিয়ম কয়াবুমু হিংহনগনি হাযবা ঐনা থাজে। দর্শন অমম্বুং ধর্ম্ম পুস্তক মশিংগী মরমদা লৈরিবনি। লন থুমগী মপুশিংনা মসি তাক্লা চৎত্রবদি মচু নিয়ম অসিগী মবাল নত্তে মাচুদি ইনাক খুনবশিংহুগী অশোনবনি। অতোপ্পা নিযমদি অহিংসাগী নিয়ম অসিদদি মরাল লৈবা মীনা মশাগী অরোয়বা অহুমক থিজরকই। কয়িগুম্বা মশানা অয়ানবা অহু মুথৎত্রবদি। মরনদি অহিংসাগী ওইবা মীগা তিন্নবগী মতেংনা মাবু গরাঙ্গ অদু উহনগনি নত্রগা মহাক মথন্ত তোথাই তাবা থেংনগনি। ৫

মত অসি পীবদা চিংনবা লৈতে মাদুদি অয়াম্বা ইনাকখুনবনা অমম্বুং য়ারম অসিগী দমক্তদি মী অয়াম্বনা মথোয়গী পৈশা তান্নবগী লম্বী অদুগী মরমদা থক থঙলে। অহিংসাগী নিয়ম অসি পানবনা মীওই খুদিংনা খীজগদবনি মদুদি মসি মী খুদিংনা ওম্বা থবকনি। ওইবা য়াই য়াম্না কক্তবা মী অদুবু মীওইবগী অমম্বুং হৈশিংলবা উপায়না শেংদোক্লকদা। মীদা লৈরিবা অকবা অদু ঐথোয়না

খঙগদবনি অমস্থং মাদ্দি ওইরকদবা ফল অদু থাজগদবনি। মীওই খুদিংনা মশাগী কান্নবগী নত্তনা মী পুম্বগী অকবগীদমক মখোয়গী শক্তী অমস্থং শিজিন্নবা হায়রসিবু সমাজ উটঠানগী চানত্র ? মপুং ফাদনা অমগা অমগা মান্নবা হায়রবনি মীশিংনা মশাগী গুন, শক্তীদু মপুং ফানা শীজিন্নবা য়াদবা নত্রগা য়াহন্দবা অদুদি ঐখোয়দি পামদে। অসিগুম্বা সমাজ অত্তুদি মাঙথবা থুরগনি। মরম অসিনা ঐগী হায়নীংবদি অসিনি, পৈশা পায়বা মীনা মখোয়গী পৈশাদু ( ক্রোরশিংদু ) অশেংবা লম্বীদ তম্লগা মীপুমগী সেবাদা কখোকপা হায়বসি মপুংফানা চুম্মী। "তেন ত্যক্তেনভুঁজীথী" হায়বসি মীয়ান্না পাবা খঙনত্রবা মন্নরনি। হৌজিক্তা মীওই খুদিংনা মখোয়গী য়ুমলোন্নব-শিংদা করি থোক্লি হায়বা খঙদনা হিংনরিবা মতম অসিগী পুন্সীগী মহুত্তা অনৌবা পুন্সি মওং অমা পুবক্নবা লম্বীদি মসিতনি। ৬

আধায় ১০

# স্বদেশী

স্বদেশী হায়বদি, ঐখোয়দা লৈবা শক্তিশিং অহুবুনি মহুনা ঐখোয় খুদক খুদক্কী চঙদবা য়াদবা পোৎলমশিংবু খর হেন্না থাপ্পা মফমদগী শিজিন্নবা থিংহুনা অনকপদা গীতা শিজিন্নহনবা। অসুম্না ধর্ম্মগী মরমদবু ঐনা ইশাবু হান্নগী ইপাইপুগী ধর্ম্মহুদা অহুম য়োক্তুনা থমজে। মসি ধর্ম্মগী মরমদা ঐখোয়গী চংদবা য়াদবা (বাতাবরন) অহুবু শিজিন্নবনি। করিগুম্বা মসিদা অমাঙ অতা থরা থেংনরবদি মদুবু শেমদোক শেমজিন তৌগদবনি। রাজনীতিগী লমদসু অদু-মঙাই, ইশাগী লমগী নিয়ম অদু প্রমান ফংলবা অরানবশিং অদু চুমথোক্লবা মতুংদা শিজিন্নগনি অর্থনীতি (শেল থুম) গী মরিদসু ঐগী খ্বাইদগী নকনবা মফমদগী ফংবা পোথোক অদু শিজিন্ন-গনি অমসুং অনকপা ইন্দষ্ট্রিজশিংবু মথোয়গী অয়াৎপাশিংদু মেনথত্নুনা শিজিন্নগনি। স্বদেশী হায়বশিবু থবক্কী মওংদা পুরকপদদি চহি লিশীং অমা চংগনি হায়না ময়াম্না হায়নৈ। মথক্তা উৎখিত্রবা অগুম্না শরুক নাইনা স্বদেশীবু হৌজিক নৈনদুনা য়েংশি। হিন্দুধর্ম্ম অসি বর্ত্তবেটিব (ভকচাংথেকপা) ওইরক্লে মসী স্বদেশীগী শক্তিনা মসুংদা লৈবদগীনি। মাসি খ্বাইদগী থাগনিঙাইনি মরমদি মাসি হোংদোক হোংজিন য়াদে অহুবু মমাংঙৈদা লৈরম্বগুম পাক থোক-হনবা মথৈদি য়াই। মসিনা মায় পাকপদি বৌদ্ধ ধর্ম্মবু তাম্বোকপদা

নৎত্তে, তৌবদি লাম্না তৌরক্লিবা অহুবু মাবু কোনশিনবদনি। স্বদেশীগী শক্তী অহুননি হিন্দু অমনা ধর্ম্ম ওনবা য়াত্রিবা, মসিজদা খ্বাইদগী হেল্লি হায়বা মী ওাকস্থ নৎতে তৌইগুম্বস্তং চুমথোকপগা লায়ননা মপুংফাহন্বা য়াই হায়বা খণ্ডবননি। হিন্দু ধর্ম্মদা লৈ হায়নিগুই। অদুবু মতাং অসিদনি এনা কন্না য়োনবা (ভাব তানবা) হোৎনজরিবা। ঐনা হায়রিবসিদা অচুম্বা লৈরবদি খৃষ্টান মিসিন্নরি-শিংনা, মখোয়দদি ভারতনা কান্নবা কন্নাগীদমক লমন তো ন্নবা—করিগীদমক্ ধর্ম্ম ৎনেহনবগী থবক তোক্কুনা মীম্নুংশিগী থবকতমক তৌত্রি?

স্বদেশীগী শক্তি মতুং ইন্দুনা ঐনা লম লমগী লৈঙাক নিয়মশিং অহু য়েংলে অদুগা গ্রাম পঞ্চায়েটনা ঐতোন্দদি খ্বাইলগী চুননা থোকলে। ভারত অসি তশেংনমক প্রজাতন্ত্রগী লৈবাকনি মরমদি, মকমসিদগী ওইরিবা অন্না অনা কন্নাবু মনিনা লাম্থোকলে। খাজনা থোমজিনবগীদমক নত্রবদি নিংথৌ মচা মগু কয়ানা অমস্থং শক্তি লৈবা মীওইনা ( মাখোয়দ্ ভারত্তা পোকপা য়াই নত্রগা বিদেশী ) য়াম্নমক কাৎনা প্রজা মীয়ামগা তিন্ন তোৎনখি। মদুগী চানবা মওং ওইনা মগোয়না ( প্রজানা ) সিজায়দা মখোয়না পাম্বমথৈ তৌখিবগুম অহুম তৌখি। সম্প্রদায়গী চাওরবা কাওলুপনা ধর্ম্মগী ওইবা অপাম্বশিং অহুত্তদা নত্তনা রাজনীতিগী চংগদবা পুম্বদা পাওখুম পীখি। লৌবায় থৌগায়গী মীশিংনা মখোয় মশাগী সমস্যাশিংবু সম্প্রবারগী খেন্নবা থম্বনা ( হায়বদি কোরুবা হোৎনৈ ) অমস্থং লৈবাক ওাক্লিবা শক্তি অহুগী মীওৎ থৌওংগা মায়োক্লখি। সম্প্রদায়

খেল্লবগী মওং অসিদগী লৈয়াক অমগী পুনশিন্নবগী শক্তি লৈ হয়রসি কঃখংনা ওইথোক্কে মসিদগী কল্লা পুনশিন্নবগী পাঙ্গলস্থু থোক্লমই। কা হৈগী'না পুনশীনবগী থাক অসি তৌগে হায়বা খণ্ডনবগীনমক্তা মী অমা হবিন্নবগী কুম্ভমেলা অদু যেংবা চৎকম থোকই, যাত্রিস কোটিবু পোনা ইথাউ যাওদনা কয়া ফজনা পুরকখিব্রনো। অদুম ওইননক ঐখোয়দা পুনশিন্নবগী শক্তি লৈতে হায়বশি ফজনা অমগুম্ ওইবে। মাস হৌজক মতমগী অনৌবা চৎনবীদা নোংমা ন ওইনিংবীদি খরমথৈ চুমনবগী মসি খনবদা ঐদি কিজর্বনি।

স্বদেশীগী শক্তি অসি থাদোকপন্দদি ঐখোয় কীনিঙাই ওইরবা অবাবা কয়া মথং তারবনি। লাইরিক লাইশু হৈবনা ঐখোয়স্থু মীরোলদতমক তম্নকই নম অদুনা প্রজা মীচমদদি ঐখোয়গী মমি করিস্থু তাব য়াদ্রে। ঐখোয়না মীচমগী মিহুৎশিঙ্ব পাম্মী অদুবু ঙমদি ঙমদে। অঙ্গ্রেজগী অফিসারশিংবু খঙবদগী হেন্না মীচম্না ঐখোয়বু খঙদে। অনীমক মায়কৈনা মখোয়গী থম্মোয় হাংদোক্লুনা (লাইরিক্রম) লৈবা ঙমদে। মাখোয়গী অনীঙবশিদো ঐখোয়গী নত্তে। অদুননি অচায়বা অমা লৈরিবা। নঙনা মী খোম্বা ঙমদবগী অশোনবদুবুদি অশোননমক উবা ঙমদ্রে। মীহুৎকা মী অদুগী মরক্তা মরি লৈতবদুবুদি উই। গৌথিবা চহি ৫০ রোমদা ঐখোয়না ইমা-রোলদা মহৈ মশীং তম্নরম্লবদি ইথক থোংবশিংনা, মীনাইশিংনা লৈমীয়মশিংনা ঐখোয়গী লোনশিংগী শরুক মখোয়নস্থু য়ারনগদবনি; কনাগুম্বা বোস নত্রবা গোয়না পুথোরকপা পুম্বদু ময়ামগী রামায়ন

মহাভারত কুমনা লন ওইগরমনি। গৌজিকী ওইরিবা ফিভমসিদা মীচম প্রজাগীদমক্তদি অনৌবা পুথোরকপশিং অতু বিদেশীশিংমা পুথোরকপগা অক্সামি। মতৈ খুদিংমক অসি করিগুম্বা ইমালোন্দা তম্মীরম্নবদি ঐনা চ'ওথোকনা হায়মাংই শোয়দনা য়াম্নমক ইনাক খুনবা ওইরমগনি। খুঙ্গংগী লূ-মানবাকা হায়বা সমস্যা অসিদি নহালনা কোকলমলগদবনি। গ্রাম পঞ্চায়েট অসি হুজিক্তী মরু ওইবা লম্বী অমদা অকনবা পাঙ্গল অমা ওইবম্নাদবনি অমসুং ভারত অসি ইশানা ইশাবু ঙাক্চনা মাগী চংগদবা পূম্বা মেনখৎচনা লৈবাক অমা ওইরম্নগদবনি অমসুং মাগী লমলা মীয়ুংশি য়াওদ্রনা দম্মু কযা হাযবদি অপুনবা মীয়াৎ মীপুন লৈমমলহৌইদবনি। অতুবু মশিংক শেমদোকপগা য়াম্নমক থেংবদি নাত্রে।

হৌজিক স্বদেশীগী অরোযবা মতাং অমুক য়েংলসি। মীচম প্রজানা অশুক য়াম্না ন'লিবসিগী মরমদি আর্থিক অনৌং খুংলাই ধৈবগী থবক্তী মরিদা স্বদেশীগী নিয়মশু পুমথা থাগোকখিবননি। করিগুম্বা লঙ্লোন ইতীককী পোং অমৎতা ফাওবা লৈবাক মপান্দগী পুশিল্লক্লমদ্রবদি ভারতা খোইহৌ শঙ্গোমগী ইচেল চেল্লমগদবনি। অতুবু মতু ওইগদবা নৎখিদ্রে। ঐখোয়দি বিলাটকুম্না য়াম্না মীহৌ চাওরুই। বিলাট অমসুং ভারতকী মরি অসি অচৌবা অৱানবা অমনি। অতুবু বিলাটতি ভারতকী মরিদা কুইনা লান্দুনা লৈখিদে। লাওথোক্লবা মথোয়গী নীতিদা হায়খি ভারত অসি মাগী মীওই-শিংগীদমক্তা থাজনাংঙাইনি। মসিনা চুম্নবদি লাংকাশায়াবদি মতাইদা লৈবম থোকপনি। স্বদেশীগী রাখল অসিনা চেৎলবদি লাংকাশায়ার

করিগুম্বা অশোক অপন য়াওদনা লৈগদবনি, মাচুদা মতম খরগীদি মুংঙাইতবা য়াই। ঐনা খনবদি স্বদেশী অসি লমন খুন্নীংচুনা মীগী পোৎ থিংবা নত্তে। মসিদি মী খুদীংনা চৎকদবগী পথাপ অমনি হায়না ঐনা লৌই। ঐ অর্থনীতি খঙগা মী নত্তে তৌইগুম্বসুং লংদাইনবা গ্লারোল খরা পারুবদগী ইংলেণ্ড অসি মাগী চঙগদবা পুম্বা থোকহনবা ঙম্বা মশানা মশাবু থোকচবা লমনি হায়বা উরে। হায়রিবা অসি খ্বাইদগী নোকনিঙবা অমসুং বিলাট অসি খ্বাইদগী চাওবা মপান্দগী পোৎ পুশিনবা লৈবাকশিংগী মসুংদা অমনি হায়বসিবু লাল্লি হায়না উৎপা প্রমাননি। তৌইগুম্বসুং লাঁকাশায়ার নত্রগী অতোপ্পা লম অমগীদমক ভারতনা মশানা মশা কঞ্জবা ঙমত্রিভৈদা লৈবা ঙমলোই। ভারতনা মতোমতা লেপ্পা ঙমজগদবদি মশানা পোৎ থোকচরবা অমসুং থোকহনবগা মতেং পীতুনা মাগী লমগী মসুংদা চংগদবা পুম্বা শেল্ল তদনি। লৈবাক অসিনা অঙাওবা ইরৈদা অমসুং মাঙ তারুবা, হেনগা তাপ্লবদা য়াওবগী দরকার লৈত্তে অমসুং য়াওফমশ্ থোক্তে (মরমদি) মসিনা ইশান হাৎনা—শুনবা কলঙ্ক মঁহৌবা অমসুং অতোপ্পা ফত্তবা কয়া থোকহল্লি। অছুবু হেনবা তাংবগী থবদ্সিদা য়াওবদগী কনানা লাক্ষপতি-শিংবু থিংংবা ঙমগনি? লৈবাক্কী নীতিনা শুরুনৎ নত্তে। প্রজাগী থোল্লাওগী শক্তি অমসুং অচুম্বা শিক্ষানদি পামলিবা মাইকৈ অশোমদা মনা য়ামনদী তৌবা ঙমগনি। খুৎনা শাবা ফি (হেণ্ডলুমগী) থবক অসি শীবগী ফিভমদা লৈরে। ঐনা কোয়চৎ চংলিত্তেদা ফি শাবা মশীং ঙমলিবমখৈ উননবা হোংনখি, অত্তবু মতৌ করম্না মাখোয়না

মাগুথরক্লবনো—উবদো থমোয় অসি চৈনা ফাওই মতম অমা য়াম্না চাওখংলম্বা অমস্তুং ইকায় খুম্নবা থবকসিগু ইমুং কয়ানা থাদোক-নরবনো ?

স্বদেশীগী নিয়ম অসি ঐখোয়না থাদোকসবদি ঐখোয়না ঐখোয়গী চংগদবশিংবু পিবা ওস্বা য়ুমলোন্নবশিংবু থিগদবনি ; মখোয়বু তস্বীগদবনি মত্তুদি মখোয়না লাম্না লৌহুনা অক্ষবা থবক ফংজবনি হায়রিবা ঐখোয়দা ( য়ুমলোন্নবদা ) পোৎচংশিংহু পিক্ষন থোকই। অত্তু ওইরবদি ভারতকী খুদোং খুদিংমক মশানা মশাবু থোকচবা অমস্তুং মথস্তুনা হিংজবা ১/০ ওইরগনি, মখোয় মশেন অমনা অমগী অরাৎ-অপা মেনখৎনরগা লোয়রে। হায়রিবসি অর্থ লৈতবা ওইনা থোকপা য়াই। ( অত্তু ওইরবদি ) ফরে, ভারত অসি অর্থ লৈতবা লৈবাকনি। মীয়ামংশি খণ্ডবা মুসলমান অমনা অরুবা ঈশিং পিথক্কে তৌরবদস্তু খোয়াংলবা খোরীবু কংহনবদি অর্থ লৈতবা য়ানি। মুসলিমনা ইমুং অমদগী ঈশিং থক্কদবগী শরুকপুদি হায়রহুনা হিন্দু লিশীংনা কংহুনা শীবা য়াই। অসিগুম্বা ভাব তাদবা মীওইশিং অসিস্তু মখোয়গী ধর্ম্মনা মশাগী লমদা থোকপা ফি রোল অমস্তুং চিঞ্জাক শেৎ চাবা তৌগদবনি হায়রবদস্তু অতোপ্পা অমা হেকতা শেৎকনি চাগনি হায়।

ভাগবত গীতাদা, চম্না লৌরবদা, মীপুমনা কাংলুপকী লম্বী ইনগদবনি হায়বা শ্লোক য়াওই। স্বদেশীগী শাশক অসি লৌনরবদি ফত্তবা তাম্থোকপা য়াম্না লায়। তৌবদি মতম থরগীদমকতদি খুদোং চাদবা কয়া লৈবা য়াই। ঐদি পুম্বিগী থৌরমদা আইনগী খুৎ থিংজনবা অসি চুক্কচ্চে। মসিনা খাইদগী ফরবদস্ত থর হুম্বা

ফত্তবনি। অতুম ওইনমক বিদেশী মাল থিংবগীদমকতদি এদি থাগৎপা য়াবগী মত পীগনি। নাটাল হায়বা বৃটিশ কোলোনি অমনা অতোপ্প বৃটিশগী কোলোনি মোরিসিতসতগী লাকপা চিনিবু খাজনা লৌহুনা মশাগী চিনিবু ঙাকথোকখি। ভারত্তা অথিংবা লৈতনা লল্লোনবগী পথাপ পানশিন্দুনা ইংলণ্ডনা অচৌবা মরাল তৌরে। মসিনা ইংলণ্ড-গীদি চীপ্পাক ওইরে অদুবু ভারতকিদি হু ওইরে।

অর্থনীতিগী থবকতা করিগুম্বদস্থ স্বদেশীগী নিয়ম অসি থাম্মা য়ারোই হায়না কন্না হায়নরি। অসিগুম্বা অয়েংপা অসিবু পুথোরকপা মীওইশিংহুনা স্বদেশীবু পুন্সিগী পথাপ অমগুম উদ্রে। ইশাদা য়ানীংদবা লৈরবদি শীজিন্নরোইদবা লৈবাক নীংবগী থৌওং অমনি হায়না মখোয়না লৌই। অদুবু মফম অসিদা হায়রিবা স্বদেশী অসিদি ধর্ম্মগী ওইবা লমচং অমনি, হক্চাংগী অবাগা নুঙাইতবা কয়াবুস্থ মায়োক্নফম থোকপা। মাসিগী থৌরম মখাদদি য়েন্নুম্ অমসুং পিন ফাওববু ভারত্তা শাদবনিনা শীজিন্নরোই, মহুনা কিনিঙাই লৈফ থোক্কে। হৌজিক্তা মতমদা চংদবা য়াদবনি থম্বা পোৎলম কয়াবু নিয়ম অসি চৎপা মীনা থদোকহুনা হিংবা তই। অমরোমদা স্বদেশীবু য়ানিংদবা উৎহুনা মরৈ তৌবা মীওইনা মসিদা তপ্পা তপ্পা হোৎনরগা য়ৌগদবা লমথুংনি হায়বা কাওথোকই। অস্থুন্না পোৎ কয়াবু লৈবাক অসিদা থোকহনবা ইমদ্রংস্থ মতম খর-খরগী শিজ্জীন্নবা য়াহল্লগা লমথুং অসি (কোম্না) য়েনংবা লাক্লগনি।

স্বদেশীগী মায়োক্তা থদংলকপা অয়েংপা অমগা লৈরি, য়েংলিব-শিন্থুনা স্বদেশীবু ইশাগী ওইজখিবা, চাওখংসকপা লমচংকী মওং অমত্তা য়াউদবা নিয়মনি হায়না লৌই। স্বদেশীগী থৌরম অসী

পাংথোকপনি মখোয়দদি মমাংঙৈগী য়াম্না চাওখৎত্রিঙৈগী পুন্সীবু ওইনা য়োকই। য়াফম অসিদা ঐ য়াম্না নৈনরুরদি ঙমদ্রে। অদুবু ঐনা হায়গনি মদুদি স্বদেশী অসিদি নোঙ্লুকপা অমসুং মুংশিবা হায়বা নিয়মশিং অসি যাওবা ফজরবা নিয়মনি। ঐনা ঐগী ইমুংফাওবা শেমজবা ঙমদ্রবদা ভারতপুম্বগী সেবা তৌগনি হায়বসি অপংবা য়ানি। মদুগী মতুং ইশাগী ইমুং শেম্বদা ইরৈবাক্কী সেবাসু তৌরি থনবনা হেন্না চুমলমগনি অদুদসু নত্তনা মীওইব জগৎসিবু কান্নবা তৌরি ফাওবা থনগা যাই। অমত্তুনা নোঙ্লুকপা মতৌনি মসিনা মুংশিবনি। পুক্নিংগী নিঙলিবা অদুতনা থংক্কা ফাওনা লেপকনি। ঐনা ঐগী ইমুংবু শেমগৎপা য়াই অতেপ্পা কয়াগী অন্না-মুংতাইদি থোশারুদনা। থুদম ওইনা, মা অতৈগী পৈগা য়াম্না তিংথোকপা ঙম্বা থবক অমা ঐনা য়ারুরবদি। ঐনা ইশাবুদি য়াম্না ইনাকথুনহনগনি লোয়ননা ইমুংগী মীনা মরম চাদনা তঙ্গফপা অপাম্বা কথা ঐনা কোকহনগা ঙম্বা য়াই। মতুং অসিগী ঐনা ঐগা ইমুংদসু কান্নবা তৌদ্রে লৈবাক্কীসু ফনবা তৌদ্রে। ঐনা অমরোমদা খঙগদবনি মদুদি ঈশ্বরনা ঐতোন্দা খোঙ-খুং পিরম্লিবসি শুপ্পগী হিংবা ঙম্মবগীদমক থবক তৌনগনি অদুগা ঐগী ইথা পোন্না ইংলিবা কয়াবসু হিংহম্লবনি। ঐগী পুন্সীবু চমথোক্কনি অমসুং ঐনা খ্বাইদগী নক্লরিবা মখোযগীসু চমথোক্কনি। অসুম্না ইমুংগী কান্নবা ঐনা তৌবদা অতোপ্প কনা অমত্তগী য়ানবা (মাঙনবা) ওইহল্লোইদবদি। আদর্শ অসিবু ইন্দুনা চৎলে হায়না লৌরবদি থুদক্তা তমজনবম.ওইরবা লৈবাক অদু লৈরে লৌবা য়াই। মীপুম খুদিং চপমান্না হায়রিবা ফিবম অহানদি য়োয়োই। অদুবু ঐখোয়গী মরক্তা

অচুম্বব খওবশিং অতুনদি মসি থবক্তা শীজিন্নরক্কনি, মাঙজোননা হোৎনরক্কনি অমস্তুং মুণ্ডাইরবা মতম অদু হেন্না থুনা পুরক্কনি। পুন্সীগী অসিগুম্বা থৌরাং অসিদা ভারতকী সেবা তৌনবা হোৎনবসিদা অতোপ্প লৈবাকশিংবু তোখাইনা তাহনবা য়াই অদুবু মখোয়গী করিগুম্বা মাঙনবা অমত্তদি ঐনা তৌদে। ঐগী লৈবাক মনিঙ অসি তোখাই তাবা অমস্তুং খোমজিনবনি। ঐগী পোক্লফমদতা ( থৌরম ) পুম্নমক পুনশিল্লি মসিনা তোখায় তাবনি হায়বা য়াই, অতুনা থবকশিং অসিদি মীগা হেনবা তান্নবগী ৱা নত্তে অতুগা মাগী মায়োক্তা তৌবসু নত্তে মবম অসিনা মসি খোমজিনবনি। Sic uter two ut alienum non leader হায়বসি শুপ্নগী পাউতাক নত্তে মসিদি পুন্সিগী পথাপ অমনি। অহিংসা অমন্নং মুংশিববু থবক ওইনা পুরকপা য়ানবা লম্বীনি। ১

করিগুম্বা মসিবু য়াম্না হৈনদনা ( কীনিঙাই ওইনা ) লৌরবদি অতৈ অফবা থবক কয়াগুম স্বদেশীসু শিথখিগনি। মসি খোক্তনবা কঃা ঙাকশেনফম থোকই।

মীরৈবাক্কী পোৎ-চৈবু মী রৈবাক্কনি হায়বগীদমক্তা ইম্থোকপা অমস্তুং লৈবাক্কী মতম অমস্তুং পৈশাবু মফমগা চান্নদবা পোৎ-চৈ কয়া পুথোক্লবা লাক্লবদা মাঙাল্লবদি অপঙবা মতৌনি, স্বদেশীগী শক্তিবু লান্ন লৌবনি। অশেঙবা স্বদেশীবু য়াবা মীদি মীরৈবাক মচাগী মফমদা ফত্তবা ৱাখল থল্লোইদবনি অমন্নং পৃথিবীদা লৈন্নবা কনাগীম্ন মায়োকতা থবক তৌরোইদবনি। স্বদেশী হায়বসি তুকচনবগী লম্বী নৎতে। মসিদি অহিংসাগী মর্মুদা লৈবা শেংলবা ইশাগী ওইকবা থাদোকপা নিয়ম অমনি। ২

# ইশানা মতীক চাজবা অমস্তুং তেংবাংনবা

অচুম্বা অমসুং অহিংসানা ঐগী মাথক্কী যুম্ফম ওইরি। ইহান হানবা ঐখোয়গী ইবোদি সমাজবা পোৎলুম ওইদবা অসিনি হায়বদি ঐখোয় ইশানা ইশাদা তাংজগদবনি। মখৈ অসোমদা য়েংলগদি ইশা-ইথন্ত মতীক চাজবা হায়বসিসু সমাজগী সেবা অমনি। অসুম্না মতীক চারবগী তুংদা অহাংবা মতমদা অতোপ্পগী সেবা তৌগদবনি। মী পুম্নমক্না মতীক চারবদি করিগুম্বা অংবা খুদোংথীবা অমত্তা লৈররোই। অসিগুম্বা ফিভম অসিদদি অতোপ্পা অমবু সেবা তৌবা (তেংবাংবা) গী দরকার লৈররোই। তৌইগুম্বগুং হায়রিবা থাক অতুদি ঐখোয় হৌজিক্কী যোদ্রি মরম অহনা সমাজসেবাগীদমক্তা ঐখোয় খনবা তাই। ইশাগী মতীক চাসি মপুং-ফারবা কাওবা, মীওইবদি সমাজদা লৈবা জীবনিনা মওং অমদা নত্রগা অমদা সেবাদি তৌগদবনি। হায়বদি মী হায়বসি মশা মথন্তদা তাংজবগুম অতোপ্পদা তাংবা চংই। সমাজবু ফজবা মওংদা থম্মবগীদমক তাংনবা অসি চগুদবা য়াদবা ওইরবদি মহু তাংবা নত্রে তৌইগুম্বসুং মহু পাংনবা (তেংবাংনবা) ওইরে। পাংনবদদি সুংশিবা লৈ মতেং পাংনবা মশেলগী মরক্তদি অমনা শোনবা অমনা কনবা হায়বা করিসু লৈতে। অমগা অমগা চপ্প মান্নে। তাংনবা হায়বসিদা উপাই লৈতবগী মতৌ অমা লৈ। ইমুং অনগী মেম্বরশিং অসি মশা মশাদা তাংজবা অহুক্কী মতিক অমনা অতোপ্পদা তাংনৈ। মসিদা নত্তগী ঐগী হায়রব,

করিস্থ লৈতে। মখোয় পুম্বা অমনা অমগী তেংবাংনবা ঙাক্তনি। মতৌ অস্থুন্নমক সমাজদস্থ চৎনৈ, লৈবাক অমা নত্রগা মীওই সমাজ অসি ইমুং অমগুম অমনা অমগী তেংবাঙনবা ওইরি। অস্থুন্না ঐখোয়না করিগুম্বা তেংবাংনবগী শক্তম অমা উবা ঙম্লবদি থন্নায় পান্দবা মেশ্চিনশিংগী মতেং লৌরুবগী দরকার লৈররোই। মেশ্চিনবু য়াম্না কন্না শীজিন্নবগী মহুত্তা খ্বাইদগী হাংনা মসিবু শীজিন্নরবদি মতুদা কিনীঙাই লৈবা অমদি ইশাগী ঙাকশেনবা অতু অশেংবমক ওইরগনি। ১

ঐগী ইশা মতীক চাবগী রাখল অসিদি, থুঙ্গংশিংনা চিঙ্গাক্কী মরমদা, ফি-শেংপাদমক অমসুং চংদব য়াদবা অতৈ অতৈনা মক্তা মতীক চাজগদবনি। মসিদগী হেন্না ফাওবা তৌবা য়াই। অতুনা ঐগী রাখল অসি নখোয়না চুম্না লৌশিনবীগদবনি। ইশা মতীক চাজবা হায়বসি তখুবা রাখল (মিংয়েং) নত্তে। ইশা মতিক চাজবা হায়বদি পুম্নমক ইশানা লৈফম থোকপা হায়বা নত্তে। করিগুম্বা মওং মতৌদস্থ চংগদবা পুম্নমক ঐখোয়না থোকহনবা ঙম্বা হৌনদে। তৌবদবু ঐগী অনীশুবনি পুম্নমক মতীকনা। ওইরবস্থ থুঙ্গংগী মপান্দগী পুথোকপা ঙমদবা অতুনি লৌগদবনি মতুঙীমক হায়রদি ঐখোয়না থোক্পা পোৎকা শিন্নব-গীদমক ঐখোয়না থোকপা ঙম্বা অতু হেন্না থোকহনংতনি। ২

আদর্শ অসি অস্থুন্না ইমুং খুদিংনা পোৎ থাগদবনি লং নাইগদবনি, ফি শাগদবনি অমসুং পোত্থাক অতু শেৎনগদবনি মসি পুম্বা ঐখোয়না লমগী মপু ওইবা অমসুং মহৈ মরোং থাক থোংহুনা মতুবু চাবা অতুগা চপমান্নে। ৩

চিঙ্গাক্তীদমক্তদি ভারত অসি লৈহাউ চেনবা লমনি, ঈশিংস্থ

মরাঙ কায়না ফংই অমসুং মীগী পাঙ্গলসু ৱাংতে। মীচম প্রজাবু আত্মা বিশ্বাস লৈননবা শিক্ষা পীগদবনি। মখোয়না অমুক্তংবু মখোয় মশাগী মখোঙদা লেপচগদবনি হায়বসি খঙথ্রবদি মচুনা অঙকপা শক্তী শন্দোরক্কনি।

ভারতনা মাগী চংদবা য়াদবদগী হেন্দোক্লা লশিং পুথোকই। মীওই পুম্বনা লংনাইগদবনি অমসুং মখোয়গীদমক ফি শাগদবনি। মী পুম্বনা নশাগীদমক থাদী থোকহনগদবনি। অসুম্না মখোয়না অমুক্তংবু মশাগী চিঙ্গাক অমসুং ফি-রোল পুথোক্লবদি মখোয়গী ৱাখল মপুংফানা এক্লক্কনি। ৪

ইশানা মতীক চাজবা হায়বসি যাম্না চাওবা ৱাহৈ অমনি ··· ··· থুঙ্গংগী মীওইশিংনা মখোযগী চংগদবা পোৎশিংগীদমক মতীক চাজব্রবদি অমসুং মশাবু মখোয মশেল খংনবদগী, লাযনাদগী অমসুং মপান্দগী লাকপা হুরান চিন্থি অমসুং লুট-পাটতগী কন্নবগীদমক আত্মাবিশ্বাস লৈত্রবদি মখোয় পুম্বা মুংশিংনা হুমদোকখ্রগনি। ইশানা মতীক চাজবা হায়বসি মরম তচুনা লশিংগী থবব পুম্বা অমসুং কুম-কুমগী মহৈ মরোং অমসু শা ষনগী শজীক থোকহন নি। মসি তৌদ্রিব মখৈ চাক্তাঙবা থোক্তুনা লৈর্গনি। ইশাদ থাজবা (আত্মা বিশ্বাস) হায়বসিনা অহৈ অশিংদগী তচুম অবান খঙলগা মখোয় মশেল খেন্নবা লৈবা অচু কোকহন্দুনা তেংবানবা অমসুং পুম্না য়েংশিন-মিন্নচুনা খোঙবাল লুকলাং ঈশিং যক্তবা অমসুং লাযনানা চিংবগী-দমক লু-নাম্না লৈচুনা ঙাকথোক্লগা হোৎনবা মী অমক্তা হোৎনবনদি কান্নবা ঙমদে। লুট পাট অমসুং হুরান চিন্থিগী মায়য়োক্লবা ওম্বা অপুনবা শক্তী লৈ হায়বসি থুঙ্গংগী মীওইশিংদা খঙহনগদবনি।

মসি অপুনবা ( তেংবাংনবা ) অহিংসাগী নীতিনা ওমই। করি-গুম্বা অহিংসাগী লম্বী অসিনা শীনমীশিংদা তশেংনা ওমত্রবদি মাখোয়না হিংসাগী লম্বীদা মখোয় মশেল তেংবাংনবদা চিংনরোই। ৫

লং নাইবা কাঙবুনা মণাগী লশিং থাজবদি নত্রগা তশেংনমক খুঙং খুদীংদা ফংহন্দ্রবদি থাদীগী লম্বীদা মশানা মতীক চাজবা হায়বসি ওইথোক্কে মসিনা তাকপদি লশীংথাবগী থবক অসি কাঙবু অমত্তনা তৌফম থোক্কে। মবম অনিনা খুঙং খুঙ দা লশীং থাবা দরকার ওই। লং নাইবা খুঙংগী লশিং থানবা লম লৈতে। থাদীগী ওইবা ইশা মতীক চাজবা হায়বসি মতোমতনা A.I.S.A. বু লৈফম্ থোকপনি হাযবা ওমই। ৬

ঐখোয় থ্বাইদগী নিঙগীনা থঙবা অমসুং ঐখোয়গা থ্বাইদগী নকুবা ঈশ্বরগী খুংশেনগী শরুক অহুগী ঐখোয়না সেবা তৌগদবনি। ঐখোয়গী য়ুমথংনবদগী চেক্লা হোৌবা য়াই। ঐখোয়গী শুমাঙদা নাম্না লৈবত্নদা পেম্থোকলোইদবনি য়ুমলোন্নবগী শুমাঙসু নাল্লিবরা যেগদবনি। ঐখোয়না ঐখোয়গী ইমুংবু যনবা হোৎনগদবনি অহুবু মসিগীদমক খুঙবু মাহ্রনবদি তৌরোইদবনি। ঐখোয়গী ইজ্জাতি খুঙংবু চাংথৎহনগদবনি। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না শক্লীগী ওমথৈহ্নদি থঙফম দোকই। মশানা তাবনি ঐখোয়গী সংসারিক জ্ঞান অসিগী মতু ইম্না ঐগোয়গী সেবা অসিগী ওমথৈ লৈরিবনি অহুবু মসি ঐ য়াম্না চম্বা রাহিয়দা হায়রগে। ঐখোয়গী য়ুমলোন্নবগীদমক খব্বদগী রাৎনা ঐখোয়গী ইশাগী থম্নশি মীগী শুমাঙ য়ৌনা ঐগী শুমাঙ তৌশিল্লুরবদি

মহু মীওইবগী সেবা নত্তে তৌইগুম্বসুং মদু (য়ুমলোন্নববু) ওৎপনি। অদু না য়ুমলোন্নবদগী হান্না হৌরগা সেবা তৌশি। ৭

লৌউবগী মরমদদি, ঙমলিবমখৈ লৌরুক মচা মতা থোকহনবা থিংনী অদুগা কো ওপরেশন (মতেং পাংনবা) গী ওইবা লৌউগী-দমক থৌগৎশি। ৮

খুঙ্গং অমনা লশীং মশাগীদমক তেংবাংনবা মওংদা থাবা য়াই। মসি তৌরবদি মপান্দগী পুশিল্লকপা ফিনা ইশানা থোকচবা ফিবু অমনা অমসুং মতমগী মরনদা মায়থীবা পীবা ঙমলোই। থৌওং অসি তত্তনা চখরকপদা শক্তী পুনশিনবা ওইরকনি। ৯

সমাজ তিন্নবগী লিচৎ অশিননি মীওইববু অতোনবা শাদগী তোঙানহল্লিবসি। নীঙতম্বা হায়বা অসি মীওইবগী কান্নবগীদমক ওইরবদি অমগা অমগা মথা পোন্নবা অসিমু মাগী মথৌনি। শুপ্নগী কারাম চাওবা মীতনা মীপুম্বদগী নীঙ-তম্মী অমসুং মথম্ভ মপুং ফারে হায়গদবনি। ফিরোল শেৎ চাবগী মরম অসিদদি তোঙান তানবা মওংদা নত্তনা অপুনবা (তেংবাংনবা) মওংদা ঐখোয়গী খুঙ্গংবু শেমদোকপা ঙমগনি। ১০

হৌখিবা চহিদা (১৯২৫) মাদ্রাজদা লৈবা কো ওপরেটিভ সোসাইটি অমদা য়া ভাঙবা মতমদা ঐনা হায়জখি খুৎনা লং নাইবগী পাম্বৈনা পৃথিবীগা খওনরবা খ্বাইদগী চাওরবা কো-ওপরেটিভ (তেংবাংনবা) সোসাইটি অমা পুথোক্লবা হোৎনরিবনি। মাহু অরানবা থাজবা নত্তে। মসি আশা চাওই হায়বা য়াই। মসি অরানবা নত্তে মরমদি মী কোটিনা তেংবাংনবগবদি খুৎনা লং নাইবসিনদি পাম্নীবা থবক অহু পাংথোকপা ঙমদে।

খুদম ওইনা কেন্দ্র মখল অমবু য়েংশি। ময়াইদা লৈরিবা লোয়শং অহুদা লং নাইবশিংগী পুন্না থম্নবা লশীং মরু য়াওবা লৈ। মাহু কার্ড পায়রবা মীওইশিংদা য়োম্হোক্কনি, মাখোয়না অমুবা কাপ-থোক্লবা লশীং ওইনা অমুক হন্না পীবক্কনি। পুম্নমক অসি লং নাইবা মীওইদা অমুক লং পিরম্লগা থোরাং তৌগনি। মাখোয়না অমুক চয়োল চয়োলগী ওইনা লশীং লৌরগনি অমসুং অশুমনা তঙবসু লৌ-খিগনি। অসুম্না ফংবা লং অহু ফি শাবা, কাংবুদা পিথোকখিগনি অমসুং মহু মাখোযদগী থন্দর (লশিং ফি) ওইনা ফংগনি। মমৈদা ফংলিবা পোৎ অসি ফি শাবা হায়বদি মীচম প্রজাশিংদা (লৌজিন্নন-বগীদমক) য়োনথ্রগনি। অসুম্না ময়াইদা লৈরিবা লোয়শং অহুদি জাতি, কুচু অমসুং শাগৈ থিদনা তঙবা মীওইবগী মরি অহু মীশিং কযা কয়াগা মরী থম্ব তাবনি। লোয়শং অসিনা লেমহৌবা থোম-গদবসু লৈতে, থোয়দোক হেন্দোক্লা চেকশিনগদবসু নত্তে অহুবু খ্বাইদগী দরকার ওইরিবা মীগীদমক চেকশিনফমদি থোকই। লোইশং অসি হেক য়াবমখৈ লু-নাম্না থমগদবনি মাহুঙদা কান্নবা হেনগনি। মসিগা থবক্তা য়াওরিবা অতৈগা লৈনরিবা মরী অসিদা থমোয়গী (অধ্যাত্মিকী) অমসুং পুক্নিংগীনি। লশীং মরু লোথোকপা মীওই, কার্ড পায়রবা মীওই, লং নাইবা মীওই, ফি শাবা মীওই অমসুং সেবাগী রাখল তৌনরবঙদা লং নাইবগী কেন্দ্র অমবু কো-ওপরেটিভ সোসাইটি অমা শেম্মী। ১১

কো-ওপরেটিভকী থবক অসিনা মায় পাক্লবগী অরোনবা রাদি মেম্বরশিংনা পুকচেল শেংলবা অমসুং অপুনবগী শক্তিদা থাজনবা অসিনি অমসুং মাসিনা চাওখৎপা য়াবা পম্বুং অমা লৈগদবনি। পুন-শিন্দুনা পৈশা খরা পায়রগা মহুনা হেন্না শেন্দোং লৌহুনা পৈশা

তানবদি ফত্তবা পম্বুংনি। অদুবু লৌউ-শীংউ অমস্থং শঙ্গোমগী কো-ওপরেটিভ অসিদি চিংনবা লৈতনা লৈবাক্কী কান্নবা তৌই। অস্নুক য়াম্বা সমাজ অসি করিগীনো……ঐদি ভকই। য়েৎশিনবগী থবক পুবা পূকচেল শেংবা মী য়াওরিত্রা মাথোয়দা অসিগুম্বা থৌরাংশিং অসি মাও থানিংঙাইনি হায়না পনবা য়াই করিগুম্বা শিল্লাংলিবহু পুকচেল শেংত্রবদি অমস্থ পম্বুং অহু মফম মরাং খণ্ডত্রবদি। ১২

অধ্যায় ১২

# পঞ্চায়েট রাজ

## নিঙ তমত্রিবৈঙেদা লৈরম্বা পঞ্চায়েট

পঞ্চায়েট হায়বা অসিনা থায়নগী মহাউ অমা য়াওই ; অসি য়াম্না ফবা ৱাহৈনি। ৱাহৈগী অর্থদা হায়রগা, খুঙ্গংগী অখল্লবা মী ৫গী অপুনবা হাযবনি। ভারতবর্ষগী মশীং থীঙমদ্রবা নিঙ তম্বা খুঙ্গংশিংবু ঙাক্লম্বা নিয়ম অত্ত মসিনা খংহল্লি। নিঙ-তম্বা খুঙ্গংশিং অসি বৃটিশ সরকারনা মিন্থুংশি য়াউদ্রবা মওংদা থাজনা লৌখৎখি অমসুং খুঙ্গংশিংনা অসি চৈনা অসি খংতুনা লেপ্পা ঙমখিদে। অমুক্না থুগায়খি। হৌজিক কঙ্গ্রেশকী মীওইশিংনা মীযামগী অমসুং মরাল লৈবা মীগী ৱায়েন পথাপ পুশিল্লক্কুনা হান্নগী নিয়ম অত্থু অমুক পুশিল্লক্লবা হোৎনরি। ইহান হানবা ওইনা ১৯২১ দা হোৎনখি। অত্থুবু কান্নখিদে। অমুক হন্না হোৎনরি নিয়মচুম্না মথং মনাও নাইনা হোৎনদ্রবদি অমুকসু অরেম্বদা তাগনি।

পীনা নৈনিতালদা লৈরিবৈঙেদা পাও ফংই মাত্থদি উত্তর প্রদেশকী লম খরদদি হুপী ফাবগী মরালগী ৱাথোক ফাওবা পঞ্চায়েটনা ৱায়েনখি। করিসু খংদ্রবা অমসু ওইজ-থিবা পঞ্চায়েটনা অরানবা ৱারেপ তানখিবত্থু ঐ তারে। মসিনা চুম্নদি য়াম্না ফত্তে। চাং নাইদবা পঞ্চায়েটশিংদি মশানা কায়বা তাবনি। মরম অসিনা ঐনা নিয়মশিং অসি খুঙ্গংগী মীওইশিংগী লম্বী উৎনগীদমক পুথোক্লিবনি।

১। লম অত্থু পুবা কঙ্গ্রেশ কমিটিনা য়াবা তৌদনা পঞ্চায়েট লীংবা য়াদে ;

২। পুং থিন্দুনা কৌরগা মীয়ামগী সভা তৌরবা মতুংদা পঞ্চায়েট থনগদবনি ;

৩। তহশিলগী কমিটিনা মসিবু য়াগদবনি ;

৪। পঞ্চায়েটশিং অসিনা মরাল লৈবা মীগী মাথোক মায়েন তৌবা য়াদে ;

৫। প্রজাগী ওইবা মাথোক মাথোয়দা কাংবুশিংহুনা মাকৎলবদি মাহুগী মায়েন তৌবদি য়াই ;

৬। কনাবুম্ন পঞ্চায়েটতা মাকৎকদবনি হায়হুনা শীংনবা য়াদে ;

৭। পঞ্চায়েট অমত্তনা ফাইন তৌবা য়াদে ; প্রজাগী মাথোকপু মায়েনবগী শক্তী লৈ হায়বদি মাথোয়গী লমচৎ অমস্তুং পুক্লিংগী মায়েন তৌফম থোকই হায়বনি ,

৮। মতম থরগীদি সমাজদগী তাস্থেকপা নত্রগা হস্থোকপা হায়বা অসি লৈরোই ;

৯। পঞ্চায়েট খুদিং মথাগী অসি য়েংশিনগদবনি ;

(অ) মুপামচা অমস্তুং নুপীমচাশিংগী মহৈমাশিং

(আ) খোংবান লুক্লং

(ই) লু-নানবা অমস্তুং গুহা পুথ্রী শেংনা থম্বা।

(ঈ) শোক্লবা য়াদবা মশি নিতিগী শেমদোকপা।

১০। মথক্কী ৯শুবা মাফম অসি য়েংশিনবা ওমদ্রবদি থা ৬কী মমুংদা নত্রগা খুলগী মীওইশিংগী কান্নবা মাখল ( থাজবা ) পুরকপা ওমদ্রবদি নত্রগা মরম অমগীদমক মরাল লৈরবদি, মতীক চাবা খুদম থিরগা কঙ্গ্রেস কমিটিনা পঞ্চায়েট অহুবু থিদোকপা অমস্তুং মহুনা মহুৎ

অনৌবা অমা থনবা ঙম্মি। ফাইন (জরী) লৌবা যাদবা অমসুং ইন্তোকপা (সমাজদগী মীবু তান্থোকপা ) ঙমহন্দবা অসি হৌরকপা মতাংদদি যাম্না দবকাব ওই, মবমদি সমাজবগী ইন্তোকপা অসি কম্সি খুলগী মীওই-শিংনা মাখোযগী খুংসাযগুম তম্বীবা মওংদা শীজিন্নবক্কনি। ফাইনা লৌবা অসিসু মাং তাকপা ওইবকপা যাই অমসুং পঞ্চায়েটনা পান্নাবা লমথু অত্তু মাযথীখিবা যাই। মীযাম্না যান্নবা পঞ্চায়েট হায়বদি রারম ৯শুবা অসিবু ফজনা শেমগৎলবা পঞ্চাযেট অতুসি অমা অবাল খঙবা অমসুং পুক্নিংগী ইকাই খুম্নবা নংগনি। মতুমক মী অমনা ফংবা যাবা খুন্টাইদগী চংগো দাযিত্বনি, মসি যাওন্নবা ওইবা যাদে। ১

## নীংতম্লবা ভারতা পঞ্চায়েট

নাঙ-তম্বা হাযবদি থবক পুবিবা (রায়েল পুবিবা) ম ওই থবতু নত্তে ভাবতকী মীচম প্রজা পুম্বগী নাং-তম্বনি। থবক পুববা মীওইনা মাখোযগী মথাদা লৈবিবা ম ওইনগা মথা পোন্না লৈগদবনি। অসুন্না মখোয মীচমগী ম নাই ওইগদবনি, মীচমগী অপাম্বা অনাংবগী তুংইনগদবনি।

নাং-তম্বা অসি খুন্টাইদগী মথাদগী হৌরকদবনি। খুঙ্গং খুদিংমক মশাগী মতীকচাবা শক্তি লৈরবা অমসুং নীংতম্লবা ওইফম থোকই। মসিদগী খুঙ্গ শিং অসি মতোমতনা য়োকচবা অমসুং পৃথিবী পুম্বগা ফাওব মাযোক্নবা ঙম্নবা পাঙ্গল চেনবা ওইবক্কদবনি। মপান্দগী লাকপা খুদোংশীবা (নীংহাৎ মীপুন ) বু মক্ত ফংনা মাংহন্নবা খুঙ্গংবুসু তম্বীগদবনি —হোৎনবিগদবনি। অসুম্না মমৈথংদদি মীওই অমনা মক্ত ওইবা

শকরু য়ারক্কনি। মসি হায়-হায়নুনা মখোয় মশেল মখা পোন্নবা অমসুং মপান্দগী পৃথিবীদগী তেংবাং লৌবা তেঙ্কবনি হায়বদি নত্তে। মসিদি নাঙ তম্বা অমসুং ইশানা খানা (য়ানা) তৌবা থাক ওইগদবনি। অসিগুম্বা সমাজ অন্দা লৈবা মুপা মুপী পুম্বনা মখোয়গী অপাম্বা খংবগা লোয়ননা মী পুম্বনা তোংনয়গা চপ মান্ননা ফংবা য়াবা পোৎলা— নত্তরা হায়বত্তসু খগা ওন্নবা সংস্কার ফংলবা ওইগদবনি ( হায়বদি সংস্কৃতি অত্তু চাংথেংলগদবনি )। সমাজ অসি অচুম্বা অমসুং অহিংসাদা য়ুম্ফম ওইগদবনি মাসনা দমক মী ওই পুম্বনা ঈশ্বর থাজবা চংই মাখোয়না খংগদবনি ঈশ্বর হায়বসিদি মথন্ত ইাঙ্গবনি পুম্মনক খংবনি সংসারদা লৈরিবা শক্তি পুন্নমক্ক মপুনি শক্তি অতৈ মাংখ্রবসু মাতদি লৈহৌগদবনি। ঐদি পুম্মনকপু লাঙ্গোয়ন্নবা ঐহংবা পাঙ্গল ( ঈশ্বর ) দা থাজবা নত্তনদি পুন্সিগী রকম অমত্তা খনবা ওনদে।

অসিগুম্বা মশীং থিঙমদ্রবা খুঙ্গশিংনা শেম্বা শক্তম অসিদদি পিকথরকপা রথেলগী লম লৈতে শুপ্পগী চাউথংলকপতনি। পুন্সি অসি মনং-নমাং ওস্পোক্লগা য়ানবা মচিন্নাইবা পিরামিড নত্তে। তৌইগুম্বসুং মসিদি সাগরদা লৈবা ইথক মচা (অকোইবা) গুম্বনি, অকোয়বা ইথৎনা অত্তুগা ময়ায়গী বিত্তু অত্তু মী অমনি লৌনি, মহাক অসিনা খুঙ্গং ওইবা ইথৎকীদমক্তা মশা মাংজনবগী থৌরাং তৌই, অস্মুন্না ইরোই লোইবদা মী ১গা ১গা খুঙ্গং অপুম্বু ওইগনি, মাখোয়না কল্লকপা মিহৌবগীদমক মায়োক্তা থোরক্লোই (লালহৌরোই) তৌইগুম্বসুং য়াম্না নোল্লুক্কনি, সমুদ্রগী ইথৎকুম অচৌবা খুঙ্গংত্তুগী পাঙ্গল অত্তুগা অমত্তা ওইগনি।

মরম অসিনা, মপান ইথং থংবা অকোয়বা (ইথৎ) অত্তুনা মন্নুংদা লৈবা অকোয়বা অদুবু নমহৎকদবা নত্তে তৌইগুম্বসুং মন্নুংথংবা খুঙ্গংদা

পাঙ্গল পীগদবনি অমসূং মশামক্কী পাঙ্গলনা ময়ায়দগী লৌরক্কদবনি। ঐগী রাখল অসি ভাবনা শাবা (ইউটোপিয়ান) নি হায়দুনা পাউখুম ওইনা করেমনবীরকপা য়াই। মীনা য়েকপা ওমদ্রবস্থ ইউক্লির্ডকী বিন্দু অসি মাংবা নাইরবা মগুন লৈ, মীওই জগৎকীদমক ঐগী তশবীর অসিস্থ অচু ওাই। মসিগী মপূংফাবা মওং অদুমক ফংদনস্থ ভারতপুদি অশেংবা তসবীর অসিগীদমক হিংহল্লু। ঐ য়েনা থবক অনগীদমক চংদ্রিভৈদা মদুগী শক্তম অমা উথোকপা চংই। ভারতকী খুঙ্গ খুদিং অসি নীং-তম্বা ওইবা তারদি ঐগী তসবীব মতুং ইন্না, মমৈথংবা অদুগা মকোক থংবা অদুগা মান্নগদবনি, অতোপ্পা রাহৈদ, মমৈ থংবা অদুগা মান্নগদবনি, অতোপ্পা রাহৈদা, মকোক হাযবা অমত্তা নাইফম থোক্কে।

ধর্ম্ম খুদিংমক্কী চপ মান্নবা মগুন তসবীর (ফোটো) অসিদা লৈগনি। লৈমুংদা চংখ্রবা উরাশিংদগী তোঙান তাহনবা য়াদবা উগোং অদুনা ওইরিবা অচৌবা উ পাম্বী অদুগী ঐখোয়না উনানি। খ্বাযদগী কল্লবা হুংশিংনস্থ মদুবু হুমদোকপা ঙমলোই।

হায়রিবা (সমাজ) অসিদা মীনা শূরি নোম্লিগা অসিগী মহুৎ শিন্দোকপা অমসূং মী থরতগী মখুৎতা শক্তি পুনশিনগদবা মেশ্চিন-শিংগী কান্নবা লৈতে। চাওগংনবা ইমু অমর্দ থবক নোম্বা হায়বসি তোপ তোপ্পা কান্নবা (মফম) লৈরিবনি। মী খুদি বু তে বাংবা মেশ্চিন অদুগাদি কান্নবা (মফম) লৈ। অদুবু ঐনা কৈর্দৌভূস্থ খল্লকদ্রি হায়রিবা মেশ্চিন অদু করম্বা ওইবা য়াবগ হায়না। সিসগী কি তুনগা মেশ্চিন অদুগা মবমনদি খুল্লে। মদু কাওগা তৌ শাব হায়াদুনি। ঐগী তসবীর মপূং ফাননবা মসি য়াওহনবা পামদে। ২

ঐখোয়না করি তৌফম থোকপগে ? ঐখোয়না পঞ্চায়েট কী লৈঙাক অসিগী মঙ অসি উগে হায়রবদি অশেংবা গণতন্ত্রবু থংবা তাববদি ঐখোয়না খ্বাইদগী চন্নবা অমসুং তোল্লবা ভারতবাসী অমবু খ্বাইদগী চাওরবা লৈবাক ঙাকপা ভাবতকী মীওই অমগা মান্নবা খনগদবনি। মাসিগী মমাংদা ওইগদবদি মী পূম্বা পুকচেল শেংবনি শেংলমদ্রবস্র শেংলকনি অসিনি। পুকচেল শেংবা অসিগা লৌশিংগা খুংশম্নবা চংমিন্নগদবনি। কালুপ অমগা অমগা জাতি অমগা জাতি অমগা কনানম্ভু খেন্নবা উররোই। মী খুদিংনা পুন্নমকপু মশামক্তম খন্নবগনি অমসুং মুংশিবগী অশেংবা লাংনা পুন্নমকপু পুল্লগনি। কনাগুম্বা অমনা অতোপ্পবু শোক্লবা য়াদবনি হায়ররোই। খুং-না শৃতুনা চারিবা অমগা শেগ্লাঙ পায়বা অমগা ঐখোয়না মান্নবা লৌরগনি। মী খুদিংনা মশাগী পিশুমগী হুমাংগা লোয়ননা মাগী হিংনবা তানবা হৈরগনি অমসুং রাখলনা তৌবা থবক্কা হকচাংনা শৃবগা অনিগী মরক্তা খেন্নবা থমলরোই। ওইবক্কদবা অসি থুজিনহন্নবগীদমক ঐখোয় ইশানা স্কেবেঞ্জর অমমম ওইগদবনি। লৌশিং লৈবা মী অমত্তনা কানি, য়ু অমসুং ময়ায় কাবা পোৎ অমত্তা শোকলোইদবনি। মী খুদিংনা স্বদেশীবু পুন্সীগী নিযম অমত্তগুম লৌগদবদি অমসুং মুপীবু ইমাগুম ইচনইচেগুম চহিগী মতুংইন্না খনগদবনি। ঐ ইশাগী মুপীগুম খনফম থোক্কে অমসুং পুকমুংদা মুপীগীদমক অপাম্বা মিহৌবা লাকহল্লোইদবনি। অতোপ্পগী পুন্সি ( তাঞ্জানা য়াদ্রে হায়দুনা ) লৌগে খনফম থোক্কে। তাঞ্জা ফংবদা কান্নবা লাকফম থোকই। করিগুম্বা মুপা অসি সিখ (গুরুশিংনা হায়বা রাগী অশেংবা অথদা ) ওইরবদি মতোমতমক

লেপ্তুনা থৌনা ফনা লৈগনি, মা লিশিং কুনমঙাগী মায়োক্তা ফাওবা ইথঙী অমা ফাও তু হল্লোই। অসিগুম্বা ভারত ইমাগী মচা অমদগি হুজিক্কা মতম আসদা কাব তৌগদবনো হায়ক্রবগী কান্নবা লৈতে। ও

**পঞ্চায়েটকী থৌদাং**

থাইনগী মতমদ ভরত্র চিনাদগী অমস্তুং অতোপ্পা মিরৈবাক্কী লমকোয়বা কয় লাক্লম্ম। মখোয়না লাকপদা অন্না ঙনা কয়া থাগুখি অমস্তুং লৌশি ও মখোয়গীদমক লাকপনি। মথোয়না ভাবক্তা লুরান চিন্থা লৈতে মী পুম্বা পুকচেল শেই অমস্তু থবক কন্নী হায়রম্মী মখোয়গীদমক্তদি (ভারত বাশী) থোজদা পান্নবা শোগী দবকাব লৈতে। মতম অতুনদি হুকুম্মা জাতি নশী যাম্না লৈবমদে। পঞ্চায়েটকী থৌদাং এক্টংবনি (হান্নগ) পুকচেল শেবা অমস্তুং থবক কনবা মতৌদো কন্না পুনকপা। থুঙংগ মাওইশিংগী বা লেপ্পবগী দমক থংনবিবা অসি তোক্কদবনি হায়বসি পঞ্চায়েটনা তস্থাকম থোকই। মতুনা খবচ চদনা অচম্বা পুক্কনি। পুলিশ নত্রগা সিপাহি মগোয়গীদি দবকার ওইদে।

অতু।া লেযননা পঞ্চায়েটনা শাসনগী চাওখৎনবা থবকক্রু গেংশিনগদবনি। মখোয়না চহা শাক্ষান থোকস্নরা তোৎনগদবনি। চেংকশিনব দবদগী এইথেয়। শাসন অসি লম অসিদা পোৎলুম ওইরে। যগ হাৎপগীদমক মুসলমানশিংনা বদনাম তৌবা অসি যাম্না অপঙবা থবক্নি। পাক্কিংথক তৌহুনা যণ্ব হাৎলিবদি হিন্দুনি। তন্না তপ্না (এপ স্থানদুনা) শিবা অসিদি খুদক্তা শিবদগী যাম্না হেল্লা ফত্তে।

পঞ্চায়েটনা খুঙ্গংদা থোক্লিবা মহৈ মরোং অদু হেনগংলিব্রা হায়বা য়েংশিনগদবনি। মতুংগী লোয়নবা মতীক চানা হার হাপ্পুনা লৈহাও চেলহনবস্‌মু মথৌনি। হন্দকতা কমপোষ্ট কনফরেন্স দিল্লিদা শ্রীমতী ইন্দিরা বহেননা শিন্দুনা তৌখিবা অদুদা মীগী অমাঙবগা শাসনগী অমাঙবগা লোয়নবা ফত্তহৌদি অসি তোৎনরগা য়াম্না য়াম্না ফবা হার শেম্বা য়াই হায়খি। হার অসিনা লৈবাক লৈহাও চেলহল্লি। খুঙ্গং অদুগী অমস্থং লৈরিবা মীওইশিংদুগী লূ-নানবা অদুস্মু মখোয়না য়েংগদবনি। হকচাং অমস্থং পুক্লিং অনিমক মখোয়দি শেংগদবনি।

সিনেমা হাউস লৈফম থোক্কে। মীনদি সিনেমা অসি মহৈ মশিং তম্বগী কান্নরবা খুৎলাইনি হায়। মদু মতম অমদা ওইরকপা যাই, অদুবু হুজির্ককাদি অমাঙবা যাম্না এৈনা উরে। মখোয়না নেশা চাবা থকপা থিংগদবনি। শোক্লবা য়াদবা অসি খুঙ্গংদুদা থরগা লৈহৌরিবা য়েংনরবদি মতুস্মু মাঙহনগদবনি হিন্দু, মুসলিম, সিখ, ক্রিষ্টিয়ান খুঙ্গং অদুদা ইচিল ইনাওগুম্ লৈমিন্নগদবনি। এৈনা হায়রিবা অসি মখোয়না ফংবা ঙমলবদি মপুং ফানা হায়রিবা অনি মখোয়না ফংবা ঙমলবাদি মশন্ ফনা নীং তম্বা অদু উৎকদবনি অমস্থং ভারতকী খুঙ্গং অতৈদগী মী লাক্কুনা য়েংলসন্নু অমস্থং তমজনীংঙাই ফগসন্নু। ৪

অধ্যায় ১৩

# নই-তালিম

নই তালিম্বু মযাম্না অমস্থুং চুম্না খুৎশা হৈবগী মতেংনা মহৈ মশীং তম্বীবনি হায়বনৈ। মসি অচৌবগী শকক অমনি। মতম্বী অসিগী হৌবকফমদি যাম্না লুনা লৈ। মসি মীওইবগী থবক খুদিংদা মুংশিবা অমস্থুং অচুম্বা অনীসি যাওরবতদা ওক্তে মতু মী অমত্তগী পুন্সিদা ওইবা যাই নত্রগা অপুনবা ওইবা যাই। খুৎ-শা হৈবগী লম্বীদা মহৈ তম্বীবগা রাখল অমসি অচুম্বা অমস্থুং পুন্সীগী থবক খুদীংদা লোয়নননা চংলক্না মুংশিবা অনীগী (চডদনা য়াদবা) রাখলদগী তৌরম্লনি। খুৎগী মীওই খুদিংনা লায়না মহৈ অসি ফংনবগীদমক মুংশিবা চাই, মতুনা মখোয়গা মুনিৎ খুদিংগী পুন্সীদম্থু কান্নবা ফাই। অনিগুম্বা মহৈ অসিদি লাইরিক্কী ফংবা নত্তে। অমস্থু লাইরিক্কা মথা পোন্দে। মসিবু ধর্ম্মগা মরি লৈনৈ হায়বা তাংবদি মতুম সংসারগা ধর্ম্মগীনি, সংসারগী ধর্ম্ম অসিদগীনি কাঙলুপ-কাঙলুপকী ধর্ম্ম লাক্লবা পৈশাস্ত্রদা ভিন্নদবা অতুগা পৃথিবীগী করিগুম্বা পাঙ্গল অনত্তনা উমদ্রবা সংসারগী লাইরিক অতুদগী তমগদবা (মতৈনি) মসিদি। ১

ঐনা খল্লি অশেংবা মহৈ মশী, অসিদি মওং চুম্না হকচাংগী ইন্দ্রিয়শিংবু হায়বদি খুৎ খোঙ মীৎনা নাতোন অসিনচিংববু শীজিন্নবা অমস্থুং তম্বীবদগী লাকই। অতোপ্পা রাহৈদা, হৈ-শিংনা অঙাং অমগী ইন্দ্রিয়শিংবু শীজিন্নরবদি মহাক্কী বুদ্ধী থাইদগী থুনা

চাওখৎলি। অহুবু হকচাংগা খাখলগা মান্নবা অমসুং মহুগী তুংইন্না থন্নায়সু চাওখৎত্রবদি হকচাংতমক চাওখৎলবদি থোং মাননদবা ফিভম ওইরকই অধ্যাত্মিক শিক্ষা হায়বসিদা ঐনা খল্লিবদি থমোযবু তম্বীবনি। ( অঙাংগী হকচাং অমসুং অধ্যাত্মিক হিরমশিং চাওখৎলবা মতমদতা পুক্নিংগী মপুং ফারবা অমসুং অশেংবা-শিক্ষা হাযবদো ওইগনি )। মখোয় অসিনা মশক উদবা মপুম ওইবা পোৎশক অমা শেম্মী। মরম অহুনা মখোয় অসিবু নাম নামতা চাওখৎহনবা যাই হাযনা লৌবদি অপংবা মতনি।

হকচাং পুক্নিং-থন্নাই অসিগী চা-মান্নবা অমসুং মতেং পীনদবা মওং খাৎপদগী ওইবিবা মাংন তাক্লবগী মশক অসি তশে-তশে না উনববনি। ঐখোযগী সঙ্গ অমসুং খাতাবরন-লানবদগী ঐখোযনা ঐ-খোয়গী সঙ্গ অকোযবদা লৈবীবা মখোযবু ( পুক্নিং হকচাংগী গুণ ) উবা ফংদবনি। ঐখোযগী খুঙ্গংগী মীওইগী মরমদা যেংবীযু। অঙাং ওইবিবৈদগী চাওকল্লবা ফাও মাখোয অসি লৌবুক্তদা তষুক ন্নুমদ' সু শু-নোমহুনা মখোযগী শা যনগুম লেল্লক্লবনি। মখোযগী পুন্সী অসিদি লৌশিংগী মৈবিক অমত্তা ফংদ্রবা মেশ্চিনগুম্বা চোকথববা পুন্স নি। পুক্নি' অাপুং অত্মাগী চাওখৎনিঙাই লম্বা অমত্তা যাওদনা মখোয অসি কাবসু খঙদ্রবা জীবশিংগী থাক্তা লৈববনি। মখোযদদি পুন্সী অসি শোযহুনা ফংলবা মফম মবাং খঙদ্রবা পোৎনি, মহুদা মখোযসু মওং অমা হেক্তা তৌহুনা চংখ্রবনি। অমরোমদা সহবশিংদা শিক্ষা হাযনা কৌনবিবা অসিনা বুদ্ধীতগী লম্বী ওইনা তৌই। মফম অহুদা হক-চাংগী থবক অসি বুদ্ধীগী থবক্তা মরি শুকলৈ লৈনদ্রবগুম লৌই। অহুবু

হকচাং অসিদি নাদি য়েক্তনা থম্নবা হকচাংগী থবক চংদবা য়াদবনি মসি কোক্নবা মখোয়না খুৎনা শাবা প্রকৃতিগী নক্তনা পান্থে শীংভিন্নে মতুংদা কান্নবা ফংদবা মওংত্থ উবদা নোক্নীংবা পোকই। লম্বী অসিদা চংলদা নম্বা অমগা থবকশুবা মী অমগা হবচাংগী মরমদনি চংদম্নবা য়ারোই। হকচাং অসি খঙ্ক্তিক্তুং থবক শূদ্রদা কোকচিংপা, নুংশাদা খঙ্ক্তিক্তুং ফৌবদা কোক ঙাওবা অসি হায়রিগ নগা অসিদা পোকই। করিমুক হাযকনি থোকইবা অসি পূম্বা মশাগী তৌনগাংগুম লৌনরে। থমোয়গী মরমদা য়েংলগম্ব মখোয়বু নীতিনা চংলন্ন মতুনা উদনা মওংত ক ওই। ফলদি লমচং অমস্ত পুক্তি মাংথরক্পনি। মসিবু থাগৎ-নিঙাই পোংনি হায়সিরা। মসিগী হেক ওন্নবমা খুদম অমা লৌশি, অঙাং অমা থমোয়গী শিক্ষা অসি পিক্লিভৈদগী ফংলক্ননি। মহাক অসি করিগুম্বা থবক অমদা হায়দি লং নাইবা, উ গুবা, লৌ উবা অসিনচিংবগী মতুংদা অমা চংল্লসি মদুগা মরী লৈনবা মানা তৌফম থোকপা নিয়ম পূম্বা তাকলশি। য়াম্না ফবা হকচাং অমা মনা শেম-গংদা নক্তনা য়াম্না তম্বা অমগুং মতৌক লৈরবা বুদ্ধীম্ব শেমগৎ-কনি, মরু মাগী নহৈ মশীংগী মরমদতা ওইংগোই অদুবু নীতিগী থেংনবা থবক মওং কয়াগী মরীদম্ব ওইগনি। মা া বুদ্ধীগী শিক্ষা অদু অঙ্ক (গনিত) অমম্বং মাগী থবক্তা কান্নবা মথল মথলগী বিজ্ঞান কয়াম্ব য়াওগনি। মদুদা অমুক সাহিত্যগী হিরম অসি পোথানিঙাই ওইনা হাপচিল্লবদি মগাক থোং মান্ননা চাওখৎপা ওম্বা শিক্ষা অদুদা হকচাং অমম্বং বুদ্ধী অনিমক মপুং ফানা কান্নবা পীবগা লোয়ননা মান্ননা চাওখৎপা ওইগনি। মী হায়বসি বুদ্ধীতম্ব নত্তে, চাওখত্রবা জীবগী

হৰুচাংস্ নত্তে, থমোয নত্রগা থৱায়স্ নত্তে। মও' চমনা চাং-মান্নবা অহুম অসি (চাওখংপ) চংই মদূদা শিকাগা অশেবা কান্নবা লৈ। ২

খুঙ্গগী মীওইশিংগী দরকারশিংগা চান্নবা পুন্নমক ফংহনবা পান্নবদি এখোয বিদ্যাপিঠ (পাঠশালা) কথা খুঙ্গদা লিংখৎকদবনি। বিদ্যাপিঠকী ওজাশিংবু খুঙ্গগী মীওইশিংগী দরকারশিং মশক খঙ-হন্নবগীদমক মসিংবু ট্রেনিং স্কুল ওন্থোক্কদবনি। নংনা সহরদা লৈবা ট্রেনিং স্কুলগী উপায়না খুঙ্গগী দরকারশিংবু ওজাশিংদা খংহনবা ঙমলোই। খুঙ্গংগী ফিবমদা মাখোযবু অপাম্বা (হৈনিংবা) পোকহন-বসু ওইথোক্লোই। সহরগী মাওইবু খুঙ্গগী ফিরমদা হৈনিংবা পোকহনবা অমসু খুঙ্গদা লৈহনবা অরাইবা থবক নত্তে। সেগা-ওনদা মসিগা ৱাফম অসি নাত্তিগা তুমলকপা এনা থেংনবি। এনা নখোয়বু থাজহনবা ঙমদে মতুদ সেগাওনদা এখোয় অসি খুঙ্গগী মী ওনখি অমসু, ময়ামগা কান্নবা (থরা) গাদমক এখোয় অমত্তা ওইগ।

শিক্ষা পীবা হৌবা অসিগী মরমদদি এনা চেংনা থাজরিবদি লাইরিক মযেক তম্বীবা অমসুং ইহনবা হৌবা অসি বুদ্ধি চাউ-খংপদা য়াম্না তাপনবা পী অসিনি। এদি মখোয়বু ইতিহাস, ভূগোল চিনগী অঙ্ক (মৌখিক) অমসুং থবক (হায়বদি লংনাইবগুম্বা) মখোয়সিগী অহোবা জ্ঞান অহু লৈত্রিথৈদি লাইরিক মযেক তম্বীরোই। হায়রিবা অসম অসিগী মতেংনা এনা মখোয়গী লৌশিং চাউখৎহল্লি। ৱাহং কয়া হংনরকপা য়াই মাতুদি লং নাইবগী তরেংদগী বুদ্ধী করম্না চাউখৎলক্কনি। করিগুম্বা লং নাইবা অসি

থবক্তুগীদমক হৈহনবা (মেশিনগুম) নত্রাদি ফনা নীংথিনা (বুদ্ধি) চাউখৎহনগনি। নহাক্না অঙাং অমবু থৌগৎ খুদিংগী মরম তাক্লবদি, নংনা তরেং শাবগী মওং তাক্লবা, লশিংগী ইতিহাস মসিগা মী-ওইবগী সভ্যতাগা লৈন। মবী তাক্লবা, অঙা অহুবু খুঙ্গংদা পুহনা লশিং হৌফম উৎলবা মাব তবেংনা লৈবা অহুগী মশিং থীবা তম্বীববা অহুগা মাগী ল অহুগী মান্নবা মতৌ অমসুং শক্তি অহু খওহল্লদি মাহুনা ননা অদা অহুগী হৈনিংবা অপাম্বা অদুগা লোযননা মাগী খুং, মাগা মা অমসু নাগা পুক্লিবু শেমগৎ-শাগৎপীববনি। হৌড়িক্ক অঙা অনি লাইবিক মযেক পাবা তম্বা যাবে। মতু মহাক যম্না থুনা ওমগনি, অচম্বা লাইযেকপসু তম্বা যাবে, অমসু মহাক্না জামি ত্রগা শকুনগী অমগং উচেক ঙাযা যেকপা তমলগা লাইরিক মযেকশিং ফজনা ইবগনি খোবি খোৎ-লবোই। ঐনা পিক্লিইড মযেক তমলইগা মতমতু নীংশিংলকই, বনামত্তনা ঐগী বক্কি ফত্রিসিগীদমক থৌশাবীখিদে। ঐদি ইবা অসিগু ফাইন আর্ট (সভ কলা) নি লৌই। ঐখোযনা মসিবু পিক্লিবা অঙাংদা তম্বীবা হৌবা ওইনা শিক্তিহুন মওইহল্লবান। ঐখোযনা কলা অসিদা মাঙনগা হৌবনি অও দা মতম চাংদ্রইঙদা হেক তম্বী দা। ৩

খুৎ-শা হৈবগী থাক অসিবু চক্র। মযাযদা লৈবা বিন্দুগুম অমদি হৌফম মরু ওইনা শিক্ষাগা কেন্দ্র ওইনা লৌবদা ঐ কবিসু চিনদে। ভাবস্তা পীববা শিক্ষাগা নিযম অসিদি ঐদি শিক্ষা কৌবা ওমদে শিক্ষ দিমা অমগী গুনশিংদগী খুাইদগী অফব-শিতু পুথোবকপা হযাৎনি অচু (হৈবাবা) গ নদি পুক্লিংগী মথো

মুপামচা অমসুং মুপীমচাশিং অসিগী মাযকৈ শুনা চাওখংপা য়াবা শিক্ষাগীদমক্তি মতন্বী পূর্ণমক যাবিবমখৈ থবক্কী মাযকৈদা পূশিনবা যানবা তৌফম থোকই। অতোপ্পা রাতৈদা হাযবগা থবক্কী শিক্ষা অসি হিবম অনিদা কান্নগদবনি অমনা মাগী থবক অদুদগী তম্বগী পৈশা অদু পুবা যানবা ওইগদবনি অনিশুবদা মম্বগী মতোন্দা লৈবিবা মুপা নত্রগা মুপীগী মপুমকাবা গুণ অদু মতাকচানা তোনবা মতেং ওইগদবনি।

শঙ অমসুং খুৎলাইশিংগী মমলাদ ছত্রগী অতোপ্পা লোকপা য়াদে।

লশিং, শানতু অমসু সিক্রী নিযম পুম্বা পুর্শন থোন-জিনবদগী হৌবতুনা, শেদোরপা, মকমন্দোকপা, বাগ্গ, লং নাইবা মচ শঙবা, ককপা যোংখনদা পানবা, অনিতোক্কা শেম্ব মঙ শেম্বা অমসুং ফি শাবা লোনবা তুম, চশাবা, নকপ, লাইশিং ফোংপা, শঙ শাবা, শান্নপোং শাবা, গুর শাব অসিনচিপা অসি চর্নানি ডাই লৈতনা লাযন তম্বা যাবা অমসু পৈশা কচ চদনা পাইবা যাবা ওারনি

প্রাথমিক শিক্ষা ( প্র ইমারী এডুকেশন ) অসিনা মুপাচা মুপী-মচাশি বু মখোয়গী তেনবা তানবসি ষ্টেটনা যাববা মাখোযনা হৈবা থবক্কা তৌগদবনি। মখোযগী পোথোকপু অবেম্মা মমলদা ষ্টেটনসু লৈবীবা যাই। ৬

তৌইগুম্বম্বং লৈবাক অমা ওইনদি ঐখোয়গি শিক্ষা অসি য়াম্না থীনা শোংথরি, লৈবাকসিদা শিংথাকম থোকপা লমন অসি মসিগা

(শিক্ষা) মাইকৈদা মপোক অসিদদি ঐখোয়না ৈপশাগী মখা পোন্দুনা লৈবনদি শিংবা ঊমলরোই। শেৎগৎ-শাগৎপগা ইঙ্গুং মাঙজসনু ঐদি থোনা ফনা হাযনিংই, শিক্ষা অসি মতোমতা হিংজগা ( শেলগী মরমদা ) ওইগদবনি। শিক্ষা হাযবগা ঐনা লৌরিবদি, অঙাং অমসুং মী অমদগী থুাইদগা ফবা [ গুন ] শিংবু পুথোকপনি হকচাং, পুক্নিং, থোনা গী মবানা। মযেক চংপা হাযবসিদি শিক্ষাগী অরেয়বা নত্তে হৌবসু নত্তে। মসিদি নুপা নুপীশ না শিক্ষা ফ ননবগী উপাই অমনি। মযেক ইবা পাবা অসিদি শিক্ষা নত্তে। মবম অসিনা ঐদি অঙাং অমগী শিক্ষা পীবদা খুৎ শাগ থবক অমা হান্না তম্বীবগা হৌগনি মচুনা হেন্দহৌবা নিকুপতগী [ ৈপশা ] তানবা ঙমগদবা ওইবা। অসুম্না স্কুল খুদমক মশানা যোকচবা ওইগদবনি।

অসি গুম্বা শিক্ষা অসিগী মগ ওদা পুরুং অমসুং আম্বাগী খুাই-দগী চাওখৎপা অতু ওইগনি হাযনা ঐনা লৌই। খুৎ-শাগ থবক অসি গুম্নগী শিজিন্নবগা মওংতমক তম্বাবোহদবনি যাম্না কুপ্না যেং-শিনবা মওংদা অমদ মথং নমাও নাইগা মওংদা তম্বাগদবনি, মরমদি, অঙাং অতুনা নিযম খুদি গী করম্নবো কবিগীনো হাযবসি খঙগদ-বনি। মসি থাজবা অমা যাওদনা ঐনা হেক ইবা নত্তে, মসিগী (প্রমানগুম্বা) থেংনকবশিং লৈ। পথাপ অসি লং নাইবগী থবক তম্বীবদদি [ শিম্মাশিংদা ] তত্তনা পাম্লি। নিযম অসিদা ঐ ইশাসু সেগুল শাবা অমসুং লং নাইবা ফনা কাম্নবা তমলকখি। মসিদা ভুগোল ইতিহাসকা ব্রা চঙদবা নত্তে। ঐনা থেংনবদদি, মসিদি চান্দগী থোকপা ব্রাহৈনা লাযনা থংহন্দুনা তম্বাবা য়াই। মওং অসিদা পাবা

অমসুং ইবগা লোয়ননা ভম্বদগী শরুক তরা হেন্না কান্নে। লাইরিক ময়েক্তি ছাত্র অতুনা চুজাক্কা চকগা খেন্নবা খংলবা মতমদা অমসুং মহাও মশক খংলবতদা তম্বীগদবনি। মসি অনৌবা রা (পুখৎলক্লিবা) অমা ওইনা তৌরবসু মসিনা যাম্না হেন্না হোৎনবদগী কল্লি অমসুং চহী অমদা তম্বা ওম্মী মতম হেন্না চংগদবত্থু। হাযবদি মাযকৈ খুদিংদা কান্নবা [থুজিনবা] ফংগনি ছ.ত্র.শ.না চুম্মী, অক্কদি খুং-শাগী থবক তম্লিনৈদা তমগনি।

প্র ইমাবী এডুকেশন অসি ঐগী রাখল মতুংইন্নদি হৌজিক্কা (মেট্রিক্ক) লেশন, অসিগা চপ মান্নবা ঐনা পামই। ইংলিশকী হিবম-দদি রাৎচসন্নু। কোলেজগী ছাত্র পূম্নমক অসিনা খঙ্গৌদনা জ্ঞান পূম্বা কাওথোক্লবদি অমাংবা থবদি থোক্কনি মতু কোলেজ তম্বা লাক্ক থরগা তনি অতুবু কোটি তবাগা অকোযবদা লৈবিবা অমম্বা [ লাইবিক হৈতবনা ] ' অসিগা চাংদম্নবদি মতু কবিস্থ লৈতবগুম্মী। হবা পাবা হৈতবগী মরমদা থিবা অসিদি মীচমগী পংলিযা অসিগা চানবা মওংগী খুৎথি নত্তে।

ঐনা কলেজগী শিক্ষা অসি হো দোক্কনি অমসুং মসিবু জাতিগী দরকাব ওইবা হিবমশিংগা মবি লৈনহনগনি। মেকানিকেল ওইবা হিরমগী অমসুং ইঞ্জিনিয়ারগী ডিগ্রেশিং লৈগনি। মখোয অসি ইণ্ডষ্ট্রিজশিংগা মরি লৈনহনগনি মখোয়গী মমল পীবা ওন্নবা। টাটাগী (ইণ্ডষ্ট্রিজ) অসি অসুম্না ষ্টেটনা য়েংশিল্লবা কলেজ অমা থমগদবনি ট্রেনিং পীনবগীদমক্তা, কল-কারখানাগী কাংবুনশু মখোয়না দরকার ওইবা মীওইশিংগী ট্রেনিং কলেজ থমগদবনি। হৌজিক আর্টিস,

মেডিসিন (ডাক্তর তম্নবা) এগ্রিকলচর (লৌ-উবা) অসি লেমহৌরি। আর্টস কলেজ কযা (লম্নাইগী) মতোমতা হিংবা ঙমলি। ষ্টেটনা মশাগী আর্টস কলেজ চলাইবা তোকপা য়ারে। মেডিকেল কলেজ-শিং অসি য়ানরবা (সর্টিফাইড) লাইয়েংশঙশিংদা হাপচিনগদবনি। মখোয়দি পৈশা পাযবা মীওইগা চান্নবনিনা মখোয়গী মতেং লৌবা য়াই। এগ্রিকলচব কলেজ অসিসু মতোমতা হিংজফম থোকই। ঐনা এগ্রিকলচব গ্রেজুয়েট খবা থেনবে যাম্না মু ঙাইতবা মওংদা মখোযগী থোইদোক হেন্দোকপা জ্ঞান লৈ। অদুবু খুৎথেংননা থবক তৌবগী লৌশিং অদুদি যাউদে। মখোয়না মথন্ত হিংজবা লৌবুকশিংদা তম্নকপা ওইবম্নবদি মখোযগী ডিগ্রী ফংলবা মতুংদা অমুক চাং যেংবা চংলবোই মতুদি মখোযবু থবক পীবিবশিংনা খরচ তৌবতাবা। ৭

অচুম্বা (মতিকচাবা) ওজা পীহুনা ঐখোযগী অহা শিংবু থবক শুবগী মগুন খঙহনগনি মসিবু মখোযনা শুদ্ধি হেনগংপদা চংবা মক ওইবা শকক্লি হাযবা খঙহনগনি। মখোযগী থবক্তা ট্রেনিংগী-দমক খুৎশুমন ওইনা পিবসি লৈবাক নীংবগী মওংনি হাযবা তম্বীবনি। ঐনা হাযনীংলিবদি অসিনি খুৎশাগী থবক অসি পোখোক্কীদমক তম্বীবোইদবনি ছাত্রগী বুদ্ধী চাউখৎহন্নবসু ওইগদবনি। অশেংবমকনি ষ্টেটনা চহী ৭তগী ১৪ ফাওবগী অঙাংশিংবু তম্বীবগী থবকসি দাযি লৌববা অমসুং হকচাং অমসুং পুক্লিংবু ট্রেনিং পীববদি পোখোক লৈবা থবক্নি। ওইনা, পব্লিক স্কুলশিং অসি কান্নদবা অমসুং ওজাশিং অসিনা অপংবা ওইগনি, করিগুম্বা মশানা মশা য়োকচবা ঙমদ্রবদি। ৮

হৌজিক ফাওবদি ঐখোয়না অঙাংশিংগী পুক্নিংদা য়াথেংলে মখল শুনা হেক হাপচিনবতমক চথরি মতুংদা মখোয়দা দরি ফাওরিনি কাম চাউখৎলিগনি খনদে। ভোকপগী খেন্নাংও লাওরশি অতুগা হংচা না। নোম্বগী মতেংনা অঙাংশিংবু অচুম্বা শিক্ষা পিনবতা হোৎনরশি, তৌবদি থবক্কী নিয়ম অসিবু মতাইদা লৈবা য়াফম ওইনা লৌ-রোঁইদবনি, খ্বাইদগী মক ওইবা বুদ্ধী চাওখৎনবা লম্বী থানখনগদবনি। ৯

ঐনা (পামলিবা) হায়বিবা স্কুল অসিদা অপা মচাশিং নি হায়স্কুলদা তম্লিবশিংদু লোইনা তমগনি অদুগা ইংলিশতা য়াৎনা, অদুগী মথক্তা শাজেল, ইশৈ, যেকপা অমস্তং থবক [শিনমম] অমদি শোয়-দনা য়াওগনি। ১০

লেম্না অমস্তং তৌদবা যাদবা ওইনা ভারত্তা প্রাইমরী শিক্ষা লৈবা চুম্মী হায়বসিদা ঐস্তু কন্না থাজে। অঙাংশিংবু কাম্নবা থবক তম্বীরগা অমস্তং মতু মখোয়গী পুক্নিং হকচাং অমস্তং আত্মাগী ওইবা গুন কয়া চাওখৎহনবদা শীজিন্নগনি তমচিংবা ঐখোয়না মাস (দরকার) থংলক্কনি হায়না ঐনা লৌই। শিক্ষাগী থবক্তা অর্থনীতি (শেল-থুম)গী য়াবম পুশিল্লক্লবসি অমম্বা (মফম মরা শংদবা) অমস্তং মতমগা চন্নদবনি খনকম কনাস্তু থোক্তে। শেল থুমগী হিরম পানারবা [নিয়ম] অসিদা কারিস্তু চমম্নবা লৈতে। অশেংবা অর্থনীতি অমত্তনা লমচৎকী থাক্তা অকায়বা পূরক্লোই, লমচৎকী থাক অদুনা অশেংনা লৌরবদা অকবা অর্থনীতিস্তু ওইরিবনি। ১১

সহরদা লৈবা অঙাংশিংগীদমক করম্বা থবক্কী শিক্ষা তম্বীবদা খ্বাইদগী চান্নবগে? মসিগীদমক চপচাবা নিয়ম লৈতে। ঐনা ভারতকী

খুঙ্গংশিং অসিবু নৌনা হিংহনবা পাম্মি। ঙসি ঐখোয়গী খুঙ্গংশিং অসিদি শুপ্পগী সহরদা নপ্পা শরুকশিংনি। খুঙ্গংশিং অসিনা লৈরি-বসি সহরশিংনা ওংনবা অমস্তুং মখোয়গী অৱাবদা ৱানা ওইরি। মসি ওইফম থোকপা নত্তে। সহরনা খুঙ্গংদগী লৌরিবা পাঙ্গল অমস্তুং মতেং অসিগীদমক মতৌক চাবা পাউখুম (মতেং) পীফম থোকই হায়বসি খংলবতদা খুঙ্গং অমস্তুং সহর অসিগী অকবা মরী পুরক্কনি। সহরদা লৈবা অভাংশিংনা সমাজগী য়াইফনবা থবক তৌগে হায়রবদি মখোয়না তমলিবা থবক্কী মহৈ অত্থু খুঙ্গংশিংগা নকনা লৈফম থোকই। ঐনা উবদদি, লশিংগী থবক কাপ্পা অমস্তুং খন্দোকপদগী লং ওইনা পুথোকপা ফাও করিমত্তা লৈতবগুম [ লুদবগুম ] খন্দোকপা য়াই। ঙসি ফাওবা লশিং পাম্বী খুঙ্গংদা হৌই কাপ্পা অমস্তুং লং ওইনা শেম্লগা সহরদা ফি ওইনা শাই। থবকশিং অসিগী পরাং ভসি কল কারখানাদা হৌবদগী লোইবা ফাও চথরবদি মতুনা মী, পোং অমস্তুং থবক্কী পাঙ্গল মাংহনবগী অৱাবদু ওই।

প্রাইমারী শিক্ষাবু খুৎশাগী থবক ( লং নাইবা অমস্তুং কার্ড শাবা ) অসিগী মতেংনা পীবা হায়বা অসি সমাজ অসিদা পুরক্কদবা কান্নবা অহোংবশিং য়েংহনা খনখিবনি। মসিনা সহর অমস্তুং খুঙ্গং অনী অসিগী মরী ফগৎহনগনি, সমাজদা লৈরিবা অকিবা অমস্তুং হুগী মশক লৌরবা মরী কয়াবু মাংহনবদা মতেং ওইনরগনি। মসিনা সমাজবু মাংথরকপদগী থিংগনি, লায়রবা অমদি ইনাক খুনবগী খেন্নবা লৈহল্লোই মী খুদিংমক হিংবদা চংগদবা তলব অমস্তুং নীংথা তম্বগী অধিকার ফংহনগনি। মসি পুম্বসি ঈ-নাই তাবগী অকিবা অত্থু

য়াওদনা ওইগনি অমগুং মেশিনগী লৈবাক শেম্বদা চংগদবা য়াম্নবা থরচ অতুস্তু চংহল্লোই। মীরৈবাক্কী পুশিল্লকপা পোৎশিং অতুগা ইরৈ-বাক্কী থুং-শাগী মহৈদগ মখাপোনবা চওদে। থোইদোক হেন্দোকপা মীতগী দরকার ওইবগী মহুত্তা মী পুম্বগী দরকার ওইগনি। অতুবু কনানা হৌদোংদা শবিক শিবিরুনি। সহরগী মীনবু ঐগী না তা-বিগদরা অতুগা ঐগী অসিবু মফম মবাং খংদনা পংলাও লাওবা তাগদরা? মসিগী পাওখুমদি সহরগী শিক্ষাবু মুংশিবা মীওইনা ঐঙোন্দগী হেন্না চুম্না থনফম থোকই। ১২

অসিগুম্বা শিক্ষা অসি পীরবদি থুনমক ইশা ইথন্তা হিংজবা (য়োকচবা ওম্বা) অতুগী কান্নবা মহৈ ফংগনি। মায পাকপগী চাং-য়েংদি ইথন্ত হিংজবা নত্তে মী পুন্নমক নিযম নাইবা থুং-শাগী থবকসিদা য়াওবনি। ইথন্তা হিংজবা ওম্বগী রাশক পীবা ওজা অমত্তা ফাও ঐনা য়ারোই। মসিদি অশেংবা রাফমতুগী মরী লৈবা (মশানা তাবা) রাফমতনি মতুদি ছাত্রশিংনা মাগী শক্তিশিংবু শিজন্নবা ওয়গনি হায়বনি। মুপামচা অমনা পুং ৩ ফমতুনা নিতিগী থবক শুরবদি মাগী দবকার ফাওবদি তাগ্গগনি অতুবু মতুদগী হেন্না মানা বুদ্ধীগী চাওখৎপা ফংগনি। ১৩

লৈবাক অসিগী ফিভম অসিদগী প্রাইমারি শিক্ষা অসিগী না অসি থোরকপনি। মরম অসিনা মসি ফিভম অমশুং মতম অসিগা চান্নফম থোকই। ফিভম (অরাবা) অসিনা ভারতকী থুঙ্গং লিশিং চাতরেং অমসুং মদূদা লৈগা মীওই লাক্ষ কয়া কয়াবু কোল্লি। নওনা মখোয়বু কাওথোকপিরবদি ভাবতপু কাওবনি। ভারতী মাগী সহরদা লৈতে। মাশী মশিং থিওমদ্রবা থুঙ্গংশিংদা মহাক লৈ।

১। মখাগীশিং অসি মরু ওইবা শিকাগী ৱারোলনি। অশেঙবা শিক্ষাদি মতোমতা য়োকচবা ওইগদবনি, হায়বদি শিক্ষা অত্তুনা অরোয়বদা চাদিং পুন্নমক কোন্নবা য়াবা শেল তানগদবনি, হৌদোকপগী শেলদু নত্তনা।

২। মসিদা খুৎ-শাগী থবক (হৈশিংবা) অসি অবোইবা থাক ফাওবা শীজিন্নগদবনি, হায়বদি ছাত্রশিংগী খুৎ অসি মুংথিলগী মতম থরদা ইন্দষ্ট্রীগী থবক্তা হৈশিংনা শিজিন্নগদবনি।

৩। শিক্ষা পুম্বা রাজ্যগী লোল (মমারোল) দা তম্বীগদবনি।

৪। মসিদা সম্প্রদায় (ধর্ম্ম কাংলুপ) গা মতম্বা য়াওবা য়াদে। জগৎকী ওইবা লমচৎ-শাজৎকী মক ওইবা হিরমদি মপুংফানা লৈগনি।

৫। শিক্ষা অসি অঙাংশিং অহলশিং নত্রগা মুপা নত্রগা মুপী নাগাদমক থবক পুন্নমক তম্নীবাশিংগা য়ুনদা কান্নবা [লম্বী] ওইগদবনি।

৬। শিক্ষা ফংলিবা ছাত্র লাক্ষ কয়া অসিনা মাখোয়বু ভারতকী ওইনা খনবা তাবনিনা লৈপাক-লৈবাক্কী মরক্তা খুঙনবা য়াবা লোল অমা তমগদবনি লমদু হিন্দুস্থানীতনা ওইগনি, মসি নাগবী নত্রগা উর্দ্দু ময়েক্তা ইবা য়াই অত্তুনা ছাত্রশিংনা মযেক অনিমক হৈগদবনি।

তম্বীবিবা (হীবম) খুদিংমক মক ওইবা থবক অমগা মরী লৈনগদবনি। চহি ৭ নত্রগা চহী ১০গী অঙাং অমদা নংনা থবক্তা লৌশিং শীনবা হোৎনবদা হৌবকপদা থবক্তা নক্লগা মরী য়াওদবা ৱারোলপুম্বা লৌথোক্কাবনি। অত্তুমা তৌবদগী হান্না খন্দোকখিবা অত্তু অমুক মরী লৈনবা মথন্দা পূরকপা নঙোন্দা লাইনা থোকনি।

অহৌবদা খন্দোক খঙ্গিন তৌবা অসিনা নহাক্কী অমম্তুং ছাত্র অতুগা ইনঙ্গী কেনগনি। লোয়ননা চৎপা য়াবা লাইরিক অমতম্থ ঙসি লৈতে অতুগা নিয়মম্থ লমজিংবা লৈত্রি। অদুনা ঐখোয় পুক্নিংগী তপ্পা চৎপদা তারি। মক ওইবা থবক্তী ওজা অদুনা মাগী অনৌবা য়াখল (হায়বদি হৈনীংবা পোকপা মওং) অদু মাঙহল্লইদবনি। থবক নত্রগা শিনফমগা মবী লৈনবা যাদবা য়বোল ওমা নংনা থেঙন-রবদি মদুদা কোক শাবগী কান্নদে চম্তুং নিংহন্নবা পোল্লোইদবনি। মদু থাদোক্কুনা অনৌবা মবী থম্বা যাবা য়াবোল পাগথৎকদবনি। অতোপ্পা ওজা অমনা হান্নগী য়াবোলদু থক্কা মবী লৈনদ পথোকপা য়াই। অসুম্না অতোপ্পশিংগী ম্থ থেঙনবা কয়া পুনশিল্লগা নঙবু লমজীংনবা লাইরিক ফংগনি মদুনা নংগী ছাত্রশিংদম্থ কান্নগনি।

নংনা হংবা যাই কয়া কুইনা অহান্বদা খন্দোকপগ। পথাপসিদা চৎকদগে। ঐগী পাউখুমদি মতু পুম্স চপ্পগনি। মনৈথদা নংনা থেংনগনি মতুদি অহানবদা খন্দোকখিবা কয়া মতুদা নত্তনা হাপ-চিনখ্রে হায়বা, মতুপুম্বা মতিকচাপা ঙাক্তেন অদুগা অতৈ লোইবা ফাওবদা হাপখিত্রবা য়াবোলশিংদুদি তোপ তোপ্পা মরী লৈনদবনি। মসি ঐগী পুন্সিদা থেংনখ্রবা অমানি। থবক কয়া কয়া ঐনা তৌবা ঙম্নমলোই কবিগুম্বা মদুগুম্বা থবক কয়া ঐনা খন্দোকখিদবা ওই-রম্নবদি।

ঐখোয়গী শিক্ষা প্রনালী অসি হোংদোকপা তাই। কোকপু খুৎনা ট্রেন তৌবা তাই ঐনা কবি অমা ওইরম্নবদি খুৎশা মঙাগী তৌবগুম্বা কয়াগী কবিতা ইরমগনি নংনা পুক্নিংনা লৌরে—

করিগী খল্লি খো' খুৎপু করিস্ত কান্নদ্দনি করিগী লৌরি ? খুৎপু তম্বীদবা মখোয় অদুনা শুপ্পগী ময়ামগী শিক্ষাগী পথাপতা লাক্লগা যেংবদদি মাখোযগী পুন্সিদা শুব রাৎলে। মখোয়গা শক্তিশিংদু মপুং ফানা তম্বি দ্রে। কোক অসি রাইৈ তাবতদা চোকথবে অদুগা অঙাং অদুগী পুক্নিংদু মফম মবাং খংদনা হৌবে। খুৎনা তৌইৈদবা তৌবে, মীৎনা যেইৈদবা যেংলে নাকোনা তাইৈদবা তাবে ম গাদি তৌগা, উবা তাবা অসি কান্নকন লৈরাব্রে, করি তৌগনি ? চুম্না খন্দোকপা হৈনবা পাবাদৃদি মখোযনা তম্বিদ্রে অদুনা শিক্ষা অদু মখোয়গী মা নবা ওইরে। অকবা-ফত্তবা খন্দোক খঙ্গিন তম্বীদ্রবা অমসুং অমনা লৌশিনগদবনি অমনা থাদোক্কদবনি তম্বিদ্রবা শিক্ষাদৃদি শেবাম্নগনি।

থাযনগী রাখলদি খুৎশাগী থবক অমা স্কুলশিংগী চৎনবিবা মযামগী শিক্ষাগী হিবম অসিদা হাপচিনবনি। শিক্ষাদগী পুনভোং তোঙান্না খুৎনা থবক অদু তম্ববনি হাযরিবসি। ঐভোন্দদি হায-রিবসি যাম্না লাল্লি। ওজা অদুনা থবক অদু তমগদবনি অমসুং জ্ঞান অদু থবক্কা মবী থম্নবা হোৎনগদবনি। অদু ওইরবদি অখন্নবা থবক অদুগী মরি দা ছাত্রদবু জ্ঞান পিবা ঙমগনি।

লং নাইবগী খুদম লৌশি। গজ কয়া লংগা তবেংদা ঐনা পুখোকখ্রবগে নত্রগা অকক্লবা মকোয় কয়া মসিনা লৈরবগে নত্রগা লং কয়া নাইখ্রবগে হাযবসি অঙ্ক হৈত্রগদি হায়বা ঙমলোই। ঐনা মদু ঙম্নবা ময়েক তম্বা তাই তিনশিনবা থাইদোকপা অমসুং পুরিবা য়েন্নবসু তম্বা তাই। অরুবা অঙ্কগীদমক্তা খুদম কয়া শীজন্নবা তাই

অসুম্না অলজত্রা তমগনি। মতাং অসিদসু ঐদি হিন্দুস্থানী ময়েক শিজিন্নবগীদমক হায়গনি রোমন ময়েক্কী মহুত্তা।

মথংদা জ্যামিত্রী লৌশি। তবেংগী অকোয়বা (পুখম মানবা অতু ওইরবসু) অতুদগী হেন্না যনা সার্কলগী প্রমাণ করি লৈ। ঐদি সার্কলগী পাবা অসি অসুম্না লাযনা তম্বীগনি ইউক্লিডসকী মীংফাও পঞ্জরোই।

নহাক্না অমুক হংবীবা যাই মাতুদি লং নাইবগী মতেংনা করম্না ইতিহাস অমসুং ভুগোল তম্বীগনি। মতম খবগী মমাংদা ঐনা 'কোটন—ডি স্তোবিওস ম্যান কাইগু' হায়বা লাইরিক অমা থেংনখি। ঐঙোন্দা মসি পানখি। মসি অঙকপনা থন্নবা ব্নারী অমগুমখি। মমাংঙৈগী ইতিহাস করম্না অমসুং কদাযদা ইহান হান্না হৌরম্বগে মসিনা মথং মথং চাওখৎলকপগী ব্না অমসু, লৈবাক অমগা লৈবাক অমগা লশীংগী কাববার তৌবগী ব্না অসিনচিংবা। ঐনা অঙাং অমদা লম কযাগী ব্না পনগনি মতম অতুদা লম অতুগী ইতিহাস অমসুং ভুগোলগী মবমদা খরদি শোযদনা ঐনা পনগনি। করম্বা নিংথৌগী হাক্তক্তা লন্নোন ইতিক্কী যানবা ব্নাবোল লেপ্পখিবগে? করিগীদমক্তা লৈবাক খরনা লশীং মপান্দগী লৌবা তাবিবনো অতোপ্পা লৈবাক্না করিগী ফি ওইনা? লৈবাক পুম্বানা মখোযগী চংগদবা য়েংহুনা লশীং করিগী থাবা য়াত্রিবনো? মতুনা ঐবু অর্থ শাস্ত্র অমসুং লৌউ শিংউবদা পুখিগনি। ঐনা মঙোন্দা তম্বীগনি মতুদি করম্বা মখলগী লশীংনা করম্বা লৈগাও চেনবা লমদা হৌই করম্না হৌহনগনি অমসুং কদাযদগী ফংগনি। অসুম্না তরেংগী লং নাইবগী ব্নানা ঐবু ইষ্ট

ইণ্ডিয়া কম্পানিগী চাউরবা ব্রারিত্বুদা পুখি, করিনা মখোয়বু পুরক-খিবনো, মখোয়না মতৌ কবম্না ঐখোয়গী লং নাইবগী থবক অসি থুগায়খি— শেলগা মিহৌবা অত্থদগী মথংদা রাজনীতিগী অপাম্বা কয়া কবম্না পোকখিবা, মসিনা করম্না মোগল অমস্থং মরাঠাশিংগী লৈখা তাখিনবগী মবম ওইখি—অঙ্গ্রেজগী লৈ-ঙাকপা হৌবকপা অমস্থং ঐখোযগী মীচম পুম্বনা হৌগৎলকপা পুম্নমক অসি লাকই। অনৌবা শিক্ষা প্রনালী অসিদা ওইবা য়াবা শিক্ষাগী অবোইবা লৈতে। অমস্থং কয়া থুনা পুক্লিংদা অন্নাবা পীক্ক-দনা অমস্থং নাংশি নবা হোৎনদনা অচাং অত্থনা পুম্নমকসি তমগবা।

ব্রাখল অসিবু খবগা শন্দোক্লা চংযক্লগে। জীব বীজ্ঞান নৈনবা মী (বাইওলোজিষ্ট) অমনা অথবা বাইওলোজিষ্ট অমা ওইগে হায়রবদি বাইওলোজিদা নক্তনা সংন্স অতৈ কযাসু তম্বা তাবনি, বাইওলো-জিবু সাইন্স অমগুম ওইনা হাযববদি ইবোং কযাগী ইতীম্নকম ওইবা ইচেল ওইহনগদবনি। ছত্রগী খুদম অত্থু শন্দোকপা তারবদি ছাত্র নত্রগা ওজা অত্থনা থবক নিযম মুন্না খঙবদগী হেন্দোক্কুনা থবক অতৈ কযাগী অমস্থং হিবম কযাগী বাবোল তরেংগী মরী লৈননা খংবা তাবনি। তক্রী অসি কবিগী পৃথাইগী অকোযবা (কোকাই) ১দগী যোৎচৈ অমা থিন্দোবক্লগা শেম্লবনা মথন্ত হংজবা য়াই। অহানবগী তক্রীত্থুগী অবোযবা কাকি অত্থদি কৈনোমা তৌত্থনা লৈবম্নবনি। মমা তৈগী ... থা ... অমস্থ ন নত্রগা লৈবাক্লী কোকাই অমা যাওই। ... মতমদা মচৈ অত্থনা য়োৎনা অত্থগা কোকাইনা পৃথা ... বিনদো -মসিগী মরম লৈ।

মচু মহাক্না পুথোক্কদবনি। ওজা অতুনা মথন্তা হংজগদবনি মদূদি ক্লোকাই অদুনা অরেপ্পা অকোযবা অদুখক্তা ওইবা তাবিবা করিগীনো হেনক্সু য়াদবা বাৎপসু য়াদবা। মহাক্না ব্রাহংশিং অসিবু মপূংফানা পাউখুম পীরবা অদুগা থবক পুম্বসিবু অঙ্কগী মীৎযেংদা যেংলবা মতমচুদা ছাত্রশিংনা অফবা ইঙ্গিনিযাব ওইগনি। তন্না অসি মাগী-দমক্তদি কামধেনু—'মরা, কাযবা ষণবা' ওইববনি। অসিগুম্বা লম্বীদা ফংবা য়াবা জ্ঞানগী ওমখৈ লৈতে। নংগী পাঙ্গল অমম্তুং থবক্তা লুপ্লবা পূক্লিং অদৃতনা মসিবু ওমখৈ নাইবা ওইহনগনি। নংনা থবক অসিবু পূক্লিং চংনা হোৎনবিববদি মতম অসি কান্ননা লেনবা যাগনি, অদুগা নথন্তা হায়জরক্কনি "পাংবা নত্রগা শিবা"। ল-নাইবগী মরমদা শন্দোক্লিবা অসি ঐনা মসিবু খংজৈ অদুনান। ঐনা ঙাওবা অমা ওইরল্লবদি পূন্নমক অসে ঙাওবগী মতে না তম্বীগনি, কার্ডবোর্ড শাবা ওইরল্লগনা কার্ডবোর্ডকী মতেংনা।

ঐথোয়না দরকার ওইবিবসি লাইব্রিক হৈবা মা মশাগী ওইবা গুণ লৈবা, থৌনা লৈবা মখোযদুনা নুমিৎ খুদিং ছাত্রশিংবু করি তম্বীগদগে খনবিগদবা অসিনি। চংদবা যাদবা লাইব্রিকশিং পারগা ওজাশিংনা জ্ঞান হেক ফংলোই। ওজা মশামক অতুনা যেংশিনবা ১সুং ব্রাখল শীজম্নবা চংই থবক্কী মতেং লৌতুনা মাগী চিনমক্না ছাত্রদা জ্ঞান হাপ্পা তাবনি। মসি শিক্ষা প্রনালীদা অহোংবা পুরকপগী বানি। হুজিক কাওবদি মহাকপূ ইন্সপেক্টবগী রিপোর্টনা লমজিংলি। ইন্স-পেক্টরনা পামগদবহু নহাকসু তৌনাংলি মতুনা স্কুলগীদমক্তা নত্রগা নশাগী তলব হেন্নবগীদমক ওইংগনি। অদুবু অনৌবা ওজানদি মদু

পুম্বু খনবিরে। মানা হাযগনি "ঐনা ইথৌ তৌরে, ছাত্রবু হেন্না মী ওইহন্নবা ঐগা লৈজবা পুম্বা শিজন্নরবনি। মসিনা ঐগীদি ওক্লে"। ১৫

শিক্ষা অসি থুঙ্গংগা অঙাংশিংবু তমজনিংঙাই ওইবা থুঙ্গংগী মী ওইহন্নবনি। মাস মরু ওইনা মখোযগাদমক্তা শেম্নবনি। আশা অসি থুঙ্গংগী মাওইশিংদগা ( উবদগী , ফংখি। স্বরাজবু মওং তানা শেমগৎপা পাম্নিবা কঙ্গেসকা মাওইনা অঙা শিংবু থৌশাদবা য়াদে। ইশানা খংহৌদনা ( ওইবা যাই ) বিদেশী শিক্ষা অসি অঙাংশিংদা হৌকরে। অমুম্না প্রাথমিক শিক্ষা অসি লাম্না-লান্না থুঙ্কংনা শেম্বা ভারতকী চংগদবা য়েংদনা পীথ্রবনি, মসি সহরগীদমকস্ত অরানবা ( শিক্ষা ) মওইরি। মরু ওইবা শিক্ষা হাযবসিদি থুঙ্গংগী অমসুং সহরগী চপ মান্ননা খ্বাইদগ ফবা (পুন্সি) অমসুং খ্বাইদগী মরা চেৎকদবা পোৎকা মরা লৈনগদবনি। মসিনা হকচাং অমসুং পুক্লিং চাউখৎহল্লি অমসুং অঙাং অদুবু লৈবাক অসিগা অমত্তা ওইহল্লি, মখোয়গী স্কুলগী পুন্সি হেক হৌদগ তুংগী লংলবা মীৎয়েং (আশা) মদুদা মখোয় থুদিংনা শরুক লৌবা তাবা অসি পুম্বা মসিনা (শিক্ষানা) পোকহল্লি। ১৬

অধ্যায় ১৪

# এগ্রিকলচর এণ্ড কেটল ৱেলফেয়ার

## ( লৌউ-শিংউবা অমসুং শা-ষন য়োকথৎপা )

## লৌমী

ঐখোয়গী থুঙংশিং অসি লৌউবা অমসুং শম্পোক খোইনবা শা ষণ য়োকপগী মখা পোল্লি। মসিগী মবীদা ঐদি করিস্তু খংদবগুম্মী মরমদি ঐ ইশানা থেংনকদ্রি থুঙং অমত্তসু লৌ-উদবা অমসুং ষণ য়োক্তবা লৈতে। ইরোই অসিদি কোনকান অমসুং লম খবদা নত্তনদি লৌ-উবগীদমক শিজন্নদে। ঐখোযগীদা থবক তৌবিবশিংনা শাসনগী লন অসিগীদমক মিৎযেং অক্লুপ্পা চ ফম থোকই, ঐখোযনা লন অসিবু মওং চানা শিজিন্নদ্রবদি ভাবত অসি মাংথবক্লগনি অমসুং ঐখোয়স্ম মাংলগনি। নোংচুপকী মতৌগুম ঐখোযস্তু অসিগুম্বা জীবশিং অসিবু অর্থ নৈতিক খুদোং চাহন্দবা পোৎনি লৌবগনি, অস্তুন্না মখোয়বু হাত্তোকপা নত্তনা অতোপ্পা খন্নিংডাই লৈবরোই। ১

লৌ-উবনা শোয়বা নায়দ্রবা অমসুং য়োকপী থাকপিবগী মতেং পাংলি হায়বসি হেক হৌবদগা ঐনা থাজরক্লবনি। ঐখোয়না মসি পারখৎলগা য়েংশি, কয়াম লাপ্পা ঐখোয়না মসিগী লোয়ননা চৎপা তম্বগে মসিবু খ্বাইদগী মরু ওইনা খল্লগা। করিগুম্বা ঐখোয়গী নহারোল খরনা থাদীগী থবক তৌবগী মহুত্তা লৌ-শিংউবগী মরমদা হৈখোই-শিংখোইনা থবক তৌরবদি ঐ করিস্তু মুংঙাইতবা তৌরোই।

চানবগীদমক নোম্বা হাযবসি অহিংসা ভাক্কা চৎপা, অচুম্ববু পুজা তৌবা অমসূং ব্রহ্মচার্য্য পালন তৌবা মীগীদি য়াম্না কান্নবা পোৎনি। থবক অসি লৌউ-শীংউতগা তশেংনা লৈনবা য়াই। অদুবু মতম অসিদা কনামক্তসু মসিবু লৌনবা থৌবাং তৌদে। মরম অসিনা লৌ-উবা মসিবু আদর্শনি লৌরবসু লৈবাক তৌদুনা নোম্বা পাম্ন-দবনিনা মী অমনা লং নাইবা নত্রগা ফিৎশাবা, উ শুবা নত্রগা যোৎ-শুবা যাই। ৪

চহী থবগী মমাংদনি ঐনা লৌউবা মীবু পৃথিবীগী মপানি হাযনা ইবা কবিতা অমা পাখি। ঈশ্বরনা পীবা মী ওইরবদি লৌ-উবনা মাগী খুৎনি। মডোন্দা তোঙ্লিনা লমন অসি লোকুবা ঐখোয়না করি তৌবা ভাবগে। অস্থক কুইবা অসি মহাক্কী পিশুমগী হুমাংগী মথা ঐখোযনা পোল্লকলি। লৈবাক শুবগী থবক হৌগৎপা চুম্লবদি অতুবু ঐখোয়দি ডম্নত্রি। লাল্লিবসি শরুক খরদদি ঐশ্বনি।

লৈঙাক শক্তি হেক পাযত্রিবমখে লৌউ-শীংউ শেমগৎপা ওম্নোই হাযবা মীওই যাওখি। এলেক্ট্রিসিটি অমসুং ষ্টিম শিজিন্নহুনা যাম্না চাওনা ইণ্ডষ্ট্রিলাইজেশন তোতুনা চাওথৎহনবা লৌউ-শীংউ অতুনি মখোয়না মঙ মংলিবা। হায, অমুক থুনা হল্লক্লবগী ফিবমদা য়োনবা অসি মাংনিংভাইনি রাখল থেনবা নীতিনি। মসিনা লৈবাক্কী লৈহাও মাংহনবদা মতাগনি। ফববা লৈবাক অসিনা মী অমগী চানবা তান্নবগীদনক পীশুমগী হুমাং।

মী কয়ানা থৌওং অসি তপমল্লী অমসুং চাউখৎলোয হায়হুনা আলোচনা তৌই। ঐস্য খুদক্কা কংবা য়াবা পোৎনি হায়না লৌদে।

অহুবু মসিনা লৈহাও অমস্থং লৈরিবা মীওইশিংবু মরাং কায়হন্নবগী পান্থৈ অমনি হাযবতনি। হকচাং ফজনগী অমস্থং কান্নবা চিঙ্গাক অসি খুঙ্গংগী মীওইশিংগীদি তাহৌবা অমস্থং অরোয়বনি। লৌমীচুম্মী শেল অসি অর্থনীতিগী অঙানবদা চানবগীতা ওইনগনি। অতৈ পুম্বদি তুংদা লাকই। লৈবাক ৎৌবা মাবুতা হান্ন পুক থলহনখিশি। মানা শা-ঙা চাবা ওন্নবদি ঙানৌবা অশেংবা শঙ্গোম ঘী অমস্থং থাউ য়েকম ঙা অমস্থং শা মবা, কান্ননা ফজনন্নু। ফি ফজবনা করি তৌগদৌরিবনো মাগী চিঙ্গদনবু কক্তবদা! থকনবা ঈশিং পীবা অমস্থ অতৈ পোৎদনক্কি মতুংদা লাকনি। অসিগুম্বা থাহং অসি থনবদা শোযদনা শেলথুমগী মতাংদা লৌ খোইনবা ষণ ইরোই শিজন্নবা ত্রেক্তবগী মতুম্না অমস্থং পারার ইরিগেসন (বিজ্ঞানগী মতেংনা ঈশীং চাইবা) অস্থুম্না মতেক ওইনা মাখোয়গী মাংদা খুঙ্গংগী অর্থনীতিগী দৃশ্য অমা লাকনি। দৃশ্য অসিদা সহবশিং অসি মাখোয়গী মশাগী ওইফম থোকপা ফিভম অদৃ ওইগনি অস্বভাবিক ওইহুনা হুজিক্কী শাসকশিংগী হকচাংদা অপোম অতং লৈবিবসে লৈরোই। ঐখোই ঙসিদি ইশাগী খুৎ-পু কাওথোকপগী খুদোং থিবদা তাহুনা লৈবে। লৈবাক কণন্না তৌগদগে লৈহাও কবম চেলহনগদগে কাও-থোকপসিদি ঐখোয ইশাবু কাওথোকপনি। নহক্কী মন্ত্রাগী ফম অহু মহয খবতবু সেবা তৌবগা মপুংফানা যেকপা য়াগনি হায়রবদি নঙনা ভাবতপু খুঙ্গং ৭,০০,০০০ না শেম্বা লৈবাক্কি হায়বসি কাও-থোকনি। মুপা অমনা পৃথিবীবু জয় তৌরগা মহাক মশাদি লালদা শিখ্রবদি করি কান্নবা ফংলিবগে। ৫

নঙনা ভারতকী লৌমিশিংদা ৱাৱী শাবা মতমদা মখোয়গী লৌশিং (বুদ্ধি) অহু থেংনগনি। মওং থীরবা মপাম্মোংগী ফিভম অহুনী মনুংদা থেংনগনি অধ্যাত্মিকতা ঐনা মসিবু সংস্কৃতি কৌই মসি নোংচুপতদা য় লোই। ইউরোপকী লৌমা অমগা নংগা ৱারী শারবদি মহাক অধ্যাত্মিকী ৱাফমদা হৈনবা পোক্তে হায়বা নংনা খঙগনি। ৬

ভারতকী খুঙংগী মীয়া ৱাফমদি, কুইরবা থাইনগী সংস্কৃতি অমা মপানগী চাওখত্তা মনবা মখুমনা কুপ্পুনা লোৎলি। মপানগী মখুম লৌথোকখ্রা, মাগী লমথবদি অহুম লৌথোকখ্রা অমম্মু মাগী লাইবিক লাইশু হৈত্রবম্ম লৌথোকখ্রা অহু ওইরবদি নংনা চাউখৎলবা ঙন ভারবা অংম্ম নাত্থ প্রজা অমগী মও ফংগনি ৭

ঐখোয়না মখোয়দা নত্তা হঙত অমা শেনবু করম্না হৈনা (লিঙ্গ) শিজিন্নদগে হয়বা তৌরাগনি পাইওনল কটানা ঐখোয়গী খুঙ শিবু অমা-অশোয় মীপম্মা হায়বম্মা। ঐখোয়না মাশ থোক্তুনা তমজান ওত খুঙ ওইহনগদবনি। অশেংবা মুশিং অমম্মুং অতেকপা মনামশিনা কোয়শিল্লম্মু ঐখোয়গী খুঙংগা মী-ওইশিংদি অশেংবা মুশিং চানদে অমম্মু অতেকপা মনামশাং চাবা ফংদে। মতাং অসিদা চিঙ্গাক। মবমদদি ঐ প্রচারক অমগুম ৱা ডাংলি-বনি মবমদি ঐগী প্রচারদি খুঙংগী কজববা পোৎ অমা ওইহনবনি। ৮

ঐখোয়না অহুম লোবা খুদোংথিবা থরা লৌমাগী মরক্তুগী শেংদোকপা তাই (১) তে বাংনহুনা শেনশাবা ঈশিং থোংনা লু-নানবা মতৌ ৱাৎলিবা (২) মতৌক চাদবা চিঙ্গাক (৩) হৈনীংদবা মতৌ

(তনবা)···মখোয়গী চাওখৎচনবগী হিরমদা মখোয় হৈনীংবা পোক্কে। হৌজিক্কী মতমগী ঈশিং-খোংগী নিয়ম অসি মখোয় হৈনদে। মখোয়গী লৌ-খোইবা নত্রগা অতোপ্পা তক্তনা শিজিন্নবা থবক অত্থুদগী হেন্দোকপা খরতম্থ তৌবা পামদে। মসিগুম্বা খুদোংথিবশিং অসি অংশ বনি অমসুং কিনীংঙাইনি। অথুবু মখোয়না ঐখোয়বু কিহনবদি য়াদে। ঐখোয়গী প্রচার অসিদা ঐখোয়না মাঙবা নাইত্রবা থাজবা থমগদবনি। মীচম প্রজাগী মফমদা ঐখোয়দি খাঙবা কনবা তাবনি। খুঙ্গংগী থবকশিংগী হীরমদদি ঐখোয় নৌনা তমখৎলীবনি। লায়না কয়না ঐখোয়গসু লোয়নবা তাবনি। থাঙবা কনবা অমসুং উইন কনগা লৈবকতদা চংজাওগুম্নবা অরাবা কয়া লানগদবনি। ফরা চুম্নরোইদবা অনাবনি হায়রবদসু অনাবশিংবু থাদোকপা য়াদ্রগা নর্শ শংগুহনি ঐখোয়দি। ৯

খুাইদগী চাউবা শিক্ষাদি নিয়ম নাইনা অমসুং কান্নবা য়েংহনা থবক তৌবা মীচমশিংবু তঙ্গবনি, চহী চপগী ওইনা মওং অসি লৌ উবদা খঙদে ইণ্ডিয়া শঙদে চখৎহনগদবনি। ১০

খুঙ্গংগী মীওইশিংগী মরক্তা উরিবা চাওখত্তবা মতৌ অমসুং থন্নরিবা মখোয়গী থাক অসি নত্তনদি, মীওইবগী অফবা গুণ পুম্বগী মরমদদি মখোয় অতোপ্পা পৃথিবীগী খুঙ্গংগী মীওইগা চাওথোক্না চাংদম্নগা য়াই। প্রমান কয়াদি লমকোয়বা মীওইশিং হুয়েনশাংগী মতমদগী হৌজিক ফাওবদা পীনরমলি। মখোয়গী অরোনবা কাচিন্দা উরিবা চাউখৎপা মতৌ (সংস্কৃতি), লায়রবশিংগী

ময়ুমদা ফংলিবা কলা অঁমদি মখোয়না থবক শু-নোম্বদা লোয়ন-রিবা খাওবা কনবা পূম্বসে মৈহৌরোলদগী মখোয়বু পুল্লক্রবা থর্ম্মননি। ১১

লৌমী লম লৈজ্জদনা খুৎনেক্তা শুবা নত্রগা লমগী মপু ওইনা লৌ উবা ওইবা য়াই মাসিনা খ্বাইগী মাংদা লাকই। থুমনা লৈবাক্কী ওইবগুম মাদি লৈবাক্কীনি (লৌবুক্কীনি) থবক য়াওদবা জমীন্দারনা লোগী অশেংবা মপু নত্তে। অত্থুবু অহিংসা চংপা লম্বী দদি মখোয়না থবক শুদবা জমীন্দারশিংবু নমত্থনা তাম্থোরকপদি য়াদে। জমীন্দারনা মাবু ওৎপা য়াদনবা মওংদা মানা থবক শুবা তাই। লৌমীগী মরক্তা খ্বাইদগী চেৎলবা তেংবাংনবা (অমত্ত ওইবা) দরকার ওই। মসিগী মায়কৈদা অখন্নবা অপুনবা মরুপ নত্রগা কমিটি চংই হান্না লৈত্রিবা মফমদা মসি হৌবা চংই লৈরবা জগাদা শেমদোকপা চংই। লৌমী অসিনা খ্বাইদগী লাইরিক হৈত্তবা কাংবু ওইগল্লি। লাইরিক তম্বগী মতম চারিবা নহা অমস্থং অহল পুম্বা লাইরিক তমহনগদবনি। মুপা মুপী অনীমক্কী য়ানি। মশাগী লৌ লৈজলবশিংগীদি তলব মতীক চানা ফংহনগদবনি মত্থনা মরাং কায়না হিংবা ওম্নবা হায়বদি চাং নাইনা চিঞ্জাক, লৈনবা য়ুম অমস্থং ফি-রোল রাক্তনা ফংবা য়াবা। ১২

ঐদি হায়নিংই ঐখোয়গী গবর্ণর জেনরেল অমস্থং প্রেমিঅর অসি, লৌমীশিংগী মরক্তগী হন্দোকখিগদবনি। ঐনা অত্তাং ওইরি-রিজ্জো ঐনা তমখি মত্থদি লৌমীনা লৈবাক্কী উত্তরাধিকারিনী।

মসি লৈবাকতা থবক শুবা অমসুং পোথোক্কুদগী চাজবা মীওইশিংগী য়ানি। লোমীশিংনা সামান্য জ্ঞান, ইশাগী থৌনা, থুগায়বা য়াত্রবা একতা, অমসুং লৈবাকনচিংবা (চিংনবা য়াউদবা) লৈরবদি মখোয়সু অৱাংবা ফমগী মপুনি। মখোয়না লনগী মপু অশেংবনি মরমদি মখোয়না তানবনি, অদুবু ঐখোয়না মীনাইওম থস্বীবগী ৱাতনি। ঐঙোন্দা হায়নরকথিবা য়াওই মাদুদি হায়র সেক্রেটরিয়েটকী ফম ফাওবদা লোমীনা পুগদবনি। লোমীশিংনা মতীক চারবা অমসুং থবক্কু মতীকচানা পূবা ঙমদোবা লৈরবদি ঐদি য়ারিবনি। অসুম্নবু লোমীনা মাঙদা থানা লাক্কনি হায়রবদি মন্ত্রীশিংগী মরক্তসু মখোয়গী ফমফম থাক্কদবনি হায়গনি।

অধ্যায় ১৫

# লমগী মপু ওইবা

লৌমীবু মাগী লৈপাক (লৌবুক) নত্রগা মাগী ফম থোকপা লম অত্থগী থুমগুম্বনি, লম অত্থদি থবক শুবা যাওদবা লৌবু (মপু) নত্রগা জমীন্দাবগী নত্তে। ১

লম অমসুং লনথুম পুম্বদি শিজীন্নবা মী অত্থগী ওইগনি। অসুক চম্বা রা অসিসু লাইবক থীবদগী থবক শুরিবা কাঙবুনা খঙদ্রে। ২

ঐনা থাজে নংনা উবিবা লৌকম অত্থ নংগী ওইগনি অদুবু মদু খুদক্তা ওইবদি য়ারোই, জমীন্দাবশিংদগী নমদুনা লৌবা য়ারোই। অহিংসা শিদবা লম্বী, নশানা নশাগী শক্তিবু খঙজবা অদুতনি লম্বী। ৩

মপুং ফানা কান্নবা যানবা শিজিন্নবদা চঙবা লম অদুদগী হেন্না কনামত্তনা মশাগী ওইনা থমলোইদবনি। মসিনা কিনিঙাই য়োনা নংবা য়াওরিবসি মখোয়গীনি হায়বা য়াবা লমং লৈজদবননি হায়বসিবু যেৎনবা কনা লৈ?

অত্থবু পেনথোকপা অসি হেকমক থুজিনবদি য়াদে। অহিংসাগী লম্বীদা চত্থবা তারবদি লায়ব-ইনাকথুম্বা মীপুম্বা শিক্ষা ফংবা তাই। ইনাক খুনবশিংবু গাযোক্তা কনানম্ব শক্তী শিজিন্নরক্লোই হায়বসি থাজহনগদবনি। কনানম্ব লায়রবশিংবু মাখোয়গী অপাম্বগী মায়োক্তা করিমত্তা নমত্থনা তৌগল্লোই অমসুং মাখোয়গী নীং-তম্বা

অসি অহিংসাগী কলা হায়বদি ইথক্ত থাঙজবা হায়বসিনা ফংহনগনি হায়বসি মখোয়গী তম্বীগদবনি।

## লৌপু অমসু লৌমী

ঐনা হায়বা ওনই মাতুংদি নখোয়গী লৌপু ওইবগী অধিকার অহু লৌমীদশু চপ মান্নবা নৈ। ৫

শেঙ্গাং পায়বা অমসুং লৌয়াম চাবা মীশিংসিনা মথং-মথং পারোল-পুরোলগী ওইনা মীবু ওৎ-নৈনবদগী কান্নবা লৈ হায়বসি ঐদি থাজদে, নত্রগা মরু ওইবা নত্রগা উতাই চাদ্রবা য়েক্লবগী বাথল ওনা নখোয়গী অমসু মীয়ামগী স্বার্থগী মরক্তা লৈ······হৌজিক দরকা। লৈরিবসি লৌয়াম চাবা মী অমসু শেঙ্গাং পায়বশিংবু মুথৎপা নত্ত্রে, তৌইগুম্বগুম মাখোয়গা মীয়ামগা। হৌজিক লৈনরিবা মরী থরা হেন্না ফংহনা অমসুং মরম শেংনা মংং অমদা শেমগৎপনি দরকার লৈরিবনি। ৬

ঐগী অপাম্বদি নখোয়গী থমোইদা আপীল তৌবা অমসুং নখোয়গী লন্নাইগী মরল-মথুম অহু লৌমীশিংগী থম্বিগা শেঙ্গাও-গুম্বা থম্বীবা অমসুং অহানবদা মাখোয়গী (লৌমীশিংগী য়াইফনব ৗ-দমক শীংডননিঙবা অসোমদা নখোয়বু ওৎহোকপনি। অদুইদা মরম অসিগীদমক ঐনা চেকশিন্নি মাতুংদি কঙ্গ্রেসকী কাঙবুমক্তদা সো-স্যোলিষ্ট পার্টি কৌবা অনৌবা পার্টি অমা লৈরককদৌরি অমসুং পার্টি অদুনা কঙ্গ্রেসপু চেন্নহনা চংশিন্নগা ওনথ্রবদি করি থোক্লগদগে হায়বসি ঐ হায়বা ওনদে। অদুবু ঐনা তশেংনা হায়রি মাতুংদি য়াম্না পুক-চেল শেংনা অমসুং শীঙনবা রাদ্রবা মওঙদা মীয়ামগী অপাম্বদা

ভোট লৌনবা তারবদি, মখোয়না লল্লেবশিংগী মরল পুন্বা মুনবগী-দমক্তা ওইনা মীয়ামত্বনা ভোট খক পীরক্লোই। ইনাক খুনবগা থবক শূবা মীগা অমস্থং লৌয়াম চাবগা লাঙ্গোন য়ানফমগা পুল্লা মরী লৈনননা থবক শূমিন্নবা ঐনা হোংনরি। ৭

অতুবু ঐনা রাবকপা রাহয অমা শোয়দনা হায়দোকপা তাই। ঐনা মিলগী মপুশিং তত্তনা হাযখে মাত্বদি মখোয় মিলশিংগী তোপ-তোপ্পা মপুন ওইবা নত্তে অমস্থং থবক শূরিবা মীয়াম অত্বস্থ মপু ওইবগী মান্নবা শরুক ফংগদবনি। লম্বাসিনক্তদনি, ঐনা নখোয়দা হায়নিংলিবা মাত্বদি লৌগা মপু ওইবসিস্থ নখোয়গী অধিকারত্বগা চপ মান্ননা লৌ উবিবা মত্বমস্থ লৈ অমস্থ পৈশা অতোংবশিংত্ব নখোয়না অকে অমৌদা নত্রগা ননি। তম্না শীজিন্নফম চাদবদা চাদিং পংতৌ তৌথকপা বারোই, লৌ উরিবা মীশিংদুগী মুংঙাই-য়াইফ-নবদা শোযদনা শীজিন্নগদবনি (অমুক্ত নখোয়গী লাঙ্গোল-য়ানফম-শিংদুনা নখোয়গা য়াম্না নক্লগা মরী মতাগুম থনবিউ অমস্থং ইমুং অমত্তগী মীগুম্বা মখোয়গী স্বার্থস্থ ঙাকপিউ করিগুম্বদা নখোয়গী নখুত্তা মখোয়গী অন্নাবা তানিংঙাই লৈতে হায়নি হেক ভাব তাখিবদা, নখোযগী মখোয়গগী মরক্তা য়েংনবা খঙনবা অমস্থং ক্লাস রার হায়দুনা কাংবু নাইনা খংনবদু অমুক লৈরবোই। ৮

ঐদি জমিদারবু মাং তাকহনবসি পামদে, অত্তগা জমিদারসি লৈতবা ইয়া য়াদবনি হায়বসিস্থ ঐদি খন্দে। জমিদার অমস্থং শেঙ্গাও পায়বা মহাজনশিংবু অহিংসাগী পাম্বৈনা পুক্লিং হোংহনবদু পামই য়াগনি হায়নস্থ আশা তৌই, মরম অস্নিনা ক্লাস রার হায়দুনা

ইনাকখুনবা কাংবুগা লায়রবা কাংবুগা খৎনবসি তঙাইফদনা থোক্তবা য়াত্রবনি হায়বসি ঐগী মতুদি শূকলৈ লৈতে। খাইদগী হন্থনা থিংবা হায়বদি অথিংবা পংথম থম্বীদনা চৎমিন্নবা হায়বসি অহিংসাগী মক ওইবা শরুকনি। লৌ উরিবা লৌমীশিংনা মখোয়গী শক্তিবু মশক তেক খণ্ডবা মীকুপ অতুদা জমিদারগী ফত্তবা হু ময়াই চমখ্রগদবনি, লৌ উরিবা মীশিং তদুনা মশাগী অমসুং মচা মশূগী শেংনচানবা অমসু' মহে মশীং তঙ্কান্ননবা শৈশা কোংনবা পীত্রবদি লৌ খোইবা থবক তৌবা লেপ্পগনি হায়বক্লবদা পাম্বৈ লৈজত্রবা জমিদারতুনা তৌগদবা করিনো? অশেংবনক্কী থবক শূরিবা মী অদুমক মানা থোকহণ্ডরিবা চাখোক-পোখোক অদুগীদি মপুনি। থবক শূরিবা মীশিংসিনবু ভাব তানা তিঙ্খৎবদি, মাখোয়গী থিংঙমত্রবা শক্তি অমা ওইগদবনি। কমদৌনা কাংবু খৎনবগী কাংলফম ঐনা উত্রিবনো হায়বদু মরম অসিদগীনি। করিগুম্বা ঐনা মসি থাদোকপা য়াদবনি হায়না থাজরম্লবদি ঐনা বসি (জমিদারী প্রথা) প্রচার তৌবদা হঙ্গোইঙম্লবনি অমসুং মসিমক তশ্বী তাব পিরমং দবনি। ৯

আদর্শ ওইবা জমিদার অমনা খুদক্তা মাগী লৌ উরিবা মীশিংনা হৌজিকমক খাংলিবা অৱাবশিংদুগী অয়াম্বা চাং হন্থহনবা য়াই। মহাক্না লৌ উরিবা মীশিং অদুগা নক্লবা মরী থমদুনা মখোয়গী অৱাং অপা খংজিনবিগদবনি অমসুং মখোয়গী পুন্সিবু অৱেম্বা হাৎপিগনি হায়না নিংবা কায়রিবসিগী মতুত্তা অনৌবা আশা পীথিগদবনি। লৌ-উবা মীশিংগী হকচাং ফনবা অমসুং মুংশিৎ মুংশা শেংনবগী মরমদা খংদবা খিবিক্তা মানা (জমিদারনা) পেন্দুনা

লৈরোইদবনি। লৌ উরিবা মীশিংগী পুন্সিগী চঙগদবা থৌরাং তৌবি-বদা মহাকমকস্থু খরদি লায়রক্তবা তাবনি। মানা চ্যোকশিন্না মিৎয়েং চংবিত্থুনা লৌ-উরিবা মীশিংগী শেল থুমগী ফিভম খঙবিদবনি, মানা স্কুলনচিংবা লি থৎপিত্থুনা মাগী মচাশিংগা লৌ-উরিবা মীশিংগী মচাশিংগা লাইরিক তম্মিন্নহনদবনি। মানা খুলগী পুখ্রী অমস্থুং গুহা শেংদোক্কদবনি। মহাক মশানা লম্বী হাইশিংত্থুনা অমাং দরকার লৈরবদি অমাংশংস্থু শেংদোক্তুনা লৌ-উরিবা মীশিংদুবুস্থু তম্বিগদবনি। মাগী ইংথোল অদু লৌ-উরিবা মীশিংত্থুদা অথিংবা লৈত্তনা চহনগদবনি, শীজিন্নগদবনি। মাগী মুংঙাইজননবগীদমক শাজবা কান্নদ্রবা শঙ অদি দলানশিংদু লাইয়েং শঙ, স্কুল অমস্থুং অসিগুম্বা মখলগী থাক্তা ময়ামগী ওইনা শীজিন্নগদবনি। শেঙ্গাও পায়বা কাবুনা মতমগী হোনলক্লিবা খুদমশিংসিবু খংবত্তদা, মাখোয়গী লৈজরিবা সম্পাত্তিশিংসি লাইনা গীরকপনি হায়বা খাথলদু হোংবত্তদা ইথা থাজদনা মতম খিত্তগী মনুংদা ওসি খুঙ্গং হায়না কৌরিবা অমাবগী মপৈ লিশীং চাতরেৎ অসি শান্তি স্বাস্থ্য অমসুং মুংঙাইবগী লৈফম ওন্থোকখিগনি। ঐনা চেংনা থাজে শেঙ্গাও পাযবশিংসিনা জাপানগী 'সামুরাই' গী মতৌ তুম্নবদি মখোয়গী তশেংনা মাংনিংঙাই করিস্থু লৈরোই অমস্থুং পুন্নমক অতোংবা ওাক্কনি। মশানা হৈনিংনা অহেনবা সম্পাত্তিশিং শেঙ্গাও পায়না কখোকচরক্তুনা মাস্থুগী মহয় ওইনা অশেংবা মুংঙাইনা হায়বদু ফংমিন্নবা অসিনা নত্রগা অতোপ্পা লম্বীদদি শেঙ্গাও পায়বশিংনবু মতম চানা হৌগৎহৌত্রনা, নিংকপ থোকহৌদত্থুনা পংশিন্দুনা লৈথোক্লগা মী লাক্ক কয়া কয়াবু চরা হেলহন্দুনা

তোনবগীদমক্তা চাঁদা (শেনখায) খরদং লৌবনি হায়না খলহনগদবনি। শম্না হাযরবদা মখোয়গী ফিভমগী মতুংইন্না তৌফম থোকপা অচুম্বদু তৌগদবনি। মাখোয়না কঙ্গ্রেসপু থাজগদবনি। মখোয় কঙ্গ্রেসী অমমম ওইগদবনি অমসুং কঙ্গ্রেস হায়বা দল অসি প্রজা অমসুং সরকারগী মবক্তা থারিবা থোংনি হায়বসি খঙগদবনি। মীয়ামগী য়াইফনবা য়াখলগী থমোই পানবা মী পুম্নমক্তা কঙ্গ্রেসকী সেবা ধর্ম্মশিংসি লোইনা নিংথিনা পাংথোকপা ওমগনি। কঙ্গ্রেসীশিংনা মখোয়গী মথৌ ওইনা য়েংগদবদি লৌমীশিংনা মখোয়গী থবক তত্থু জমিদারশিংগী মফমদা পাংথেকপদা চিংননা পাংথোকপ্রা হায়বসিনি। ঐনা হায়রিবসি দবকার ওইনা আইনগী য়াবু নত্তে, লৌমীশিংদুনা য়াকুরবা শর্ত্তশিংদুগী মতুংইন্না অচুম্বা তৌনরিবরা হায়বনি। লৌমী শিংনা পাযরিবা শীজিন্নরিবত্থু তশেংনা মখোয়গী ওইজরবনি জমিদারগা করিস্থু মবী লৈনদ্রে হায়বা পাউতাক তত্থুস্থু কঙ্গ্রেসীশিনা য়ারোইদবনি। মখোয লৌমীশিং অদু ইমুং অমত্তগী মী অমনা লোইনা খন্নগদবনি। জমিদারদুন ইমুংগী মপুনি মহাক্না অমনা অমদা লামশিন্নরকপা লম হেক্তিল্লকপদা থিংগদবনি। ওইনিবা আইন ওইসন্থু, জমিদারী অসি কৈ হায়ফম থোকপনি, তৌবত্রু লৌমীশিংগা পুন্না চামিন্নবা ইত্থুং অমত্তগী শর্ত্তদা ইনশিনগদবনি।

ঐনা শ্রীরাম অমসুং জনক নিংথৌগী আদর্শবু পামই। প্রজাগী য়াওদবা মখোয়গী মপোৎ কদিস্থু লৈতে। পোৎ পুম্নমক, মাদুগী হেন্দুনা মশামক ফাওবা প্রজাগীনি। মাখোয়না প্রজাগী মরক্তা ইচম চম্না লৈ, হেঙ্গৎপা ফিভমদা খক লৈতে। তৌইগুম্বহং মখোয়বু ইতিহাসকী

মীওইশিংগুম্না লোনদবা যাই। অদু ওইরবদি মতীক মগুন চাউরবা ওমর খালিফক্‌ খুদমদু ঐখোযনা য়েংলশি। পাক চাউরবা লৈবাক্কী মপু ওইরবস্ম অমস্তুং মাহুৎ মাগী লায়না পীনরকপা লৌশিংগী মতেংনা অঙকপা থবক ইংখাং শুহুনা শেমগৎলবস্থ নাদি চাকনিবা অমগুম্বা মপুন্সি লেনখি অমস্তুং মাদি মখুত্তা অচৌবা লঙ্গৈ লৈরবস্থ মাহুগী মপু মহাক্কি হাযনা থক খনখিদে। প্রজাগী মরলবু মরম্নাইগী অকে-অমৌদা হালেংবা লৈতনা শীজিন্নথোকপা ওফিসাবদদি মহাক অসি অকিবগা মশকনি। ১১

লৌযামগী মপু জমিদারশিংদা ঐনা হাযবি মহুদি মখোযগী মরমদা হায়নরিবশিংসিনা অচুম্বা ওইরবদি, ঐনা মখোয়দা চেতাবনী (চোকশিন্নবা রা) পীবি মাহুদি মখোযগী মুন্নিং খুংনা থেক্তুনা থাবা যারবনি। মখোয মপু শাহুনা লৈবা অমুক চোম্নুনা লৈর-রোই। মখোয়না লায়রবা লৌ উরিবা মীশিংগী ট্রুষ্টি ওইনা অহল্লমন শরুা লৈবিহৌববদি মখোযগী তুংগী আশাদি যাম্না ওাম্না লৈ। ঐগী পূক্কিংনা পাম্লিবা ট্রুষ্টি অসি মমিংতা ওইনা নত্তে। থাঙ্গৈশেংনা থবকমক ওইনা তৌবহুনি। অসিগুম্বা ট্রুষ্টিশিং অহুনা মখোযনা তৌরিবা থবক অমস্তুং ওইরিবা ফম অহুগী মতুংইন্না মরম্নাইগী ওইনা লৌথোকনিংঙাই করিস্থু লৈতে। অহুদগীদি মখোযবু করিগুম্বা আইন অমত্তনা শোক্লবোই। লৌমীশিংস্থু মাগী মরূপওাক্তা ওইরগনি। ১২

মসিমস্থু হংবা য়াই মহুদি হৌজিক্কী নিংথৌশিং অমস্তুং অতৈ থরশিংসি লায়রবশিংগী ট্রুষ্টি ওইরকনি হায়বসি আশা তৌবা য়াগদ্রা

থারোইদ্রা ? মখোয মশানা যানিংনা ট্রষ্টি ওইহৌদ্রবদি, মতমগী শক্তিনা নমহ্ননা সংস্কাব তৌথিগনি কবিগুম্বা মখোয়গী পূম্ম ও মাংবমক থোক্লগস্স্। পঞ্চায়েৎরাজ লিংখৎলবা মতমদা, হিংসনা তৌবা ওমদবা কবি লৈবগে হাযবসি প্রজাগী মত পীনবক্কনি। জমিদাবশিং অসিনা শাসন পায়গদবা মতমদদি মীচম প্রজাশিংনা মখোয়গী মরম্মাইগী পাঙ্গলগী চাং খণ্ডজদ্রিঙৈ মঘৈতনি। প্রজা-শিংনা জমিদাবী অমস্তুং পুঞ্জীবাদীগী (শেঞ্জাও পাযবনা নিতৌগী।) ফত্তবা থবক্কা মবী ককথৎনখ্রবদি মখোয কংশ শিবা মীশিদা শিজগনি। পঞ্চাযেৎবাজগী মতমদা পঞ্চায়েৎ অহ্নতগী মা ইনগ-দবনি অমসুং পঞ্চাযেৎ অহুনা মখোযবু আইনগা মতুংইন্না শেম্বিনবা থবক তৌবা ওমগনি। ১৩

অশেংবা সমাজবাদ হাযবত্ন ঐখোযদা অহল্লমমশিংনা শিম্নরক্লে, মখোয়না তম্বীবমই লৈবাক পূম্নমক গোপালগীনি, অহু ওইববদি ওমখৈদি কদাযদা লৈবে ? মীওইবা জাতিতনা মদূগী ওমখৈ অদূ শেম্বা ওমই, থুগাইবগু ওমই। গোপালগী মঘেক্লা তাবা অর্থদি যন শেনবা হাযবনি ; ঈগ্নবগী অর্থস্থ খওনৈ। হৌজিক্কা মতমদদি মসিগী অর্থদি ষ্টেট হাযবদি মীযাম হাযবনি। ওসিদি লৈবাক অসিগী মপু অসি প্রজা নত্তে মসি চুম্মনখ্রবা য়ানি। অদূবু মসিগী মবান্দি পাউতাক অদূদা য়াওদে। মদূগী মতুংইন্না হিংবা ওমদ্রবা ঐখোয়তগী ইশাদা দোষ অদু লৈরে।

করিগুম্বা জাতি অমদা, রুশিয়াবুস্থ খাইদোক্তনা ঐখোয়না থিনা লম্বীসিদা ইনশিনবদা অফবদং ওইগনি হায়বসি ঐনা

চিংনবা লৈতে ; হিংসাস্থ য়াওরোই। হিংসানা কনাগুম্বগী মরলগী মপৃ ওইহন্দবা হায়বসিগী খ্বাইদগী থবক ওইবা য়াবা মহুত্তি মাগী মথৌ পূম্বগা লোয়নরবা চক্র (কাংখোঙ) অসিনি। লম অমস্থং লন-থুম পূম্নমকসি থবক শুরিবা মীদৃগীনি। লাইবক থীবদি ইচম চম্নবা অমম্বসি ফাওবা থবক শুরিবা মীশিংনা খঙদনা খঙহনদনা পঙহন্দুনা থম্বিরি। ১৪

তুংগী অহিংসা নীতিগী হুকুম মতুংইন্না লৈপাক পুম্নমক্কী মপু অসি ষ্টেটনা ওইরগনি, মরমদি 'সভী ভূমি গোপালকী' হায়খিদবরা ? অসিগুম্বা পোৎ ময়েন অসিদা লৌশিং শিংবা অমস্থং থবক শৃবগী করিগুম্বা অমাং-অতা অমত্তা লৈররোই। অদুগা মসি হিংসাতগী লম্বীদগীদি ওইথোক্লোই। হিংসাগী মতেংনা ইনাকখুনবশিংগী হায়-ওমদনা মপোৎ-মচৈ মাংবহু মমৈদদি লৌমীশিংগীস্থ অমাংবনি হায়বসি অচুম্বা ওইগনি। জমিদারশিংনা মরম অসিদগী জ্ঞান তানা থবক তৌদ্দৌরবদি পার্টি অমত্তস্থ কাংবু কনাগীস্থ ওইরোই। ১৫

অয়্যায় ১৬

# লৌউ-শিংউবা অমস্তুং য়ুম্মদা য়োকপা

## শা-যনগী নুঙাই য়াইফনবা কো-ওপরেশন

খন্নবা য়াবা খ্বাইদগী মরু ওইবা ল্বাফমদি যনবী লোইবগা থবক অসি লন্নাই তৌগদ্রা নত্রগা পুন্না তৌগদ্রা অসিনি। ঐহাক ইশাগী ওইনদি লন্নাই-লন্নাই লোইবনা মাবু কনবা ঙমলোই হায়বদা চিংনবা লৈতে। ইরোইগা লোইননা মাবু লানবীগে হায়রবদি পুন্না ময়াম চঙহুনা হোৎনবনা ওইবা য়াগনি। কনাগুম্বা লৌমী অমনা মাগী ময়ুম্মদা মাগী য়ুমশাশিং অসি মতিকচানা অমস্তুং বিজ্ঞানিক ওইবা মওংদা থনদুনা য়াইফ মুংঙাইনবা শিনবা হায়বা অসি ওইথোক্লবনি। ময়াম পুন্না হোৎনবা ল্বাৎপা অসি যনবীশিং অমস্তুং সাধারন ওইনা য়ুমশাশিং মুৎশিল্লকপগী মরু ওইবা মরমশিং অদুগা মন্নুংদা অমনি।

পৃথিবী অসিদা পুন্সিগী ওইবা থবক থানা খুদিংমক্তা ময়াম পুন্না হোৎনবগী নত্রগা কো-ওপরেটিভকী ফিদমগী লম্বীদা চংশিল্লকনি। হায়রিবা হিংম অসি য়াম্নস্থ মায় পাকখ্রে, অমস্তুং মতুংদস্থ মায় পাকলকখিগনি। হায়রিবা অসি ঐখোয়গী লৈবাক অসিদস্থ লাকখ্রে অদুবু মসি য়াম্না মওং কায়বা ফিভমদা লাকপা মরম্না ঐখোয়গী লায়রবা প্রজাশিংনা মসিগী পাম্নবা অতু ফংবা ঙমদে। শা-ঙা য়োকপগা লোইননা ঐখোয়গী মীশীং হেনগৎলকপনা লৌমীশিংনা চামগী মপু ওইবা নোংম.নোংমগী অস্তুম অস্তুম হুস্থরক্লি। অদুগাস্থ মথক্তা

মগ্নাই-মগ্নাই লৈনরিবা অসিসু মচেৎ মচেৎ ওইনা তৌই। অসিগুম্বা লৌমীশিংনা মখোয়গী ময়ুমদা শা-ষন য়েক্লবদি মশানা মশাবু মাঙহন্নবগী থৌদোনি, হায়রিবা ফিভম অসি হৌজিক হৌজিক মখোয়গী ওইরিবা ফিভমনি। ধর্ম্ম-কর্ম্মদা অমসুং মিনুংশিগী মরমদা কয়া থৌওইদবা অদুগা শেল-থুম তানবগী মরমদা হেন্না পুক্লিং চঙবা কাংবুনা হায়রি—মাদুদি লৌমীশিং অসি মখোয়না লোইরিবা শাষনশিংনা মাঙহল্লে, মরমদি মখোয়না চাবদা চঙলিবা মমল অদুগা মখোয়না থোকহল্লিবা পোখোক অদুগা চাং মান্নদ্রে। মখোয়না হায়রি মদুদি কাগ্রবা শাঙ-াশিং অসি অমত্তা থাক্তনা হাত্তোক্লিবা অসি অপাংবনি।

অতু ওইরবদি মীওইবা সমাজনা করি তৌগদগে হাযবা ৱাহং অসিনি। মসিগী অসম্বা পাউথুমদি ঐখোয়না য়ুমদা য়োকপা শা-ষনশিং অসিগী মথ্যাই কনবতা নত্তনা মখোয়না ঐখোয়দা অন্নাবা পোৎলুম অমা ওইদনবা লম্বী অমা পুথোকপা তাই। ঐনা থাজে মাতুদি কো-ওপরেটিভ ওইনা হোৎনবতনা শোযদনা ঐখোয়দা য়াম্না মতেং পাংগনি।

মথাদা পীরিবা চাংদম্নবা অসিনা য়াম্না মতেং পাংবা য়াই।

(১) পুম্না তৌমিন্নবা মওংদদি কনাগুম্বা লৌমী অমত্তনা মাগী ময়ুমদা হৌজিক তৌরিবা অসিগুম্বা য়ুমশা অমত্তা থম্বা য়াদে। মখোয়না মুংশিৎ শেংহন্দে অমসুং অকোইবা অতু মোৎহল্লি। শা ভাগা লৈমিন্নবনা অশিংবসু ওইবা য়াদে অতুগা থৌজাল হৈবসু ওইবা য়াদে। মীনসু অতুম হায়না তৌগদবা নত্তে। য়ুমশানা

লৈবদা কল্লিবা লম অতু অপুনবগী মওং অসিদা চৎথরবদি লৌমী অমসুং মাগী ইমুংনা ফংজরগনি।

(২) য়ুমশাগী মশীং হেনগৎলকপনা মরম ওইদুনা লৌমীনা মাগী ময়ুমদা হিংদুনা লৈবা ওইথোক্কে। মরম অসিনা মানা মমাও মচাশিং অদু য়োম্থোকপা তাই অমসুং ঘন লাবশিং অদু হাত্তোকপা তাই। অদু নত্রগা মথোয়শিং অসি মচিঞ্জাক পিজদদুনা শিহনবা তাই। অসিগুম্বা থৌজাল হৈতবগী থবক অসি য়ুমশাশিংবু কো-ওপরেটিভকী মওংদা লোইরবদি কোকপা য়াই।

(৩) পুন্না য়ুমদা লোইবা শাশিং নাক্লবা মতমদা য়ুমশাগী লাইয়েং মতিক চানা পীবা ঙমই। অসিগুম্বা লাইয়েং অসি অচম্বা লৌমী অমত্তনা মরম্নাই ফংবা ঙমদে।

(৪) পুন্না য়ুমশা লোইবগী মওংসিদদি ঘণবী কয়াগী দরকারগীদমক্তা অথপ্পবা ঘণ লাবা অমা থম্লগা য়াই। হায়রিবা মওং অসি নত্তদি দান নত্তনা অতৈনদি ওইথোক্কে।

(৫) কো-ওপরেটিভ ওইরবদি অপুনবা শঙ্গাবুং নত্রগা শা ঘণ থাদোক্লবগী লম য়াম্না লাঙ্গৈনা ফংবা ঙমই, লম্নাই, লৌমীশিংগীদমক্তদি হায়রিবা অসি ফংবা ঙমদে।

(৬) পুন্না তৌমিন্নবাদি শক্তিক, খরচ অসি চাংদম্নবা য়ানা তাথনরক্কনি।

(৭) অকাবা মমলদা শঙ্গোম য়োনদা য়াম্না খুদোং চাগনি অতুগা লম্নাই লৌমী অমনা তৌবগুম্না শঙ্গোমদা ঈশিং য়াম্লিংবগী বক অসি লৈররোই।

(৮) লম্লাই লম্লাই ওইনা মপুং ফারবা য়ুমখাশিংগী মশা-মঊ ফরিত্রা ফত্রব্রা হায়না চাং-য়েংবা অসি ওইথোক্কে, তৌইগুম্বগুং খুঙ্গং অহুগী য়ুমশা পূম্নমক য়েংবদি লায়না শেকই অমস্তুং মতৌ অস্তুম তৌহুনা অক্ষবা মচা পোকহন্নবগী থবক্তস্থ লাম্নথোকহল্লি।

(৯) মথক্তা পীখিব্রা খুদেংচাবাময়াম অসি কো-ওপরেটিভ ফার্মিং কৈ হায়বগী মতীক চারবা মরৈনি। মসিগী খ্বাইদগী কনবা মরৈদি লম্লাই লম্লাই তৌবা থবক মওং ঐথোয় ইশাগী ফিভম অমস্তুং য়ুমশাগী ফিভম খুদোং থিংগ্লনবনি। ঐখোয়না ঐথে'য ইশাবু অমস্তুং মখোয়বু অসিগুম্বা তঙাইফত্রবা অহোংবা অসিনা কনবা ঙমগনি।

ঐনা কল্লা থাজ্ঞৈ মাদুদি কো-ওপরেটিভ ফার্মিং তৌদ্রিবমখৈ ঐখোযনা লৌউ-শিংউবগী কান্নবা অহু ফংবা ঙমখিবোই। খুঙ্গং অমদা লৈবা ইমুং ১০০না মখোয়গী লম অহু পূনশিল্লগা পূন্না লৌউমিন্নরগা মতুদগী ফংলকপা আই অহুনা মখোয় ময়াম যেন্থোক্লবা অমস্তুং লম অদূ শরুক ১০০ থোক্লা পাম্বৈ অমা থিদুনা যেনথোক্লবনা অফবা মরম ওইরোইদ্রা? অদূনা লমদা ওইবিবা মওং অসিগুম্বা মশাশিংদস্থ ওইফম থোকই।

অতোপ্পা য়াফম অমনা অসিগুম্বা মওংগী পুন্সি অসি মীয়ামদা অমুক্তদা খংওন ওন্থোকপা হাযবা অসি লুনা থোকপা য়াই। অচুম্বা অমস্তুং অথুবা লম্বী চৎপদা য়াম্না য়াই। যণবী যোকপগী থৌরম পরেংশিং অদুগী থোংথাং খুদিংদা খুদোং থীবা মযাম অসি লাম্থোক্লবতদা লম্বী অদুদা চৎপদা লাযথোকস্লে হায়না খনবা য়াই। হুজিক্কী ঐগী ওইবা য়াদি লম্লাই লম্লাই তৌব্দগীদি পূল্লা থবক শূমিল্লবনা

কান্নবা য়াম্না হেল্লি হায়বা অদু উৎপতনি। অদুগীস্তু মথক্তা ঐনা অমুক থাঙ্গে মদুদি অকোনবা অসনা লাল্লি অদুগা অহানবা অসিনা চুমই। থাঙ্গে হেক শেংনা লম্নাই মীওই অমনা মাগী মনিং মথা তম্বা অদু কো-ওপরেশনগী মতেংনা ঙাক শেন্দুনা থম্বা ঙমই। য়ুমশা য়োকপগী থবক লম্নাই তৌবা তারবদি, ওইজবা তানবা অমস্তুং মীনুংশি খংদবগী মতৌনি অত্তগা অমরোমদনা পূন্না তৌমিন্নবনা মথক্কী ফত্তবা অনিমক পুংলো লোথোকপা ঙমদ্রবস্তু খরগী মখৈদি হন্তহনবা ঙমই। ১

লোমীশিংনা মখোয় মখোযগী লমশিংদু পুল্লপ পুনশিল্লগা মহৈ মরোংশিং অদু মাগী মাগী লৈজরিবা লমগী মতু ইন্না চাং মপ্পনা য়েস্থোক্লগদ্রা ?

ঐগী কো-ওপরেসনগী মোত্তি অসিনি মদুদি লম অসি মপূশিংনা পূন্না পাযমিন্নগনি অমস্তুং পূন্না খোইমিন্নগনি অমস্তুং পুন্না উমিন্নগনি। মসিনা পাঙ্গল, লৌউবদা চলিবা শেল্লেপ অমস্তুং খুজুখুৎলাই অসিনচিংবা লৈদুনা থম্বা ঙমগনি। লৌশুশিনা পুন্না থবক শুমিননগনি অমস্তুং শেল্লেপ, খুজুখুৎলাইশিং, শাযণশিং, মরু-মবাং অসিনচিংমগী পুন্না মপূ ওইমিন্নগনি। ঐনা পাম্লিগা পুন্না শা-যণ য়োকমিন্নবা, পুন্না লৌ উমিন্নবা অসিনা লমগী লৈমায অসি হোংদোক্কনা লাযববা অমস্তুং অতনগা অদু মখোয়গী মবক্তগী তাস্থোকখিগনি। হাযবিবা পুম্নমক অসি মপূন খুদিমক ইমুং অমগুম্না অমগী অমগা মরুপ ওইনববতদা ওইথোকপা য়াগনি। অসিগুম্বা মুংঙাইরবা থৌদোক অদু লাক্লবতদা কাংলুপ কাংলুপকী ওইবা ম্রাফম্না মশক থীহল্লিগা শক্তম অদু অমুক হন্না লৈররোই। ২

কো-ওপরেসনগী থৌওং অসি লৌমীশিংগীদমক্তদি য়াম্না হেননা দরকার ওই। লমগী মপুদি লবাক্তীনি, মরম অসিনা পুন্না থবক শুমিন্নরবতদা পোখোক হেন্না থোকহল্লি।

মসি নিংশিংফনগদবনি মতুদি কো-ওপরেসেন হায়বা অসিদি অহিংসানা অচেৎপা য়ুম্ফম ওইগদবনি হিংসাগী কো-ওপরেসননা কৈদৌঙৈদসু মঙ্গল ওইদে। অকোনবা অসিগী উত্তবা য়াত্রবা খুদমদি হিটলরনি। মহাকস্থু অরেম্বদা কো ওপরেসনগী মরমদা ঙাংলমই তৌবতদি মতু মীপূম খুদিংমক্না নমদুনা তৌফনবনি মদুগী ফলনা জর্ম্মনি (জর্ম্মন) কবি ওইখিবগে হায়বা অদু মীপূম খুদিংমক্না খওই।

হিংসানা য়ুম্ফম ওইবা কো-ওপরেসননা অনৌবা সমাজ অমা ভারতকী শেমগৎনবা হোৎনববদি য়াম্না অন্নাবা অমা ওইগনি। নম্ফুগী শক্তিনা পুরকপা অফবা অতুনা লন্নাই লন্নাইগী নিংখা তম্বা মাঙহল্লি শান্তি ওইনা আইনবু শিঙনবা তৌদনা য়ানিংদবা থবক অতুদা মতেং পীবিদদুনা থেম্বগী শক্তিনা হায়বদি মুংশিনবনা অগোংবা অমা পুনক্লগা মতম অদুদদা লন্নাই লন্নাইগী নিঙখা তম্বা অমস্থুং অশেংবা লে দ্রগ চাওখৎপা পৃথিবী অসিদা থম্বা ঙমগনি। ৩

অধ্যায় ১৭

# লোউ-শিংউবা অমসুং য়ুমদা য়োকপা শা-যণশিংগী নুঙাই-য়াইফহনবা

# হার

## অপুম-অশাদগী শেম্বা হার

অপুম আশাদগী হার শেম্বা অসি য়ারিবমখৈ চাং হেন্না তৌহন্নবগী মরমদা খন্ননবা ভারত পুম্বগী ওইবা অপুম আশাদগী হার শেম্ননবগা কনফরেন্স অমা নিউ দিল্লীদা শোক ১৯৪৭ কী দিসেম্বর থাদা তৌখি। মাফম অসি শ্রীমতি মিরা বহন্না হৌদোকখিবনি অমসুং ডাক্তর রাজেন্দ্র প্রসাদনা সভাপতি ওইখি। সর্দার দাটর সিংহ, ডাক্তর অচার্য্যা অমসুং হিরম অসিদা হৈ শিংলবা মীওই কয়ামুক য়াওখি। খুঙ্‌গশিং অমসুং টাউনশিংদা তৌননবা খুজিন থৌরাং কয়ামুক্কী মরমদা মখল মখা অয়াম্বা কাননবা রিভোলুসন কয়ামুক পাস তৌখি। ডাক্তর বি, এন, লালনা কনভেনর ওইবা মিরা বহন, শ্রীশিবকুমার শর্ম্মা অমসুং ডাক্তর কে, সি, জোগি য়াওবা সব কমিটি অমা প্রদেশশিংদা তৌননবা খুজিন থৌরাংগী কায়াট অমা য়াৎননবা শেমখি। সহরগী খোং-শিংদগী পুথরকপা ফত্তহাওদি, নাপী শিংবী অপুম আশা শা হাৎ-শঙদগী হুন্দোরকপা ফত্তহাওদি অমসূং অতোপ্পা কারবারদগী শিজিন্নবা য়াদ্রবা শামতু, কোল কারখানাশিংদগী শিজিন্নবা য়াদ্রতুনা লংথোক্লবা পোৎ, শঙনগী শিজিন্নবা য়াদ্রবা পোৎথী পোৎকুম অসিনচিংবা অমসূং

কবোকং, চুগুম, জঙ্গলগী উনা য়ানানচিংবা পুমথংল্লগা লৌউ-শিংউ-বগী থবক্তা শিজিন্নবদা দরকার ওই হায়না অকনবা য়ারেপ লৌখি।

হায়রিবা রিজোলুসনশিং অসি চুন্নতগী চেদতা ইহুনা লৈবা নত্রবদি য়াম্না ফবা অমসুং য়াম্না কান্নবনি। মরু ওইবা য়াকমদি মখোয়না থবক অসি ইন্দিযা শিনবা থুংনা শেংনা থবক ওইনা পাং-থোকপা ঙমগত্রা হায়বা অসিনি। থবক অসি তৌবদা মিরাবহন কয়াগী লনথুম অমসুং পোৎচং কয়ামুক দরকার ওই। ইন্দিয়াদা লৈ-রিবা মীয়াম্না হীরম অসিদা থরাই য়াওশিন্দুনা মতেং পাংশিল্লক্রবদি দেশ অসিগী চিঙ্গাক য়াৎলিবা অসি কোকহনবতা নত্তনা ইন্দিয়ানা দরকার লৈরিবা চিঙ্গাক্কগী হেন্না মবাং কাযনা থোকহনবা ঙমগনি। অসিগুম্বা প্রকৃতিগী পোত্থোক্কগী শেম্বা হারনা মতম পুন্নমক্তা লৈহাও চেলহন্দুনা লৈ, অতুগা কৈদৌউদসু লৈহাও য়াৎহনবা তৌদে। মুমিৎ খুদিংগী থোক্লিবা পোৎথী পোৎকুম, মচল চানা শেন্নবা অপুম আশা, অসিনা লৈগাক্তা যাম্না ফববা হাব ওইনা অমুক হল্লক্কুনা লুপা মিলি-যন কযাবু তুংশিনবা ঙমহল্লি অমসুং হৱাইগী পোৎথোক হেঙ্গৎহল্লি। অসিদসু নত্তনা ফত্ত হাওদি পোৎথি পোৎকুম অতু হৈশিংনা মফম চানা শিজিন্নবনা লমতু শিং-নাঙ্গা থম্বা ঙমই। তক তনাগ্না লৈবা হাযবা অসিনা ঈশ্বরগী ঙমথদা লৈবদসু নত্তনা হকচাং ফহল্লি। ১

চিঙ্গাক হেন্না থোকহনবগী মরু ওইবা মবম আদি মফম অমসুং মতম চানা হার হাপ্প অসিনি। ঐডোন্দা অসুম্না হাই মহুদি খুৎশেমগী হারনা মনম নমথীদে। মসিনা লুপা লাক্ষ কয়ামুক তুংশিনবা ঙমগনি

অমস্থং লৈহাও মাংহনবা তৌদনা লৈবাক লৈহাও য়াম্না হেনগৎ-হনগনি। ২

## হায় কোম

( খুঙ্গংদা লৈরিবা হায় কোম অসি উফুল ওলহনখিবগী দরকারগী মরমদা মিষ্টর ব্রাইথনা হৌদোক্লকপা অসি য়াম্লনা অমস্থং মচুগী ওন্নব তৈনবদা কোম অসি ফুট ৬ পাকদবনি অমস্থং ফুট ৬ লুগদবনি হায়বা অচু য়ানিংদবা উৎপা ওইনা গান্ধীজীনা অস্থম্না ইরম্মী )।

ঐনা খংই মাচুদি মিষ্টর ব্রাইম্না হৌদোক্লকপা কোম অসি সাধারণ ওইনা ময়াম্না য়ানৈ। পোরনা পুথোক্লকপা লৈমায়থক্তা ওম-শিন্নগা ফুম্বা অসিনা। হেন্না বৈজ্ঞানিক ওই অমস্থং পোখোকস্থ হেল্লি হায়না ঐগী মোত্তদি খল্লি। কোম তৌবগী মমলস্থ চংদ্রে অচুগা হায় তৌথোকপস্থ তৌথোক্তনা লৌথোকপা যারে। অসিগীস্থ মথক্তা ফত্ত হাওদিশিংচু য়াম্না থুনা চয়োল অমগী মন্নুংদা হায় ওস্থোকপা ঙমই, মসিগী মরমদি লৈমাইগী মন্নুংদা ইঞ্চী ৬ নত্রগা ৯ লুনা লৈবা বেক্তরিয়া (মাইক্রোস্কোপ নত্তনা মিৎনা উবা ফংদবা মথন্নাই পানবা তিল মচা মচাশিং), মুংশিৎ মুংশা অমস্থং মুমিৎকী মঙালনা ফত্ত-হাওদিশিংচু লৈবাক মন্নুংদা লুনা ফুম্বা ফত্তহাওদীদগী হেল্লা থুনা অকবা হায় ওস্থোকপা ঙমই।

তৌইগুম্বস্থং খ্বাইদগী মরু ওইনা নিংশিংগদবদি ফত্ত হাওদি-শিংচু লৌথোকখিননবা মখল মথা অয়াম্বা নিয়মশিংচুবুতা নত্তে মসিগী মথক্তা থবক অনি থোক্লা পাংথোকতুনা খুঙ্গংগী প্রজাশিংগী

মশা মউ ফহনবা অমসুং হায় হাপখিবা অহুনা থোকহল্লকপা পোৎ-থোক অহুনা মথোয়গী আর্থিক অবস্থা ফহনবা অহুবুম্নি। মসিমসু নিংশিংগদবনি মহুদি শা-ঙা অমসুং মথরাই পানবা জীবশিংদগী ফংবা ফত্ত-হাওদি অদুগা অতোপ্পদগী ফংবা ফত্ত-হাওদি অদুগা তোঙান তোঙানা ফুমগদবনি। ৩

## অমাংবনা হায় ওইনা শীজিন্নবা

জিঃ আইঃ কাউলরনা মাগী লনথুম অমসুং ফত্ত-হাওদি হায়বা অদুদা অসুম্না হায়রি মদুদি মীওইবগী মশাদগী থোক্লকপা ফত্ত-হাওদি অদুতা ফজনা লৌথোক্কুনা শীজিন্নবতদা নোংমদা মী খুদিংনা লুপা ২ ফংগনি। অয়াম্বনা অসিগুম্বা মম্নবা হায় অসি মাংহন্দুনা লায়না মখল মখল পুসিলহল্লবা প্রোফেসর ক্রসটিমিগী লাইরিক ফত্ত-হাওদি শিজিন্নবা হায়বা অহুদগী লৌথোক্কুনা মানা হায়রমই মহুদি দিল্লীদা লৈবা মী ২৮২.০০০ দগী ফংবা নাইট্রোজেন অদুনা য়ামত্রবদা লম একর ১০,০০০ অদুগী য়াম্লবদা একর ৯৫,০০০ গী হায় হাপ্পা চপ চানা কোন্নবা ঙমই। মরমদি ঐখোয়না ঐখোয়গী ফত্ত-হাওদি শিৎ-শেংলিবা মীশিংদু করম্না লোয়নগদগে খঙদে, ঐখোয়না খল্লুবদা ইকাইনফমনি মরমদি দিল্লী হায়বা অসি তিল কাং য়াম্না কনবা জাগা অমনি হায়না মমিং চৎলমই।

ঐখোয় খুদিংমক্না ফত্ত-হাওদি শিৎ-শেংবা ওইরবা ফাওবদা ঐখোয়না ঐখোয় ইশাবু করম্না তৌজগদগে অমসুং হৌজিক হু ওইবা পোৎ অসিনা পাম্বীগী য়ামনা কান্নবা মচিঙ্খাক মতৌ করম্না ওম্বোকদগে হায়বা খঙদে। ডাক্তর ফাউলরগী বা মতুং ইন্নদি

ঐখোয়না মীওইরগী মশাদগী থোক্লকপা ফক্ত-হাওদি ফজনা শিজিন-নরদ্রি ইন্দিয়াদা লৈবা মী ক্রোর ৩০দগী চহী অমদা দেশ অসিদা লুপা ক্রোর ৬০ ইনকম ম্যাকহনরা ওমগনি। ৪

**অপুম-অশাদগী হার শেম-শাবা**

ইন্দোরদা না।পি-শিংবীগী কাববারগী মরমদা তমনবা মহৈ তম্ফমশং অমা লৈ। মসিনা কাপ্লগদবা মীওইশিং অদু।দা মতম মতমগী ওইনা অনম্বা চে য়েল্লি। ময়াম অসিগী মনুংদা থ্বাইদগী অহানবদি কারখানাদগী থোক্লকপা ফক্ত-হাওদি অদু।গী অপুম-অশাগী হার শেম্বগী মওং মতৌ অমসুং মদু।না কান্নবা অদু।গী মরমদনি। মগী শক্তি অমসুং অমাংবা (থ্যা) খুৎনা পায়তুনা শীজিন্নরিবা হরি-জনশিং অমসুং খুঙ্গংদা লৈবা ম।গী য়ামনা কান্নবা ওইবা মরমনা ঐনা অনম্বা চেশিং অতুগী অমত্তা চিথদনা মখাদা শিন্দোক্লনি।

মসি হান্নদগী কুইনা খংনবক্লবা অমনি মদু।দি মতীক চানা অমসুং চাং নাইনা ইন্দিয়াগী লৈবাক অসিদা মথ্যাই পানরা পোৎ-শিংদগী থোক্লকপা ফক্ত-হাওদি অসি অমুক হন্জিনবিবনা লৌউ-শিংউবদা মায় পাক্লনবা খুজিন-থৌরা।নি। মসিমসু খঙনরবা ঐাকম অমনি মহুদি কারখানাদগী থোক্লকপা হার অসিনা দরকার 'লবা চাং অদু ফংহনবা ওমদে, অসিদসু নত্তনা মদু শাবদা নাইট্রোজেন য়াম্রা মাঙখি অমসুং অক্তোনবা শিঙ্গিন্নবা য়ারবা পোৎশক ওইনা পুথোরকপাদা মতম য়ামনা কুইনা চংই। মসিগী মহুত্তা অশংবা ন্যাপি-শিংবীগী হ্মরনা শিনরা য়াই, তৌইগুমসুং নোং-চীং মরাং কায়না চুবা ইন্দিয়াগী মফম অয়াম্বনা মসি খরা ঐানা থোকই।

অশারা লমগী হার অহু মাংদনা লৈহন্নবদা য়ামনা মরু ওইবা প্রকৃতিগী ওইবা পাম্বীনা চাহুনা হিংনবা চিঙ্গাক অমুক হন্না হঙ্গিন্ন-নবগী থবক অহুদা নাপী শিংবীদগী পুমথহল্লগা হার শেম্বনা অপনবা খন্না পী। মশিনা লৈবাক্তা মনা-মশীংদগী মতোমতা পৎথ-পুমথহুনা হার ওন্থহুনা অমসুং লৈবাক অহুগী হান্না মাংখি্রবা হার অহু অমুক হঙ্গিন্নহন্দুনা মহৈ মরোং হৌরক্লবগী থবক্তা পুক্নিং চংনবগী খ্বাইদগী লায়বা উপায়নি। মসি তৌনবা খ্বাইদগী লায়বা উপাইদি মনা মশীং পুমথগল্লগা হার ওলহনবগী থবক অসি লৌউবশিংগী তৌদ্রিবা য়াদ্রবা মথৌ অমা ওইনা তৌরবতদা ওইগনি।

মতৌ অমুম তৌবা মতম অসিদা কুপ্পা যেংশিনগদবদি লৌউ শিংউরদগী থোরকপা মকুম মকায়না ওলহনবা হারগী মহৎ অমা শিনবা তারবদি মহু নাপী শিংবীদগী পুমথহল্লগা শেম্বা হাবগী মওং-গুম্বা ওইগদবনি অমসুং ইন্দোরগী নমুনা হায়না খংনবিবা অহুমু মসি তারক্লবনি। নাইট্রোজেন যামনা য়াওবা হার শেম্বদা শীজন্নরিবা নিয়ম অহুগা ইন্দোরগী নমুনা অসিগা খেন্নরিবা অসি মতাং অসি-য়াইদনি। মায়গৈ অসোমদা চহী ২০ চুপ্পা মিষ্টর অলবর্ট হরার্দনা হোৎনহুনা অবোইবদা ফল তাবক্লিবা ইনষ্টিটিউট ওফ প্লান্ট ইন্দষ্ট্রীনা পাংথোকলিবা থবকশিং অসি থাঙ্গৈশেংনা থবক ওইনা পাংথোকপদা মঙ্গল ওইরে। ইন্দোরগী হার শেম্বগী নমুনা অসিনা থবক ওইনা পাংথোকপা য়ারবা বুদ্ধী লৌশিংপী অমসুং মসিগী মরমদা হেননা চাওখৎলক্লবগী থোংমু লাওনা হাংদোকই। থবক শৃফমশিং অমসুং টাউনশিংদগী থোরকপা লোইবা নাইদ্রবা পোৎখী পোৎকুমশিং অসি

নিংথীনা পুনশিল্লগা লৌউ শিংউবগী থবক্তা শীজিন্নবা ওমই। মতৌ অসুম তৌহুনা হান্না চৎনরকপা মওংদদা হায়বদি যন্তীনা শীং ওইনা শীজিন্নবা অমসুং থাওথী য়োম্বোকপা অসিনচিংবা অসিদা অকায়বা পীদনা হার মরাং কায়না হেল্লো কাম্লবা পোৎথোক পীবা ওস্বা খুৎশেমগী ওইবা পোৎশিং অসি চাং হৃস্থনা শিজিন্নবা ওমহল্লি।

থোবকপা য়াবা থৌদোকশিং অমসুং মতুগী মসুংদা লৈবা মরু ওইবা রাথলশিং অতু খন্নরে অমসুং লৌউ শিংউবদগী থোক্লকপা পোৎথী পোৎকুমশিং শীজিন্নবা হায়বা লাইরিক অতুদা ইরিবা ইন্দোরগী নমুনা অতুবু পাক চাওনা খন্নরে (হরার্দ, অমসুং রার্দ, ওক্সফোর্দ ইউ-নিফরসিটি প্রেস)। হাযরিবা লাইরিক অতুদা ইন্দিয়াগী লৌ উবশিংগী ফিভম অসিদা পামশিনবা য়াবা নমুনা অতু শন্নপা ইরি। থবক শুফম-শিংদগী থোক্লকপা পোৎথী পোৎকুমদগী শেস্বা হার অসি ঈশিং চল্লগা উবা মহৈ-মরোংশিংগীদি কান্নে হায়বা য়ানরে অতুগা কংনা উবা লৌ-ফমশিংদদি মরক মরক্তা হাবেংবা য়াম্না দরকারনি। মহৈ মরোংশিংদা হেক হাপ্লগা কান্নবা মখলগী হার অসি ইন্দোরগী নোম্না উবসিনা য়াম্না অমসুং চাং য়াম্না থোকহনবা ওমই হায়রিবা অসি থবক শূফমশিংগী মথী মকুমদগী শেস্বা হারনদি ওইহনবা ওমদে। নিংথিনা শেল্লবদি ইন্দোরগী হার অসিদি থা ৬গী মসুংদা শীজিন্নবা য়াই, থা ৩ শুরবা কান্দা মুনা রাউথাংনবা কোফি মচু মানবা মওংমরি নাইদবা পুমথথ্রবা পোৎশিং অতুগী শরুক ১০০গী মসুংদা শরুক ২০দি উবা ফংলিবা খুৎনা তকথায়বা য়াবা অতুনা ঈশিং চোৎলবা কান্দা মকুপ ওন্দুনা লোংনিকুস্বা অমদা নিকথোকপা য়াবা পোৎশক অমা ওল্লকই।

শীজিন্নরিবা পোৎথী পোৎকুম অহুগী মতুংইন্না নাইট্রোজেন য়াওবগী শরুক অসি ৮% অমসুং ১.০% গী চান্দা খেন্নৈ। থবক শুফম-শিংদগী ফংবা পোৎথী পোৎকুম গাড়ী মপোৎ ১০০দগীনা ১২৫ ফাওবদা অনৌবা যন্ত্রীনা শরুক ৪ থোকপগী শরুক ১ য়াম্নবা অহুগা শঙ্গোলদগী ফংবা যণয়ুং চোৎপা লৈবাক্লা তংখাই অমা ওইহল্লগা চহী অমদা যণ লাবা অনিনা চিংবা যণগাড়ী মপোৎ ৫০ রোমগী হার শেম্না ওমই। লেমহৌরিবা তংখায় অহুম য়াম্না ফবা হারমি অমসুং মহু লৌবুক্তা হেক্তা হাপচিনবা য়াই। মথী মকুম য়ামনা লেম-হৌরিবদি যন্ত্রী অমসুং যণয়ুং চোৎপা লৈপাকশিং অহু লোইনা শী-জিন্নহুনা হার গাড়ী মপোৎ ১৫০ রোম শেম্বা ওমই। ইন্দোরগী রেস্তা পাবদা মহু শেম্বদা অচংবা মমলনা অশেংবা হার গাড়ী মপোৎ অমদা অনা ৮২.নি। নোংমদা পুং ৮ থবক শুবদা মুপানা আনা ৭ অদুগা মুপীনা আনা ৫নি।

## ইন্দোর নমুনাগী কায়াৎ

নমুনা অসিগী মরু ওইবা মওং মতৌদি থবক শুফমদগী থোরুকপা মথী মকুমগা যন্ত্রী অমৌবগা য়াম্নরবা, উ না মৈ থাবদগী থোরকপা উৎ অমসুং য়ুং চোৎলবা লৈবাক অদু কোমদা ফুমজিল্লগা য়াম্না থুনা পুমথহনবনি। কোম অদু ফুট অনিদগী হেল্লা লুরোইদ-বনি অমসুং অপাকপনা ফুট ১৪ ওইগদবনি। মরাক্লা ফুট ৩০ ওই-গদবনি। মসিনা অচৌবা অমসুং মচা মখল অনিমক্কী চান্নহনবা ওমই, খুদম ওইনা হায়রবদা মরাক্তা ফুট ৩ গী শরুক অহু যণ লাবা জুরা অনিগী কুম্ননবা থাবিরিবা মুমিৎ ৬নিগী চরু-চনাই অহুনা থমহনবা

ওমই। অহুদগী লৈহৌরিবা শরুক অদু হায়রিবা চাং অদুগী মতুংইন্না মথং মথং ফুনহনবা ওমই। অফবা কোম অমগী, ঈশিং মনিন অমসুং ঘন্টী থরা, উৎ থরা য়ুং চোংপা লৈবাক অমসুং কোকফাই ময়াম অদুনা মচাক অদু চাং মান্নবা চোং-চোং লাউহল্লি অফবা অমসুং য়াম্না থুনা পুমথবা কোমদি য়াম্না থুনা কোকফাই ভৌরোক ভৌনা কাররকই। হাযরিবা মচাকশিং অদু অদুদগী যাম্না থুনা পুমথবা হৌরকই। ইহান ঙানবদা পুমথবা থোইহনবা পোৎ অদু ফংত্রবদি কোম হাপ-চিন্দুনা কোকফাই কাহন্নবগা হোৎনৈ। পুমথবা হৌহন্নবা পোৎ অদু কোম অদু ৩পাক নত্রগা ৪রক পীজিন্নরবা কান্দদি য়াম্না ফররকই। ঈশিং মনিল অমসুং মুংশিৎ মুংশাগী চাং অদু লৈমায়দা ঈশিং চাইবা অমসুং পুমথহনবা হৌননবা হাপলিবা পোৎ অদু মথং মথং হাপচিন্দুনা মাপ্পহন্দুনা থবক অদু থুজিনহল্লি অমসুং মুমিং ৩০নিগী মনুংদা কাই। থাকপা য়াই। মনুংদা লৈবা পোৎ ময়াম অদু য়াম্না শাররকই অমসুং অসুম তৌদুনা মতম কুইনা লৈ। নিয়ম নাইনা পাম্নদুনা শেম্বা থোৎ-পনা অফবা য়ান্নবা পোৎ ফংই অমসুং থাক খুদিংগী মুংশিৎ অফবা য়ান্নবা পোৎ ফংই অমসুং থাক খুদিংগী মুংশিৎ মরাং কায়না ফংহল্লি। চাং-নইনা ঈশিং চাইবনা খুদক্তা পুমথবা হৌই অমসুং মসিনা অরেপ্পা লৈতনা অদুম চৎথরকই অদুগা মনৈদা য়ান্না ফবা পোৎ-পোক থোকহল্লি।

## কোম শেম্বা

ঘণগোলগী মনাক্তা ফজনা কংলবা মফম অমা খন্নু য়াররবদি মদু ঈশিং নকনা ফংবা জাগা ওইহল্লু। লৈমায় অদু ফুট অমা লুনা

তৌথবা অহুদগী ফুট ৩০ শাংবা ফুট ১৪ পাকপা ফুট ২ লুবা কোম অমা ওলহমনবা লৈবাক অহু অকোইবদা শন্দোকউ, অসুমা কোম অসি অশাংবা অহুনা নোংপোক-নোংচুপ ওইহন্দুনা জুরা জুরা তৌগদবনি। জুরা অহু অমগা অনগা ফুট ৬ লাপ্নগদবনি অহুগা জুরা অমগা জুরা অমগা ফুট ১২ থাপ্নগদবনি। অসুমা কান্নহুনা থম্লিবা লমহাং অদুদা অয়োইবদা ওল্লকলিবা হার মপৈ অহু কোংথোক্তুনা থমগদবনি অমসুং মহু মপৈ মপৈ ওইনা যণগাড়ৌনা হোন্দোকপদসু খুদোং চাই।

## লৈপাক অমসুং য়ুং

যণগী য়ুং অসি হার য়াম্না মরাং কাযনা য়াওই, মসি মহৌশানা থবক শুফমশিন্দগী থোকপা পোংথী পোংকুমদগী হার শেম্বা মতমদদি অংবম্বদা মাওহল্লি। যণগোলগী লৈমায়দা পক্কা চনবা পৈশা য়াম্না চংই অমসুং যণ লাবশিংদদি যাম্না খুদোং চাদে। অথোংপা, লুম্বুলুম্বু শাবা হন্না ইরায় লায়না মুংঙাইনা পোংথাক্সবা য়াবা কুনফম শেম্বিবা তারবদি মচম্বা ক্রো-ক্রো লাওবা লৈপাক্না শাবা য়াই। মসি লায়না ফ ফমদি ফৌ যৈফম শিন্তোকপদগী ফংবা লৈচাক, নোংগী ঈশিংনা পুথরকপা অমসুং খোংদা তুঙদুনা লৈহৌবা লৈকুপশিং অমসুং ঈশিং-ইচাওদগী লৈহৌবা লৈঙোই ফোলি শং (লৈনাং) অদুনি। ইঞ্চি ৬ থাবা অপাকপা লৈমায়না য়ুং পুমনমক চুমশিনবা ওমই, মুমিৎ খুদিংগী অচোংপা মচেৎ-মচেৎ য়াওরক্লবদি মদু লৈবাক মকুপ মকুপ চাইশিনগদবনি অমসুং অচোংপা মফম অদু পারপনা লৈবাক অদু কুপশিনহনগদবনি, অদুদগী শজিক-উপুদগী যম্না চাত্রিবা শজিক থরা

লৌথোক্‌না পাৱপনা কুপশিনগদবনি। মতৌ অস্ত্রা কুপশিন্দুনা থম্বা য়ুং চোৎলবা লৈপাক অদু থা ৪ খুদিংগী লৌথোক্লগা অনৌবা লৈপাক্লা অমুক মহুৎ শিনজিনগদবনি। মসিদগী লৌথোরকপা লৈপাক অকুপ্পা অদূনা হার শেম্বদা শিজিন্নগনি অতুগা অপৌবা অচৌবা অদূনা লৌ-বুক্তা অদুম হেক্তা হাপচিনগদবনি। মসি য়ামনা থুনা শীজিন্নবা য়াবা হারনি অমসুং ঈশিং চল্লগা উবা মহৈ মরোংগী য়ামনা চানরবা হারনি।

## ষষ্ঠী অমসুং উৎ ৫

নোংমদা ফংলিবা ষষ্ঠীগী শরুক ৩ থোকপগী শরুক অমত্তুং দরকার ওই মসি ঈশিংগা যায়তুনা নংনং লাউনা থিৎলগা শীজিন্ন-গদবনি অতুদগীদি অরেম্বা অতুনা শীং ওইনা শীজিন্নবা য়াই। মুমিৎ খুদিংগী চাক থোংন্দগী ফংলিবা উ-ৱা থাবগী উৎ অমসুং অতোপ্পা মফমদগী ফংবা উৎ অতু পুন্না খোমজিল্লগা খুমজিন্দুনা থমগদবনি।

## থবক শুফমদগী ফংবা মথী-মকুম নত্ত্রগা কুচরা।

থবক শুফমশিংদা কান্নবা মনা মশিংগী মথী মকুমশিং অসিনা হার শেম্বা য়াই, মতুদি চবোৎ হাওনা অমসুং শিংনাং, লশিং হেক-খ্রগা লৈহৌবা মখোক, পি-খোজাই, থোইদিং, সেক্লোৱার, নাইগর তীনশিবী, অমুবা অমসুং অশংবা চনা, চুগুম, জোৱা মকুম, চু, উ-ৱাদগী থেল্লকপা মনা, শাযন্না চাবদগী লেমহৌবা শজিক, চরু, চোৱা অমসুং অতোপ্পা শজিক অসিনচিংবা অসিনি। অকনবা পোৎ-চংশিংদি চপখায়বা নত্ত্রগা থুগাইবা দরকার ওই। মসি সিদ্ধগী কো-লাস থাদবা অথোৎপা লম্বীদা ফাওবা যণগাড়ীগী লিকলমদা ফজনা

শন্দোক্তুনা থম্নগা তকথায়হল্লগা অপেৎপশিং অদু অমুক ঙৌখোকপা অমসুং মহুত্তা মহুগী অনৌবা অমুক শীজিন্নহুনা য়ামনা নিংথিনা তৌই। মসিদগী লেমহৌবা য়ামনা কনবা মচি অমসুং মরুশিং অহুদি শীজিন্ন-ব্রিষ্টিগী মমাংদা নিনিগুম্বা ঈশিং তীংবা নত্রগা চোৎ-চোৎ লাওবা লৈবাক মনুংদা থা ২ নত্রগা ৩ লোম দরকার ওই। অকোনবগী থবক অসিদি নোংজুথাদা ইরাই লায়না তৌবা য়াই। অশংবা পোৎশিং অদুদি হাম্না কংহনগদবনি অমসুং অদুদগী মপুন মপুন পৈশিনগ-দবনি। মখল মথা অয়াম্বা লেমগৌরিবা মখাক ময়াম অদু পুন্না পুন্না পৈশিনগদবনি অদুগা লোইননা মপৈ মপৈশিং অদু তোঙান-তো-ঙানবা মখলগী অমুক খোমজিনগদবনি। হারগী কোমদা পুরকপা মতমদা ঐখোয়না চেকশিনগদবদি মখল ময়াম অদু পুন্না তিন-শিন্নগন্নবা হোৎনগদবনি। করিগুম্বা মখল অমত্তনা শরুক ৩ থোকপগী ১দগী হেন্নহল্লোইদবনি। অকনবা ঈশিংদা তীংদুনা থোৎহল্লবা অরেম-অপাশিং অদুদি অমুক শিজিন্নবদা চাং য়ামদনা শীজিন্নগদবনি।

মসি তোঙান তোঙাম্বা অরেম-অপাশিং অদু চাং মান্নবা য়ানশিন্ন-দুনা চহি চুপ্পা শিজিন্নবা কোন্নবা তুংশিন্দুনা থমলবদি মশানা অদুম ওইজে। খারিফতা হুনবা হেক্ত তোকপগা পৈশা ওন্থোকপা য়াবা সান নত্রগা অতোপ্পা কুয়োননা যোম্বা মহৈ-মরোংগী অশংবা পাম্বী অদু খুইথহল্লগা পুল্লপনা তাশিন্দুনা থমলগা হার শেমলবদি কোম তৌরগা শেম্বা হারগী মগুণ অসি ফগৎহনবা ঙমই। রবীগী মহৈ-মরোং থারমদাই মতমদদি লম অদু ইশেং শেংলগনি অমসুং মসি সান থাবগী য়াম্না ফাননরবা মফমনি।

## ঈশিং

ইমুং মতুংগী শীজিন্নবদগী চেঙ্গুরকপা ঈশিং অদু হার কোম মনাক্তা লৈবা কোম অমা নত্রগা লৈমুংদা ফুমদুনা থম্বা উতোং অমদা চিশিনদুনা থম্লগা মুমিৎ খুদিংগী শিজিন্নরবদি ঈশিং হোনবগী অদুমা কল্লে থবক অদুগা য়াম্লম্ খুদোং চায়। মতম কুইনা তুংদুনা লৈবা ঈশিং অদু য়াম্না মাংননবগী মশক্তি। অহেনবা ঈশিং দরকার লৈবা অদু অতোপ্পা উপাইনা ফংননবা হোংনগদবনি। অইং অশা ঋতুগী মতুংইন্না হার ঘনগাড়ী মপোং অনগীদমক ঈশিং কেরোশিন টিন ৫০ দগীনা ৬০ ফাওবা দরকার লৈ।

## নিয়ম শুগাইনা তাকপা

লৈখা থাবা য়াওনা কোম ফুনবা— ফুট ৪ শাংবা ফুট ৩ পাকপা বোরাগী অশাংবা নাকল নাকন্দা ফুট ৭ কা ইঞ্চি ৬ শাংবা ব্লা অমমমদা পুনশিল্লগা শাবা কাই অমা লৌরো। লৌউ-শিংউবদগী থোকপা চরু-চনাই ফত্ত হাওদি মকুম মরাং অদু ঘনগাড়ী খুদিংগী কাই অমা পিক থনবা অদুগা ইবোই খুদিংগী কাই অমগা তংখায় থনবা অদু শঙ্গোলদা মখোয়গী কুনফম অদুদা মুমিং খুদিংগী চাইথোক্লো। অদুম্না থারবা চরু চনাই অদু শনয়ুংনা পুম্না চোত্তুনা মখোয়না শুরু-শুরু নৌশিলহল্লো। কোমগা মথা থাবা অসি নোংজু পাম্বাদদি কোমদা হার হাপ্লবা মতমদনা খাক্তুনা থম্লবা অকংবা ফত্ত-হাওদি নাপী-শিংবী লৈরোন অমগী মথক্তা নাপী অশংবনা খুইথহল্লগা হাপনৈ। অদুদগী বস্থী অনৌবা অদু ফজনা থিংলগা চাইশিনগদবনি অদু নত্রগা মতুম মচা মচা ওইনা কংহল্লগা হাপকদবনি অদু নত্রগা বস্থী অনৌবগী

কোমলামুক চাওহল্লগা মতুমদু মখাদা হাপকদবনি অদুদগী মনয়ুংনা চোংলবা লৈবাক অমম্ভুং কোকফাই কাহল্লবা পোং অদু মম্থী অথিংপা চাইশিল্লবা মতুংদা কোম মখাগী লৈরোন্দা মথংগী মুমিত্তা য়োংপাক্লা কোত্তুনা নত্রগা কাইদা হাপ্তুনা হোল্লগা কোমগী মতাই অমদগী মতাই অমা ফাওবা হাপকদবনি অমম্ভুং রেক্লা য়াম্লা পানা শিনদোক্কদবনি। লৈরোন খুদিংমক উং, থী লৈবাক অমম্ভুং কোকফাই কাহন্নবা পোং য়াওরবা মম্থী অথিংপনা খরা খরা হাপ্তুনা চোংচোং লাওহনগদবনি। লৈখা থাননবা অদু লোইনা লৌথোক্লবা মতুংদা লৈমায় অদু ফজনা শিংতোকখ্রগা মখা তাহৌবা অকুপ্পা মকুম অদু কোম মনুংদা শিংচিন্দুনা মদুনা মথক থংবা লৈরোল ওইহনগদবনি। মথক ইথং থংবা লৈরোন অদু ঈশিং চাই চাইদুনা চোংহনগদবনি। অদুম্না চোংহনবা অদু মুমিদাংবাইরমদা অমম্ভুং মথংগী থংনবা অয়ুক্তা চাইদুনা হন্না হন্না চোংহনগদবনি। ফত্ত-হাওদি অমম্ভুং পোংথী-পোংকুম ফংবগী চাং মতুংইন্না কোম অমা থম্বা নত্রগা মদুগী শরুক খরা ফুনবগী থবক অদু মুমিং ৬নিগী মনুংদা লোইশিনগদবনি। লেমহৌরিবা শরুক খরা অদু নত্রগা অতোপ্পা অনৌবা কোম অমা অমুক ফুনবা হৌগদবনি। কোম ফুনবা মতমদা খোংনা নেংশিন নেংশিন্দুনা ফুনবা ফত্তে মরমদি হাপলিবা ফত্তহাওদি অদুগী পারবা কারক্তা য়াওবা মুংশিং অদু তাম্থোকখি।

নোংজু পাম্বাদদি কোম অদু ঈশিংনা পিক থল্লি। নোংচুবা হেক হৌরকপগা কোম মনুংদা য়াওরিবা অদু কোংথোক্কদবনি অমম্ভুং লৈমাই মথক্তা পুল্লপ্পা পৈশিন্দুনা থমগদবনি, মতম অসিদা চাং

নাইনা অকরুনা মথক মখা ওন্থোক ওনশিন তৌহৌগদবনি। নোংজু পান্থাদদি হার শেমননবা পোৎ অদু লৈমায় মথক্তা ফুট ৮ পাক্না ফুট ৮ শাংনা অমসূং ফুট ২ য়াংনা নমশিন নমশিন্দুনা অহংবা মুংশিং চংদনবা পৈশিল্লগা হার শেমই।

## হার কোম মথক মখা ওনবা অমসুং ঈশিং চাইবা

পুমথবা হৌরক্লবা হার কোম-অদুগী লৈমায় অদু হাপ্তা খুদিংগী ঈশিং চাইদুনা চোং-চোং লাওনা থমগদবনি। মরক মরক্তা মসুং থংবা শরুক অদু চোংহনবা অমসূং মুংশিং চংহনবা দরকার ওই, কংখিবা মনিল অদু অমুক হন্নিনহন্নগা ঈশিং চাইবগী লোয়ন-লোয়ননা অতেমলক্তি মথক মখা ওনগদবনি। অচোংপা অমদি ঈশিং তারক্লবা মতমদদি ঈশিং চাইবগী থবক অসি খরা হন্থবা য়াই অদু নত্রগা ঈশিং শুকচাই চাইদ্রবসূ য়াই তৌইগুবসূং ইহান হানবা কোমদা হাপ্লমদাইগী পুল্লপ পৈদুনা থম্বা মতমদদি অচোংপা মতম খঙদে অকংবা মতম খঙদে ঈশিং চাইদবা শুকয়া য়াদে।

## মুমিৎ ১৫ নিরোমগী মতুংদা অহানবা মথক মখা ওনবা

কোম অতুগী মথক থংবদা লৈগা পুমথবা ভমদ্রিবা শরুক অদু লৌথোকলো অমসুং মদু মথক্তগী কোম অমা ফুনবদা শীঙ্খিনবা থমলো। মুমিৎ ৩০ নিরোম শুরবা পুমথরবা হারশিং অতু লৈমায় মথক্তা চাইথোক্কুনা থমলে। অতুগা ইঞ্চি ৬ লোম লুনা ঈশিং চোং-হন্নবা মথক্তা ঈশিং চাইশিল্লো। অহানবা মথক মখা ওনখা অসিদা কোম অদু ময়ুং ওইনা খায়দোক্লো অদুগা মখা থংবা তংখায় অদুদি কয়ি অমত্তা শোক্তনা লেংদনা থমউ। মদুগী মথক্তা অতোপ্পা তংখায়

অদুনা চাইশিল্লো। মসি তৌবদা উনা শাবা রেক্লা খুদোং চাবা হেল্লী। মচাকশিং অদু লৈরোল নাইনা লৌথোকলোইদবনি, হেক য়ারিবমখৈ মথক্তগী মখা ফাওবা চুমদ্রিং চুম্না য়াম্থৎ-য়াম্থৎতুনা লৌথোকদবনি। ইঞ্চি ৬ লোম থানা পোংখংলকপা লৈরোল খুদিংমক ঈশিং চাইশিন-চাইশিন্দুনা চোংহনগদবনি। নোংজু থাদদি মথক মখা ওম্থোক-ওম্থোক্তুনা মপৈ-মপৈশিং অদু য়াংনা পৈনবা হোৎনগদবনি।

## থা অমগী মতুংদা অনিশুবা মথক মখা ওনবা

কোমগী অখাই অমদা লৈহৌরিবা মচাকশিং অতু অহাংবা নাদল চতুদা পুল্লপা পৈখংলো অতুগা লোইননা ঈশিংসু মরাং কায়না চাইদবনি, মসি তৌবা মতমদা মথক্কা মখাগা অনি অতু য়াম্না ফজনা য়ানশিন্নখিনবা চেক্শিন্না হোৎনগদবনি।

## থা ২ হৌখ্রবা মতুংদা অহুমশুবা মথক মখা ওনবা

হাব অতু বেলচানা অপাকপা জাগা অমগী লৈমায়দা কোংখংলো অমসুং ঈশিং চাইশিল্লো। কোম অনিগী মচাক অদু বেলচানা অনিগী মবক্কা লৈবা অহাংবা জাগা অদুদা কোংখংলগা ফুট ১০ পাক্লা অমসুং ফুট ৩।।০ য়াংনা পৈরো, পাক্লা পৈবদি বেরা লৈতে মদুদি কোম কয়াগী মচাক অদু পুল্লপা য়াই। খুদোং চারবদি হার অদু ঈশিং মতিক চানা চোংহল্লগা মতুংদা কোমদগী লৌবুক তান্না বনগাড়াদা পুথগদবনি। হার অদু শিজিন্নগদবা মফম অদুগী মপৈ মপৈশিং পৈদুনা থমগদবনি অসুম তৌরবদি মরু মরাং হুনবা

মতমদা হোন্দোক হোঞ্জিনগী মতম অদু মাঙখে। কা হেন্না কংদুনা পুম্নথবদা অপনবা পীদনবা মপৈ মপৈশিং অদু মতোন পাক্লা চুম্না চুম্না পৈখৎকদবনি।

অফবা হারদি মনম শুকনম নমদে অদুগা মশকস্থ চপ মান্নে। মনম নমথিরবা অদুগা হয়িং পাইবা উরবাদ মুংশিং মুংশা হেন্না দরকার লৈরে হায়না খঙনগ'নি অদু ওইরবদি কোম অদু মথক মথা ওস্থোক্কদবনি অমস্থং উং অমস্থং থী খর হাপচিনগদবমি।

লল্লাই লল্লাইগী দরকার ওইবা চাং অদু মথাদা পীরিবা অরায়বা পাননবা মওং অসিনা খঙবা ঙমগনি।

## শা-যণ ৪০ গী দরকার ওইবা চাং

মুমিং ৬ নিগী মুমিং খুদিংগী ফুম্নবা—

নোংমদা কোম অমদা হাপ্নবা পুরকলিবা মথা থাননবা অমস্থং ফন্ত্র-হাওদি ইঞ্চি ১৮না কোইবা ইঞ্চি ৬ লুবা টিন মপাক্লা শাবা পাত্র ৪দা, কাই মপোং ৪০দগী ৫০ ফাওবগী মথক্লা মুং চোংপা লৈবাক মপোং ১৫ অসি শিঙ ওইনা শী জিন্নব্রবদি যন্থা চাং হেন্না মানশিল্লগা কোকফাই কাহন্নবা হাপচিনগদবনি।

যন্থী অথিংপা ঃ— নোংমগী যঙ্গোল অমদা ফংবা পোখোক্কী-দমক ঈশিং কেরোসিন টিন ২০, যন্থী টাগাড়ী অথনবা ৫, (টাগাড়ী টিন মপাক্লা শাবা পাত্র), উং টাগাড়ী অথনবা অমনা যনয়ুং

চোংপা লৈরাক টাগাড়ী অথনবা অমা কোকফাই কাহল্লবা পোং টাগাড়ী অথনবা অনি দরকার ওই।

ঈশিং— নোংমগী যঙোল অমদা ফংবা পোংথো চীদমক কোম হেক যুনবগা ঈশিং টিন্ ৬, থুম্‌দাংবাইরমদা টিন ১০ মথংগী অয়ুক্তা টিন ৬ দরকার লৈ।

লৈমায় ঈশিং চাইবা—অমুক অমুক চাইবদা টিন ২৫ দরকার ওই।

মথক মথা ওনরা মতমদা ঈশিংগী দরকার—অহানরা ওনবদা টিন ৬০দগী ১০০ ফাওবা অমা, অনিশুবা ওনবদা টিন ৪০দগী ৬০ ফাওবা, অহুমশুবা ওনবদা টিন ৪০দগী ৮০ ফাওবা অইং অশা মতমগী মতুংইন্না দরকার ওই।

অহানবা মথক মথা ওনবদা কোকফাই কাননবা পোংকী দরকার—টাগাড়ী ১২।

## পথাপ

টাগাড়ী নত্রগা থুম্মোক অমদা য়াওরিবত্থগী অচৌবা অরুম্বা

| পোংচং | থুজোক্রা ওনবা অচৌবা | অরুম্বা পাউন্দা |
|---|---|---|
| ফম্বী অনৌবা | ৬তগী ৭ ফাওবা | ৪০ |
| ফগয়ুং চোংপা লৈপাক | ২০দগী ২১ ফাওবা | ২২ |
| উ-য়াগী উং | ১৫ | ২০ |
| কোকফাই কাহল্লবা পোং | ৫ | ২০ |

পোৎচং খুজোক্লা ওনবা অচৌবা অরুবা পাউন্দ
অহানবা মথক মখা ওনবা
হৌননবা ৬

## থবক তৌনবগী পথাপ

| মুমিৎ | থবক মওং |
|---|---|
| ১ | কোম ফুনবা হৌবা |
| ৬ | কোম ফুনবা লোইবা |
| ১০ | কোকফাই কাবা হৌবা |
| ১২ | অহানবা ঈশিং চাইবা |
| ১৫ / ১৬ | অহানবা মথক মখা ওনবা অমসুং থা অমা কারগা হার হাপচিনবা |
| ২৪ | অনিশুবা ঈশিং চাইবা |
| ৩০ / ৩২ | অনিশুবা মথক মখা ওনবা |
| ৩৮ | অহুমশুবা ঈশিং চাইবা |
| ৪৫ | মরিশুবা ঈশিং চাইবা |
| ৬০ | অহুমশুবা মথক মখা ওনবা |
| ৬৭ | মঙাশুবা ঈশিং চাইবা |
| ৭৫ | তরেৎশুবা ঈশিং চাইবা |
| ৯০ | হার অহু শিঙ্জিনবা য়ারবা |

ইন্দোরগী নমুনা কুপথনা তৌবদা খুদোং চাদবা ফিভম লৈর-বদি মহুগী কান্নবা অহু মখাগী অসুম্না খঙ্জিক্তা ওইরবসু কান্নবা

ফংগনিদা য়ানশিন্নরবা ফত্ত-হাওদি অত্থনা শা-ষনগী ফুন্নবা শেথা থাবা ওইনা শীজিন্নগদবনি, দরকার লৈবা থন্থী থুং চোৎলবা লৈবাক অত্থ হান্না হায়থত্রবা অত্থন্না মথংগী অয়ুক্কা লৌথোক্লিংগী মমাংদা উৎ হান্না চাইশিনগদবনি। মচাক অত্থ হার শীজিন্নগদবা লৌয়ুক্কী চিদাই অমদা নত্রগা অকংবা মকম অমদা পুরো অত্থগা ইঞ্চি ৩ য়াংনা ইঞ্চি ৮ পাক্কা অশাংবনা থুদোং, চাগদবা য়েংলগা পৈশিনখ্রুনো থমলো। নোংজুথা য়েরক্লবদা থা অমগী মতু দা কোকফাই কারক্ল-গনি। নোং ময়াই ওইনা চুবা নত্রগা নোংথী নোংমংবা হুমিৎ অমা থল্লগা মথক মথা থোক থোক ওম্থোকলো। থা অমমম কান্নহল্লগা মথং অমুক নত্র।। অনিরক মথক মথা ওম্থোক্লবদি কুমগী লোইরকপদা মচাকশিং পূমথরকই তৌবদদি নোংদি মরাং কায়না তাবা দরকার ওই।

হার অত্থ শীজিন্নবা চহী অমদি ওাইবা দরকার ওই অত্থগা নোংনা কা হেন্না চুরবদি মত্থদগীস্থ হেন্না কুইথবা তাই। মসিদগী ফংলকপা হারনা মওং চুন্না শেম্বা হারদগী খরা তাবা য়াই অত্থবু অচুম্বা লৌউ-শিংউবদগী যংবা মথী মকুন্না শাবা হারদগীদি হেন্না ফবা য়াই। অসিগুম্বা লাইথোকহল্লবা মওং অসিম্থ অকনবা উ য়াগী যত্ত-হাওদি অত্থ লায়না পুমথহনবা ওমই মতৌ অস্থম তৌদনা থুঙ্গংগী হৌজিক চৎনরিবা মওং অসিংগীদি হেন্না য়াম্না হার থোক-হনবা ওমই।

## থুঙ্গংগী মহৈ-মরোং

থুঙ্গং থুদিংগী ইহান মধৌদি মখেয়না চাননবা মহৈ-মরোং থাবা অমম্থং শেৎননবা লা, থাশ অসিনি। শা-যনগী লম

অধ্যায় ১৮

# লৌউ-শিংউবা অমসুং শা-ষণগী নুংঙাই য়াইফবা ৫শুবা চিঙ্গাক তাংবগী সমস্যা

চিঙ্গাক তাঙবা ঃ— প্রকৃতিগী নক্তগা মীনা থোকহনবা চাক তাঙবা অমসুং চরা হেন্দুনা ইন্দিয়াগী মী মিলিয়ন কয়া নক্রগা মী লিশিং-লিশিং শিদবা নত্তে। ঐনা পামই মতুদি য়াম্না মরা চেৎনা ইঙনা লৈবা সমাজ অমদা ঈশিং তাংলকপা অমসূং চেং চাক তাঙলকপদা মায় পাক্লা থেংননবা হাম্না মঙেজোননা খূজিল থৌরাং তৌদুনা থমগৎবনি। মসিতনা মবা চেৎনা ইঙনা পানবা সমাজ অমনা থৌদোক অত্বুদা মতৌ কবম্না থে নগদগে হায়বত্বুগী মক ওইবা মচাক অমা নত্তে। হৌজিমক্কী ঐখোয়গী ইথৌদি হৌজিক হৌজিক্কী চিঙ্গাক্কী ওইরিবা সমস্যা অসি মায পাক্লা মতৌ করম্না থেং-নগদগে হাযবা অসিনি।

ঐনা খল্লি, ঐখোয়না ওমগনি হাযনা। ঐখোযনা ইহান হানবা তমগদবনি পাবাদি ইশামক ইশাবু মতেং পাংজবা অমসুং ইগানা ইশাবু থাজজবা অসিনি। ঐখোযনা পারা অসি ফরবদি মাঙ তাক্ল-বগী মশক ওইরবা মীরৈবাক্কী মখা পোনবদগী খুদক্তা নাম্থোক্লগনি অমসুং শেল থুম পাইদনা খুং তত্তুনা লৈবরোই মসি পংহায়দা হায়জিনবা নত্তে তৌইগুম্বসুং অচুম্বা ঙাক্তনি। চিঙ্গাক ফংফম অসি মপানগী মতেং নক্তবদি উপাই লৈতবা যাম্না পিকপা মফম অমা

ঐখোযনা ওইদে। ঐখোয় অসি মী মিলিযন ৪০০ রোম লৈবা জাতিনি অমসুং মহাদেশ অমনি। ঐখোযগী লৈবাক অসি তুরেল অচৌবা চেনবা, লৌউ শিংউনবা লম মরাং কায়না ফংবা অমসুং লোইবা নাইত্রবা শা-যণগী কন লৈবা অমনি। ঐখোয়গী শা-যন্না ঐখোয়না দরকার লৈবা শঙ্গোমদগী তানা পিরিবা অসি ঐখোয়গী জোবননি। ঐখোয়গী শা-যন্না মুমিৎ অমদা হেক্তা ঐ-খোয়না দবকার লৈবা শঙ্গোম অত্থু পীবা ঙমগনি। হৌখিবা শতাব্দি কযামুক্তা ঐখোয়গী লৈবাক অসি থৌশাবিদনা থমবিবমত্রবদি ঐ-খোযগী লৈবাক অসিদা মরাং-কাযনা চিঙ্গাক ফংহনবতা নত্তনা হৌখিবা পৃথিবীগী লাঙ্‌'ঙদা পৃথিবীগী মফম পুন্নমক চিঙ্গাক রাং-হল্লন্নবা মপানগী দেশশিংদা চিঙ্গাক পীবা ঙম্নমগদবনি। মসিনা ইন্দি-য়াবুসু য়াওহল্লমদবা নত্তে। অরাবগী খুদম অসি অসুম অসুম তাথবক-পগী মহুত্তা অসুম অসুন হেনগৎলকলি। ঐনা থাজৎলক্লিবা মফম অসি মপানগী দেশশিংনা লেম্না চিঙ্গাক পিনিংলকপা অত্থুবু লৌ-মু সি হাযবা নত্তে। ঐনা হাযরিবসি ঐখোয় চাক্লিবা অমদি ওইন্নসি হাযবনি। মসিনা ঐখোয়বু তোস্থহল্লকলি। মসিদা অমুক ঐখোয়গী মসুংগা মফম অমদগীনা মফম অমা তান্না চিঙ্গাক হেন্দোক হোঙ্গিন তৌবগী খুদোংথীবা অত্থুম অমুক হাপকৎলকলিবনি। অতোপ্পা মফম অমদগীনা অতোপ্পা মফম অমা তান্না খুদক খুদক্তা চিঙ্গাক হোন্দোক হোনজিন তৌননবগী খুদোং চাবা অত্থু ঐখোয়না ফংদে। মসিগীসু মথক্তা চাবা য়াত্রবা চিঙ্গাকশিং অত্থু অমুক হোন্দোকখিনবগী থবক অত্থুসু হাপকৎলক্তবা য়ারোই। ঐখোয়না কাওরোইদবদি ঐখোয়না

তৌগদৌরিবা থবকশিং অসি মীওইবগী স্বার্থদা তৌগদবা ঙাক্তনি। পৃথিবীগী করিগুম্বা মফমদা মসি মপুংফাবা নত্রগা মপুং ফাগদ্রবা ফাংওবা উবা ফংলোই।

মথংদা ঐখোয়না নীরৈবাক্তগী কারি মতেং ফংবা য়াবগে হায়বা অহু অমুক য়েংলসি। ঐঙোন্দদি অহুন্না হায় মহুদি ঐখোয়গী হৌজিক দরকার ওইরিবা অসিগী শরুক ১০০গী মন্নুংদা শরুক অমদগী েন্না ফংবা ঙমলোই হায়না। হায়রিবা পাও অসিনা চুন্নবা অহুগা হায়রিবা মশীং অসি হীরম অসিদা হৈ-শিংলবা কাওবুবু থিগৎ-খেৎকৎহন্দুনা চুমগে হায়বা খঙলবদি মপানগী মতেং ফংবগী রাফম্ অসি শুক্রই ওইবা য়াবোই। মপানগী মতেং অসি থজিক্তং তেক লৌরুগদা ঐখোয়গী লৌউ শীংউবা য়াবা অফংবা লম ইঞ্চি অমা ফাওবদা খুদক খুদক্তা শেল ওন্থোকপা য়াবা মহৈ মরোং থাবগী মহুত্তা চিঙ্গাক থাননবগী হোৎনবা য়াবা অহুদা অপনবা পীরকপা য়াই খুদক খুদক্তা লৌউবা য়াবা অফংবা অহাওবা লম মথৈ ঐখোয়না কোকথোক্তুনা শীজিন্নগদবনি।

চান-থক্নবা চিঙ্গাক মীওই খরতদা পৈশিন্দুনা থম্বনা অমাংবা ওইগনি হায়না ঐনা কি। ময়ামদা য়েন্থোক্নবনা হুরানবা কালা বাজার তৌবা কাওবুবু নমহৎপা ঙমই অমসুং পুথোক-পুশিন তৌবদা তিংথিগদবা শেল অমসুং চঙগদবা মতমদগীসু কনবা ঙমগনি।

মরু ওইনা ইন্দিয়াগী থুঙ্গংদা লৈবা মীশিংনা মখোয়গী মহৈমরোংশিং অহু তিল-কাওনা চাখিগদবদগী করম্না কনগদগে হায়বা

খঙই। মফম অমদগীনা মফম অমা থাংদোক-থাংজিল তৌবা অসিনা মহৈ-মরোংশিং অছু তিল কাঙনা ইরাই লায়না চাথোকপা ওমই। মসিনা ঐখোয় খুদিংমক্না য়াম্না দরকার ওইরিবা অসিবু টোন কয়া কয়া মাঙহন্দুনা ফংহন্দে অমসুং দেশ অসিগী পৈশা মিলিয়ন কয়া-মুকসু মাঙহল্লি। ঐখোয় ইন্দিয়ান খুদিংমক্না হৌবা য়াবা মফম খুদিংমক্তা চান থরুবা চিঙ্খাক থ'বগী কান্নবা অছু খঙলবদি ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা মতম ফাওবা কাওথোকপা ওমগনি। ঐনা করিগুম্বা উপাই অমত্তনা য়াম্না মুংঙাইরবা অমসুং য়াম্না মরু ওইবা বিষয় চান-থরুবা হেন্না পুথোকপা হায়বা অসি মপুং ফানা নৈনত্রি তৌইগুম্বসুং ঐনা খল্লি মছুদি ঐনা হিবম অসিদা মযাম্না পুক্লিং চংহন্নবা অমসুং মতৌ করম্না অশিংবা কাঙবুশিংবু অসিগুম্বা য়াম্না মুংঙাইরবা থবক অসিদা মরম্নাই-মরম্নাই রাখল খলহনগদগে হায়বা অছুগী মরমদা মতিক চানা হায়খ্রে হায়না।

ঐখোয়না মপান্দগী ফংগদবা চিঙ্খাক শরুক ১০০ গী মনুংদা শরুক ৩ অছু মতৌ কবম্না শীজিন্নগদগে হায়বা অছু ঐহাক উৎকে। থাখায় খুদিংগী ১১নি শুবা মুমিৎ অছুদা হিন্দুশিংনা চারা হেন্নৈ অছু নত্রগা চারা তংখায হেন্নৈ। অথম্না চারা হেল্লিবা মী মিলিয়নশিং অছুগীদমক্তা মুস্লিম অমসুং অতৈশিংবু চারা হেন্নু হায়বদা য়াদবা তৌরোই। জাতি পুম্নমক অসিনা অসিগুম্বা মুংঙাইরবা মশা মশানা তৌদফদনা য়াদবা যাত্রবা অসি খঙলক্লবা মতমদা মপান্দগী মতোন মংশা মানা ফংহন্দবদা মাংকদবা শরুক অছু মেনখৎপা ওমগনি।

ঐগী লম্লাই পোং ওইনদি চান-থক্কবা পোং-চৈ অসি পুল্লা পৈশিল্লগা নিয়ম অমগী মথাদা ফংহনবা অসি কাল্লরোই। চান-থক্কবা পুথোকলিবা মীওইশিং অহুবা মখোয় মশা মশানা থোকহল্লিবা পোথোক অহু ঐখোয়না হৌজিক ইরাই-লায়না ফংবা ওমদ্রিবা অহু মহু কৈথেলদা য়োল্লনবা পুথংলক্কনি অহু ওইরবদি মীপুম খুদিংমক্কা চাবা য়াবা অকবা খুদুনা লৈজবা য়াগনি।

ঐনা হাথু হাথুবা চিঙ্গাক্কী সমস্যাগী মরমদা নৈনবা অসি প্রসিদেন্ট টুমেন্না আমেরিকানগী প্রজাশিংদা পীখিবা পাওতাক হায়রবদি মখোয়না তল চাবগী চাং অহু হস্থংদুনা চন্না হেল্লিবা ইউরোপকী দরকার ওইবা চিঙ্গাক কম্লনবা হোংনগদবনি হায়বা অহু ওইরবদি লোইশিল্লগে। মানা হায়রমই মতুদি মশানা য়ানিঙদনা য়াবা তাবা হায়বা থবক অহুনা আমেরিকানশিংবু মশা ময়েং তাহল্লোইদবনি। ঐনা প্রসিদেন্ট ক্রুমেনগী মীওইবা সমাজবু মুংশিবগী থবক অসিদা থাগত্তবা ওয়াদে হায়রিবা মীওইবা সমাজবু মুংশিবগী থবক অসিগী মতুংদা আমেরিকাগী পৈশা তান্নবগী তুক্কচনিংঙাই ওইবা থবক অহু লোত্তুনা লৈরিবনি। হায়বা রাফন অসিদা ঐহাক্কা য়াবা ওমদে। মী অমগী অক-ফত্ত য়েংবা তরবদি মানা থল্লিবা রাখল অহুদা য়েংগদবা নত্তে মহুদি মাগী তৌথোরকপা থবক অহুদা য়েংগ-নিশ্বরতদা ঐঈনা মীওইবগী থম্মোই অসি থওবা ওমই। আমে-রিকানা চন্না হেল্লিবা ইউরোপকীদমক য়াদবা তারবদি ঐখোয়না ইশানা ইশাগীদমক য়ানিংদ-য়ানিংদনা য়াবা তাবগী থবক অদু তোকপা তারবরা? মী ময়াম্না চন্না হেন্দুনা শিবা তারবদি জাতি অমগী

পুকচেল চাওবগী খুদম উংহল্লিগা থবক অদু ঐখোয়না হেক ওম্বমখৈ তৌদুনা ইশানা ইশাবু মতেং পাংজদুনা ঐখোযগী মায় ওইননবা খরদি তৌবা ফৈ। ১

**অতাও থাদা**

মহাক্না হেক ওম্বমখৈ চাননবা ফৌ চেং খাক্কুনা থম্বা ওমলিবা মী অহু মহাক মশানা মহুমখৈ থোকহনজবনি হায়বা যাবে। মবম অসিনা লাযরবশিংগীদমক্তা রখল খল্লিগা মী অহু অমম্তুং মখোযগা অমত্ত ওইনা লৈমিম্ন বিবশিং অহু মখোয়গী অরাৎপা অমত্তা লৈত্রে হাযবা যাবে। মসিগী উপাই কযামুক লৈ। খবদং হায়গে চিগ্নাক যাম্না চাবা অমম্তুং লেম্না মাওংনবা ইনাক-কৈবাক খুনবা মী কযামুক লৈ।

অমুক চাবদা চিগ্নাক মথল অমত্তা শীজিন্নৌ। তল, চাক হরাই, শঙ্গোম, ঘি, চিনি অওম্বা অমম্তুং থাও মনা-মশিং অমগুং উহৈ নত্তনা অচম্বা ইমুং মন্নুং অমগী শীজিনবা চিগ্নাকনি। ঐনা মসিবু চানদবা মচাগ্নি হাযনা লৌই। শঙ্গোম, মাখোল, য়েকম নত্রগা শা-ভা চাবদগী শা ভাগী প্রোটিন ফংলিবা কাংবুগীদি হরাই চাবা দরকাব লৈতে। লাইববশিংনা মনা মশিংগী প্রোটিন্দগী হেন্না ফংদে। ইনাক কৈবাক খুনবা কাংবুনা হরাই অমম্তুং থাও চাত্রিবদি শা-ভাগী প্রোটিন নত্রগা শা-ভাগী মহাও ফংবা ওনত্রবা লায়রবশিংগীদমক্তা মহু থাক্কুনা থম্বিববনি। অহু ওইরবদি হরাই-চেংরাই চাজবা মতমদা মহী ভাক্তা চাবা অদু ফবগনি। কাংনা অমগুং শা-

ম্যাইবদগী শোরুকপা থাও অদুদা লুপ্তুনা চাবা মতমদা হান্না

দরকার ওইরম্বা অদুগী তংখায়ভনা ওকুহনবা ওম্বগে। মহু অতেকপা সলাদ হায়বদি তিলহৌ, গ্যাক্কল, হঙ্গাম মুল্লা, অশংবা মনামশীং খামেন অশিনবগা লোয়ননা চাববম্থু কৈ। সলাদ আউন্স অমা নত্রগা অনিনা অহোংবা মনা-মশীং আউন্স ৮ গী মন্থুৎ শিনবা যাই। তলগা শঙ্গোমগা চামিন্নবোইদবনি। অহানবা হৌননবা চন্না অমনা অথোংবা মনা-মশীং অমম্থুং শঙ্গোম অনৌবা নত্রগা অফম্বা চাগদবনি। অগাওবা অথুম-অহাও চন্না অমফাওবা চাবোইদবনি। মহুগী মতম্তা চিনি অংাংবা নত্রগা অংেৌবা থবা শঙ্গোমগা নত্রগা মহু ডাক্তা চাগদবনি।

অতেকপা উটহ র হৈ চাবা কৈ নহুম্থু যান্না চ বোইদবনি। মসি অতাওবা পোৎনি অমম্থু' মসিদা ইনাক-কৈবাক্ত খুনবা কাংবুনা কা হেন্না পামশিনখ্রদি লাযবণশিংগী শকক অহু মুনবিখ্রগনি অমম্থুং ইনাক কৈবাক্ত পুনবা কা বুংগী হেন্ন' হৈনখিহুনা মহুনা লাযনা অমা ওইরকপা যাই।

চিঙ্গাক্কী বিজ্ঞানগী মবমদা তম্বা ডাক্তব অমনা ঐনা হায়রিবশিং অসি হকচাংদা মাঙ তাকপা ওইবোই। মহুগী মহুত্তা মসিনা হবচাং ফহনগনি হাযনা সার্টিফাই তৌ ক নি।

মসিনা চিঙ্গাক কন্ননবগী অমও ডাইববা লম্বীনি। মসি লানবা লাইররোইদবা ব্লাফমনি। তৌইগুম্বম্থুং মসিমক্লদি মিৎমক্লা হেক উবা য়াবা থৌদোক অমত্তা পুথোকলোই।

চেং-চাক মক মরাং লম্লোনবা কাংবুনা মখোয় করাম চাওবা অমম্থুং হেক ওমলিবা মথৈ শেন্দোং লৌনিংবগী হৈনবী অহু থাদোকপা

তাই। খজিক্কুং ফংলকপা অদু মখোয়না পেনবা তাই। লায়রবশিং-গীদমক্তা চানবা থক্লবা চিঞ্জাক পৈশিন্দুনা থম্বীবগী মায় ওইবা তম-ত্রবদি মখোয়না লায়রবশিংবু লুট তৌবগী জুলুম অদু ফংবা তাই। মখোয়না মখোয়গী য়ুমলোন্নবদা লৈরিবা মীশিং অদুগা তিন্ন-তৌংনগদবনি।

শম্মা হায়রবদা খ্বাইদগী মরু ওইবা থবক্কা খুদংগী মীশিংনা মখোয়গী লৈজরিবা অহু লেঙদনা থমজবা অমস্তুং ঈশিং হেক ফংবা মফমদা অনৌ অনৌবা মহি মরোং থাবগী থবক তৌহন্নবা লম্বীবা অসিনি। মসি য়াম্না পাক্লা শিনবা থুংনা অমস্তুং শিংবা ময়ামদা শন্দোকপা দরকার ওই। লফোই, আলু, পাল অমস্তুং মংগ্রা মরু পানবা চাবা য়াবা পাম্বীশিং অমস্তুং অরাথবা অসি য়াম্না লায়না হৌহনগা য়াবা চিঞ্জাক মখল অমনি হায়বা অসি ময়াম্না সাধারণ ওইনা খঙ-নদে। দরকার ওইরবা মতমদা মখোয়সিনা তঙগী মহুৎ শিনবা য়াই।

পৈশাদি য়াম্না তাংই। চাননবা চিঞ্জাক ফংবা য়াই অহুবু মহু লৈননবা পৈশাদি লৈতে। পৈশা লৈতবগী মরমদি থবক ঙমিনিঙঙাই লৈতে। মসিগী মরম পুথোকপা তাই। তরেং নাইবনা খ্বাইদগী লায়বা অমস্তুং খুংলোয়গা ওইগনি। লম লমগী দরকার অহুনা অতোপ্পা থবক শুনবগী মরু অমস্তুং ওইবা য়াই। থবক শুফম লৈতবদগী কোকপা য়াননবা থবক হেক পীবা য়াবা হীরম লোইনা থিজিনগদবনি। অতনবতনা চারা হেনগদবনি। তপ্পা তপ্পা জ্ঞান তানা লোয়নবনা অসিগুম্বা মীওইশিং অসি ফাওবা মখোয়গী অতনবা অহু থাদোকখিগনি। ২

## চিঙ্গাক্কী সমস্যাগী থোদোকশিং অসিদা মথাদগীশিং অসিদা পূক্লিং চণ্ডগদবনি।

(১) মীপূম খুদিংমক্না হুমিং খুদিংগী দরকার লৈবা চিঙ্গাক অহু যাবিমখৈ চংদবা য়াত্রবা মাগী মাগী মশাগী হিংননবগী চাংদগী তেন্না শীজিন্নরোইদবনি। অহুগা শঙ্গোম-মনামশী থাও অমম্তুং উহৈ ৱাহৈ ফংবা সহরনচিবদদি কৌ, চেং গেহু হৱাইনচিংবগী চাং অসি মখোয় মখোযনা ঙম্বা চাং অহুদা হম্থননবা হেংনগদবনি। হক-চাংগী দরকাব ওইবা চনাংগী শকক অহু চনাং যাওবা পাম্বীগী মক্ক হাযবদি গাজ্জাব, পাল অমম্তং মঙ্গা, আলু মক্ক পানবা চাবা যাবা পাম্বীশিং লকোঙ্গনচি বদর্গী। ফংবা ঙনই মসি হাযকববগী অর্থাদি হৌজিক ঐখোযনা চিঙ্গাক ওইনা শীজিন্নরিবা পোৎশিং হাযবদি কৌ, চেং, গেহু অমম্তুং হৱাইনচিংবা অসি লৌদূনা থম্লনবগীদমক্কি। মী মিলিংন কয়ামুকনা চাবা ফংনদ্রিবা অমম্তুং চিঙ্গাক ওইনা চাননবা মক মবাং কযা অমম্তুং হৱাই চেংৱাই কযা ফংদদূনা চবা হেনগদ্রা হাযনা হুংশা থীনববা মতম আসদা মনা-মশিং অসিসু হুংঙাইনবগীদমক্তা অমম্তুং হৈনবী ওইনা শীজিন্নবোইদবনি।

(২) ঈশিং লৈবা মফমদা যেৌবা ঙম্বা মীংই খুদিংমদনা মহাক মশাগী অমম্তুং সাধারন ওইনা মযাম্না শিজিন্ননবা চাবা যাবা পোৎ থাগদবনি। মসি তৌনবগী খৱাইদগী লাযবা থবক্তী অশেংবা লৈবাক খরা লেরো অমম্তুং মহু খুৎশেমগী হার খরগা তিন্নরো অহু নত্রগা যন্ত্রী অকংবা মচেৎ অমম্তুং অফবা খুৎশেমগী হারনি

মহু লৈবাক্তা শাবা নত্রগা টিল্লা শাবা পাত্র অমদা হাপচিল্লো অদূগা মদূদা হঙ্গামমকনচিংবা মনামশিং মক খুরা ছঞ্জিল্লো অমসুং পাত্র অদূনা পোকখায়রক্কুনা চাবা যাবা মনা পাল্লক্কুনা থে. দুনা চাত্রবশু হিংনা সলাদ ওইনা চাবা য়াবগে হায়বা অদু উবদ। অডকপা ওইগনি।

(৩) লৈকোল পুম্নমক চাবা য়াবা মনা-মশী. থাবদা শী.জন্ন-গদবনি অমসুং মসিগা মবি লৈননা ঐনা ভাইসরোই, গোবর্ণবশিং অমসুং অচৌমা ওফিসাবশিংদা হায়জনিংই মদদি মখোযনা হীবম অসিদা লুচীংবীগদবনি। ঐনা কেন্দ্রগী অমসুং ষ্টেটকী লৌউ-শিংউবা বিভাগকী খুাইদগী মকোক ওইবিবশিংদা হায়জনিংবদি মাগী মগী লমগী মরোলদা অপঙবা প্রজানা মতৌ কবমনা অমসুং কবিগী-দমক মনা মশিং থাগদগে হায়বা ইদূনা তাক্লশা ছনস্থা চে চাই-থোকপিগদবনি।

(৪) চাং হন্থহনবা অসি সিভিলিযানশিংনা তৌবতা নগুনা চপ মাংনা মিলিটরিশিংবু মকোক থোংনা তৌহনগদবনি। মিলি-টরিশিংনা মকোক থোংনা তৌহনগদবনি হাযবদি, মিলিটরিশিং অসিদি অকনবা ডিসিপ্লিন অমগী মখাদা লৈবনিনা অসিগুম্বা থবক অসি লায়না তৌহনবা ঙমই।

(৫) মরুশিং হায়বদি থাও শুম্নবা মরু, থাও, থাওথীশিং লৈবাক হল্লাইনচিংবা হান্নমা মপান্দা থাদোকপা থিংলমত্রবদি মহু খুদক্তা, মপান্দা থাদোকপা লেপহনগদবনি। লৈবাক অমসুং অতোপ্পা

ফত্ত-হাওদি য়াওবা য়াম্না য়াওবা মীওইবনা চাননবা অফবা চিঙ্গাক অমা ওই।

(৬) হেক ঙমলিবমখে অমসুং দরকার লৈরিবমখে ঈশিং চাইননবা নত্রগা থক্লনবা সরকারনা অরুবা গুহা কয়া তৌগদবনি।

(৭) সরকারগী কর্ম্মচারিশিং অমসুং সাধারন প্রজাশিংনা হরাও হরাওনা অমসুং থন্নাই যাওনা মতেং পাংবিরবদি ঐখোয়গী লৈবাক্না খুদোংথীবা ময়াম অত্থু লায়না কোকথোকপা ঙমগনি হায়বদা ঐনা চিংনবা করিস্নু লৈতে। মিপাইবনা মায় থিহন্নবগী শোয়ফত্রবা লম্বী ওইবা অত্থুগুম্বা অথুবা থবক তৌহৌত্রবদি মায থিননবা থুংনা অবা-অনা তানিংঙাইনি। ঐখোযনা অন্না অনা তারগদবা অত্থুগী মরম অত্থু থনখিন্নুশি। মদুগী মবম অদু ওইনিংবা ওইজসনু মক ওইবা রাফমদি সরকাব অমসুং প্রজানা খুদোং থীবগদবা, রাফমশিং অদু খাওবা কনবা অমসুং থৌনা ফবগা লোযননা চংশিন্দ্রবদি খুদোং থীবা থোকপা হাযবা অদু শোযত্রবনি।

(৮) ময়াম অসিগী মথক্তা কালাবাজাব তৌবা অমসুং পুকচেল শেংদবা হান্না মক কনা মুথৎকদবনি হৌজিক মতমগী খুদোংথীবা থোক্লিংঙাইদগী কন্নবদি পার্টিশিং মন্নুংদা অমগা অমগা মতেং পাংনবসিনি। ৩

## চিঙ্গাক হ্বাৎপা অমসুং মীশীং হেনগৎলকপা

মীশিং হেনগৎলকপনা মরম ওইদুনা অঙাং পোকপা থিংবা দরকার ৎই হায়না লৌরবদি ঐনা মসি বল্না য়ানিংদে। মসি

কৈদৌঙৈদসু অচুম্বনি হাযবা প্রমান পিখিদ্রি। ঐগী মোত মতুং ইন্নদি লমগী লৌচা পথাপ নিংথিনা মওং তনা শেমদোকপা, লৌউ শিংউবা নিংথিনা তৌবা অমসুং অহাংবা মতমদা মেনখৎননবা শিলম কযা লিংখৎপনা ঐখোযগী দেশ অসিনা মসিদা লৈবিবা মীশিং অসিগী শকক ২দগী হেন্না থাকপা ঙমগনি। ৪

ঐখোযগী অপিকপনা গ্রোব অসি ংবাংতগী শান্নপোৎ নত্তে। মশীং থীঙমদ্রবা চহী মিলিযন কযামুক্তা মীশী' হেনবগী অন্নাবা অসি কৈদৌঙৈদা থেংনখিদে। অঙাং পোকপগী চাং অসি হিদাক চাহ্নুনা থিংহৌদ্রবদি চিঙ্গাক ন্নাত্তুনা শিবগনি হাযনা কিনবিবা অসি মতৌ কবন্না ওইথোক্কদৌরিবনো ? ৫

অধ্যায় ১৯

# খাদি অমসুং তরেং নাইবা

আর্থিক অবস্থাগী মনিং মথা তম্মী অমসুং লৈবাক অসিদা মীপুম খুদিংমক অমগা অমগা চপ মান্নে হারবা অদু খাদিনা তাকলি। মসি মাগী অর্থ ময়াম অসিগা লোয়নননা লৌবা তারনি। মসিনা তাকলিবদি মপুং ফাবা স্বদেশগী ভাব চেনবা, খুঙ্গংগী প্রজাশিংগী হোৎনবা অমসুং বুদ্ধি লৌশিংনা ইন্দিয়াগী হিংনবগী পুন্সিদা দরকার লৈবা পোৎচংশিং অতু ফংহন্ননবা হোৎনবা অসিনি। অকোনবগী অসিদি মশানা মশাবু য়াজবা তাবনি অমসুং মসিনা মশানা য়ানা ইন্দিয়াগী সহর ময়াম অসি সেবা তৌবা ওমগনি অমসুং মসি মাইগৈ অনিমক্তা কান্নবা মরম্না মপালগী পৃথিবীগী লমশিংদা ফাওবা কান্নহনগনি। মসিনা মীয়ামগী ব্রাখল অমসুং অপোম্বা অতু বিপ্লব অমা তৌহনা হোংদোকপা দরকার ওই। মরম কয়াগুক্তা অহিংসানা অরায়বা লম্বী ওইরবসূ অতোপ্পা মায়গৈ কয়ামুক্তদি মসি য়াম্না খুদোংথীবা অমা ওইরকই। মসিনা মরু ওইনা ইন্দিয়াগী মীপুম খুদিংমক্তা শোকই অমসুং মাগী মশা মন্নুংদা অচৌবা শক্তি অমা লোত্তুনা লৈরমলে হায়বা খঙবদা নুংঙাইবা শক্তি অমা পোকহল্লি অমসুং মহাক মশামকপু ইন্দিয়ান অমনি হায়বা মশক তাকথোকপা ওম্বা অদুগীদমক চাওথোকচনিংঙাই ওইহল্লি।

ঐভোন্দদি খাদি হাযবা অসি ইন্দিয়ানশিংগী একতা গুইবগী, আর্থিক অবস্থা মনিং মখা তম্বগী অমস্তুং অমগা অমগা মান্নে হায়বা উৎপগী খুদমনি মরম অসিনা মনৈথংদা জৱাহরলাল নেহরুনা কবিতাগী ছন্দদা "ভারতকী মনিং মখা তম্বগী ফিজোলনি" হায়না হায়রমলিবনি।

মরু ওইনা খাদিগী মাখল চেনবা হায়বদি পোৎথোক থোকহনবগী থবক অসি মযামদা যেম্থোকুবা অমস্তুং পুন্সগী চদবা য়াম্রবা পোৎচংশিং অদু যেম্থোকপা হায়বনি। মরম অসিনা হৌজিক ফাওবদা পুথোক্লিবা মসিগী ফোর্মুলাদি খুঙ্গং খুদংমক্তা মার্গা মার্গা দবকার লৈবা পোৎচংশিং তদ পোকহনগদবনি অমুগা মখোয়গী দরকারদগী থরা থবা হেল্লদপা অদন সহবদা লৈবা কাংবুশিংগী দমক ওইহনগদবনি।

খাদিগী অর্থ অসি তাকপগা লেপ্পনা ঐনা তাকনি মদুদি কঙ্গ্রেসকী মী খুদিংমক্তা মসি চাওখৎননবা থবক ওইনা চৎথগদবনি। খাদি পুথোকপদা মখাদগী থবকশিং অসি মমুং চল্লি, লশিং থাবা, লশিং হেকপা কপত্রেনা তকথোকপা, শেংদোকপা মোইথাপ নাইবা, তরেংদা লং নাইবা, লং অপোৱা খন্দোকপা, মচু শংবা, লংচাক চাকপা, অমস্তুং শুদোক চামথোকপা অসিনচিংবা অসিনি। মচু শঙবা নত্তনা মথক্তা হায়খিবশিং অসি তৌদবা য়াম্রবা থবক ওাক্তনি। ময়াম অমুগী মমুংদা অমনা হেক্তা ফজনা পায়বা ওমগনি অমস্তুং এঃ আঃ এসঃ এঃ না থুংখ্রবা ইন্দিয়াগী খুঙ্গং খুদিংমক্তা মসি পাইরক্নদোরিবনি।

খাদিগী মরমদা কঙ্গ্রেসমেনশিংনা অশেংবা কঙ্গ্রেস অমা ওইবা তারবদি খাদি চাওখৎননবগীদমক্তা মখোয়না তৌগদবা মথৌগী মরমদা মতম মতমগী ওইনা এঃ আইঃ এসঃ এনা পীরক্লিবা পাওতাকশিং তত্ত পাংথোক্লনবা হোৎনগদবনি। মসিগী মরমদা চাওরাকপা নিয়ম খ্বা মখাদা তাকলি।

১। য়ুথোম্‌ং খুদিংমক্তা যাগ্দ্রবদা মাগী মাগী ইমুং মন্নুংগী শীন্দিম্নবা লম মচেৎ অমদা লশিং থাগদবনি। লশিং থাবা যান্না লম্যনা থবক্লি। বিত্তাবদি আইন্না নমজুনা মাগী লৌ-উবা য়াবা থাবা শবক ২০ দি নিম থাদবা যাদে। মসি মপালগী নিম থাবা কা বুশিংগী কান্নবগীদমক্তনি। ঐখোয়না কবিগী জাতিগীদমক্তা ঐখোয়গী লম মচেৎ খরদা ইশানা যানা লশিং থাবোইরিবনো? লাইবিক পাবিরিবশিংনা খঙজিনবিগদবদি শক্তি য়েম্হোক্লনবা হাযবা অসি খাদিগী থবক্তগী হৌরবনি। হৌজিক্তী লশিং অসি মীওই খবতনা পাযশিন্দুনা থমলি অমসুং ইন্দিযাগী অথাপ অথাপ্পা লমদা থাদোংখি। লানগী মমাংদদি মসি মক ওইনা বৃটেন অমসুং জাপান্দা থারমই। মসি হৌজিক ফাওবা খুদক খুদক্তা পৈশা ওম্হোকপা য়াবা মক মরাং অমা ওত্তাব মবম অসিনা কৈথেলগী মমল অসি হেন্দোক হেনজিন তৌই। খাদিগী খুজিল থৌবাংগী মখাদদি লশিং থাবা অসি মেন মান তাদবা অমসুং মমলদা জুরাবগুম্না লাইবক চাংদা লৈহনবা অসি পুন্নমক্তগা কোকলে। অথাবা কাবুনা মাগী দর-কার অত্থ খক্তা থাজবে। লৌমীশিংনা খঙজিনগদবা মাগী অহানবা মথৌদি মাগী দরকাব অত্থগীদমক মশানা থাজবা অসিনি। মহাক্লা

অত্থম তৌবত্তদা কৈথেলগী মমল তারক্কুনা মাবু মাও তাকহন্নবগী থাজবা অত্থু লৈরবোই।

২। লং নাইবা খুদিংমক্কা মশা-মশাগী হান্ননা লৈজবা নত্রবদি তক্লনবা লশিং মতিক চানা লৈগদবনি লশিং তকপা অসি কপত্রেং যাওদ্রবস্থু লাযনা তৌবা যাই। মানা মাগী শকক অত্থু মথৈদি উপাল মচেং অমনা য়োং মতুম অমগা তকপা যাই। মসি তৌবদা খুদোং চাদ্রগা অতকপা লশিং লৈরগা কাপকদবনি। ইশাগীদমক্তদি লশিং কাপ্পা অসি হুইত্রি অমনা লাযনা তৌবা য়াই। থবক শুবা অদু অদুক্কি মতিক যেন্থোক্লবিবা মখৈ অদুদা চংলিবা খুজু খুং-শিংবু হোডবা হেল্লি। অদুদগী মোইথাপ তাবগা লং নাইবা হৌগদবনি।

লং নাইবগী থবক্কা লোযননা পাযখৎলকলিবা জাতি অপুম্বা অসিনা একতা ওইবগী অমস্থং মযুমদা পীবিবা শিক্ষা অত্থু থন্দুনা যেংই। পুন্না থবক শুমিন্নশনা লাযববা ইনাক খুনবা অনিমক চপ মান্ননা তম্মিবা খুৎতম অদু থন্দুনা যেংই।

থবক অসিদা কঙ্গ্রেসমেন খুদিংমক্কা পুক্নিং থিংজিল্লগদি মখোযনা খুজু-খুৎলাইদা অনৌ-অনৌবা পুথোক্তুনা চংখেৎহল্লক্কনি। ঐখোযগী লৈবাক অসিদদি হ্রাখললগা থবক শুবগা অনি অসি অমগা অমগা খাযদোক্লহল্লি। মসিনা অতনবা অমা পোকহল্ল। মখোয অনি অসি খাইনবা য়াদনবা লুহোংবিবদি মতুদগী থোক্লক্পা অফবা অত্থুদি মপান নাইরবোই।

অসিগুম্বা জাতি অপুম্বগী লং নাইননবগী খুজিল থৌরাং অসিদা

ঐনা খল্লি মহুদি মুমিৎ খুদিংগী নোংমদা মুপা নত্রগা মুপী অমনা পুং ১দগী হেন্না থবক শুনিংঙাই লৈতে।

তরেংগী পাওজেল অসিদি মাগী চগোদগী হেন্না পাক চাওই। মাগী পাউজেলদি ইচম চম্বা মীওইবগী সেবা তৌবা অতোপ্পবু অশোক অপন তৌরুদনা হিংবা, ইনাক খুনবগা লায়রবগা তৎন থানবা য়াদনবা অচেৎপা মরী থম্বা, শেঙ্গাও পায়বা অমসুং খুৎশুমন, নিংথৌ মচা অমসুং লৌমী অসিনচিংবা অসিনি। ২

'অরোইবা ফাওবা' হায়বা ব্লাহৈ পরেং অসিনা কবি তাকলিবগে হায়বা অহু ঐহাক হায়গে। সংসার অসিদা ঐখোয়না হেক হিংহুনা লৈরিবমখৈ থবক নোমগদবা অহুগুম্না ঐখোয়না হেক ওমলিবমখৈ অরোয়বা ফাওবা নোমগদবনি। ঐখোয় খুদিংমক চপ মান্নবা খুদোং-চাবা ফংগদবনি। খুদোংচাবা পিরবা কান্দা মীওইবা খুদিংমক অধ্যাত্মিক ফগৎলকপা ওম্নবা উপাই লৈ। মসিবুনি তরেংগী চগো অহুনা তাকলিবা। ৩

ঐনা খল্লি মহুদি তরেং নাইবতনা খ্বাইদগী হেন্না চানবা ময়াম্না য়ানরবা অশেংবা ইশাগী থবক খুৎশু মওং অমনি। মসিদগী হেন্না নোম্বা অমসুং ইজাতিগী ওইবা থবক অতৈ অমা লৈত্রে হায়না ঐনা খল্লি মরমদি নোংমদা পুং অমখক্তং লায়রবশিংনা তৌবা থবক অহু ঐখোয় পুম্নমক্ম তৌগদবনি, মতৌ অমুম তৌহুনা মখোয়গা লোয়ননা অমসুং মীওইবা জাতি অসিগা লোয়ননা ঐখোয় ইশাবু মশক তাকপা তাই। ঐনা খল্লি মহুদি ঈশ্বরবু লাৎপনা মসিদগী হেন্না অফবা ওইরোই, মাগী মমিংদা ঐনা লায়রবশিংগীদমক্তা

মখোয়না তৌবগুম্না থবক নোম্বা পামহই। লৈবাক অসিদগী থে ক্লক া। লম্‌হুম অহু চপ মান্নবা য়েম্হোকই হ'যবা অহুম্ন তরেংগী চংগা অসিনা তাকলি। ৪

ঐনা থাজে মহুদি তরেং নাইবা অমস্তুং খুৎনা শেৎনা ইম্নবা ফি শাবনা ঐখোয়গী শেল থুমগী ফিভম ফৎহনগনি অমস্তুং ইন্দিয়াগী মাংলুববা থোনা অমুক হাপ্পল্লকনি। লৌউ শিংউবদগী ফংলকপা অহুদা মতেং পাংশিল্লকনবা মী লাখ কয়াগী অবায়বা শিল্ল লৈবা তাই। চহী কয়াগী মমাংদগী লং নাইবা অসি খুঙ্গংগী শিল্ল ওইবক্তি, মী লাখ কয়াবু চবা হেনবদগী কনবা তানবদি মখোয়গী ময়ুম ময়ুমদা লং নাইংবা ওহনবা অমুক হৌদোক্কদননি অমস্তুং মখোয়গী ফি শাবিশিং অহু অমুক কৌশিনবা তাই। ৫

লাইরিক পাবিবিবশিংনা ইন্দিয়াগী ফিভম অসি মুম্না যেংবা তারবদি মহাক্লা ১০০ গী মনুংদা ৬০ না মাগী মাগী লৌবুক্তা থবক শুরিবা অমস্তুং চহী অমগী মনুংদা থা ৪ রোম থবক শুদনা লৈহুনা চন্না হেল্লিং-হেল্লিং তৌহুনা লৈবিবশিং অহুগী মরমদা হাল্লা খনবা তাই। মসিনা সাধারণগী ফিভমনি। হল্লা হল্লা থোকপা চন্না হেনবনা নমদুনা ওন্থহনবা অদুদা অচৌবা শকক য়ারিবনি। অসিগুম্বা নুপাশিং অমস্তুং নুপীশিংনা মখোয়গী শেল থোক্ফম অকক্কবা লৈরবা অসিদা মখোয় মখোয়গী ময়ুমদা তৌবা যাবা থবক অদু করিনো? মসিদি লং নাইবা নত্তনা অতৈ নত্তে হায়বা অসিদা কনা কনা য়ানিংদবা য়াওরিবগে? ৬

য়ুমদা থোংবা চাক ইপ্পাং খুৎথোং-লাকথোংনা হোটেলগী খুৎথোং লাকথোংদগী হেন্না পৈশা চংদবা অমসুং হোটেলগী খুৎথোং-লাকথোং অদুনা মহুৎশিনবা য়াদবগুম্মা য়ুমদা শাবা লং অমসুং ফিনা মমল চংদে। মী করোর ২৫দগী হেনবনা খুংনা লং নাইগনি অমসুং য়ুমলোম্নবনা ফি ওইনা শাদোক্কনি। হায়রিবা মীশিং অসি লৈবাক অনিদা লেংদনা লৈরগদবনি অমসু যামদ্রবদা চহি অমগী মনুংদা থা মরিদি শুনিঙাই লৈত্না লৈরগদবনি।

মখোযনা অদুগুম্বা এতম অদদা লং নাইদুনা ফি শারগা শেংলবদি কোলদা শাবা ফিনা মখোযগী খাদিগা লাম্বা পাবা য়ারোই। মতৌ অসুম্না শাবা ফি অদুনা মখোয়গীদমক্তদি খুৎ ৱাইদগী হেন্না ফবা ফি ওইগদৌরিবনি। ৭

লং নাইয়ু হাযরিবদি মরম অসিগীদমক্কনি ঃ—

(১) মসিনা থবক হাংদুনা লৈবা অমসুং পৈশা দরকার ওইবশিং অদুদা খুদক খুদক্তা ইরায়-লায়না থবক পী।

(২) মসিদি মী লিশিং-লিশিংনা হৈনববনি।

(৩) মসিদি ইবায লাযনা তম্বা য়াই।

(৪) মসিদি শেল্লেপ করি অমত্তা থাদনিংঙাই দরকার লৈতে।

(৫) চগো অদু ইরাই লায়না অমসুং হোংনা শাবা ঙমই। লং নাইবা অসি চেক মতুম অমগা তরেং য়োং অমগনা য়াই হায়বা অসি অয়াম্বনা খঙনদে।

(৬) মীনসু মসি তৌবদা অচোপ্পনি হায়না খন্নদে।

(৭) অতাও থা অমস্থং চাক-তাওবা কুমদা মসিনা খুদক খুদক্তা অন্নাবা কোকহল্লি।

(৮) মপানগী ফি লৈবদা চৎখি্রবা পৈশাশিং অদু থিংবা ঙমই।

(৯) মতৌ অস্থুম্না ফংলকপা লুপা লাখ কয়াবু দরকার লৈবা লায়রবশিংদা চপ মান্না য়েন্থোকপী।

(১০) থবক খজিক্তুং মঙ্গল ওইবা ফাওবদা ময়ামদা খুদক্তা কান্নহল্লি।

(১১) মসিনা ময়াম অমগা অমগা মতেং পাংননবগী খ্বাইদগী কান্নরবা খুৎলায়নি। ৮

মীয়াম প্রজাগী থবক অদুক্তী মতিক দরকাব লৈবা অদুগুম্বা পৈশা পাম্বা নত্তে। থবক শুবা হায়বা অসি পৈশানি। মখোয় মখোয়গী ময়ুমদা থবক শুরিবা মী লাখ কয়া অত্থু চানবা অমস্থং শেৎনবা অত্থম ফংজরে অমস্থং মত্থনা পৈশা অত্থম ওইরে। তরেংনা অসিগুম্বা থবক অসি পী। মসিদগী হেন্না ফবা মওং অমা ফংদ্রিবা ফাওবদি মসি থাদোকপা য়াদে। ৯

ফত্তবপুম্বগী মরু তনবনি, মসিবু ফুক্তোক্লবদি করিগুম্বা হোৎনবা অমত্তা চংদনা ফত্তবা ময়াম অত্থু মশানা ফজখ্রগনি। চন্না হেল্লবা জাতি অমগী রাখল অমস্থং থৌইনশিল খঙ্গিক্তা লৈ। মসিনা ফত্ত-হাওদি অমস্থং লায়নাবু থৌশাবক্তে। মসিনা অতোংবশিং অত্থগী মরমদা হায়রি "মত্থনা কয়া য়াম্না ফগদৌরিবনো? থন্নাই হিংনিং-ঙাই ওইরিবা তরেংগী চাকানা নিঙবা কায়রবগী নিংথমথাদা আশাগী মঙাল ওন্থোকহনবা ঙমই। ১০

তরেংগী চাকা অসিনা করিস্থু নত্তবদগী করিগুম্বা খরা পূথোক্ল-নবা হোৎনম্নিবনি। তরেংগী চাক্লাগী মপাম্মা ঐখোয়না লুপা কোটি ৬ কলহৌরবদি ঐখোয়না অহুক য়াম্নবা শেলশিং অহু জাতিগী আয়দা হাপচিন্নবনি। মহু ওইননবা হোৎনরকপা মতম অহুদা ঐখোয়না মশানা ঐখোয়গী খুন্দংশিং অসি অমুক শেমদোকচরে। পৈশাশিং অহু লৈবাক অসিগী খ্বাইদগী লায়রবশিং অসিদা অমুক য়েঙ্খোকপা তাবা মরম্মা মসি, অচুম্বা অমম্বং মমল যাম্নবা লন ময়াম অসি চপ মান্নবা য়েঙ্খোক্লনবগী খুজিল থৌরাং অমা অমুক ওইরক্লে। অম্নুম্না য়েঙ্খোক্লকপা অসিদা মীমুংশি খণ্ডবগী মমল অহুস্থু অমুক লাংকদো-রিবনি অমম্বং তরেংগী রাক্কম অসিদি অতুম হোংদনা লৈরগদবনি। ১১

মাগী মাগী শিনফমগী মতুংইন্না করিগুম্বা মফম খরদদি ফি-শাবা অমস্থুং ফি শাবিশিং অসি শোক্লা পম্নবা য়াদবনি হায়রুনা খায়দোক্লুনা থমই। অয়াম্বনা মখোয় অসি ময়েক থোক্লবা অচম্বা অমস্থুং অপোবা খাদি শাবা কাংবু ওাক্লনি। খাদি লাক্লুনা অমস্থুং মখোয়গী অপোবা ফি অহু কম্না পাম্নরকপা মতম অহুদা হায়রিবা কাংবু অসি শিরম্নগদৌরম্নগনি। লং নাইহুনা হিংজবা হরিজন য়ুম্নাক কম্নামুক লৈ হায়বা অসি মতম অদুতদা খংলকই। মতৌ অম্মুম্না থাদি হায়বা অসিনা লায়বরগী হিংননবা থরাই ওইরি। মসিনা খ্বাইদগী লায়রবশিংগী মরক্তা উপাই লৈজরবা হরিজনশিংস্থু য়াওনা লায়রবা কম্নাবু মতেং পাংলি। মখোয়না অম্মুম তৌরিবা অসি করিগীনো হায়ববু অতোপ্পশিংনা শুগা য়াবা শিনফমশিং অহু হরিজনশিংদদি ফংহন্দে। ১২

ব্রহ্মচার্য্য চৎপা পাম্বা কাংবুশিংদস্থ ঐনা লং নাইননবা তরেং পীনিংই। মসি হেক্তিন্না হায়বা নত্তে মরমদি উরুবা অমসুং থেংনরকপা বুদ্ধি লৌশিংনা হায়রিবনি। কনাগুম্বা অমনা মাগী অপাম্বা অদূ নমথবা তারবদি ইংথবা দরকার লৈ। মডোন্দা লৈরিবা হিংসাগী ইহৌ অদূ থিংবা তাই, মরম অসিনা লং নাইহনবা তরেংগী খোংচৎ অসিদি য়াম্না অথোংপা অমসূং অমেঙবনি অমসুং মসিনা অপাম্বা অদূ য়ামনা থাজবগা লোয়ননা ইংথহন্নবনি হাযনা থাজনারবনি। মীওইবগী অপাম্বা (লোভি) অসিদি মুংশিত্তগী হেন্না য়াংই মরম অসিনা মসি পুন্না নমথবা তারবদি অখাঙকনবা থাদোকপা য়াদে। ঐনা হায়রিবা পূমনমক্তি অসিনি মদূদি লং নাইননবা তরেং হায়বা অসি পুকচেল ফাজিন্দুনা অনিঙবা অমসূং অথোংপা রাখল চেলহননবা শক্তি লৈববা খুংলাইনি। ১৩

লং নাইবনা মী কোটি কযাগী সংস্থানব্ পুন্না থবক শুফম অমা ওন্থোক্লকনি, মী লাখ কযাগী শক্তি অহু পুনশিল্লকুনা শীজিন্নবা ঙমগনি, অমসুং মী কোটি কয়াগী থবক অহু মরৈবাক্কীদমক্তা কথোকপা ঙমগনি। অসিগুম্বা চাওরবা থবক অসি পাংথোকপদা ঐখোয়গী অকনবা পাঙ্গল অহুসু মশক খঙবা ঙমগনি। মসিনা ঐখোয়গী মথল মথা অয়াম্বা চমম্লরবা সিনেমাশিং অদু কুপ্না তমদুনা খঙবা ঙমলগনি। হাযবদি পাই অমা ফাওবগী হিসাব থম্বা তম্বা, খুঙ্গংদা হকচাং ফনা লুনা নান্না লৈবা তম্বা, তাপনবা কয়াবু পীরিবা খুদোং থীবশিং অদু কোবথোকপা অসিনচিংবা অসিনি। মরমদি ঐখোয়না মসি ঙমদ্রবদি থবক অসি পাংথোকপা

ওন্নলোই। লৈং নাইনবা তরেংনা অসিগুম্বা শক্তি অসি পোক্লকৃবা লম্বী অদু ঐখোয়দা পী। ১৪

ঐখোয় লাখ কয়ানা অমত্তা চিংখদনা শিজিন্নরবা শিন্নদি লৈং নাইবা নত্তনা অতৈ নৈতে। মসি হায় হায়দুনা অতৈ শিন্নশিং অদু কান্নদে হায়বা নত্তে। লন্নাই লন্নাইগী রাফম খল্লুরবদি অতোপ্পা শিন্ননা লৈং নাইবদগী হেন্না কান্নবা হেল্লি। ঘড়ী শাবনা খ্বাইদগী হেন্না লেম্বা অমত্তং কান্নবা শিন্ননি। তৌইগুম্বস্মং মতুদা মী কয়া থনক পীবা ওমগদগে? খুঙ্গংদা লৈবা লাখ কয়াদা কান্নহনবা ওমগদ্রা? তৌইগুম্বস্মং খুঙ্গংদা লৈবাশিংনা মখোয়গী ময়ুম অদু অমুক শাগৎপা ওন্নবা, মখোযগী মপা মপুনা তৌরম্বদৌনা লৈবা থৌরবা, মখোয়গী অতনবা অরেম্বা মতম অদু ফজনা শীজিন্নরবা অদু ওইরবদি অতোপ্পা শিন্ন পুন্নমক নৌনা অমুক হিঙ্গংলক্কনি। ১৫

লৈং নাইহনবা তরেং অসি অমুক থৌদোকপা তারবদি মিৎশিং নাশিংবা, মরৈবাক নিংবা অমত্তং পুক্লিং চপ য়ুংনা খুঙ্গংশিংদা লৈং নাইননবা তরেংগী প্রচাব তৌহনা খুঙ্গংগী মমিৎ পাংহননবা মশাগী ওইজবা থাদোক্লবা ভারতবাসি খরা য়াওদ্রবদি ওইবা য়ারোই। মসি অচুম্বা মওংদা কো-ওপরেসন অমসুং অহলশিংবু লাইরিক লাইগু তম্বীবগী য়াম্না হোৎনবা অমা চণ্ডই। তরেংনা শোয়কদ্রবা পুন্সি হিংননবা অরোনবা বিপ্লব অমা হৌরকপা অদুগুম্না মসিনা শোয়কদ্রবা অমসুং অরোনবা অমা পুরক্কনি।

মফম অসিদা ঐনা য়েংলিবা মরৈ অসি চহী কুম চুপ্পা ঐনা তরেংদা লং নাইরকপদগী খুণ্ডলকপা অদুনা চুমলে হায়না হাযরিবনি। তরেংনা লাযববা হিন্দু অমস্তুং মুস্লিম অনিমকপু চপ মান্ননা সেবা তৌই। চাওরাক্লা লুপা কোটি ৫ রোমদি খুঙ্গংগী খুৎ-শা হৈবশিংগী ফুরিৎথাওদা ইন্না-ন্নাদনা চংহনখি।

মরম অসিনা চিংনবা লৈতনা ঐনা হায়রিবা অসিনি মদুদি তরেংনা জাতি-বিজাতি খায়দনা অমস্তুং তোঙান তোঙানবা ধর্ম্ম চংপা মীয়াম অসিগী স্বরাজ পুরক্কনি। তরেংনা খুঙ্গংশিং অসি মাগী মাগী মফম চাবা চাবদা থম্বিগনি অমস্তুং লাযরবা অনংবা অনেম্বা অরাংবগী খেন্নবা অদূ কোকহনগনি। ১৬

লং নাইননবা তরেংনা লল্লোনবগী লরায়গী খুদম অমা নত্তে, তৌইগুম্বস্তুং মসিনা লল্লোনবগী শান্তি মথল অননি। মসিনা পৃথিবী অসিদা লৈরিবা জাতিশিং অসিদা ফত্তবগী পাও শন্দোকলি। মসিনা পৃথিবীগী শান্তিদা মশাগী লন-থুম ময়াম তিংথোক্কুনা শিংনরক্লিবা ঈশিংগী লম্বীশিংদগী ঙাকথোক্কনবগী দরকার লৈতে। তৌইগুম্বস্তুং হৌজিক মখোয়না ময়ুম ময়ুমদা চান-থক্কবা চাক-ইঙ্গাং থোংবগুম্না ধর্ম্মগী রাখলগা লোয়ননা মাগী মাগী ময়ুমদা মী লাখ কয়ামুক্কা লং নাইবা দরকার ওই। ঐনা তৌখিবা অ ॰ ায় অঙাম নয়াম অত্তুগীদমক ঐবু তুংদা হৌরক্কদবা মীরোন্না চৈরকপা য়াই তৌইগুম্বস্তুং ঐনা থাক্কে মতুদি তরেংবু অমুক হন্না পুথোক্লম্বগীদমক্তা, ঐনা শোয়দনা অ.শী-র্ব্বাদ ফংগনি। ঐনা ঐগী কর্ম্ম পুম্নমক মতুদা শিম্নরে। মরমদি তরেংগী

চগো খুদিংনা লৈরকপা খুদিঙদা শান্তি, অফবা রাখল অমসুং সুংশিনবা পূরক্লিবনি। ১৭

ঐগী দাবীদি মসিনি ( থাদি অমসুং অতৈ খুৎংগী শিল্প হিংহন-বনা) মতুদি ঐখোয়না হেক ভমলিবমখৈ হোৎনগদবনি। মতুদি মীয়ামগী থম্মোইদা তুত্থনা লৈখ্রবা ইমুং-মনুংগী ওইবা অমসুং অচম্বা রাখল অত্থনা জাতিগী ওইবা পূর্ন্স অমুক নৌনা হোংদোক্কদবনি। পৃথিবী অসিদা লৈরিবা অশোনবা কাঙবুবু তুহত্থনা অমসুং থত্তুনা লিংবা সম্রাজ্য-বাদি অমসুং শান্তি ওইনা লৈবদা ওইথোক্কবা ঈশিংগী লাম্মী, নোং-থক্কী লাম্মীনা ভাক্তুনা লৈরবা রাত্ত পাদবা সুংভাই য়াইফবনা চাও-থৎলবা সংসার অত্থনা ঐখোযনু চিত্থনা পুবা হুম্মরোই। মতুগী ওন্ন-তৈনবদা ঐখোয়না সম্রাজ্যবাদি অদুবু জাতি ময়ামগী কম্মনরেলথ অমা ওহ্নোক্কনি মসিনা পৃথিবী অত্থনা লৈরিবা অশোনবা অমসুং অশোনবা জাতিশিং অসিবু তমথীববা শক্তিনা কন্নবগী মহুত্তা মশা মশাবু অবাবা মাঙহন্দুনা হেক ভমলিবমখৈ কন্ননবা হোৎন-গনি অসিগুম্বা অহোংবা অসি লং নাইনবগী তবেং অসিনা ফজনা মায় পাক্লবা মতমদতা ওইরক্ক নে। খ্বাইদগী মরু ওইবা দরকার লবা পোৎচং অনি হায়বদি চাননবা চিঙ্গাক অমসুং শেৎমনবা ফি অসি ইশাগী পোৎথোক্লা কেৎন্নবা ওম্মতুনা মপানগী লম্না লাল তারকপা অমসুং কন্নবা য়েংথীননবা অদু লৈত্রে হায়বা তশেংনা খঙলবা মতমদতা ইন্দিয়ানা আসিগুম্বা পাউজেল অসি শন্দোকপদা মতিক চাগনি। ১৮

ঐখোয়না অমুক্তং শিন্ন অসিদং (খাদি) হিংহনবদা অতৈ অতোপ্পা শিন্নশিংস্তূ মশানা অত্থুন মতুং ইঞ্জরক্কনি। ঐহাক্কা তরেংগা চকা (চগো) অত্থনা যাম্না মু ঙাইরবা শান্তি ওইববা খুঙ্গংগী পুন্সিগী যুম্ফম ওইহনগনি অত্থগা হায়বিবা চকা অদুগী অকোয়বদা ওতোপ্পা পুন্সিগী থবক থানা ময়াম অসি লৈহনগনি। খুঙ্গংশিং অসি শিকন-নাকুম তৌরুরবদগী হিংগংলক্লবগীদমক অমস্তুং মদুগী মতে না পাংলওইত্থনা মীয়ামগী স্বরাজ অসি মশা মতোমতনা পুবক্লুবা ও খল্লববাউপাইদি মতম লৈবা খিবিক্তা খাদনা ওইরি। ১৯

ঐ ী থেংনরকপা জত্ন অমস্তুং লৌশি নগী ঐনা থৎই মত্থু দখাদি অসি খুঙ্গংশিং অমস্তূং সহরশিং অনিমক্তা মীয়মগী ওং। য়াননবা মেচিন্দা নাইবা লংগী মহত্তা মসি ফংহনগদবনি। মতম অসি অস্থুম অস্থুম হৌখিবগা লোয়ননা মীপুম খূদিংমক্তা মেচিন্দা নাইবা লংগী মহত্তা খাদি লৈনবক্লগনি হায়না ঐনা থাজৈ। মসি তৌদ্রবা অমস্তুং মেচিনগী লং অসি অস্থুম শাজিন্নরবা অদু ওইরবদি অহিংসানা স্বরাজ পুরক্কনি হায়বা ওসি ওইথোক্লোই হায়না ঐনা চিংনবা পেংবই। ২০

কল কারখানা মশিং হেনগৎলকপা অমস্তুং সহর মশিং হেনগৎলকপনা ভারতকী মী লাখ কয়ামুক অসিগী চাউখৎপদা শরুক কবি অমত্তা য়াদা ওমলোই। মসিগী ওন্নতৈনবদা মসিনা থবক যংদবা কাংবুশিং ওত্থ হেম্না লাযরহল্লক্কনি অমস্তুং চরা হেন্দুনা

শিরমদাই অহুদা মখল গথা অয়াম্বা লাযনা পোক্লক্কনি। সহৰম্বদা লৈবা মীশিং অহুনা অসিগুমবা ফিভম অসদা মুংশিবা থোৱাজলগী মিৎযেংনা যেংবিববদি হাযনিংঙাই করিস্নু লৈতে। অহুগুম্বা থৌদোক অদুনা ভারত অসি হিচাবগী লৈবাক অমা ওইরমগনি অমসুং অহুম্বা অমসুং অহিংসাগী লৈবাক ওইরবোই। মতম অদুদদি মফম অদুদা খাদি। মফম লৈত্রে হাযবা ঐখোযনা নমদুনা য়াবা তাবনি। মদুদনা মীপুম খুদিংমক মিনিটবী ট্রেনিং অসি শোযদনা তৌদবা যাগ্রনি। তৌইগুম্বনু ঐখোযনা চৱা হেল্লিবা মী লাখ অদুগীদমক খনবা তাবনি। মখোযনা অমুক হনজিন্দুনা লৈবা তাববদি তবেনা থবক মযামগা মপুং ওইহনগদবনি অমসুং মীপুম খুদিংমম্না মশানা যানা তরেং নাইবা তাবনি। ২১

ঐখোযগা থবক্তা অনৌবা ভাসিদি যাম্না তোল্লি। ঐনা খাদিগী থবক হৌবকপা মতমদা মঙ্গল লাল ভাই অমসুং অতোপ্পা খবা নত্তনা শিথলদা ভাই অমসুং অতোপ্পা ইচন খবসু ঐগা লোযননা লৈমিন্নগনি অমসুং শিন্নিন্নগনি হাযনা লৈবমই। অদুদগী হৌরদুনা লম যাম্না শাংনা চত্তুনা মী কোটি অনিবোমদা তবেং নাইবক থবক অদু যানবক্লম্মী অমসুং তম্বীবমই। মসিনা খুঙ্গংদা লৈবা প্রজাশিংদা লুপা কযামুক ফংহনবদা মতেং পাই। তৌইগুম্বসুং হৌজিক ফাওবদা ঐখোযনা হন্না থাজবম্বা অদুগুম্না থাজ্জে মদুদি তবেং নত্রবদি স্বরাজ ফংবা ঙমলোই। হাযরিবা রাফম অসি চুমই হাযবা ঐখোয়না উৎপা ঙমদ্রিবমখৈদি তরেং অসি অৱাবদগী কননবা উপাই অমা

ওইবদগী হেন্না কান্নদ্রি মরমদি মসিদগী হেন্না ঐখোয়না করি অমত্তা তৌবা ঙমদে। অন্, ওইরবদি মসিনা ঐখোয়বু লানবিনবগী উপাই ওইবদগী হেন্নোইদৌবি।

অনিশুবদা ঐখোযগী পাওজেল অসি মী কোটি কয়ামুক্তা য়োহনবা ঙমদ্রি। অবেংনা মখোযগী কবি তৌবিবা ঙমগদগে হায়বা রাখল অহু ফাংবস্থ ফংদ্রি অদৃগা মদৃগী খঙনিংবা অদুস্থ পোক্তি। কঙ্গ্রেসনা অরেংবু যাবে তৌইগুম্বস়ং মখোয় মশানা যাবা তাবনি। সোসিয়েলিষ্টনা মতুদা হেক্তা নোক্কবি। মখোযনা মতুবু চৈ থাংতুনা যান্না থীনা থীনা ইরি। মখোযগী পাওখুম অহু পিমনবা ঐখোযগী অচুম্বা অমসুং থাজহনবা যাবা পোং অমত্তা লৈতে। অরেংনা স্ববাজ পুবক্লবগী মকনি হাযবা অসি ঐনা মখোযদা কবমনা থাজহনসিগে হায়না ঐনা খঙই। চহী অসুক কুইরবা অসি ঐনা মতু চুমই হায়বা প্রমান পীবা ঙমদ্রি।

হৌজিক ঐগী অতমশুবা মক ওইবদি অহিংসা হাযবা অসি অতোপ্পা সংসাব অমগী নত্তে। মসিনা ওইরম্বা তারবদি ঐঙোন্দা করি অমত্তা কান্নদে। ঐহাক ফ স'র অসিদা লৈববনি অতুগা অহিংসা অসিনা কান্নবা অমা ওইববদি ঐনা হিংলিংঙ মতম অসিদা খনবা পামই। মিসুংশি থঙবা অমসুং মসিগা মরী লৈনবা অতোপ অতোপ্পা গুণ চেনবা সমাজ অমা নত্র্রাদি মসি মতৌ কবম্না ওইথোকপা য়াগদগে ?

হিংসা চৎপা মী অমগী পোংথানবা তোঙান্না থম্বা কা অতুদা চংসু-রবদি কা অতুদা কৈ মউন, শজি শঙাই মচী, থংংশাং নোংমৈ

অসিনচিংবা লৈতেংদুনা লৈবা নংলা থেংনখনি। ঐনা ভাইসিরিগাল্গী লৈকম অমসুং মুসোল্লিনিগী লৈকমদা চংলুরে। মখোয় অনিমক্কী ময়ুমগী যক্লাংদা খুজু-খুৎলাই য়ান্দুনা লৈবা ঐনা উবা ফংই। ঐবু খুজু-খুৎলাইনা ওক্লমই মসিগী হিংসাগী খুদমনি।

খুজু-খুৎলাইনা হিংসাগী খুদম উৎপগুম্না তবেনা অহিংসাগী খুদম উৎলি মসি নাইবগী অর্থদি মসিগী। মতৌনা ঐখোযনা অহিংসাবু হেক্তা খংবা ঙমই হায়রনি। তৌইগুম্বসু ঐখোযনা মহুগী অচুম্বা মওং অদু চুম্না থবক তৌরিবমখৈ অহিংসাগী খুদম অদু উৎপা ঙমলোই। মুসো-লিনিগী কাদা লৈরিবা থাংশা খুদনা ফংমনা হাইবা মাল্লি মতুদি "ঐবু শোকউ নংবুস্নু যান্থোক্কে"। ঐনা হিংসাগী অশেংবা মশক অদু তাকখ্রে। মসিনা তাকলিবা অসি মবু শোকউ অদুগা মাগী শক্তি অদু নঙোন্দা খঙহনগে হাযবা মাল্লি। মতৌ অসু্া তৌদুনা ঐখোয়না চুমনতা হেক উরুবদা তবেনা ঐখোযদা অহিংসাগী মশমনা তাক্লকুবা মাগী শক্তি অদু উণ্ডুনা তাক্কবনি। তৌইগুম্বসু ঐখোয়দি হৌ-জিক শেন্দোনবা অমা ওইরে। অদু ওইরবদি সোসিয়েলিষ্টনা হংলিবা ৱাহং ত.সিদা ঐখোযগী করি পাংখুম পীগনি। মখোযনা দাবী তৌরি মদুদি ঐখোয়না চহী কযা তারং নাইবকপদা শৈল্পিক ফাওবদা করি অমত্তা ফংদ্রি।

মুস্লিমশিংনা পাল্লিটে মতমদসু তবেং লৈরমই। মক্কা অসি মস্লিম-গীদমক মমিং চংলি। মতম অদুদি তবেং অসি লায়রনগী খুদম অনা

ওইরমই অমস্তুং অহিংসাগী খুদম ওইরমদে। নিংথৌনা অতোনবা কাংবুশিং অমস্তুং মুপীশিংবু নম-নমদুনা শীজিন্নরমই। হায়রিবা থবক অসিমক ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পানিনস্তু অমুক হন্না তৌরমই। কোটিলানা মাগী অর্থশাস্ত্রদা অসিগুম্বা নমদুনা থবক শীজিন্নবা অসিগা মরমদা পল্লমই। চহী কয়ামুক তরেং অসি হিংসাগী অমস্তুং নমদুনা থবক শীজিন্নবগী খুদম ওইরম্মী লং নাইবা কাংবুনা চেং খুজোক শুমা নত্রগা শেল ময়েক অনিথক ফংই অদুগা মখোয়বু লাকথুদুনা শীজিন্ন-বগী পোৎথোক অদুনা কোর্টকি অগুন-অথৌশিংগী লৈম-শীঙ্গশিংনা ফজরবা মসলিন অদু শেত্তুনা থোক্লকই।

হায়রিবা অসিগী ওন্ন-তৈনবদা ঐনা নখোয়দা তরেংবু অহিং-সাগী খুদম অমা ওইনা পীরি। ঐনা মসিগী মরমদা নখোয়দা মসি ফাওবা শেংদোক্তুবদি, মসি ঐগী ইরান ওইবগনি। নখোয়না খ লে মদুদি ঐহাক অসি মখোং-মখুং ককথংলবশিংগী মরক্তা লৈ অদুবু তপ্না-তপ্নদি চৎপা ঙমই। অদুম ওইনমক ঐনা থংই মদুদি হৌজিক ফাওবদা তৌখিব্রা থবকশিং অদুদি অরেম্বদা অমত্তা মাংখিদে।

ঐনা হৌজিক ঐগী মরিগুবা মকওইবদা (পোইন্টতা) চৎথরগে। হৌজিক ফাওবদি তরেং নত্তনা স্বরাজ ফংবা ঙমলোই হায়বা অদু প্রমাণ পীখিদ্রি। নহাক্না মসি কঙ্গ্রেসমেনশিংদা শন্দোক্তুনা হেক তাকত্রিবমখৈ প্রমাণ তৌবা ঙমলোই। তরেংগা কংঙ্গ্রেসমেনগা অনি অসি মশা অমত্তা ওইগদবনি।

অহিংসানা অথোয়বনি হায়বা উৎননবা থবক অদু য়াম্না লুবা অমনি। মসিগী অশেংবা অদু থংবা তারবদি ঐথোয়না মদুগী অরুবা অদু ওন্দুনা য়েংবা তাই। পৃথিবী অসিনা মদু ঐভোন্দা চাং য়েংনিংই। ঐনা তরেংগী মরমদা লং নাইবা হায়বা অসিদা ঐবু অশংবা নি হায়না হায়বম্বা য়াই। শতাব্দি কয়ামুক তরেংনা লায়রবা, উপাই লৈতবা, গুন্যাই ওইবা অনসুং নম্মদুনা থবক শীজিন্নবগী খুদম ওইদুনা লৈকরগ্‌দা হৌজিক্তী অনৌবা সমাজ অমগা অনৌবা আর্থিক্তী অহিংসা ওইবা পাঙ্গলনি হায়বা উৎননবা চাওরবা থবক অদু ঐথোয়গী লেংবান্দা থোংদুনা লৈরবনি। ঐথোয়না ইতিহাস হোংদোকপা তারে। ঐনা মদু নখোয়রোমদগী তৌবা পামই।

ঐনা হায়রিবা অসি করিনো হায়বা অহু নখোয়না খঙলে হায়না ঐনা থংল্লি। হায়রিবা অসিগী ওন্তৈনবদা নখোয়না তরেংনা স্বরাজ পুরকপা ভমলোই হায়না থাজরবদি মহু ঐভোন্দা থাদোক-পীনবা হায়নিঙই। মফম অসিদা নখোয় লমলোং অফাংবদা লৈবে। নখোযনা ঐবু থাজদনা ঐগী ইতুং ইল্লবনি মখোয়না ঐবু নমথরবনি অমসুং দোষ অসনা য়াম্না চাওরবা মরাল অমা তৌরবনি। ঐনা নখোয় খুদিংদা হায়জরি মহুদি পুন্সিগী লোইরমদাই মতম অসিদা ঐবু নমথবা তৌবিগনু।

হৌজিক ফাওবদা ঐথোয়না তৌরিবা থবক অসিগী অশোয় অঙাম ময়াম অহু ঐগী দায়্নিনি। মসিগা দোষতী ঐগীনি মরমদি

অশোয় অঙাম কথা যাওবে হায়বা ঐনা খঙসবা ফাওবদা ঐনা হৌজিক ফাওবা লুচিংবা থেংনা লৈরি। তৌইগুম্বসুং হৌখ্রবদি হৌখ্রসনু। ঙসি তরেংনা অহিংসাগী থুদমনি হাযবা ঐখোয়না শেংনা থাজবা ? হাযবিবা অসি থ ্াই হকচাং যাওনা চুমই হায়না থাজবা ঐখোয মী কযা লৈবগে ?

হৌজিক ঐখোযগী মচু অহুমগী কিরাল লৈরে। মসি করিনো চুম্নতগী অকক্লবা মবাক মযুং নাইবা খাদি মচেং অনবা ? তৌই-গুম্বসুং অহুগুম্বা খাদিগী ফি মচেং অহুগী মতুংদা নখোযগী বাখল অমসুং লিংজেল অহু কুপ্পুনা লৈবিবনি। মসি স্ববাজগী থুদমনি অমসুং জাতিগী অবান থুভমগী থুদমনি ঐখোযনা মসি কাও-রোইদবনি। ঐখোযনা মসি লৌথোক্লোইদবনি। ঐনা মসিগী দমক থল্লাই থাদোক্লবা শেম শাদুনা লৈগদবনি। অদুগা লোযন লোযননা তরেংনা অহিংসাগী থুদম ওইগদবনি।

তরেংনা অহিংসাগী থুদম অমা ওইনা আর্থিকী যিভমদা করি তাকপগে ? মদু মশানা মশাবু মনিং থুংহল্লগা হাযনা হাযবো অদু নত্রগা নখোযনা কবি পানলি। জাতিগী শেনগং-শাগংপা মশানা মশাবু মনিং থুংহল্লবগী মদিদা মী লাখ ২যাবু নোংপলোমগা দেশশিংদা ঈ অাত্তবা ওহাল্ল অমসুং মখোযগী দমক্তা অতোপ্পা দেশশিংদসু অদুম্মা তৌহাল্ল। ঐখোযগী ভসিদি মখোযগী মশানা মশাবু মনিং থুংহল্লগা মখল অদুগুম্বা নত্তে। তরেনা নৈহৎপিরবা

অমস্থং মখা পোলহল্লগশিংবু কোকখোকপিনবা উপাইদ্রি। পোৎ মশামক অদুগা মরি লৈনবগী অদুগুম্না হায়রিবা ম্বাহৈশিং অসিগা ঐগা খোইদোক্লা মরি লৈনদে।

ঐখোয়না ঈশ্বর হায়বা অসি মশক মওং লৈবরা নত্রগা লৈতবরা হায়বা চয়েৎনবা অসি য়াম্না তোয়না তোয়না তারবনি। মশক মওং লৈ হায়বা থাজবা কাংবূনা খুদম অমা থম্নগা ঈশ্বরবু লাৎনৈ। মরম অসিনা অহিংসানা ফিদম্নফমনি হায়না তাপ্পবা তারবদি, তরেংনা মসিগী খুদমনি অমস্থং অশেংবা মওংমতৌনি হায়বা য়াবা তাবনি অমস্থং মসি কাওবোইদবনি। ঐনা অহিংসা হেক নিংশিংলকপগা মিস্তা শ-শ' ওইনা ঐখোয়না উবা ঙমলোই। মরম অসিনা মওং লৈতবা অসিগীদমক ঐখোয়না খুদম ওইনা উৎনবগীদমক অমা খল্লশনি। তবেংনা ঐগীদমক তৌরিবা অসি মসিগীদমকনি অমস্থং ঐনা তরেংবু লাংলিবগী মসিগীদমকনি। ঐনা তরেং লাৎলিবা অমস্থং পুজা তৌরিবা অসিগী অর্থ অদু নখোয়না খংত্রবা অমস্থং মদুগী পুকচেল অদু চেন্দ্রবদি চহী চাম্না ফাওবদা নখোয়না অহিংসা মশক খঙলোই। নখোয়মু ঐনা চেল্লবা পুকচেল অসিগুম্বা চেল্লবদি তরেংদগী ঐনা ফংলিবা অহিংসাগী শক্তি অসি নখোয়মু ফংগনি। অদুননি ঐনা ঐগী ইতুং ইমু নত্রগা থাদোকউ হাবরিবা নখোয়না ঐগা চংমিন্নবা পামলবদি ঐনা থাক খুদিংমক তৌবা ঙমলবা খুজিল খৌরাং অমা পীগনি ঐনা হায়রিবা অসি করিনো হাম্নবা নখোয়না খংত্রবদি ঐনা মুমিৎ চুম্না নখোয়গা ফমিন্নহুনা

হীরম অসিদা খন্নগনি। নখোযনা খণ্ডস্থ খঙদনা ঐনা হায়রিবা অত্তুগী অর্থ খঙলে হাযনা হারবদি নখোয নশাবু অমস্তুং ঐস্থ নমথাক তৌববনি। ঐখোয়গী অসি শেন্দোং তান্নরবা সংস্থা অমনি। ঐখোযনা তল অমস্তুং ঙাবু থিদে। ঐখোযনা দেশ অসিবু সেবা তৌবা যাবা মঙং লিশিং লিশিং লৈ। অত্তু ওইববদি তবেংনা কারিগী মিনম্বা মচুশিং অত্তুগী মবক্তা লৈগদৌবিবনো ? মরম অসিনা থাজদবা অমস্তুং ওইবোইদবনি হায়না খল্লবদি ঐগী ইনাত্তা লৈবিগন্নু। ঐগী লম্বী অসিদা ইভোমতা চৎহনবিয়ু। তৌইগুম্বম্নুং ঐহাক ইশ্বা-মকস্থ মসি থাজদবনি অমস্তুং ওইবোইদবনি হাযবা রাখল অত্তু ঐ-ঙোন্দগী ফংবা ঙম্লবদি অমস্তুং ঐনা তবেংবু থাজরিবা অসি চুম্নত্তগী মুর্ত্তি লাৎপনি হাযবা প্রমাণ পীবা ঙম্লবদি নখোযনা ঐবু তবেংগী উ অত্তুগা, লোযননা ঐবু উৎ ওইনা মৈদা থাদোকউ অত্তু নত্রগা তবেং অত্তুগা লোযননা ইশানা ইশাবু মৈদা থাদোকচ নি।

তবেং মরুপ লিংবা তাববদি মত্তু ঐখোয ইখুৎমক্লা ভৌসি। মত্তুনা ঐখোযগী লরায পুন্নমক লোইশিল্লগনি। অত্তুগীদি মতম খব-গীদমক্তা তবেংনা ঐখোযবু যান্না খুদোং থীবা মথোং অমত্তা ফাৎপা থোকফম খংদবা মকমদা থমলিবা অসি মাবু থাজবা মীওই খবতগী ওইখ্রগনি অমস্তুং মখোযগী মখুত্তা মত্তু শক্তি লৈবা খুৎলাই অমনি হায়বা প্রমাণ তৌজরক্লগনি। নখোয়না মাস থাঙ্গৈমক শেংবা অপং-বনি হাযনা লৌয়বদি ঐনা অপাঙবশিংগী মরুপ শেমত্তুনা দেশকী ইজ্জৎ

মাংহনবা থাক্লেমক শেংনা পামন্দে। অতেপ্পা অমনা নখোয়না অহিং-সাবু তরেংগী থোংদা শন্দোকপা ওন্নবদি, মসি চুন্নবা চৎপদা নত্তনা য়াংনা পাইহুনা মাংলোমদা চৎখৎলক্কনি। অদুদগীদি মসি হিংনবগী-দমক নখোয়না য়ানিংঙাই লৈত্রে।

ঐনা অমুক হন্না হায়রিবা অসিনি, ঐবু ইতোমতা থাদোক্লো অদু নত্রগা ঐনা হায়রিবা অদু খওননবা কন্না হোৎনরো। অদুগা ঐগী ইতুং ইল্লকলো। ঐনা অনৌবা য়াখল অসি চহী অনি চুপ্পা ধ্যান তৌকরবা মতুংদা নখোযদা শন্দোক্লক্লিবনি। ঐগী য়াখল অসি নখোয়দা শন্দোকপদা মহৈ য়াল্লবরা য়াম্রিবরা হায়বা ঐনা খওদে। করিগুম্বা থবক অমত্তুদি তৌবীযু হায়গা অসিমদি ঐনা হৌজিক ফাওবা থাজদনা লৈবিবনি। নখোয়গী মরক্তা ঐগা লৈমিন্ননি বা কাংবুশিংনা ওসিদগী হৌনা তরেংনা অহিংসাগী খুদমনি হায়বা য়াবে হায়বা অইবা চে অমমম পীয়ু। নখোয়না নখোয়গী য়ারেপ অদু ওসিমক লৌগদবনি। নখোয়না তরেংবু অহিংসাগী খুদমনি হায়বা য়াবা ওমদ্রবা অদুগা লৈবনা ঐগা লৈমিন্নরবা অদু ওইন্নবদি নহাক নশানা নশাবু য়ান্না থীবা অবস্থাদা তাহঞ্জরে অমসুং নখোয়গা লোয়ননা ঐবুসু চিংথুবিরে। ২২

খাদিগী কুমওন অমা লোইখ্রে। খাদিনা লায়রবশিংবু কান্ন-হনবা করিগুম্বা থরা ফংহনবা ওমলে। হৌজিক্তি নখোয়না লায়রব-শিংদা মশানা মশাবু মতৌ করম্না শৌগৎচগদগে হায়বা অদু উত্নুনা তাকপা তারে। ২৩

অরেংগী পাওজেল অসি য়ুমথোং-য়ুমথোং খুদিংগী য়োঁহনবা মদ্রিবা মখৈ ঐখোয়গী থবক অসি মপুং ফাদ্রি হায়না ঐনা উই। ৩৪

অরেং অসি অহিংসাগী পাম্বৈনা মশানা মশাগী শেল-থুমগী দরকার কোকহন্নবগী খুদম অমনি। অহোংবা লৈরোই অসিগুম্বা অরেংনা ভাকলিবা অদু ঐখোয়না ১স্তুং মীপুম খুদিংমক্তা থংলক্লবা কান্দদি তরেংগী প্রচার তৌবদা পাই অমা ফাওবা তিংলরোই। অদু নত্রগা ঐখোয়না ইনাক খুনবদগী ভিক্ষা নিররোই। ঐখোয় অসি ইহোং হোংনদনা মীপুম খুদিংগী আশা তৌফম ওইরগনি অমস্তুং মীপুম খুদিংমক্তা মখোয় মশা মশানা ঐখোযদা চংজরক্লগনি। মখোয়না থবক থিননবা অতোপ্পা মফমদা চংলরোই।

খুঙ্গং খুদিংমক মনিংমখা তম্লবা ভারতবর্ষগী শিংলি অমা ওই-রগনি। ভারতবর্ষ অসি অদূদগীদি অচৌবা কলকটা, বোম্বেনচিং-বগীদমক্তা থংনররোই তৌইগুম্বস্তুং মাগী খুঙ্গং লাক্ষ ৭ (তরেৎ) তা লৈরিবা মী মিলিয়ন ৪০০গীদমক থংনবগনি। হিন্দু মুসিমান জাত্তি বিজাত্তি খেন্নবগী, শোক্ল পন্নবা য়াদবগী মত মান্নদবগী, অমগা অমগা ভাব তানদবদগী অমস্তুং য়েংথিনবদগী খোক্লকপা সমস্যাশিং অদু ইরাই লাইনা মাংখ্রগনি। মসি সংঘ অসিগী অশেংবা মথৌনি। ঐ-খোয়না মসিগীদমক হিংবা তাই অমসুং শিবা তাই। ২৫

খুঙ্গংগী শিল্পশিং অমস্তুং নয়ি টালিম্নচিংবগুম্না অরেংবু হিংহনবা

অসিস্থ ঐখোয়না তৌগদবা থবক অমত্তং ময়াম অদুগী মরু ওইবা অমা ওইহনগদবনি। ঐখোয়না শিংনা তরেংবু লৌখৎপা ঙম্মবদি খুঙ্গংগী আর্থিক্কী ফিভম অসি অমুক হন্না নৌহৌনা ফগৎহল্লকনি। ২৬

ঐনা থাজে মতুদি খাদি মতোমতনা খুঙ্গংশিংবু অমুক হন্না হিঙ্গৎহনবা ঙমলোই। হোনহনগম্থ খুঙ্গংগা চাংখৎপা অসি ঐখোয়না খুঙ্গংগী পুন্সি অসি মুশা হনৌ নৌহল্লবা খুঙ্গংগী শিংশিং অসি অমুক হিঙ্গৎহল্লবা অমসুং খুঙ্গ পুনমক নেংস্বা নবা ওইহনলব্লবা মতমদতা ওইগনি। ২৭

খাদি অসি চুম্নতগী থরাই হিংনবা শিনফম নত্রগা খুৎশা হৈবগী থবক তমা নত্তে। ঐখোয় কনানস্থ অসিংস্বা রাখল অসি চেল্লোইদবানি। ২৮

ঐখোয়না খাদি পুখৎলকপগী রাকর্মানি অসান মদুদি খাদিনা প্রজাশিংবু লেংঙম শাঙমদবা অমসুং থৌৎহৈ-রাওইদবা লাইনাদগী কন্ননবা ১তা ভাইরবা পাম্বে অমসুং মখোযদা মনিংমখা তম্ননবগী পাঙ্গল হাপনবা ১তা ভাইরবা পাম্বেনি। অতোপ্পা খুৎশা হৈবগী থবকশিং অতু মতৌ অস্মূমনা অমুক নৌহৌনা হিঙ্গৎহল্লবদি ঐখোয়গী খুঙ্গংশিং অসি মশানা মশাবু পেলহনজবা অমসুং মশানা মশাবু থাজবা হাইবা অদু ওইগনি। ২৯

তেঙ্গৈগুম্বসুং পুম্নমক আসগী মথক্তা ঐখোযনা প্রমাণ তৌগদবদি খাদিনা অহিংসাগী পাম্বৈনা খুঙ্গংগী মরা চেৎপা অকনবা শেল-থুম তাম্ননবগী লম্বী অমা ওইহনবা হায়বা অসিনি। ৩০

ঐগী মত মতু-ইন্নদি খাদিগী মপোক মুমিৎকি উৎসব পালন তৌবা অসি মনিংমথা তম্বা ১স্মূং অহিংসাগী খূদম ওইরিবা তরেংগী চগোগী মখোল অসি গুমথোং খূদিংদগী তাবা ফংলক্লবা মতম অদু-অদা তৌগদবনি। লাইবগা মুপী খগ নক্রগা ক্রোব খবনা মথোয়গী মতিক চাদ্রবা শেল খব তান্নবগী লং নাইববদি হাযরিবা উসব অসি তৌবগী কবি অর্থ থোকপগে অমস্মূং মদুনা কবি মশক নাইবা থবক পাংথোকপা ওমগদগে ? মসিদি যান্না ফত্রবা নিংথৌগী শাসন মখাদস্ত নিংথিনা থোকপা যাই অমস্মূং হৌজিকস্ত শেল্লপ লৌথোকথ্রবা মফম-দদি উবা ফংই। শেল পাইবা ক্রোরপতিশি অসিস্মূ হান্না যোক-খৎপিবি মখোইনা লাইবনশিংদা তলবকা মওদা খব খরস্মূ পিবা যাই।

অসিগুম্বা উৎসব পালন তৌবা অসি লাইববা ইনাকথুননশিংনা ঈশ্বরগী মমিক্তদি মীপুম খূদিমক চগ মান্নে হাযবা খংলক্লবা মীপুম খূদিংমকা মাগা মাগী চাগা অদু মশাগী হুমামন্না তাল্লক-লবা মীযামগী মনিং মথা তম্বা অসি নোংমৈ অমস্মূং নোমৈ মকন্না কনগদবা নত্তে তৌইগুম্বস্মূং খূংনা নাইবা লং লংখাইশিং অসিনা নোংমৈ গুলি পাযত্তনা চক্রনশনি মসি হায়বগী অর্থদি হিংসানা তৌগদবা নত্তে অহিংসানা তৌগদবনি হায়না খল্লক্লবা মতম অদুত্তদা মতিক চাগনি। ৩১

খূঙশিং অসিদা মথং মখূৎনা লুপা ক্রোর ৩৭০গী ফি শাজরবা অদু ওইবগদি মথোযনা ভাবতবর্ষ অসিদা করম্বা মখলগী লল ওইহল্লক্কাগে হায়বা অদু খন্দুনা যেংউ। মসি মথোয়গী

অচুম্বা সনাগী খনিনি অমস্তুং থাদি অসি মীপুম খুদিংগী নাইরক্লবদি খুঙ্গংশিং অসি মপান নাইদনা ৱাংখৎলক্লগনি। হৌজিক্তি ঐখোয়গী মীয়াম অসি মখোয়গী মমিত্তা আশা অমস্তুং বুদ্ধি করি অমত্তা উবা ফংদ্রবা লাইরবনা লাকথুত্নুনা থম্বিরবা ঙাক্তনি। লং নাইবশিংগী অশেংবা মখুৎ অত্নুনা অসিগুম্বা মিত্রং অসি পুথোক্তুনা মীপুম খুদিং-মকপু মতেং পাংবা ঙমগনি। অনৌবা মিলগী ফজবা নিপালমক্কী মিং অদু য়াওদ্রবা শেংনা হায়রবদা মত্নুনা মখোয়গী মফি থোক্লিবা অত্নু শেৎচিনবিররোইদবা ওইরবা ফাওবেদা মখোয়না খদরগী ফজবা অদু উবা ঙম্বা অমস্তুং অদুবু মশক খংবা ঙম্বা থম্মোই চেনগদবনি। মখোয়গী মফি থোকলিবা অদু শেৎচিনবিরগদবা ১স্তুং চাক লাম্বাবু থাপ্পা তাম্মোকখিগদবা মখোযগী অমত্তা ঙাইববা উপায়দি মখোয় মশানা মশাগী চিঙ্গাক থাজবা অমস্তুং মশানা মশাগী শেৎন-ইন্ননবা ফি শাজবা অসিনচিংবা অসিনি। অসিগুম্বা মুংঙাইরবা পান্দম অসি থুংলবদি পৃথিবী পুম্নমক ভাবতবর্ষদা মমাই ওনশিল্লকলগনি। ৩২

তরেং নাইবা কাংবু অসি মপুংফানা লৈত্রিঙৈগী চ্রমাংদদি অতোপ্পা পোৎ খুদিংমক ঐঙোন্দা ইতন-তনহল্লি অমস্তুং মথরাই পান্দবগুমই। মবমদি ঐনা লং চিংথোকলকপা খুদিংগী ঐগী রাম্মা জগোই শাবা উই। ঐনা মত্নুদা স্ববাজ ফংই। খুৎ ক্রোর ৪০ না চিংথোকলকপা লংগী মপাঙ্গল অদুগী মরমদা ঐনা থল্লুবা মতমদা ঐগী থম্মোই অসি হাইনিংঙাই লৈতনা মুঙাই। ওম্মোকপনি তৌই-গুম্বসুং নংনদি হায়রি মদুদি ভারতবাসি ক্রোর ২০ দি লং নাইরোই

হাইনা। মসিগী ওইথোকপা য়াবা অসিদা থাজদ্রিবা অসি ঐখোয়গী অপংবা অমম্বুং থাজবা ম্বাৎপগী খুদম ওইরোইদ্রা। ঐখোয়গী লৈরিবা মীশিং অসিগী তংখাই অমনা নোংমদা পুং অমা লং নাইগনি হাইবা আশা তৌবা অসি ওইথোক্তবা ওইগদ্রা? ইরৈবাক্কী ঐখোয়না মসি ফাওবা কাইথোকপা ঙমবগী শক্তি লৈত্রবদদি ঐখোইনা ইরৈবাক মুংশিবগী করি কান্নরিবগে? ৩৩

২০ শুবা অধ্যায়

# অতৈ অতোপপা খুন্নং শিলপশিং

## করিগী খুন্নংগী শিলপশিং :—

শোক ১৯২০ দা ঐনা স্বাদেশি আন্দোলন হৌরমদাইদা ফজল ভাইগা শান্নখিবা রারী-বাভাই অমা ঐনা নিংশিংলক্লম্মী মানা ঐঙোন্দা অলোচনা তৌবা ওইবা হায়রমই, "নখোয় কঙ্গ্রেস-মেমশিং অসিনা ঐখোবগী মশক উৎখোক্লনবা শক্তম অমা ওইরবদি ঐগোরগী শিজিন্নবা পোৎশিং আসদা খাজানা মথল অমা লৌবা অমসুং পোৎথোক্কী মমল হেনগৎহনগা নত্তনা দেশ অসিদা অফবা থবক অমত্তা তৌরবোই"। মাগী মরৈ অসি অচুম্বনি। ঐনা খুৎনা নাইবা লং অমসুং খুৎনা শাবা থাদি অসি মতম কুইনা থোশাবিদনা থম বরম্নবা অমসুং চরা তেল্লবা অমসুং থবক ফংত্রবা মিলিয়ন কয়াবু সেবা তৌননবা অমুক হিন্নৎহনবা দরকার লৈ-রবা অসিবু শেমগৎপা অমসুং পুক্নং থৌগৎপা পামই হায়রনা খংহনবা মতম অদুদা মহাক পুংঙক ওকথি।

তোইগুবসুং থাদি মতোমতনা অসিগুম্বা মায়োক্লগদবা শিলপা নত্তে। মরম অসিনা হৌজিক প্রজা ময়ামগী উৎসাহ দরকার লেবা অশিকপা মথলগী অমসুং লিংখত্রিবা শিলপশিংদা নখোয়গী পুক্নিং অহু চিংশিনবা ঐনা পামই। মসিগী মরমদা করিগুম্বা থোংনবমক্তা য়াওত্রবদি মখোই অসি পুম্নাং মাংখ্রগনি।

মখোয়গী মরক্তা থরদি অচৌবা মমলগী শিলপনা নমথৎপিংবা মখোয়গী পোৎথোক্তা কৈখেন্দা তাওহনা লৈরে। মখোইশিং অসিগীদমক্তনি নখোয়গী নত্তেং দরক'য় লৈরিবা। ১

ঐখোয়না অপিকপা মথলগী শিলপশিং অসিদা মত্তেং পাংলবদি ঐখোয়না জাতিগী ললগৈদা লল হাপচিন্নে হায়বদা ঐনা চিংনবা লৈতে। .

অসিগুম্বা য়ুমগী শিলপশিং শোগৎপা অমস্তুং হিক্তৎওনবনা অশেংবা স্বদেশীনি হায়বদা ঐহাক্না চিংনবা লৈতে মাস মতোমতনা মরোন থোক্তবা মিলিয়ন কয়াবু মত্তেং পাংবা ঙমই। মসিনা প্রজাশিংগী শেংগৎ-শাগৎপা অমসুং শেল থুমগী মকোন অমগী থোকফমস্ত ওইহল্লি। মসিনা কায়কম থংনা থবক পিবা দরকার লৈরম্বা নহারোল লিশিং লিশিংগী থবক ফংহল্লি। হৌজিক হৌজিকমক অরেম্বদা মা'দুনা তাদুনা লৈরবা ইঞ্জিন অম্ত শি-জিন্নবা য়াই। হেন্না কায়বা অমস্তুং শেল চায়া কংবা থবক্তা লৈবা মীশিংনা মাগী থবক অম্ত থাদোকতুনা। অসিগুম্বা অপিকপা শিলপশিং অসিদা মায় ওনশিনলকপা ঐনা পামদে। লংলাইবা তরেংগী মরমদা ঐনা তৌবগুম্বা, থবক ফংবদা লাইরবনা থবং তংলবা মীওইশিং অম্তনা হায়রিব শিলপশিং অসি পাইথতুনা মখোয়গী পিক্রবা ললগৈ অম্তদা থরদং ওইরবস্ত হাপচিনগদবনি!

মতৌ অসুম তৌদুনা মসি অসুম্না উগনি মতুদি ঐনা পুথৎলকলিবা থবক ইনথাং হোংদোক হোংজিনগী থবক অসিনা

অচৌবা শিলপনা কায়বগী অসিগী য়েৎনবা এরিস্ত লৈরোই। ঐনা মখোয়দা অসিদং হায়বা পামই মতুদি জাতিগী মবাই ওগবা মখোয়না মখোয়গী থৌইনাশিন অহ অপিকপা শিলপ অমা লৈহন্নিংই অহপা মখোয়না হৌজিক তৌরিবা অশুম্বা অচৌবশিং অদুদি মতোমতা অদুম থাদোকনা থমউ। অপিকপা শিলপশিংনা অচৌবা শিলপশিংবু মহুৎ শিন্দোকপগী মহৎতা মতেং পাংশিনগনি হায়না ঐনা নিংই। ২

ঐখোয়না কোনদা শাবা ফি, চিনি শুংনবা চেং তন্নবা ইঞ্জিনবু কারবার অমা ওইনা অথিংবা লৈবনা থুঙ্গগী লংনাইননবা তম্রেং, থুংদা অমম্নুং য়োংথমদা শাবা ফি, থুঙ্গংগী চু শুন্নবা কোল অমমুং মতুগী পোংথোক ভিটামিন্না পিক থম্নবা হকচাং করবা চিনি অতাংবা, থুংনা শুবা চেং অমমুং মতুগী পোংথোক, চক্রি চেং মতুগী মথায়াং অদুদা লৌশুবীশিংনা ভিটামিন অহ কায়হন্দনা থম্নবা অদুম হোৎনবা য়াই। ঐখোয়গী অশেংবা ইথৌদি থুঙ্গংগী তম্রেংশিং, থুঙ্গংগী থাওশুম্বা অমমুং কৌশুবশিং লেংদনা অদুম থম্বা অমমুং মখোয়না খোকহন্নকপা পোংথোকশিং অদু ময়াম্না থংননবা শন্দোকনা মশক তাকপা, মখোয়গী অক-ফক মগুণ অদু পুখোকপা, থবক শুরিবা শিন্নীশিংগী ফিভম অমমুং থুং-লেনগী শক্তিনা লোইবা কোল কারখানানা কয়াবু থবক ফংহন্নবা হায়বা অহ লেপ্পা, অমমুং মখোয়গী থুঙ্গংগী নোম্বা অতুদি লেং-দোক্না কোল কারখানাগা মখোয়গা মতৌ করম্না লাম্বা পাবা

য়াগদগে চায়বা নিরম পুখোকপা অসিনচিংবা অসি ওটখোকপা য়াননবা খিজিন খোংচিনবা অসিনি। ৬

কয়াদা তমখিনা অমম্বুং সাথিবা ঐখোয়না মখোয়বু কাও-খোকলরবনো? ঐখোয়মদি ফি শাননবা কোল, চিনি অমম্বুং চেং তঙ্গনবা কোলগা য়েন্নবা লৈতে। মখোয়না পুখোক্লকপা পোখোক অদু বিদেশতগী লাকপদগী হেন্ন পামকম খোকই। বিদেশকা লাম্বা তোনবদা মখোয় অসি মাংখিগদৌরে হায়বগী অকিবা থুদোংখিবা অদু লৈরবদি দরকার লৈবা মতেং পাংগদবনি। তোইগুম্বম্বুং মখোয়দি অসিগুম্বা মতেং দরকার ওইদে। বিদেশকা লাম্বা তোনা তোনা মখোয়দি পরপ পরপ চাওথংলকনি। দরকার লৈরবদি থুঙ্গংগী থুংশা হৈবা অমম্বুং মচুগী মতুংদা লৈরিবা শিল্পীশিং অদু ভারত মন্নুংদা শুবা নত্রগা মপানগী লমদা শুবা থুংশেমগী শক্তিনা লোইবা কোল কারখানা ময়াম অদুদা তকখাইরক্লিবা অংদগী কলহোবা অওনি। খাদি, চিনি অগাংবা অমম্বুং চক্রি চেং অসিমচিংবা অসিদি অশেংবা মগুণ লেবা মরম্না মখোয়দি শিবা নাইরোই তোইগুম্বম্বুং খাদিগী মওনা ভারতকি প্রজা লিশিং লিশিংনা মখোয়গী জিবিকা ওইরিবা চু শুবা অমম্বুং থুংনা কৌ শুবা অওগী মরমদা থংদনবা কনাগুম্বা ১০ না করিগুম্বা খজিক্তা ফাওবা হোৎনবিদে চায়না ঐনা থংই।

ঐনা ফজনা লিংলবা শিলপশিংগী মরমদা চায়দে মরমদি মখোয় অসি স্বাদেশি নত্তে অদুনা মখোয়বু অতম্নবা শোগৎপা দরকার ওইদে। মখোয়দি মখোয় মখোয়গী মখোংনা অহুম লেপচবা

ওমই। ঐখোয়না হৌজিক হোগংলমদাই মতম অসিদা মখোয়দি ইয়াই লাইশা বাজারদা মকোক খোংহুনা লৈবা ওমই। ৪

শন্না চায়রবদা ঐখোয়না শিঙ্গিমরিংপোৎ মখোয়দি খুদংদা খোকপা পোত্তগী হেন্না শিজিন্নবা য়াদে হায়না খিংগদবনি। মচু খোকহন্নিবা কাংবু অতু কত্তবা য়াই। ঐখোয়না মখোয়বু থবক্কী লোখোকপগী মহুত্তা মখোয়গী মঙণ অত্থ থর কগৎননবা কন্না তকশিন্নগদবনি মরমদি বিদেশত্তগী লাকপা পোৎশিং নত্রগা অচৌবা সত্তরদা লৈবা অচৌবা কোল কারখানা ময়াম্না পুথোক্লকপা পোৎশিং অদুনা মখোয়দগী য়াম্না খিনা হেন্নি। অতোপ্পা বাহে অমরোমদা হায়রগা খুনংদা লৈব প্রজাশিংগী কোল অমত্তং খুৎশা হৈবগী খিত্ত অত য়োকখৎকদগনি। মতৌ অদুম তৌত্তনা মখোয়দা ঐখোয়না তাল্লিবা লম্বন অদু খরমথৈদি শিংবা ওমগনি। অসিগুম্বা হোৎনবা অসি মতম লৈব খিবিক্তা মর পাক্নুনা লৈগত্রা হায়বা বাবদ আসনা ঐখোয়বু মুংশা খিহল্লোইদবনি। ঐখোয়গী মতম অসিদা ঐখোয়না অকুবা টখো [illegible]হুনা কাতিগী চাওখৎনবগী মচাক অমদি হায়বা খংলবা ১তমদা লেম্না মাংহনখিদনগী খুদম কন্নামুক নিংশিংবা ওমগনি। [illegible]রম অসিদা তারতকি খুদংশিংবু অমুক হন্না হিঙ্গৎহনবনা ঐখোয় লনাই হিংনবগী তৌত্রবা য়াত্রবা অমদি হায়বা থাজবদি অমত্তং মখোয়বা ওইনিংবা সম্প্রদায় ওইজরবত্তু নত্রগা চৎনিংবা ধর্ম্ম চৎচরবত্তু মতুত্তবা লোকপম্বা য়াদবগী মরু কুক্কোন্নবা অমত্তং ঐখোয় অমত্তনি হান্নবা খন্নবদি হায়না লৌবা তারবদি মহৎগী পুন্জি অহু মখোয়গী

মমাংদা পুখোক্‌লুবা ভব্বাবগী মহুত্তা ঐখোয়গী থম্মোয় অসিনা খুনংশিংদা লৈরবা মচুনা চংমবী মতৌ তক্কম মওং অমা ওইরা থমগদবনি। মসিনা ঐখোয়না অচুম্বা চংনবীনি হায়না লৌবা তারবনি ঐখোয় ইশা-ইশানা কোনদা শাবা চেগী মহুত্তা খুৎনা শাবা চে শিজিন্নবা হেক য়ারিবমখৈ কাউক্তেনপেন অমম্মং কনম মখোকী মহুত্তা খুনংদা কংবা শিংমুং শিংনাই শিজিন্নবা, অচৌবা কোন কারখানাদা শাবা মুক শিজিন্নবগী মহুত্তা খুনংদা শাবা মুক শিজিন্নবা অসিনচিংবা অমস ঐখোয়না হৌবা তারবনি। মসিগী খুদম কয়ামুক ঐবা পুখোকপা ওমগনি। মুখিং খুদিংগী ঐখোয়গী য়ুম্মদা শিজিন্নরিবা পোৎশিং অসি মমাংঙৈদগুম অমম্মং হৌজিকস্থু খুনংগী লৈবা মীওংদা শাবা ওমদবা অমত্তা য়াওখিদ্রি। ঐখোয়না থমবা য়াথল অসি থবক ওইবা পাংখোক্লবা অমম্মং মখোয়দা হায়রা য়ে বিরংদি খুনংদা লৈবা প্রজা কয়াগী ফুদিংখাওদা লুপা লক্ষ কয়া খুদক্তা হাপচিনবিবা ওমগনি, অদুমকপু হৌজিক ঐখোয়না খুনংগী প্রজাশিংবু লৈতংপিরি অমম্মং মমিং পনবা য়াবা কম্পিউবা অমত্তা কাওবা য়াতুগী মহুত্তা পিবা ওমজ্রি। অবাবগী খোংচৎ অদু ঐখোয়না কাজিনবা মতম ওইরকলে। ৫

মচিং মচিং ওইবা খুনংগী প্রজাশিং অসি লৈবাক খোংপগী থবক তৌদুনা হাত্তে হাত্তে ওডুনা হিংবদগী হেন্না হেনবা ওমজ্রি। ভরত্তা লম মচেৎ মচেৎকি মপু ওইবা অমম্মং মপু ওইবা অদু কাওবা মেন-মান তাদবা অদুদা পৌত-শিংউবগী থবক

তৌবদা মতিকচানা ঐখোয়দা পোৎথোক পিবা উম্‌লোই হায়বা অসি থংবা মী ঈয়াও য়াওজি। খুজংগী প্রজাশিংনা দবাই য়াও-জবা পুন্সি অমা লেজি। মখোয়গী পুন্সি অসি য়াম্না ভম্না ভম্না চম্না হেন্দুনা শিংনবনি। মখোয়দি শেন্দোম্না খ্বাং কোইয়বনি। ৬

খুজংগী শিলপশিং অসি মুখৎপনা ভারতকি খুজং লাক্ষ ৭ (ভরেৎ) অসি পুম্নাং মাংগদৌরিবনি। ৭

তৌগদৌরিবা থবক অদুগীদমক্তা থবক শুবিমনবা মী খরতা লৈরবদি কোল কারখানা চলাইবা কৈ। ভারত্তা তৌরিবা অসুম্না দরকার লৈয়্রিবা অদুদগা হেন্না লেম-পাবা মী লৈরিবা অসিনদি মসি ফত্তে। ৮

কোলদা শাবা য়্রিনা খুজংগী খুৎনা শাবা ফিদী মহুৎ-শিনবা, চেং অমসুং য়াম তরুমবা কোলনা খুজংদা লৈবা তোল্লবা থবক শুবী মুপী লিশিং লিশিংগী থবক মুনখিবত্তা নত্তনা মহুগী মস্তিক্রবদা মীপুম খুদিংমকী মশা ফংহন্দে। শা-তানা চিঙাক ওইনা চাবা অমসুং চাবা ফংবা অমসুং অখিংবা লৈতবা মীশিং-গীদি আটা অতৌবা অমসুং অচোইবা চেং চাবনা মাংহনবা ওমদে, তৌইগুমসুং ইন্দিয়াদদি মী লাক্ষ কয়না শা-তাবী। অতোং অদু চিঙাক ওইনা চাবা ফংদবা করিগুম্বা -ফংবা তাদুনা চাবা তারবদু গেহু মপুম অমসুং চক্কি চেংগী য়াওরিবা-হকচাং ফারনবা চিঙাক অদু মাংহনদুনা ফংহন্দবা অসি পাপনি-হায়না লৌখৈ। অতৌবা আটা অমসুং অচোইবা চেং চাবনা থোক্নদবা খুদোং থিবা অদুগী মরমদা পাওতাক পিবা মতম ওইরক্লে। ৯

মখুৎসংগী প্রজাশিংবু থবকী লম্বীদা লমজিংবিবা তাঁরবদি কোক্ক কান্নথাবা লোইন্নবা ওইবা য়ারোই মশিংদি মখোয়না হায়রা তৌরক্লিবা খুৎসংগী শিল্পশিংবু হিরংহেনবকতনা ওইবা য়াগনি। ১০

ঐগী মত মতুং ইন্নদি ভারত অপুনবী খুৎসংগী শিল্পগী মরুপ অসিগী মথৌদি হায়রা লৈরবা শিল্পশিংবু হেক য়াংবিবমথৈ অমসুং ওইরিবমথৈ খুৎসংগী শিল্পৌরবা অমসুং শিত্রগা শিল্পশিংবু মাগী মাগী খুৎলগী থবক খুৎথ মওং অদুগী মতুং ইন্না হায়রবদি মৈহৌরোল্লগী তৌরকপা অদুম্না খুৎসংগী প্রজাশিংনা মাগী মাগী মযুমদা থবক শুজহনবা অসিনচিংবা তৌদুনা শোগৎহনবা অমসুং হিরংহনবনা ওইগদৌরনি। অসিগুম্বা অরাইবা নিয়মশিং অসি শিংথানবা য়ানা মখোয়না খুৎনা লাইশিং মথবা অমসুং তকপা, খুৎনা মেইথাপ তাবা খুৎনা লং শাইবা অমসুং কি শাবা অদুগুম্বা চাওখৎহনবা য়াই।

থাদিবা খুৎসংগী সৌরজগৎ অসিগী মুমিৎনি। মতুংগী কাংলকপা লৈপা অমসুং চিঙাক অদুগী মতুং অতোপ-অতোপপা শিল্পশিংনা থাদিবু শোগৎহনবা প্রচ ওইরি। অসিগা লৈরবদি অতোপপা শিল্পশিং অসি হৌথৎলকপা ওয়লোই। ঐগী ইকোব কোকনা থোংচৎ অদুনা ঐনা হংলকই : চুদি অতৈ ওয়াংদি অতোপ-শিল্পশিংবু হিরংহনবা থাদিনা চাওথৎপা য়ারোই। খুৎনা লৈবা প্রজাশিংনা মখোয়গী অশাংবা মতম অদু থামবা লেৱপা য়াবনা খুদং অদু হিরম শুদিংনক্তা লোকপা তাই। ১২

থুনংদা লৈবা প্রকাশিংবা মশাবা চাদবা নত্রগা মশাবা মানা ভন্থহনবা অমিনা মখোয়বু নিংথৌগী নত্রগা লৈবা মপুংগী মাং-তাকহল্লিবা কাংবুগী শিকারগী শা ওইগে ওইবু, অদুগী ভারতকি সহরশিংগী মনুদা লৈবা ওইগে ওইজসনু মখোয়গী থবক অতুনি চপ মাইদে; মখোয়গী মমক্তি ঘরাজ লৈমরোই। মরম অসিনা মদা ইশা ইতোমুভদা হাইজরি মখোয়না, “মখোয়না থাদিদা পুক্নিং চংজরবদি, মস্নামদ কমিশন তৌরম্বা থবক থম্না তৌনবা হাইসি অমসুং মখোয়গী মপা-মপুনা তৌরবা অদুগা হৌজিক্কি মদু শিংথবা থবক অদু মখোয়বু অমুক লৌথহনসি”। ইকুন কুইনবা মখোয় মশা মশান্না পুখোকচরগা অদুগা হৌজিক্তি মপানা লৈবাক্কী ভাংলবা নুমিৎ-খুদিংগী মখোয়না শিজিন্নবা মথল মথ অয়াবা পোৎ কয়ামুক লৈরি। সহরগী লৈবা কাংবুগী মদিং খুদিংগী মখোয়না শিজিন্নবা পোৎ মথল অয়াবা থুনংবী মীনা শাব শিজিন্নবগী অদু হৌজিক্তি মপানগী সংসথিগী চেনরে। থুনংদা লৈবা কাংবুনা মখোয়গী অসুংবা মতম অমা কমিশনদা কাবা থক্না তৌথনা লেমগে হায়না থাজনা অমসুং সহরদা লৈবা কাংবুনা থুনংদা লৈবা কাংবুনা শাংকপা অমসুং থোকহনকপা পোৎশিং অসি শিজিন্নগে হায়বা থজনা থুদাক অদুদ সহরদা লৈবা কাংবুগা থুনংদা লৈবা কাংবুগা ভম্লুম্বা মরি অদু অমুক হনজরবি। ১৩

ঐনা তৌরম্লিবা অসি সংবদা লৈবা কাংবুনা সহর থা-দোকপা থুনংদা লৈরো হায়বা নত্তে। ঐনা হায়রিবদি মখোয়না

খুজংদা লৈরিবা মীশিংদা মখোয়না ভোকম থোকপা অদু ভোহায়রবনি। সহরদা লৈবা কাংবুনা খুজংদা লৈবা কাংবুদগী মতুনা করিগুম্বা পোং অমা শানরবা মচাক অমা পুথোকপা ঙম্বরা? মখোয়না ঙমদ্রবদি মখোয়বু নৈহংশিবা অমসুং নমহংশিপবগী মহুত্তা মমাংদৈদা ভোরবা অমসু হৌজিকসু অদুম্বা ভোগদবা মতৌ অদুগুম্বা মখোয়গী থবক ভোবিনরবা করিগী মশা মতোমতদা তম্বীগদগে। ১৪

ঐখোয়না যেংগদবদি খুজংদা লৈবা প্রজাশিং অসি ইহান চানবদা মশা মশাগী ওকচমনবা ভৌজগদবনি অদুগী মতুংদা সহরদা লৈবা কাংবুগী দরকারগীদমক চাইথোক্লকদবনি। ১৫

অতোপপা খুজংগী শিলপশিং অসিসু থাদিগী লোইনবী অমা ওইনা লাকলিবনি। মখোয়ন থাদি য়াওদন। হিংবা ঙমদে অদুগ। থাদিসু মখোয় য়াওদ্রবদি মাগী মহি মথাউ চমই। খুজংগী আর্থিকী ফিভম অসি ভগাইফদনা চংদ্রবা য়াদ্রবা খুজংগী শিলপশিং হায়বদি থুংনা মরু-মরাং তকপা, থুংনা ফৌ-চেং ভুবা, সাবোন শাবা, মৈথেং শাবা, শটন নোইবা, শাও ভুম্বা অসিনচিংবা অসি য়াওদ্রবদি মপুংফাবা য়াদে। কংগ্রেসমেন শংনা মসিদা থরাউ কম্না য়াওগদবনি, অদুগ মখোয় মশাবা খুজংদা লৈবা মী ওইরবদি নত্রগা খুজংদা লেংদনা লৈবা ভাররবদি মখোয়না অসিগুম্বা শিলপশিং অসিনা অমৌবা ফিজোল হোংবিহুনা অনৌবা শকম অমা ওইহনগদবনি। মীপুম থুমিংমক্লা হেক কংলিবমথৈ খুজংগী

পোৎ-চৈ শিজিন্নবনা লেৎবী অমা ওইনগদবনি। ঐখোয়না সরকার অদু তাদ্রবদি ঐখোয়গী সরকার অদু ঐখোয়গী খুদংশিংনা পিরক্নি হায়বদা চিংনমিংগাই করিস্ত নৈতে। ঐখোয় মদা খুদংগী পুকচেল চেন্নবদি নোংচুপলোমগী মতৌ তম্বা পায়রোই অদু নত্রগা কোন কারখানাগী পোৎথোক পায়রেই অমসুং মসিমক্কী শেল চাৎনবা হিংবা, অমসুং অতনবা হায়বা অদু লোইনা মাংখিত্‌না অশেংবা স্বদেশী অম ওইতুনা অমোবা ভারত অম ওইহনবা ঙমগনি। ১৬

খুদংগী শিলপ চৌগৎপা চায়বা অসি খাদি শন্দোকপা নত্তনা অতৈ নত্তে। খুৎনা লং নাংন্নগা শাপা কি খুৎনা শাবা চে, খুৎনা শুবা চেং, য়ুমদা অংক য়ায়বা পায়দবা নত্তে। মফম অদুগা মখোয়না ভারতা লেরিংদা কায়বা অদুগী শক্তি চামগী মসুংদ শক্তি অমরোমগী কায়বা ফংদে। মরমদি ঐখোয়গীদি মসি চিজংহনবনা এখোয়গী থবাইগী অমসুং মসি মাংখিবনা ঐখোয় খুদংশিং অসি লেবগা চপ মান্নে। কোন কারখানাগী য়ুগ অসিদা তৌগদবা হায়রবু খুৎশেম্বা শেম্বা শক্তিনা চলাইবা টিজিন ময়াম চলাইরক্লা খবরগী ভাবোরক্লবা প্রজা লাক্ক কয়াদা থবক পিবা থক ওমলোই। ১৭

ঐখোয় খুদিংমক্না থাজগদবদি ওয়েংমা, অহিংসাগী অমসুং মশা মশানা মশাবু আধিকী কিডম কোমচন্নবা খুদমনি হায়না লৌবা অসিনি। ১৮

খুদংগী শিলপশিং অমসুং মায়িটালিমগুম্না ওয়েংবু চিংহনবা হায়বা অসি তৌগদবা অতৈ অতৈ থবক ময়াম অদুগী মক্ত

করম্না খুনংগী শিনপশিং অসি হৌগদৌরিবনো অমম্তুং করিগ। হায়না হৌগদৌরিব:না ?

ঐশম শবা পাওখুমদি অসিগা হংলক'দবা ব'হং অসি অসি পেনহনবা ওমথে মরম অসিনা থরা হেন্না শদো'ন্না হ রগে। মীপুম পুন্দিংমক্লা ভুমিং খুন্দিংগী শিজিন্নরিগা মীরৈবাক্কী মত্রগা সহরগা শাবা চিঙাক, থেংব ইন্নগা কি অমগুং অতোপ্প পোৎশিং অহু খুদংগী এবজশিংনা মথোয়গী খুমদা শাজবা অমম্তুং অমম্তুং মথোয় মথোয়গী লৌবুক্তা থোকচবা অচুনা মহৎ শিন্নোকপা ওমগত্রা হায়বা চাং য়েংগদবনি মরম-দি, মসি মথন ঐন্নামদবা য়ামদবা খুজু-খুলাইমা ঐন্নাই দ ইনা পোকচনগা ওমথ অ মুং ফংলক্তু্গা মতমদা থেমদোক থেম ডম তৌ। য়াই

অসিগুবা তো'দোক হোংজিন তৌ'গা অসি মগানা অচুম মমল য়ান্নবা শিক্কা অমা ওইরগনি অমম্তুং মপূং ফাগবা অহৌবা অ-। ওইরগনি। মসিগী মথাংদি থবক মশা অহু-ক মতোন্না অচম চৌদোকচরক্লগনি। খুদম ওইনা হায়রবদা থবক হৌদোক-লিনা কাংবুনা বোৎথেগী করিখানাদা শাবা য়া খিন্নবা ব্রথ অহু শিজিন্নরকলি। মচাক্লা মহু খুদংদা শাবা ব্রথ অমমা শিন্নোকপা পাউ। অহু ওইরবদি মাবু থিম মশা অমা শিজিন্নৌ হ ররিবনি। মাগী মগ্না শোন্নবা অচুগা। মথা য়াওব্রবদি উপা অহুগী মতোন অকনবা লৈমায়না থমলগা মুংথংনা নত্রপা মতুম ভাবা মুং অয়না ভগাইহুনা পোন্নোম থোকহনগদবনি। অৎগা অতোম্না মতোন অহুনা থাংবা পানা ইংথোকলো অহুগা লৈথেৎ ওইনা শিজিন্নবো।

( মাপল ) লোমগী অশিবা শা-ষণগী মউন অহু মপান্দা থাদোক-খিদুনা অ:নৌবা শা-ষণ হাংপগী মউন অহনা মখোয়না। শিজিন্নবগী থবক তৌরোইদবনি। অসিগুম্বা থবক মখং অসি ভারতাক ইকাইখি ডাই ওইরবদি মসি হিন্দুশিংগীদি হেন্না ইকাইনিংঙাইনি।

খিনা ময়াদা ভাষন পিখিবা অংগী পাওথুম ওইনা ঐনা পিথবা রাহৈশিং অহু গোশালা কমিটি থুদিংমক্না থম্মোইদা চেংনা থমগদবনি অমম্নুং গোশালাশিং অসি ফিদম্নকম ওইরবা শা-ষণ য়োক্তুনা শজোমগী পোথোক পুথোকক্ষম অমম্নুং শউম লোইকম অমম্নুং কাম্নত্রবা মখোং মথুং ককথংলবা শা ষণগী চংজকম ওইনা থংগনি হায়না ঐনা থাজে।

গোশালা নত্রগা পিঞ্জরা পোল থুদিংমক মাগী মাগী দরকার অদুগী মতিক চাবা শউম লোইকম অমমম থমগদবনি। অতোপ্পা রাহে অমরোমদা হায়রগা অসিগুম্বা শিনশংশিং অদুগী মেনেজর অদুনা অশিবা শ-ষণশিং তত্নুনা মশাশিং অহু থুদক থুদক্না শিজন্নগা ওয়নবগী লৌশং লৈগনবনি। হায়রিবা থবক অসি তৌরবদি করিগুম্বা অথম্ররগা গোশালা অমদা মপুং ওইরবা ষণ কয়া য়াম্না থমনগদগে হায়বগী রকম অহু লাক্ল:রাই।

গোশালাশিং অসিদা শা-ষণ শিবগী চাং অসি কয়ানো নত্রগা ঐনা অন্দাজনা পারিবা অসিগা চানবরা হায়রবা ঐমা থংদে। গোশালা অমদা যদী লেমা হেক লৈরবমদৈ মেনেজর অ,বা মানা হিংপিঙৈ মতমদা মতৌ কয়া সেবা তৌগদগে

হায়বা থংগদবা অচুগুম্বা শিরবা কান্দা মাগী অশিবা মশা অচু মতৌ কয়রা লোইশিনগদংগ হায়বা অচুম্ব থবা তাই।

অসিগুম্বা শা-যণ ওাকপি শেনথিনবা থৌজানগী মশক ওইরবা শিননংশিং অসিনা শরুক অচৌগী দায় পুগনি। মচুনা শা-যণশি গী, নৈহৎপিরবা কাংবুশিংগী অমসুং সাধারন প্রজাশিংগী অপাম্বা ওইগনি। গোপলা অমসুং মচুগা নৈমিন্নবা শউব নোইকম নৈতবা থুঙংশিংদদি শা-যণবু ওাক শেনবিবদা থাজবা মীওই থংননা শা যণগী অশিবা মশা অচু নকনবা শউব নোইকম তারা পুগনচুনা মচুদগী কান্নবা মচাকশিং অচু লৌথোকহনগদবনি।

ঐ-া পল্লিবা অসিগুম্বা মথলগী শউন নোইকম লিংবদা শেন্নেপ করিস্ত ংগদবা নৈতে। অহৌবদা মচুদা থবক শুগদবা কাংবুশিং অচু তথী তাকপিবদা থরচ থরদি চংথিবা য়াই। ২৮

থুংনা চং শুবা অংসুং থুংবা মরু-মরাং তৎপা :—

শেল-থুমগী মরমদা অমসুং হৎশেল কাংলোনগী মরম অমিমক্তা য়াকুবা অরাগা তারবা লাখা কয়ামুক্তী সংস্থা অচু কান্নবগ লোয়ননা থুদক্তা মপুংকারবা স্বদেশীনা মতৌ করম্বা থেংনগদংগ ছারংা অতৌগী মরমদা ঐ-া ইংথগা কয়ামুক্তা ঐবা উংথে। নৈবাক অসিদা থরাইদগী। ঈনাক থুনবন্ত কান্নবা অচু য়াবা ওমগনি। মতৌ অম্ম তৌচুনা মনাংঙৈগী ংমিবা লোমুনাদা থুংনা থুঙ শিংদা কৌ-চেং ওাথদি, মতুগী থুংগুমল অংবা কৌ-চেং ওরিবা ইচন ইচেশিং অংগী ফুরিংথাও থগহনগনি অংসু. চেং চাবা

লাক্ক করাবা চৌনা চোইবা চেং চাবদগী ফংবা চনাংগী শরুক অতুগী মহুত্তা তোইদবা-চেং চাবদগী হক-াং ফনবা মচাক হেন্না ফংগনি ! ২৯

মীও-বগী কাবাম চাওবা অচৌবা মচৌগী খুনিং মথাদা লাকদোরিবা হকচাংফবা অমস্তুং ললথুম অচৌবী মরমদা থরিস্থ নাচুংবিদে, মসিনা মরম ওইদুনা চেংগী কোল থবাইদগী ফত্তবা অদু ওইরিবনি মরমদি কনাগুম্বা চেং য়াম্না তোকহল্লকপা অতুদা মডই। মাসগী মরমদা প্রজা মীওামগী মচ অসি অমত্তা ওইনা লেপ্লবদি মখোয়না চোইদবা চেং চানবা কয়া ভকনংনা চেংগী কোল লোইবা ওইথোকহনবা য়াই অমস্তুং প্রজা অপুম্বগী মশা শোকহল্লিবা অবস্তুং প্রজাশিংগী য়ম্না চয়া হিংব পুন্সি অচ ফং-হল্লিবা থরক অদু লেপলে হায়না চেংগী কোলগী মপুশিংদা হায়জবা য়াগনি।

খুঙ্গং লিশিংদা মরু-মরাং ভরুনবা থুংশেমগী শক্তিনা চলইবা কোল লৈরিংমথৈ ঐখোয়গী তৌনিংঙাই লৈতবগী মওথৈ তৌরবনি হায়না। ঐনা থল্লি মহুদি ভারতবর্ষনা ইঞ্জিন পুম্নমক লত্রগা মরু-মরাং ভরুবা ইঞ্জিন শাথা ওমদে। অসিগুম্বা কোল কারখাবা অমস্তুং ইঞ্জিন করামুক পাক্তরুনা খুঙ্গংদা চলাইবা হায়বা অসিস্থ য়াম্না করাম চাওবগী থুদমনি। লাইরগী শেল-মুন্দুনা কনাগুম্বা অমগী ফুরিংথাও তোংহনবা হায়বা অসিবু হৌনবা থংক্রা? অসিগুম্বা কোল অমমগ্গা থুংনা ভরুবা চক্রি লিশিং

লিপিংগী থবক মুনখি। অহুৌম্ম মথক্তা মন্সিগী থবক অসি হায়া লৌবগনবা লায়নাশুংনি অমসুং মসিন খুজগী শিলপ খুদিংদা লমদমখিগনি। অকোনবগী অসি মুংখিবা চায়বদি কলা অমসুং খুংবা হৈংগী থবক মুংখিবা হায়বান। মসিনা হায়া চংনয়কপা অরিবা খুংশ হৈবগী লেখক অনৌবা খুংশা হৈবগী থরক্তা মহুং শিন্দোকপা ওইরবদি মসি ই মা.য়াক্তা কনানম্ম হায়নরোই। তৌইশুমসুং অপেংব থোকলিব দ মসি নত্তে। খুংশেমগী শক্তিনা চলাইবা কেংল কারখানা লৈবা খুম শিং অ দ'দ অমুক ওত্তাদা চক্রি তকপা কাংবুগী সুংশিরবা মথোপ অঠ তাংবা ফংদে। ৩০

## খুংশেমগী শক্তিনা চলাইবা কোলন শুবা থও অমসুং খুংনা শাবা কোলনা শুবা থও।

শ্রীরাভরভাইনম্ম খুঙংগী খুংনা শাবা কোলনা শুবা থাওগী মরাউচাউথরকপগী মরন অত্ত য়েংলে। থরাইনগী মরু ওইবা মরমদি থাও শুবা কাংবুনা চাং নাইবা থাও শুমব ফংদবদগী ওইরমলে। মরু লোকপা মতম অঠ েক লানথি গা খুঙ শিংদা থও মরু অমত্তা ফংনদে থাও শুবা কা'বুনা মরু তুংশিন্দুনা থম্মনবা লৈবা লৈত্তে অত্তনা সহরশি দগী থরা থরদ। লৈবা তাহ। মরম অসিনা মহাক মশক উখিদরে অতু নত্রগা য়ামা য়াংনা অম্মম অম্মম মুংশিংকই। থাও শুমনবা খুং। শাবা কেংল লক্ষ, লাক্ষ তন্দুনা লেথাদেনা লেরি, মংন দেশ অ্যসগী লমগৈদা থঙকপা ফংনা ম.য়ং তাকহনকলি মরুশিং অসি মাগী মাগী থোকফমদা

পৈশিল্লুনা থম্বিগা অমম্লুং থাও শুংবা কাংবুদা অচৌবা মমলদা ফংতনবা হায়বা থবক অসি রাজ্যশিংগী পোইফত্রবা গথৌনি। অসিগুম্বা মতেং অসি পিবদ সরকারগী অমাংবা করিম্ভ মত্তে। হায়রিবা অসি বোঃ ওপরেটিভ অমম্লুং পঙ্কারটকি থোংদা পাংথোকপা তংগনি হায়না শ্রীঝাভর ভাইনা হায়রি। থিজিন থোক্চিনবা অহনা মরম ওইরতুনা শ্রীঝাভরভাইনা অংম্বা লোংপিরি মচুদ হাইরিবা থংক অসি তৌরব কোলদা থুংনা শুম্ব থাওনা কোপ কারখানা শুম্বা থওগা লম্বা তৌনবা য়ারগনি অমসুং থুঙ্গংনা লৈ। প্রজাশিংনা হৌজিক মখোয়না য়ানশিনবা থাও চাবদগী থুংদাং বিবা থোক্লবা তচুদগী কনগনি মাস ঐথোয়দা য়াম্না কোইনা থোকই। মহাত্মা করিগীদমক কোলদা শুম্বা থাতনা থুংনা শুম্বা থাওদগী হেন্না হোংলিবনো হায়বা অসিমম্ভ পুথোক্লমই। মহাত্মা মরম অনিথক পিরমই মসিগী মচুংদা অনি অমদি পোইফত্রবনি। মখোয় অহুদি অমনি মহুদি থুংনা থাও শুম্বগী মরক্তগী শিজিন্নরিবা কোল কারখানাশিং অহুদা থদরিবা শেম্লেপ অমম্লুং মহুনা য়াম্না মতম চংদনা অরোইবা লিকলা অমা ফাওবা চুপথোকপা ঙম্বা শক্তি অহুনি। অসিগুম্বা থুদোংচাবা অসি থাওগী কোল মপুশিং অতনা দলালি চাবা কাংবুদা পিথিবা কমিশন তচুনা অচুম তেরি মেরি তাগাম্নি। শ্রীঝাভরভাইনা অহুনগুবা মরম তচুমদি থোংনবা ওমক্ল মরমদি, য়ানশিনবা হায়বা অসিমদি মহু চাত্রবমথৈ য়েংবা ওমত্রে। মসি মহাত্মা তৌকম থোক্লে। মরম অহুনা মহাত্মা অহুম্বা হৌদোক্লমই মহুদি অতোংপ্পা পোৎ য়ানশিনবা হায়বা অসিদি

আইন্তনা থেংনগদবনি। য়ানশিন্নবা পোং খিংননবা এক্ক অমা লৈরবনি মহ চংনরগা হাররিবা অসি তৌবা ঙমগনি। অহ্ নত্রগা মহ চংঃন্দুনা থ ওগী কোলশিং অসি লায়সেন্স পিরগা চপাইহল্লবস্থ তৌবা ঙমগনি। ৩১

## চিনি অথাংবা অমস্তুং চুপ্তি শুম্বা :—

চিনি অথৌবা শুংবগী শিলপ অসি তৌরসি। লেহন-ইম্নবা ফিক্ত হেক মথংদা থরাগদগী চাওবা শিলপদি চিনি শুংবা অসিনি মসিনা ঐখোয়দা ক'রি অমত্তা পাংলরোইদবনি চিনিগী কয়থানা অসি মশিং অস্তুম অঙম হেনগংলকলি। ময়াম্না য়ানরবা শকথং মায়থ নরব লোইশংদা শিলপ অসি চাওথননবা মতেং য়াম্না পিদে। মসি লিংথংপগী থবক অসি আইনগী মথা পেল্লি। হৌজিক শিলপ অসঅংকি মতিক চাথংলক্লে মহাদি চিনি অঙাংবা শুবগী থংক অসি হৌখবা মতমগী থবক অমা ওইনা লৌনরে। হকচাংদা কাম্নহনবা মচাক পিংদি শুংদোক্লবা চিনি অঙৌবদগী চিনি অঙাংবমা হেল্লি হয়ব অসি লেইনা য়নরবনি।

অসিশুম্বা মমল য়ামলবা, কান্নরগা খুঙংগী য়ুমথোং খুংদিংগী তৌবা য়াবা শিলপ অসিনা মখোয়গী মতেং নিন্নি। মসি মশামক্লা থিজিন খোংচিন্নবগী খোং লাওবা ফাত্তে কংলি অমস্তুং মপান নাইত্রবা মতেং পিন্নি। ঐখোয়না অসি হিংনমবা উপায়

অত থিগা তাই। মসি ঐনা হায়রিবা অহুপ্পু খুদম পিহুনা তাকপতনি। ৩২

টাদনা পিরিবা খুদোংচাবা অদু অতৈ অতৈ অতোপ্পা চিঞ্জাকতগীসু ফংগা ঙমই। টদি হায়বা অসি খজুরগী মহিদগী পুবনি। অনৌবা খজুরগী মহিদি থক্লগা চাওবা পোং অমা নত্তে। হিন্দুস্থাননা মসিবু নির হায়না খংবৈ, নিরা থকপদগী মী য়াম্না থি ফাইবা য়াদদুনা শুঙংপগী লায়ন দগী য়াম্না কহনখ্রে। মসিনা থি কাইহনবা হিরাক অমা ওইরবসু ঐহাক ইশাক শিজিন্নৈ। মসিনা চুহিগী চপ মচ্চন কাম্নবা চিঞ্জাকী মচল য়াওবা ঐনা থেংনৈ। কনাগুম্বা অমনা অয়ুক্তা চগী মতুংদা নিরা গ্লাস অমা থক্লবদি মহাক চাবা রমনগী দরকার নৈত্রে। চুহিগুম্বা থাংতুপক মহি অসিসু থাংতুপগী শাবা চিনি অঙাংবা শুংননবা লোন থাকপা য়াই। খজুর চায়গা অসিগী থাংতুপ পাদী মথল অমনি। মথল মথা অয়াম্বা থাংতুপ পাদী ঐখোয়গী দেশ অসি। মশা মতোমতনা হৌজরকই। মথোয় খুদিংমক মহি থোকই। নিরাদি খুনা হেক্তা পুথরকপা মরমনা মসিদি মফম অতুমক্তা খুদক্তা থকপা তাই। অকক্লবা চং থম্বা নত্তনা মসি থবক ওইনা তৌগা ঙমদে। মরম্না নিরাবু কতনা শিজিন্নবা তংবদি মসি থাংতুপকি চিনি অঙাংগা ওথোকপা তাই। থাংতুপকি চিনি অঙাংবা চুহিদগী শুংবা চিনি অঙাংবগী মহুৎ শিংথনা শিন্দোকপা য়াই। তংথবমক কনাগুম্বা থরদ অকোনবা অতুদগী হেন্না য়াম্না য়াই। থাংতুপকি চিনি অঙাংবগ খুদোংচাবা অমনা

চুহিগী চিনি অঙাংবদগী থুগা য়াংলি অহুমা য়াম্না চাবা ঙমই।

ভারত পুম্বগী ওইবা খুঙ্গংগী শিলপ মরুপ্না থাংতুপকি চিনি অঙাংবা অসি য়াম্না চৎনবা কন্না হোৎনরি তৌইশুমনুং মসিগী মথক্তা তৌগদবা য়াম্নদু লৈরি। টাদি শুংননবা শিজিন্নরিবা থাংতুপ অদুন। চিনি অঙাংব শুংবদা শিজিন্নবদি ইন্দিয়াদা চিনি য়াংপা লৈরোই অমসুং লাগরবা প্রজাশিংনা অকবা চিনি অঙাংবা পৈশা খিত্তনা ফংবা ঙমগনি। থাংতুপকি চিনি অসিদু অকবা চিনি অঙাংবা অমসুং চিনি অঙৌবা ওন্থোকপা য়াই। তৌইশুমনুং শুংদোকতবা চিনি অঙাংনবা শুংদোক্লবা চিনি অঙৌবদগী হেন্না কাম্নৈ। শুংদোক্তবা চিনি অচাংবদা য়াওরিবা থুমগী শরুক অদু লেনথোকপা মতমদা মাংখি। তৌনা চোইথোকলবা চেং অমসুং ফজবা তম্লবা গেহুগী য়াম্না মাগী মমিৎ অদু মাংখিহনা হকচাংদা কয়বা মচি ওইবা পোৎ মাংখিবগুম্না শুংদোক্লবা চিনি অঙৌবনা শুংদোক্তবা চিনি ওইবা পোৎ মাংখি। কনাগুম্না অমবা অসুম্না লোইনা লৌবা য়াই মতুদি হেক য়ারিবমখৈ চিঙাক পুম্নমক অসি মাগী মাগী মশাগী লৈজরিবা মওং অদুদা অহুম চারবদি য়াম্না কাম্নৈ হায়না।

## খোই য়োকপা :—

খোই য়োকপদি শোইদনা ওইথোকপা য়াই হায়না এৈনা খঙি। মসিনা খুঙ্গংদা মমল লৈহনবদা নত্তনা শেল পাইবা ঈনাক থুনবা য়ুপা অমসুং য়ুগীনা মসি মথোয়গী অপাম্বা ওইনা তৌবা

য়াই। মথোয়না দেশকি লনগৈদা লল হাপচিন্নকমি অমস্তুং মথোয় মশা মশাগী দমক য়ায়া। হৈকচাং কহন্নবা চিনি পিগনি।

মথোইনা থৌজালবিগে হায়না খল্লবদি মথোয়না নাক্তম মাক্তম তৌবা হরিজনগী অহাংশিংদা মচু মশা ফহন্নবা চিঙ্গাক ওইনা য়েংথোকপিবা য়াই। মসি ঙ্গীনাক কৈয়াক খুনবা কাংবুনা লেন্নবী অমা ওইনা কন্নিগীদমক শিজিন্নগদৌরিবনো, মসি মরম শুকনৈ লৈতে অস্ত নত্রগা হাকিম অমসুং মাঙবশিংগী অতাংবা পৈশা ভান্নবা হিবাক ওইনা শিজিন্নগদৌরিবনো? ঐগী ৱাখল ঐনা অকংবা পাউ থরতদগী পাওথংনচনা ঙাংবনি হায়বদা চিংনবা লৈতে। খুঙ্গংশিং অমসুং সহরশিংদা নংখ্রোন মুপা অমসুং মুপী শিংনা থোইহিনা মরম খুদিংমক্কি ওঙবা চিঙ্গাক ওইনা য়াবয়া য়াদবরা অত্ত নত্রগা হৌজিক চৎলিবা অশুম্বা ময়ামগী ওইবা য়াদবা চিঙ্গাক্লা হায়বা অচু চাং য়েংজুন উংকদবনি। ৩৪

শউন নোংবা :—

মসি অশুম্বা অন্দাজ তৌনে মচুদি চহি খুদিংগী লুপা ক্রোর ৯ ( মাপল ) লোমগী অহিংবা শউন ভারতকি মপান্দা থাদোকখি অমসুং মতুগী মচুৎ ওইনা শউনগী অশাবা পোৎ ওইনা অমুক থাজন্নকই। মসিনা তাকপদি পোত্তা নত্তনা ৱাখল য়াওনা মপান্দা চিংথোকখিবনি। ঐথোয়না সুমৎ খুদিংগী শিজিন্নবা দরকার লৈবা শউনগী মথল মথা অয়াম্বা পোৎ শাবা অমসুং শউন নোংবগী মরমদা তান্নবা খুদোংচাবা অচু ঐথোয়না নাস্তো-

হৈমখ্রে। শঙুন নোইবগী থবক অসি খেইদোক হেন্দোকপা লৌশিং অমম্তুং হৈশিংবা চংই।

হিদাকী মরমদা হৈশিংনবা কাংবুনা অসিগুম্বা চাওরা শিনপ অসিদা মখোয়গী অনৌ অনৌবা লোম্না পুথোক্লবগী লৌশিংগী মকম য়াম্না লৈ। মসি চাওখৎনবা উপায় অনিথক লৈ খুঙ্গংদা লৈবা হাকিমশিংবু চিংথৎপিনবা অমম্তুং ফত্ত-তাওদি মরক্তা লৈ-ড়ুনা য়ামনা চম্থরবা অমম্তুং খুঙ্গং অচৌবগী তোঙাম্না থাইদোকপিনবা তমখিরবা মহাজনশিংগী মকোন ওইনবা লৈরিবা অচুম্বগী কমনবগী উপায় অমা লৈ। তাররিবা উপায় অসিদি খুৎশা লৈবা অমম্তুং ফলা মহৈ-মশিং তম্বা, তক-তাহম্না লৈবা, চাওখৎপা অমম্তুং মচংগী মগুণ অচৌ মখোয়দা পিবিবুন খুঙ্গং অচু শরুক শরুক নাইনা শেমদোকপনা ওইগনি। হিগাক লাংথক্লা য়াম্না লৈ শিংবা বিস্থা অকুম্ব শিজিনবা হায়বম্ব্ য়াই। শঙুন নোইবগী হিদাক-লাংথকি থবক তৌরিবশিংনা চাওখৎপা মওংগী শঙুন খুৎনোইম্ব পুথোকপা য়াই।

খুঙ্গংগী হিদাক লাংথকি থবক তৌরিবা কাংবুনা মচু অম তৌনবা হোৎনবা তাই। তৌইশুম্বম্তুং মহাক্না চাওখত্তবা খুঙ্গংগী শঙুন খুৎনোট অচু তম্বা তাই, মসি হৌজিক ফাওবদা হিংলি অচৌবু খোশাবিদবগী য়াম্না থুনা শিথরকলি মসি শৌগৎপিনবা রাৎপদগীনি হায়বা য়াদে। তৌইশুম্বম্তুং চাওখত্তবা মওং অচৌ ইশন শম্না মচুবু অমা তানা থিজিন খোৎচিন্নিনৈবা হেক্তা

লংখোখিবা য়াদে। মসি চহি কুমজা কয়া নিংখিবা থৎক তৌরকলি। মসিগী অকথা মশুপ অদু লৈয়মত্রবদি ঐনা অন্নমনা তৌবা ঙমলমলোইদবনি।

মসিগী মরমদা থিজিন খোংচিল্লিবা হায়বদু শান্তিনিকেতন অমম্ভং হৌজিক্কা তোকখ্রবা লত্রমতি আশ্রমদা তৌই হাধবা ঐনা থংই। শান্তিনিকেতনদা মসিগী মরমদা থিজিন খোংচিনং। অদু চাওখৎলকলিবা ওদু ঐমা ইশান উনবা ফংজ্রি। মসি হৌজিক লত্রমতি আশ্রমনা ওইরকলিবা অসিগুম্বা চারিজনগী আশ্রমতদা অমুক হিঙ্গংহন্নমবগী অপা লৈ! অসিগুম্বা চাংয়োং অসিদি থি-জিন-খোংচিনবা য়াবা সমুত্রগী ঈপাক্তা ঈশিং লিক্লা অমা থাদবগুম্বনি।

যণ লোইবা হায়বা অসি হিন্দু ধর্ম্মগী য়ামনা মরুওইবা থাজবা অমমি কনাগুম্বা হারিজন অমত্তং মাগী চাননবগীদমক যণ চাৎলোই। তৌগুম্বদুং শোক্ল-পম্নং য়াদবা মরমনা মহাক্লা শা-ঙা অপুম্বা চাবগী হৈনবী ওইখ্রে। মানা যণ হংৎলোই তৌ-ইগুম্বম্নং মনা অশিবা যণগী মশাদি য়ামনা হাওনা চাগনি। মসি সাইকোলোজিগী মতুংইমদি করবা য়াই। তৌইগুম্বম্নং সাইকো-লোজিগী মতুংইন্না অপুম্বা শা-ঙা চাবনা থবাইদগী হেন্না কন্নবা ওইবা য়াই। অদুম ওইনমক কনাগুম্বা শউন লোইবা হারিজন অমগী মযুমদা অশিবা যণ অমা পুরকপদা মুখিং অদু মখোয়গী ইমুংগী য়ামনা মুংঙাইবা মুমিংনি। অঙাংশিংনা হরাওজ্জনা

অশিবা শাগী অকোইবদা জগোই শাই অমসুং মচু খোল্লদবা মতমদা শরু মচেৎ মচেৎ অমসুং শাচুম মচেৎ মচেৎ পাইদুনা লংনদুনা শামৈ।

হারিজন আশ্রমদা লৈবা শউন নোইবা অমা ওইনা মাগী খাদোক্লমলবা মচুম অচুগী খোদোকশিং অচু তাকপদা ঐখোন্দা অসুমনা হায়রমই মচুদি অশিবা শাগী মশা অচু উবদা হয়রাওহনা। ইমুং মচুং পুমমক য়ু থকই। অম্মাবু মাংহন্নবা মশক ওইরবা শা-চা অপুম-অপা চাদনবা হা রঞ্জনগী মরক্তা থবক তৌহনা হোৎ-নরিবা অসি কয়াদা রথুবা থবকনো হায়বা ঐনা বংবা শেম-দোক্লবা মওংগী শউন খুৎনোই হায়বদি মশাবা অপুবা শা-ঙা চাবা লেপ্প হায়গনি।

করে মকুম অসিদা য়ামনা হৈ-শিংবা অমসুং শা শেম্বগী মওং মতৌ অচু শিজিন্নবা দরকার ওইরে। মসিগী থৌ য়োকপগী মায়কৈদা য়ামনা চাওরবা খোথাং অমনি। ঐখোয়না মাগী শক্তাম হেন্না খোকহন্নবগী থবক অচু তৌরব, ঐখোয়না মাগী মচা অচু কংন্দুনা মাবু লৌ খোইনমবা অমসুং অরুবা পোৎ পুননবদগী হেন্না কান্নবা থগলাবা মচা লৌকম ওইরবা, মাগী কাইদোক্লকপা মখি-মথুং অচু বিজ্ঞানিক ওইবা মওংদা ঙকবা হায় শেমরবা মানা শিরবা কান্দা মাগী শরু, শউন, মতোং অচু কজনা শিজিন্নরবা অচু ওইরবদি থগদি শোইদনা শা হাংপগী মথুত্তা শিগনি।

হৌখ্রিক ঐমা হায়রিবা অসি অশিবা শাগী মশা অদুগী মরমতদনি মকম অসিদা িংশিংগদবনি খুন্দংগী শউন নোইবা কাংবুনা ঈশ্বরবু থাগৎকদবনি মরমদি মখোয়না অশিবা শাগী মশ দা পিথিবু অতগা অহাৎপা শাগী মশাদি শিগদ্র হায়না। মহাক্না অশিবা শাগী মশা অদু হৌজিক কাপগী চাওখ'পা মওংদা পুননবা উপায় লৈজদে। মাবু মদু থাজৎলি, শোরো শোরো লাক্নুংবা চিংই মসিনা শউন অদু শোকহল্লি অমসুং শউনগী মমল হল্লহল্লি। খুন্দংগী প্রজাশিং অমসুং শাধারন প্রজাশিং মখোয়না ঐখোয়গী দমত্তা তৌরিবা মমল লাইত্রবা সেগা অদু মংক খংন্দিরবদি মখোয়দা মদু ইরাট লায়মা প্রজানা য়ামনবা উপায় তৌবিগদবনি অদু ওইরবদি মদুনা শাউনবু শুক-শোক শে কহল্লোই।

মথংগী থবক্তি শা-যণগী মউন থোকপনি। মসিনু য়ামনা হৈশিংবা চংই। সার্জন ফাওবা য়াওনা কনাগুমবা অমত্তনা খুন্দংগী শউন নোইবনা মাগী খুন্দংগী থাং অদুনা ফজনা অমসুং থুনা থবক তৌবা অদুগুমনা তৌবা ঙমদে হ য়না ঐত্তোন্দা হায়। মদু থংগদৌবা মীশিং অদু কনানো হায়না খিরমই। মখোয়না খুন্দংগী শউন নোইবশিংদা করিগুম্ব হেনা ফগৎপ মওং অমত্তা ঐত্তোন্দা উৎপা ঙমদে। মসি মদুদগী হেন্না ফবা লৈজ্রে হায়-বগু মত্তে।

ঐনা লাইশ্রিক প্যাবিস্বিবশিংদা চুমতগী ঐনা থংলবা অদুগী কায়বা অদুতা পিজবনি। খুন্দংগী শউন নোইবশিংদা

শরুগী ক মবা লৈক্লে। মানা মচু হন্দোকখি। মউন খোকপা মতমদা হুইনা অশিবা শাগী অকেৎমবদা শংদুনা লৈ অতপা শরু নত্রগা ক'রিগুম্বা খরা ^দুনা চংখি। ম'সি নেশ অসিদা য়ামনা অমাংবা অমনি শরু অসি কুপ্পা তকখাইরবদি অ'তাপ্পদা শি-জিন্নবদা নত্তনা ধা°না ফবা হ য় শেমই। হুইনা মখোয়না চাগদবা শরুক অচ চাগ্‌গা লে°হৌ°ি অচ°ি মপানগী নেশতা খাগ্‌গা মচু এৈখোয়দা অমুক হন্না খাজ অমস্থং কুদাম অসিনচিংবা ওইনা থারকই।

অনিগুবা মওংনা শিনপ অসি সহরগী নোম্নাদো ওম্বোকপা অসিনি। ভারতবর্ষদা অসিগুম্বা খবক তৌবা মথল মখা অম্নাম্বা শউম নোইকম য়াম্না লৈ। মখোয়গী চাংয়েং আসদি হায়রিবা খবক অনিগী তৌবা গুম্বা শক্তিগী য়াংমদা লৈ। অসিগুম্বা সহরগী নোম্নাদা ওম্বোকপদা হারিজনশিংদদি অফবা ইওং ওংয়োই। অচুগ্গা..খুঙ্গংদনা অমুক হেন্না ক মগল্লয়োই। সহরগী নোম্নাদা ওম্বোকপা অসিদি ভারতবর্ষদদি য়াম্না তপই তৌংগুমস্থং ম'সবু তৌবা তায়বদি ভারতকি খুঙ্গংশিং অ স্থং খুঙ্গংশিংদা লৈবা প্রজা-শিংহ্ন শোইদনা শিরগদ নি। খুঙ্গং লাক্ষ ৭ (তরেৎ) তা লৈরিবা প্রজা ময়াম অসিগী ১০০ গী মশুংদা ৯০ ফাও। সহরগী নোম্নাদা ওম্বোকপদা শৌগৎপা ওমলোই। হায়রিবা খুঙ্গংশিং অসিদগী শউন নোইবা অমস্থং অতৈ অতোম্না শিনপশিং লৌখোকপা হায়বদি মখোয়গী হৈজ-স্প্রিংক্লুব ..খুৎশা হৈবগী খবক অমস্থং বুদ্ধি লৌশিং অহুদগী লৌখোকপা হায়বনি। খুঙ্গংগী খুৎশা

হৈবগী থবক অসি মাংখ্রবা মতমদা মাধুসুদনদাসনা হায়রবা অংগুম্না থুঙংগী প্রজাশিংদা মথোয়গী থৌ ইরোইগা লোয়ননা লৌবুক্তা থবক শুবতনা চহি অমগী মনুংদা খা ৪ (মরি) মত্রপা খা ৬ (তরুক) থবক শুকম নৈতনা মতম লেনবা অহুনা খা তাগী থাক্তা হন্থরক্লগনি অমসুং পুরিং মত্রগা হকচাংদা মচি অমত্তা ওইদতুনা হরাওবা অমসুং নুংঙাইবা ফাওদ.া নৈবা তাই।

স্বদেশিবু পুরা থাজবা মীশিদি থবক নৈ অমসুং অসি-গুম্বা চাওরবা সমস্যা অসি কোকথোক্লনবা মাগী বুদ্ধি লৌশিং অমসুং তৈশিংবা অহু শিজিন্নবা মকম ফাম্না নৈ। থবক অসি মতোমত্তা লাংথিবদা হৈতুপ অতমদি কেনগনি। মসিনা হারিং-জর্নশিং সেবা তৌরে, মসিনা থুঙংগী প্রজাশিংবু সেবা তৌরে অমসুং লাইরক লাইগু হৈবা থবক থিরিবা ফাইমরূপ ওইবা মীদস্ত মসিনা অরেম্বা থবক পিরে। মসিগী মথক্তা লাইরিক লাইগু হৈবা কাংবুনা থুঙংদা নৈবা প্রজাশিংগা হকথোংনবা শম্নবগী থুদোং চাবা অ.সু পিরে। ৩৫

<u>সাবোন :—</u>

থুঙংদা নৈবা প্রজাশিংনা সাজিনগী মথোয় মশা মশাগী সাবোন শাজগনবনি। হায়রিবা সাবোন অহু টাটা অমসুং গোদ-রেজগী ফেক্টরিদা শাবা সাবোনগুমনা পুরিংহনা মুংশিবা মমম হাপলোইদবনি। মতুগী মথক অতুং অতুক ফামনা থাজহল্লোইদবনি। তৌইগুমসুং মসি থাদিগুমনা মশামা শাজবনা মশাগী কোয়হন-জগদবনি। ৩৬

খুৎনা শাবা চে :—

ময়ামবু চে য়াম্না মরা কাইনা তাল্লক্লবদি কোলদা শাবা চেগী মমলগী চপ মান্নব। চে পিবা ঙমগনি হায়না এরোল্দা হায়। ঐনা থংই মতদি মুমিৎ খুদিংগী দরকারগীদমক তাল্লক্লিবা চে মশিং অদু খুৎনা শাবা চেনা ওন্নব পিব ঙমগোই।

•

খুদং লাক ৭ (তরেৎ) পু অমসুং মতমী খুৎশা হৈবা অদুবু সুংশিনা কাংবুনা লানবু কংবা ঙম্লগদি খুৎনা শাবা চে শিজিন্ন। পাগনি। খুৎনা শাবা চে শিজিন্নবা কাখুনা মহাক মশাগী শুমহৎপা অমা লৈ হায়বা থংই। মমিং চৎলগা অহমদবাদকি চে মশক থংদবা কনা লৈগে? কুইনা চৎপা অমসুং সানবদা কোলদা শাবা করবা চেনা মায়থিগা পিথ্রবগে?

মথাংগৈগী চৎমরম্বা হিংসাব বোই অহু হৌজিক কাওবা অদুগুম চেনা শারি। তৌইগুম্নং অতে অতোপ্পা শিলপগুম্বা মসিগী শিলপ অসিসু শিথরকপি। মসি খজিকুং থৌগৎপিরগদি কৈদৌরৈদম্ভ শিরোই। য়েংশিন খোৎচিনব য়াওরবদি, মসিগী থবক অসি কগাৎলকনি অমসুং খুৎনা শাবা চেগী কত্তবা মগুণশিং অদুমু ইরাই লাইনা লৌথোকপা ঙমগনি। অসিগুম্বা ময়াম্না থংনরবা কারবার অসিদা য়াওরিগা মশিং থিঙমল্লবা প্রজা ময়ামগী আর্থিক অবস্থা অদুমু থিজিন খোৎচিনবা দরকার লৈ। মথোয়না মথোর মশাবু লমজিংবিবা অমসুং পাওতাক পিরিবা অদুদা শোয়দন্না

য়াগনি অমস্তং মখোয়গী ময়মদা থয়াই য়াওরিবা মচুমদংক য়ায়া থাগৎকনি। ৩৭

মুক :—

ঐনা হৌজিক হৌরিবা মুক অসি টৈনালিদগী লাকপনি। মসিনা চাওরাক্লা শিম্মি ১২ রোম থাকপি।

য়ৈথাই থিনগাটবা কয়া নমথত্তুনা মসিনা মকোক কাংখৎলকলি। তোঙ্গান তোঙানবা মুর্ক শাবা কাংবুনা ঐখোন্দা নমু। ৩ (অহুম) থক থারক্লি, মখোয় থুদিংমক টৈন্নালিগী কা বুদোনা কয়া নোমলি। মখে য়না ঐখোন্দা য়য়া পুক্রিং চংই। ঐনা মখোয়গা চিঠি চৎনৈ। তৌইগুবসুং ঐনা মখোয়গী করিম্নু হেন্না তৌবিবা ঙমদে। স্বাদেশিগী মরুপ অংনা মসি বিজ্ঞানিক ওইনা ময়মদা মুক্কি নমুনা অহু য়েংশিন খোৎশিনগনি অমস্তং মখোয়বু লমজিংবিগনি অমস্তং মখোয়গী মরক্ত থয়'ইদগী কবা অমবু খৌগৎপিগনি। মসি হিদাক লাংথক মচেন য়ায়া থংদবা য়াদবা অকণা অমস্তং চাওৎলকলিবা শিলপনি। ৩৮

থুমং মেলা—

ঐখোয়না থুমংশিংশিবু অমুক হিন্দংহনবদা নত্তনা পাজল কয়া চাওখৎপদু পামলবা অমস্তং থাজর দি, থুমংশিংশি অমগা অমগা মরী যৈনহনবদুনা অচু। মিৎয়েং অমা ওইগনি। মসিনা চুমলবদি ঐখোয়গী মেলা অসিদা সহুরগী মতৌগুমনা য়ামদা অয়ং অয়াক তৌবা মিৎ থরবা শরকী মকম লৈরোই। সহুরশিংদা

য়োৎবগুমা ওহাক মীবু পুস্তাইহনবা অতৈ থোরাং অমস্তুং আর শায়বয়চিংবগী চয়কম লৈরম্লে। মেলা অমবু কুম্মৈ (জমাদা) নক্কগা লেপ্লা তাঙকম ওইহল্লোইদবনি; লোৎ-চৈ য়োয়নবগী (লগোনবা মীশিংগী) লোৎ হাক্ন (এড্ভর্টাইজ তৌকম) ওই-ওইহল্লোইদবনি। মকমসিদা পোৎ অমত্তা য়োলহল্লোইদবনি। মেপা অসি শিক্কাগী থোঙ অমা ওইহনগদবনি, মীগী পুক্নিং শুক্নাংহনগদবনি অমস্তুং থুলগী মীশিং অতুবু শিন্নকম অমদা নক্কগা অমদা পুক্নিং চংহন্নবা পুক্নিং থোগৎপগী মওং ওইহনগদবনি। হৌজিকী থুলগী দোয় লৈরিগা অমস্তুং চাওখত্তবা চহুবা কিভমদ লৈরিংসি শেংনা উখাকদবনি, মথোর অত কমদানা চুমথোকপগে তায়বা মওং অতম্ম উৎকদবনি। থুজবু ংৌবা চাওখৎহন্নবগী য়াথলনা লুচিংলিবা ভাব অসোমদা মহৌ য়াম্নগী লম্বী ত কপত্রু মসিনা শোয়্নবা ওমগনি। থুজংগী পুন্সিসি কমৈৌনা থুংলেমগী ফম্বা অমা ওইহনগদগে হায়বত্থ ঐনা তম্বীগনি।

হৌজিকী মতমগী থুজংগী অয়ানবা অমসুং শোয়বা অমস্তুং উৎপগী ১ওংশিং থনলা ভাই মথোয়গী মকম চানবা। মসিনস্তু পাংথোক্লিবা থবক অতুগী মওং উত্তুনা ভাকপা ওমগদবনি হায়-রিবা মায়কৈ অতুদা থুজং অত চাওখৎত্রিবা কাওবা। মসিনা থুজংশিংদা করম্না হৈশিংবগী মওং শেম্বা হায়বত্থুম্থ তম্বী।

হৌজিক মথক্কী কিভমশিং অসি চাংহনবা তায়রবি করম্বা মওং অমা পাম্বগে হায়বত্থু য়েংশি।

[১] খুদংশিং অসি মতং অদি লৈগদবনি অমসুং হৌজিক লৈরিবা কিতম অমসুং অতেপ্পা অমসুং কপৎলবা অমা। মসিগী মুখশিং মসিগী কপৎলবা লম্বীশিং, মসিগী তকোয়বদা লৈবশিং অমসুং মসিগী লোবুক পুমনমক লুবানগদবনি। শা-যণগী কিতম কপৎহনগদবনি। করম্বা খবকশিংনা হেনগৎলগা চাংগা পীবা অমসুং পীদবা হায়বা উনবগীদমক লাইরিকশিং, ঙশেম্বা পরেংশিং অমসুং লাইশিং শীজিন্নগদবনি।

[২] মসি-১ খুদংগী খুৎশা হৈবগী খবক করম মরম মতৌ করম্না শীবগদগে, করমবা মকমদগী চংগবা খুৎলাইশিং কংগদগে, মতৌ করমনা মখোয় শুদু শেমগদগে তায়বত্ত শোয়রদনা উৎকদবনি। খুৎশা হৈবগী খবক খুদিংমক্তী অশেংবা খুৎত অমা উত্তুবা তাকদবনি। মসিগা লোয়নবা মথাগীশিং অসি মকম চানা কংগদবনি।

[ক] তমজনিংঙাই ওইবা খুদংগী চিন্নাক;

[খ] খুদংগী খুৎশা হৈবগী খবকা মেচিনগী খুৎশা হৈবগী খবকা চাং তৌনবা;

[গ] শা-যণ য়োকপগী অপনবা পান্না;

[ঘ] কলাগী কাংলুপ;

[ঙ] খুদংগী অমাংবগী মতং;

[চ] মহৈ-মহৌগী হাব, হিদাকী হাব (কমিকল হাব)

[ছ] শুাশিংগী শউন অমদি শকবাচিংবা শীজিনবা;

[জ] খুদংগী ঔষৈধ, ঔষৈধ শরুবা যন্ত্রশিং খুদংগী ম্ভারা

[ঝ] খুদংগী শায়বা, খুদংগী হকচাং শাজেলগী মওংশিং;

[ঞ] অনৌবা শিক্ষা [ নঈ তালিম ]

[ট] খুদংগী হিদাক-লাংথক;

[ঠ] খুদংগী অচাং য়োকপগী শঙ্;

তৌরকপদা নীয়ম মাইনা হায়খ্রবা থোরাংগী মথুংইন্না, পম্নেং অসি অমুকক্তা গেম্না চাওখোকহনবা য়াই। ঐনা তাকলিবসি খুদমগীদমক্তনি, মসি মপুং ফারে হায়নদি লৌরোইদবনি। ঐনা তয়েগী ময়মদা পনখিদে অমম্তং মখোয়না য়ানয়বা খুদংগী খুৎ-শা হৈবগী অতেপ্পা থবকশিংস্থ পনখিদে। মখোয় অসি য়াওদবা মেলা অত্থুদি হুক্কান কায়দবা ওইগনি। ৩৯

অধ্যায় ২১

# খুঙ্গংগী চৎনরা থৌরাং

## যণগাড়ী শীজিন্নবগী মতং

শ্বাশিংগী শক্তি অমরোমদনা মেচিনগী শক্তিগী মরমদা বারো গী শ্রীঈশ্বর ভাই এসএমিনদা ঐঙোন্দা শাংলবা অইব [ পেসেঞ্জ ] অমা থারকই। মসিদগী ঐনা মখাদা পিরিবা নাইত্তে চানবা শরুক অসি শিন্দোকই।

"শা-যণগী শক্তিনা মেচিনগী শক্তিদগী হেন্না শেল চংদে লৌবুক্তা নত্রগা অমকপা মফমদা অমস্তুং মরম অমনা অয়াম্বা মমীদা তুংগী অসিগা চাং তম্নবা য়াই। তৌজিক মতমগী অনিং-বদি মেচিনগী শক্তি থৌগৎপনা শা-যণগী শক্তিবু হন্থনা থনবনি।"

থুদুম ওইনা হাঞ্জবদা যণলাবনচিংবা গাড়ী অমগী মমল লুপা ১০০, অমগা লুপা ২০০ না যণ লাবগী, যণ লাবশিং অমনা বঙ্গলাগী মন ১৬ চাপলগা য়ামত্রবদা মাইল ১৫ মুনিং থুদিংগী ফৎত্রবা লৈত্তোইগী লম্বীদা চিংবা ঙম্মী। হাঞ্জিবা থবক অসি যণলাবা অনিগী লুপা ০—১২—০ গাড়ী থৌগা মীগী লুপা ০—৪—০ অপুনবদা লুপা ১—৬—০ মুমিং থুদিংগী চংগনি। টৌন অমগী লোরী অমনা মাইল ১৫গীদমক য়ামত্রবদা পেট্রোল গেলোন অমা, নাদহম্নবা থাও খরা, শেম্বা কনবা অমস্তুং শোকহন্দন-1

থরচশিং অমম্বুং মমল য়ামলবা গাড়ী থোবা মী অমা চংই। মাইল ১৫ গী চেয়নবা লোরী অদুনা পেট্রোল নাংহল্লবা থাও য়াওনা লুপা ১—১২—০ নোংমদা লুপা ৬ কী চংদা পুং ৮ গী থংকী চঙগদবদা লুপা ০—১২—০ অমম্বুং থৌরিবা মীগী, লেং-দোক্লবা মীগী অমম্বুং পোং লৌথাক লৌশিল তৌনবা দরকার ওইবা মীগী, লোরী অদুগী, লুপা ০—৮—০ চঙই। মরম অসিনা অপুনবা লুপা ২—১২—০ চঙই। অদুগা যণ-গাড়ী অমদনা লুপা ১—৬—০ খক্তগা যণ ১৬ শিংবন চঙই। যণ-গাড়ী অমনা নোংমদা গাড়ী মপোং ৭ তগী ৮ ফক ওনা মাইল ½ লাপ্পা লৌবুক্তা চিংবা ওয়্রা অমম্বুং গাড়ী থলহনবা অমম্বুং লংঙহনদনা দরকার ওইবা গাড়ীদা মতেং পাংনবা মীশিংগী লুপা ১—৬—০ দা অতোপ্পবা লুপা ০—৬—০ চঙগনি। অদুগা মোটার লোরী অমনা তৌবা তারবদি থবক অসি মরম পুম্নমক্তা হেন্না চঙদবা ওইরোই। মোটোর লোরী অমগা থাও থাবা অচুম্বা অমম্বুং অশাংবা লম্বী অদুগা যণ-গাড়ীমা চংনগদবা অমম্বুং লেল চংমনগদবা মতমদা চাংদমনবা য়াই। খোঙচৎ অমুক্তা শাশিংমা অশাংবা লম অমদা শীজিন্নবা অসি তৌরাইদবনা মরমনি মসিনা মথেংগী পাঙ্গল অমম্বুং শক্তি মাঙহল্লী। যণ-গাড়ীশিংনা অতুম ওইনমক অহিং হুংথিপ চুপপা অরাপপা লমদমদ থবক শীজিন্নবা ফংলকই মোটোর গাড়ীগা লয়বা তৌই। রেল ষ্টেসনদগী অরাপপা মফুং চঙবা লমদা তৌইগুম্বস্নং অসিগুম্বা শাশিংগী ফিভমদি মীয়ুংশি পোক-শিংতাকনি, মরমদি মপুশিং অহনা মখোয়দা খনিকপা লেল কংবগী

চাং য়েংহুনা চিঙ্গাক মত্তিক চানা পীজদে। মীনা মকম অমদগী মকম অমদ। চংপা অমসুং মাপশিং থুনা পুনিংবদা তপপা অসিদনা যণ গাড়ীগী মায়থোক্তা লেপপী। থুনবী মীশিংনা, অহুম ওইনমক করম্বনো হায়বদা অহাণ্ডবা মতমনা শেল পীদবা অমসুং মোটোরনা ক-বা মতমদা কায়বা পাদে, অতেনবা মকমদা থোক্তনা চংপসি, হীরম অমা ওইনা শেমই অমসুং অয়াপপা মকমদা গাড়ী থোক্তচং শীশিন্নে। লৌমী অমনা মাগী মশাগী যণ গাড়ী লৈজরবদি অমসুং মসিদা চংচরবদি মহাক্না মা ফৌনা থমলবা পৈশা শীজিন্নবা য়াই; তৌইগুমসুং মাগী যণ লাবশিংদা শক্তিক পীজংবা মাগী লৌবুকী পোংথোক হেনগংহল্লি। তশেংনমক নাপী অমসুং মচৈ-ময়োংবু লৌ উবনা মাগী পেট্রোলগুম্বা য়েংশিনগদবনি অমসুং যণ গাড়ীনা লোড়ী অমসুং যণ লাবনা নাপীনা শক্তি ওনবা ইজিনগুম্বা য়েংশিনগদবনি। মেচিনাদ নাপী চাদে অমসুং য়াম্না কায়রবা হায়দ্ধ পুথোরকলেই খুনজাশিং অহুগী যণ লাবশিং লৈবা তরবদি অমবু ওইরবস্থ মহাকী নাপী লৈবা তাই। অমসুং মহাকী গাড়ী লৈরবদি, মহাক্না খুদংগী উ-চুবা অমসুং য়োং চুবা য়েক-থোংপ। তাই অমসুং মনা-মশিংগী থাওনা অকম্বা শক্তোম অমসুং ঘী ওলহন্নবা হায়ড্রোজেন গুংনবা মেচিন লিংথর্লল। অসুম তৌহনা যণগী মেচিনগী পোংথোক্তা অদিথোক্না শীজিন্নরি।

মোটোর লোয়ীগী লানজং অসি য়ায় পাকপা অমসুং পাক্তবা য়াই। অশিংবা শিন্নী অমনা কাচিন-কোয়া কাওনা অমসুং অকনবা

খুঙংগী মীশিংবু লমজিংনবা নিংখিনা তমগনি, মসিনা লৌশিং ওইগনি। শ্রীঈশ্বর ভাইগী লাইরিকনা তাক্লিবা মাঙ্গকৈ অংগী অচৌবী রাখল অদু খুনগী শিন্মীশিংদা পোকচল্লী। ১

মোটোরগী লাম্বা যণ গাড়ী—

গ্রাম উদ্যোগ পত্রিকা, আগষ্ট ১৯৩৯ ও। মোটোর গাড়ী অমসুং যণ গাড়ীগী অফবশিংদু মঙ্গংশিংনা খুঙংগী য়ারেপ্পা নৈনৈ। য়োংনবদুবু পুম্নমক পাখিবা মীশিংনা পত্রিকা অদু কৌয়ল্লকনি। ঐনা য়েংশিখিবা অচৌবী মরু ওইবা শরুক অদু ঐনা মথাদা পিরি।

"ঐখোয়না ডিষ্ট্রিক বোর্ড (জিলা পরষদ) শিং অমসুং অতোপ্পা অসিগুম্বা কাওবু শংনা খুঙ্গগী শেল-থুম পিখোক য়েংস্বা পা অচনা মোটোর গাড়ী অমা শানবা হাগনবা, মদুনা খুঙংগী চখুমবা থনগা শিন্তিম্নবা লৌরাইগী থবক মথল কয়া হায়না হংললম্মী। ইন্সটিট্যুশনশিং অসিগুম্বশিং অসিনা খুঙংদা মখেয়গী মখৌ চৌরকপা অমসুং টাউনশিং অমসুং খুঙংশিংগী মরক্তা চৎলিবা অহাংবশিং অসি শমজিম্নবা থিরি অমসুং লাইরিক হৈ-বশিং অমসুং হৈতনশিংবু চান্নবা হোৎনরি, মসি ফংগু হৈরবা মওং অমনি। মোটোর গাড়ীনা থবক থুজিনহনবগী বাহং থোকচল্লী মসিন খুঙং অমদগী হেন্না খুমিদাং অমদা চৎপগী থবক্তা কে ব-থহনগনি।

খরচ পুম্নমক্না মরু ওইনা খুঙ্গংগী মীশিংগী ফনবা তৌবগী থবক পুম্নংক্কী খরচ তৌবদা, পৈশা শীজিন্নরি অদু অমুক হন্না খুঙ্গং অংদা লাকপ্রা হায়রবদু য়েংনবা ঙাদবনি। ডিষ্ট্রিক্ট অমসুং লোকেল বোর্ডশিংনা মখোয়গী শেল প্রজাদগী ফংই অমসুং মখোয়গী পোৎশিং অদু প্রজাদা য়েন্থোকপনা মতেং ওইগনি। অতোপ্পা অমরোমদা প্রজাদগী খাইগৎলিব শেলশিং অদু খুঙ্গংদগী চৎচনখ্রনি খাজনাগী মওংদা খাইগৎলিবা শেল অমনা খুঙ্গং অদু ফগৎহন্নবা তৌবা মশাংনা ভাবনি মসি হান্না থংনরবা উপায়নি মরমদি ডিষ্ট্রিক্ট অমসুং লোকেল বোর্ডশিংগী লনগৈদা পৈশা হেন্না তানা লৈগনে।

লোকেল বোর্ড অমনা লুপা লিশিং খরদগী হেন্না খুঙ্গগী থবক্কীদমক শিজিন্নদে। মসিনা করিগুম্বা মোটোর অমা লৈবা তারগদি গাড়ীগীদমক্তা অকোয়বক্তুদগী লুপা ৫,০০০ রোম থাদোকখিবা তাই অতদগী হেন্না খুঙ্গংদা চৎখি। ঈংলেণ্ডম চেন্থোকখিগদবা পৈশা অসি মপান্দগী পুশিল্লকপা হৌজিক হৌজিক পেট্রোলগী খরচ, টায়ারশিংগী অমসুং অহেনবা মচাকশিং অসিনি। অশেংনা উৎপা পোত্তি মসিনা খুঙ্গং ফগৎনবা, তৌহণ্ডবসুং মরক মরক্তা লৌউশিংউগী মরমদা ভাসন, হকচাংগী চাকশেনবগী, অমসুং ফনবা অসিগুম্বা মাম্নবশিং গ্রামোফোন মন্ত্রগা রেডিও তাবা, মসিগী দমক খুন্না অমনা মাগী ইমুং-মন্নংদা থা অমদা লুপা ২ রোমগী অচৌবা খরচ পুবা তাই। করম্বা কন্নগদবা থবক্কী লোমীনা চংগনি। ঐখোয়না মপান্দগী পুশিনলকপা পোৎশিং লৈচনা মহাক্কী থবক অদু তপ্পা মুনব তাই অমসুং মতোন্দা ফতীপুরণ

ওইনা ভ ষবন পী, মিত্রংগুম্বা 'পেণ্টন শো' ( মেজিক লেণ্টর্ন শো ) অমম্তুং গ্রামোফোন'গী ঈশৈ তাহল্লি, খরচ পুম্নমক মগাকীদি অমম্তুং ঐখোয় ইশামক্ত ইনঙ্গল। নাঙ্গরি মতুনদি ঐখোয়না মহাকী ম্যাইকনবা তৌরিগনি হায়না। ওইখে ক্লোইদ দগী হেন্না ওইবা ঙমত্রা? হুম্বুবা মিৎয়েংনা য়েংলব্বা ষণ-গাড়ীনা মোটের গাড়ীগা চাদনবগী ফলদি অসিনি। মসি অম্রুক য়ম্না তপ্না চৎলরোঙ, থুঙ্গংগীদমক অঙকপা খরা তৌখ্রে, হয়রগদি পৃথিবী পুম্নমকী মপুং ফানা লাওখোকপস্ত তৌরে। তৌইগুম্বুং অশেং। শেমগৎ শাগৎপগী থবক্তি, ঠৈজ এক্টীং অমত্তুং লা-খোং-বনদি অচুম্বনি হায়না খল্লদ, অতোনদি ঐখোংনা ষণ গড়না হেন্না ফগনি। মসিনা মাটর গোড়ী অমনা চঙবা ঙ দবা থুঙ্গংগী অথাপ্পা মফম ফওবা চঙবা ঙম্মী। লম অমগী থুঙ্গংগী মাগী থবক উবদ, দরকার ওইরবদি ষণ গাড়ী কয়মরুম লৈপা ঙম্মী, মসিগী চঙগদবা পৈশাদি মোটোর গাড়ী অমগী চংগদবা মচেৎ অমত্তুনি। মখোয় অসিগী চাদিং তৌখ্রবা পৈশা অহুবু থুঙ্গংগী উ-শুব, য়োৎ শুপা অমত্তুং ষণ গাড়ী থোবা মীদা শিজিন্নৈ। মসিগী পৈশা ফাওবা থুঙ্গংদগী চেথোকহন্দে। ষণ গাড়ী অহুংকী অকোয়বদা মমায় অহুমক হিজ্ঞানগী মতেংন শাগৎলবদি অকোয়বা চকা, চাননা হাপ্লবা ষ্টম্পাংকী ক চিনশিং অমত্তুং খে রাশিং নিং-থিমা পাললবা, নিংথিনা মওং শেমলবা হপাশিং ( hubs ), স্পোক-শিং অমত্তুং রিমশিং অসি ময়ামদা উৎপ য় গনি। মসিনা চংগদবা খরচ পুম্নমক থুংগু থুংল ইগী, থুঙ্গংদগী চৎথিবগী মহুম্বা

মসিদা পুশিলগকপনা মহৈনি। অয়াংবা থবকী শিজিন্নবতদা মোটোরগী কননবা চঙই। খুঙ্গংগী ফগৎনবা থবককীদমকতদি মথল অসিনা অথনবা থবকশিংবু মাংহল্লি অমস্তুং কাননহন্দে। অমরোমদা হায়রগা ঙাইংবা তপপনা হেনমা অফবা ফংগনি। খুঙ্গং অমদা অমদা য়াংনা চৎপা ঙমদনা অ'স খুদোং চাবা অংনি মরমদি মফম খুদিংদা মতম থবদি লেনবা তাই। মসিনা খুঙ্গংগী পুন্সি অমস্তুং থবকশিং অত্থ নিংথিনা থঙবা ঙমগনি অমস্তুং থবকশিং অদুগা মপুং ফাংনা মায় ওনশিনহল্লী।

খুঙ্গংগী থবক অমস্তুং গোটব গাড়ীগী লৈননবা মরিদি মায়কৈ খেনংনবা চৎলি। দরকার ওইরবদি তপপা, শেংগৎ শাগৎপগী থবক্কি, অয়াংবা অমস্তুং মওংবা উৎপা নত্তে। খুঙ্গদা শাবা পোত্তনা শজিনননা খুঙ্গংগী য়াংফনবা মায়পাক্লা থরয য়াওনবা লোকেল বোর্ড শিং অমস্তুং মহামগী লোইশংশিংনি চাংনা মথৌ তাব য়াই। খুঙ্গংগী মপৌ অসি তপপনা লাংরহল্লক্রিবা অমস্তুং মসি করম্ব তাঙ্খাংখিগদগে হায়দা যভমশিং অদু মুননা থনবা তাই অমস্তুং মসি অমম ওইনা পাংথৈ কদবনি। খুঙ্গংগী মায়কৈ খুদিংদা পুন্সিগী অপকপা নিংনা থনংর। থবকী মতংদা, মসিনা মথা গী পৈশাবু কবি কাননবা ওৎদা হুন্দোক-পগুম তৌই, মসিনা খুঙ্গংবু চাওখৎনগা অসি অহিং অমগী মতদা পুরকনগা হোৎনৈ।

খুঙ্গংগী হইফমবা থললিবা মীশিংনা থম্মোই মন্নুংদা থনগদবদি যগ গাড়ীগী খুমাঙ চাওশিনবগী অশেংবা লৈনরোল

অসিগী মায়কৈদা আশা তৌগদবনি। খুদংগী য়াইক থৌরাংগীদমক মসিগী অর্থনীতি মাঙঙনবা অসি য়াম্না শাথিবা মীওই ওইগনি। ২

# চথোক চংশিন-তৌবদা ষণ গাড়ী শিজিন্নবা

ষণ লাম্না মকম অমদগী মফম অমদা চথোক-চংশিনগী মতৌ অসি উৎলি, ঐখোয়গী খুদং খুদিংগা থত্তুনা শিমলাগদবা মকপা তৌজিক ফাওবা লেপ্লে চথরি। রেল গাড়ী অমসুং মোটোর কার চৎলি, তৌইওন্নবসুং মৎদি মপোং থননা হ'প্লবা ষণ গাড়ীনা মখোংগা লোয়ননা থেক খোয়রবা, লমবীদা তপ্পা তপ্পা চংপদো ঐনা উবি। মসিনা তাকই মচুদি হায়রিবা পুথোক পুশিল তৌবগী খুৎলাই অসি ঐখোয়গী পুন্সিগী অমসুং চাওখৎপগী শরুক অমনি। ঐখোয়গী খুৎ-শা হৈবগী থবক অসি লৈরিবা মখৈ ষণ লাবশিং অসি লৈবা তাই।

নওবা করম্বা শাবা খরাইদগী হেননা কবা অমসুং মহাক্না নিংথিনা থবক শিজিননবা হায়বা অদু খল্লোকপা তাই অমসুং পুথোকপা তাই। নংনা করমবা ষণবীনা খরাইদগী হেন্না মথোম পীখ্রে. হায়রবা অদু খন্দোকপা তাই, অমসুং করমবা য়োকু'না অমসুং থাকপা হায়রম্বা অদু পুথোকপা তাই। নত্তনা খুদংগী মসুংদা ফবা শা-ষণলাগা অমসুং ষণগীগী মমল লেপ্পা তাই। শা ষণ য়াওদনা অফবা খুদং লেমবা ওমদে। ৩

অধ্যায় ২২ শুবা

# শেল মহুৎ ওন্নবা অমস্তুং খাজনা

ঐগী মতকী মতুংইননা শেল মরেক অসি ধাতু মখেৎ থবক্নী। কনাগুমবা মী অমত্তা মহাককী থবক মোমবা ওয়বদি মাগী শেল নৈ মরল নৈ। মহাককী থবক অদুনা ফি ওনহল্লি, থবক্না মরু-মরাং ওনহল্লি। মহাক্না করিগুম্বা (peraffin) পেরাফিন থাও পাল্লবদি মহ মহাক্না পুখোকপদি শুমদবা, মহাক্না মাগী মরু-মরাং থাও খোকনবা শিজিনবৈ। মগাক্না মাগী থবক অদু মনিং তম্না, নিঙথিনা অমস্তুং মাননবা মহুৎ ওনবৈ মরম অসিনা মসি হুরানবা নতে। মংনা মসি সুংঙাইতবা লিচিং অমা পোকপা য়াই মহুদি মসি মমাংগী মহুৎ ওনবগী মতংনি হায়বা য়াই তোইশুমবস্তুং পৃথিবীগী ললোন ইতিক থুদিংমক মহুৎ ওননবদা য়ুমফম ওইবা নত্রা? ১

ভারতকী খুন্নং থুদিংগী মখোয়গী দরকার ওইরব পেং লমশিং অতোপপা খুন্নংদা কংবা অদুগা মখোয়গী অকোইবদা ফংদবশিং অদু মহুৎ ওননবতনা মখোয়না মশাগী মতেং পাংজবা ওসী অমস্তুং লৈজবা ওইনা শিজিনবৈ। ২

ঐগী লৌশিংনা ঐতোম্বা তাকই মহুদি সহরশিং অমস্তুং খুন্নংশিংদা থাদিগী সংসার শেম্বগীদমক লং মহুৎ ওননা কংনবা শেমগদবনি। মতমগী মতুং ইমনা মীশিংনা মখোয় মশামক থাদি

ঙাকপা .শন।গী থবকসি লং মহুং ওনবদগী হায়বা আশা ভোই। ৩

শূ।-লোম্ব হায়বা অসি থাতুন শাবা শেলগা মায়ৈ। কন গুৎনা করিগুমবা থবকী মরীদা মখে য়গী পৈশা শীজিয়ৈ। মঙবা মসিগী প জলগী থবক শীজিয়ৈ পৈশা য়'ওদনা থুং শুনা কান্নদবগুম থুংশু য় ওদবা পৈশাস্ত কায়বা ফংবা ঙমলোই। ৪

ইশাবু মতিক চাহনবা হায়বসি অথুবা ঝাখল নত্তে। ইশা মতিক চাহনবা হায়বসি ইশাগী পুন্নমক লৈজরবা হায়বা নত্তে। করিগুম্বা কিভস্না ঐখে য়না ˆথোক্নিবা পোংনা ঐখে য়গী চঙগদবা পুন্নমক পীবা ঙমদে। মরম অসিনা ঐখোয়না ইশাবু মতিক চাহনবা হায়বদি অনিংবা ওইরবস্ত ঐখে য়গী থুজ শিংদা পুথোকপা ঙমদ। অঠদি অতোপ্পা মকমদগী লোন্নবা তাই। ঐখোয়না পুথোকপা ঙখা পোং অদু হেন্না য়ায়া থোক্কনগা হোংনবা তাই মত-। ঐখোয়গী থুজংদা থোক্কবা পোং অদুগী মহুং ওইনা শিনবা তাই। ৫

সনা অমস্তং লুপ'না শেল শাফমা'গী শেল ময়েক ওইনা থোক্কপগুম, লংগী শঙদগী থা দতমক থোক্কই। ৬

ভারত্তা ঐগী শক্ক ওইনা মকূ অমস্তং মরু য়াওদবা অকংবা বাদামবু শেল ময়েক ওইনা শিজিয়ৈ প্রজা অমস্তং ষ্টেট ট্রেজরী-নস্থ ( সরকারগী শেল থমফম ) মংদা য়াই। মথোয়গী থাজৈশেংবা মমল লৈত্তে। মথোয় অহু প্রজাশিংগী শাথিনা লাংরবগী পাদমনি। মথোয়না থাতূগী খরাইদগী মমল ঝামত্রবা শেল ফাওবা পীগা ঙমজদে। মী মগানা মথোয়না মম-মশিং থরা নত্রগা য়েত্তূম

অমাঁ লৈণী কংই ঐনা চাংলম অম হোৎলোকখ্রে মহুসি মযোম অঁং ইচংচনা খুনম অমা ওইগদবা মতে মহুসি খেংলো মমল অমা লৈখোগদবনি মহুনা কৈখেলগী মমলদু ওইগদবনিদা মাশিং অসৌমদদি ভাগ্যিংডাই ওইনা চাং অমা ওইহনগনি। তৌভিক-কী ওইবা অমসুং চাং য়েংবা ওইনা লং লংখাগ অমদি অমাংবা অছুনা থম্বাওদগী পিকপা চাং অমা ওইনা মক ওইনা মোইথাপ নাইবা অমসুং অনাইবা কিবু স্তংশিবা কাংবুগী মরক্তা লৈবা খোমবদা শিজিন্নবা হায়চনা ঐদি হাংদোকখ্রবি। অংগী অকক্ননা চাং অমদা লং নাইনীশিংবা মাগী লোংমগী চত্নদবা পোৎচু পীগদবনি। এ, আই, এস, এ, না এ, আই, জী, আই, এ গা অন্ননরপা পূকৈ লমগৈ অমা চলাইগদবনি। ঐনা ম'স থ অংগুম্ম পথাপ অসি চলাইবা লোয়দনা থাগনি মকম অমত্তদা পৈশিনবগী মিয়ম তোকনা মগ্যামদা চাংথোকপসি চংমররদা মসিগী অকবা মতুনা ফত্ত। থক ওইরোই। ৭

থবক শুবা থাজনা ওইহনবদি জাতিবু মপাঙ্গল তেকখৎহনবনি। প্রজাশিংবা হৈশিত্তনা সম্যজয়ীদমক ওইনা থবক শূগনি, পৈশাগা শিন্দোক শিনজন তৌবগী কাম্ব লৈররোই থাজনা খেংমজিনবা অমসুং হিংসাব শূ গী থক্ত চত্তপরোই অহুপা ফলদি চপ মান্নমা ফরগনি। ৮

## অধ্যায় ১৩ শুবা

# খুঙ্গং লুনা তরু-তহেন্না থমবা

মীওইবগী রাখল অমম্তং থনক অনি অসি পুক্তা অমত্তা মরি লৈনহন্নবদগী ঐখোয়গী খুঙ্গংশিংগী চাওখৎপা খীনহনবগী মরম ওইরে। মরম অসিদগী ফজখ্রবা তরু-তহেন্বা খুঙ্গং মচা শমা অমা লৈহনবগী মহুত্তা ঐখোয়না শমাং-শশোয়, পাম্থি-কোমথিগ লৈপুং অমা ওইহল্লে। খুঙ্গংশিংদা চঙত্নুনা কোর্ফ্নিংকগী শুংভাইবা পোকহনল্লে। শুংভাইহনবগী মহুত্তা নংউবা মীশিংগী মিৎ উইশিন্নিংব, নাতোন মেনশিন্নিংবা পোল্লে। মসিগী মরম করিনমো' তায়রবদা খুঙ্গংগী অকোয়বদা নমথি হংগোষ্ট শমম্তং অশোৎ অকাইনা পিক থমবননি। লৌমক কংগ্রেসকী মীওই অযাম্বা মায়কৈ অসোমদা মিৎয়েং চঙবিরবদি মথোয়না শোয়দ-মক চাংদমনিংঙাই লৈত্রবা লু-হেনবা খুঙ্গংগী মওং অহুদি লয়না তঙনগনি হায়না ঐনা নিংঙই। অংবু লাইবক শিবনি নথোয়মা মথোয় মশামকী মথোনি চায়গা থদ্দে; খুঙ্গংগী সুামৎ খুদিংগী খোক্লিবা পৌদোকশিংদা মথোয়না মশাগী মখো ভোদে। জাতি অমম্তং সমাজগী লু হেন্নবা হোংমবা হায়বা অসি পুন্যগী থবক্নি। হায়বসি ঐখোয়গী মরুওদি ওইবা ওমল্লে। ঐখোয়না পুথিত্র, গুহা শক্রে হায়রগা তুরেল অমগী মনাক্তা লৈরুবা মতমদা পুথিত্র, গুহা অমম্তং তুরেলশিং ঈশিং নোংপগী খারুল থল্লে। ঐহাক অসিগুম্বা অশোয়বশিং

অসি পাপ অমনি হায়না লৌই। অতগী মথক্তা খুনগী তুবেল তোর্ব্বান নিংখিনা থম্বীদবা, খুনংগী ফিভম কগৎচম্মনা অমম্বুং লুচেম্না থমবীদবদগী লায়না কয়া শন্দোক্লকপা অচিনচিংবা অসি মথক্তা হাঙখিবা অশোয়বশিং অসিনা থোকহনবা হাক্কন। ১

খুনংগী থনক্তা এখোয়না য়েংশিনগদবদি, খুখি অমগুং গুগাশিংবু লুনা থমবা অনাং-অংশাম্বগী লৈপুং ওইংন্দনা অসিন থবক গুন্নিবা মীশিংন, তলব পীদুনা থমলিবা "ভগী" ( অমাংবা শেংবা মী ) শিংগুম সুমৎ খুদিংগী থবক গুয়ব, অদুগা লোয়ননা খুনংগী মীওইশিংদা মখোয়না তৌবা থবক অদুনা যাওহম্লিংবগী মওং উৎনবদি মমৈথংদা মখোয় মশা মথন্তনা থবক অপুনবা তৌরকনি। অদুগা অসিমন্ত্র শোয়দনা ওইরকনি মদুদি খুনংগী মীপুম খুদিংমক সহযোগ পীনিংগুকনি, পুন্না থবক তৌবা পাংমলকনি।

লৈরক শোরোক্তা পোথি-পোৎকুম অমত্ত লৈহন্দনা লুনা থম্নবা হোৎনংদবনি। লেমলিবা পোথি পোৎকুমশিং অত্ত মশক থত্তনা থন্দোক্তুনা থমগদবনি। পোথি পোৎকুংশিংগী মরক্তা থবদি হুর ওইনা শিজিন্ন। য়াবা য়াওরি, শরুক থরনা কায়দবা কুয়জিনখিংদবা যাওরি। মরম অদুনা এখোয়না শেংদোকপদা শেংনবা পোৎ মচা নত্রগা মতেৎ অমা লেম্না মাঙদে, মখোয়গী কায়বা লৈ। মখোয়শিং অতুদগী অতৈ অতোপ্পা পোৎ-চৈ শাবা য়াই। মখোয়বু চপথাইরগা হার ওইনা শিজিন্নবা য়ই। শে-

পায়তুনা লংশেন্নবা কি অমসুং অমোংপা চে শিংনা চে অমুক নৌনা ওলহনবা য়াই। ঐখোয়গী অমাং-অশোয় ( থী-মুং ) অসি খুদংগী লম্বাংশিংগী অকবা হায়নি।

খুদংগী পুথিশিং অসিদা কিশু-ফিজায়বা ইরু-মায়থজশিনবা চাক থোংনবা ঈশিং ফাওবা পুথিশিংদগী শিজিন্নবা, কনাগুম্বা অমত্তনা থিংদে। খুদংগী পুথি কয়ামরুমদা শা-মণ ইরুজশিল্লি, ইরোই কবাক্ৰম্বা লৈওন্দুনা লৈবা ঐখোয়মা উই, অদুবু য়াম্না হেক ওকপদি খুদংগী পুথিশিং অসি লাম্না শীজিন্নরবা ফাওবদা লৌনগনবা লায়মালা শন্দোকলকনা খুদং অপুম্বু মাওহনবদি তৌদে। অদুগা অসিনদি পৃথিবী ডাক্তরশিংনা প্রমান পীদুনা লৈরে মতদি খুদংশিংদা অশেংবা ঈশিং পীবা ওমদবদগী খুদংগী মীশিংনা লৌনগনবা লায়না কয়াগী অৱাবা ফংই।

ঐখোয়না খুদংগী লু-হেননা থম্বা হোংনবা অসি অৱাবনা থম্ন। ভারতবর্ষগী মীওই কয়াদা মশীং লাকওমন্নবা কায়ন্না থম্বা, য়াম্না মুংওাইরবা থবক অমদি তাধনা ঐনা লৌই। ঐনা আশা তৌই, মতদি থবকশিং অসি মতৌ করম্না পায়খংকদগে তাম্বা অদু ঐনা তাংরিব অসিদগী খঙগনি। মংদি থবক তৌগে নিংদুনা লৈরিবা মীওইশিং অসি শুমজিৎ, য়োংপাকশিংবু পেন্সিল, কলম শি-জিন্নবগুম্বা য়াম্না লায়না, মাপলগা লোয়নমনা শিজিন্নগদবনি। চঙগদবা থরচ হায়-বুপোংপাক, অম, থুম্মোক অমা, লৈপয়ান ( পয়ত্তি ) অমা অমসুংলৌনগমবা লায়মা থিংগদবা য়াম্না লায়বা পোৎ হায়বদি অকংবা

উং অস্ত্রি য়াম্না কান্নবগ অন'বা 'মৌমহন্নবা' পোংশি' "য়সিদি কনাওয়া রসায়ন শাস্ত্র হৈবা মী অমব" মনাই লাওবা পীবা ওবা পোক্তানি। মসিগী মতাংদা কনাওয়া লৈবাকী 'অমন্থুং মী "ওই-বশিংগী সেবা তৌবা পাম্বা রসায়ন শাস্ত্র খঙবা মী অমনা থুনংগী মীশিংনা মথোয়গী লমথিংদা কংবা য়া'ম্না হে'ওবা অমম্থুং কান্নগনবা পোং অমা ভাকহনবন্ন য়ামনা ফগনি। ২

অধ্যায় ১৪ শুবা

# খুঙ্গংদা চৎকদবা হকশেল কাংলোন

লৈবাক মচা য়াম্না তাবা সমাজদদি নাগরিক খুদিংমক্না হকশেল কাংলোনগী পথাপ অসি খঙই অমসুং নিয়মশিং অসি ঙাক্না চৎলি। ঐখোয়না চিংমনিংঙাই লৈতনা খংই, মতমদি মী ওইবা ঐখোয়না থুনা হেক ফংগদবা লান্না অথাম্বা হকচাং ফবা অমসুং হকশেল কাংলোনগী নিয়মশিং অসি খঙদবা অমসুং কোমথোকপদগীনি।

ঐখোয়গী মরক্তা শিবগী চাং হেনগৎলিগা অসি কুম্না লায়রবদগী থোকপনি। তৌইগুম্বসুং প্রজাশিংবু হকশেল কাংলোনগী পথাপ অসি নিংথিনা খঙহল্লবদি শিবগী চাং অসি হন্থংনবা য়াই। "অফবা হকচাংদা অফব ৱাখল লৈ" ( Mens sana in corpore sano. ) হায়বসি মীওইবগী অহনবা নিয়মনি অফবা ৱাখল মশা কয়া হকচাংদা লৈ হায়বসি তশা ইৎনা প্রমাণ পীজরবা অচুম্বনি। মী ওইগী হকচাংদা অমসুং পুক্নিং অনি অসিগী মরক্তা তংনব য়াত্রবা মরি অমা লৈরি ঐখোয় ইশাদা অফবা ৱাখল চেন্নবদি হৌংসাগী থবক থ দোকখিগনি, হকচাং ফগী নিয়ম ইনিংলক্কনি, মমৈংংদদি ঐখোয়না হোৎনব্রবা য়াওদনা অফবা হকচাং মশানা ওইজরক্কনি। ১

হৌজিক এখে য়না হকচাং ফগা কদাগুবু :কৌবগে হ য়বত্থ খঙলসি। মসিগী অর্থ খঙবস্থ য়ামনা দরকার ওই। শমনা হায়রবদা হকচাং ফগা হায়বসি হকচাং অসি হাংমা সুংঙ ইনা লৈববুনি। কনাগুম্বা মী অমা হকচাং ফৈ হায়রংদি মহাক অদু লায়না অমত্তা পঙ্কুবা মীওই ওইগনি। মীয়ামা তৌবা থবক্তা মহাক্না মশা চোকথদনা তৌবা ঙমগনি। অসিগুম্বা মীওইদি নোংমদা য়ামত্রবদা মাইপ তরা নত্রগা তরানিথোইদি য়াম্না য়াদনা থোঙনা চংপা ঙমগান; ময়ামনা নোমনবা থবক মশা চোকথদবা পাঙ-থোকপা ঙমগনি; মহক্না চারিবা পোৎ য়াংনা লায়না ভুমগনি, মহাকী য়াথল অমসুং ইন্দ্রিয়শিং অদু অমত্তা কায়দনা তিন্নদা লৈগনি। ২

হকশেল কাঙলোংপ্পী মরুওইবা নিয়মশিংদি য়াম্না চঙই অমসুং লায়না খঙবা ঙমই। য়ামন লুরিবদি নিয়মশিং অদু কায়দনা ঙাক্না চংপনি। মথোয়শিং অদু মখাদ তাক্লি।

(১) অশেংবা অকবা র খল খল্লু। অকনবা অমসুং অরানবা য়াথল পুমনমক থা.দাকউ।

(২) অচিং সুংখল অনিমক্তা থবাইদগী শেংবা, অশেংবা সুংশিংদা সুংশা শ্বর হোল্লু।

(৩) হকচাং অমসুং পুক্লিং থোং মাননবা থবক তৌ।

(৪) চুমনা লেপউ, চুমনা ফম্মু, চত্তনা তৌবা খুদিংমক্তা তঙ্ক তহেন্ন তৌনবা হোৎনৌ। হায়রিবশিং অসি মখুংগী থবকশিংবা কোংদোকহল্লু।

(৫) নঙগী মরুপ-মপাংগী থক তৌবিবদা হিংলা ঙমনবা চাও। নঙ নশা নথক্তা সুংঙাইনবগীদমক্তা হিংগনু। অদু ওইরবদি নংনা চারিবা চিঙ্গাক্তা নঙগী পুক্লিং অমত্তং হকচাংবু চাং নাইনা থম্না ঙমগনি। মী হায়বসি মানা চারিবা অদুগী মতুংইন্না ওইরকনি।

(৬) নঙনা চারিবা চিঙ্গাক; থক্লিবা ঈশিং অমস্থং খুংশিং অহুম অসি য়ায়া শেংনবা হোংবগদবনি। মঙ নশা নথক্তা লুনা নানবস্থ পেন্দবনি, নংগী য়ুমলোন কৈরে মবা অমদি লৈমিন্নবশিং পুমনমকপুস্থ হায়রিবা হিরম অহুম অসিদা লুবা-নানবা নশাগী ওইনা পাংমগদবনি। ৩

## "প্রাকৃতিক চিকিৎসা"

## ( NATURE CURE FOR DISEASES )

"প্রাকৃতিক চিকিৎসা" গী থবক অসি য়াম্না অথঙ-অতৈ নত্রগা লাইরিক য়ামনা তৈবা মীগী দরকার ওইদে। অচম্বা হায়রবসি'দি ময়ামগী ওইবা গুণনি। থওবা তৈবগী রকম অসি মী লিশিং লাখপু কায়বা পীবা তারক্লবদি করিম্নু কাননদে। মখোয়দি মী থরতনা তানবা ঙমই, মরম অংম্বা ইনক থুনবশিংগীদা ওইদুনা তোকই অমরোমদা ভারতবর্ষ অসিদা ফজম চাত্রবা লখী থোং থুদোং চাত্রবা থুঙং লাখ তরেৎরোম'দ লৈরি। মকম থরদদি মী চামরোমদগী পংহেন হেন্দবা পীকথ্রবা থুঙং লৈরি, মী ইরৈ পৈতবা থুঙংশিংশু লৈরি। ঐনা অসিগুম্বা মফমদা চৎতুন থুন্দাদুনা লৈবিংই। মফম অতৃদনি অশেংবা ভারতবর্ষ দি, ঐগী ভারতবর্ষ, মাগীদমক্তা ঐহাক হিংহনা লৈরিগনি। অসিগুম্বা লমবী থোং থুদোং চাত্রবা চৎপদা থুদোং চাত্রগা মফমশিং অসিদদি য়ামনা মতিক চারবা ডাক্তরশিংগী মপোৎ মচৈ থুংশু-থুৎলাই পুদুনা চঙবা য়াম্না থুদোং চাদে। মফম অসিদদি অচম্বা প্রাকৃতিক চিকিৎসা নত্রগা "রামনাম" (ঈশ্বরগী মিং ) তম্না মখোযগী উপায়নি। ৪

অন্তগা ঐমা অসিমদি থাক্তে মতুদি হায়রিবা মফমশিং অসিগা মশা মশাগী, ইমুং মনুংগী অমদি প্রজা ময়ামগী দু হেন্না লৈনবা হোৎনরবা, চানবা চিন্নাক অমম্বং হকচাং শাজেনগী মরমদা য়াম্না চেকাশনা হোৎনরবদি লাংনা শন্দোক্লকনি হায়বগী য়ানিংঙাই লৈ.ত। হায়রিবা মফমশিং অসিদা হকচাং মনুং মপাল অনিমক চপ মান্নবা শেংনা থম্বা ঙমলনদি লয়না চংঙকপা ওইথোক্লোই। খুঙংগী মীওইশিংনা মসিবু মুন্না হেক থঙবিরবদি, ডাক্তর, মাইবা নত্রগা হাকিমগী দরকার লৈতে।

প্রকৃতিক চিকিৎসনা ফিদম্লিংঙাই ওইব পুন্সিগী শক-ওং থংহল্লি। মরম অচুনা খুঙং অমম্ব' সহরসিংদা ফিদম্লিংঙাই ওইনা ফিংনবা ফিভমশিং অস্ত প্রকৃতিক চিকিৎসনা পীবনি হায়বসি অচুম্বনি। থাঙ্গেশেংনমক প্রাকৃতিক চিকিৎসা চৎলিবা মফম থুদিংনা ঈশ্বর লৈ। ৫

প্রকৃতিক চিকিৎসা শিজিন্ন.া হায়বা অসি খবাইদগী চদবা অমম্বং খবাইদগী লায়রবা পাথৈনি। অসিগুম্বা লাইয়েং অসি খুঙংগী মফম অয়াবদা শিজিন্নংনগবনি। মসিগী দরকার ওইনা পোৎশিং অদ খুঙংগী মীশিংনা য়াম্না লায়ন ফংবা ঙমগনি। ফংহোইদব পোৎ-চৈশিং অচ ঐখোয়না পীরিগদবনি।

প্রাকৃতিক চিকিৎসা হায়রগা কন'গুমবা মী অমগী পুন্সিদা মহাক্কী তকবা য়াথল অমতং মওং হোংলকপা অদুবু থগুনবা য়'দে। মসিগী অর্থদি মী অমগী পুন্সি অদু হকচাং কবগী নিয়ম শ্রক-তুনা চাং নাপ্তরকপা অদুবুনি।

মসিদি হোসপিতালদগী শল ফিংনা নত্রগা ংহদাক লৌরুংস্সু নত্তে। কনাগুমবা মী অমনা হে সপিটালদা লেমনা লায়-য়েংবা হায়বা অসি মহাক মশামক মীনা পীবা দান নত্রগা দান লৌরবনি। অদুগা প্রাকৃতিক চিকিৎসাবু পামবা মীওইদদি মী-ভোন্দা কৈদৌঁউদস্নু হায়জবা, নিজংগী য়াকম লেত্রে ংশা মৎস্তুনা মশাবু ফনবা হোৎনজবনি। মশা মথন্তু মতৌং পাংজৎ হায়বসি মশাগী ব্যবহার হেনগৎহনবনি। মহাক মশা মথন্তুনা কত্তবা মখৈ লৌথোক্লগা মথন্তনা হোৎজহনা ফত্তবা অভ্যাস থাংদোক্লগা তুংদা নারক্তনবা মশানা যত্ন লৌজরংনি।

প্রাকৃতিক চিৎকিৎসাগীদমক অকবা অমম্নুং চাং নাইনা চিন্তাক দরকার ওই। লাইবক থীবদি হৌজিক ঐথোয়গী থুজং-শিংগী ইনাক খুনবা মীওই য়ামদে ঐথোয়গুমনা লেল পুথদুনা লৈ। থুঙ্‌'দা মতিক চানা, মন।-মশিং উহৈ অমম্নুং শঙ্গোম থোক-হনবা হায়বসি দরকার ন। মথোয়শিং প্রাকৃতিক চিকিৎসাগী চংত্রবা য়াত্রবা মরু ওইবা পোৎ-চৈনি। অসিগুমবা পোৎ-চৈশিং অসি

ফংনবা, পুখোক্লবা হোৎনবদা চ:বা মতম অচ আরম্বদা মাংহন নি চায়না লৌখোইদবনি। মসিদি থুঙংশিংবু ফগংনবনি। মৈথংদা ভারত অপুম্বা অকবা ওইরকদৌরিবনি। ৬

ঐনা লরই ওরাইদা লৈরিবা মীওইশিংগীমক্তা থঙ্গরিবা প্রাকৃতিক চিকিৎসা অসি মায়া অকক্লবা মওংনি। থুঙংদা কং-লিবা পোৎশিং অদুনা মখোয়গী মতেং ওইনা শিজিন্নহনবনি ঐনা মখোয়গী লায়েংনবগীদমক্তা ইলেট্রিক নত্রগা উন্ দরকার লৈ চায়রে ই। অসিগুম্বা থবক অসিদি ঐহাকুম্বা থুঙংগী মাখল চেনবা মওইশি তনা তৌবা ঙম্ নি। ৭

ঐগী প্রাকৃতিক চিকিৎসা অসি দ থুঙংশিংগী অমদি থুলগী মীশিংগীতা হায়নি। মরম অদুনা এক্সরে ( X-Ray ) মাই-ক্রোসকোপ (অপিকপা পোৎ চাওখোকনা য়েংনবা খুৎলাই ) নত্রগা অসিগুম্বা পোৎ-চৈ দরকার ওইদে। মত্রে ছায়রগা কুই-নাইন, পেনিসিলিন, এমেটিননচিংবা ডাক্তরগী তিদাক শীজিন্নবগী জাগা লৈতে। হকচাং ফনা লৈনবা তোৎনবা অমসুং মশাগী হকশেল কাংলোন ঙাকনা চৎপা হায়বসিনা অহানবা চংঙগদবা মরুওইবা দরকারনি হায়রিবশিং অসি চংত্রবা য়াত্রবা ন। কনা-গুম্বা মী অমনা ছায়রিবা কনা অসিদা মপুং ফাবা থাজবা, কামবা ফংলবদি লায়না চংবগী লম্বী লৈত্রে। হায়রিবা নিয়মশিং

অসি ভাকতুনা চংলিবৈদা লায়না ফবা ওম্লক্রবদি "রামনাম" শোনবনা অরোইবা উপায় ওইগনি। তৌইগুম্বসুং মিৎকুপ অমগী মনুংদা ঈশ্বরগী মিং শোল্লগা অনাবা ফগা হায়ব অসি ওইথোকলোই। মরম ভদুনা অনাবা অমা থাজনবা য়েংলিগা ডক্তর অদু ঈশ্বরবু থাজবা শক্তি লৈবা মীওইবা তাই। হায়রিবা অসি তৌরিবৈদা প্রাকৃতিকী পোৎলম মঙাগী মতেং শিজিন্নবা য়াই। পোৎলম মঙা অদুদি মে, ঈশিং, নুংশৎ অমসুং আকাশনি মসি ঐগী বাখলগা প্রাকৃতিক চিকিৎসাগী অরোইবা পংথৈনি। মরম অসিনা ঐহাক্না "ইউরুলি কংচন" দা হায়রিবা পঞ্চভুত অসি চাং য়েংখি। খুঙ্গংগী মীশিংদা মতৌ করম্না লূপ্তন্না লৈগদগে ছায়বা অদু তমীখি। অনাবা মীওইশিংদ চাংরিগা পঞ্চভুত অসি নিংথিনা শিজন্নহল্লগা অনাবা ফনবা পাম্বে ওইখি। করিগুম্বা দরকার ওইরক্রবদি লয়না ফহন্ননবীদমক্তা খুঙ্গংদা ফংবা হিদাক ওইনা শিজিন্নবা য়াবা পাম্বীশিং লৈ। মখোয় শিজিন্নবা য়াই। থাঙ্গেশেংনা চায়রবদা, অকবা অমসুং চাং নাবা চিঞ্জাক হায়বসি প্রকৃতিক চিকৎসাদা চংত্রবা য়াত্রগা শরক অমনি ৮

প্রাকৃতিক চিকিৎসাগী বিজ্ঞানদা লায়য়েংনবগীদমক চঙবা শরুক অসি হায়রিবা পঞ্চভুত (পোৎলম মঙা) অসিনি। মীওইবগী হকচাংসু পঞ্চভুত অসিনা শাবিবনি। ৯

## ( লৈপাক ) EARTH

লৈবাক শিজিন্নবগী অসিগী অশেংবমক য়াম্না কান্নবা লৈ। মসিগী মরমদা চাংয়েং থরা নৈনফম থোকই। খোংহুম্বা য়াদবগীদমক্তা ( অমাংবা য়থৎপা ) লৈপাক খুৎংদা থোংবা অসি ফৈ হায়নৈ। ঐনা অকংবা লৈপাক থরা ঈশিং হাপ্তুনা পেং-লল্লগা পোলটিশ শেংলে অদু অপাব ফি অমনা য়েংশিল্লগা অতিং চুপ্পা থরংদা পুন্দুনা থমলে। মসিগী ফলদি মতিক চানা পোননিংঙাই ওইখি। ১০

লৈখোমগী পোলটিশ অসি দ ইঞ্চি ৩ পাক্কদবনি, ইঞ্চি ৬ শাংগবনি অমগা ইঞ্চি ½ থাগদবনি।

ঐনা খেংনখি কোকচকপদা কোক্তা লৈখোমগী পোলটিশ থোমলগা ফবা ঙম্মী। ঐনা মসি চাম্মরক চায়েংখ্রবনি। কোকচিকপা অসি মরম মখল কয়ানা ওইবা য়াই অবু পুম্নমক অসি লৈখোমগী পোলটিশ থোমলগা মতম অদুগীক্তদি ফহনবা ঙম্মী। ১১

অপোম-অতং কয়াবুম্ পোলটিশন ফহনবা ঙম্মী। নাই লৌনোক্লবা থবক্তস্ু ঐদি লৈখোম শিজিন্নে। অসিগুম্বা মতমদ দ ঐনা অশেবা শিজেং অমা পোটাশিয়ম পার্মেংগ্নেটকী মাহদা লুপ্লবা মতুংদা মদ লৈখোম থোমলগা পোলটিশ শেম্মী, অদুগা অপোম্বদা পার্মেগ্নেটকী মহিনা চামথোক্লব মতুংদা পোলটিশ থোম্মী। অয়াম্বদা মসি মপুং ফানা কান্নখি। শোয়খিবা থোদোক অমত্তসু ঐ নিংশিংবা ঙমদে। ১২

মচু পানবা চিকপগী লায়না কোক্লবগীদমকসু মসি শিজিন্নবা য়াই। বিচ্ছুম ( খরমী ) চিকপা ফাওদা লৈখোম শিজিনৈ অতুবু মসিদগি ব্রেনা মায়পাকপা খরা য়ৎনা থোংনখি।

অরুম কননা হৌরবদি কোঙ্গা অমসুং পুক্তা লৈখোম থেমবা য়াম্না কৈ। মৈশা অচুবুনা কন্নু নামক মচ্রাগী মসিনা অনাবা মী অৎবু সুংগু ইৎলী, অংনো মগাক্না তত্রবা লৈখোম থোমবীয় হায়গনি।

টাই-ফাইড য়াওবা লাইহৌ কম্বাদসু ঐনা মসি শিজিন্নখে। লাইগৌ চু লৈরবসু লৈখোম থামবনা পোথাকম থংবা মতং চৈনাদি কোকগল্লি ১৩

এন্টিক্লোজিস্তনগী মচুগা অশাবা পোলটিশ সেখাগ্রামদা শিজিননৈ লৈখোমদা থাও খরা অমসুং পুম খরা তৈগনি অতগা লৈখোমচু কংত্রিফাও মৈগা য়াইগনি অস্রুম্না মসি শেম্মী। ১৪

চনপ্ চনপ্ লাউদবা মচ্রগা লোঙ্গোই ওইদবা লৈখোম ( এলুবিএস ) শিজিনবা কৈ। হর হাপ্পা মকমদগী লৈখোমদি শিজিননবা য়াদে। লৈপাক অচু কংহনগদবান, মচু মেতুংনা অমসুং থম্দোক্তুনা শিজি নগদবনি। কারণুম্বা অশেংবা লৈখোম নত্তে হায়না চিংনরবদি মৈদা শাগল্লু। ৫

থোং হাপ্পা য়াদবগীদমক অশেংবা লৈপাক ফাওবা চানৈ। গ্রাম ৫ দগী তরা ফাওবা য়ামগ্রবদা চংই, চাংগী মরমদা মসি হায়নৈ।

লৈপক অসি তুম্বা ওমদে। মসিনা তস্নুম্না মপান্দা খোয়কপা তাবনি। মসিনা মপান্দা খোয়কপদা অ।ঙগা পুখোরক্ক মী শ্রমক্তি মসি রেংত্রি কনাশুনবনা মসি ,তোগে হায়বদা লমমাই ওইনা তৌয়ি। ২/৩ লক কুমবা চাংয়েংবগীদমকনি করিগু মাওবা লৈতে খল্ল। ৬

ঈশিং ঃ-

ছাগন্ত্রো থের পিগী মরমদা শরাইদগী চাওগা কুহানেনা হ পচিল্লর্খাদ লেপ্পা লেপ্পা ইকজব অসিনি। মচাক্লা মতুদা শিজিন্নবা তোপ তোপ্পা খুদেং অমা পুথোক্লমই কনাগুম্ব কাংবুনা মত্ত রাওত্রবস্থ অতম তৌনৈ। শমাব অতগী অরাংবগী মতুং ইননা ইঙ্কি ৩০ দীমা ৩৫ কাওবা রংবা খুদেং অমন হেক্তা মহৌশানা শিজিননবা য়াই। অস্তুম তোর তোরগা থলকপা অতুনা মতুগী চপ চাবা সাইজ অতু থংবা ওমগনি। খুদেং অতুদা অনাবা অতুনা কমথবা মতনদা ঈশিং অতু বা লাওনা পাখোকখিদনবা ওশেংবা অমসুং অইংবা হাপকদনি। কালেন থাদদি শমবা অতনা করিগুমবা অতোপ্পা চৈফু অমা শিনবা ঈশিং অতু ইত্রেগদি ঈশিং অতু উম ওনহল্লগা হাপকদবনি। মহৌশানা লৈপাক্লা শাবা পাত্রদা অহিং মমা চুপ্পা থমগব ঈশিং অতুবু শিজননবা য়াই। ঈশিং অতু ইমাই অদ মচেৎ থুমজল্লগা হুমাইগা কনমা হুমলগা ইংহনবা য়াই। খুদেং অতু ইরুজফম অতুগী কল্লাংলা ওনশিল্লগা থমগদবনি অমসুং খুদেং মতুদা কম্বদা ওয়নবা উপাক মচে অমা

হাপকদবনি। অনাবা অদুনা মখোংগ অদু মপান্দা খিদোক্লুনা থুদেং মঙুংদা ফমগদবনি। ঈশিংগী মপান্দা লৈবা হকচাংগী শরুক অদুম অনাবা অদুনা নিংথ-দনবা যোমশিন্দুনা থংগদ'নি। থুদেং মঙুংদা অনাবা অদু ফজনা ফমংল্লগা মতুংদা অমোনবা থুদৈ অমনা মাগী মবুক অংদা তপ্না তপ্না নানৰ্গিগদৰনি। অসিগুম্বা ইরু থুংলুজা অসি মিনিট ৫ দগীনা মিনিট ৩০ ফাওবা তৌগদবনি।

মসি তৌবা লেঙর। কন্দা মশা অদু কংনা নপথোক্লদবনি অদুদগী অনাবা অদু ফমুদা থাঙ্গংপিগদ নি।

নিংজোল তিংবা অদিন অরুম ককনবদা অশাবা অদু চস্থংল্লকই অমস্তুং মথক্তা হায়খিগা মৎং ময়াম অসি তৌবদা ফত্তবা করিস্থু থেক্কে অমস্তুং য়াম্না কবা থবক তৌবা য়ই মসনা মাংবা য়াদগী লাইনা ফংল্লি অমস্তুং চাবস্থ য়ম্না তুমহল্লি। মচ তৌরবা মতুংদ অনাগা অচ মশা অদু য়াম্না ঙংঙাইরে অমস্তুং ইকন কল্লে। করিগুম্বা মাবা য়াদ। লায়নাগীদমক্তি ইরুজনা তেক লোইরগা পুংথই মুক্তুং কোকচে চৎলগনি য়াম কেশায়না কুহমেনা তক্লংই। অংগা নবুক পিক খল্লগা মীদনি মসি কৈ-দোইঙেদস্থ তৌহনলে ইদংনি।

ঐনা নিংজোল তিংবা অসিদ কজংা, যামনা তেঙনা তোইনা তৌরে। মখোয়না ১০০ গী ৭৫ দি ফর হাবনা প্রমাণ তৌখ্রে। অনাবা অগী ফিভম অচনা থুদেং মঙুংদা ফম্বা য়ারবাদ মকম মরাং থংদনা পংশাদা শাবা অসিদি থুদক্তা অনাবা অদু ডিগ্রি অনি অহুমদি হেক্তা হইহৈ। ১৭

হৌরিক্তি লেপ্পা লেপ্পা ঈরুজবা নত্রগা হকচাংদা শুরু শুরু নোঙ মোইদুনা ঈরুজবগী মরমদা হাইরগে। অঙাং পে রুনগী খুংলাইশিংশি য়ামনা থোংপা থজিক্লা শোকপদা চেকতা থংবা পোং ছাকতনি। অখিভম মচৈ অসিগা মপানথংবগী শউন অসিগা অনি অসিগী থোংপা অমসুং থজিক্লা শোকপদা থংবগী মরমদা শেরানববা রাখল থর লৈ। অদুন ওইনমক ঐনা করম্না তাক্নগে হায়রবা থংদে। কুন্নেমা মসিগী লৌশিং অসি অনাবা পাইয়েংনবদা শিজিন্নে মহাক্না অম্বুম্না তাক্লমই মতৌদি অঙাং পোক্লনবা শিজিন্নরিবা চকচাংগী শরুকশিং অসিদা ইশিংনা জোরো জোরো থেথরো অতুগা য়াম্না থোংপা ফি মচেং অমনা তপ্পা তপ্পা নাম্থোকউ। পুপাগীদমক্তদি অখিভম ১ চৈগী ১ তোন থংব য়াম্ন থোংপ শরুক অদু নাম্থোক-ত্রিচৈগী মমাংদা মখুম তদু চ য়া কুপাশনগদবনি।

কুহমেনা তাত্রপা নোমনাদি আসান ঈশিং অহংবা খুদেং অমগী মমুংদা কাল অমা থাগদবনি ১রমদি যমক্তম অহনা খুদেং মমুংদা লৈরিব ঈশিং অদুগী মথক্তা থাংখৎনা লৈননবনি। অমাবা অদুনা মথেং অদু খুদেংগী থাংমদা য়াম্বদুনা ফমগদবনি অমসুং মাগী অঙাং পোক্লনবা চকচাংগী শরুক অদুমা ঈশিংগী ঈমাং অদুদা শোক্লিং শোকমাং তৌনা থমলগ তপ্পা তপ্পা নাম্থোকনবনি। অতমবা মাম্থোকপা অদুনা অনাবা ফাওহল্লোইদবান। অদুগী ওয়ৈতেনবদা অনাবা অদুনা ঈরুজব লোয়রগা মশা অদু য়ামনা হুংঙাইদুনা পোথানিংগনি। অনাবা অমা নত্রগা অমা ওইগে

ওইহু লেপ্পা লেপ্পা ইরুজবা অসিনা মতম অচুগীদমক্তদি অনাবা অচু থজিক্কং মুণ্ডাইহনলি। কুণ্ডনেনা লেপ্পা লেপ্পা ঈরুজবনা নিংকোল ওাক্তা ঈকজবদগী হেন্না হাংনা থংমচ। ঐনা অকোনবদগী অহাঞবা অসিনা হেন্না থংদে। মসিগী মরামদি ঐ ইশাগীনি হায়না থগদি। ঐহাক হায়া কোমথোকপুরে। লেপ্পা লেপ্পা ঈরুজননবা ঐনা তাক্লৗ কাংবুশিংত মচুগী চাংয়েং অচু থেংনবা অথাং কনবা য়াওদে, মরম অসিনা ঐহাক ইশাগী থংজবনা মরম ওইচনা অসিগুম্বা ইরু-খুৎলুজা অসিগী বায়বা অচুগী মরমগা মত পিবা ঙমদে।

মসি মীপুম খুদিংমক্কা চাংয়েংবা চাবনি। খুদেং অমা ফংবদা য়ায়া খুদোং চাক্রগদি খুক্তাই অমনা ঈশিংত ওয়ো ওয়ো চৈথচুনা হকচাং অসি গুরু গুরু নোইচনা ইরুজবা মরুজা অচু তৌবা য়াই। মসিনা অনাবা অচু য়াম্না ফংডাইহনগনি অমসুং পোথাহন্নিংগনি। নিয়ম অমা ওইনা মীনা অঙাং পোক্লবা হকচাংগী শরুক অচু শেংদোক্লিংবগী অশা অচু চৈরমদবা য়াই। হকচাং গুরু গুরু নোইচনা ইরুজবা খুৎলুজা অচুনা মসিগী থবক অসি অচুম তৌখ্রগনি। থোইদোক হেন্দোকনা চেকশিন্নবদি অখিত্তম মচৈগী মতোন অচুগা মত খুমলিবা মথুম অচুগা কারক অচনা ফত্তনা য়ামনা পুনশিন্দুনা লৈ। মসি লৌথোকদবনি। অঙাং পোকনবগী হকচাংগী শরুকশিং অসি মথক্তা হায়খিবা নিয়মশিং অসিনা লু-হেন্না থমলবদি ব্রহ্মচার্য্য চৎপদা য়ামনা ল্লাইহনগনি।

মসিনা মতোন থংবা শিংলিশিং অদু পাংথওকপগনি অমসুং চৎকন-
নিংদনা চৎখিবা কথা অদুসু থরা হন্থংনগনি। য়ামনা পিকনা
হাংরবদা কথা চংঙনবা থায়গা অসি য়াম্না ফত্তবা থবক অমনি।
তরু তনাননা থমননবা কননা হোৎনয়ন্তদা থংক অসিগী
মায়োক্তা হন্থরকপগী বাথল অমা লাকনি অমসুং অতৈ অতৈ
তোঙগী মহুত্তা মতু তৌদনবা কনাগুম্বনা থোক্নদোক গেন্দোকনা
চেকশিন্না হোৎনগনি। ১৮

হন্নাংলাই হকচাংদা মথা মথা পোথা, অতোপপা উকশ'দা
হাগজবা পোকপা লায়না, কৌজুম কৌবামলাই, লাইজাও থোকপা
অসিনচিংবা লায়রেংবদা অচেৎপা কি মপা'ক অমা য়ামনা কায়ে।
অসিগুম্বা লায়না অসিগী দমক্তা ঐনা য়ামনা শিজিন্নরে।

লাইজাউ থোকপা অমসুং কৌজুম কৌরাম লাইগী অনা-
বগী দমক্তদি ঈশিংচু মঙ্গা মচু হাপ্লকেৎ মায়না পে টাশিয়ম পার-
মঙ্গানেট হাপচিল্লি। অসিগুম্বা অনাবগী শিজিন্নবা কি মপাক
অচু অথাবা ঈশিংদা লুপ্তুনা মচিক মতাং তাক্তোকদবনি অমসুং
মচু ইংথন্নগা ঈশিংদা সাবোমনা শেংনা তুদোকদবনি।

করিগুম্বা ঈ চেনবা অসি বেরা থরা তৌরবা, থোঙগী
মাংতান্দা পোমথৎলবা অমসুং থোঙদা চিক্রবা অমসুং মুংঙাইতবা
থরা ফাওরবদি উননা হকচাং নোইবা ( আইস মেসেক ) য়াম্না
কৈ মসিগী লায়য়েং অসি কালেন থাদনা হেনবা কানবে। নিংথম-

থাদা অনাবা অমবু উননা হকচাং নোইরবদি য়াম্না ফত্তবা থোকপা য়াই।

ঈশিং অশাবনা অনাবা কহনবগী মতাংদা অমুক য়াহৈ থর হাংরগে। ঈশিং অশাববু য়ামন শিংনা শিজিন্নরব-দি অনাবা কয়ামুক্তা পোংথাহনখি। আইওদিন শিজিন্নবা অসি অশোক অপন খুদিংমক্তি য়া ন চংনবা হিদাকনি। অসিগুম্বা থৌ-দোকশিংদা ঈশিং অশাবা শিজিন্নরবস্তু চপ মান্নবা কায়হনগনি। অপোম্বা অমস্তুং থোগায়বা মকম অতগী অকোয়ংদা তিনচর আই-ওদিন তৈতৈ। ঈশিং অশাবনা হিগা তৈবনা মতুদগী চেন্দ্রবস্তু চপ মান্না কায়গ'ন নাকেং চিকপা মতমদা আইওদিন লিক্লা লিক্লা ওটৈনা থাদৈ। অসিগুম্বা থৌোক অয়াম্বদস্তু ঈশিং অশাবা হৈ-ক্লিন্নুনা চামংথ্যক্লবস্তু কৈ। আইওদিন শিক্তীনদা খুদোং-খিবা কয়াম্নকস্তু থোকই। অনা শিং অদুনা মসিবু কা হেন্না থাজখিব য়াই। সেরাম্নবা আইওদিন অসি হকচাংগী মমু'দা শিজিন্নরবদি য়াম্না খুদোংখিখিংজাইহনি। তে ইগুম্বগুং ঈশিং অশাবদি শিজিন্ননিংবা মকমদা শিজিন-বদা করিগু খুদোংখিনিংঙাই তৈতে। টিংচর আইওদিনগুম্না ঈশিং অ বা অসিস্তু লইজোদনবা য়াম্না ফবা হিদাকনি। এেনা হাথরিবা অসিমা টিনচর আইওদিনবু হুম্না চায়বা অমস্তুং ঈশিং অশাবনা থৌোক খুদিংদা শিনবা য়াই চায়বা নত্তে।

হিদাক খরগী মমুংদদি আইওদিন্না খরাইদগী কান্নবা ত্তিদাক্তি হায়রবা ঐনা লোই তোইগুম্বমুং মসি অতাংবা পোৎনি লাইরবশিংনা মসি মখম থুদিংমক্তা লৈবা ফংবা ঙমদে অ-গা মসি কনাগুম্বা অমদা হেক্তা শিজিন্নবা সিন্নবা য়াদে। সাধারণ য়ুমথোং থুদিংমক্তা খংনা শিজিন্ননবা হিদাক অদু থুদোংথি। কন্নামুক্তা ঈশ্বরনা পিরকপগুম্বা য়াম্না তোইনা কান্নবা ফংই। ১৯

মনিলস্তু অনাবা ফহন্ননবদা মখল য়ামলবা পোংশক অমনি। মনিলনা অনাবা অদু হুমাং থোকহনননবদা শিজিনবৈ। হকচাং পাংথবা অমস্তুং লু-তাং চিকপদা মনিলদা য়াইবা য়াম্না তেয়না তোঙনা তৌবৈ। খরাইদগী লায়ব অমসুং অরিবা মনিলদা য়াইবগী ১ওং মতৌদি অসিনি। কম্বল অমা নত্রগা অনিথক পারপা য়াম্না কনমা কিশিল্লবা ফমুং অয়ানবী অমগী মথক্তা শন্দোকলো অদুদগী মথুম কুপ্লবা ঈশিং অশাবনা শিক থল্লবা পাত্র অমা নত্রগা অনিথক অংগী মথাদ থমলো। অনাবা অদু কমুংগী মথক্তা পোখ্রাক লোংনা হিপহল্লো। অদুদগী কম্বল অদুগী মতোন অদুনা য়োমশিল্লে। কম্বল অদুনা যোমশিনবা মতমদা মতোন অদুনা নাকল ৩-দা হায়থরকপদা লৈপাক্তা থোকহনগদবনি মরমদি মপান্দগী মুংশিং চংলক্তুনা মনিল অদু মাংখিদনবনি। মতৌ অস্তুম-া থোরাং তেংবা লে ই-রবা কান্দা পাত্র অদুগী মথুম অদু হাংদোকলো। অদুদগী কম্বল অমিগী মরক্তা হিপলিবা অনাবা অদুনা মনিল অদু ফংলগনি।

ঈশিং অহু অমুরক নত্রগা অনিরক শিনবা দরকার ওই। মহৌশানা ভারতবর্ষদদি ঈশিং অহু অহুম শাদুনা লন বা ত্র অহুগী মথাদা চাকপা র মৈ নত্রগা উৎকুম্বা থমনৈ। মসিনা মনিল অহু লেপ্পা নাইদনা থোকহল্লকই। তৌইগুম্বমসুং মসি য়ামনা খুদোং থিনিংঙাইনি। মৈরিক অমতনা কথলদা নত্রগ ফমুং অহুদা মৈ চাকহন্দুনা অনানগী পুল্লিদা য়ামনা খুদোং থিনিংঙাই ওই। মরম অসিনা য়ামন তপ্পানা অমসুং রাবেম্ব ঐনা থক্কা পনাথুবা নোমুন অহু শিজিননবন হেনন কানগনি।

কনাগুম্বা থরনা মনিল থোকহল্লনবা শিম মনা নত্রগা অতেম্পা অশংবা মমা মশিং ঈশিংদা হাপনৈ। অসিগুম্বা হপ্পা অসিনা মনিল গেন্না থোকহনবব হাংবা ঐনা থংদে। মসিগী মহৌদি হুমাং থেকহনবতনি মখদি অম্বা মনিলসু অহুম থাকহল্লল।

কারিগুম্বা থোং হংবা অমসুং থেংনিকাথোৎপ নিমক্তদি শানাবা অহু মানা থাঙবা ওম্বা ঈশিং শাংদা থাংপাক অমসুং থোং অহু খুকউ ফাওবা তিংহুনা থমগদবনি। ঈশিং অহুদা ইঙ্গাম মরু থয় তকথায়রগা হাপচিনবা য়াই। মতৌ অসুম্না থোংতিংবা অহু মিনিট ১৫ দগী হেম্না হেনহল্লোইদবনি। মসিগুম্বা লাইয়েং অসিনা ঈথুনা চেলহন্দুনা খুদক্তা অবাবা কোকই।

লোক থুংবা অমসুং থৌনাও মাবদদি অচম্বা চাগী কেটলিংদা মচিন থর শাংবা ঈশিং অশাবা মনিল থোকহনবা য়াবা অমনা মতোন্দা অমসুং থৌনাওদা য়েহনবা য়াই।

মসিগীদমক্তদি অচম্বা কেটলি অমদা শাংহনগদবা শাং-ভম্লবা য়বরগী উতোং অমা পানশঙ্গস্ত য়াই। ২০

অতিয়া ঃ—

পৃথিবী অসিবু রুপশিল্লিবা অহাংবা ভাগা অমস্তুং য়োম-শিল্লবা সুং শং মুংশা অসি অকাস হায়না খংনবা য়াই। অতিয়া নত্রগা লৈচিনগী মথক্তা লৈবা ভগাংবা শরুক অদু মুংশিং-মুংশাগী লৈফমনি। কনাগুম্বা অমনা লিক্লি অমগী মসুংদা য়াও। মুংশিং অদু পিচকারি অমনা লোইনা চিংথোকতুনা ইহাং হাংহনবা ঙমই। অদুবু কননা অহাংবা অদুবু চিংথোকপা ঙম্মগে? মতবুনি অতিয়া চায়রিগা অসি।

চায়রিগা অতিয়া অসি ঐথোয়না হকচাংকনা খমননবা অমস্তুং মাংলুরবা হকচাং অদু ফগৎনবা হাৎনবদা শিজিননৈ। ২১

ঐথোয়না চাওরবা পেংশক অতিয়া অসি অদুক্কি মতিক শিজিন্নরিবা মথৈ ঐথোয়না হকচাং ফবা হেনগৎলক্কনি। ঐথোয়না ইহান হানবা তমগদবা পায়াদি অসিনি মতুদি ঐথোয়না ঐথোয় ইশাগা অতিয়াগা তোঙান তোঙান্না থাইদোকলোইদবনি মসি মশক নাইদবনি মসি ঐথোয়দগী য়ায়স্তু নকই অমস্তুং য়ায়স্তু থাপই। ঐথোয়না ঐথোয়গী হকচাং অসিনা অতিয়াগা য়ুম, য়ুমথক অমস্তুং শেংন-ইম্নবা ক্লিনা থন্দুনা হেক্তা থেং-নরবদি ঐথোয়না হকচাং ফবা য়ানা চাংগী থমথেংনা ফগনি।

চায়রিবা য়াঠৈশিং অসি মী পুম্নমক্না চুমহৌ হায়না লৌবা ঙমগনি অমস্তুং লৌপ্ল লৌগদবনি অমস্তুং মতুংগী মতুং ইন্না পুন্সি লেন-গদবনি। হায়রিবা য়াকম অসি ঐখোয়না থবক ওইনা পাংথোকপা ঙমলিবা অত্তকী মথৈ ঐখোয়না পেনগনি অমস্তুং পুন্সিংগী সান্তি লৈগনি। ২৩

অসিগুম্বা য়াথল মখল অসিনা য়াথল থললিবা কাংবুশিং অছু মাগী অকোয়বদা লৈরিবা ময়াম অদুগ হেক য়ারিবমথৈ ইতিং তিংনা লৈমিন্নহনগনি মহাক্না দরকার লৈত্রবা পোৎচৈনা মাগী ময়ুম অছু পিক থন্না থমলোই অমস্তুং দরকার লৈবা শেংন ইন্নবা ফি থরতা শিজিন্নগনি। য়ুম অয়াম্বদা লৈতবা লৈত্তেং অমস্তুং পোৎচৈনা পিকথননা থমজিললি মত্থ য়াওত্রবস্থ কনাগুম্ব। অমনা অদুম হিংবা ঙমহৌ, মসি উবদা কনাগুম্বা টচম চন্না লৈবা মীওই অমদি স্বর ফুনগনি চায়রিবা পোৎচৈশিং অসি উকুল থাংহন্নবা অমস্তুং মহিক মতাং পেকহললবা নত্তনা অতৈ করিগীম্ব নত্তে। ২৪

কনাগুম্বা অহাংবদা তুম্বা হায়বা অসি তোদবা য়াত্রবা অমনি হায়না লৌগদবনি। কহেন্না উন অমস্তুং লৈমিন্না ইংহনবদগী ঙাকথোক্লনবা মতিক চানা ফি-রোলনা কুপশিনগদবনি। মোংজু থাদদি লেং গোক্ত নবা শটিন মানবা কক্লাংদি থাদবা য়ু থক অমা শিজিন্নগদবনি অছু নত্তবা অতৈ মতমদি থরাম্মিচাক্না ইরং লংলবা অশংবা অতিয়ানা য়োমশিল্লিগা অদুনা য়ুমথক ওইগদবনি অদুম

তৌরবদি কনাগুম্বা অমন মাগী ম'মং অত হেক পাংথোক্লকপদা পুংজা থুদিংগী অহোংবা নাইরিবা মচু মচুনা লৈতেংলিবা কজরবা অতিয়াগী দৃশ্য অদুদা মমিৎ অদু থম্বা শমগনি। মহাক্না দৃশ্য অদু য়েংবদা পেনবা নাইরোই অমসুং মদুনা মাগী মমৎ অদু থকহন্দুনা শোকহল্লাই। মদুগী ওয় তৈবনদা মহেনা মহোন্দা য়াম্না নুংঙাইবা অইংবা অমা পিগনি।

চিংলম্বব অতিয়া অসিগা কোইতাউ তাউদুনা চৎলিবা থবানমিচাক মপৈ মপৈ অসি য়েংবনা নিংকিদি য়াম্না চওরবা কুম্মৈ অমনি। থবমিচাক শং অসি অহিংব মিংনা ঙাবা পোংনি চাইনা থনথ্রবা মী অচ মাগী রাখল পুমনমক্তা ফওবা নত্রগা তমোংপা চংথিবা কৈদৌদৈনা চম্মরাই অমসুং মতম পুমনমক্তা য়ামনা শান্তি ওইনা নুংঙাইনা তৃম্বা ফংলগনি।

ঐথোয়না মথক্কি অতিয়া অসিদগী ঐথোয়গী ইনাক্তা অকোইবদা লৈরিবা অতিয়া অসিদা কুম রসি। মতৌ অম্সুম তৌদুনা উনশা অসিদা অগোবা লাথ কয়ামুক লৈ। অহেংবাশিং অসিগী মনুংদা লৈবা অহংবা অচ ঐথেয়ন মেনশিল্লবদি ঐখোয় শিগনি। অহোবাশিং অসি অমা হেক ফুনথিবদা হকচংকনা লৈবা অদুদা অকাইনা লাকনি। মতৌ অম্সুম তৌনে ঐথেয়না অসি কম্নদবা চিপ্পাক্না থনচত্নোইদবনি। ঐথোয়না দরকার অচৃদগী হেন্না চারোইদবনি। তোইনা তে ইনা কনাগুম্বানা থংদবা মরমদগী কাহেন্না চাশিল্লি অমসুং তুমদবা পোৎ চাশিল্লি। মরক মরক্তা

চারা চেনবা হাংবদি চঙোল অমদা অমুক নক্ষত্রগা থাখাই অমদা অমুক হেনবদা কনাগুম্বগী চা অচ থম্বা ওম্বা য়াই। কনাগুম্বনা তুমিং চুপ্পা চরা হেনবা ওমজবদি তুমিং অচৌগী চরা অমা নক্ষত্রগা অমিদি চারোইদবনি। পৃকিতিনা হাংনবু শাওই হাইবা অসি খজিক্কা মচুমই। পৃকিতিনা তোইনা তোইনা হাংতনবা পামই। ঐখোয়গী অকোইবদা লৈরিবা অহাবা ময়াম অসিনা চুমই হাইবা প্রমান উৎলি। ২৫

তুমিং :—

অমনা অমগী মক্তৎ শিন্নবা ওমজবস্থ অচম্বা ইক্রজনগুম্বা চুংশাদা য়াইবস্থ য়াম্না কায়ে। মশা শোনবা অমস্তং ঈগী ঈচেল তপ্পা কাংবুদদি ফিন কুপ্পবা হকচাংগী শরুক চু অয়ুকী চুংশাদা য়াইবনা হকচাং নাদননবা চিদাকুম্বা থবক তৌহনা নোইথংহনবা ওমই। অয়ুক্কি চুংশাদা অপত্রা ভাইবোলেট রেজগী চাং থম্বাইদগী হেন্না য়াওই। মসিনা তুমিংকী মতাপগী থরইদগী হেন্না কান্নবা মচাকনি। অনাবা অচুনা নিংথনা চল্লবদি চুংশাদা মশা অদু কুপ-শিল্লগা হিপকদবনি অমস্তং তপ্পা তপ্পা থরা থরা মশা অদু অস্তুম অস্তুম চুংশাদা য়াইগদবনি। কনাগুম্বনা মাগী মরম্মাই মীপোং উদবা ইকোই কোইনা থাজিনবা জাগাদা নক্ষত্রগা মীনা উদবা অতোপ্পা জাগাদা মফি কাওদনা হঙ্গৎ হন্দা চত্তুনা চুংশা য়াইবা য়াই। অদিগুম্বা জাগা অচ ইরাই লাইনা ফংজবদি কনাগুম্বনা মাগী ইকাইকম শরুক অচুদং কি মচেৎ অমনা পুনশিল্লগা

নত্রগা লেঙ্গোতা অমা শেৎলগা মাগী মশা পুন্নমক মুংশাদা য়াইবা য়াই। মী কয়ামুক মুংশা য়াইবনা কান্নগনখিবা ঐনা থই। ২৬

মসি টিবিগী য়াম্না মমিং চৎলবা লাইমেং মগল অনি। ২৭

মুংশা য়াইবগী লা মেংনা পুবা থাংবা ভমত্রবা চাফংপা লাইনা ফহনবা ওমই। ২৮

মুংশিৎ :—

চাম্না মমাংগী লমাইশিংদা থম্নখিবা মরি অদুগুম্ব, মহাক্তুবা অসিম্ন য়াম্না মরু ওইবা অমনি। মচাক মচা তাশিনলগা শারিবা মাওংবগী হকচাং অ'স অমা য়াওদবদা হিংবা ঙমদে। মরম অসিনা কনা অমত্তনা মুংশিৎপু কিরে ইদবনি। মহৌশানা ঐখোয়গী মশিং অসিনা চৎপা মতমদা মুংশিৎ অমস্তুং মুংশাদগী কম্মোক্লবা হোৎনৈ মতৌ অম্তুম তৌত্থনা মখোয়গী হকচাং অদু থুদোং খিহলনি। অতাং ওইরিত্তৈদগী হোনা কন গুম্বা অমনা অহাংবা অশেংবা মুংশিৎ মরাং কাওনা ফংনা মফমদা লৈবা হৈনরক্লবদি মশা অদু চকন চকন লাওগনি অমসুং মহাক ভদু মকোক চিকপা অমস্তুং অদুগুম্বা মথলগী লায়না অমত্তা নরব্রোই। ২৯

<u>থিদাকী মাত্তং শিবগী চাং :—</u>

এ: আই: ডে: আই: এ: গী থবক হৌরকপদা কর্ম্ম কয়ামুকী থৌরম পরেং ময়াম অদুগী মনুংদা য়াম্নমক কাংনমা নত্রবস্তু

গিদাক লাংথক্কী মতেং পিবনা মরু ওইবা থবক অমা ওইনা চংথরমই। অসিগুম্বা মতেং পিবা অসিনা য়াওরিবদি খুন্নংগী প্রজা-শিংদা লেমনা এলোপেথিক, অয়ুর্বেদিক ইউনানি নত্রগা হোমিও-পেথিক নত্রগা পুন্নবু ওইরবসু হিদাক লাথক য়েনবনি। কম্মিশিংনা হিদাক য়োনবশিং অদুদা হিদাক থংগীদমক চংজরকপা অদুনা মথেয়না তরাম তরম্না তৌবা মরমদি মখোয়গী মত অপুম্বা থল্লি মতুদি হিদাক অদু মনলমু য়ামদে অমসুং মখোয়না মত্থ ওইজবা থাদোকহনা খুদোংপেহ অমনা হয়ন থল্লবাদি হিদাক অদু লৈবা মী কয়ামুকসু মতুনা মরম ওইহনা লাকপা য়াই। লাইরবা অনাবশিংদু ওরইদি য়ম্না য়ুবা তৌইগুম্বসুং হৈদি হৈতবা নত্রগা কাহেনা থবাই য়াওখ্রবা অদুগুম্বা কম্মিশিং অদুগী থয়াত্তা তরে। হিদাক ময়ম অসিগী মরুক মরিগী মমুংদা অহুমদি কান্নদবা মতুনা থংবা ওমত্রংদি থং। ওমদনা মখোয়বু শিজিন্নরিবা হকচাং অদুদা অমাংবা ওই মথেয়না অনাবাশং অদুদা ওহাক ওহক্কী হবা। বোকহলকবদি, মখোয়গী মহুৎ শিনবা অদু খুন্নংগী কেন্দ্রদা শোয়দনা ফংফম লোকই। মরম অসিনা এ আই. সিঃ আই এনা চাযথিবা অসিগুম্বা মথগী হিদাকী মতং পিবা অসি মতে মতা তাঙান্না থাদোকই। মসিগী ইহন হানবা মতৌদি হকচাং ফনগী মরমদ অমসুং আথিকী মরমদা শিক্ষ পিনি মথেয় অনি অসি অমগা অমগ ম

লৈনব্রা ? হকচাং ফবা হায়বদি মী লাথপিগী লপ হায়বা নত্রা ? মখোয় মখোয়গী হকচাং ফবা অদু ললগী ইথান হানবা চংদবা য়াদবা মরুনি অমনা বুদ্ধি-লৌশিংদি নত্তে। এসোসিয়েশন অসিনা প্রজাশিংনা মতৌ করমনা অনাবদগী ঙাকথোককদগে হায়বা অদু তম্বীবা পাময়ি। মসি খুদিংমক্না থংনরবা অমনি মহুদি মী লাথ কয়ানা চাদিবা চিঙ্গাক অসিদা হকচাং ফননবগী মচি অদু থাংলি। মখোয়না চাদিবা অচম্ব শেরামনা চারো মখোয়দা হকশেল কাংলোনগী লৌশিং অদু তম্বনা থাংলি। খুঙ্গংগী অরু-অহেনগী থবক অসি মখোয়না কহনবা ঙম্বা অচৌবগী হেন্না ফংথিরে। মরম অসিনা হায়রিবা অরাংপা অসি মেনথংপা ঙমলবদি অমম্বুং প্রজাশিংনা অচম্বা হকশেল কাংলোনগী নিয়ম ঙাক্না চংলবদি মখোয়না নরিবা অনাবা অথাবা অমত থোকপা চংদনা অমম্বুং শেল তিদনা মতোমতা মাংজখিগনি। খুঙ্গংশিং অসিদা করম্বা মথলগী হিদাক পিগদগ হায়বা অদুগী মরমদা কয়া থিজিন খোংচিল্লি। বিজ্ঞান ওইবা অহোংবা ঙাক অদু মায়গৈ অসোয়বদা হোংথরি। তৌইদুনমম্বুং মখোয় অশিংশিংখানবা য়াদবা লাইরবশু মখোয়গী কাম। অচৌদি ঙম্বহন্দনা অসিদুম্বা হিদাকশিং অসিগী মশিং অসি হল্পুংমনবা চাংয়েং কথোক মহাক্না তৌরি মানা বাজারগী হিদাকশিং অসিগী মরমদা থিজিন খোংচিল্লি অমম্বুং মখোয়শিং

অসিগী বৃটিশকী ভিদ'ক শাকমশিংদা শাগ্নিবা মাম্নবা হিদাকশিংগা চাংদম্নদুনা চাযেং কম্না তৌরি। মসিনা পামলিবদি অচম্বা থুমংগী প্রজাশিং অসি অঙকপা গুণশিং শিজিন্নবা অমসুং মহি ওইনা কাপশিনবা অসিদগী কান্নবগীদমকনি। ৩০

সাধারন ওইবা লায়না অরুম তৌগা, মাংবা চানবা অসী মরমদা থুমংগী কর্মিশিংদগী মতেং নিবা লাক্লবদি মথোয়না পোষ্ট-চনমক হেক অঙবা মতেং পিকম থোকই। কনগুম্বনা লাইওং অত্থ কজনা থংলবদি থুমংগী কৈথেলদা ফংবা হিদাক্লা থবাই-গী হোংবা অমসুং থবাইদগী ক্ববনি তায়বদা চিংনিঙাই কল্লিসু লৈতে। কনাগুম্বনা হিদাক লেংথশিন্দুনা থমবা তাগ্নবা কেগে থাও, কুইন ইন অমসুং ঊশিং অশাবনা থর'তদগী তেম্নঃ ফবা হিদাককী মচননি।

গেগে থাওদি লমলমদা অতম ফংই। সেম্নাগী মনানা মসিগী মথৌ অদুম তৌগা য়'ই কুইনাইন্দি ঐনা তোগ্ননা শিজিন-নরোই। অরুম তৌবা থুদিংমককী কুইনাহম্না লায়য়েংবা দরকার লৈতে। অত্থ নত্রগা অরুম হোবা থুদিংমক কুইনাইন্না কগনবা ওদদে। অরুম গৌবা পুম্নমক চারা হেনগা নত্রগা চ'রা ভংথাই হেল্লবদি মাংখিগনি। চেং-চাক অটা, হম্বাই শঙ্গোমনচিংবা চাদবা হৈ মহি অঙ্গুর অকংবা মহিনচিংবা থক্লবা চম্প্রা মহি নত্রগা মঙ্গে

মহিগা গুদ মহি অশাবগা থকপা ক ওবা থক্তবনা চারা নাষা হেনবা চংই। ঈশিং অশাবনা থরইদগী শক্তি লৈবা হিদাকী মচৰ্ণন। মসিনা খোইঙ্গিম অসি পেংলোকনি, হুমাং থোকচনগনি, মরম অহনা অরুম থংকনি। মসিনা থবাই ॥ হোংবা অমসুং অন্নাইবা লাইজৌদনবা তিদাকনি। মরম খুদিংমক্তা মসি চুম্নগী মৈদা ভগাক লোনগদবা নম্ভে। ঈশিং লোন্নবা মতমদা ব্রোং ব্রোং পোষ্টনা মনিল ফোং ফোং কাবা ফাওবা শৌহনগদবনি।

লম অতুগী কৰ্ম্মিশিংবা করিগুম্বা মতমদা মখোয়না করি তৌগদগে হায়ব থংচলক্লবদা লম অতুগী মাঙবা থাদোকদবনি। মকম অদুদা মাইবা ফংব্রবা অতুগা ফংলবসু থাজবা য়াব্রবদি মংাক নকপদা লৈবা পুকচেল চাওবা ডাক্তর অমাগী মতেং পান। হোৎনগদবনি।

তৌইগুম্বগুং মখোয়না লাইনা ফাওবা থেংননবা থরাইদগী কারবা লম্বৌদি লমতু লুহেরবা অমসুং হকচাং নাম্না লৈবনা ওইগনি হুংইবা উবা ফংগনি। প্রকৃতি অসি য়াম্না ফবা মাইবা অমনি হাইবা মখোয়বু নিংশিংহনগদবনি। মখোয়না অসিমসু থংহনগদবনি মরমদি মীনা মাং তাকহনবা অমসুং থুগাই খোৎকাইবা অহ প্রকৃতিনা অমুক শেমজল্লি। মীনা মাবু অরেপ্পা নাইদনা ওৎনৈরবদি মহাক অসি শক্তি লৈতবা মাল্লি। অতুদগী মহাক্তা অশিবা থারকই

শেমলিন খোংচিনবা য়াত্রবা অত মাহুমনবা মাগী থরাইদগী অরোইবা উপনমগী শক্তিনি অমসুং শেংলিবা কাংবুদা অনৌবা কিজোল গেংবিবনি। লমচু-পুক্লো নৈনবা অমসুং হকশেল কাংলোনগী থবক তৌরিবা কম্মিশিংনা মহাক্না থংলবস্থু থংব্রবস্থ থরাইদগী হেন্না করবা মতেংপাংবা অমসুং থরাইদগী হেন্না ফবা মাইবা অমা ওইগনি। ৬১

মথল মথা অয়াম্বা সংস্থ ন কয়াদগী ঐনা ফংবা রিপোর্টতদি হিদাক লাংথক্নী মতেং পিবনা থুনংগী থবক অমসুং সোসিয়েল সার্ভিসতা থরাইদগী মরু ওইবা শরুক অমা ওইরি। মসিগী মতেং অসি অনাবশিংদা হিদাক য়েনবা য়াওর, কনাগুম্বা অমনা মহাক অদু অসিগুম্বা হিদাক য়েনশিনি হায়না লাওথোক্লবদি অরাপ্পা অমসুং অংকপদগী পুন্নপ্পা মংগী অকোইবদা পুনশিল্লকই। মসিনা তাকপদি হিদাক য়েংলনবা মুপা অংলা অবাবা কয়িথ লৈত্রে। মহাক্না আয়না অতগী লায়ওং অমসুং মওং মতৌ থংব্রবস্থ য়ারে। হিদাকশিং চুদি মানা তোইনা তোইনা পুকচেল চাওরবা হিদাক য়োনবশিংদগী ফংই। দানদি মশক মমিং লাইরবা দাক্তারশিংদগী মতম পুম্নমক্তা ফ ফম খোকই মংদি করম্বনো হায়ববু খরা-মনা তারবা মীওইবা সমাজগী মতেং পিননবগীদমক মাঙ্গী দান অদু য়েক্নোকপিরবদি মহাক্না পেনগদবনি।

ফগদবনো হায়বা অদু তঙ্গীবনি। কদুবু অসিগুমবা সেবা অসিদি পঙনা ওইদে, ডাংই। হিদাকনা তেংবাংবগী রিপোর্টশিংগী অয়াম্বা মোখোক্তা বিজ্ঞাপন মচেৎ থরক্তনি মতুনা অতোম্বা থবক্তা শি-শিন্নবা কান্নরক্লগা হিদাকী লংথবেংগীদি থবক ওইনা নক্রগা জ্ঞান তানবা ওইনদি থক্তিক্তগী থবকনি। মমম অসিনা ঐনা সহরগী নক্রগা খুঙ্গংগী সমাজ সেবকশিংনা হনশিন্নি মদুদি সেবাগী মগুংদা হিদাক পিবগা থবক অসিদ মরু ওইবা রংপা থোরম ওইনা থমগদবনি। অসিগুম মথলগী মক্তে অসিদি গুকপন পান্দবা কাওবনা চেন্না ফ। কম্মিশিংন নিংথিনা লৌ-থংকদবা থবক্তি মাগী লম অদুদ অনাবা চেংদনবা পামবৈ লৌথংপনি। মখোংগী থমগদবা হিদাকপু য়াবমথৈ চাং পীকনা থমগদবনি। মখোয়না মখোয়গী খুলগী কেথেলশিংদা ফংবা হি-দাকশিংস্থু নৈনগদবনি, মখোয়গী মং চংলবা মগুণদুগ্ন থংগদবনি, অমস্থং য়ারিবমথৈ মচ শিজিন্নগদবনি। ঐখোয়না শিক্কীদা (য়ার্দ্ধাগী মনাক্তা নৈনা খুল অমা) ফংদগুম্বা মখোয়নস্থু ফংগনি মদুদি অশাব ঈশিং, খুংশা, অকবা অশেংবা থুম, অমস্থং সোডা মরক মরক্তা শিজিন্ননবা ওইনা কেগে থউ নক্রগা কুইমাইন অথাম্বা থবক্তা শিজিন্নবা য়াবনি। ঐখোয়ন থংগদবা অমনা অরুবা অমাথশিংগীদি সিভিল হোসপিটল লদা থাগদবনি। অনাবা কাওবুনা মীরাবতনগী নাক্তা পৈদুনা নৈ অমস্থং চকচাং ফনবগী মরমদা

অমসুং নাদনবগী মরমদা কাম্নগা পান্না কয়া ফংবৈ। ইচম চম্না পাউদর মিকচর থম্না হেক্তা পীবগী মহুত্তা অসিগুম্বা মথলগী তাকপি তীকপিবসিদা মখোয়না শাওগা থক তৌদ। ৩২

বরগুমলবা কান্নবা অতোপ্পা লায়না ও কথোক্লবগী উপায় অমা লৈ। হ'য়'ম্নবা উপায় অসি ল য়নাগী মওং থংলবা মখোয় অচুনা লায়না গোকহনবা মতিকশি দগী ও কথোক্লবগীদমক্তা তাকই। লায়নাগী মওংদা থঙলবা মখে য়শিং অনৌ অনাবশিংবু লায়না কোকহনবা মহিকশিং অতদগী করম্না নাম্থোকদগে হায়বা অচুম্ব ওইগনি। অনাবশিং অচুনা মখোয় মখে য়গী অনাবা কোক্লবগীদমক্তা অয়ুক মুংথিল থায়দম হায়'যবা লায়য়েংবা হৈরবা মখোয় অতগী মতেং লৌনবগীদমক্তা মপকনি। লায়না পোকহনবা য়াবা মচাক কথাদগী তাকথোকদবা লায়েংদি হকচাং কন থম্নবগী নিয়মশিং অচুনা লাথেং ওইগনি। চায়বদি হকচাংবু লু-হেম্না অমদি কনা থম্বগী নিয়মশিং অতবুনি। তৌইগুম্বনং অসিগুম্বা লাইয়েং অসি কয়া তো না তৌনদবা মথগ অমগী লাথেং অমা ওই। অয়ামম্বনা অমগা, অনগা য়ানশিন্নচুনা শেমবা হিদাক লায়েংবনা অনাবা কয়াবু ফহনব অচুগুম্না মথক্তা লাইয়েং অসিবু মথামগী ওইবা লাইথেং মথগ অমা ওইনা পুথোকদগনি। সহর অমদি খুঙ্গ'দা লৈরিবা ইচিন ইনাও কথাদা চৈনা হাবি-ংই মচুদি তাক্তবগী হিদাক্তা লাইয়েংবা অসি হারিবমথৈ তৌরোইদ-নি। ইঙ্লিং ইম ও-

অধ্যায় ২৫

# চিঞ্জাক

ঈশিং অমসুং নুংশিৎ য়াওদনা মীওইবনা হিংবা ঙমদে। হকচাংগা মচিগী শরুক পীরিবা পোৎ অদু চিঞ্জাকনি। অসুম্না হায়রি, চিঞ্জাকনা পুন্সিনি।

চিঞ্জাক হায়বা অসিদা কাঙলুপ অহুম থোক্লা থায়দোকই: মনা মশিংগী ওইবা চিঞ্জাক, শা-ঙাগী ওইবা চিঞ্জাক অমসুং মনামশিং অমদি শা-ঙা অনিগী য়াম্নবা চিঞ্জাক। শঙ্গোম অসি শাদগী কংবনি অদুনা মনামশিংগী ওইবা চিঞ্জাকী মথংদা চিংদে। অদুগা শঙ্গোম্না শা-ঙাদগী কংবা শরুক অয়াম্বা অদু কংহল্লি। ডাক্তরগী লাইন্দা শঙ্গোম অসি শা-ঙাগী ওইবা চিঞ্জাকী মথংদা চিংই অদুগা অংবাংবা মন অমগী জ্ঞান য়াওবা মীনদি শঙ্গোমবু শা-ঙাগী ওইবা চিঞ্জাকী মথংদা চিংদে। অদুগা অংবাংবা মীয়াম অমগী জ্ঞান লাউথোক্লিবা মীনা য়েংলবু শা-ঙাগী ওইবা চিঞ্জাকী মথংদা চিংহল্লি। থাবক্তশিংনা হায়রবদা মথোয়না য়েংলবু শাগী চিঞ্জাকী মথংদা চিংহনবা অসি লাল্লি। য়েরুম কোকপা য়েনবী অমসুং য়েনবাগী মতেং চংই, য়েনবা য়াওদনা য়েরুমশিং অদু য়েন-মরা ঙনবা ঙমদে। অসিনা শঙ্গোম চাবা কনাগুম্বনা য়েন-মরা ঙনবা ঙমহনজোইদবা য়েরুম চাবা য়াই।

মনা-মশিং অমদি শা-ঙা অনিগী য়ান-শিনবা চিঞ্জাক চাবা কৈ হায়না ডাক্তরগী মত লৈ। অতুম ওইনমক মীওইবগী হকচাংগী শরুগী মওং অমসুং হকচাংগী কয়াৎশিংগী মহৌ খঙননা কাওবু থবনা মনা মশিং চাহুনা হিংবা মী ওইবা পামই। মখোয়গী মতুং ইন্না মীওইবগী য়া, চাকথাউ, পুক্লিন, অসিনচিংবা অসিনা ময়েক শেংনা উংলি মহুদি মীওইবনা মনা মশীংগী ওইবা চিঞ্জাক চাহুনা হিংগদবনি হায়বা অসি।

আলু, মনা মশিং আলুগুম্বা লৈমুংদগী কংবা মরু অসিন-চিংবা নত্তনা, মনা মশিংগী ওইবা চিঞ্জাকতা, অতেকপা উটৈ অমসুং অকংবা উটৈ য়াওবা য়াই। বদাম, অখরোৎনচিংবা অসি অকংবা উটৈগী মনুং চল্লি।

ঐনা মনা মশিংগী ওইবা অশেংবা চিঞ্জাক অহু চাবা পাম্মী। হকচাং ফনা থম্বা ওম্নবগীদমক্তা মনা মশিংগী ওইবা চিঞ্জাকতা, শজোম অমদি শঙ্গোমদগী শেম্বা শঙ্গোম অফম্বা, ঘী, মাখোন-চিংবা য়াউগদবনি মরমদি ঐনা কাযরিবা অসি মতম কুইনা মনা মশিংগী চিঞ্জাক চাবদগী খঙলকপনি। মনা মশিংগী চিঞ্জাকতা শজোম য়াওবগী বাকম অসি ঐগী অহানবা বাখল নত্তে। চহী তরুক চুপ্পা ঐনা শঙ্গোম চাখিদে মতম অহুনা ঐনা শজোম চাদবগী কন্তবা খোইদোক্পা থনবা তোকদে। তৌইগুবসুং শোক ১৯১৭ তা মনা মশিংগী চিঞ্জাকতা শঙ্গোম য়াওবগী কায়বা খঙ-দবগী চহী তরুক শজোম চাদবনা ঐ য়াম্না ফয়া ইভোন কায়রুনো বাবগী। ঐ শরুদা উনতনা কুপদম্মী। মরমদি ঐনা হিদাক

অমদি শঙ্গোম থকউ হায়না শূকয়া মায়মদে। মরম অদুনা ঐনা হকচাংবু নোয়হনবা ওমলমদে অমম্বুং ফমুং থাদোক্কনা চৎপগী শক্তিদু লৈরমদে। শঙ্গোম থক্ররোই হায়বদু রাশকপদা মরূপ ডাক্তরশিংন' হায়বা রা লোদুনা য়ন অমদি ইরোইগী মখোমদি থক্লগে হায়না হায়রম্মী। অদুগা ঐগী রাশক অদুনা হায়েংগী মখোম্বুদি থক্লমদবনি অদুবু হায়েংগী মখোম অদু থক্লবগী ফলনা, ঐ অনৌবা পাঙ্গল অমা ফংলম্মী অমম্বুং ঐগী অনাবা ফমুং থাদোকপগী শক্তি অনৌবা অদু মাংলম্মী। ঐনা নাকবা অসিদগী ফংলকপা জ্ঞান অসিনা মরম ওইদুনা মনা মশিংগী ওইবা চিঞ্জাক্তা শঙ্গোম অসি য়াওবা তঙাইফদ্রবা চিঞ্জাক অমনি। অদুম ওইনমক শা অমম্বুং শঙ্গোমদগী হকচাংবু ফনা থম্বদা, চংদ্রবা য়াদ্রবা মচাক কয়া ফংলবমু, মনা মশিংদা হকচাং ফনরগী কান্নরবা মতাং লৈ হায়বা ঐ য়াই।

ঐগী মততা শঙ্গোম অমম্বুং শা চাবদা মরু ওইবা খুদোং চাদবা লৈ। শাগীদমক ঐখোয়না শা হাংলি। অদুগা ঐখোয়না ইমাগী নত্তনা অঙাং ওইরিঙৈদা অতৈ অতোপ্পা শঙ্গোমদা হৈনরবা লৈতে। অদুনা অয়াম্বনা হকচাংগা য়েংদুনা শা অমম্বুং শঙ্গোম পীজিরৈ। মরু ওইনা য়ুমদা য়োকপা শা-যনশিং মশা পান্না ফগন্দে। মশা ফত্তবা শা যনদগী ঐখোয়না ফত্তবা লাইনা অদু লোরকপা য়াই। মরমদি ঐখোয়না মশা ফত্তবা শা-যনদগী ফংলকপা শঙ্গোম অমদি শা অদুবু ঐখোয়গী চিঞ্জাক ওইহল্লবাদি ঐখোয় লাইনা পকপা। মীওয়া শা-যনমু মখল মথা অয়াম্বা

লাইনানা নাই। শা-যনশিং অসি লাইনা লৈত্রা নত্রগা লৈত্রা হায়বা অহু ময়ক ময়ক্তা য়েংবা ডাক্তরগী লাইয়েংদগী খণ্ডবা ওম্মী। ভাবত্তা লৈরিবা শা-যন ময়াম অসি লাইনাগীদমক্তা ডাক্তরনা য়েংবা হায়বা ভারতকী হৌজিক্কী কিভম অসি ওইধোক্তবনি। সেবাগ্রাম আশ্রমদা ঐনা শজোম মথাল শুংবগী থবক তৌরী। আশ্রমদা লৈরিবা শা যনশিংগীদমক্তা ঐনা ঐগী মকপ ডাক্তর-শিংদগী মতেং লায়না কংবা ওম্মী। অহুম ওইনমক সেবাগ্রাম আশ্রমদা লৈরিবা শা-যন পূন্নমক থনি ঐনা মশা কৈ হায়রিনিগদে। মী পূন্নমক্কী মশা কৈ হায়না লৌনবা যনবী অহুম্ব লোক খুবগী লাইনা অহু কত্রিভৈগী মতমদা যনবী অহুগী শজোম অহুদি আশ্রমগী মী খুদিংনা চারক্লি। যনবী অহুগী শজোমদা নত্তনা. অকৌরবদা লৈরিবা মকমশিংদগী আশ্রয়া শজোম লৌই। অহুগা অকোইবদা লৈরিবা যনশিং অহুদি ডাক্তরগী ওইবা লাইয়েং মথল অমা ফাউবা য়েংথিত্রি অহুনা চাগদোরিবা শজোম অহু চাবদা কবরা নত্রগা কত্তত্রা হায়বা লেপ্পা য়ায়া লুই। আশ্রমদা কইলিবা শজোম অমদি শজেমগীদমক্তা থমলিবা মকমশিং থাজবা পৌক্তবনা মকন অতৈগী য়াদি শায়ক্লা কায়দে। শাদগী কংবা মশানা ঐখোয়ন হৌজিক শজোম শুমলিবা যনবী অমদগী কংবা মশা অহুদগী য়ায়া হেল্লি। মরম অসিনা বৈজ্ঞানিকশিংনা মতম কুইনা খোংনববা মতুংদা শা অমম্বুং শজোমগী মহুৎ শিনবা য়বা মশিং পুথোকত্রিক্কা ওবদি, মীওইবনা শজোম অমম্বুং শা চাবিগনি।

চাবগী মরু ওইবা মরমদি শা-ওাদগী ফংবা প্রোটিনগী শরুক অহ্ অহ্ মেনখৎলবনি। চুমথোক্লবা শক্তোমদা মতোং শরুক হেনগৎ-হনবা প্রোটিনগী শরুক তাবগী মরম লৈতে।

মপং, মপাল লোথোক্লবা শক্তোমদা নত্তনা, হকচাংগীদমক্তা অকোয়বা পোৎ খরস্থ চঙই। মহৈ মরোংগী ওইবা পোৎ হায়বদি গেহু, কৌ জুৱার, বাজারনচিংবা অসি অনিশুবা কান্নরবা পোৎনি। মখল-মখা অয়াম্বা মহৈ মরোং কয়াবু ভারতকী মফম খুদিংদা মরু ওইবা চিঙ্গাক অমমম ওইনা শীজিন্নৈ। মফম অয়াম্বদা মতম অমত্তদা কৌ, গেহু অসিনচিংবা অসি খরা, খরা, ওইনা পুন্না শীজিন্নৈ। মান্নদবা মহৈ-মরোং হায়বদি কৌগা গেহুগা য়ান্ননা পুন্না চাবা অসি হকচাং ফনবগাদমক্তা থোইনা কান্নদে। য়ানশিন্ননা চাবা অসি তুবগী শক্তি হস্থহল্লি। মরম অসিনা মতম অমত্তদা মখল অমখকী চিঙ্গাক চাবা য়াম্না হেন্না কৈ। মহৈ মরোংগী মমুংদা গেহুনা খ্বাইদগী হেন্না কৈ। পৃথিবীগী মফম খুদিংদা হকচাংগীদমক্তা গেহুনা খ্বাইদগী হেন্না চানৈ। গেহু ফংদবা মফমদদি গেহুগী মহুত্তা কৌনা মহুৎ শিনবা য়াই।

মহৈ-মরোং ফজনা শুণ্ডগী চক্রি ভরুদবনি ভৌবদদি য়াম তাহললোইদবনি। চক্রি ভকপা অসিনা মপাল থংবা মপ্রাম অহ্ লোথোকখিগনি। হায়রিবা অসি হকচাংগী শদোংশিংবু শাগৎ-লক্পদা কান্নরবা অহুনি। কৌ হায়বা অসিদা মপাল থংবা শরুক্তা মহুগী শরক্তা কুপাশিন্নী। অহুগা মমুংদা চাবদা খুদোং চাক্কা অকবা শরুক অহ্ ফংই। চাবদা হুংঙাইরোইদবা মপাল

থংবা শরুক লৌথোক্লবা, মকু খোক্লবা হোৎনৈ। মকু খোক্লবা মতুংদা, চেং অহুদা নৈরিবা অপাবা মপ্রামগী শরুক অহু নিং-থীনা লৌথোকদবনি। চেংগী মপ্রাম অসি য়াম্না থুমই অমমুং মহু শেংনা লৌথোকপ্রবদি অয়েবদা, করিগুমদা তীল চঙহনা মাওথিবা য়াই। মপ্রাম শেংনা লৌথোক্লবা চেং অমম্থুং "গেহনা চনাং শরুক য়াম্না পী। চেং অমম্থুং গেহগী মপ্রাম অসি কজনা খোংলগা চাবহ য়াই। হায়রিবা মপ্রামশিং অহুনা ভল ওইনা হৌবহ য়াই। চেংগী ভল অসিনা চাবতগী হেন্না তুম্বগী শক্তি লৈ।

ঐখোয় অয়াম্বনা শায়দনা য়োৎপা অসি হৈনবা অমা "ওইরে। ঐখোয়না চিঙ্গাকপু কজনা শায়হনা চারবদি তুম্বদা লায়না খোকনি। মরু ওইনা চনাংগী শরুক হেন্না য়াওবা চিঙ্গাক্না কুম্না শায়বা দরকার ওই মরমদি শায়দনা য়োৎখিবা চিঙ্গাকতি "তুম্বদা য়াম্না বাই। চনাংগী শরুকপু লায়না তুমহনগে হায়রবদি তিনগা য়া-রিবমথৈ তোংনগদবনি। তিন তোংনহনগে হায়রবদি শায়বা য়াম্না দরকার লৈ। চনাংগী শরুক য়াওবা চিঙ্গাকতি অকংবা ওইনা শীজিন্নবা য়াই। অকংবা ওইরবদি তিন অমমুং শায়বা অসি চঙদবা য়াত্রবনি। হয়াই মরুশিং অসি চিঙ্গাকী মমুং য়াউদবা অমনি হায়না ময়ায়া লৌনৈ। ঐখোয়না লায়না থওবা গুন্নী মহুদি থবক বানা গুরুবা মীওইশিং অহুগা শজোম লৈহনা থকপা ওমদবা কয়ানা হয়াই চেংবাইগী শরুক য়াউপ্রবদি থবক গুবা ওমদে। চৌকিদা কয়গা থবক গুবা মীওই মরু ওইনা ডাক্তর, উকিল, ওঝা, কেরানী অসিনচিংবা অসি হয়াই চেং-বাইগী

থৌহৈৗোন্নি দরকার লৈতে। অতুগা হরাই-চেংরাইগী অহুথক শঙোন্না মক শুইনা শিঞ্জিন্নে। হরাই-চেংরাই অসি তুম্বক্না মান্না থায় অতুনা। অতে চিঙ্গাক্তা য়েংনক্লবদি চাং হন্থনা চানৈ। তুম্বক্না থাম্বা হরাই-চেংরাই মনুংদা চনা অমসুং মরূপনা থোোইথদি।

উহৈ-রাহৈশিং অমদি মনা মশিং অসিনা ঐথোয়গী অহুম শুবা চিঙ্গাক্নি। উহৈ-রাহৈশিং অমদি মনা মশিং অসিদি ভারতকী মফম খুদিংদা হোণ্ডনা ফংগনি। উহৈ-রাহৈশিং অসি সহরদা লৈবা মীগীদি নিণ্ডথোরবা চিঙ্গাকনি। খুঙ্গংদদি হায়রিবা উহৈ-রাহৈশিং অসি মরাং কায়না ফংদে। খুঙ্গংগী মী ওইনা উহৈ-রাহৈশিং অসি মরাং কায়না ফংহনগে হায়রবদি ফংহনবা রাই। খুঙ্গংদা উহৈ-রাহৈ মরাং কায়না, ফংবগী রাকমসি পল লেপত্রিবা রাকম'নি। খুঙ্গংগী খুদোং চাদবা অসি য়েংলুরবদি ঐথোয়গী ভারতা লৈরিবা আইন অসি অরানবা কত্তবা ওইরবনি। মখিনী মতাংদা লৈরিবা আইনশিং অসি ঐনা থুগাইনিংলবনি।

মুমিৎ খুদিংগী ঐথোয়না অশংবা মনা মশিং মরাঙ কায়না চাগনরবনি। মনা মশিংগী মনুংদা চনাংগী শরুক য়াওবা আলু, শাগ্লরনচিংবা য়াউরোইদবনি। থামেন অশিনবা, থবী, হজাম মরু অসিনচিংবা অসি হিংনা থজিত্তা চাগদবনি।

। উহৈ রাহৈদদি, মণ্ডমনী, ওইবা হৈনৌ, জাম, অকুরনচিংবা অচিদা অশিনবা, অথুবা কোয়ানচিংবা মুতিন্ন ঐথোয়না চাক্কিদা পটিয়াক্তা য়াওগদবনি ।

উঁহে চানবগী খ্বাইদগী কবা মতমদি অয়ুক অওনবনি। অয়ুকী চান থক্নবগীদমক্তা উঁহৈনা শিনবা য়াই।

লকোই অকবা চিঙ্জারি। লকোইদা চনাংগী শরুক য়াম্না য়াউবা মরম্না ভলগী মহুত্তা লকোইনা শিনবা য়াই।

হকচাংদা মতোওগী শরুক দরকার ওই। মতোংগীদমক্তা ঘী অমস্তুং থাউ শীজিন্নবা য়াই। ঘী লৈরবদি থাউ শীজিন্নদবা য়াই। থাউদি তুম্বগী শক্তি য়াম্না বাংলি। হকচাং নোইহনবদা থাউদগী ঘীনা হেন্না কৈ। খুদিং থদিংগী ওইনা ঘী আউন্স অমগী মথায় দরকার ওই। শজোম হায়বা অসি ঘীগী মংফমনি। ঘী লৈরবা পৈশা পাইদবা কনানা থাউনা ঘীগী মহুৎ ওইনা শীজিন্নগদবনি। থাউগী মনুংদা য়ুবী থাউ, লৈবাক হরাই থাউ, অসিনচিংবা শীজিন্নবা য়াই। থাউ অহু মনম চেন্নবা অশেংবা মংই। মারবদি খুদনা ওংকবা থাউ শীজিন্নবা কৈ। কৈথেলদা য়োর্পিনবা থাউশিং অসি মরু ওইনা কান্দ্রবা থাউনি। কারবারনা পুরুক্চেন্ন শেংনদবা অসিনা কৈথেলদদি অশেংবা পোৎ ফংবা ওমদে অহুনা ইশাগী শীজিন্নবগীদমক্তা অকবা মচাকশিং অহু য়ানা থিবা দরকার ওই। অহুনা অপুবা অমদি ঘী শীজিন্নবগী মহুত্তা, গুরুয়াও য়াওদনা শীজিন্নবা কৈ। হকচাংদা মতোংগী শরুক হেনগৎলনবগীদমক্তা চিনি দরকার ওই, অহুমওইনমক চিনিগী শরুক য়াওবা অথুম্বা উঁহৈ মরাও কান্নবা শীজিন্নরবদি নোংমদা য়ামদ্রবদা চিনি আউন্স মথায় অমগী ওইনা শীজিন্নবা য়াই।

কনাগুম্বা অমনা অথুম্বা উহৈ মরাং কায়না শীজিন্নবা কংত্রবদি, চিনি য়াম্না দরকার ওই। হৌজিকী মতমদা চিনিগী মহুৎতা অথুম্বা উহৈ শিজিন্নবা অসি অরানবনি। সহরদা লৈবা মীশিংদি, অথুম্বা পোৎ মরাং কায়না শীজন্নে। মরু ওইনা হায়রবদা শঙ্গোম অথুম্বা, অথুম্বগী শরুক্না হেন্নবা পোৎ অয়াম্বা শীজিন্নে। চিংনবা অকিংবা লৈতনা হায়বা য়াই মতুদি অথুম্বা অহাউবা চিঙ্গাকতা চাহনা লৈবা মী ডাকুপা অম্মানি।

ঘী নত্রগা থাউদা ঙৌবা চিঙ্গাকী কান্নবা লৈতে। পুরি অমস্তুং লম্থ্ শেম্বদা ঘী চংহনবা অসি অরেম্বদা পৈশা তিংথোকপনি। লম্থ্ অমস্তুং পুরি তোয়না চাবা ঙমদবা মী কম্না লৈ; তোয়না চারক্কবা মরমনা হায়রিবা পোৎশিং অসি চাবা হৈনদে। খুদম ওইনা হায়রবদা, সাহেবশিং অসি লম্থ্, বেন্না অমদি পুরি চাবা হৈবা মী নত্তে; অতুনা মথোয়না অহানবা ভারস্তা লাকপা মতমদা অসিগুম্বা ঘীদা ঙৌরবা অথুম অহাউগী চিঙ্গাকশিং অসি চাবা হৈতে। অতুগা মথোয়না হান্না চারক্কবা ঘীদগী শেম্বা অথুম অহাওগী চিঙ্গাকশিং অসি চারুবদগী তোয়না, তোয়না নাবা ঐনা উরে। চিঙ্গাকী মহাও অসি ঐখোয়না পোকপদা লোই-নরক্তে, মহাও তংলুবদগী হৈনরকপনি। অথুম অহাও পুন্নমক অসি মাঙদে। লীন্নবা নিপা অমন, অকংবা তল মচেৎ অমবু হাঁওনা চাগনি অতুগা লামদবা নিপা অমনাদি অহাও অথুম চিঙ্গাকী চানিংবা পোক্রোই।

হৌজিক্কী মী অমা কয়া য়াম্না অমস্তুং কয়া ত্তোয়না চাপদগে হায়বা অদু ঐখোয় খল্লরদি। নোংমগী শোয়দনা চাদবা য়াদবনি। মরমদি চাবা হায়বসি হকচাংগী কায়াংশিং কজনা থল্লবীদমক্ত তৌত্রবা য়াত্রবা থবক্নি। মরম অসিনা ঐখোয়না হায়নিংই চিঞ্জাক্কী মহাও হায়বা অসি অরাম খোয়াংবগী মখা পোল্লি। হৈনখিবদগী হৈনখিবা চিঞ্জাক খরা অদু মী খরনা য়াউদবা য়াত্রবা অমনি হায়না লৌই। ঐখোয়বু পোকপিরিবা ইপা ইমানা মশাগী নিয়ম শিজিন্নবা হোৎনদে। মখোয়গী হান্না লৈরম্লবা লমচৎ শাজঃ অমদি থকপা-চাবগী লীচৎ অদুনা অঙাংশিংগী লমচৎ শাজৎ অমদি থকপা-চাবগী লমচৎ অদুনা অঙাংশিংগী লমচৎ-শাজৎ অদু ওইহল্লি। মমা কয়ানা অঙাংবু অথুবা চিঞ্জাক কয়াদা হৈনহল্লি। অমুকং শেমখ্রবা লমচৎ হেক্তা হোংদোকপা য়াম্না রায়। মী খরনা হৈনখ্রবা লমচৎ হোংদোকপা ঙম্মী। মশা কনিংবগী রাখল লাক্লবা মীনা মশা কনা লৈবদা চঙগদবা নিয়ম অমস্তুং ক্ষিভম অদু ঙাক্না চংনবা কম্না হোৎনৈ।

ঐখোয়না অরাবা থবক শুদবা মী অংগী চঙগদবা চিঞ্জাক্কী শরুক্কী চাং অদু অস্তুম ইবা য়াই। মুপা অমস্তুং মুপীশিংনা মসিগী লমায় অসি পাগদবনি।

| | | |
|---|---|---|
| মনগী শঙ্গোম | — | ২ পাউণ্ড |
| মহৈ মরোং ( গেহুঃ ফৌ ) | — | ৬ আউন্স |
| মনা মশীং | — | ৩ ,, |
| ,, অতোপ্পা | — | ৫ ,, |

| | | |
|---|---|---|
| মনা শীং অহিংবা | — | ১ আউন্স |
| থী | — | ১½ ,, |
| শঙোম অকঙবা | — | ২ ,, |
| চিনি অঙোবা | — | ১½ ,, |

কনাঙ্খনা হৈনবগী অমাদ শেলগী মতুং ইন্না অতেকপা উহৈ চাবা য়াই। নোংমদা অশিনবা চম্প্রা অনিরক চাবা কৈ। মহৌ অছু মনা মশিংগা নত্রগা ঈশিংগা চাগদবনি ঈশিংদি অহিংবা নত্রগা অশাবা ফিভমগী মতুং ইন্না শিজিন্নবা য়াই।

পুন্নমক অসি অহিংব মচাক ওাক্তনি। অছুগী ঐনা থুমগী চঙশদবা শরুক্তি হায়ত্রে। থুমদি মহাওগী মতুং ইন্না হাপকদবনি।

হৌজিক নোংমদা মী অমনা কয়ারক তোয়না চাগনি ? মী অয়াম্বনা নোংমদা য়াত্রবদা নোংমদা চাক অনিরক চাগনি ময়ামগী ওইনা অছুমক চাবা য়াই : থবক শুবা চত্রিঙৈ অয়ুক্তা অমুক : সুমিং য়ুংবদা অমুক : অমসুং সুংখিলদা নত্রগা সুংখিলগী মতুং ওইরপা অমুক। নোংমদা অছুমক্তগী হেন্না চাক চাবগী কান্নবা লৈতে। অচৌবা সহরদদি মী খরদি তোয়না চোপ-চোপ চান্না লৈ। মরক-মরক্তা য়াম্নাঙনা চিক্লনা চুপ্লনা চাবগী থবক তৌই। মসিগী হৈনবা অসি য়াম্না ফত্তবা মওং অমনি। মরমদি ঐখোয় মী ওইবগী চাবা তুমহনবগী থবক তৌরবা খুংলাইশিং অসি পোখাবা দরকার ওই।

২৬ শুবা অধ্যায়

# খুদং ঙাকশেনবা

## শান্তি সেনা

মতম খরগী মমাঙদা শান্তি সেনা থমা শেম্মনবা ঐনা হোৌদোকখে, মহুগী সদস্যশিং অদুনা রাথোক-পাম্থোকতা, থোইদোকপা কাঙ্গবু কাঙবু হাৎন-থিন্নবা মথাই কৎপমথৈ তাইনখনবনি। মসিগী রাথদ্দি সেনা অসিনা পুলিস অমসুং মিলিটরী ( আর্মী ) কা মহুৎশিন্না থবক তৌগদবনি। মসি পাম্লনদি পাইনে, কংলকপা মহুৎদি ওন্নখোক্তবা ওইগনি। অদুম ওইনমক কঙ্গ্রেসনা মশাগী অহিংসাগী লাম্বোৎনবদা মায় পাওবদি মহুগী শক্তি অদু হেন্দৎ-লকনি অমসুং শান্তি ওইনা রাথোকশিং অদু তাইনবা য়াগনি।

মরম অসিনা পাম্নরিবা শান্তি সেনা অসিগী মীওইগী করি করি মতৌক মগুণ লৈগদগে হায়নদু ঐখোয় শ্রেংলসি।

(১) মহাক্কী মুপা ওইরবসু মুপী ওইরবসু অচেৎপা থাজবা অহিংসাদা লৈগদবনি। ঈশ্বরগী মফমদা অচেৎপা থাজবা লৈত্রবদি মসি ওইথোক্তবনি। অহিংসা নীতি চৎপা মী অমনা ঈশ্বরগী শক্তি অমসুং থৌজাল নত্তনা করিমত্তা তৌবা ঙমদে। মহুৎ রাগ-দ্বেষদি, অশাউবা, কীজবা অমসুং লমন-ফুবগী রাথল খাওদনা মহাক্কী শিবা তবগী থৌনা লৈরোই। অসিত্তবা থৌদা অসি থাজবদা

লাকই মতুদি ঈশ্বরদি পুন্নমকী থম্মোইদা লৈ অমমুং ঈশ্বরগী মমাঙদা কিকম করিস্নু লৈতে। মকম খুদিংমক্তা ঈশ্বর লৈ হায়রবা রাথল লৌশিং অসিনা ঐথোয়না য়েক্লবনি অমসুং ঙাগানি হায়নরিবা মথোয়গী মপুঙ্গি অহুবুস্নু ইকাই খুম্নবগী অর্থ কোঙদোকই। অচেৎপা রাথলনা মরক থনবা অসিনা মী অমবু মাগী মাগী ওইবা রাথয়া পুন্নাংখিহুনা শাউরবা মতমদা ঈংথহম্নবগী খুজিল থৌরাংনি।

(২) শান্তিগী পাউজেল অসি পৃথিবীগী মরম ওইবা ধর্ম্ম পুন্নমক্তা চপ মান্নবা ইকাই খুম্নগদবনি। মতো অস্নুম্না, মী অহুনা হিন্দু অমা ওইরবদি, ভারতা চৎনরিবা ধর্ম্ম পুন্নমকী থাজববু ইকাই খুম্নগদবনি। মরম অসিনা; লৈবাক অসিদা চৎনরিবা মহাক্কী তোঙানবা থাজবশিংগী সাধারন নিয়মশিং অসিগী জ্ঞান লৈগদবনি।

(৩) ইচম চম্না হায়রবদা, শান্তিগী থবক অসি মাগী মাগী মরমমতুদা মথোয়না পাঙথোকপা ঙমগনি।

(৪) থবক অসি মী অমত্তনস্নু ময়াম পুন্নস্নু পাঙথোকপা ঙমগনি। মরম অসিনা কনানস্নু মরুপ মপাং ঙাইনিংঙাই ওইদে। অহুম ওইনমক মী অমনা মাগী মথুন্দগী মাগী থবক তৌমিন্নবা মী খিন্নগা খুল অহুমগী শান্তি সেনা অমা শেম্বা য়াই।

(৫) শান্তিগী পাউজেল অসিনা মী অমগী থবক্তা মাগী [illegible] মীগা মরী লৈনহুনা থৌমী থনগৎপদা ঙাম্ননিংঙাই লৈমন্নিংঙাই ওইগনি, মহুনা হয়েং মানা শাথীরবা রাথোক

তাইনরকপা মতমদা খংনরিবা কাওবুগী মীশিং অহুনা মাবু টিংনবা চঙনিংদবা অনৌবা মী ওইনা লৌবা য়াদনবা।

(৬) হায়রুহুনা কায়দে, শান্তি পুয়ক্লিবা মী অমগী মীনা চৈনিংতাই ওইদবা লমচৎ লৈগদবনি, মাগী চ্যেকশিল্লবা মীওঙ মীথায় নাইদবা মত লৈ হায়বসি নিঙথীনা খঙহনগদবনি।

(৭) মহৌশানা লাকদৌরিবা নোং-মুশিংকী ময়াং:থাবা চেত্তাবনি ( চ্যেকশিল্লবা মতৌ ) পীরকই। ময়াম অসি হায়না খঙলবদি শান্তি সেনা অহুনা য়ারোকপা তাইহনা লৈবা নঙনা মাঙজৌন্না থুং থাহৌনবা হোৎনগদনি।

(৮) ময়ক অসিদা, য়াখোক অহুনা শন্দোক্লরবদি, মতম চুপ্পা থবক তৌবা মী থয়া থগ্গা কগনি, শোয়দনা থমগদবনি হায়বমকম্থু নত্তে। মসিগী ভাবতি য়াবমখৈ অকবা অমমুং অশেঙবা মুপা অমমুং মুপী য়াম্না লৈননবনি। পুন্সিগী তোঙান তোঙানবা থবক্তা লৈরিবা মীশিং অহুদগী ভলুন্টিয়ারশিং কংবা য়াগনি অহুপা লৈকাই কোল্লুপ অহুদা লৈবা মীশিংনা মরূপ-মপাং ওইবগী মতৌক-চানা য়ায়ী-য়াতাই শায়হুন, লৈননবগী অহাওবা মতমশু কংগনি অমমুং অহু নত্রবদি শান্তি-সেনাগী মী অমা ওইবগী চঙগদবা মওন অহু লৈবা য়ারোই।

৯। পাম্লিবা শান্তি লাম্মীশিং অসিগী তোপ তোপ্না বিজেং অথা লৈগনি মতমগী মতুং ইন্না মখোয়বু ইবা য়াদনা মীনা মনাক খঙবা ওয়নবা।

শেংদোকপা ওইবনি। মথোয়গী মথৌ হায়ববু অহানবদা পোৎ মুনবা অমস্মুং ডাকু তৌবা থবক্তদা মরু ওইনা শেল্লগদবনি। থৌমৌগা থৌবুগা থংনবা, থবক লেপ্পুনা টাইক তৌবদি য়াম্না তাওবা থবক ওইগনি, অহিংসা চংপা ষ্টেট অমদদি য়াম্না লাম-খুৎবা থৌদোক ওইগনি, মরমদি অহিংসা থাজবা মীশিংনা হেন্নবগী মতীক-ময়ায়না সমাজদা লৈরিবা অতৈ মরূ ওইবা মচাক পূরনী মথক্তা ইকাই খুম্নবগী মতীক চাবা শক্তি লৈরকনি। মতৌ অমত্রা কৈরোয় লৈকাই অমদি কাওবুশিংগা মম্লুংদা থংনা চৈনবগী খুদোং কংলররোই। ২

## অহিংসাগী ভলুন্টিয়র'র কোর্পস

মতম থরগী মমাওদা, ঐগী খুদমদা হাচ্চনবা, শান্তিদল শিংকনবা কৌরাং অমা তৌরমই. অদুবু করিম্ব তৌখিদ্রে। পারা অসি অচুম ওইরমক, অমখি মনস্তাপশিং অদু, মশাগী ওইকবা নিয়মদা, অসিগুম্বা কাওবু অসি চাউবা ওবদে। ইকম য়াম্না শক্তিদা তোংহুনা মতীক চাবা অচৌবা ভলুন্টিয়ার কোর্পস শিংবদা একনি খাৎশি নাইবা রাজনৈতিকপগী কৌথোক্না শক্তি শীজিনবদা অমগী ওই-থোকপদু নাকই। অসিগুম্বা দলদা লমচংবগী মরমদা থবদং নত্তবা অরুবা নিয়মসি ইবৈ লৈত্তে। মশা মতৌ করম্ভবু মরু ওইনা লৌই। ওম-তৈনবদু অহিংসা চংপা দলশিংদা কংগনি, মাহুদা লমচং অমদুং পুক্কিওগী পাঙ্গল অদুবু পুমমক ওরবনি অমসুং হুকচাংগী পাঙ্গলবুদি অনিওবা মরমদা লৈগনি। অসিগুম্বা মীশিংসি কংবদি য়ানা থোক্কই। মরম অরিদথৌনি অহিংসাগী দলশিংসি অনিকপা

ওইগদবনি, মথোয়না মতৌকপু চারবদি। কসিগুম্বা কাওবু অসি মকম খুদিঙমক থুংনা চাইথোক্নদবনি, খুদং অমদা নত্রগা লৈকাই অমদা অমমম লৈবা য়াই। য়াওরিবা মী খুদিঙমক অমনা অমবু নিঙথীনা খঙগদবনি। কাওবু (কোর্প্স) খুত্তিনা মাগী মাগী লুচিংবা খঙগদবনি। মেম্বর খুদিঙমকী চপ মান্নবা থাক লৈগনি, অদুবু থবক চপ মান্ননা পুমিন্নবা মকমদুদি মী অমবু লুচিংবা নত্রগা মাগী হুখুম মখাদা থবক তৌগনি, নত্রবদি থবক অদু মথোঙ চারোই। দল অনি নত্রগা অদুম লৈরবদি মথোয়গী লুচিংবশিংদুনা মথোয় মশেল য়া তান্নগনি অমসুং তৌমিন্নগদৌরিবা অপুনবা থবক অদুগা য়ারেপ লৌনগনি। লম্বী অদুদা মায়পাকপসি লৈ।

অহিংসাগী ভলুন্টিয়ার দলশিং মথক্তা লমীসিদা শেম্নবদি, মথোয়না য়াথোক-লাথোক পুম্নমক নেমথহনবা ওমগনি। দলশিং অসিগী হকচাং শাক্লেলগী আখড়া চঙলরোই, অদুবু চঙলবসু মদুগী শরুক থরদংদনি চঙগদবা।

অদুম ওইনমক পোং অমা লৈরি, অসিগুম্বা দল পুন্নমকী সদস্যশিংদা চপ মান্নবা গুন অমা লৈগদবনি মদুদি মক্তবা শ্রদ্ধা (থাজবা) দু ঈশ্বরদা লৈগদবনি। ইবুংঙো মহাক্তনি থানবা লৈত্রবা মরূপ অমসুং থবক তৌরিবা। ঈশ্বরবু থাজবা লৈতবা শান্তি দলশিংসিদি মথায় য়াওত্রবনি। কৌনিংবা মিং অমা ঈশ্বরবু মী অদুনা কৌশদু মহাক্তা শোয়দনা খঙগদবনি মদুদি ইবুংঙো মাগী শক্তিডনা মীদুনা থবক ওন্নবনি। অসিগুম্বা মী

অসিনা কৈদৌঙৈদা অতোপ্পা অমগী মথাই লৌরোই। মহাক দরকার লৈরবদি মশাবু হাংহনখিনবা য়াথং পীগনি অমস্তুং মহাক্না অশিবগী মথক্তা জয় ওইহনা শিদবা খুভম ফংগনি।

মী অহুগী পুন্সিদা আইন অসিগী থাজবহনা অহিংবা অচুম্বা ওইরক্লবা মতমহৃদা মাগী পুক্নিং অহু লানথেংনবা মতমদা হুংওক মুংজারবা থক লৈরোই। মানা হোনশা ওইনা তৌগদবা অচুম্বহু খণ্ডজগদবনি।

অহুম ওইনমক ঐনা মথক্তা হায়গদবা হায়খ্রবা ফাওবদা ঐনা ঐগী থেঙনবা থবক্কী জ্ঞানদগী ফংলকপা নিয়মশিংসি হায়নিংই।

১। ভলুন্টিয়ার অমনা করিগুম্বা খুংলাই অমত্তা পুদবা য়াগনি।

২। দলশিংগী ( কোর্পশিংগী ) মী পূম্বা লায়না মশক খণ্ড-নিংঙাই ওইগদবনি।

৩। ভলুন্টিয়ার ( চছা সেবক ) খুদিঙমক বেজ্জ থেংকদবনি, কাটি য়েত্তুম অমস্তুং লং, সর্জ্জিকেল নাইফ ( থাঙ-মচা ) অসিন চিংবসি ফার্ষ্ট ঐইউকাদমক পুগদবনি।

৪। অশোক অপন কমদোনা লোথোক্কদগে, কনবা তৌগ-দবগে হায়বহু মহাক শোয়দনা খণ্ডগদবনি।

৫। মহাক্না মৈ-চাকপা কমদোনা কনগদে হায়বহু খণ্ডগ-দবনি, মৈনা শোক্তনা কমদোনা মৈ চাকলিবা য়ুম-মস্তুং চণ্ডগদগে হায়বহু খণ্ডগদবনি, মী কননবা অশোয় অঙাম য়াওদনা কূমথরক-দগে হায়বহু খণ্ডগদবনি।

৬। মাগী মরম অতুগী মীশিংগা নিংথীনা খঙনগদবনি। মসিমক্তন্‌থ সেবা অমনি।

৭। মহাক অরেপ্পা লৈতনা মাগী থমোয়দা রামায়ন থীগদবনি অমসুং খাজবা মীশিংবুস্থ থীননবা তক্লগদবনি।

মীওইবনা তেনবাগী লৌশিংদং লৈবতবা ঈশ্বরগী নাম্বু তোয়না হন্না হন্না শোৱে অমসুং মাতুদগী অফবা ফলস্থ আশা তৌনৈ। অশেংনা ঈশ্বরবু থিন্নিবা মী অতুগীদি ঈশ্বরদা অহিংবা খাজবত্থ লৈগদবনি মঙনা চুমদবা ঙেনবা-লৌশিং অত্থবু মতোম্বগী তাম্বোকখিবতা নত্তনা মী অতৈগী থম্মোইদগীস্থ তাম্বোকখিগনি। ৩

অধ্যায় ২৭

# খুঙ্গংগী কর্ম্মী

**পাদম্নিংঙাহ ওইবা খুঙ্গংগী থৌমী :–**

খুঙংগী থবক তৌগদরোয়িবা থৌমী অমগী মথৌ অমম্তুং পুন্সিগী মরমদা ঐ নখোয়দা খন্না হায়গে মসিগী মায়কৈদা নখোয়না রাখল থমগদবনি অমম্তুং থবক তৌগদবনি। চংলিবা থৌরমগী রাখলসিনা নখোয় পুন্সিগী থবক থিবগীচদি নত্তে। ওসদি মীগী মতিক চাবসি লুপা অনা পৈশাদা খল ওন্নি অমম্তুং মী অমগী শিক্ষা ফংবসি ললোন পোং ওইনা লৌনরি। নখোয়গী পুক্নিংওদস্থ অতুওম্বা খল তম্বা রাখন্দুগা লোয়ননা চঙলক্লবদি নখোয় নিঙবা কায়বগী অভিশাপ তৌজয়বনি। মচুনস্থ অরোইবা তলব ওইহল্লু। অচৌবা কার্ম্ম অমগী মেনেজর নত্রগা অচৌবা ওফিসার অমনা ফংলিবা তলবকা নখোয়গীগা চাংদনরকগনু।

হৌজিকী চংলিবা থাক অসি ঐখোয়না হোংদোকপা তা-য়িবনি। ঐখোয়না নখোয়বু করিগুম্বা তৌত্তিক পয়বা (পৃথিবীদা ফমনাইবগী) করিগুম্বা রাশক পীবা নৈতে, অশেংবদি মখোয়না অমুওম্বা মথলগী অপাম্বদগী হন্দোকপা, থাদোকপাগু ঐখোয়না পামই। নখোয়গী চাবগী চাদিংগী হিসাব অসি খা অমদা লুপা ৬ কী মচুংদা থমগনি হায়না আশা তৌই। আই, সি, এস, অমগী

হিসাব অসি থা ১ দা লুপা ৬০ ফাওবা লাকপা য়াই, অদুবু নখোয়দগী মান। হকচাওদগী লৌশিংদগী মথক থোংবনি হায়না খনবদি নত্তে। মহাক্কী কেথোক মৌথোকচবা য়ুমলৈ কৈরৈ ওইজরবদু হায়খিবা ময়াম অসিগী মায়পৈদদি মহাক্কা হেন্না হন্থরিবনি। নখোয়না শিন্দম-শঙ অসিদা লাকলি ঐনা খঙই, নখোয়গী নঙনশিংবু থাতুদা ওইনা ( লুপাদা ওইনা ) মমল লৌদে (থানদে) নখোয়না চানথক্কবা য়ামদ্রবা পৈশা থরদং কংজরগা লৈবাক্কী সেবা তৌবদা নখোয়না মুংঙাই। মী অমনা ষ্টোক এক্সচেঞ্জদা ( হওৌলয়োনবদা ) লুপা লীশিং অমা তানবা ঙম্বা য়াই অদুবু ঐখোয়গী রাখল থৌরাং অসিদদি মতু করিসু কাম্ন-দবনি। মখোয়না তোল্লবা কাওবুগী মরক অসিদা হৈনদবা য়াই ঐখোয়নসু মখোয়গী মরক্তা হৈনরোই। ঐখোয়না লৈবাক্কীদমক্তা পান্দম্লিংঙাই ওইবা থৌমী পামই। মখোয়না চারিবা চৗঙাকী-দমক্তা থক থন্দে, মখোয়না সেবা তৌরিবা খুলগী মীশিংনা মখোয়দা পীরিবা মুংঙাই মরাং কাইবগীদকসু থন্দে। মখোয়না চঙগদবা পুম্বগীদমক ঈশ্বরদা থাজবা থমগনি অমসুং মখোয়না থাওবা তারিবা অবা অনা অমসুং চাং-য়েং ( পরীক্ষা ) কয়াদা মখোয়না হয়াওগনি। রাখল অসি তৌগদৌরিবা খুঙং ৭০০,০০০ লৈরিবা ঐখোয়গী লৈবাকসিদা থাদোকপা য়াত্রবনি। চাং নাইনা তলব হেজংপা পাম্বা, প্রোভিডেন্ট ফণ্ডস অমসুং পেন্সন ফংবদা মফিং নামনা য়েংহনতা লৈবা মীওইবু তলব পীহনা থৌমী কাংবু অমা থবা ঐখোয় ওমদে। খুঙংশিংগী সেবা থাজবগা লোয়ননা তৌবনা মশাগী পেজবা ওইগদবনি।

নখোয়গী মঙ্গুংদগী থরনদি হংনিংগনি মসি খুন্নাশিং অতুগী হিংবগী থাকস্মু মসিয়া ? করিগুম্বদা ওইরোই। মসিগী থৌরমশিং ঐখোয় সেবা তৌরিবা কাওবুতগীনি, খুলগী খুন্নাশিং অতুগীদি নত্তে; মখোয়গীদি ঐখোয়গী মপুনি। অমুপ কুইবা চহিশিংসি ঐখোয়না মখোয়গী মনজন্দা ফমতুনা লাক্লি, ঐখোয়না হৌজিক্তী ইশানা হৈনিংবা লোঞ্জবা অমসুং লায়র-তাপ্পবা মতুনা ঐখোয়গী মপু ওইরিবশিংগী ওসি ওইরিবা মরাইবক্তগী হেন্না ফগৎনবনি। মখোয়না ওসি তাপ্পবা ওয়িবশিং অসিগী য়াম্না হেন্না তানবদু ঐখোয়না ওম্মিনমগদবনি। মসিমক 'ভিলেজইন্দস্ট্রীজ এশোসিয়েসন'গী পম্বুংফম্নি। ঐনা হায়খিবা অসিগুম্বগী কম্মী মশীং মথং মথং হেন্গৎলক্লবদি মসি চাওখৎপা ওগ্নোই। নখোয় অসিগুম্বা কর্মী ওইশমু। ১

চওগদবা তুম থরা

(মখাগী অসি গান্ধীজিনা তাকপিবা সত্যাগ্রহীশিংগী মওং থরনি। তৌইগুম্বসুং খুদংগী থবক নোম্বা মী অমা ওইসনু, মাগী মত মতুং ইন্না সত্যাগ্রহী অশেংবা অমা ওইগদবনি, অদুনা গুনশিং অসি খুদংগী থবক নোম্বা মী অমগীসু শীংথানগদবনি। —সমপাঃ)

১। মহাক্তী অহিংবা (অচেৎপা) থাজবা অমা ঈশ্বরদা লৈগদবনি, মরমদি ইবুংঙো মহাক্তী মাগী অমত্তং ভায়বা শোয়জবা পাঙ্খেনি।

নত্রগা এ-আই-এস-এনা য়ামগী খুদম য়াওগদবনি অমসুং মরায় কাবা পোৎ থাদোকপা ওইগদবনি। হিন্দু অমা ওইরবদি, মশানা য়াশক্নুনা শোরু-শয়বা য়াদবসি লৈরোই হায়গদবনি করিগুম্বা মওঙ অমসুং মতৌদা মশামকীদা অমসুং মাগী ইমুং মনুংদা অমসুং কাংবু মরক্তা লিংজেল মায়বগী পান্দমদা থাজবা শোয়দনা ওই-গদবনি, ধর্ম্ম পূম্বগী মায়বা সন্মান অমসুং শীঙখানবা ওইনগদবনি অমসুং খুদোং চাবা মায়না কংবা অমসুং অচৌ অপীক থাক-মায়বা হায়রিবসি জাতি, ধর্ম্ম অমসুং নুপী নুপা খায়দনা লৌগদবনি।

২। মাগী কৈরোই-লৈকায়দা লৈরিবা মী খুদিঙমকা মরুপ হকথেংনবা মরী থমগদবনি।

৩। মানা খুঙ্গাশিংদগী মিং লৌশিনগনি অমসুং তম্বিননি অমসুং ময়ামসিগী মিংলেন লাইরিক অমা থমগনি।

৪। মানা মাগী নোংম নোংমগী তৌখিবা থবকী রেকোর্ড থমগদবনি।

৫। খুঙ্গাশিংদু মরমাই লৌউবা অমসুং খুনা শাবা থবক শূরগা মশানা মশাগী চাবা-শেংপা কোন্নজনবা অমসুং মশাগীদা পেঞ্জননবা খুঙ্গাশিংবু খোমজিন্দুনা মহাক্না তম্বিগদবনি।

৬। মহাক্না খুঙ্গাশিংবু হকচাং ফনবা অমসুং হুংশিং-হুংশা ফংনবগী মরমদা তম্বিগনি অমসুং হকচাং কৎলোইনবা অমসুং মখোয়গী মনুংদা অনা-অয়েক লাকদবদগী ঙাকথোক্লনবা হেক ওৎনবগী পাখৈ খিক্লনা হোৎ গনি

৭। হিন্দুস্থানী তালিমী সংঘনা লৌখংলিবা লম্বী মতুং ইন্না পুনশী পুক্সাশিংবু পোকপদগী শিবা কাওবদা নহৈ তালিম পাঙ্গিংলা শিক্ষা পীননবা মী থোমগনি।

৮। অথন্নবা ভোৎ পীননবগী মিং পরেংদগী মমিং মাওপ্রব-শিংগী মমিংশু থিগংত্তুনা মানা মতম চানা পানশিন্নবা স্নেং-শিনগদবনি।

৯। ভোৎ থাদনবগী আইননা য়ারমত্রিবশিংহ মিং চন-হন্নুনা ভোৎকী অধিকার ফংননবা ভৌবদা মানা পূক্লিং থৌগং-বনি।

খুঙ্গংগী থবক নোম্লিবা মীগী পুল্লিগী কেন্দ্রদি তরেংগী চানবনি। থাদি অনাইরং ফিগী য়ুক্কমদা হায়রবদি মসিগী রাখন্দি লৌ উরগী ভেংবাংবা অমসুং শন্দোকপা মশা ওইবা থরক্কি। ঐখোয়না খুঙ্গংশিংদগী অতনবা থৌরৈতবা হায়বসি মপুং ফানা মুথত্রিবা অমসুং খুঙ্গংগী য়ুম খুদিংবু মথৌ চিন্নবা হয়িং-খোয়গী মুকোল হেক ওস্তোকপা ঙমত্রিবমথৈদি তরেংবু ঐখোয়গী পুল্লিগী মতাংদা মতীক চাবা মকম পীরে হায়বা য়াদে।

থৌমী অতুনা চাং নাইনা মোইথাপ নাইগনি হায়বতা নত্তে মাগী চন্না নোংথন্নবা লেপ-য়ান নত্রগা য়োৎপাক নত্রগা ওইনিংবা ওইরগ, অথা পায়হনা থবক শূগদবনি। মাগী মতম পুম্বা তুম্বা অমসুং পোথাবগী পুং ৮ দং কাইখোন্নগা অরেপ্পা মতমহ থবক থৌনা থৌনবংকদবনি। মতম মাংহন্নবগী মাগী মতম শংদে। মানা মশাবুস্ন অতৈ কনাবুন্ন তনহল্লোইদবনি। মাগী শ্রগুলি অহু

মাগী কৈরোই লৈকাইশিংদা অতৎপা লৈতনা অরেম্বা লেঙদবা পারা ওইহনগদবনি অমস্থং মুংঙাইবা পোকহনবা শিক্ষম অমা ওইহনগদবনি। তঙাইফদনা নত্রগা মশানা চোংথোক্তনা অতনবা পোকহনবত্থ চৎহনথিগদবনি। মত্থ চৎথিত্রবদি, শিদ হিদামক্ত-শীস্থ কান্নবা ফংলরোই, হৌজিক ওইরিবা চরা নামতং চারিবা ফিভমগী লোইবা নাইত্রবা অরাবা অস্থম্মক লৈরগনি। চেঙ মরু অনিদং চারিবা মী অমনা মরিনি চাথোক থোকহনগদবনি। আইন অসি তাইবগী ওইনা, য়ানত্রবদি, মীশিঙ হস্বহনবা করিগুম্বা চাং অমগুনা সমস্যা অসি কোক্নবা হোৎনবা ওস্মোই। আইন অসি মানরবদি অমস্থং য়েংনরবদি, ঐথোয়গী লাকদৌরিবা মী লাখ কয়াগীস্থ মতীক চাবা মকম লৈগনি।

মতৌ অস্থুন্না খুঙ্গংগী থৌমী অত্থ থবক ইংখাওগী অহিংসা শকওং অমা ওইগদবনি। মহাক অনাইরং-ফি শাবগী থবক মরম খুদিংমক লশিং থাবা হেকপদগীনা ফি শাবা কাওবা নিঙথীনা হৈগদবনি অমস্থং থবকশিং অত্থ হেন্না মপুং ফানা হৈননবা মাগী পুক্নিং রাখল পুম্বা মত্থদদা থনগদবনি। মানা মসিবু বিজ্ঞান অমা ওইনা নৈনরবদি, মসিনা মঙোন্দা মুংঙাইতবা অরাবা থোকহন্নরোই, তোইশুম্বস্থং মানা মহুদগী নিতিগী অনৌবা মুংঙাইবা ফংগনি, মানা হেন্না হেন্না খঙলকপগা লোয়নমা ওইবা য়াবা অচৌবা মশুনবু হেঙ্গৎলক্কনি। মানা খুল অমদা ওম্বা ওইবা চৎকনি, অত্থবু মানা চৎলিবত্থ ভস্বা চৎপদগী হেল্লোই। মানা

থুনমক খণ্ডলকনি মহুদি চন্নবা খুঙ্গাশিংদগী তন্নিঙাই য়াম্না লৈরি। মানা খুঙ্গং পুন্সিগী খোঙথাং খুদিঙদা কুপশিন্না মিংয়েং চঙশিনগদবনি, মানা খুলগী খুংশা হৈবগী থবক থেংনগনি অমস্তুং মথোয়মত্তুগী চাওখৎনবা অমস্তুং ফগৎনবা হোৎননিংঙাই কয়াদা থিজিনগদবনি। মানা থেংনগনি খুঙ্গাশিং অম্হুদি অনাইরং ফিগী পাউজেল্দা মপুং ফানা অপাম্বা লৈ, অহুবু মাগী সেবাগী পুন্সিমুদা মাগী হৈনিংবা অমস্তুং পূক্নিং চঙবত্তু তঙাইফদবনি। অওইবমক, মাগী মথৌগী ঙমখৈ থক কাওরোইদবনি অমস্তুং মাগীদমক্তি, কান্নদবা লৌউ শিংউবগী শেম্মন-থুম্মন তোনবগী থবক্তা য়াওরোইদবনি।

মুংশিং মুংশা ফনবা অমস্তুং হুকচাঙ ফনবা থবকশিংসি মাগী পূক্নিং চঙবদা অকবা শরুক অমা ওইগনি। মাগী ময়ুম অমস্তুং ইংখোল অকোয়বত্তু পান্দম্নিংঙাই ওইনা লুহনবতা নত্তনা শুমজিং অমগা থুম্মোক অমগা পুন্থুনা খুল পুম্বা থুংনা কোয়হুনা মুংশিং মুংশা ফংননবা হোৎবদা মতেং পীগদবনি।

মহাক্না খুঙ্গংগী লেম্না হিদাক পীননবা শঙ লিংখৎনবা অমস্তুং ডাক্তর শাননবা তৌরোইদবনি। মখোয় অসি লাংনি, থাদোকদবনি। অমুক থোকখে ঐনা হরিজনগী লমদা কোয়না চৎপা মতমদা খুল অমা থেংনখি মফম অত্তুদা ঐখোয়গী থবক নোম্মিন্নরিবা মী অমনা, মানা হেন্না খঙলবনি, ময়ামদা উৎচনিংবা দলাল অমা শারহুনা মহুদা মানা হিদাক পীফম শঙ অমা ওইহন্দুনা খুলগী মীশিংত্তুদা হিদাক লেম্না য়েন্নমই। অওইবনি, হিদাকশিংত্ত

ভলুন্টিয়ারশিংনা য়ুমথোঙ সমথোঙনা হিদাক য়েন্নমই অমসুং হিদাক শঙ অতুগী চাউথো .      খ্যথি থা অমদা অনাবগী মিং ১,২০০ মিংচনবা লাইরিক্তা য়ৌথি  ঐনা মহোশানা মসি কন্না কত্তে হায়বনি ঐনা মঙোন্দা হাযবমই মতু খুঙ্গংগী তৌগদবা থবক্তা লম্বী নত্তে। মাগী মথৌদি খুলগী মাশিংবু অনাবা লায়য়েংনবগী হোৎনববুদি হকচাং ফনবা. লম-তূ নাগ্না লৈননবা পাওতাক নিঙথৌনা পীতুনা অনাবা চঙদননবা হোৎনববা অচুম্বনি। ঐনা মঙোন্দা হায়খি মাগী কোম্নুং মানবা দলান অতু থাদোকদবনি অমসুং লেংকল বোর্ডতা শান্দোক্লম্লগা ইনা কুপ্পা য়ুমদা লৈরু। মী অমনা চঙলিবা ড্রগকী ( হিদ কী ) ষ্টোক্তি কুইনাইন, বোৎ-ষ্টোর ওইনা অসিঙবা জাংতানি। খুঙ্গংগী মীশিংনা মশা মত্তং অমসুং খুঙ্গং অতু লুহন্দনা থম্বী মমল খঙহনবদা অমসুং লৈজবা পুন্নমক চাদিং তৌতুনা মতম চুপ্পা লুহন্নবা হোৎনগদবনি হায়বসি ভাব তাহনবদা কর্মিশিংনা পুক্নিং চঙনা তেংবাংগদবনি।

অতুদগীদি মহাক মশামক্তা হারিজন খুঙ্গংগী য়াইফনবা হোৎ-নবদা মপুক্নিংদা মুংঙাইবা পোক্লকনি। অওইবমক মথোয়গী অরাবা তারবা মতমদা থবক্ত লুররুবা মতমদা মঙোন্দা মমায় ওনশিল্লকনি। হরিজনশিংগী মরক্তা লৈবা মাগী ময়ুমদা হরিজনশিংনা মাগী ময়ুমদা মরুপ মপাং ওইনা লৈরবদা খুঙ্গংগী মীশিংনা মঙোন্দা অরাবা পীবা লৈত্রবদি, হরিজনগী ময়ুমমক্তদা মাগী লৈকম ওইগদবনি।

ময়েক পরেংগী জ্ঞানগী মরমদা রাহয় অমা মাগী মফম লৈ,

অহন্ন ঐনা নখোয়দা মকম লায়্না মণ্ডন হাপলুদনবা মায়ক-মাহয় পীরি। থূলগী অণাং অমস্মুং অহনশিংবু হায়্না ইবা-পাবা থোক্ণবা তশিন্জিন্ডেদা ভাবনা থুংংগী দরকার লৈবা পাওতাক পীবা য়ারোই হায়না ভাবনা শাবা তৌগনু। হৌজিক হৌজিক থোক্লিবা থৌদোক্কী ঈ-পাও, ইতিহাস অমস্মুং ভুগোলগী মরম অমা হো-পংলকপা অক্কগী মরমনচিংবা মখোয়না ময়েক মশক খণ্ডিন্ডেদা মাহয়না তাকপিবা য়াবা কান্নবা হিরম য়ায়্না লৈরি। অসিগুম্বা মহৌশাগী ওইবা নিয়মসিগী মতুং ইল্লবদি, অড়াংশিংগী খণ্ডনবগী পাজলসি ময়েক মপীশিংগা লোয়নননা তশিত্নুনা চোংশ তৌবিবদগী য়ায়্না হেন্না চাওখংনবগী খুদোং চাবহু লৈ।

থুংংগী থবক তৌরিবা কাওবুগী পুন্সিবু থুংংগী পুন্সিগা মুর চানশদবনি। মহাক অতু লাইরিক্তা লোংশিনবা লাইরিক মুয়া তৌরোইদবনি, খুঙং পুন্সিগী হঞ্জিন হঞ্জিনবা বারী ময়াম তাবদা হৈনিঙদবা মতৌসু উংলোইদবনি। ওয় তৈনবদা, মীনা লাকনিঙবা মতমদা লাকপদা মাবু মথৌ চিন্না লৈরম্বা তরেং য়েখম, লেপ য়ান, য়োংপাক আসনচিংবা অমগা থবক শূরিন্ডেদা থেংনহল্লু অমস্মুং মখোয়গী করিস্সু নত্তবদা হংলকপা কয়াদস্সু পুক্নিঙ চঙনা তাবি-খুম্বিয়ু। মাগী চাননবা তানবগীদমক মতম চুজদা পুক্নিং থিংজিন্দুনতা লৈগদবনি। ঈশ্বরনা মীওই পুন্নমক্তা লোংমগী চয়াদগী হেন্না শূবা ওয়নবা পাচল পীবিরম্নবনি, অমস্মুং মাগী শেন থোক্নবগী পান্থেশিংতু পীজিন্নরবদি মাগী মপাজলগা মতৌক মপা চাবা থবক থক য়াথলোই, কনমক মখোয়না

চায়রবা ওইরবস্থ। মসি থোক্কবদগী হেন্না থোকনবনি অদুগী প্রজাশিংনা মাবু হরাও হরাওনা তৌগনি, অদুবু মকম খরদদি রাখল তৌনা মাবু থৌশারক্কবা য়াওবস্থ ওইথোক্কবা নত্তে। অদুম ওইনমক মহাক য়ারবস্থ বানা তপ্না তপ্না চংখগদবনি। খুদ খরদদি মাবু হরিজনগী মীচঙ ওইদুনা তিন্নরজবা ফাওবা ওই-থোক্কবা নত্তে। মতম অদুমক্তদা মানা হরিজনশিংদু অদুম হায়জগদবনি অমস্থুং মাগী চান-খক্লবগী য়েংশিনবিয়ু পীবিয়ু হায়জ-গদবনি। থোমী হায়বসি মাগী অনেকপা মী অদুগী মতীক চাবা মী ওইগদবনি অমস্থুং মানা মখোয়বু য়ানবগী মদুংইন্না সেন্দ তৌরবদি হরিজনশিংনা মাগী চানবা লৌবদা চিংনহল্লোইদবনি তংতনা পীরবদি মানা লৌবদগী মানা পীবনা হেল্লিবনি। অহানবা হৌবগী থাক খরগী, অওইবনি, পীবা ওষা কেন্দ্র অমগী শেঙ্গাজদগী চয়বা অনোম্মল খরা খরা লৌগদবনি।

ঐখোয়গী খুংলায়দি ধর্ম্ম অমস্থুং শিংজেন্নি হায়বসি নিঙ-শাংজগনি। মপানগী ইন্দ্রিদা কাওব্রবদি, মসি খিংবা চাদনা খবক তৌরিবা শক্তিনি। মাগী চাওখংলকপদি অকওবা নত্তে জ্যামিত্রিগীনি। তুংদগী থোজিল্লবা শক্তি অমা লৈরিবা অদুগী মতীক মসি করিওন্নদা খবক লেপখিরোই। মরম অসিনা নখোয়গী খবক পুম্বগী য়ুম্ফমসি ধর্ম্মগী ওাক্তা ওইহনবদবনি। মরম অসিদগীনি খ্রাইদগী চোংকশিন্না লমচং কজবা নুমগী দমকান লৈরিবা।

খবক থৌরমশিং ওইথোক্রোইদবনি, নখোয়গীদি ক্লনশিং

অহু লৈতে হায়বসি ঐগোন্দা নখোয়না থক হায়রোইবদনি। নখোয়না অসি কাওবসি পাওথোকপা ওমত্রে হায়হুনা নখোয়গী লম্বীদা য়েখায়বা পীহল্লোইদবনি। নখোয়গী অফ কপ্ত রাথন্দা অমস্তুং থ.ম্মায়দা রাকংলবদি, নখোয কন্নি অমত্তা চিংনরোই। চাং য়েংবগী ইকায়বহুগা লাম্বেংনরুগম্ম। থেংনরকপা থবকী জ্ঞান মশামক্তা থবক হেন্না হেন্না হোংননিওবগী শক্তিহু পীরকনি। ৪

**থুজঙ্গী থবক্তা থৌরম**

থুজংগী থবক নোঙ্গিবা মী অমগী অহানবমক্তদা পাওথোকং দবা থবকী হকচাং ফনবা থবাক্ল ; মহুনা কর্ম্মিশিংগী কোক ডাওহল্লি, তৌকম থওহন্দে অমস্তুং হকচাও ফবহুম্ম মাওহল্লি অহুগা অনাবম্ম পোকহল্লি। কর্ম্মি অহুনা মশানা চোংথোক্ত,না ভঙ্গী ওইরবদি, মানা অমাওবা শেংদোক্ত,না হার শেমদোকনি অমস্তুং থুলগী লম্বী রাই শিন্তোকনি। মানা অভৈদা হায়গনি কমদোনা অমস্তুং কদাইদা নোংমগী থবক পাওথোকশিগে অমস্তুং হকচাং ফনবগী লু হেনবগী মমলগা মংমদা রারী শাগনি, মহু থৌশাদবদা অচৌবা অমাওবা নৈরিবহু তাকনি। কর্ম্মিহুদি থুল্লাশিংনা তাবা তাদবা মাগী থবক্তী লেপ্তনা শূগনি। ৫

থুজং অমুক শেমগংপগী থৌরম হকচাং ফনবগী শরুক অনিবু য়াওত্রবদি ঐখোয়গী থুজংশিংসি ওসি ওইরিবা অমুবা মীহাং-পুং ওইহুনা লৈরগনি। থুজংগী হকচং ফনবগী থরক অসি থুজংগী পুল্লিগী মহুংদা মরু ওইবা শরুক অমনি অমস্তুং মরু ওইবা অরুক লুবম্ম লুবনি। যুগ পুরবা ( কুইরবা ) হকচাং কংহন্ত্রিবা

মরায় অসি শেংদোকপদা য়োনা কবগী থবক চঞই। খুলগী থবক তৌরিবা মী অহুনা খুনগী হকচাং কনবগী মরমদা ইপাও পাঙলরবি, মহাক অহু মায়-পাক্লবা ( জয় ওইরবা ) রাই শিংপা অমা নত্রে, মহাক অহু খুদংগী থবক্তা মতীক চাহনবা তয়রোই।

অনৌবা নক্লগী মরু ওইবা শিক্ষা নত্তনা ভারত্তা লৈরিবা অতাং লাখ কয়াগী শিক্ষা অমিনা অকবা ওইবদি ওইথোক্ কবি হায়রবসি হৌখিক ময়ামগী ওইরা য়ানরবনি। মরম অসিনা খুদংগী থবক তৌরিবা মী অমনা মসি হৈবা তাই, অমসুং মশামক বেসিক-শিক্ষাগী ওজা অমা ওইবা তাই।

অহল তশ্বিবগী শিক্ষা অসি থৌরমগী মতুং ইরা বেসিক শিক্ষাগী মওন্দা তুংইল্লকখি। মকম অহুদা অনৌবা শিক্ষা মরা তাখ্রগনি, অতাংশিং অহুমরা অমা মপাগী ওইররগনি। ওইবা য়াবমথৈ ওইরশনু, খুলগী থবক তৌরিবা মী অহুনা অহল-লাইরিক তশ্বিবসিবু লৌশিনগদবনি।

মুপীবু মুপাগী হকচাং তথায়নি হায়নৈ। মাগী কংকম থোকপা অধিকারহু আইনগী খোওদা অমগা মায়না কংত্রিবা অহুপকী মথৈ, মুপীমচা অমা পোকপদা মুপামচা অমা পোকপমুক তরামনা ওকত্রিবমথৈ ভারত অসি মচেৎ ওইনা হকচাং শিথবী লাংনানা নারিবনি হায়বসি ঐথোয়না খঙগদবনি। মুপীগী অধি-কারবু নমথবিবসি অহিংসাবু য়াদবনি। খুলগী থৌমী খুদংমরা মুপী অমবু মমা ওইনা, মচল নত্রগা মচা ওইনা তিজবগী

মচুংইগ্না ব্যবহার তৌরদবনি, অমস্থং থোইদোক্লা ইকাই খুম্নবগা লোয়ননা য়েংগদবনি। অসিগুম্বা কর্ম্মিভনা প্রজাগী থাজববু ফংগদবনি।

মশা ফওবা মীনা স্বরাজ ফংবদি ওইথোক্রবনি। মরম অসিনা ঐখোয়গী প্রজাশিংগী হকচাং ফনবগী মরমদা থৌশাদবগী অয়ানবা ( অপরাধী ) অহু ঐখোয়না অস্থুক কুইনা ওইররোই-দবনি। থৌমী পুন্দিংমক হকচাং ফননবা অচম্বা মরু ওইবা নিয়মশিং অংগী জ্ঞান লৈগদবনি।

অপুনবা লোল অমা লৈভনা করিগুম্বা জাতি অমা লৈবা য়াদে। হিন্দী হিন্দুস্তানী অমস্থং উর্দ্দুগী য়েংনরিবা রাফমচু থাদোক্লগা খুঙ্গংগী থবক নোম্লিবা মী অহুনা রাষ্ট্রভাষাগী জ্ঞান থরদি ভানশিনগদবনি মহুবু হিন্দু অমস্থং পাণ্ডল অনিমক্লা লায়না থওবা ওমগদবনি।

অঙ্গেজী লোনগীদমক ঐখোয়বু পণ্ডথহনবসিনা ঐখোয়গী প্রদেশশিংগী লোনবু থাজহন্দ্রে। খুলগী থবক ভৌরিবা কর্ম্মি অংনা অসিগুম্বা থাজনদবা অসিগীদমক পুক্লিংগা অকনবা লাইনিঙ ( তপস্যা ) অমা ওইনা খুলগী মীয়াম মরক্তা নৈনগদবনি অমস্থং মখোয়গী মরমাইগী মরোল অহুবু মানা স্থংশিবা ভমগদবনি। ভারতকী অতৈ লোন ময়াম অসিগীদমক মাগী চপ মান্নবা ইকাই খুংবহু লৈগদবনি, অমস্থং মানা থবক ভৌগদোরিবা মকম অহুগী লোল ভমগদবনি, অমস্থং মতৌ অস্থুম্না মখোয়গা মরোল অহুনা

মরম ওইংনা খুলগী মীশিং অহুগী পূক্লিংদা মাগী রাখল অহু চঙহনবা ওয়রগনি।

অহুম ওইনমক থবক অসিগী থোয়রম-থোয়াও পূম্নকসি শেল-থুমগী ফিভম মায়বগী অচেৎপা মপুম ওইবা য়ুক্ষমদগী শাগৎ-ত্রবদি লৈঙোইদা শাবা মুংগী ফিভম তাগনি। শেল-থুমগী মায়বা ফিভম হায়বসি পৃথিবীগা পোংচৈশিং চপ-মায়না মী খুদিং-মক্কী লৈগনি হায়না অর্থ থক লোয়রোইদবনি। অহুম ওইনমক মসিনা অর্থ পীরি মী খুদিঙগী মতীক চাবা য়ুম লৈগনি, মতীক চানা চাং মায়না চিঙ্গাক ফংগনি, মশাবু কুপচনবা অনাইরং-ফি মতীক চানা লৈগনি হায়বনি। মসিনা অর্থ অমসু পীরি মহুদি তমথীনা চাং মায়ত্রবা ওসি ওইরিবসি শেংলবা অহিংসাগী পাম্বৈনা লোথোকখিগদবনি।

খুঙ্গংগী কর্ম্মিশিংদা য়ারো শাব.

খাদিনা খুঙ্গংগী শিল্পশিংগী পুংজৈ শোয়দনা ওইরগনি। তোইওখসুং ঐখোয়না নিওশিংগদবদি খুঙ্গংগী প্রজাশিংনা মখোয় মশানা শাজবা খাদিনা মশা মশাগী কোয়জনবা হোংননবা ঐখোয়না পূক্লিং চংশিনগদবনি। মশানা শাজবা খাদিনা মশাগী কোয়বদগী হেন্দোয়কপা অহুনা য়োয়নবা খাদি ওইগনি।

খুঙ্গংদা তোবা য়াবা অফংবা শিল্প অমা হেক্তা নহাক্না তোবা য়াই তোবদদি মহুগী পোংথোক অহু বাজারদা য়োনবদা হেক্তা শিজয়গদবা পোৎ ওইগদবনি অঙুপ্পা পোৎ অহু দুকান্দা

মমুল ম্যাক্লুনা য়োনগদবা নত্রগা পোং মুহ মীনা লৈব্রিরোইদবা পোংথোক পুথোকলোইদবনি। নহাক্না অপাম্বা য়ুন্দা শুবা হাব্না খুং-শা হৈরগী থবক অমা হেক্না নোংমদুগী পুং ৮/৮ শুহনা নুহারা নশাগী খুংলমন তাম্লি হায়বা অহু খুদংগী প্রকাশিংবা খুংপু: মতৌ অদুম তৌহনা মখোয়গী নোংমদা পুং ৮/৮ শুহনা তানবা শমলোইড্রা হায়বা অদু টিংকদরনি।

নহাকন্না নহাক্না থবক তমিন্নবা মরুপ অমা থমোইদ-বনি। ঐখোয়গী লৌশিংদি খুঙ্গং লমদা নত্রগা খুঙ্গং অপুম্বা অমদা কর্ম্রি অমমম থাবা অসিনি। মখুনা মাগী কাম্বা তৌবা শুবা শক্তি অহু মপুং ফানা শীজিন্নবা ঙমগনি। মানা খুঙ্গং লমচক্কদগী মাগা থবক তমিন্নবা মরুপময়াম থনবা য়াই। মখোয়না মাগী পাওতাক মথাদা থবক শুগদবনি, তৌইঙমখুং মাগী মথাদা লৈরিবা খুঙ্গং মহুগী মরু ওইবা দায়িত্বদি মানা পুগদবনি।

কোল কারখানাগী যুগ অসিগী অপাম্বা মীহোবা অহুব ঐখোয়না মিহোৎগুসি ঐখোয়না ঐখোয়গী হকচাংগী যন্ত্র ময়াম অসি থবক শুবদা মপুং ফারবা অমসুং মতীক চারবা অমা ওই-নবদা পুক্নিং থিংজিনসি অমসুং মহুদগী কাম্বা অহু হেক শুম্বা মথে লৌশি। মসি নহাক্না নখৌনি। নিংহন্নবা তৌদনা থবক অহুদা অহুম চংথো।

অকিবনা চম্বা:—

কর্ম্মি অমাযনা খুঙ্গংদা লৈবা মতমদা মখোয়বু কনাওম্বা

অমনা পৈশা পীত্রবদি খূঙংদা থবক শুবনা হিংবা ওমলোই মরু ওইনা মখোয়না লুহোংহুন। ইমুং মনুং থাকপা তারবদি অমুকা হেন্না ওমলোই হায়বগী অকীবা অমা পোকই। ঐগী মোং মচুং ইন্নদি মসি পুক্লিং তোম্বনা থাজবা অমনি হায়না লৌই। মসি চিংনবা লৈতনা থাজবা য়াই মতুদি কনাগুম্বা সহরগী নোম্বদা লৈবা পাম্বা সহরবাসি অমনা খূঙংদা চংখ্রবদি মহাক্না সহরবাসি অতৈনা তোবগুম্না মখোয়বু তুহত্তুনা নৈহংপিদবদি মাগী ওক্লনব কৈদৌঙৈদসু তানবা ওমলোই। তোইগুম্বসুং কনাগুম্বা অমনা খূঙংদা লৈতনা খূঙংগী প্রজাশিংনা লৈবগুম্না লৈবা পাম্নবদি মাগী হুমাং মন্না তাপবা অহুনা হিংবদা অচোবা করিস্ন ওইরোই। মহাক্না মসি থাজগদবনি মতুদি খূঙংদা লৈ প্রজাশিংনা মখোয়গী মমাংঙৈগী লোশিং রাংপা থবক খুৎশু অহুদা চহী চুপ্পা শুহুনা মখোয়গী হিংননবা তানবা ওয়বদি মহাকসু খূঙংগী সাধারন প্রজাশিংগুম্বা হেক ওম্বা মথৈ তানগদবনি। মসি মহাক্না কনাগুম্বা খূঙংগী প্রজা অমত্তবু তাম্বোক্তনা তোবা ওমগনি মরমদি মানা খূঙংদা লাকদৌরিবা অহু পোকতে পুখোকপা অমা ওইনা লাকদবা নত্তে।

কর্ম্মি অহুগী সাধারন ওইনা লৌনরিবা ইমুং মনুংগী মীশিং অহুদা মরৈরবদি মাগী নূপী অহুগা অত্তোপ্পা ইমুং মনুংগী মী অমসু মপুং ফানা থবক শুবা কর্ম্মি অমা ওইগদবনি। অসি-গুম্বা কর্ম্মি অসিনা খূদক্কা খূঙংগী প্রজাশিংগী মপাদল অহু কংবা ওমলোই, তোইগুম্বসুং অহুগুম্বা অরাংপা অহু মাগী বুদ্ধি

ঋোশিংনা মেনখংকদবনি, মসি তৌরবড়া মাগী অকীবনা চমন্নবা মঙু কোরপা ওয়গনি। মাগী মতম পুন্নমক মথে য়গী সেবা তৌগনা পেলহনবা ওন্নবা খুনংগী প্রজাশিংদগী পাওখুম ফংন্রাবা কাওবা মানা তাম্নোকনা লোইশিনবগী মহুত্তা পোং থোকহনবগী থবক তৌগদবনি। অদুম তৌরবদি মাগী হোংনমন্না খুনংগী প্রজাশিংনা অহানবা পোংথোক থোকহন্নিবা অতুদগী মাগী দলালি চাবা ফংলগনি। এঃ আইঃ ভিঃ আইঃএঃ গী শিন্নাংবগী মথাদা খুনংগী থবক থানা ময়াম চংথরক্লিবা অসিগী থা থরগী ফংলকপা অমসুং খুত্তলকপা বুদ্ধি লৌশিং অতুদগী ঐখোয়না খঙবা ওমই মতুদি খুনংগী প্রজাশিংগী থবক অতুগী য়ানিংবা অমসুং তৌনিংবা অদু য়াম্না তপ্নি অদুনা কর্মিশিংনা খুনংগী প্রজাশিংগী মমাংদা থবক অতুগী নোম্না অমসুং মগুণ ওইনা উংপা তাই। মসিনা মখোয়গীদমক্তি খ্বাইদগী হেন্না ফবা পান্না অমা ওইগনি অমসুং মতুনা মখোয়দা খুনা নত্রগা তপ্না পুক্নিং তাহন্নকনি পুন্নমক অসি মহাক্না ময়াম অদুগী মরক্তা খ্বাইদগী হেন্না ব্যবহার তৌনকম ওইবা ময়ামগী ওাক শেন্নবা অমা ওইনা লৈবগী মহুত্তা মখোয়গী মনুংগী মী অমা ওইনা লৈরবতদা ওইগদবনি।

মসিগী বাহংদি মহাক্না পামলে হায়না থল্লিবা খুনং অতুগী মহৈচাবা য়াবা করি থবক মহাক্না তৌবা ওঘগে হায়বা অসিনি? মহাক অমসুং মহাক্কী ইমুং মনুংনা খুনং অতুদা লৈবা প্রজাশিংনা মতৌন্দা মচেং পিরবস্থ নত্রগা পীরবস্থ খুনং অদু শেংদোকপদা

মতম খর চংগনি অমসুং মহাক্না পীবা.ওম্বা শক্তিগী মসুংদা মখোয়দা অচম্বা হিদাক লাংথক্কি মতেং পীগনি। মীপুং খুদিংমক্না ইচম চম্বা থোদোক্লবা হিদাক নত্রগা কুইনাইন শীজিন্নবা তাকপা তম- গনি, অপোম্বা নত্রগা অশোকপা চামখোকপা, অমোংপা মিং নত্রগা নাকোং শেংদোকপা, অশোকপা মফমদা মোলোম তৈবা ওমগনি। মুমিং খুদিংগী খুঙংদা থোক্লিবা থোদোকশিং অমগী মরমদা ইচম চম্বা পাওতাক পীবা ওম্নবা লাইরিক অমা পুথোক্লগা ঐনা কম্না হোংনরি। অতুম ওইনমক পোৎ অ'ন অসি খুঙংগী থবক্তী খ্বাইদগী মরু ওইবা শরুক অমা ওইগদৌরিবনি। নোংমদা মখোয়না মাগী ৯তমদগী পুং ২দগী হেন্না মতম লৌরোই। খুঙংগী কর্ম্মিশিংদি অসি ওম্বা পোৎ অসি লৈতে মরমদি মখোয়গীদি নোংমদা পুং ৮নি। মহাক্তীদমক্তী খুঙংগী প্রজাশিংগীদমক থবক নোম্বা অহু মুংশিত্না নোম্বনি মরম অসিনা মহাক্তী হিংননবগী- দমক্তী পুং অনি থবক শুবা অতুগী মথক্তা পুং ৮ অমগা শুবা তাবনি। মসি কাওরোইদবনি মরমদি এঃ আইঃ এসঃ এঃ অমসুং এঃ আইঃ ভিঃ আইঃ এঃ গী পুথোকলকলিবা অনৌবা খুজিল থৌরাও মথাদা থবক খুদিংগী চপ মান্নবা খুংগুমন লৈ। মতৌ অসুম তৌত্না হুইজি অমা পায়ত্না লশিং পুং অমা কাগুনা পুথোক- লক্লিবা লশিং অতুগা সাধারন কি শাবা অমনা কংজিবা খুংগুমন অতুগা, লং নাইবা নত্রগা খুংনা চে শাবা অমনা নোংমদা পুং অমা থবক শুবদা কংলক্লিবা অতুগা খুংগুমন অসি চপ মান্ননা কংগনি। মরম অসিনা কর্ম্মি খুদিংমক্না মানা মানা অপাম্বা থবক অমা

হেক্তা মানা" লায়না তৌবা ওমগদবা লৈরবদি মনিং তৌনা খনবা অমসুং তপ্প য়াই, অদুগা অসিগুম্বা থবক অসি খনবদা চেক-শিনগদবদি থবক · অদুদগী থোক্লকদবা পোৎথোক অদু মাগী খুঙ্গংদুদা নত্রগা অকোয়বদা ইরাই লায়না য়োম্থোকপা য়াবা নত্রগা এসোসিয়েসন্না পাম্বা মওং ওইগদবনি।

খুঙ্গং খুদিংদা ঐখোয়গী দরকারদি য়ানশিন্নদবা চাননবা চিঙ্গাক অমসুং অতৈ অতৈ পোংশিং মমল অদুদা অদুম কংহনবা অমসুং চংনবা য়ানা দলালি চাবা অদুগুম্বা পুকচেল শেংবা দুকান অমা ওইগদবনি। মসি অচুম্বনি মদুদি দুকান হায়বা অসিদি য়াম্না পিক্লবা কাওবদা হোৌদোক্লনবা শেল্লেপ দরকার ওই। মহাক্না থবক্তা-দমক মহাক্না এলাকা অদুদা মশক খঙলবা কর্ম্মি অদুদ মহাক্না পুকচেল শেংবা অদুদা মতিক চানা থাজনবা লৈগদবনি মদুদি মহাক্না পোৎ খরদি পুন্না শোংপা কংহনগদবনি।

ঐনা অসিগুম্বা অশেংবা পুথোক্লক্লিবা রাকম অদিদা য়াম্না কুপনা নৈনরা মথা চত্থরয়োই।. য়াম্না কুপনা য়েংশিনবা কর্ম্মি অমনা মতম পুম্নমক্তা মরু ওইবা অনৌবা কয়মুক পুথোক্লনি অমসুং য়াম্না থুনমক মহাক্না হিংননবা করি থবক তৌগদগে অমসুং মান। শেবা তৌগদৌরিবা খুঙ্গংগী প্রজাশিংবু করম্বা পারা ভাম্বিগদগে হায়বা অদু খঙলকনি। মরম অসিনা মহাক্না খুঙ্গংগী প্রজাশিংবু নৈহৎপিরোইদবা অমসুং তুহৎপিরোইদবা মদুনা মখোয়গী রাখল অমসুং মশা কবা মাঙহন্নোইদবা, অমসুং মদুনা খুঙ্গংদা লৈবা প্রজাশিংনা মখোয়গী অহাংবা মতমদা থবক গুহনা

মখোয়মবা কংলিবা থবক শুননবগী মতম হেক কাল্লবমখৈ শীজিন-মবা ওমজ্রে।

**খুঙ্গংগী কর্ম্মিশিং ব্রাহং**

১। কর্ম্মিশিংগী সভাদা গান্ধিজীবু ভাষন পীবিনবা হান্নবগী মহুত্তা কর্ম্মিশিংনা ব্রাহং পরেং অমা শেম্নগা মহুবু ভাকপীনবা হান্নজে। কর্ম্মিশিংগী মথৌ, মখোয়গী হিংনবগী মরম, খুংনা থবক শুবা, দায়রী ইবা অমস্তুং গুজরাটকী ভুম্নাশিংগী মরক্তা থবক ভৌবগী মরম অসিনচিংবনী ব্রাহং ম্লাওরি।

গ্রাম-সেবক অমগী মরু ওইবা মথৌদি খুঙ্গাশিংগী সেবা ভৌবনি, অমস্তুং লমজিঙ মৈরা ওইনা একাদশ ব্রতগী ব্রাসি মমাঙদা থম্নগদি খুঙ্গাশিংহুবু মানা খ্বাইদগী ফজনা সেবা ভৌবা ওমগনি। ব্রাশক তরামাথোই অহু শ্লোক অনি ওইনা বিনোবানা সেং-খোক্তনা হৌজিক্তী লৈবাক অসিগী আশ্রম অম্নাখদা আশ্রমদা লৈবশিংনা লাইশোন সভা খুদিংদা হম্না হম্না খীরি মহুদি—

অহিংসা সত্য অসংখ্য ব্রহ্মচর্য অসংগ্রহ।
শরীরশ্রম অস্বাদ সর্বত্র ভয়বর্জন॥
সর্বধর্মী, সমানত্ব স্বদেশী স্পর্শভাবনা।
হ্রীঁ একাদশ সেবাজী নম্রত্বে ব্রতনিশ্চয়ে॥

( হিংসা ভৌবদা, অচুম্বা, হুরান্দবা, ব্রহ্মচার্য্য, পোৎকী মপু ওইদবা হকচাংনা থবক নোম্বা, চিলহাও-খিদবা, কিদবা, ধর্ম্ম পুম্ববু ইকাই-খুম্নবা, স্বদেশী ( অম্নাম্নদগী শীজিম্নবগী মহুত্তা খ্বাইদগী নকপদগী শীজিন্নবা অমস্তুং সেবা ভৌবা ), মচিন-মনাও নত্তে

হায়বগী য়াথল থন্দোকপা ব্রত তরামথোই অসি মীওইবগী ধর্ম্মনি হায়দুনা ঙাক্লা চংকদবনি। )

নোংমগী চরা তান্নবগীদি কমদোগনি? মানা করিগুম্বা শিন্দমকম অমদগী এলাউয়েন্স লৌগত্রা নত্রগা চানবগীদমক অমুক থবক শূবা তাবরা, মাগী চানবদু খুন্দগী তানগদরা? আদর্শ ওইবা মওঙদি খুন্দা তাংবা তাই। মাদুদা ইকাইনিংঙাই লৈতে, মীওইবগী হোনশা ওইবগী মতৌনি। অদুগা মশানা অপাম্বতা তৌনবগী করিগুম্বা যুক্ষমস্ত লৈতে, মরমদি অদুগুম্বা মশানা তৌনিংবতা তৌবদু করিগুম্বা খুঙ্গ অমত্তনা পূক্নিং থৌগৎপা অমম্ভং থাওদুনা লৈগনি হায়না ঐনা থনবা ঙমদে। গ্রামসেবক অদুনা মাগী বার্কিং অরার (থবক-শূগদবা মতম) চুপ্পা থবক শূরগা খুন্দুদগী মাগী নোংমগী চঙগদবা চেঙ-মনা-মশীং থরা থায়গনি। মানা পৈশা থরদংদু (ডাক অমসুং অতৈ থরচ থরগীদমক) মাগী দর-কার লৈরবদি থায়গনি, ঐনা থম্রবস্থ মানা মদু য়াওদনদি চংনবা য়ারোই। খুলনা মাবু কৌদুনা মফমদুদা থবক তৌররবদি মাবু খুল অদুনা হৈনিংনা তেংবাংগনি। ঐনা থৌদোক অমা নিং-শিংবা ঙমই, খুদম ওইনা ইং শোক ১৯১৫ দা সত্যগ্রহ আশ্রমদা শোক্লবা য়াদবা মী পুশিনবা মতমদা খুলগী মীনা গ্রামসেবককী মত অদুদা থাঙবা ঙমখিদ্রে, মখোয়না তেংবাংলম্বা পুম্বা হন্দোকখি। অদুদগীদি মহাক হিংলবস্থ সেম্বা তাখি। করিগুম্বা ইনষ্টিটিউশন অমগী মপান তাংবগী কান্নবা লৈত্রে।

মাহং ৫শুবা

গ্রাম সেবক অমনা হেক ওয়মথৈ খুংনা থবক শুহ্নুনা খুন্না-শিংগী অতনবা তোকখিননবা তম্মীগদবনি। মানা থবক মথল খুদিংমক তৌবা য়াই, অদুবু রাই-শিংপা অসি অহানবদা তোকম থোকপনি। রাইশিংপসি তশেংনমক পোথোক লৈবা থবক্নি। ময়ম অদুনা মীওইবগী লৈবা অমসুং পোৎ থোকয়বা থবক্তা কন্না তকশিনবদু ঐনা পামই। রাইশিংপসি তশেংনমক থবক মথল অসিগী মথুংদা লৈবনি চক্রী তকপস্থ পৈশা চত্তুনবনি অদুবু পৈশাদুম কংগনি।

ঐনা চিংনদে মতুনি গ্রাম-সেবকশিংনা য়াহৌবগী পুংশীঙ য়াম্না চুম্না থম্নগদবনি অমসুং অহাওবা পুম্বা থবক্না মেনথংকদবনি অদুগা মাগী নোংমগী ডায়রীদা মতু পুম্বা পনগদবনি। অশেংবা ডায়রী অমনা ইরবা মী অদুগী পুক্নিং অমসুং থম্নাইগী মমি শেংনা উংপা মিংশেল্লি, অদুবু মথোয়গী পুক্নিংগী অশেংবা খুজিন থো-ম্নাংগী থাজমিংঙাই ওইবা রেকোর্ড অমা শেম্বদি অয়াম্বনা লুনা থোক্নি। অদুওম্না ফিবমদুদা মথোয়না মথোয়গী হকচাং অমদি মথুংনা শুবা থবকী ডায়রীদদা ইরবা য়াই। অদুবু মাদুসু হাথু হাবুনা হেক ইবা য়াবা নত্তে। ইচম চম্না হায়রবদা "চাকখুমগী থবক্তদা পংলে" হায়বদি য়ারোই। কনাওম্বনা চাকখুমদদা মতম লৈথোকবা য়াই। অদুবু মচা খায়বা থবকী থোরমশিংদু লোয়না পন্নুনা ইগদবনি।

ভুল্লাশিংগী লেবা, হায়বগী অর্থদি মথোয়না শুবদা অমসুং

মায়দা শক্লক লৌবা অমসুং মখোয় মপু ওইরিবশিংগা মরী-লৈন-নশিনগা মখোয়না আইন চুম্ন। অমসুং মুংশিংহৈনা মোয়নরিবা য়েংশিনগদবনি।

গ্রাম সেবকনা রাজনীতিদদ থাদোকদবনি। মহাক কংগ্রেস-কী সদস্য অমা ওইবদি যদি, অদুবু ইলেক্সনগী ভোট খোমদদি য়াওরোইদবনি। মাগীদমক্তা অরেপ্পা থবক লৈজরবনি। দি ভিলেজ ইন্দষ্ট্রিজ এশোসিয়েশ। অমসুং দি স্পিন্নার্স এশোসিয়েশন হায়রিবা অনিমক কংগ্রেসনা শিংখস্চবনি, অদুবু কংগ্রেসকী তোঙান্না মখোং তোঁরি মরম অসিনা মখোয়না অমসুং মখোয়গী মেম্বরশিংনা কঙ্গ্রেসকী রাজনীতিগী শেংনা লমজিংবগী থবক তৌরে। মসি অহিংসাগী লম্বীনি

মানা খুলগী কাওবু নাইনা কায়নবদসু য়াওরোইদবনি। মানা মকম অদুদা চংকদবনি অমসুং সহরদদি মাদু য়াওদনা মানা তৌদবা অদুগুমবদু অয়াম্বা থাওদনা মানা তাইশিনবা হোৎনবা তাই। ঐনা খুঙ্গংদা লৈরবদি ঐনা খুঙ্গংদা করি করি পুরোই-দবনো হায়বদু ঐনা লেপথোকপা তাই, অদুম ওইনমক পোৎশিং অদু পরমপরাদগী অমাওবা ওইরক্লবসু। লৈনরিবা রাকমদি পুনদোরিবা পোৎশিং অদুনা অসম্বা খুঙ্গাশিংদা অফবা ওইগদ্রা কক্তবা ওইগদ্রা অসিনি। মহাক অমোৎপা থবক য়াওরোইদবনি, মায়া মোহ পুম্বদা চাওগুম্না লেওদনা থাওখদবনি। খুঙ্গাশিংবুদু অদুগুম্বা কক্তবা লম্বীদগী থিংগদবনি। পুকচেল শেংবা মীওই অমত্তমসু খুন পুম্বু কনবা গুমই, বিভিষন মথক্তনা লঙ্কা কনখাম।

লোতোম অমসুং গোমোসহবু পাক মাঙহন্রে, মবানিশী মরক্তা অমত্তংগী পুকচেল শেংত্রিবা কাওবা। ৯

(ii)

( গ্রাম সেবক অমনা হংবা খুন্নদি পীবা ওমদবা যক্তোম উহৈ অমসুং মনা-মশীং অহ্নু চাবা য়াগত্রা হায়বদা গাক্কিজীনা ইবিখি )

গ্রাম সেবক অমনা পুক্লিংদা খনগদবসি খুনগী সেবাগীদমক্তা মহাক খুনদা লৈরিবনি, অত্তুগা মাগী মথৌ পাঙথোকপা ওয়নবা মশা মউ কনা লৈননবা চানবা চিঙ্গাক অমসুং অতৈ পোৎ-চৈ চঙগদবা পোৎওনা ফংবা হায়বসি মাগী অথিকারনি অমসুং মথৌনি। মসিদা তঙাইফদনা গ্রাম সেবক অতুনা হিংবগী থরা ফংৎপা থাক অমা চঙদবা য়ারোই, অদুবু মসিগী চঙদবা য়াত্রবা পোৎশিং অসিগীদমক্তা খুনগী মীশিংনা গ্রাম সেবক অত্তুদা ওংগ-দবা ( নিঙাই তৌনগদবা ) করিসু লৈরোই হায়বসি ঐগী অচেৎপা মতনি। সেবক অত্তুগী পুক্লিংগীসু পরিক্ষা অমনি। মহাক মশানা মশাবু স্নারকচগদবনি, মরৈ স্নাররুবা ( চিলহাউ থিদনবা ) মহাক করিসু চারোইদবনি, অকে অমৌগী মায়পৈদা চৎলোইদবনি, সেবাগী থবক ওাক্তনা মা তুমজিবা মতম পুম্বা শংহন্নোইদবনি ( মসি তৌরবা ফাওবদা মী থরনদি মহাক্তী য়ুমলৈ-কৈরৈসিদা মরৈ কংরেং য়েংলকপা য়াই। কংরেং অত্তু হম্বথিননবা ঐখোয়না লৈবা তাবনি। ঐনা হোদোকখিব্রা চিঙ্গাকশিংসি খুল অমদা পাক পাক ফংদবা য়াই, থরদং হোংনবসু হেক ফংবসু য়াবা নত্তে।

মঙ্গোমদি মহৌশানা ফংগনি, মচগা মোড়োই করনদা, কোরা-ফুলনচিংবা মখল কয়াগী উটৈহেন্নু লায়না ফংই অদুবু মদু লায়না ফংমন্দুনা ঐখোয়না কয়া শীঙখানদে। ঐখোয়গী খুদংশিংদা মখল পূম্বগী মনা মশীং ফংই, মদুবু লমগী মনা মশীং অশেংবমক নত্রবস্নু ঐখোয়না লম্মাওগী ওইনদং উতুনা নত্রগা ঐখোয়না তন্দুনা থক শীজিন্নদে। ঐদি ইশামক্কা অশংবা মনা মশীং মখল শীজিন্নরে, থেংনখিদ্রিবা কয়ান্নু য়াওই, তৌইওবন্নুং মাদু ঐনা শীজিন্নখ্রবগুম থোকই। খুদং খুদিঙদ' য়নবী অমমম ম্লোকখংপদি ওইথোকপা য়াবা থবক্নি। ঐমক্তি চাং য়েংদ্রি, অদুবু মসি ওইবা য়াবা থবক্নি হায়বদি ঐনা খল্লি। ঐনা খাজবা অমগা নৈ মহাদি খুঞ্জাশিং অসি গ্রাম সেবক অমনা চারি থক্লিবশিংসি চা থক্তুনা থাক খন্না ন্নাংনা হিংবদুস্নু ওইথোক্তবা ওইরোই খল্লি। ১০

(iii)

ন্নাহং: – খুল অয়াম্বদা কাওবু কাওবু তান্নবা, দল ওইনা নিংবা কয়া নৈ। ঐখোয়না থবকী শক্তম খোন্নাং তোন্নকপদা মখোয়গী লোবা তান্নকই, ঐখোয়না পান্নবস্নু পামজবস্নু ঐখোয়বুন্নু মখোয়গী শক্তি তান্নবগী ন্নাজনীতিদা চেন্নবিন্নকই। অরুবা ফিবমসিগী ঐখোয়না করম্না অশোংবা লমজিংবা ওইবা ঙমগনি। ঐখোয়না খোন্নবা অনিমক্তা য়াওদতুনা মপানগী কর্ম্মিশিংগী মতেং লোন্নগা নাথেহনা থবক তৌগদ্রা? অদুনদি খুলগী মীবু থবক তৌহন্নবা অমন্নুং খুনগা থবক তৌমিন্নবসি ঐখোয়না কমদৌনা হোৎনবা তাবগে?

পাউপুন্না— ভারততসিগী দমতভদি অরাবনি, মরমদি সহরদা তৌরগনা খুনংসদসু মাগী দল নাইনবা মত্ত মান্নদবা কাওবুদি লৈরে। অদুগা পরার পোলিটিক্সনা খুনংগী ফগৎলবদি থৌশাখিনা ঐখোয়গী খুনংদা চংশিনখিরে, অতুগা পাটি অদুতগী চাওখৎননবা খুলশিং অদুবু শীজিন্নরকপনা খুলগী চাওখৎনবা থবক্তা য়েখায়বা পীখিরে মতেং পাংবিবকপগী ৱাদি লৈরে। অদুবু ঐনা হায়নগদবদি তারকপা ফলদু ওইনিওবা ওইসনু ঐখোয়না খুলগী লৌচুনা থবক শীজিন্ননবদি হেক ওম্ব্রখৈ হোৎনবা তাই অমসুং ঐখোয়-নবু করিগুম্বা পরার পোলিটিক্সকী করিগুম্বা মতু অমত্তা পক্ত-বদি ঐখোয়না কৈদেঙৈদসু অরানবা লম্বিদা চংখিরোই। ইংলিস তম্নবা সহরগী মুপা অমসুং নুপীশিংনা মরাল অমা ওইনা ভারতকী য়াওলেনগী শরু ওইরবা খুনংশিংবু থৌশানরে মসি ঐখোয়না নিংশিংগদবনি থৌশাদবসি কোক্লনবগী নিংশিংখ-স্রিনা য়াওবা কনবদা ঐখোযবু ইনশিল্লকনি। পুকচেল শেংনা থবক তৌবা মী লৈ·বা করিগুম্বা খুল অমত্তা ঐনা তুসি কাওবদা লৈমগ্রি'। ঐখোয়না মতিক চানা নোঙুকপা ওইদুনা খুল অমগী মওঙ অমসুং থওনবা হোৎনদ্রবদি অদুগনা পুকচেল শেংবা মাদু ঐখোয়না থেংনবা য়ক মদে। অওইবমক... ঐখোয়না তশেংনা খুদুংগী রাজনীতিগী লমজিংওবনি অমসুং ঐখোয়না পাটি পুবগী মগ্রশা পাটি নত্তবদগী মতেং লৌরবা মতমদা ঐখোয়না থবক তৌবসি হৈননরকনি, মফম অমদা ওইসনু মরু অকনবা ওাক্ননি

খুলংগী মীশিংদগী নাথেবা হায়বসিদি মায় পাক্লবা হোংনরিবা থবকী শাথিবা খুদোং থীবনি হায়না ঐনা লৌই। ঐনা অয়ুবসি খণ্ডবনা, বাংলা লোল খণ্ডদবা কর্ম্মি মুপা নত্রগা মুপীমুগী মতেং পাংননবা লোল হন্দোকহনবা অমত্তং পীবা নত্তনা খুল অমত্তংগী কর্ম্মি অমত্তং হায়বা নিয়ম অসি চপ চানা কায়দনা চংননবা চোকশিন্না হোংনথি। ঐনা হায়বতদি ওমলে মহুদি নিয়ম অসিনা উদেশ্য অমুগী পাউথুমদি মসি কাওবা থুমলে। অসিনা ঐনা শোয়দনমক নখোয়না ভারিবা থবকী জ্ঞানবু শীঙ্খানদে। ঐখোয়না হাথু-হাথুনা পোল্লোই অমদা হেক মত পীবগী হৈনরবা পাপকী থবক অমদা ঐখোয় চঙহুনা লৈখ্রে, হায়বসিমগা ঐনা হায়নিঙই। "মপানগী মীশিংদা পুবা দারিদ্র পুহন্দুনা থবক তৌবা তারকই, অদুবু মখোয়না হেক চংথিবগা থবক পুম্বা ইতোই তোইনা কায়" হায়বা রাহয় অমা হায়হুনা পুমশোক শোক্লা নিন্দা তৌবা রাহয়সি হায়দোক্লিত্নৈদা, ঐনা মসি হায়ব। ফাওবা চঙশিন্নমখিগনি মহুদি চহি থরদং খুল অমদা লৈরগা খুলগী মীশিংগা থবক তৌমিন্নবা হোংনবদগী কংলকপা জ্ঞানহুনা খুলগী মীগা থবক তৌমিন্নবা য়ারোইনচিংবা হায়বনদি অশেংবা প্রমান থক ওইরোই। মসিগী ওন্নতৈনবু প্রমান লৈনা অচুম্বা অশেংবনি। অকোনবগী রাহয় পরেং অদু ঐনা মখোয়গা ভান্নবগী কান্নবা লৈরে। ঐনা মরু ওইবা কর্ম্মিশিংদা অশেংনা হায়রবা ওমই: "নখোয়না কয়িঙবা মপানলোমদগী মতেং কংল-বদি মাহু থাদোকখ্রে। নথক্তা থবক তৌ, থোনা ঝনা, ঐ-

পাওখুম – ওইরোই। কনানা অশুমন লৌতুনা কনাদা লৌশিং দতুনা থবক শুন্নিবনো হায়রিবসি কাওবা মখোয়না থক্লোই। মখোয়গী পূক্নিং ক্ষয় হেক তৌগদবা হায়রবু ঐখোয়গী মুক্তৈ কৈরে, ঐখোয়গী হৈনবী, ঐখোয়গী রাঙাও, ঐখোয়গী শারুং কত্তবননি। মী থরতননি মত্তমতুন্ন ঐখোইগী অপাম্বা থরা তানগবদগী লাকপনি হায়না চিংনগদবা; মখোইগী চিংনবচু কোকহনগদবনি, মসিদা চিংনবা অমুক লৈতে। মত্তমতুদা নখোয়না এশোসিশেশন অমদগী খূলদগী অরামন ফংত্রে হায়না রাখলদগী চেপ্পরকখিগনু কন্নিগুম্ব। পাম্বে অমনা নখোয়দি আদর্শনীয় সেবকনি (তমজনকম ওইবা থৌমীনি)। মহাক মখম্ভবু ধর্ম্মলৈবা মীনি হায়না তৌয়না খঞ্জরকপগী মথা পোল্লকই মতুনা অতৈবু হুদনা উরকই।

রাহং:– অদোমনা ঐখোয়বু খুদংগী শিনকম তক্সিরে। মতুনা ঐখোয়গী হিংনবা পাম্বে অমা পীবিরিব্রা নত্রগা খুদং-শিংবু তথীরুবা ওম্রবা? অকোনবগীসি ওইরবদি চহী অমত্তংগী শিক্ষা লৈবসিনা কমদোনা শিনকম অমবু তম্বিবা ওমগদৌরিবনো?

পাওখুম:– নখোয়বু অচম্বা শিনকম থরা তম্বিরি, মরমদি নখোয়না নিয়মশিংদু খঙদনদি মী অতৈবু সক্রেশন পীতুনা মত্তং পাংবা ওম্রোই। নখোয়গী মরক্তা খ্বাইদগী থৌনা কক্কা অতুনা খুৎ-শা হৈবগী শিনকম অমা পায়খংতুনা শোয়দনা হিংনবা পৈশা তানগথনি। ঐখোয়না মকম্দদা তম্বিরিবশিংসিদি নখোয়না খুদং-শিংদা তম্বিরুবদা খুরদং হেন্না জ্ঞান তারুনবতনি। ঐখোয়না

মুতনী চঙ্কি হৱাই অমস্তুং কৌ তক্লবা অমস্তুং থাউ শুম্নবা কোল্লু কপংহল্লে। ঐখোয়না থূংস্ন থুংলায়শিংসি চাওখৎনবা মওডা মখল মখল চাং য়েংলি অমস্তুং মখোয়বু ঐখোয়না শোয়দনা চাওখৎহনগদবনি। পুন্নমকী মথক্তা ঐখোয়না মখোয়দা তম্বিন্নিবা কান্নবান্নশিংদা অচুম্বা অমস্তুং পূকচেল শেংবহ্ন য়াওরি। মখোয়না মজোমদা পোৎ য়ানশিল্লি, থাউদা য়ানশিল্লি, থম্নদং তোংনন-বগীলমক অচুম্বদা অমোংপা য়ানশিল্লি। মাহ্ন মখোয়গী মরাল নত্তে, ঐখোয়গীনি। ঐখোয়না অস্নুক কুইনা থৌশান্নমদে অমস্তুং মখোয়বু মাওহল্লমই, মখোয়বু হেন্না ফগৎনবা থক তঙ্গীরমদে। মখোয়গা নক্লনা তিন্ন-তোৎনরগা ঐখোয়না হৈলায় লায়না মখোয়গী লম্বীপূম্বা চুমথোকপিবা ওমই। মতম কুইনা থোশাবিদবা অমস্তুং লাপথোকপিবনা মখোয়গী লৌশিংবু চক্লহল্লি অমস্তুং ধর্ম্মগী জ্ঞান কাওবা মমহল্লি। ঐখোয়না মখোয় পূম্ববু ওালহনবা তাই অমস্তুং লম্বী অনিদা মখোয় পূম্ববু নৌনা হিঙ্গৎহনবা তাই। ১২

## মনুংদগী পুখোংণীবাঃ—

কন্নিওম্বা আন্দোলন নত্রগা সংস্থা অমত্তনা মক্ল ওইবা মরম কন্না ওাক্লিংওদা মপানগী য়ৈথায়বদা শিবা থক ওমদে। মহুংদা পথ-পুমথন্নকপদগী শিজবনি। চিংনবা অমস্তুং তত্তনা হেন্দং-লল্লিবা থবকী থোয়মগী জ্ঞান অমস্তুং মচু তানা পূকচেল শেংলবা পুন্দিদা লোয়ননা অন্নেপ্পা লৈতনা থবক হোৎনন্নিবা পুন্নমকী মথক্তা থোইদোক্লা কান্নবা ওনদি লমচৎ ফজবনি লমচৎ য়াওদবা

কর্ম্মিশিংনা খুল্লা অতৈদগী ফনা থাক য়াংনা লৈরগা মখোল্লনা তৌগদৌরিবা থবকী কায়গদবা লৌশিংদি ইয়াও য়াওদবশিংহুদি খুল্লাশিংগী মমিং থুপহনবা ওদ্মোই।

য়াহয়শিং অসি ঐনা ইনা ইনা লমচং য়াওদবা নত্রগা অচম্বা পুন্সিদা লেনবা হৈতবা কর্ম্মিশিংনা থবকসু মশাসু মাও-হনবগী খুদমশিং হল্লা পূক্লিংদা খল্লকই। মুংওাইবদি অয়ানবা লমচংকী খুদমদি তাওনা থোকপসিনি। তৌইওবসুং চাওখংহনবগী থবক্তা খ্বাইদগী অচৌবা খুরৌচেনবা হায়ববু কর্ম্মি মশাশিংবু খুলগী মনাক্তা লৈহনা মশাবু মশানা তেংবাংজবগী ওন অহু কুদোকপা ওমদবসিনি। অসিওম্বা কর্ম্মিশিংগী মী খুদিংমক্লা খুলংগী থবল্লা পুবা ওমদবা মমল অমা মখোয়গী থবকীদমক্তা লেপ্লবদি মমৈথংদা সংস্থাশিংহুগী মিংচংতা অথীবা অমা লাকনি। খুদম ওইনা তলব পীবগী মতাওদা সহরগী তোপ-তোপ্পা তাওনা থোকপা খয়া নত্তনা অমসুং মতম থরতগী ওইবহুসু নত্তনা সহরগা খুলংগা অনিগী মরক্তা থেংনায়িবসিদি শম্বা য়াত্রবনি। খুলংগী প্রচার অসিদি সহর মচাশিংগীসু খুল্লাশিংগীসু চাং-চপ মায়য়বা শিক্লা অমনি। সহরদগী পুথরকপা কর্ম্মিশিংহু খুলংগী ওইবা য়াকমহু চাওখংহনবা তাই অহুগা খুল্লাশিংগী মতৌ তময়ুনা হিংনবগী কলাহুসু তমগদবনি। মসি হায় হায়হুনা খুলগী মীশিংদোনা মখোয়বু চয়া হেনবা তাই হায়বা নত্তে। তৌইওবসুং খুলগী থায়মগী নোংহুনা পুন্সিগী পুমহোং হোংখ্রগদবনি হায়বহু নত্তে। খুলগী পুন্সিগী থাক অসি সহরগী থাক ক্লোনা পুথংগদা য়ায়া

তৌগদৌরিবা থবক অসিবু পুন্না থাজবা মী অহুত্তনা খুঙ্গংশিংগী সেবা তৌবা ওমগনি অমস্তুং য়েখোয়গী পুন্সিদা মতৌক মওন হায়না ওমগনি। অশেংবা পুন্সি অমা হায়বসি মীয়াম ময়ক্তা মশাগী অনিঙবা অপাম্বা পায়া অমগা লৈবনি, মস্তুনা থংনবা কৈরোই-লৈকাই অহুদা কায়বা মওন ফংগদবনি। ওসাইগী পাথংছুনা থেংনৈ হায়রিবা অয়াবশিংহু অতৈ নত্তে। মানা কয়িওম্বা সেবা তাব অমত্তা য়াওদনা হিংনিংঙাই থিবদং চংলুবনা ওইবা য়াই। পৈশা তানবা চংপা মী অমদদি খুঙ্গংগী পুন্সি মতোন্দদি তম-হংনিংঙাই ওইরোই মহু ঐ য়াই। সেবাগী থবক্তা পুক্নিঙ অয়ুংবা, অপাম্বা য়াওব্রবদি খুঙ্গংগী পুন্সি অসিদি অনৌবা হুংঙাইবা থয়দং লৈরবদু হেক কোকখিবগা চফু কায়বওম খুদক্তা কায়খিনি। খুঙ্গংদা চংখিবা পাথং অমত্তনা খুঙ্গংদা চংখ্রগা থয়দং অয়া-অনা থেংন-রকপদা তাম্লিবা পম্বুং য়োদনা থবক থাদোক্লকপা হৌনদে। অথাঙকনবগা লোয়ননা তত্তনা থবক হোৎনবনা উহনবা ওমগনি মস্থুদি খুঙ্গংশিং অসি সহরদা লৈবা মীশিংগা থেন্নবা কয়িহু লৈতে অমস্তুং খুঙ্গাশিংনা থোজালহৈবা উৎলকনি অমস্তুং থবক্তা পুক্নিং চঙলকনি। অচুম্বনি কনাওম্বা খুন্দা লৈবা মী অমনা লৈবাক্কী অচৌবা মীগা নকুবা শম্নবদি থয়া রাংকনি হায়বদা চিংনবা লৈতে। খুঙ্গংবু হুংশিবা বাথল চেম্রক্লবা মতমদা নেতা-শিংহুনা খুঙ্গংদা চংপগা কায়বা থওলকনি অমস্তুং খুঙ্গাশিংগা হিংমিন্নবগী মরী থমলকনি। অহোইনহুম চৈতন্য, রামকৃষ্ণ, তুল-সীদাস, কবীর নানক, দাদু, তুকারাম, তিরুবাল্লুবর অমস্তুং

মী য়াম্না হেন্নসু লৈন্নি, (ধর্ম্ম লৈবা মীয়াম্না খণ্ডনবদা মান্নবা) অসিগুম্বা সাধু ওইবা অথোইবা মীশিংসিগী থবক কয়াদি মীয়ামগী মরক্তা তংতনা ফংনৈ। অরুবা হান্নববু মতম কুইনা মমল নাইদনা লৈবা থবক্তা শুর চানা চণ্ডনিণ্ডবা পূক্নিঙ ফংবতনি। রাজনীতি সমাজনীতি, অর্থনীতি, বিজ্ঞানগুম্বা হৌজিককালগী রাখলশিংসি ওইববদি খনস্থ খন্নরিবমক্নি, ময়ামগী অণ্ডকপা কোক-হনবা য়াবা লাইরিক ওইনা ফংবদা লায়না ওইথোকই। ঐসু যাই, অহুম ওইনমক ধর্ম্মগী লাইরিক ফংবদা লায়বগুম্না অসি-গুম্বসি শক্তি ফংলোই। ঋষিশিংনা মীয়ামগীদমক্তা ইরমই অমসুং বা ণ্ডাণ্ডলমই। মীয়ামদা খণ্ডনবা হৌজিক কালগী অসিবু অনুবাদ তৌরিবা মণ্ড অসি ইচুম চুমদ্রি। অহুবু মতমগী মতুং ইন্না লাকখিগনি। মরম অসিনা ঐচৌন্দা চিঠি থারকখিবা অহুণ্ডবা পাখণ্ডশিংদা ঐনা এডভাইস পীরি মহুদি চেনগনু থবক, ণ্ডম্নবা তকশিল্লু অমসুং মখোয়গী মমাণ্ডমক্তদা খুঙংহুবু হেন্না থরায় পানবা মানবা হেন্না ফজহনবা মণ্ডদা শেমগংলু। খুল্লাশিংহুনা য়ানিং-গদবা, লোনিণ্ডগদবা মণ্ডদা খুঙংগী সেবাহু মখোয়না (পাখংশিং) তৌগদবনি। মী খুদিংমক্তা মখুংনা থবক শূহুনা ণ্ডম্বমথৈ হেন্না খুঙংশিংবু হেন্না তরু-তরুহনবা অমসুং লাইরিক হৈতবা কোক-হনবগী থবক্তা অহানবা ওইনা হৌগংপা য়াই। মখোয়গী (পাখং-শিংগী) পুন্সি অহু তরু তরুরবা, মথং মনাও নাইরবা অমসুং নোম্বা কল্লবদি, মহুনা চিংননিংঙাই লৈত্রবনি, মখোয়গী মতৌ অহুনা লোনগনবা লায়নাগী মতৌণ্ডম্না মখোয়না লৈরুরিবা খুঙং অহুদা থুনমক শন্দোকখিগনি। ১৪

## থুংজ্ঞ বা তীর্থ যাত্রা

শ্রীসীতারাম শাস্ত্রীনা কর্ম্মিশিংবু খুজংদা পুত্নুনা তীর্থ যাত্রা চংপা, অমসুং খুজংদা গ্রাম সেবাগী মন্ত্র পুত্নুনা শন্দোক্নবগী সমিতি শেমগংলি। ঐনা হোদোকনিংই মত্তুদি তীর্থ যাত্রাশিংসিনা রেল-গাড়ী, মোটোর, যনগাড়ী ফাওবা তোংবদা কৈ। ঐনা হায়রিবসি মথোয়না ইল্লবদি মথোয়গী থবক্তা খুদোং চাবা মহে য়ানবন্থ মথোয়না উগনি, অমসুং চাদিংন্নু ইচও ওংলোই। মীমু অনি নত্রগা অহুমদগী হেন্দবনা দল অমা শাগদবনি। খুজংশিংনা মথোয়গী লৈফম পীগনি চানবন্নু থোরাও তৌগনি হায়না আশা তৌই। অপীকপা দল ওইনা চংলবদি খুজংগী শেঙ্গাওদগী য়াম্না চাদিও তৌগদবা লৈত্রে, অচৌবা কাওবু ওইনা চংলবদি খুদা খরচ চাউনা পুহনবা থোকপা য়াই।

তৌগদবা থবক্তী দল অহুনা, মরু ওইনা খুলগী হকচাং ফনবগী। মওও, খুলগী ফিজম মুন্না খজ্জকপা অমসুং খুঙ্গাশিংহুন্না পৈশা ইচও চওদনা পৈশা থরা পুথোকপা ওয়বদি হকচাও ফগৎ নবা হোৎনবা অমসুং, শেন-থুম চাওখংনবা হোৎনবগী হিরমদা মথোয়না পাউত্তাক পীবিরমগদবনি। ১৫

### অঁরব খুৎলাইগী অনোবা লম্বী

কর্ম্মিশিংনা মুন্না নিঙথৌনা খয়বগী মপুং ফাবা জ্ঞান ফাওদনা অরিবা খুংজু-খুৎলাই, অরিবা নিয়ম চংনবী অমসুং অরিবা খুৎ-লাইগী কাওবুদা য়েংনবা অমদি খুৎ থিংজিনবা তৌরোইদবনি। মথোয়না চাওখংনবগী মওঙ বাখল তৌবা লৈরবদি হান্নগী অরিবা

মওং অহুগা মরী লৈননা শেমগৎপনা য়াম্না মখোয়গী কান্নবা ও গনি। ১৬

## খুঙ্গং থুংবা সেবা

সমগ্র গ্রামসেবক অমনা খুন্দা লৈরিবা মী খুদিংমকপু খঙগদবনি অমসুং মখোয়দা মানা ওম্বা সেবা তৌগদবনি। মাস হায়রে হাপ্চুনা কর্ম্মি খুদিংমক্তা মথন মথন্তনা থবক পাঙথোকপা ওল্লগনি হায়বদি নত্তে। মশাবু তেংবাঙজনবগী লম্বীদু কর্ম্মিচুনা উংকনি অমসুং মতেং লৌগদগে অমসুং দরকার লৈবা পোং–চৈ খোমগৎকদগে হায়বতুসু উংকদবনি। মানা মাগী তেংবাঙগদৌরিবশিংবু অমুক তম্বি তাকপিবা ট্রেনিং পীবা তাই। মতৌ অসুম্না খুঙ্গাশিংগী থম্মোয়বু মানা জয় তৌগনি মাহুনা অমুক মাগী থৌদা ওাইরকনি অমসুং ইল্লকনি। ভাব-মতম্বু করিগুম্বা খুল অমদা চত্নুনা থাউ তুম্নবা কোল্লু অমা লৈরুবা তারবদি, ঐদি থাদা লুপা ১৫-২০দং তানবা ওম্বা ইচম-চম্বা তেলী অমা ওইরুরোই। ঐদি মহাত্মা তেলী অমা ওইরুগনি। "মহাত্মা" হায়বসি ঐনা কাগী ওইনা হায়বনি, অহুবু ঐনা হায়নিঙলিবদি তেলী অমা ওইরবসু খুঙ্গাশিংনা পান্দম্বা য়াবা আদর্শনীয় তেলী অমা ওইগনি হায়বনি। "গীতা" অমসুং "কোরান"বু খঙবা তেলী অমা ওইরুগনি। খুঙ্গাগী অঙাংশিংবু নীংথিনা তম্বিরুনবা ঐনা হান্না মতীক চানা তমথোকথিগনি। অহুবু মতম লৈতবনা মহুম্নমক্তি ঐনা ওমদবা য়াই। খুঙ্গাশিংনা ইনাক্তা লাকনি অমসুং হায়রগনি "ঐখোয়গী অঙাংশিংগী শিক্ষা কৎনবা থৌরাং তৌবিয়ু।" ঐনা মখোয়দা

হায়গনি ঃ ' ঐনা ওজা অমা পীগনি নখোয়না খরচতি পুবা তা'ই ।" মখোয়বু য়াম্না হৈনিংনা শোয়দনা মতমক তৌননবা শেম শাগনি। ঐনা মখোয়বু মোইথাপ নাইবা তম্বিগনি অমসুং খুম্নাশিংদুনা ফি শাবা মী অমগী মখোৌ লাক্নে হায়দুনা ঐঙোন্দা হায়ররবা মতমদা ঐনা মখোয়গী ওজা পীখিবা নিয়ম অতুমক্তদা ঐনা মখোয়গী ফি-শাবা মী অমা পীগনি। অমসুং ফি-শাবা মীতুনা মখোয়বু মরম্নাইগী ফি কমদোনা শাগদগে হায়বতু তম্বিগনি। ঐনা মখোয়বু পাউতাক পীতুনা হকচাঙ ফবগী মরমদা সুংশিং- সুংশা নিঙথীনা ফংনবগী মরমদা তম্বিগনি অমসুং মখোয়না বাইশিংপা মী অমা পামই হায়না ঐঙোন্দা হায়ররবা মতমদা ঐনা মখোয়দা হায়গনি ঃ "ঐনা নখোয়গী ঝাকুয়া (বাইশিংপা) মী ওইরগনি অমসুং মসিগী থবকসি হৈহৌনবা নখোয়দসু তম্বিগনি।' মসিনি সমগ্র গ্রাম সেবানা তৌগদবা ঐ ঃ বাখল। ১৭

অধ্যায় ২৮

# সরকার অমসুং থুঙ্গং

## সরকারনা করি তৌবা য়াবগে ?

মসি আইন্না য়াবা য়াহংনি মতুদি কংগ্রেসকী মন্ত্রীশিংনা মৈতৈরং ( খদ্দর ) অমসুং অতৈ ইন্দষ্ট্রিজ ( খবক-ইস্নাং ) গী মরম করি তৌগদৌরিবগে মখোয়দি হৌজিক ওফিসতা লৈরে ? মন্ত্রী অমা তাণাগ্রা হপ্পা হাপ্তরা, ডিপার্টমেন্ট অমসুংদি খবক অসিগী দরকার লৈ। শেংনবা ফি চানবা চৌগ্নাক, তাওলবা হৌজিকী মতমসিদা মাগী ডিপার্টমেট অহুনা খ্বাইদগী কান্নব মতেংহু পীবা ওমই। মন্ত্রীশিংনা এঃ আইঃ এঃ অমসুং এঃ আইঃ ব্রী, আই, এগী থোওদগী থাদোকপা ওবা হৈ শিংলবা মী এক্সপার্ট য়াম্না লৈ। পৈশা ইচত চওদনা খ্বাইদগী ওইবা য়াবা তেল্লবা মতমদা হায়বদি য়াম্না থুনা ওসিমক ভারত থুংনা মৈতৈরংগী ফি থোনবিবা ওমই। প্রদেশিক সরকার পুম্বনা মাগী মাগী থুঙ্গংগী মীশিংদা হায়বিবা য়াই মতুদি মখোয়না শীজিন্নগদবা মফি অহু মশানা থাজগদবনি। মসিনা মশা মথস্তনা পুথোকচরক্লে লম লমগী পোৎথোক য়োম্থোক য়োনশিন। মসিদা চিংনবা লৈতে মতুদি সহরদা লৈবা মীশিংনা শীজিন্নবা য়াবা শরূক খরসু লেঙ্কোরগনি, মহু শীজিন্নরকপদা সহরগী মিলশিংদা য়াম্না পোৎলুম অমা ওইরম্মহু খরদি চাং তারক্কনি। মিলশিং অসিনা অতুদগীদি পৃথিবীগী কি রাংপা মক্কম অতৈদা পীবিখিবসু ওম্নগনি।

**কল অসি কমদৌরগা তাগদগে ?**

সরকারনা খুঙংশিংনা নোটিশ তৌগদবনি মহাদি মখোয়না শেংন-ইন্নবা ফি পুম্বা অকক্লবা মতম অসিগী মনুংদা শাগগদবনি মসিগী মতুংদদি ফি অমত্তা মখোয়দা সপ্লাই তৌররোই। সরকারত্তুনা খুঙংশিংদা লশিংদা মরু নত্রগা চঙগদবা লশিং পীগদবনি শেন্দোং য়াংওদনা অচঙবা মমলদা অমস্তুং ফি শাননবা খুংজুখুংলাইশিংস্থু অচঙবা মমন্দা পীগদবনি, পৈশাত্থু শিংহনবদি মচিং মচিং ওইনা মতম খরা, হায়রসী, চহী ৫গী মনুংদা নত্রগা হেন্না শাংবা মতমদা লায়না শিংবা য়াননবা শীনবিগদবনি। সরকারনা মখোয়দা দরকার লৈবা শিস্তাক-শিস্তমগী মতেং পীবিগনি, মৈতৈরংগীদি ফি শারকপশিংত্থু খুঙ্গাশিংনা মাগী মাগী দরকার লৈবমখৈ কৌনখ্রগা লেমহোবা থোক্লবদি মত্থু সরকারনা লৈশিনবিগদবনি। মসিনা মনা মনিন নাইদনা ফি তাওবগী রাস্থু কোক্লরগনি অমস্তুং মমলস্থু খরদং হেন্না ফংজরগনি।

খুঙংশিং অসি অহানবদা ওন্দুনা য়েংথোকনি অমস্তুং মীগী মতেং য়াওদনা নত্রগা খরদং লোরগা পোং শাবা ঙম্বা, পোংশিং অত্থু মফম অত্থুগী শীজিন্নবা ওইবস্থু য়াই নত্রগা মপান্দা য়োম্নবা ওইবস্থু য়াই, খুদম ওইনা কোল্লুদা শুম্বা থাউ, খুংনা শুবা চেঙ, টদগুড়, খোইহী, শান্নপোং, ফক, খুংনা শাবা চে, খুন্দা শাবা শাবনা অসিনচিংবা থবক্তী লিষ্ট অমা শেমগদবনি। মতৌ অমুম্না মতীক চানা চেকশিল্লবদি শিরুম নারুম তৌরম্নবা খুঙংশিংদা অনৌবা পুন্সিগী ময়োল চোংলকনি অমস্তুং মখোয়গী অরাংপা

মেনথৎপগা লোয়নন ভারতকী অচৌ-অচৌবা সহরশিংদসু পোৎ পীবা থূনমক ওয়গনি হায়বসি উংলকনি।

অতুঙ্গীদি ভারতকী মশীঙ নাইত্রবা শা-ষনগী সম্পত্তি লৈরি অত্তবু পাপকী মশক ওইনা থৌশাবিদনা লৈরি। হৌজিক-মকী মতীক চানা থবকী জ্ঞান ফংদ্রবসু গো-সেবা সজ্বনা মমল য়াম্লবা মতেঙদি পীবা ঙমগনি।

মতীক চানা মরূ ওইবা ট্রেনিং ফংবা মী য়াওদবনা খুঙ্গা-শিংসি শিক্ষাগী মবমদদি পুরা চরা হেল্লী। লাইনিং অসি থুংননবদি হিন্দুস্তানী তালিমী সজ্বনা হোংনবা ঙমগনি।

## ঐনা মন্ত্রী ওইরমলবদি

ঐগী মত, মথক্তা হায়খিবসি, হোংদনা লৈগনি। মায়গৈ অমদা লাম্না লৌনবা য়াওরি। অতুগুম্বা টিকা অতুদা মরুপ থরনা নম্ফ, ওইনা পানবা লৌনবা য়াওরি। খঙনদবসিগীদমক ঐগী অরাবনি। মতুগী মতুংদা প্রশ্নসিগী পাউথুম প্রতিনিধি সরকারনা পাম্বদি করি ওম্বগে হায়বতু য়াওনা ঐনা পীখ্রে। ঙাকপিকম থোক্লা ঐনা আশা তৌই, অসিগুম্বা সরকারগী নোটিশ অদুসু নম্ফ, ওইনা অর্থ হল্লোইদবনি হায়না ঐনা লৌই। অশেংবা প্রজাগী মহুৎশিনবা সরকারনা মহুৎশিনবা ওইনা কারক্রিবা ভোটরশিং অতুগী অয়াবা মত লৌবসি থবক থুদিংমক্তানি। মসিদা ভোটরশিং হায়রিবসিনা ভোটর ওইনা রেজিষ্টর তৌবা তৌদবা ভারতকী প্রজা পুম্বগী শিল্লবনি। য়ুম্ফম অসিদনি, ঐনা ইখিবা মতুদি সরকারনা খুঙ্গাশিংদা নোটিশ তৌগদবনি মতুদি মিলগী ফি

অসি মতম অসি কাওবগী মতুংদগীদি পীররোই, মরমদি মরম্নাই মৈতৈরং শাজত্থনা শেচ্চবা ওন্নমবনি।

হৌখিবা এপ্রিল তাং ২৮গী ঐগী আর্টিকল অতুগী অর্থতু ওইনিংবা ওইন্নবত্থু, ঐনা কন্না হায়নিংলিবা হায়ববু করিগুম্বা থৌরাং অমা খাদিগীদমক লৌখংসন্থু অত্থুবু মরি লৈনরিবা মীশিং-তুগী থরায় য়াওবা, হৈনিংবা ব্রাহ্মণগা লোয়ননা থবক তৌমিন্নরবদি মাতুগী অর্থদি, স্বরাজ পুরক্লবগী পান্থে ওইরিবা খাদি শিরে হায়ববনি। অতুদগীদি অনাইরং-ফি হায়বসি অমম্বা যুগতা হল্লিনবনি, মধ্য যুগকী মীনাই ওইবা মতৌবা হল্লিনখিনি হায়না চৈবতু অচুম্বা ওইরনি। অতুবু ঐদি মতুগী ওন্ন-তৈনবদি মত লৈ। অনাইরং-ফি অসি শেঙবা য়াদবা ওইরবদি মীনাই ওইবগী খুদমনি, মতমসিদা লৌশিংগা লোয়ননা মশানা হৈনাংনা অনাই-রংফি শাররবদি অহানবদা মরম্নাইগী শীজিন্নবা, অতু ওইরবদি মতু ঐখোয়গী নিঙখা তম্বগী খুদমত্থু য়াম্না লায়না ওইরে। মায়গৈ থুংনা মশাগী মতেং মশানা পাংজবসিবু নত্রবদি নিঙতম্বা হায়-বসিদি করিস্থু লৈতে। ঐগী, মী অমত্তগী ওইনা, খাদিনা কাম্বা করিস্থু তৌনিংঙাই লৈতে, করিগুম্বা মসি নিঙ-তম্বা মী অমগী খুগোং চাবা অমত্থুং তৌকম খোকপা মখোবু নত্তে হায়ররবদি।

মরূপ ওইনা সমালোচক অমনা হংখি—অগুম্বা শারিবা অনাইরং-ফি অসি য়োম্নবত্থু ওইবা য়াব্রা? য়াই য়োনবত্থদি

কাম্নবনি ; য়েক্লবা শাবা নত্রবদি মতু অহচাবা লৈবাক্কী লীজিং-লবগি। ঐখোয়না অনাইরং-ফি য়েনবা হৌজিক্নদি মতম-শকপী কান্নবা অকক্নবা য়াথল খরা উৎনবনি। থবক ওইরকা ফংবা জ্ঞানসি অথোইবা ওঝানি। মতুনা ঐখোয়দা থরাং য়ামা তম্বীখি। অহানবা মশক্লগী কান্নবাগী ভাঙ্কন ওইশিনে। অতুবু মাতুনা কারিগুম্বদা অরোইবা নত্তে। থোইদোক্লকপুং ভাবনা শাবা ফজরবা লৌবুক অসি ঐনা শোয়দনা শাদোক্লগানি অমসুং মকোকমন্তুদা হৎনরিবা য়াহং অসিগী চপ চাবা শাউরুম পীনবা ঐনা শোয়দনা থবক চথরগনি।

সরকারগী ওইবা থবক ইংথাও পুম্নবগী ময়াই ওইরিবা খুলং-শিংগী নৌনা অমুক হিঙ্গৎহন্নবা থবক পুবা মত্রী অমা ওইনা ঐগী অহনবা থবক্কী, পুকচেল শেংবা অমসুং অমোংগা নায়চৎ-শাজং য়াওত্রবা থবক শমগদবা পার্মিনেণ্ট সার্ভিস ( লেপ্পরো য়েবা ) তৌরিবা মখোয়গী মরক্তগী মী থঙ্গৎপতু ওইগনি। মখোয়গী ইমুংগী থাইদগী য়ুরব মীতু এ, আই, এস, এগা অমসুং এ, আই, টী, আই, এগা মরী লৈননা ঐনা শিন্নতুনা থবগনি, কংগ্রেস শেমগৎ-হনগনি অমসুং খুলং খুৎশা হৈবগী মথক্তা অয়োবী য়েনা পুক্রিং থৌগৎহন্নবা স্কীম অমা পুথক্লনি। খুলাশিংগী মথক্তা কন্নিংবা তৌদবা য়াদবা নত্ত, অমত্তা লৈরোই, অদুবু মখোয় অতু কনাগীদু মীনাই-ওইরমোই মখোয় মশাবু মশানা লেপ্পুংজ-ননবদি তমথাদি অমসুং মখোয়গী চানবা, শেংনবা অমসুং হাউ

চঙগদবা পোৎ-চৈ ময়াম শাক্লনববগী হৈ শিংবা অমস্বুং নোম্বা কনবতদা থাজনা মপান তাংগনি হায়বসিদা য়াশরুবা য়ায়েপ অমা ঐনা শেমগনি। মরম অসিনা ঐগী অহানবা ওইগদৌরিবা মীয়ুদা পাওমেনগনি মহুদি মানা হিন্দুস্থানী তালিমী সজবগা উনরুখো অমস্বুং মখোয়না করি হায়রকপগে য়েংখো।

অস্মুম্না শেম্লিবা স্কিম অসিদা ক্লোজ (পন্দুপ) অমা য়াওরি, মহুদা হায়রি মহুদি খুঙ্গাশিং মশা মশানা লাওখোকচগদবনি মহুদি মখোয়না মিলগী ফি অমুক পায়রোই, লৌরসি অকরুবা মতম চহি অমাগুম্বগী মতুংদা অমস্বুং শামতু, লশিং অমস্বুং চঙগদবা থবক থৌরাং অমস্বুং খুৎস্ব খুৎলাই অমসুং পাউ অফবা কংগনি, মহু দান ওইনা নত্তু থ্বাইনগী অবাংবা অরায়বা মওঙদা শিংগদবনি, মসিনি ঐনা লৌবিবা স্কিমদি। স্কিম অসিদা মসিমস্ব য়াওগনি মহুদি করিগুম্বা প্রদেশ অমদা অমুক্তদা পুম্নপ পানশিন-গদবা নত্তে, মচেৎ থরদংদদা হৌগৎননবা পানগদবনি। স্কিম অসিনা মথাস্ব হায়রি মহুদি এ, আই, এস, এনা লমজিংগনি অমস্বুং স্কিম অসি পাওখোরুবা থবক শুবদা মতেং পাগনি।

মসিগী খুং-লোইবা, খুংলম চাবহু খণ্ডলবা তুংদা ঐনা লো ডিপার্টমেণ্টকা তান্নবগা আইনগী ফোর্ম অমনা শীগনি অমস্বুং স্কিম অহুগী মরী মখোও শেংনা তাক্তুনা নোটিশ অমা কোংগনি খুঙ্গাশিং, মিলমপুশিং অমস্বুং মী অতৈস্ব মহুগী পার্টি ওইগনি। নোটিশ অহুদা শেংনা উৎকনি মহুদি সরকারগী ষ্টাম্প নম্নবস্ব মহু প্রজাগী থবক্নি। সরকারগী পৈশাহু থ্বাইদগী লায়রবা প্রজাশিংগী

কান্নবগীদমক্তা শীজিন্নগনি, মরি লৈনবা প্রজাশিংদা খ্বাইদগী ওইবা য়াবা শেংদাং ফংনবহ্ন তৌগনি। মরম অসিনা মসি শেল্দোং ফংনিংঙাই ওইবা শেন্থুগনি, হৈ-শিংবা মীনা ভলুন্টিয়ার ওইনা চোংথোক্না তেংবাঙগনি, হিরম খরগীদমক্তদি মতীক চাবা অরামন লৌগনি। মচা তানা চংখিব্রা শেল্লেপ অমস্নুং প্রজাদা ফংনখিবা পোংথোক্তা হিসাবহু নোটিশ ভোৎনা শেংনা উৎকনি।

ঐনা মন্ত্রী ওইরগা লৈরিবা ব্রাহং হায়ববু এ. আই, এস, এ অসিগী থাজবা এচেংপা ব্রাখস লৈগদ্রা অমস্নুং খাদিগী পোংলুম অসি পায়খৎনা শেমগৎনবা অমস্নুং লম'জঙনবগী শক্তিহ্ন লৈগদ্রা লৈরোইদ্রা অসিনি। মাসগী মাঙ্গলু মথোংগী লৈরবদি ঐগী উকায় হি মচা অাস চাউরবা সমুদ্রদা থাজবগা লোয়ননা থাদবা ঙমগনি। ২

অধ্যায় ২৯

# ভারত অমসুং পৃথিবী

ভারত অসিনা মশাগী মতেং মশানা লৌজরবা, মশাবু থাজবা ওন্নবা অমসুং অশম্বা মিহোৌবা লৈত্রবা, এক্সপ্লোইটেশন (মীবু মাংহনবা) লৈত্রবা মতম অদুদা নোংচুপ অমসুং নোংপোক্তা লৌনিবা শক্তি অমত্তগী মিহোৌনফম, কল্লকফম ওইবত্থ তোকখ্রগনি অমসুং মমল য়াম্লবা (লানপী) খুৎসু খুৎলাইগী পোৎলুম য়াওদ্রবসু মথন্ত য়েক্নবা লৈতনা পাঞ্জবকী বাথন্দু পূর্ণ্ণওদা ফাওরগনি। মাগী মন্নুংগী অর্থ নীতি অসিনা ভাবতকী খ্রাইদগী কল্লবা লানবন ওইত্নুনা মপানগী লান্দারকপা পুম্নবু খি লগনি। ১

ঐগী পূর্ন-স্বরাজগী মত অসি মযামদগী তোঙান্না লেবা নিঙতম্বত্থ নত্তে অমসুং মশা মউ ফরবা অমসুং ঙ সেম্না মশুন লৈরবা নিঙতম্বনি। ঐগী জাতিগী রাখল অসি তমথাবা ওইরবসু মসি মথন্তা তোঙান্না তাবা নত্তে, করিগুম্ব জাতি অমদা মী অমদা অমাঙবা থোকহন্নবা লম্বী খিবদুস্থ নত্তে। Sic utere tuo ut alienum non laedas [illegible] থংনবা মীগী মপো শোক্নদনবা নওগী নপোৎ শীজিন্নজৌ হায়বা মতম কুইনা লেঙদ্রবা, চুম্নবা পাউরৌসি ঐনা থাজে। ২

গনতান্ত্রিক স্বতন্ত্র ভারতনা হরাওনা অতৈ নিঙ-তম্বা জাতিশিংগা তিন্ন-তোৎনগনি মীরৈবাক্না লান্দারকপদা কনমিল্লগনি

অমসুং শেলথুমগীদমকশ কো-ওপরেসন লৈনগনি। পৃথিবীগী জ্ঞান-লৌশিং অমসুং সম্পত্তি পুম্নমক মীওইবা জাতিশিংগী চাউ-খৎননবগীদমক শীজিন্নহনা ভারতনা নিঙ তম্বা অমসুং গনতন্ত্র চংবা অশেংবা সভ্য জগৎ অমা শেমগৎননবা থবক নোমগনি। ৩

নোংচুপকী জাতিশিংদি মখোয়গী লৌশিং শীজিন্নবা ঙমজদে। মসিগী মরমদা থৌ ওঙমরে। মখোয়না লৌশিং অতু মীওইবা জাতিবু মুংশিবগী রাখবগী রাখন্দগী পাক-চাউনা মশাদা শীজিন্নখিদে। আমেরিকানা হায়রকপা য়াই, 'ফন্ন. ঐখোয় কর্ম্মা থোং শাগদগে হায়বতু থঙই ঐখোয়না অমুক অমুদা হিরমদু লোক্তুনা থম্লরো', অদুবু ঐখোয়না পৃথিবী পুম্বদা হায়রি, ঐখোয়না থোং করম্না শাগদগে হায়বতু নখোয়দা তম্বিরগনি অমসুং ঐখোয়না নখোয়দগী অরামন কশিস্ত তারোই।' আমেরিকানা হায়রি, 'জাতি' অতৈমা গেন্থ চরোং অমতুং লোকপা মতমদা ঐখোয়না লিশিং অনি লোকপা ওমই।' অদুদগী আমেরিকানা মাগুমগী মহে ( কলা ) অতু শেল লৌদনা লেমনা তম্নিংবা দেশ কয়াবু তম্বিগনি, তোইঙমসুং পৃথিবী শীনথুংনা গেন্থ অতু থাহন্নিঙকনা রাখলদি লৈরোই, মতুনা পৃথিবীসিগাদমক্তা অশেংবা অরাবা থোক্লোক অমা থোক্লকনি। ৪

( আফ্রিকানশিংনা খঙনিংলি মতুদি ভারতনা মখোয়দা কাজিং পীবা ওৎনগে অমসুং মখোয়না হৌজিকমক অরাবা থাওনখিবা শাখিরবা এক্সপ্লোইতেশননা অসিদগী মশাবু কন্নমবা মখোয়না করম তৌরগা কো-ওপরেটিভ ইন্দষ্ট্রিয়েলাইজেশন পুরক্লক

ওমিন্নতুনা শিনফম পায়বা' অতু ফংবা ওমদগে হায়বতু খওনিংলি। )

ভারতকা আফ্রিকাগা লৈনগদৌরিবা ললোন ইত্তিক্তী থবক্তী রাথল অমসুং থবকতনি, নোংচুপ লম এক্সপ্লোইটেশনগী নোম্না-ওম্না শারবা পোংকা শাত্রিবা পোংকা ওন্নবতুদি ওইরোই। অতু ওইরবদি, ভারতনা মথোয়দা তরেং পীবা ওমই। ঐনা খা-আফ্রিকাদা লৈরিঙৈদা থেংনরম্নবদি (তরেংগী মথৌ পুথোক-লম্নবদি ) কোইনিক্সতা লৈবা ঐগী য়ুমলোম্নবা আফ্রিকানশিংতুদা ঐনা হৌদোকলমগদবনি। নথোংনা লশিং থাবা ওমই, নথোয়গী অশংবা মতম য়াম্না অমসুং খুৎকা থবক্তা হৈশিংবা ওনবু মরাও কায়না লৈ। নথোয়না নিওথৌনা মুন্না নৈনতুনা খুলগী খুং-শা-হৈবগী থবকশিং হিকৎহন্নবা পারথৎকদবনি। মতুদদা নথোয় অরানবা থুবম ফংজননবগী শোতু লৈরবনি। ৫

আমেরিকাগীদমক্তদি তরেংগী অকবা পাউজেল লৈবরা ? এটোম বোম্বু লাম্বা তৌবা ওখা খুংলাই ওইনা শীজিন্নবা য়াগত্রা ?

ঐনা লেপ্পমক থাজে মতুদি আমেরিকা অমসুং পৃথিবী পুম্বগী য়াইফ-পাউজেন্দু তরেংগী লৈ। ঐনা খিত্তসু চিংনবা লৈতে মতুদি ভারত অমসুং পৃথিবীগী কান্ননবসি তরেংগী লকাসিদা লৈ। ভারতনবু মেচিনগী মনাই ওইখ্রবদি, অতুওইরবদি, ঐনা হায়রি, ঈশ্বরতনা পৃথিবীবু কনগদবা মঙায়রে।

. ঐগী থম্মোইগী খুপথ্রবা কাচিন্দা কাওই.........মতুদি পৃথিবী পুম্বসি ঐ চুপথোকা"বগী মীশীদা শীগদবগী নারে। পৃথিবীসিনা চেথোক্নবা লম্বী থীরি ; অমসুং থায়নগী ভারত-ভুমি মসিতনা

চদংনরবা পৃথিবীসিদা লম্বীহ্ন তাল্লবগী খদোংচাবহ্ন লৈবা ম্লাই হায়বসি ঐনা ইশা ইথস্তদা থাজবগা লোয়ননা চারোন ভোজরি। ৭

ভারতনবু শোয়রবদি, এশিয়াদি শিরে। মতীক চপ চানা ভারতপু কৌনার কৃষ্টি কলচর কয়াগা অমসুং সভ্যতা কয়াগী তিন্ন-তোংনহ্ননা য়োক্লককম এমনি। ভারত অসি মহ্ন ওইসহ্ন অমসুং এশিয়া, আফ্রিকা অমসুং তাইবঙগী করিগুম্বা শরুক অমদা লৈবসু ওইরশন্নু মী নৈহৎপিয়বা পৃথিবীগী জাতি পুন্নমক্কী আশা ওইনা লৈরশন্নু। ৮

ঐখোযনা পৃথিবীগী মপুম অসিদগী ঐখোয়দং তোঙান্না ককথংহ্ননা থম্বহ্ন পামদে। জাতি পুন্নমক্কা ঐখোয়গা অথিংবা লৈতনা ওস্থোক ওনসিন তৌনবহ্ন লৈগনি, অহ্নবু হোৎজিক মতমগী নক্ষ্ণুদা ওস্থো।-ওনসিন তৌনবা মতৌসিদি অমুক লৈত্রশন্নু। ঐখোয়বু মীনা নৈহৎপিবহ্ন ঐখোয়না পামদে, অহ্নগা ঐখোয়না অতোপ্পা জাতি অমত্তবু নৈহৎপন্ন পামদে। অঙাং পুন্নমক পোখোক চাখোকহন্নবা শেম্লিবা, মাঙদা উরিবা ঐখোয়গী অসিগী মতুং-ইন্না জাতি পুন্নাসগী ৭ক্তম ৯সি পুমহোং হোংলকপা তাবনি, মরমদি ঐখোয়গী মীওইবা সমাজ অসিগী মতুং-মপান কাওনা হোংলক্কদবনি। তৌইগুম্বসুং ঐখোয় ইশাবু তাইবঙ অসিদগী তোঙান্না ককথংচরগনি হায়বদি নত্তে। অতৈ জাতিশিংগা ওস্থোক ওনসিন তৌনবা পাম্বা জাতি কয়া লৈরমখিগনি মরমদি মখোয়না থোকহনবা ওমদবা অথন্নবা পোৎ কয়া লৈ। মখোয়হ্ননা শোয়দনমক পোৎশিং অহ্নগীদমক মীগী মপান তাংবা তাই, অহ্নবু মখোয়গীদমক

পোৎ পীক্লিবা লৈবাকশিং অহুনা মখোয়বু নৈহৎপখদি তৌরোই।

'ঐইগুম্মং নখোয়না নখোয়গী পুন্সিবু লায়হন্নুনা অতৈ লৈবাকশী করিগুম্বা পোৎ অমত্তগী কান্নবা লৈরগোই হায়বহু তৌরবহু নখোয় মশাবু নশানা মখোয় মরামদগী মাইকোম তানা থবথৎচখনি ; মহুদা আমেরিকাগীদমক্তম্সু নখোয়না দায়ী ওইবহু ঐনা লাকই।'

ঐখোয়না মীবু নৈহৎপা অমশুং মখোয়বু নৈহংমবহু থিগুলদা ঐখোয়না আমেরিকাগীসু দায়ী পুবা ওয়গ'ন। মরমদি আমেরিকানা মতমদুদা ঐখোয়গী ইতৌ তম্লগনি অমস্মং ঐখোয়গী মরক্তা অমগ। অমগা নিগুতম্না ওস্থোক ওনসিন তৌনবদা অমবা অমূক লৈরগোই। ৯

ঐনা খঙই ( আদর্শ ওইবা খুলং অমা শেমগৎপগী ) থবক অসি ভারতপু আদর্শনীয় ওইবা লৈবাক ওইনা শেমগৎপমূক লুনা থোকই।......... অহুবু মী অমনা পান্দম্লিগাই ওইবা খুল অমা থোকহনবা ওয়বদি, অত্র ওইরবদি মহাত্মা লৈবাক পুম্বগী নুত্তনা পৃথিবী পুম্বগী নমুনা অমা পীবা ওয়গনি। মাসিদগী হেন্নস, অথিবা মী অমনা অমুক হেন্না পামনিগাই লৈররোই হায়বা য়াই। ১০

নিগুত্তবা ভারতা কনাগী স্বার্থ থিরনা মগোইরনা ওইহনপদি? মুমত্তোরবা লৈবাক অমনা অরাৎপা মিক্তদা লৈরে,

মতম অহুদা ভারতনা মশাগী কান্নবহু হান্ননা লাকশন্নু হায়বগী ব্রাখলদা ভারতনা তোঙান্না তাবগী ব্যবহারহু লৌবা ওমগদ্রা?"

অশেংবা স্বরাজ ফংলবা অমসুং নিঙতম্নবা ভারতনদি য়ুম-লোন্নবশিংগী অন্নাবা তারবদা মতেং পীগদবগী চেনশিন্নমগনি। মী অমনা স্বার্থ-ত্যাগ তৌবসি মাগী কাঙবুগী ন্নাঙমা লানবা ওমদ্রদি, মশামকপুস, মাগী কাঙবু অহুস, মশাগীতা ওইজবা থিবা ( স্বার্থী ) ওইজরকই। স্বার্থ-ত্যাগকী ন্নাহন্ননা তাবা ফলদি মী অমনা মাগী কাঙব অমা কান্নবা মশাব্ন কথোকচৈ, জিলা অমগীদমক লৈকায়-কোল্লুপ অমা, প্রদেশ অমগীদমক জিলা অমা, লৈবাক অমগীদমক প্রদেশ অমা অমসুং পৃথিবীগীদমক লৈবাক অমা কাখোকই হায়বনি। সমুদ্রগী ঈশিং মরিক অমত্তংগী কন্নিগুম্বা কান্নবা অমত্তা তৌরমদনা মাঙজখে। অহুবু সমুদ্রগী পীকখ্রবা শরুক মচা অমা ওইনা সমুদ্রগী মথক্তা পাকচাউরবা জহাজগী মপৈবু পূব্বা পুরম্বদদি শরুক য়াখি। ১১

রাম-রাজ্য হায়বসিবু হিন্দুগী শাসননি হায়না কনাগুম্বনা শেরান্ননা খন্দসন্নু। ঐগী রাম হায়রিবসিদি খোদা নত্রগা গোড হায়বহুগী অতোপ্পা মমিং অমনি। ঐদি খুদাই রাজ পামই, মসিস্নু পৃথিবীসিদা ঈশ্বরগী লৈবাক হায়বগা অমহানি। অসংগুম্বা রাজ্য অমা লিংখংপদা ভারতবাসী পুম্বগী নুংঙাই-ফাইক-রগনিদং হায়বা নত্তে পৃথিবী পুম্বগী য়াইফবান। ১২

পৃথিবী পুম্বগী হেনা নুংঙাই-য়াইফনবগীদমক্তা ভারতনা

অনিঙবা লোয়ননা শেংথ্রবা স্বার্থ-ত্যাগ তৌবা ঙম্নবা ঐনা ভারতপু নিঙতম্না অমত্তুং মপান বনা লৈবক্তু য়েংনিংই। মী অমথক্তংনা পুক্নিং শেংনা মাগী ইমুংগী ফননবগীদমক বাল কংথে্ৰ, ইমুং অত্তুনা খুলংগী, খুল অত্তুনা জিলা অমগী, জিলা অত্তুনা প্রদেশ অমগী প্রদেশ অত্তুনা জাতি অত্তুগ, জাতি অত্তুনা পুম্নমক্কী ফননবা ১৩

স্বরাজগী থোঙদা ঐখোয়না পৃথিবী পুম্বগা সেবা তৌগদবনি। ১৪

ঐখোয়গী সেবা ধর্ম্মনা য়ুমলোন্নবদগী হৈটনা শারিবা পল অসিনগী হেন্না পাক শাংনা শন্দোকখিবা য়াই অরেপ্পা ঙমথৈ লৈতে। ঈশ্বরনা কবিগুরুদা ঙমথৈ লৈতে। ঈশ্বরনা কবিগুরুদা ঙমথৈখিংসি শেল্বা নত্তে। ১৫


18396